# অরিবা মণিপুরী লোনগৈ


থোমজিনবা —

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ



মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী

ইম্ফাল।

**Ariba Manipuri Longei**: Old Manipuri to modern Manipuri Dictionary. Compiled by Ningthoukhongjam Khelchandra Singh, Manipur State Kala Akademy, Imphal 1978.



ডি,এম, কলেজ কম্পাউণ্ড
ইম্ফাল. মণিপুর।



মমল - লুপা ৮৫·০

ভাগাবতী কার্য্যালয় চুড়াচান্দ প্রিন্টিং রার্কস, ইম্ফালদা নম্বা।

# অফোংবগী য়াহৌদোক

ভারতকী লোন অমসুং সাহিত্যশিংগী মন্নুংদা মণিপুরীগুম্না অসুক মচা তানা অরি-অনৌ খায়বসি লৈতে হায়না নীংই। মণিপুরগী তোপ-তোপ্পা সংস্কৃতিগী য়াওন্দগী হায়রিবা অসি ওইথ্রিবনি। গুম্ফোক্না লিরবা অমসুং মমল য়াম্লবা অরিবা সাহিত্যবু নৌহৌনা থিজিনবা, খোমজিনবা অমসুং নৈনবগী চৎথরিবা আন্দোলন অসিদা খঙনীংলিবা নহারোল কয়ানা অরিবা মণিপুরী লোনগী অভিধান অমা দয়কার ওইরকপসি কুইরবনি।

ইং কুমজা ১৯৬০ দা পণ্ডিত দিনচন্দ্র সিংহনা লামায় ১৪৩ পানবা 'খুন্নুংলোনগী অর্থ' হায়বা অমা ফোংখি। অরাংপা খরগী মখৈদি মেম্নরবসু চপচাবা অভিধান অমা কৌবদি য়াদে। হান্নসু মণিপুরী অভিধান ফোংথ্রবা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা য়াম্না রানা চেকশিন্না হোৎনবীহুন। পুথোকপা 'অরিবা মণিপুরী লোনগে' হায়বা অভিধান অমা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীন।ফোংজবা ফংবসি জাতিগী ওইনা অরাংপা অমা মেনশিল্লে হায়না লৌজে। হীরম অসোমদদি হন্দক্কী অসিনা অহানবনি হায়না লৌজে। অহানবা ওইবগী হৌনবা অরাং-অপা অমসুং হেন্দোক হেজিন্নচিংবা খন্না য়াওরম্বসু য়াই। মহু পুন্নমক লেখক মশামক্কী মথংগী সংস্করণদা অমসুং অতে মায়কৈ অসোমদা চঙবীনিংংলিবশিংগী পুক্নীং লৌশিং ওইহৌবগী মায়কৈদা কান্নগনি লৌজে।

ফোংজরিবা লাইরিক অসিগী তোপতোপ্পা অমদি খুদম পীরকপা অয়াম্বদা অরিবা লাইরিক্কুগী রাহে রাতা লৌথোক্নুনা হাপ্পীবা অসিনি। মসিনা অর্থবু খঙহনবদা নত্তনা থায়নগী লোন্দাদা

ৱাহৈ অসিগী মশীজিম অচু তশেংনা উবিবা ওমগনি। অসিগুম্বা মহোৎন অসিগী মতাংদসু লেখক মশামক্কী ৱাহৌদোক অমসু লাইরিক অসিদা য়াওরি। অতুগা মরু ওইবা ৱাফম অমনা হৌজিমক ঐখোয়না বাংলা ময়েক্কী মশীং পুম্নমক লৌশিল্লবসু অরিবা মণিপুরী লোন্দা করম্বা ময়েক্কা কমদৌনা য়াওবা অমসুং খন্না অমনা ইয়াও য়াওন্নমদবগে হায়বতুগী তশেংবা মশক অমসু থেংনবীগনি। ৱাহৈগী মতাংদদি সংস্কৃতিগী য়াওনগা লোয়নবা ওইবনা অমসুং শীজিন্নরিবা ময়েক অসিমক্তদসু অরিবা সাহিত্যগী লাইরিক কয়া য়াওবনা সংস্কৃত ৱাহৈগা নকশিন্নবা পুম্নমক লৌথোকপা হায়বা অতুমদি লেখক্না তৌগ্রে হায়বসু উজে।

অসিগুম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী অন্নাৎপা অসি মেনশিনবীবগীদমক শ্রীখেলচন্দ্র সিংহবু থাগচ্চরি। থোইদোক্লসু মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফোঙজগে হায়জক্লবদা হন্নাওনা য়া।বীরকপগীদমক অমসুং লাইরিক অসি নম্বদা প্রুফনচিংবা লৌবগী দায়ীত্ব পুম্নমক লৌবীবগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসিনা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যবু থিজিনবা অমসুং খঙজিন্নবা হোৎনবগী মায়কৈদা খরদং ওইরবসু মতেং ওইরবদি ফোঙজরিবা অসিগী মহৈ য়াল্লে হায়না খল্লগনি।

ইম্ফাল

তাং ৬।৩।৭৮ ইং

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ
সেক্রেটরী—
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল।

# অরিবা মণিপুরগী লোনগৈ

মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বা অরিবা লাইরিক নৈনবদা ইবম্লিবা লোন্দা পুদা অহু য়ামনা লিমনখিহ্না খঙবদা ৱানা থোকই। অসিগুম্বা লোন্দা পুদা অসি হৌজিক চংনরিবা ঙাঙনরিবা অমদি ইনরিবা লোন্দাগা খেন্নবা য়ামনা য়াওই। মৈতৈগী অরিবা সাহিত্য অমদি ইতিহাস নৈনবা তাৱবদি অসিগুম্বা অরিবা ৱাহৈ অসি ঙাইফদনা খঙদবা য়াদে করম তৌরগা অরিবা ৱাহৈশিং অসি খঙবদা খুদোং চাগদগে হায়না খল্লহ্না "অরিবা মণিপুরী লোনগৈ" কৌবা লাইরিক অসি ইজবনি। লাইরিক অসি ছাপা নমত্রিঙৈদা নোংগাথ্রবা ঐগী ওঝা ৺মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, সনা কোম্বুং পণ্ডিত অচৌবা, মোইরাং নিংথৌ, সাহিত্য রত্ন অমসুঙ ৺থোঙাম মাধব সিংহ সনা কোম্বুং পণ্ডিত ওইবিরম্বা, গবেষণা ভূষণ অনীনা পাবিহ্না য়েংবিরগা অচুম অরান কয়া শেম্বিরম্মী অমসুঙ তাকপিরম্মী। মহুগীদমক লাই ওইথ্রবা ঐগী ওঝা ইবুংঙো অনীগী মফমদা হন্না হন্না খুরুমজরি। অহুগা ঐনা খঙদবা কয়া তাকপিরম্বা লৈখিত্রবা ওঝা ৺নামৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা, গবেষনা ভূষণ, ৺খারাইবম ওঝা দেবসিংহ, হৌজিক পণ্ডিত অচৌবা ওইরিবা, থুমল্লম য়াইমা সিংহ গবেষনা ভূষণ অমসুং লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা ইতেং পাংবিখিবা ওঝাশিং অমদি মল্লাপ মপাং অতৈবুসু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

মণিপুরগী কাচিন কোয়া কয়াদা অমদি মণিপুরগা তাইনবা অনসুঙ নকুবা লম ব্রহ্মদেশ, আসাম, ত্রিপুরা, বাঙ্গলা দেশনচিংবদা তাখিবা মৈতৈশিংদগী ফংবা মৈতৈ চেদা অমদি আগরপারুচিংবদা ইবা

অমম্নুঙ মৈতৈগী শাগৈ শাগৈগী য়ুমজঙবা য়ুমদাবা মৈহৌবরোন ইবদা শীজিন্নবা ময়েক্তি মৈতৈ ময়েকনি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা নত্তনা থায়না পাল্লগ্না মৈতৈশিংনা নুংদা ইন্থনা থম্লম্বশিং অহুম্ন হায়রিবা ময়েক অসিদা ইবনা নমই। নিংথৌরোল কয়াগী হাক্তক্তগী হৌন্থনা হৌজিক কাওবদা সনা কোম্বুংগী পণ্ডিত লোয়শঙনা চৈথারোল কুম্বাবনচিংবা ইবদা শীজিন্নরিবা মৈতৈ ময়েক অসি অঞ্জিগা থাবগা ময়েক কুম্থ্রাতন্নাকনি। মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা (খৃঃ১৮৫০-৮৬) মণিপুরদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লৈরম্বা মিষ্টর জি,এইচ, ডামাণ্টনা মণিপুরী (মৈতৈ) ময়েক খৃঃ ১৮৭৭ ইংদা এসিযাটিক সোসাইটি, বেঙ্গলগী জর্ণেলদা ফোঙথি। মহুগী ফোটো কোপী মখাদা উচ্চরি।

## মণিপুরগী ময়েক কুম্থ্রামগা

Journal Asi Soc Bangl Pt I for 1877

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| k | kh | g | gh | [illegible] |
| ch | hh | j | jh | h |
| t | th | d | dh | n |
| t | th | d | dh | n |
| p | pl | [illegible] | bh | [illegible] |
| a | [illegible] | r | l | [illegible] |
| s | s | sh | h | ksh |

মৈতৈ ময়েক্কা ইবা মথক্কী অসিগী বাঙ্গালা ময়েক্কা ইথোকপা ঃ—

হায়া হে হে লীকলাই ও ॥ ঈপুংথৌ নোংথৌরেন্ পুমাপা-ও ॥ লাইরেন মৈতেংঙু ॥ থোংনাং মায়াম্পাকি ॥ তুপী থায়াঙ্ মাথৌমন্ ॥ লাইরেন চুঙ্সেন্ মারান্ওন্ ॥ ঔরা তেংকোন তরা চাইনা ॥ সেনপী সোংস্মুক লোইখোম নোংকিপু ॥ হায়া রাউনা সৈথিরক্কে ॥ লাইরেন মাপা মৈতেংঙু তুপী চাবাইরোংপা ॥ খোইযম ল ইমিংথেংপু সৈওনপা ॥ সেনপী তেথাউ লানথাপা ॥ হেবেন লোনলোই থাফাপ'না ॥ ফম্মে'ই ফম ॥ ফনলাংনৈ তোংঙৈ ॥ ঔরা সেনচঙ্না পোইরৈ পাইচঙ্ননা ॥ মামোম্ তম্বা রাংঙমলোন ॥ চকপা মাখাউ ঙমপীপু ॥ খামাবন মাঙোন্তা-॥ কাওচানাঙৈকিপু ॥ হায়া রাউনা সৈথিরক্কে ॥০॥ 'ঔরা তোওতোই নিংথৌ পাউমেন্থিএ ॥ ইতাইরেম সেনপী মায়াংকোও লৌসিংপা ঔরা তুংলাচা লৌসিংপা অনীমা-ও ॥ নাপীঙাতী ॥ পোইরৈ তমতা তারুও ॥

মণিপুরগী সনা কোন্নুংগী পণ্ডিত ওঝা সরং পণ্ডিতনা ইবিরম্বনি হায়না ডাক্তর জিঃ এঃ গ্রিয়ারসন্না সম্পাদন্ তৌবা কলিকাতাদা ১৯০৪ দা ফোঙবালিঙ্গুইষ্টিক সর্ভে ওব ইণ্ডিয়া তোলম থ্রি পার্ট থ্রিদাফোঙবা মৈতৈ ময়েক্কী (Meitei Alphabet) ফোঙো মথাদা উচ্চরি।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ka | kha | ga | gha | nga |
| cha | chha | ja | jha | ña |
| ta | tha | da | dha | na |
| ta | tha | da | dha | na |
| pa | pha | ba | bha | ma |
| ya | ra | la | wa or u | |
| sa | sa | sha | ha | ksha |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| kā | ki | kī | ke | ku |
| kū | koi | kai | kau | kao |
| kang | ko | kāng | king | kung |
| keng | kung | kūng | kong | kang |

| | | |
|---|---|---|
| ilpā | u-pa | u |
| ōlpā | aurāipā | ae |
| wōi-pa | yue-pā | wā |

মণিপুরগী মহারাজশিংনা মৈতৈ মযেক ইহুনা য়ুংলম্বা নুং খবগী ফোটো কোপী :—

(১) হৌজিক মণিপুব সেন্ট্রেল ডিষ্ট্রিক্ততা লৈবা **কোম্বোজম লাইরেম্মগী** লাইকোন্দা ( লাই ইংখোন্দা ) লৈবিবা খৃঃ ১৬৯৭ তগী ১৭০৯ ফাওবদা প.ল্লম্বা মৈদিংঙু তুবী চবাইবোংবগী সনা হাক্তক্তা য়ুংলম্বা নুংদা ইবম্বা মৈতৈ মযেক্কী থুযি। লাইবিক ইবিবা নুং আস মতোন্দা ফুট ১ ইঞ্চি ২ পাকই, মথোঙদা ফুট ১ ইঞ্চি ১০ পাকই, য়াংবনা ফুট ::১ য়াংই, থাবনা ইঞ্চি মবি থাই।



(২) রাঙ্গোইগী মনাক থিযাম লৈশংখোংদা যুংবা নুং—

শ্রীপঞ্চযুক্ত মার্জিৎ মহারাজ (খৃঃ ১৮ ৩-১৯) ময়াংঙম্বা মৈতেংগু নোংপোক রাইবং পামহৈবনা শকাব্দ ১৭৪১ (খৃঃ ১৮১৯) থরান থা ১৬ নি পানবদা ময়াং ঙা লৈংহল তোঙবদা যুংলম্বা লাই-বিক ইবা মখাগী নু ... ঙমি লৈপাক্তগী ইঞ্চি ২ ... র ং, ময়ায়রাইদা ইঞ্চ ১১ পাকই, লৈপাক্কা তাইনবা মখোঙদা ... ... লোইবে ই ভুইথবপ তৌই। লাইবিকযেংবা শৃদানন্দ প্রগুত্তম অনীনা ইবন্ননি। মথক্কা পবেং মাপন্দ আসামীগা যান্নবা বাঙলা মযেক্কা ই, মথং পরেং ভন্নকনা মৈতৈ ময়েক ই, মখা ইথং থংবা পবেং অনীনা ... লা ... মৈতৈলোন ই।

(৩) পুলিস লেনগী (তৌভিক ফাষ্ট বাটালিযন মণিপুর রাইফলসকী) মৈবম পাংবদা কালিমাই মন্দিরগী চীংখৈ পাংনা য়ুংলবা নৈতৈ লাইবিক মযেক ইবা নুং অসি শ্রীযুৎ লৈরেন নোংলেন সেপ্রেং মনিকখোম্বা ( নবসিংহ ) মহারাজনা শকাব্দ ১৭৩৫, অহোংশাংবম জয়মা চৈথাবা কুম, ইঙা ২১ নি নোংমাইজিংদা য়ুংলম্বনি ।



লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা মৈনজখিবা লাইরিকশিংগী মিং অমত্তুত খুদম পীবদা পীজিন্নরিবা লাইরিকশিং অহুমী মিংগী অশম্বা মখাদা ইজরি।

| লাইরিক মমিং | অশম্বা মিং |
|---|---|
| অওম্বা পৃম্নমক্কী ফিজেৎ | অঃফি |
| অনোয়রোল | অনোয়ঃ |
| অপোক লমলেন | অপোক |
| অহোঙপূং লাল্লুপান | অঃলাল্লুঃ |
| অহোঙলোন | অহোঙঃ |
| উকাক লাথা | উঃলাঃ |
| উত্তরকাণ্ড রামায়ণ | উঃ(র.) |
| উমংলোন | উঃ |
| একাদশী পঞ্চালা | এঃপাঃ |
| ঔগ্রী | ঔঃ |
| ঔরা ঙম্বা | ঔঃঙম্বা |
| কংলা হৌবা | কংঃহৌঃ |
| কংলৈরোন | কংলৈঃ |
| কাইবরোন | কাইবরোন |
| কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ড (রামায়ণ) | কিঃ(রাঃ) |
| কুমদমশৈ | কুমদমশৈ |
| কোনথৌজম নোংকারোন | কোঃনোংকাঃ |
| কোনয়াং থাবা | কোঃথাঃ |
| কৌক্রুলোন | কৌঃলোঃ |
| খম্মোই য়াম্মোই | খঃয়াম্মোই |
| খাগেম্বা য়ুমলেপ | খাঃয়ুমঃ |
| খাহ ওম্বা | খাঃওম্বা |
| খুন্নুং থিরেন | খুঃথিরেন |
| খুন্নুং থিরেন লায়াৎ | খুঃথিঃলাঃ |
| খুন্নুং থিরেন লায়াৎ অরিবা | খুঃথিঃলাঃঅঃ |
| খুন্নুংলোন | খুঃলোনঃ |
| খুন্নুং লিচৎ শাজৎ | খুঃলিঃশাঃ |
| খুমন কংলৈরোন | খুঃকংলৈ |

| লাইরিক মমিং | অশম্বা মমিং |
|---|---|
| খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা | খুঃনিংলম্বুঃ |
| খোইজু লমওক | খোই লমঃ |
| খোংজোম মুপী নোংকারোন | খোংঃনোংকাঃ |
| গম্ভীর সিং নোংগাবা | গঃনোংঃ |
| গোবিন্দ নিরুপণ | গোঃনিঃ |
| চরাইরোংবা খুনগুম | চঃখুনঃ |
| চাদ লাইহুই | চাঃলাইঃ |
| চায়নরোল | চায়ঃ |
| চৈংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা | চৈংথং গঙ্গা |
| চৈংথংখোম্বা শাগু ফাবা | চৈংথং শাঃফাবা |
| চৈংলোন লাইহুই | চৈংঃলাইঃ |
| চুপশারেন | চুপাঃ |
| চেংলৈরোন | চেংলৈঃ |
| চৈথারোন কুম্বাবা | চৈঃকুম্বাঃ |
| চোথে থাংরাই পাখংবা | চোঃথাংঃপাঃ |
| জিলা চঙবা | জিঃচঙঃ |
| তখেন ওম্বা | তঃঙঃ |
| কাংগ্রু লমলেন | কাংঃলমঃ |
| তুদৌরোন | তুদৌ |
| তুতেংলোন | তুতেং |
| তোরৈরোন | তোরৈঃ |
| থরান থাবা হিরান | থঃথাঃহিঃ |
| থাঙ্গা ঈরাংলোন চীঙ্গোইবা | থাঙ্গা ঈঃচীংঃ |
| থাডলোন থাডচৎ | থাডঃচৎ |
| থারোন | থা |
| থিরেন চীন্দুম্বী | থিরেন চীন্ |
| থিরেন মৈরম লীবা | থিরেনঃমৈঃলীঃ |
| থেংগোরোন | থেংগো |

| লাইরিক মমিং | অশম্বা মিং | লাইরিক মমিং | অশম্বা মিং |
| --- | --- | --- | --- |
| শগুলোন | শগুলোন | সনা লমলেমন্না | সঃলমঃ |
| শমশোক গুম্বা | শমঃঙঃ | সনামহী তেংথা লাইশোন | সঃতেংঃলাঃ |
| শল্কাও | শলকাও | সনামহী লাইকন | সনাঃলাইঃ |
| শলাই থৌনিরোল | শঃথৌনিঃ | সনামহী লাইহুই | স.লাই. |
| শাকোক লমলেন | শা লমঃ | সবোংথাইবম লোন | সঃলোনঃ |
| শাকোক ল'ইরমলেন | শাঃলাই. | সৌবোন য়াইরেন | সৌ য়াইঃ |
| শী.খন লাংথৈ | শীং.লাং. | হিজন হিরাউ | হি.হিঃ |
| সনা মনিক | সঃমঃ | হেঞ্জু নাহা | হেঞ্জ |
| সনা লমওং | সনাঃলম. | য়ুমজাউ লাইরেম্মগী কায়াৎ | য়ুমঃলাঃকাঃ |

কাবগুম্বা অশোয-অঙাম য়াওরমত্তুনা তাকপিনব্রুবদি মথংগী খূৎনমদা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি।

লাইরিক অসি ফোঙবগী অরুম্বা শরুক পু ব্রিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী অশীন-অবাও তৌবিরিবাশিংবুস্থ তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

তাং. ৩। ৩। ৭৮ ইং.
ফাইরেন ২৪ নি পানবা, ঈরাই

নি থৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
না থৌখোংজম লৈকাই, উরিপোক,
ইম্ফাল।

| লাইরিক মমিং | অশম্বা মমিং |
| --- | --- |
| থৌদৌ মশিন | থোঃমশিন |
| দাতা কর্ণ | দাঃকঃ |
| ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা | ধঃলাঃনীংঃ |
| নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা | নাঃফঃকাঃ |
| নাহৈরোন | নাহৈঃ |
| নিংথৌ ফি শাবা | নিংঃশা |
| নিংথৌরোন | নিংথৌরোন |
| নিংথৌরোন লম্বুবা | নিংঃলম্বুঃ |
| নুমিৎ কাপ্পা | নুঃকাঃ |
| নুংলোন অচৌবা | নুংঃঅচৌঃ |
| নোংদোন লাংবুম | নোংঃলাংঃ |
| নোংমাইজিং চীঙ্গোইবা | নোংঃচীঙ্গোইঃ |
| নোংলাউ ঈশৈ | নোংঃঈঃ |
| নোংশামৈ | নোং |
| নোংসাপা লাইহুই | নোংঃলাইঃ |
| পরীক্ষিত সর্প যজ্ঞ | পঃসঃযজ্ঞঃ |
| পাখংবা নোংগারোন | পাঃনোংঃ |
| পাখংবা নাউয়োম | পাঃনাউঃ |
| পাখংবা ফম্বাল | পাঃফঃ |
| পাখংবা ফানখোঙ | পাঃফানঃ |
| পাখংবা লাইহুই | পাঃলাইঃ |
| পাখংবা লাংয়েনশৈ | পাঃলাংয়েন |
| পাম্হোইবী খোঙ্গুন | পাঃখোঃ |
| পাম্হোইবী নাহেরোল | পাঃনাহেঃ |
| পুদিন | পুদিন |
| পুরারী | পুরারী |
| পেল্লোন তেংথা | পেনঃতেংথাঃ |
| পোইরৈতোন খুম্হোকপা | পোঃখুম্হোকঃ |
| পোং নিং | পোং নিং |
| পোম্বীরোন শেকনীং | পোঃশেকঃ |
| পোম্বী লুরাউবা | পোঃলুঃ |
| ফমগী মিংগৌ | ফমঃমিংঃ |
| ফমলোন | ফমঃ |
| ফম্বাল্লোন | ফম্বাল |
| ফৌওইবী রারোন | ফৌঃরাঃ |
| ফেকৌরোন | ফৌ কোঃ |
| বিরাট পর্ব্ব মহাভারত | বিঃ(মহা) |
| বীরসিংহ | বীঃ |
| মথুরা বিরহ | মঃবিঃ |
| মশিন | মশিন |
| মহাদেব লৈহেকলোন | মঃলৈঃ |
| ময়াং ঙম্বা | মঃঙম্বাঃ |
| মিকৌরোন | মিকৌঃ |
| মিয়াৎ | মিঃ |
| মৈগী তেংথা | মৈঃতেংথাঃ |
| মোইরাং নিংথৌরোন লম্বুবা | মোইঃনিংঃলম্বুঃ |
| মোইরাং য়ুমকোকলোন | মোঃয়ুমকোকঃ |
| লঙ্কা কাণ্ড রামায়ণ | ল (রা) |
| লাইকাও | লাঃকাঃ |
| লাংগোই শগোল থাবা | লাংঃশঃথাঃ |
| লাংলোন | লাংলোন |
| লানফা লমওক | লাঃলমওক |
| লুরাংলোন খোঙ্গুন | লুঃখোঃ |
| লৈকাই মরিগী লায়াৎ | লৈঃমঃলায়াৎঃ |
| লৈকোই চিকংলেন | লৈঃচিঃ |
| লৈচিল্লোন | লৈচিনঃ |
| লৈমরেল নাউয়োম | লৈঃনাউঃ |
| লৈরোল | লৈরোল |
| লোইয়ুম্বা লাইখাই | লোইঃলাইঃ |
| লোইয়ুম্বা শিনয়েন | লোঃশিনয়েন |
| লৌতা ঈশৈ | লৌঃঈঃ |
| শঙ্গাই ফম্মাং | শঙঃফঃ |

# অরিবা মণিপুরী লোন্‌গী

## অ

**অ,** মৈতৈ ময়েককী কুপ্পন্নরক শুবা ময়েক। ময়েক অসিদা ভোঙান ভোঙানবা চৈঙপ হাপচিন্নগা স্বর ময়েক অতৈ অতৈ শেম্বা য়াই।

**অওঙ্, অউন,** চম্ম নিঙোন খাজবদা পীবা পোং, অউনপোং "অওঙ অউনগা কৈকন শন্নুং শনসেন নাউরোই অপকমা পূমনা লোইরবদা—অয় মন্নী-শিন কাওরেন শনক্ হোই শেরী শেঙাউ কাপং কিমু মুংকি লৈরুম কানা হাপনা"—রাঃ কঃ কাঃ

**অকন মীপোকপা,** খোনা কবা, মরীন লৈবা।

**অকাও,** খেংগোরোন অমগী মিং "অকাও খেংগোনা খন্নবগি ভা চাক হোঙেঙ।"—খেংগোঃ।

**অ'ক পূকনীং চঙবা,** পূকনীংদা অকিবা পোকপা, "যোমন্ন পূকনীং অকি চঙ পায়মা দুসা মপী হোন্না" ধঃ লাঃ নীংঃ।

**অকুইবা,** অশা'বা।

**অকো,** মৈদিংঙু নাউকংবগী চাক্‌ক্তা (খৃঃ ৪২৮-৫১৮) লৈরম্বা কিশাহনবা অমগী মিং, মহাকনা ভুবী লাইয়েন মখউন হরবগী ময়েক য়েংলগা নিংথৌকি শাবা হো-দোকখি।

**অখম (অখম) মীপোকপা,** অখোবা, খোনা কবা, খনগৎলবা, অকবা মী, "তরুম পোইরৈ অখম মী-পোকপা অখৌ-লাংগোনবশিংও লগান ইমোম য়াং-ঙমলোন চকপা মখাও ওয়ীবু ওবা সনা কম্বান্নাংবগী ঈভা লোখোং থৈওম সনা কম্বাল লেপহন্নমা থৈখরে হায়রে"—শন্নঃ ঙঃ।

**অখম্বা,** অরোইবা, অকোনবা, ইকোন কোনবা।

**অখুবা,** অপিকপা, পাক্কবা, অচপ্পা, লাওবা, "ঙসি কোরৌ ছুমিংমমু নাউবা অখুবা ভপ মতীক চক্খোনবা খোইয়ম মশানওন অরেন্ননা অঙাং মশক ওইরবা অমমু শরীক নঙগী লাইখমুংথা লৈবনে"—বীঃ পঃ।

**অখুবী,** অচানবী।

**অখৈবা,** অরোইবা, অখেংবা।

**অখোম অচাই,** শা লান কায়রবদা খোমজিন্নবা শাবা খেংগোরোন অমগী মিং।

**অঙনবা,** অরাংবা, মতিক মঙন লৈবা, মতিক চাউবা

**অঙম্বা,** কম্নাইবা।

**অঙমঅখৌ,** অচৌ অশাং।

**অঙল্লা,** ঙম্না হোৎবা।

**অংগো,** অঙাং অপিকপা, "মপারি অংগো নাউবা অপিশা অনীমাপু শন্নাংভোনগা নান্না য়াহমখিরে"—ঊঃ (রাঃ)।

**অঙক অঙাও হৌ শিকপ শিকাই হোৎবা,** ঙাও কৈবা, জ্ঞান ঙাদবা, "অঙক অঙাও হৌ শিকপ শিকাই হৌরবমু মমাইবা ভম্পাক লৈগৌ মাই লংমাই লৈগৌ মাইবীনা ভাইরেন লোংবা লোনা লাইজা খিককেন চাউরবদা"—নাহৈঃ।

**অঙাং,** নাউবা, চহী য়ামদ্রিবা, সনা মতৈ, লৈমা মতৈ-নচিংবদা ভাদা মামা খুবামচিংবা কৌবগী মমৈদা হাপ্পা য়াহে।

**অঙাং নাউরা অপঙবা,** পঙলিবা অঙাং, লৌশিং মপুং কাদ্রিবা নাহা।

**অঙান,** মমদবা, অঙানবা "ভাইবঙপানবনা খঙবা ঙমদবা কোরৌ নোং লৈত য়ালেম লৈ লৈতরিঙৈ অময় অঙান ওইরিবা"—সনাঃ লাইঃ।

**অঙান ভাংলৌ,** দুংখিনগী মতম, "অঙান ভাংলৌ খেঙলবদা পোইরৈ পূন্নমক্তি মরান লোনন্নিমমায়দা হলমাইখিরে হায়দবরা?"—সনাঃ লাইঃ।

**অঙানবা,** দুখিং, য়োয়মন্নাই ভাউদনবা, মমদবা।

**অঙানবনা খোঙলেন খমাখবা,** দুমিং ভাখিবা অহিং চঙলকপা, "ঙাওোই লৈমাবনা হোরেল অঙান-বনা খোঙলেন খমখিরবদা কোরৌ দুমিদাংদা"—মোইঃ মিংঃ লন্নঃ।

**অঙোম,** য়েক শলাই অমা, "বাংমা ভাবা নিংথৌ ভরামক্তি অঙোম শলাইনে।"—কয়ঃ।

**অঙৌ পাজবা, (অঙৌ পাম্বা),** অঙোম নিংথৌ "অঙৌপানবা ক্যাম্বমা উরেকসেক চাসংবা চিনবষু মৈ-ভৈরৈমা চংনিংকাবীনা নমুম অঙোমদি চিন্দষনে হায়না খুমখিরে"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**অঙৌবা,** অঙোম, মচু ভোরোক ঙৌবা।

**অঙৌবা চম্বু,** অঙোম নিঙেঙান, "মশানৌ নোংথালোন অঙৌবা চম্বুদি মালেম চীং লৈপাকপু তল্লা চাওই য়াম্না অৰা হকচোক লাংলবগী"—সনাঃ লাইঃ।

**অঙৌবা নোংনিংথৌ,** অঙোম নিংথৌ, "অঙৌবা নোং নিংথৌশূ আতা কোংয়াম্বা চম্বু সনা লাংবকোই কয়াং চায়া মিংথোং কৰী"—চাঃ লাইঃ।

**অঙৌবা লোংনা তাবা,** শিবা, "অঙৌবা লোংনদি য়াতাভনা ঈঙাঙ পাকতকনা ঈমু পামকেয়রমলে"—হেল্লুঃ।

**অচঙবা,** অহিংবা।

**অচঙ অশি লুংবা,** পোকপা শিবা নোংম্বা, "নমু ফমফম শীন্বা ভাইপঙ্ অচঙ অশি লুংবা শরুক লৌতম হুনপা"—কোম্বোঃ নোংকাঃ।

**অচ্ম্বা,** কম অমা।

**অচ্ম্বী,** কম অমা।

**অচাউরম কাবা,** চাউজনীংবা, আশা চাউবা।

**অচাউ পাইবু লোনবা,** অচৌবা, "যুধক তল্লা শাংবা অচাউ পাইবু লোনবা লিনশিংবু বজ্র মৈ চঙনা নোংমরে"—পঃ সঃ বজ্র।

**অচাউ লেপফাবা,** শারেপ কাবা, মপুং মরৈ কাবা, চাউরক শাংলকপা, "নপারি অচাউ লেপকাদ্রিবা পম্বৌ ইপা খঙদবা"—উঃ (রাঃ)।

**অচাউ লেপফাবা শাংসু ভমতমলবা,** কাংদোং কানা চাউরবা, চাউরক শাংলকলবা "হয়েং নঙনা অচাউ লেপকায়া শাংসু ভমতমলা"— চোঃ থাঃ পাঃ।

**অচিৎ,** লাংবন থা "লোইদাম অচিং লাংবন থা-ও কৌবদি কদোনোংগীনো ?"—থাঃ।

**অচিবা,** অথোইবা, মকোক ওইবা, অহেনবা।

**অচুলৈ,** নোংদা খাঙবা লৈ।

**অচেৎপা,** অরুবা, মৰু ওইবা, কোকবা।

**অচেন থংলৈ হৌবা,** য়ামনা থুনা কন্না চেনবা "ঈহুং শোয়ায়মদা অচেন থংলৈ হৌনা লাইরেন সনা মথোঙ থাবু ইন্নারকএ"—নিঃ লক্ষ্ম।

**অচেন থংলৈয়াঙবা,** য়ামনা থুনা চেন্না চেন্না, "চেংলৌ শক উনিংবগী অচেন থংলৈ য়াঙনা খুবোম শিংকাই হৌ য়াংলৌ লম কৈতুনা চেয়রকপবু"—উঃ (রাঃ)

**অচেন লোকলৈ হৌনা হলরাইরকপা,** চেন্না চেন্না হল্লকপা "মরোয় শোঙাইয়াবনা অচেন লোকলৈ হৌনা হলরাইরকএ"—চাঃ লাইঃ।

**অচেন লোকলৈ হৌবা,** চেনবা, লমজেন চেনবা।

**অচেন লোকলৈ হৌ লোকলৌ খুদোল ফুনা,** চেন্না চেন্না "মৈদিংঙু মদাইরেম নোংবান কদেম শোয়শেনবদি অচেন লোকলৈ হৌ, লোকলৌ খুদোল ফুনা পোইরৈ য়ুমলক চঙকলে।"—নাঃ কঃ কাঃ।

**অচেন কোংলৈ,** লমজেন য়াঙবা।

**অতৎ অৱান থা,** থৱান থা, "ভৎনা ৱান্না খাঙলম্মে অতুনোংগীবু লোইতাম অতৎ অৱান থা-ও তৌনা কৌএ"—থাঃ।

**অতম মাইবা,** ভনবা।

**অতাই,** লাইশোন অমগী মিং।

**অতান,** থেংগোয়োন অমা।

**অতাম্বা,** অরাপ্পা, অথাপ্পা, "মীরৈপাক অতাম্বা খুদং অথাপ্পা করম্বদা পাণ্ডব মঙামক......চেংলৌ শক ভনরবদি"—বিঃ পঃ (মহাঃ)।

**অতাম শোয়শেনবা,** লম অরাপ্পা শোয় চাবা, হুং-বান চম্বু কোয়ো গোংজোমম্বুবী থোযনৌ মতা তরুকী মাঙ্গা মৰা ওইবা নিপা তরুক।

**অতিংকোক,** লাই অমা, করি অমতা লৈতবা, "অতিংকোক গুরু শিদবা নঙনা স্বর্গীং স্নমেরু ওইরো ওইরে"—নূঃ অচোঃ।

**অতিংঙা,** অতিয়া।

**লৈরাং অতিংঙা,** করিস্নু কারদবা, অয়েখা।

**অতিং পুকনীং লেপ্তবী,** পুকচেল লেপ্তবী।

**অতিয়া,** কোয়ো, লৈপাক শেম্বা লাই অমগী মিং, "অতিয়ানা তাউরোইনাই শিদবা কৌনা ঈশিংদা তাউরে"—নূঃ অচোঃ।

**অতিয়া গুরু,** লাই অমা।

**অতিং পুক্নীং পাজমদবী,** পুকচেল লেপ্তবী।

**অতিং পুক্নীং লেপ্তবী,** পুকচেল লেপ্তবী।

**অতেংবা,** অরোইবা, কজবা নীংথিজবা।

**অতেংবী,** কজবী, নীংথিজবী, অথোইবী "হৈয়েমচা নূরা অতেংবী"—চায়ঃ।

**অতেবা,** মপূক ঈংবা, শাউগনদবা, অতঙ্গা।

**অতৈবা**. কত্তবা, মপুক মাংবা, পুকশেৎথবা, অতোপ্পা।

**অতোৎপা**, অশিবা (শেল্লোয় লংমাইনা হায়নবা), "মমিম শেল্লোয়না মাহায়না লংমাইনা মিকোৎমা অশি-বমুদি অতোৎপা, হল্লকপবুদি তেরকপা তৌনা কৌএ।"—মাঃ কঃ কাঃ।

**অতোন তাবা**, অমাবা নংবা, অমাবা তাবা "ইপুংমায় অসিবু মরান অতোন তাবনা য়ামশিল্লকউেনে।" —উঃ (রাঃ)।

**অতোন লোংয়ায়**, অদোন নোংয়ায়, খুমন।

**অথা কায়বা**, তথাং তশোইবা, ইকিং কিংগৎপা, থবক মরোঙ মরোঙ শুবা।

**অথিদি খিবিগম্মু** মাখি মায়েন নাইবিগ মু।

**অথুল্পা**, অরোনবা, অরুবা।

**অথোইবী**, অহেনবী।

**অথৌ**, থৌশাবোন অমা, মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহারাজনা খেবু চীংদা শাখিবা থৌশাবোন, শাক্বা লানকাদ্রিবা মীনা নত্রগা মি'থৌগী সনা য়াখং কংবা মীনা থৌশাবোন অসি শাবদা শামী লানমী নেংহৈদে, থৌ অসি শাবদা শৌ উচেকখোঙনা হল্লি, চু' লেংজুমদগী হাইখনা পুই।

**অথৌ থৌশিশাং**, অকল অথৌ।

**অথৌ থৌশিশাংবা তেংথানবা**, অকল অথৌনি হায়না শীংথানবা।

**অথৌ লাংগোনবা**, থৌনা কবা "ইদাইবেম থম্নুং অথৌ লিচা হেপ্পশিঙ অথম মীপোকপা অথৌ লাংগোনববু কবা লৈবনো?"—পোঃ লুঃ।

**অথৌ লিচা হেপ্পা**, অথৌবা, লান্দা থৌবা, শিবা কিদবা, "মহাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পা মাংঙম থমাং কোন্দাইলোনবশিংদা মাহমখিএ।"—শমুঃ ঙঃ। "বিরাট নিংথৌগী তম্মা চাকথোংবনে হায়না সুশর্ম পাংগল ইপাতাম্বা ঐগা ছুরেন লান শোক্লবা অসিবু অথৌ লিচা হেপ্পা পাংগল মপা তাম্বা কয়মনো?"—বিঃ পঃ (মহাঃ)।

**অদু লোংগী**, মরম অদুগী।

**অদুমুক্ত মদোমদে**, অদুংসু নত্তে, অদুনমু লোইবা নত্তে, অত্তে লৈরি, "মশানৌ লক্ষ্মণ তেলহৈবসুঙ লানমী তেংগোল তন্ত্রকমামুঙ লুবকুশ অনীমকী শমু মথুংশাক্কা লোমন্নে, অদুমুক্ত মদোমদে।" উঃ (রাঃ)।

**অদোন**, **অদোল**, নোংয়ায়, খুমন নিপা, খুমন মচা।

**অদোন নোংয়ায়**, খুমন নিপা, খুমন মচা।

**অনং কিহাইরোয়**, মথোঙ য়াঙবা খোঙুলোয়, "মৈদিংঙু মহাইরেম মচেঙ কাইরৈ য়েনহোইরোয় অনং কিহাইরোয়শিংবু থৌশীখিএ।"—মাঃ কঃ কাঃ।

**অগ্নি**, লাইরিক ইবগী অহোবদা মৈতৈনা ইনবা মরেক।

**অগ্নি লাইয়ুম য়েকপা**, লাইরিক ইবা।

**অগ্নি লৈমা শীংজাখোম্বী**, লাইরিক লৈমা মহৈগী মবেম্মা, সরস্বতী।

**অনম্বা কোকপা**, কোকথোক চামথোকপা, প্রায়শ্চিত্ত তৌবা, "পুয়াম নিপা অমনা কমদোম নুপী অমগা শামুশঙদা ঙংনরম্মে হায়দুনা অনম্বা কোকএ।" চৈঃ কুম্বাঃ।

**অনান**, চীংমী কাঙলুপ অমা, "তন্নানি কাকমান্নাদা কৈ কাবা অনান গাও মাপনবু পরিকি থুম জাম পীএ"। —চৈঃ কুম্বাঃ।

**অনাম শঙ** লোয়শঙ অমা "অনাম শঙনা কৈথেন্দা কি পুথোক্লনা লানমীনা মৈ থায়"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**অনা লাইপোৎ কাবা**, য়ামনা কন্না নাবা, "পল্লেম-পীশোল্লে শম্মো পাশোল্লে, অনা লাইপোৎ কায়বদা অসাইঙৈগী লানশোকবাদি হৈরেম মপাচা খুল্লান ময়েল্লবু ঈকাই শেনগোইবগী পাত্তাক্লনা অমা লাইরম খঙদরে হায়দবরা?"—চাগঃ।

**অনা লাইরম খঙদবা**, লায়পু শলাই খঙদবা, লায়না অসিনা নাবনি হায়কম খঙদবা।

**অনৌ**, অনৌবা।

**অনৌ খিংলিংতেনা**, অমুক নৌবা, হেঙিল্লকপা, নোহোনবা।

**অনৌবা**, হাল্লগী মথক্কা অমুক্কা হন্না, অমুক্কা।

**অপকঙা**, থৌরানমিচাক।

**অপাইবা**, অচেনবা (মোইরাংনা হায়নবা), "মোইরাংনা মিকৌনবদি অচেনববু অপাইবা-ও কৌএ"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ। অথৎপা, আতয়াদা য়াঙনা চৎপা।

**অপাও**, থাবম পানা, "অপাওচা থাবম থমববু তেকপী ওকপূক কাংঙনা শরেন পুমনা লুকখোংনৈএ"—চাঃ লাইঃ।

**অপাল অপিল**, থোইদোকপা।

**অপানবা**, অক্লবা, অক্ল অহেন, নিংথৌ অপানবা—মৈতৈ নিংথৌ।

**অপানৃবা শাগৈ**, সনা নুপানচিংবা অপানবা পোচৈ।

**অপাবা**, খাদবা, অয়নবা।

**অপাম**, অপাম্বা।

**অপাম চেংলৌ মিংথিংপা**, অপাম্বা পোং উবা, মিংনা য়েংবদা য়াম্না পাম্বা।

**অপাম পূকনীং চঙবা**, খোয়দাবা, থবায় ভাম্বা, থবায়না পাম্বা, "অশৈ লিওং শকপবু নশানৌ ঐনা অপাম পূকনীং চঙেঙ"—ধঃ লাঃ নীং।

**অপাম্বী**, নিংথৌগী নূপী।

**অপাম্বী নাহা**, নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা অমা।

**অপাম্বী অহল**, নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা মহারাণীগী ওমথং।

**অপিশা**, অপিকপা।

**অপোক ঈহুন নোংদম্বা**, পোক্লনবা শীনবিবা, "তাই-বঙ থবায অপকমা পূম্নমকপু কোরৌ নোংজা থূদিং লাংবন কাওবেন শনশেমবগুমনা অপোক ঈহুল নোংদমলিবা লাইযিংথৌ-ও"—পোঃ লুঃ।

**অপোক চাদা**, পোকলকপা মচা, "কোরৌ নোংম-দোনগী অবাং নোং নিংথৌ মচা য়োইরেনবা অপোক চাদা লাইহুই হৌরকপা"—লাং।

**অপোক লিহুই**, খপোক অশি, "লাংবন তৌম্না তৌবিক্ক লাহব ইমু মচেঙ খোমনা থবী শেঙ্গোইরেং অপানবদা সনা তোনৌ হুনবা, তাইবঙ থবায় অপকমা পূম্নমকপু লাংবন কাওবেন শল শেনবগুমনা অপোক লিহুই নোংদম্বা, নমু পোং শেম্বা, থবায় মীপোকপা লাইযিংথৌও"—লাং।

**অপোক লিহুইঙৈ**, পোকলকঙৈ।

**অবোক**, নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা, ইবেনবোক।

**অমং থরৈ কূম্বা**, শিবা।

**অমংবা**, অথনবা, "অথনববু অমংবা-ও কৌএ"—নিঃ লম্বুঃ।

**অমং শীংগুম্বা**, শিবা, "শানৌ নৈহোরো নশাবিথি অমং শীংগুমলে"—হেঙ্গুঃ।

**অমং য়াইথোং কূম্বা**, শিবা।

**অমন কূম্বা**, শিবা।

**অমন থমলৈ কূম্বা**, শিবা, "কৌরব লানমী পূম্নমক্তি দুর্যোধন নিংথৌরেম্নচিংনা অমন থমলৈ কূমলবগুম তাংজা ঈকাই পুনা হলবাইখিরে"—বিঃ পঃ (মহাঃ)।

**অমন থরৈ কূম্বা**, শিবা।

**অমন নোংগা কি**, অশিবদা চেন্নবা কি, খোইমোম নোংলৈমা মথূৎশা কুয়াক হুমদং মানবা কি, "লাইরেন মৈদিংঙুগী থাঙলেন কোমশংনবদা য়াইবী থবায় মাঙবরা থঙঙমদে অমন ঐগী নোংগা কি খোইমোম নোংলৈমা মথূৎশা কুয়াক হুমদং মানথবু লনহোং-থিগে"—সনাঃ লাইঃ।

**অমন নোংগাবা**, শিবা, "মৈদিংঙু লাইরেন উরা কোম্বৌবগী মদাইরেম নোংবান কদেম শোযশেনবা অসিদি অমন নোংগারে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**অমন নোংগা য়াংবা**, শিবা, "যাথং বাপৈ হাযবগী অমন নোংগা যাংলে"—চায়ঃ।

**অমন পিথোম্বা**, অশিবা পোংলেইবা, সংস্কার তৌবা, "পম্মৌ মপা মচা মরিমকপু হযেং কৌবা মনোং শোযরবগা অমম পিথোমবিসে হাযনা মরান ওন্দে-বকলে"—ধঃ লাঃ নীং।

**অমন 'শাওক লম**, অশিবা ওকপা লম।

**অমন শিরাইতমকুমলবা**, শিপদৌববা।

**অমনশিরৈ তেংবা**, শিবা, "অমম শিরৈ তেংলবদা পোহার থুঙ্গা হৌ তযম-নাইজা তিন্না কোবৌ নোংগা লাঙলবদা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**অমন শীকপ্পী রাক তেংথাবী**, অশিবা মীগীদমক তেংথা নাওইবী, শীকপলোন শকপী "মৈদিঙু মদাই-রেম অমন শীকপ্পী রাক তেংথাবী লম্বান 'অশৈবীনা লাইরেন মৈদিংঙু কোরৌ ইনোংখৌ রাংবন ইকা-শা-ও চেংলৌ নঙগী শকপাম্মোঙ পূম্বং লেপ্পান খোঙবু মালেম চিথেক মবিমক্তা খিপঙলরোইএ হাযনা অমন কপনা তেংথাবে"—নাঃ কঃ কাঃ

**অমন শীঙ্গুম্বা**, অশিবগী মরক্তা তিনবা, শিবা।

**অমম য়াইথোঙ কূম্বা**, শিবা, "অমন কয়ম য়াইথোঙ কূমশিবনো"—শমঃ ঙঃ।

**অমম তাঙান**, অমম্বা অমম্বং অঙানবা।

**অমম অঙান শিন্নবা মতম**, নোং ঙানকুং ঙানমুং তৌবা মতম, য়াচঙবা মতম।

**অমম তোনবা নারন শিবা (চনবা)**, হুমিদাং, অহিং ওইবা, "হুমিদাং তাংলৌ নৈনা থেঙ অমম তোনবা নারনশি"—হিঃ হিঃ।

**অমম্বা খোংলেন**, মী শিরগা অশিবগী থবায়না লাজি হায়নবা খোং অমা, বৈতরণী, "অমম্বা খোংলেন য়োঙামলে"—হেঙ্গুঃ।

**অমম লৈশাহনবা**, সনামহী, খোইয়ম অশীবা, "হে ইশাবি অমম লৈশাহনবা-ও গুরুশিংববি খোইয়ম শানওন য়াম্বা লাইনে"—সনাঃ লাইঃ।

**অমরক**, অমুক কয়া "লৈমা নামুন খাম্বীদি নোংয়ায় মপুংয়ায়দা অমরক হলবাইরকলে"—চায়ঃ।

**অমল কুম্বা**, অমন কুম্বদা য়েংশি।

**অমাই**। মাইবা, পণ্ডিত।

**অমাইবা**, লাইতীন ঈরাৎ খৌনি তৌবা মী, পণ্ডিত।

**অম'ইবী**, মাইবী।

**অমাই, লেংতিনবা শগুলেনয়াই**, মাইবা লোয়শঙ।

**অমা তেনা লৈতবা**, খোইদোকপা অতোপ্পা অমা লৈতবা।

**অমা তৈরগদবা**, অমা চোংলগদবা।

**অমু কোইচা য়েকপা**, অমুবনা কোয়না য়েকপা।

**অমেঙবা (অগেঙপা)**, অখোংপা।

**অরংচি**, নিংথৌগী সনা খোংগলদা শীজিন্নবা কোইবগ কোংবা মথোক পানবা পোৎশক অমা, "লোইতাম থাচা পাখংপনা অরংচি ওই"—নোংঃ লাইঃ।

**অরাই (অলাই)**, লীকলা, "অভান মথোঙ হাংদবা অরাই লীকলা ভাকববু অমম শিক্ষা নীকপবুদি উ-ও কোএ।'—নিঃ লম্বু।

**অরাই কংদবা**, অৱাং অপা লৈতবা, মরাং কায়বা।

**অরাই লাংবা**, অৱান অহুই খিবা, "খোইয়ম অরাই লাংবিগনু"—লোঃ ঈঃ।

**অরাই শংকুচেক**, বাহোং, "ভক্ষা লীককোয় খিন্নবা অরাই শংকুচেক হুৰবা থারাম্বা মৈথুরৈ পোনবী কোইজা রেকতৈবা শৌবা তুরৈ ভকুপ য়েকপা বাহোং মৈপুংলৈ চেংলৌ মিংকোয় খোংকববু চেকলা ভুকাং খেৎনা হেনমোইলৈ চোয়নৌ সনা লুহুপ নীংথিবনা তাংজা লুরেন গুয়া কৰাজ চরৈ কিনৌ খোল্লবগা"—মোইঃ নিঃ লম্বুঃ।

**অরাং**, ওয়াং "নমোমশিবু অরাং হুমিদাংনা অচেন লোকলৈ হৌখিরবনে।"—উঃ (থাঃ)।

**অরানবা (অলানপা)**, অকৎপা মরাল লৈবা, "কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকোনবদি অকৎপবুদি অরানবা-ও কোএ।"—মোইঃ নিঃ লম্বুঃ।

**অরাবা**, মৈ, অৱবা, "চকমোম খাবী মৈত্রেং অরাবা"—মৈ তেংবা।

**অরাম**, লৈমা শীজা মচা নতবা, চুংগী মীচম, "নঙগী মনা পীনিংঙাই লৈতরে, অরামগী কিজেৎ চাকচা লোইজরো।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**অরাম তম্পাক শঙ**, যুৱরাজগী শঙাই।

**অরেপ্পা লাইনীং**, মহাক খঙবা, "লাইবু নীংবা লমচত্তি অরেপ্পবু লাইনীং ওইনৈএ......অরেপ্পা হায়বদি মহাক খঙববু কৌএ"—শাঃ লমঃ।

**অরোং অপাঙ**, লাইকম, খাবম পানা।

**অরোন নুং**, লোইঙিংদা লৈবা নোং কাংলগা নোং তানবা ঈরাৎ পূজা তৌনবা লাই ওইবা নুং, "কোবোহনবা লৈবনে, মনাক্তা অরোন নুং লৈবনে।"—চীংঃ লাইঃ।

**অরৌ লংবা**, লাক্চবা, লাকচ খুতুমচনবা, "লোইবী কনানা অকেং খিরদা হেন্না কবম্বনা অরৌ-লংলদনা পাল্লে হায়দবরা?"—মোইঃ নিঃ লম্বুঃ।

**অৱাং কৌবা চীং লুখুম**, কৌব্রু চীং।

**অৱাং কৌব্রু অস্তুপ্পা**, মাথকৈ ঙাকপা (হু'শিংলম ঙাকপা) লাই অমা, "অৱাং কৌব্রু অস্তুপ্পনা নমথাং ওই"—নোংঃ লাইঃ।

**অৱাং থাংরাই পাখং য়োইরেন তোম্পোকপা**, সোরারেন।

**অৱাং থাংরাই য়োইরেনবা**, সোরারেন, কাসা নোংথৌ, থাকপা নিংথৌ পাঙুম্বা।

**অৱাং পাখং য়োইরেনবা**, সোরারেন, "অৱাং পাখং যোইরেনবনা লাইরেন ঙাংঙোই য়োযমোংবা নঙদি মালেম লৌম্নবা খোংলেন লৈয়াংপনিগীনা মোংবা তুখুন ইনংবিগী শমু ননাতোন্দা মালেম লৈনাং পকলিএ।"—তুতেং।

**অৱাং কাল্লৌ লাইমাখোম্বা**, লাইথিংথৌ সনামহী, "মশাবী তাইবং সোরারেনগা মোল্লাং ভপ্তাইথক্তা য়াতানোংদা অৱাং কাল্লৌ লাইমাখোম্বনা হৈরাঙ মচা য়ান তাউজীং মরু পল্লরে"—সনাঃ লাইঃ।

**অৱাং লাইনা পাংবা**, অৱাংলোম পাংতুনা, "অৱাং লাইনা পাংনা তেখৎলকএ"—তুতেংঃ।

**অৱাং লাইনা পাংবা**, অৱাংথংবা মায়পৈ।

**অৱা পোৎথোকপা**, অৱা পোখাবা।

**অৱা মথে লৈতনা**, হায়নঙাই লৈতবা মথে বাহনা।

**অৱা মথে লৈতবা**, হায়নিংঙাই লৈতবা মথে বাবা।

**অৱা লৈথে তাবা**, বাবনা খম থেংবা, বাবজা মতোন লোমলবা।

**অৰা শোংকি চঙবা**, য়ামনা কিবা, তুচুংবা মখৈ কিবা।

**অৰা হকচোক লাংবা**, বাবনা তপ তাবা, বাবা, "অঙোবা চহুদি মালেম চীং লৈপাকপু অৰা চাওই য়ামনা অৰা হকচোক লাংলবগী" সনাঃ লাইঃ।

**অৰা হুইরাং শোন্দনা**, অৰা পোখাবা লৈতনা, অৰা অনা থিদনা, "ওক কোলোয় নয়াথংগীবু মালেম লৈশেম্বা কোয়ৌ নোংহৌবা অৰা হুইরাং শোম্না ইতোম থোনাজবনে"—পোঃ লুঃ।

**অৰা হুইরাং শোম্না**, য়ামনা রাম্না, য়ামনা হুংঙাইতনা, "পরীক্ষিৎ নিংথৌরেনসুঙ অৰা হুইরাং শোম্না য়াং-কোইহৌরে হায়দবরা ?"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**অৰা হুইশোন লাংবা**, বাবা, হকচাং বাবা।

**অশনবা**, ঈশিং অথেনবা, "হয়িঙৈদা লাইজা অথেনব-বদি অশনবা-ও কৌএ। ,লাইজা অশনবদা লাল্লকএ, ইশন ঈঙ্গিথেন-ও থোম্লৈএ।"—পোঃ খুম্বোকঃ।

**অশাই**, ঙসাই।

**অশাউ**, ঈঙা থা, "লোইতাম অশাউ ঈঙা থা-ও কৌবদি কদোনোংগীনো ?", থারোন, "থাদি অশাউ ঈঙাথানে।"—খিঃ মৈঃ নীঃ।

**অশা খাঙঙমদবা**, অশাবগী মৈশা খাঙবা ঙমদবা, "বাংবন অশা খাঙঙমদরবগী ঐদি কোয়ৌ নোংনা য়েংবা শা, মালেম লৈনানীংবা শাবু ওইরগে",—হিঃ হিঃ।

**অশাং লেপতম্ম কাবা**, চাউরক শাংলকলবা।

**অশারাংবা**, হুংশা শাবা নংবা।

**অশি খুরাই**, অশিবগী লাই, যম, "বভ্রুবাহন থাম্বী মৈতান লাগুম্বদি কঞ্জাও মৈরা থোকলকপবু যম অশি খুরাই মহাকনা মীওই লাংওন কনা কনাশিংবু অমন থমলৈ কূমলাইতমদা"—লাং: শঃ থাবা ১১৩।

**অশীং**, কাইরেন থা, "খোইহুম পায়মা মনিংসা মালং য়াইবিরেম্না মালেম তম্পাক লৈনেমথকী থোরায় পূম্নমাসুং মালং য়াইবী চৈয়োম্ননা হমজিল্লকলে হায়বগী হমকপু লোইদাম অশীং কাইরেন থা-ও তৌনা কৌএ।"—থাঃ।

**অশীবা**, লৈশেম্বা লাই অমগী মিং, সনাম্মহী, "অশীবা ঙরুনা মমিং লৈহকলেন য়াশৌবা কৌম্না লৈপাক শেমলে।"—নূংঃ অচৌঃ।

**অগুম্মা**, ঈশিং অরুবা, কম্লাইবা থয়দা কৌনবা মিংগৌ, "খ্বাইরাকপা, য়াইহুমাকপা, কম্বান, পানাগী শঙ-লাকপা মরি, শঙলেন লাকপা মরি, কৈরুংবা অহন মরি, কৈদা হঙবা, হিনাউ হনবা, ফুংগা নাই শঙ-লাকপা হায়রিবা কমশিংসি ওইবা কমনাইবাশংগী মিংগৌ অগুম্মা কৌই। পানা হাজারি মরি, পোৎ-শংবা হঙবা, হীদাক কানবা হঙবা, লৈমনাই হঙবা কমশিং অসি ওইবা কম্লাইবশিংবু মশঙনদি অগুম্মা কৌই, লৈপাক্লদি য়াম্মথোবা কৌই।" কমঃ মিংঃ।

**অশেৎ রাৎপা**, শেৎনবা কি লৈতবা, "চরে কিনা অয়িন তাম মাল্লৌ অশেৎ রাৎ"—খুঃ কংলৈঃ।

**অশৈ**, ঈশৈ "হেপলি মপা খি অশৈ লিওং শকপবু" —খঃ লাঃ নীংঃ।

**অশৈ খোঙক্লেম্নবা**, ঈশৈ শকপা কাংনবা।

**অশৈ খোনমাল্লবা**, চপমান্নবা, পূম্না ঈশৈ শকমিন্নবা, "খুৎনাউ থংমা মৈনা হুংশি শামৈ শেমনা অশৈ খোনমান্নরিবা অসিবু কনানো ?" ঙঃ (রাঃ)।

**অশৈনবা**, শরু শোম্নবা।

**অশৈনবা চহু**, মতিক মগুণ থাহুনা শৈশরুবা নিং-ঙোন, "নোংচুপ মঙাং ঙম্বা চোয়নৌ সনা চুংশেন কোন পূমনা চম্না অশৈনবা চহু"—চেংলৈঃ।

**অশৈনবা পুং**, শরুয়িবা মকম।

**অশৈনবী**, মতিক মগুণ থাহুনা শরুবী, "নোংবাম্নোন শেনবী অকোং চহু অকনা খুনথৈত্তোনবু অশৈনবী সনা লাংবকোইবু কমলাং চাম্না মিংথোংকবী"—চাঃ লাইঃ।

**অশৈ হুংওন**, ঈশৈ হুংশিবা, "অশৈ শকপনা অশৈ হুংওন শকএ।"—লাংঃ শঃ থাবাঃ।

**অশৈ পনমাবা শঙলেন য়াই**, পেনা খোংবা লোয়-শঙ।

**অশৈবা**, ঈশৈ শকপা, পেনা শকপা, মাইবা লোয়-শঙগী মী অমা, "লৈহুং থকক অশৈবনা তুপী য়োই-নোংতা নোংতা লাইরেন পাথংবগী কোলোয় মমিং কংলে।"—পাথংঃ লাইঃ।

**অসাই**, ঙসাই।

**অসি**, ওসি, "অসি পল্লেম ইমা ইচা মরিমকনা হয়েন লাঙেল্লকপা অসিবু"— খঃ লাঃ নীংঃ। "ইশাবি চেংলৈয়োই পাংথং অহনবা-ও লেমলৈ অকুমশোর লমপুব শোয়রেন অচৌবদি অসিগী হাবংমদগী মখেবু নশানৌ ঐগী লমবে হায়না বাহনথিএ।"—চেংলৈঃ।

**অসি কোরো সুমিৎ,** ঙসি সুমিৎ।

**অসি কোরো সুমিৎথদি,** ঙসি সুমিৎ অসিমদি।

**অসি কোরো নোংজা,** ঙসি, "অসি কোরো নোংজাদা ইংলেনগী কোলোয় মানববু তায়।"—হেন্থ:।

**অসি নোংলেন নোংজা,** ঙসি সুমিৎ, "অসি নোংলেন নোংজাদা সুংবান বাংমিংখু খুৎহৈবা নুবাং বাংমনাউ শিনহৈবা সুংবান উ থিবা নুবাং উয়েংবনা চেংলো খিংথিংলা মিৎয়েং তেনপাল্লকুনা"—হিঃ হিঃ।

**অসিমুঙ মদোমদে,** অসিনস্থু লোইবা নত্তে, অসিদস্থু নত্তে (অতৈস্থ লোর)।

**অহকপা,** অরুবা, ঈশিং অরুবা।

**অহিং খোয়েন তুমগন্দবা,** অহিং মিৎ ককপা অমত্তা উইদনা, অহিং তুমদবা, "লাইরেন মৈদিংঙুগা মশানৌ মচীন মনাউ অনিমানা হাওশি ঙমগচিংনা অহিং খোয়েন তুমগন্দা লংথিল অবা পোখাদনা থায ঈরঙ কৈনা লান ঈরঙ কান্না চোংনা ঈয়োক (চীংগী লোক) লাইচম লান চীংশাং নাপোম তুপনা লমলেন লোইচীং কোওইচীংদা বাইথুংলরবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা বাহমলকএ"—চীংঃ শা কাঃ।

**অহেনবী,** অখোইবী, কজবী, "নমোম চৈরে খোম্দোন বাংগোন শাইরুবা অহেনবীবু লৈবরা?"—তুম্বেং:।

**অহোঙ,** কুম্মৈ, "নয়িম কেগে মোইরাংনা খুয়োন বাহোঙবু অহোঙ কুম্মৈ য়েংগে হায়না নোংয়ায় মতুংইন অদোন সনা মমৈ বায়রকপনে।"—নাঃ কঃ কাঃ।

**অহোঙ অচাউ থোকনা পানবা,** হুংঙাই বাইকনা মরাং কায়না পানবা, "অসি অনা লৈহন্দনা শাখোঙ লাহোঙ খিংহন্দনা হুংঙাই মরাং কায়না কুইনা শাংজা অহোঙ অচাউ থোকনা নুপী নিপা অনীমা পুকনীং লৌশিং থোকনা হরাউ ওয়ামনা ফিশেৎ চাকচা বাঙনা পানহল্লে।"—মশিন।

**অহোং তানকংবা,** হুংঙাইবা কংবা।

**অহোঙপুং,** ঐতিহাসিক ওইবা য়াবা থৌথোক নীংশিংনবা পুং কুথোম্দুনা থৈ তৌথিবা মকম।

**অহোঙ লৈয়েন থৈনা,** কুম্মৈ তৌনবা অহোঙ মুম শাতুনা।

**অয়াঙ কমখৌ,** কমলুপ অমা, "পোইরৈথোনে তরমখোনে অসিবু কংলা অয়াঙ কমখৌ কৌএ।"—লোঃ শিনঃ।

**অয়াঙবা,** মুংশিং, মালং, খৃঃ ৮২১ চগী ৯১০ ফাওবা মণিপুরদা পালবা মৈতৈ নিংথৌ, "শারি লাংথোং চোংববু বাম্মা লান্না চোংএ হায়বগী অযাঙবা শারি লাংথোং চোংবা কৌএ। মহাকথক্তা অয়াংপল্লী থোল্লম্মে।" চৈঃ কুম্বাঃ।

**অয়াওবা,** (১) অখৌবা (শেলোয় লংমাইনা হাযনবা), "শেলোয়না বাহায়না লংমাইনা তেংথানা অখৌববুদি অয়াওবা-ও তৌনা কৌএ। ইপন শেলোয় অযাওবা ইডু লংমাই অখৌবশিংও নখোযনা চীংশাং পনগা লাউ তাউবা কাঙদেন শূনা যিমলেন শাইগঙ কোয়বা অসিবু", নাঃ কঃ কাঃ। (২) খোমজিন পৈশিনবা, "হয়িঙৈদা খোমচিন পৈচিনববু অয়াওবা কৌএ।"—নিংঃ লম্বঃ। (৩) চাগন থকনবা।

**অয়াকপা,** ঈকাইবা, "হয়িঙৈদা ঈকাইববুদি অয়াকপা-ও কৌএ।" পোঃ খুম্বোকঃ। অকনবা বা, মহাউ মথল অমা (উতি চাবগী মহাউগুম্বা)।

**অয়ানথাক,** হান্না য়াম্বোবগ্রপা লৈহোবা শক্ক।

**অয়ামচা,** অখৌবা, থৌনা কবা।

**অয়িন তাম্বা,** ষ্ক ইরবা মরাং কাযনা লৈতবা, "চরৈ ফিনা অযিন তাম"—খুঃ কংলৈঃ।

**অয়িম,** ইয়ুম।

**অয়ুক য়েন্দামাঙ,** যেন খোংদ্রিঙৈ অয়ুক য়ামনা ঙনবা মতম, "অয়ুক যেন্দামাঙ অঙনবদা চরৈ ফিডৌ শেৎ চীংডু লাকখোং কানা" হিঃ হিঃ।

**অয়ুম,** ইয়ুম।

**অয়ুমনাক,** ইয়ুম।

**অয়েং কায়বা,** ঙাইবা কনবা।

**অয়োন অরান,** লঙজবা, ময়ান।

**অয়োনবা,** অয়ানবা, লঙজবা।

# আ

**আথা কায়না,** নীংবা কায়না।

**আরাম মীচম,** "আরাম নূপীগী কিশেংভি থানিক থানাকনে।" মশিন।

**আরে,** মেরা থা, "লোইদাম আরে মেরা থা-ও কৌবদি কদোনো'গীনো?"– থাঃ।

**আরো হঙাই,** "লংমাই থাৱৈ লৈপাক মনম শীরা আরো খোঙ্কেন লাউমা হঙাই মনিল নাইনাভি ঈতা কুমচেল লৈ য়িংঙেল কুমথাই লাউনা লোইভাম কুমথোরকএ।"—খোঃ নোংকাঃ।

# ই

**ইকাইকম,** ইকম, ঐগী লম।

**ইখৈমবু,** ইখৈ কনা।

**ইখোন,** ঐগী খোঙ্গেন।

**ইখোন হারা কাৎপা,** খোঙ্গেন খোক্কবা।

**ইখোয়,** ঐখোয়।

**ইংখোল কৈরোয়,** শম্বল।

**ইঙ্গি,** কাংমায় শীৎপা, বাই তৈবা।

**ইঙম,** ঐগী খোদাং।

**ইঙম তম্বা,** ঐনা লাওজবা।

**ইখুৎশি,** ঐগী খুজি, ঐগী খুত্তা শিবা খুজি।

**ইঙাই,** ঐগী ঙাইশেন।

**ইঙাই ঙাইরংচান,** ঐগা মামনা লোন্দিরনা চারবা ঙাইশেন, "লুবাং খুম্বিবদি থায়না ঐগী ইঙাই ঙাইরং-চারে।"—পোঃ লুঃ।

**ইঙাইরোয়,** ইরোয় ইমাউ।

**ইঙারুক,** ঐগী মেরুবা।

**ইঙেল লৈখেৎ,** চুংদা খেৎপা লৈডেং।

**ইঙো,** মশক নাইবা কয়াইবা থরদা কৌনবা মিংগৌ, "সেনাপত্তি, মন্ত্রী অনীমক হাও আয়ামা ওইরবদি ইঙো কৌনৈ, পাখংবগী কমলুপ পুওন নোংখোমবা অনীবুম্ভু ইঙো কৌনৈ; মহারাণীগী মপা ওইরবম্ভু মবুং ওইরবম্ভ অমত্তংদি ইঙো কৌএ।" কমঃ মিংঃ।

**ইঙো অঙোপানবা,** অঙোম নিংথৌ, অঙোপানবা।

**ইচাউবী চাইরানবা,** পি তাবা।

**ইচাম্বা,** খুড়া।

**ইচাম্বী,** ইন্দোমমচা।

**ইচামা,** ইচীন ইনাউ।

**ইচারোন,** ইচা মরোন।

**ইচি,** ইয়াম্বা, ইচীন ইনাউ, "ইচি থমলাং পামশবা নওম্ভু কৌথা মাপং লৈনবা শানন চাইবা হাওকুথাং শনখিনববু কাইনা হনবা-ও কৌসে।"—নিংঃ লম্বুঃ।

**ইচিকলুং,** অমথা মকম, অচিকপা মকম।

**ইচি ঙাই,** ঐগী তাদগী মঙাই।

**ইচীং,** ঐগী চীং, ঐখোয়গী চীং, ইযুম।

**ইচীং হললাইবা**, ইমুমদা হনবা।
**ইচুম্মা**, পাথৌ, ঐগী ইরুপ, ইতাউ "হয়িঙৈদা পা-থোও কৌবদি ইচুম্মা-ও কৌএ।"—নিং: লম্ব:।
**ইতাউরেন**, লাই অমগী মিং।
**ইতিক** ইঙল, ইগুণ।
**ইতুরৈগী**, ইরাইবকনা তমলকপগী।
**ইতেঞ্চা**, ঐহাক্কী তেন।
**ইতোম**, ঐখাক ইথন্দা "ঐগী তালোয় অপাম্বী য়াও-বৈবা চম্নুন লাইবেন নাউখম্বনা মুনখিরবগী ইতোম কোবৌ থোইনা যেং ঙাংবন পাংনা য়ে' মালেম লৈবু হোৎনা নোংথোইরিএ"—চেং লৈ:।
**ইতোম্মা** ইথন্দা, ইতোমদা।
**ইতোম লাইশেংচরোবা**, ইথন্দা হিংহোবা, ইতোমদা নাম্বোবহৌবা।
**ইথংলেন**, ইপুবোইবা, ইশাবি।
**ইথোকলকপা**, মথোক কাখৎলকলিবা ঐহাক।
**ইথোকলকপী** মথোক কারবপী ঈনখৎলবলিবী নূপী
**ইদাইরেম** ইনাই অচানবা "তে ইদাইরেম তনবা মুংবান বাংমিৎখু খৎহৈবা লুবাং ঙাংমনাউ শিনহৈবা নবিঙৢান নাউ ও—হি: হি:।
**ইদু** ইব, ইকপু।
**ইদু কাইনা** ইশম শৌবা তু।
**ইদু নিংথৌ** ইকপু, "মফম কদাইদগী লাকপনো হায়ন পাউহন্নবদা বিরাট লৈমাবীনা হে ইদুনিংথৌ বীচক পাংগনবাও, মাগী ফম্বাবেন্দি হ স্তনা মপু যায কৌবকএ।'—বি: প:। ইব, তাদা, 'ইদু নিংথৌ মালেম লৈশেঙ্গা নমু পোংলিংবা তল্লা উ থাবা, পা-মেল উ লিংবা নঙবু পায়মা কবিগী নীংতে নীংহন্ন বনো।'—পো লু।
**ইদু লোকলৌ তাঞ্জিনথক**, নাহা ওইবিউৈ।
**ইধম (ইন্ধম)**, পে।
**ইন্তানখিবা**, য়ৌননবা চৎখিবা।
**ইন্তাল্লকপা**, লাকপা।
**ইন্দমথা**, ঙাকচীংথা, "থোইমুম লাইথিংথৌ চীংঙু নামুং-বদি অবা ইশৌ লাংনা খাঙঙম্মে অদু নোংগীবু লোই-দাম ঙাকচীং ইনথম থা-ও তৌনা কৌএ।"—খা।
**ইন্দৌ**, মিংথৌ।
**ইন্দানবা**, য়ৌননবা চৎপা ফংননবা চৎপা, "পোইরৈ সনা পুংবু ইন্দাল্লকলে"—লনা: লাই:।

**ইনিংথৌ**, ঐথোযগী নিংথৌ।
**ইনুং**, অহিং, মুংদাং, "লাইরুকলেম্বীদি অমম্বা খেং মপান্দা লৈঙোই চংলে মথক্কা ওন্দনা হনুংলেল্লে।"—হেঞ্জ:।
**ইনুং কৌবা শোয়বা**, নোংঙানবা, "ইনুং কৌবা শোয়রবদা ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা ঙাংখৈ ওকখিয়াম মরৈকাইশিংও নখোয় লাইরেন ইচীন ইনাউগী তরা চাপুম হিত্তুপ থনববু হুখিবে।'—তুতেং:।
**ইনুং খোমলেন মঙলানচান**, মঙ, অহিংদা মঙবা মঙ "ইনুং খোমলেন মঙলানচানগুমএ।'—লা: শ: থা:।
**ইনুং ঙানবা**, নোং ঙানবা "ইনুং ঙাল্লে হায়বগা তবা চৌবুপুঙদা মনাই লনহাম্বগা চীংঙু মাথোক্লরে।" —সনা: লাই:।
**ইনুং চীথোঙ**, চীংগী হুনবা।
**ইনুংচঙ**, ঐনা যামনা পাম্বা, "ঙাকথৈ ইথুনেৎ তোং-জেং ইনুংচঙ অসিবু ঙাকংয় কনাবু হান্ন হিদো-হানহনসিবনো।"—হি: হি:।
**ইনুংমদা**, নোংমগী হুহিংদা।
**ইনুং মিশেং খাঙবা** অহিং তুমদনা শঙক, "হৈরেম কাংবিশু অথৌবদি অনা লাইপোং থাবনী মিথযেং নাউগুমদা ইনুং মিশেং খাঙনা লৈগিগুনো।'—চায:।
**ইনুং শিলয়োমনুং**, যম, পুক, গং।
**ইনুং শোরা ঙানবা**, নো ঙানবা, "হনু শোব ঙল্লক-লে।—হেঞ্জ:।
**ইনুং শোরা তৈবা** নোংঙানবা।
**ইনুং শোয়বা**, অহি চুপ্পা, অহিং নো শোযবা, নোং-ঙানবা, অহিংগী মতম থোইবা, "পোইম্মান লাইরুপ তরেৎমানা ইনুং শোযবনা হাল্লগনে হপা দেৌবাবেনগী লাইবেপাক্তা কাবগে চবৈ কি পীযা'—চাথ:।
**ইনুং শোয়ায়মা**, অহিং চবুক, নোংয়ায়, 'দ্রৌপদী অচুম্বানা অর্জুন ময়াংবু লুদা থোংনা ইনুং শোয়ায়-মদা মশাবি ভাম পা গনবনী তন্না চাকথোংশঙবু ইন্তানখিরে।"—বি: প: (মহা)।
**ইনুংহকপা**, ঈশিং অকবা, থেন্দবা।
**ইনেম মচা**, ইনেম্বোক্কী মচা, ইপুরোইবা, ইথংলেন, ইশাবি, "ইনিংথৌ অদোন পুন্সিবা-ও নদাইরেম থং-লেন ইনেম মচা চথা মোইবেম্বদি নোংয়ায় নিংথৌ নথৌথাগী হৈরেম মপুংয়ায়দা নোংমল্লে — চায়:।

**ইনোংথৌ**, ইনিংথৌ, ইবুংঙো, ইপুবোইবা।

**ইনোং নোংশীং শুরবা**, ঐগী হুমিং শুববা।

**ইনোংয়ায়**, ইশূ, "লাইরেন ইনো'যায় নঙদি লাংগোই শায়াঙথক্তা করিগী লক্তবোই নোংথোইরগো লাক-শিকও।"—সনাঃ লমঃ।

**ইনৌকাবা**, পুকনীং মু'ঙাইবা।

**ইপন**, ইপা, ইমা, "ইপন পল্লেম ইমা-ও মালেম লৈদ্‌া ওন্না মীকপলিবা অসিবু পলেম করি বানো?"—ত্তঃ (রাঃ)। ইপাগী মযাম্বা।

**ইপন লোন**, ইমা, "নদাইরেম ঐদি ইপল্লোন য়াং-গোইস্নু লিনকোয়গীনে''—থোঃ হিঃ।

**ইপন শাৎমাবা**, ইপা অপোকপা।

**ইপাউত্তাক**, ঐগী পাউত্তাক।

**ইপাচা ইয়েন্নু**. ইচা ইশূ, ঐগী ধাবা নালা, "মুংবান ইপাচা ইয়েন্নুশি'ও য়োয়ময়ায় লাইবেন তাউবোইনাহ হুমিং মতাং তেনথরে।"—হিঃ হিঃ।

**ইপাতাউ**, ইতাউ, ইপিজা, ইরূপ, ঐগী মরূপ, "লোয়না ঐগী অপাম্বা হোঙনেম লুবাং থুম্বিবদি থায়না ঐগী ইঙাই ঙাইরা'চান শেলোয় ইপাতাউ অচেৎপা মহাকনে।"—পোঃ লুঃ।

**ইপাতোন**, পাবু'তোন, থুরাতোন।

**ইপাম্বাবা**. অঙাং পোকপা হুমিত্তগী তব্ককনি শুবা (ইপাম্বাবা) হুমিৎ, ইপান হুমিৎ।

**ইপান হুমিৎ** ষষ্টী পূজা হুমিৎ, পোকপা হুমিত্তগী তব্ককনি শুবা, ইপাম্বাবা হুমিৎ।

**ইপাল্লাংবা**, ঈশিং শোবপা, লাইজা ইপাল্লাংবা, "কোরৌ হুমিৎমাদি তাল্লোয় মরম্বীনা সৈজ্জা পোপ-তেক লৈ, পুল্লাং লুবোইথোং লাইজা ইপাল্লাং, ইমু ময়োন শৎ লৈরাই হুইশোন কারকপদা খাই নোং-জেংবম নাইচা য়েকমা হাঙদংলান নমু পোংঙা-রাজানা লীরি থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাকনা পান্দম্বু পুল্লাং ময়ায় খায়না কাপথাযবে।"—মুঃ কাঃ।

**ইপারি**, ইচানিপা।

**ইপারি উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা**, ইচানিপা অতোম্বা।

**ইপারি চীংবন থোমোন অঙল্লা**, ইচানিপা কোকহন লাইহম, ইচানিপা অহল, "ইপারি চীংবন থোমোন অঙল্লা নঙসুঙ পারি উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা হুইয়াই লীকলু অথেঙঙা পারি নপিজ্জাবু লাউ-ও।" —পোঃ লুঃ।

**ইপারি লাংলেন রাণীহন**, ইচা নিপা অহন।

**ইপারি লৈরাং অতোনবা**, ইচানিপা অতোম্বা।

**ইপারী শাৎতা ইমোম ফুয়দবা**, ইচা নিপা, ইচা নুপী পোক্তবা।

**ইপারী ইপুরী**, ইপা ইপুগী বারী, অহল্লমনগী বারী, "ইপারী অরুবা ইপুরী অচেৎপা বারী লমদাং শাংনা হানবা থুমুং পুরাবী অমনবনে।" — শাঃ লঃ।

**ইপিঙঙা**, ইবিঙঙা, ঐখোয় অনী।

**ইপী**, নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা "লংমাইথেম লোই-জাগী কুম শক ১৬৪৭ লাংবন থা ২১ মি য়ুমশকৈশদা ইপী লাইবিকয়ে'বীনা মচা ইবুংঙো পোকএ।"— চৈঃ কুম্বাঃ।

**ইপূং**, ইরৈবাক, "ইদাইয়েম অথৌ-লিচা হেল্লা থায়াং কোন্দাইলোনবশিংও কেগে ইপূংতাক মোইরাং ইরৈ-কায়বনা হাল্লগনে।"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**ইপুংয়ায়**, ইরৈপাক, "চী'ঙু নোংথৌ সোরারেন্না তেগাউ ঐগী ইবৈপাক ইপূ'য়ায়দদি লেপনা মালেম তম্পাক লৈতারকলবনে।"—চীংঃ শাঃ ফাঃ।

**ইফমলেন**, ঐগী ফমফম, ঐগী ইফম।

**ইফাই চনবা**, ঈরাকপা, ঈশিংনা লাকপা, "লাইজা ঈরানবদা বাকয়ৈ ঈফাই চল্লে।"— নিং, লম্বুবা।

**ইবনাই**, ইনেম্মচা।

**ইবিংঙা**, ঐখোয় অনী, "ইবিংঙা লৈরাং খাইন-রগনে।"—পোঃ লুঃ।

**ইবুংথৌ**, ইয়াম্বা, ইনিংথৌ।

**ইবুংথৌ নোংথৌরেন পুমাবা**, ইনিংথৌ, নিংথৌ-রেন, নিংথৌরেন অথোইবা ইবুংঙো, লৈবাক্কী মপু নিং'থৌ।

**ইবুংশি**, নিংথৌমকনা পোকপা নত্তবা মশূ নত্রগা শূথাঙ, মিংথেম্মচা, "মহারাজ ময়াম্বা (গৌরশ্যাম), মহারাজ চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) অনীমক্কী হাকথক্তা মিংথৌ মচা য়ামলবদা নূপী য়ামলবদা বাংথৈ পণ্ডিত্ত পাচহনবা, বাহেংবা, লৌয়েম্বা, ঙাহুকশাবা, থাঙেনবা মঙামকপ্ন কৌদনা নিংথেম্মচা অয়াম্বা অসিবু করি হায়না চৎসিবা (কৌশিবা) হায়রবদা পণ্ডিৎশিংনা খুমথি নিংথৌমকনা পোকপা মচা মথৈদি সনা ইবুংঙো শীজ, সনা ইবেম্মা শীজ হায়না চৎকনি, তম্ফা হাপ্পদি মহারাণী মচাদনে, নিংথৌ মচা অয়াম্বদি নিপানা ইবুংশি, নুপীনা শীজ হায়না চৎকনি হায়রবদা মহারাজনা চৈরাপ অঙম্বা পুন্নমক্তা হায়দোক্লনা

চংহনথি" (কমগী ষিংগৌ)। অসিগী মমাংদা হায়বদি মহারাজ গরিবনিৱাজগী মতম তমস্পুং মতুং কাওবদা নিংথৌমকী মচাদা ইবুংশি কৌনবম্মী।

**ইমান,** ইমু, মামা, "ইমান মণিপুৰ পোটইরৈ মৈতৈ নিংথৌ চোয়নৌ সনা চোঙতোনলেনগুম্বা-ও"—চীং শাঃ কাঃ।

**ইমান কৌবা চীংথংলাং,** চীংখৈ পাংবা লাইগী নিংথৌ।

**ইমান মচা,** ইথংলেন, ইশাবি, ইকুবোক্কী মচানিপা ইবা ইপুরোয়বা, "ইমান মচানা শম্ খুত্তা শূরকপা অসিবু করিনো ?"—চায়ঃ।

**ইমায় নোংনেম লাইনা পাংবরম,** ঐগী মায় অৱাং ওমা।

**ইমিঙ ইমাঙ,** ঐগী মাঙ তুং।

**ইমিঙ থোঙ,** মনীংথোঙ।

**ইমিঙলোয় হজবা,** চৈবাপকী ফম অমা, নিংথৌ পোংবা তবাগী মমুংদা অমা, "মদাইবেম ইমিঙলোয় হজবগা অনীনা মিংরেং শানখৈববগী"—নিংঃ শাঃ।

**ইমু,** লোক্তাক (পাৎ) মপান্দা তাবা খুল, "ইমু ইঙৌস্লুঙ তারৈ ... ... ইমুনা কোন্না থোইএ।" —চৈঃ কুম্বাঃ।

**ইমু খোজাওনবা,** ঈবোইবদা খোঙনা ঈশিংদা ৱাওবা।

**ইমু খোজাওনা ইঙৌ শারাইননা,** ঈশিংদা খোঙনা কাওদুনা।

**ইমু খোহক্লবা,** ঈশংদা ঈবাক্লবা, "গোংচি মুংলাই-ঙম চন্থ ঙারা ঙাওইবী ৱাকয়ৈ হিপান লাম্বু লাম-য়োনবীনা ইমু খোহক্লনা নোংমনৱাই" — চাঃ লাঃ।

**ইমু খোয়েক্লবা,** ঈশিংদা ঈৱাক্লবা, "ঐদি লাইজা ঈদা হৈক্তবগীনা ইমু খোয়েক্লনা নোংমনঙেনে।"—তৃডেংঃ।

**ইমু তোংগচিংবা,** ঈ থকপা, ঈ চুপ্পা, "পোনবা নত্তনা শাগন তুকাং ফুবা, পানবা নত্তনা ইমু তোংগচিংবা অহিং কাঙবী লোয়াম্বীনা কাঙবী লাংকপ লাংকপ তোংএ।"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**ইমু পাকতক্লবা,** ঈ য়ামনা থোকপা।

**ইমু ফিরাক শাবা,** ঈ য়ামনা থোকপা, "ইমু ফিরাক শানা পায়মা নিংসা শংহোয়নৌ শিশরঙমগে।"—চাঃ লাইঃ।

**ইমু ফিরাক শাবা ইঙৌ পামকেল্লবা,** ঈ ঙাক্তা ঙায়বা, ঈ য়ামনা থোকপা, "পানবা অথৌবা কৈরেন য়েকলাবনা ওম্বরে, ইমু ফিরাক শা ইঙৌ পাম-কেল্লরে।"—চেংলৈঃ।

**ইমু মঙাও হৌবা,** ঈশিং থংচাউ চাউবা, "লাইজ মথি নাই ইমু মঙাও হৌএ।"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**ইমু মচেঙ থোম্বীবা,** পোকপিবা, মক্ল হুনবিবা, "ইমু ঐবু মচেঙ থোম্বীবা ইপুংগু তা-ও।" — পোঃ লুঃ।

**ইমু খকলম খক্তা,** ঈশিং কংলম কংফাত্তা।

**ইমু ময়োন শৎপা,** ঈশিং হাইদোকলগা শোক্লপা, "লাইজা ইপাল্লাং ইমু ময়োন শং লৈরাই হইশোৱ কারকপদা।"—মুঃ কাঃ।

**ইমোইমু,** লাইরেম্মা অমা।

**ইমোম,** ইচা নূপী, "ইমোম য়োয়বু নোংথাঙ লৈমা নঙস্লুঙ ইপারিগী শমু নাক্তা শেল্লরো।"— পোঃ লুঃ।

**ইমোম লাংলেন,** (লাংগী মশক ওইবী) ইচা নূপী।

**ইমোমলোন,** ইচন নূপী, ইচা নূপী।

**ইমোম শানম ঙাইথিংতোন,** ইচা নূপী অতোম্বী।

**ইরনকু,** ইথোজান, ঐগী থৌজান।

**ইরম,** ঐগী লম।

**ইরমথৈ,** ঐগী লমগী অরোইবা শরুক, ঐগী সীমানা।

**ইরমশাং,** ঐগোম্বগী লমগী লমশাং।

**ইরাই ঙানবা,** ঈথায় ঙানবা, ঈশিং ইপোম হৌবা।

**ইরাই ফুনবা,** ঈথায় মেনবা।

**ইরাকলৌ,** ঈশিং লৈবা লোকম।

**ইরান,** ঐগী দোষ, ঐগী অশোয অঙাম, ঐগী মরান ঐগী লান, তঙাইফদনা থেংনদবা য়াত্রবা ঐগী নত্রগা ঐগোয়গী লান, ইয়ূম, ঐগী য়ূম।

**ইরান থাক,** লান্দা ঐনা ভমগ্রবা ইথুংথাক।

**ইরান লোমলেময়াই,** ইয়ূম, ঐগী য়ূম, "নয়ু ঐগী ইরান লোনলেময়াই অসিদা নিংথৌ নতোম্মদনা করম ৱাইথুংলবনো ?"—বীঃ পঃ।

**ইরানয়ায়,** ইয়ূম।

**ইরাল,** ইয়ূম।

**ইরুম,** ইতু, ঐগী নূপী।

**ইরুম্বী,** ইতু।

**ইরেং,** থায়নগী, ইপু।

**ইরেং পুৱারী,** থায়নগী অহল্লমনগী ৱারী, "লাইরিক অসিদি থমলাংপা ৱারী ইরেং পু ৱাবীনে।"—পুদিন।

**ইরেনপুং**, সমুদ্র।
**ইরেল**, ঈশিং অরুবা।
**ইরৈকাই**, ঐগী লৈকোক লৈকাই, ঐগী লৈকাই।
**ইরোন**, ঐগী লোন, ইমালোন।
**ইরোন পাউরন তোইয়াম্বা**, 'বা অচুম্বা ভাঙদবা।
**ইরোয়নবা**, লোয়নবা।
**ইলহম**, য়েম্পাক।
**ইল্লুম**, য়েম্পাক।
**ইল্লুম শোক্তোঙা**, য়েম্পাক, য়েংখুং।
**ইলেন খানবা**, পে খানবা
**ইরাক চামদরিবা**, ঐগী কুচু কুমেন মাঙদরিবা।
**ইরাকমা**, লাইবিক লেংবা ঐহাক।
**ইরাং**, মোইরাং।
**ইরাং পুংফারোন**, মফি মবোন লোথোকুনা থম্বা।
**ইরাং পুরিকলাই**, মোইবাং নিংথৌ।
**ইরাংলোন**, য়েক মোইবাং (অবিবা) ওইবা য়ুমনাক্কী নিংঙোন, মোইবাং চন্থ, 'শ্রীপঞ্চযুক্ত মৈতিংঙু মাজিং নোংপোক বাইবং পামহৈবন...... শ্রীমতী মহারাণী ইরাংলোন নিংথৌগোংজম চন্থ কুমাবতী লৈরিক শাইপু ভম্পানে...... ইবেম্মশিং ৩১ মকসি পান্নহুনা ইবেম্মশিং ১৯ দি শোইনাইদে।"—শঃ ফম্মাং।
**ইরাংলোন চখা তাংখুন ওম্বী**, মোইরাং চন্থু, "ইরাংলোন চখা তাংখুন ওম্বী হায়না তেংথাবদি মোইরাং চন্থুবু পাএ।"—পেঃ তেংথা।
**ইরাংলোন লৈরি লৈশংখোম্বী**, মোইরাং চন্থু, "ইরাংলোন লৈরি লৈশংখোম্বী হায়না তেংথাবদি মোইবাং চন্থুনে।"—পেঃ তেংথা।
**ইরান**, য়েঙ্গাং খোংনবা চফু।
**ইশঙ**, ঐগী শঙ।
**ইশঙ লৈনা খনবা**, শঙ খনবা, শঙ শাবা।
**ইশঙ লৈনা শাবা**, ঐখোয়গী শঙ শাবা, ইয়ুম শাবা।

**ইশজাই**, ইয়ুম, "কোল্লোয় ইশজাইবু খাম্বী মৈপোক থোকলকলে।"—ধঃ লাঃ নীংঃ।
**ইশানৌ**, ইনাউ, ঐগী নৃপী, ইরুম, ইতু।
**ইশানৌ লৈরাং অতোনবা**, ইনাউ নিপা অতোম্বা।
**ইশানৌ লোয়রক অথুবা**, ইনাউ নিপা।
**ইশাবি**, ইথংলেন, ইপুরোইবা, ইয়াম্বা, "থোইয়ম ইশাবি-ও কাব থোয়নো কল্লকএ।"—পোঃ লু।
"ইশাবিবু বাকয়ে লুদা তোংহল্লো"—হিঃ হিঃ।
**ইশাবি লাংলেন রাপীহন**, ইয়াম্বা অহন, তাধন, "নোংয়ায় ইশাবি লাংলেন রাপীহন শোয়রেন হান্না লৈফাওবা-ও।"—ধঃ লাঃ নীংঃ।
**ইশুংলাং**, ঐগীদমক, ঐগী মবমগী।
**ইশু**, ইনোংযায়, ইচাগী মচা।
**ইশুরোন**, ইশু মথং মথং, ইশু মরোন মবোন।
**ইহন**, ঈশিংগী ইহন।
**ইহন পাউহম্নবা**, হংগং হন্দা পাউচংপা।
**ইহনলেন**, ঈশিংগী ইহন অঢোবা।
**ইহম**, য়ুমগী যাত্রা, "য়ুমজাউগী ইহমদা থুংহল্লো।"—থুঃ থিরেন।
**ইহুইরোই**, ইমৌনৃপী।
**ইহুইরোন**, ইমৌ নৃপী, ইচা নিপাগী মতু।
**ইয়াম্বা**, তাদা।
**ইয়ু**, ইবুখৌ, ইপু, "ইয়ু তুবী য়োইনোংতা মোংদা লাইরেন পাখংবগী তুবী হৈনা লো লাইরেন য়েকতম লৌবদু লোয়োলঙমগবরা।"—নিংঃ শাঃ।
**ইয়ুরা**, ইবুধৌ।
**ইয়েল্লু**, ঐগী ধারা, ইচা ইশু।
**ইয়োং**, ফি শানবা মোঙবম।
**ইয়োং কোংদিং থাবা**, ইয়োং তিংবা।
**ইয়োন**, ইবেন।

# ঈ

**ঈ**, ঈশিং, "নিংথৌ মুংয়াং চাউবা ঈঙা বাইথং নেনবনা ঙাইতে পন মরুদা লাইজা ঈয়োককোমবু শেমনা ঈ য়োকএ"—চায়ঃ। হকচাংগী ঈ, মচামশূ, ধারা, "ঈ তাদে"—শঃ কম্মাং।

**ঈকাইখাঙ**, কাঞ্চন।

**ঈকাই শেঙ্গোন্নবা**, ঈকাইবা নংবা, মীমাঙ কম্বা, "অসাইঙৈগী লানশোকবাদি হৈরেম মপাচা খুঞ্জান ময়েন্নুবু ঈকাই শেনগোইবগী পাউতাক্তনা অনা লাইরম খঙদরে"—চায়ঃ।

**ঈকাই শেঙ্গোয় হাঙবা**, ঈকাইবা বাংমা লানবা।

**ঈকোবা**, লাই হরাউবদা মাইবা মাইবীনা ঈশিংগী থেমগত্নুনা লাই কৌখৎপা।

**ঈখিন তৈ**, ঈশিং খিনবা।

**ঈখেং**, ঈ মতুম মতুম, "ইমু কীরাক খায়না নমু তোংশা শেৎনা ঈখেং থকলরে"—হেঞ্জুঃ।

**ঈখোরাংবা**, ঈশিং খোবাংবা, "লাইজা ঈখৌ লাংবনা মোংবা তুযা খিবা"—ধঃ লাঃ নীং।

**ঈঙাঙ**, ঈ অঙাঙবা।

**ঈঙাঙ পাকতক্নবা ইমু পামফেন্নবা**, ঈনা লৌখোং ৬ইনা চেনবা, "থানকমদা অঙৌবা লোংবদি য়াতাদুনা ঈঙাঙ পাকতক্লা ইমু পামফেন্নমলে"—হেঞ্জুঃ।

**ঈঙাঙ ফাক্নেবা**, ঈ ঙাংশং ঙাঙনা তৈবা, ঈগী ঈ ঙাক্তা তৈবা।

**ঈঙৌ**, তুরেন মপান্দা তাবা খুন, ঈরম্বু ঈঙৌ কৌএ"—কমঃ। ইমু ঈঙৌ তান্নবা—লোক্তাক (পাৎ) ময়াদা তাবা মীগা তুরেন মপান্দা তাবা মীগা হীয়াং তান্নবা;

**ঈতম্বা**, ঈশিং লুবরা থেনবরা য়েংবা।

**ঈ তাদবা**, মচা পোক্তবা, ধারা নৈতবা, "ঈ তাদে"—শঃ কঃ।

**ঈতোন**, ঈনৈ, "ঐদি হাওয়েন ঈবৈ খৈবা য়াংগোই ঈতোন ঙাকপনে"—চায়ঃ।

**ঈথক ঈফেন**, ঈতৈমা।

**ঈথক্নবা**, ঈশিং থক্নবা।

**ঈনপুকমুং**, ঈন মখুং, "লেমলৈ চাউথোইবা শমেং মীমানবা অদুবু মোংবা ঈনপুকমুংদা চম্নবগী"—ধঃ লাঃ নীং।

**ঈনফুই**, ঙা ফানবা ঈল।

**ঈনফুই তোনগা লংবা**, ঈল লংবা, নিপা ঈন খোনবা. ঈল হুনবা, "ঈনফুই তোনগন লংনা লাইজা ঈমায় শীন্না হুম্বরকপবু"—ধঃ লাঃ নীং।

**ঈনফুই মায়রং শোনবা**, ঈন শোনবা, "মোমম্বু তাল্লোয় মরুপী শেদৌ তৌঙাম হোইঙোইবীনা মোমম্বু ঈনফু মায়রংশোন, তিল্লাং হাইশিংমনা লেমলৈ ঙাচোপ থেম্বদা"—চায়ঃ।

**ঈনিফু**, লাইগীদা ঈশিং থম্নবা চফ, "হাকুম লাইজা ঈনিফু অমনবদা শেকপী শেনবাং তুমিং কাঙ কৌজেং হারৌ পূম্নমকপু ফুরেপ ঙাঙ্গোই খন্না শিঙমলে"—শয়ঃ ঙঃ।

**ঈনৌ কাবা**, মুংঙাইবা, অমুক নৌবা হেল্লকপা, ঈশিং ঈনৌ তাবা।

**ঈনৌ কারকপা**, ঈশিং ঈনৌ তারকপা, "লাইজা ঈনৌ কারকপদা হুপনৌ খাঙতপ বায়রকপদা চাক্তাবা"—নিংঃ লম্বুঃ।

**ঈপাক**, ঈশিং অচৌবা।

**ঈপাল**, ঈশিং ময়া, "খুঞ্জানা ঈপালম লান চৎলে"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ঈপু লাংপা**, ঈশিং লাংপা।

**ঈপোকপা**, ঈশিং পোকপা।

**ঈফাই চনবা**, ঈশিংনা লাকপা, "ইশাবিবু লাইজা ঈফাই চনগনে"—হিঃ হিঃ।

**ঈফুফম**, ঈশিংদা শান্নফম।

**ঈফুবা**, ঈশিংদা শান্নবা, "তীংই নাউসং ঈরুপলে, ঙাম্বু খেরাংখাংমদি ঈফুরে"—কুমঃ শৈঃ।

**ঈফু শান্নবা**, ঈফু নাত্নুনা শান্নবা।

**ঈরম**, তুরেন তুশাং, ঈঙৌ, "ঈরম কৌবদি তুরেন তুশাং তাববু কৌএ"—কমঃ। "ঈরম্বু ঈঙৌ কৌএ"—কমঃ।

**ঈরম তরেৎ**, ১। খাখোং, ২। লাইখোং, ৩। ময়োংখোং, ৪। মুংজেং, ৫। লাঙ্গোনগী পুল্লিখোং, ৬। তাকনা পুরুকশোবী, ৭। মন্ত্রী পুল্লিবগী পুঞ্জী (হৈরোক্তা লৈবা হৌজিক লাইরেন কোম হাঞ্জা খঙনবা) নিংথৌ কম্বাল তোংবনচিংবদা হায়রিবা মকমাশং অসিদগী ঈশিং শোকই।

**ঈরাই**, চয়োমগী ভরুকনি শুবা হুমিৎ, সগোলসেনগী মথংগী হুমিৎ।
**ঈরাঈ লৈমা**, ঈশিংগী লাইরেম্মা।
**ঈরাৎ থেল্লাংপা**, ঈরাৎ পূজা তৌবা, "ঈরাৎ থেল্লাংলবগা কংলৈ লমথোনলে, অতাই পুয়োকএ"—শাঃ লমঃ।
**ঈরাংপুল**, ঈশিং শোক্লবা চফু, ঈরাংপুন তরেৎ ঈরুম্নবা ভাংখা অমা"—ফন্ধান।
**ঈরাৎপা**, পূজা তৌবা, লাই খুরুম্বা।
**ঈরাৎ পুরুম্বা**, খুরুম্বা।
**ঈরাৎ লাংবা**, ফম অমা, "লৈশাংপেম কোইয়েংবু ঈরাৎ লাংবা হাপএ"—চৈঃ কুম্বাঃ।
**ঈরাৎলুংবা**, ফম অমা।
**ঈরানবা**, ঈশিং লানবা, "তল্লা চাউথোইবা পামেন বাংথোইববু হোই থিকুরবগা মরাং উকু হুল্লা বাকয়ৈ হি ওইরবদি লাইজা ঈরান ভমথৈনে।"—হিঃ হিঃ।
**ঈরিক থোইয়ুম লাই**, ঈশি দা লৈবা লাই।
**ঈরিকলাই**, ঈশিং মরিক।
**ঈরিৎপা**, ঈশিং য়ুবা।
**ঈরুম**, থাংপোক, "লুবাং ইথোয়বু ভময়া লোকমায় অহেনবা অসিদা ইকম থাংপোক লৈমা শানা কৌবা য়ায়রেকশে"—হিঃ হিঃ।
**ঈরুম্নবা**, ঈশিং লুম্নবা, "ভাংখা ২ ঈবাংপুন ৭ ঈরুম্নবা ভাংখা অমা"—ফন্ধান।
**ঈরুম শোকতোঙা**, যেম্পাক।
**ঈরু লাইশোন**, লাইশোন অমা মাত্তদি—"হা য়ে কোরৌ মচি ঈ, বাংবন মনাউ ঈ, কসা লান্ন ঈ, খাকপা পুরৈরোম্বা পুরাং নাগাবা, খোকমরোক্কী ওন্দে ঈ, খোকমারোক্কী হলবাইবা, থোংনাং নানিরোংবা কেজ্জাই ঈ, লৈতুম নুংতুম ঈ, নুংমু নুঙেঙৌ ঈ, অবাং কৌক্র অস্নুপ্পা য়ারক্তগী শিম্বা ঈ, অশাংবম ঈদি বাইচৎ ঈ, অরাম্বম ঈদি বাইকোই ঈ, নিংথৌ সোরারেন, অরিবা, মরিকপী মরিকপা শনকোনবী শনকোনবা, ইবেন পিথ্রাই থোংত্রাইবী কাসা অসেম অশা হৈবী নঙনা শেম্বিও, শাবিও, হা য়ে কোন্নৌ কয়াগে।"—
**ঈরু শাস্তেংবা**, ঈরুজবা, "ঈরু শাস্তেংলবগা শীঙেন লৈয়াম হেক লাইজা খুজোক লৌনা"—বীঃ পঃ।
**ঈরু শান্দেংবা**, ঈরুজবা, "ঈরু শান্দেংলে"—হেঞ্জুঃ।
**ঈরেন পুং**, সমুদ্র।
**ঈরেম**, নিংথৌ কাংবগী মচা মিপা অমগী মিং।
**ঈরেম থাবা, নিংথৌ তরা, লুবাং শলাই**, 'ঈরেম থাবা নিংথৌ তরামক্তি লুবাং শলাইনে"—কমঃ।
**ঈরোইবাই**, ঈবোইবা মকম।
**ঈরোক**, ঈশিং লৈবা লোক, "ঈরোক নিংথৌ মিংথিবা নপন্না মিবপ্পবু তাবগুনো"—হিঃ হিঃ।
**ঈরোক লাইচম**, লোক ভায, "পলেম ইম্মানা ঈবোক লাইচম খুদিংদা কোয়না মিৎয়েং শানথৈববু তল্লা নজুম্ববু শাত্তরিয়ে"—হিঃ হিঃ।
**ঈল্লেন**, ঙা ফানবা ঈল, ঈল্লেন থাকুপ হৌবা লেমলৈ ঙাহা তানববু লাক্করে" হিঃ হিঃ।
**ঈল্লেন থাকুপ হৌবা**, ঈল চিংতুনা, "ঈনফুই মায়ব শোন্না ঈল্লেন থাকুপ হৌনা থারকপবু"—ধঃ লাঃ নীংঃ।
**ঈল্লেন পনঙমগে তৌগুমলবা**, ঈন্দগী নাম্বোক্তুমা চৎথিগে ভৌরবা, 'লেমলৈ চাউথোইবনা ঈল্লেন পনঙমগে তৌগুমলবদা।"—ধঃ লাঃ নীং।
**ঈরা**, ঈশিং।
**ঈবানবা**, ঈশিং শোকপা (নিংথৌ ফম্বান তোংবগী ঈশিং শোকপনচিংবদা শীজিন্নবা) "ঈযাঙ হিরেন তোংতুনা ঈবানবা চৎলে।" -চৈঃ কুম্বা।
**ঈশিংপুল**, কুম্ভবাশি, ঈশিং চাপ্পবা পুন।
**ঈশোকপা**, ঈশিং শোকপা, "চাংগ্র পোনগ্রং অরনবদা ঈশোকপবু ঈরিৎতবীবু লুম্নবা মপারি"—উঃ।
**ঈশোকলম**, ঈশিং শোকফম।
**ঈয়া**, ঈশিং ময়া, ঈশিং মনাক।
**ঈয়াচাউ**, ঈশিং অচৌবা।
**ঈয়াশঙ**, থাংপোক, 'লুবাং মথোয়গী থাংপোক ঈয়াশঙদা থিংলৌ নীংনা তেনা হলবাইতুনা য়ায়রেকথৈঙে"—হিঃ হিঃ।
**ঈয়ায়**, ঈশিং ময়ায়।
**ঈয়োক কোম**, পুত্রী।
**ঈয়োকপা**, ঈশিং য়োকপা।
**ঈয়োকফু**, ঈশিং পুল, "কোরৌ হুমিৎমদি মপাম নোংয়ায় শংলৌ চীংদা লাইজা ঈয়োকফুবু অমা তৈনা খিন"—শলঃ।
**ঈয়োংবা**, ঈশিং থকপা, "কোরৌ নোংশামৈদা থৌদু নুংনা নম্না তরা চাথংদা লাইজা ঈয়োংদরে"- পোঃ লুঃ।

# উ

**উইপোংদো লোনবা**, ৱা ফৈবা।

**উকাক খুনানবা**, নাম্ব ুবা।

**উকুহনবা**, উ হন্দোকপা, "পামেন নঙবু মরাং উকু হল্লা মোংবা য়ুমলেন শাইগংখাদা কোরৌ নোংয়া-হিবু য়ানগে হায়দে"—হিঃ হিঃ।

**উখা থাবা**, উগী মখা থাবা।

**উখিল্লবা**, উ য়ুংবা।

**উংখা**, উং।

**উত্রা**, কংলাগী শঙ অমা।

**উতোমপোক**, নায়তোম হৌবা উ।

**উথিংতানবা**, কাবা।

**উনকোই, উনগোই**, পূকনীং।

**উনগোইম্লুং**, পূকম্লুং।

**উনচিক**, উনমুক হংবা।

**উনতরক**, নিংথমথা থা তরক।

**উনতরক ৱাউতরক**, নিংথম কাবী, অঙংবা থা তরক অশাবা (ওলাংথা) থা তরক, উত্তরায়ন দক্ষি-নায়ন, "ঈশিং পেরে থোকপনে উনতরক ৱাউতরক্তা কংদবনে।"—চীংঃ লাইঃ।

**উনথম**, পোয়ম্বু থা, "লোইদাম উনথম পোয়ম্বু থা-ও কৌবদি কদো নোংগীনো ?"—থাঃ।

**উনথমথা**, নিংথমথা।

**উনথম তরক চনবা**, য়ামনা নিংথম্বা, "পলেম ইমা মানবীশিংও নমোম চীংঙু লাইবকথাবী পলেম ইমা ইচাবু চরে ফিরোন চোংলৱগী উনথম তরক চল্লে।" —সঃ মঃ।

**উনথম্বা**, নিংথম্বা।

**উনথম্বী**, নপ।

**উনথম্বী চাইরাম্লবা**, নপচোবা।

**উনবী**, পূকনীং, "কোরৌ নোংজা খূদিং ত্তোয়নববু উনবী অপেন নাইদে।"—ধঃ লাইঃ নীং।

**উনবী অদোম নাইকবা**, পূকনীং মরোঙ মরোঙ লোঙবা।

**উনবী কাচক হৌবা**, খোয়দো শাউগংপা, শাউ-নিংবা পোকপা, "খোইমোম কল্লাউ মথৈ লৈত্তনা উনবী কাচক হৌনা।"—উঃ।

**উনবী খোয়খৈ তানা**, পূকনীং চঙনা।

**উনবী খোয়খৈ তানা ৱাইচিনবা**, পূকনীং চঙনা তাবা।

**উনবী খোয়খৈ নীকনা**, য়ামনা লুনা চেকাশন্না, জোনে চঙনা "নিংথৌ নঙগী দমকপু মুনি উনবী খোয়-খৈ নীকনা ঐবু থৌশীরকএ।"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**উনবী চকম লেংবা**, পূক্তা (খুংলাইনা) লেংবা, "খুবাক তিল্লাই মেন খোকলাং পমশিংননা ভিমেন তা হুনখিববু লাবা থঙুংথিং উনবী চকম লেংলে।"—চাযঃ।

**উনবী চকম হোংবা**, পূক মথক মথা ওনবা।

**উনবী চাম্ব ফবা**, লৌশিং চাউবা।

**উনবী চৈরৎ লৈতনা**, পূকনীং হনবা ত্তোদনা, নীংহন্নদনা।

**উনবী নিংশিং তাংথক নাইদবা**, অকাউবা লৈত্তবা, কাউগন্দবা।

**উনবী পরৈবা**, পূকচেন শেল্লা, মপূক মাংবা, "ইশা-নৌ খোইমোন লাইবু নীংবা অসি উনবী পরৈববু মাল্লে।"—থঃ লাঃ নীং।

**উনবী পূকথোক কায়না**, পূকনীংদা নীংবা কায়না।

**উনপী পূকনীং ইরৈ চল্লা**, জ্ঞান মান তাদনা।

**উনবী পূকনীং চঙনা**, পূকনীং চঙনা, য়ুল্লা।

**উনবী পূকনীং চেৎনা**, পূকনীং চঙনা, মপূকচেন চেৎনা।

**উনবী চৈরৎ লৈতনা**, পূকনীং হনবা ত্তোদনা, নীংহন্নদনা।

**উনবী পূকথোক কায়না**, নীংবা কায়না, নীংবা থুংদনা।

**উনবী পূকনীং তল্লা**, মপূক হংবা, পূকচেন খোয়-জেন হংবা।

**উনবী পূকনীং পীনা**, পূকনীং চঙনা, খোয়দানা, "পান্নি নাউৱা অথুৱা নঙদি নপন ঐগী ইতিক অরুববু কন্নয়া শানখংবনো হায়না উনবী পূকনীং পীনা হরাউখিয়ে।"—পোঃ লুঃ।

**উনবী পূকনীং পীবা**, খোয়দাবা, "চীংঙু লাইরূপ পূয়নকনা উনবী পীনা পূকন্না লাইন্নিংথৌ।"—নোংঃ লাইঃ।

**উনবী পূকনীং লেপ্পী**, পূকচেন চেৎপী।

**উনবী পুকনীং য়াংবা**, পূকনীং তযাং ভশোইবা।

**উনবী পূকমান্নবা**, পূকচেল খোয়জেল তিন্নবা, মোৎ মান্নবা "কোবৌ হুম্বিং অমদা উনবী পূমান্নবা বা-তান্নাখএ।"—এঃ পঃ।

**উনবী ফকমাঙনবা**, পূকনীংদা তৌকম খঙদবা।

**উনবী মঙ্গুং হোৌবা**, য়ামনা শাউবা, খোয়দৌ শাউ-গৎপা, "লাইবেন উনবী মঙ্গুংহোৌনা তরা চমাংচাবা নঙদি কোলোয় য়াথং চুমদে লাইবেন ঐগী সনা কে.ঙ্গুং চঙফরোই হায়থিম্রে।"—সনাঃ লাইঃ।

**উনবী লাংতক্লবা**, পূকনীং ইরাঙ লাঙনা।

**উনবী লিত্তিম্নবা**, পূকচেল খোয়জেল তিম্নবা।

**উনবী লৌয়েৎনবা**, পূকনীংদা নিংজিং মাঙজিংনবা।

**উনবী লৈখন তাবা**, পূক্তা রাখন লৈবা।

**উনবী লৈখল্লবা**, পূকনীংদা রাখল তৌহোৌদবা।

**উনবী লৈখন লনবা**, রাখল থেনবা, লৌশিং রাংপা, রাখল মপূং ফাদবা, "নাউবা ইশোয়র পাযমা লৌশিং তামনা উনবী লৈখন লনবা মাকোহ পূকথোঙ হাঙবা মশেন্নে।"—লাঃ শঃ থাবা।

উনাইবা, মপান ফাবা।

**উনৌ**, উ অনৌবা।

**উপন**, উ জাং অমা।

**উপন চৈরোঙ**, উপন্না শাবা ফৌ যৈনবা চৈবোঙ।

উপিন্দ্র, উপী শীং।

**উপীন্দ্র শীংবী**, উপী শী।

**উফৈ ফাদোং খাইবা**, উগী কাংথক (ফম্পাক) হাবা।

**উফোং ঙাক্তু**, থবানমিচাক, হস্তা নক্ষত্র।

**উমং লাই**, মৈতৈশিংনা লাৎনবা লাইযিংথৌ লাই-রেম্মা।

**উমং লাই মাপন**, (১) লাইযিংথৌ হনবা, (২) মুরা-নিংথৌ, (৩) মোংবাহনবা, (৪) নাউকন, (৫) চখাবা, (৬) কৌববেন, (৭) খমলাংবা, (৮) লুরাং পুম্সিবা, (৯) মার্জিং। উমংলাই মাপনমক্কী শিন্থাদি মপাম লৈবা লাইগী মথৈ পোচ্চৈদি মপামনা তানগনি, দোলাইস্থ মপামদা পুগনি, মপাম লৈতবা নিংথৌ লাইদি মশিন্না থাঙ্গনি, দোলাই দোলাইরোইনা পুগনি।"—শঙঃ মশিন।

**উমত্তু**, লুকথবা, নোম্বা।

**উম্মী**, থৌনা ফবা।

**উম্মীমচা**, কৈরেন অথৌবা, "কৈরেন উম্মীচানা শা-থৌনববু কনা কনা লৈবনো?"—চীংঃ শামুঃ।

**উমিৎলোই**, উগা মিং মান্নবা।

**উমু চাকথেকখাক**, মৈনা চাকথেকখিবগী মুস্থক মুনা লৈহোৌবা মথাক, "অশৈ তেংথা শকলুবা খুদিংদা নোং-পান উমু চাকথেকখাককুম্বা লৌশিং মিংথোঙ মন্নবা ঐগী ভক্তি ইথোৌগনবু ওইজগে।"—লাংঃ শঃ থাবা।

**উরাই হকপা**, উদা থাঙনা হকপা, "তলা নমল হল্লমলে, পামেন উবাই হকলবগী তল্লা ননিংনববু নীংফদরে।"—হিঃ হিঃ।

**উরাউ চৈ**, উ লাউবদা পায়বা চৈ, "তল্লা চাউথোইব-নিগিনা পামেল চিংঙমদরবগী লুরাং রাংমিংখু থুৎহৈ-বনা পামেল লুদা তোং তল্লা হোইথেম চৈ পামেন উবাউ চৈবু শমু থুত্তা শূনা পামেন নঙ নমি ফরোইএ তল্লা নপামনবন পামফরোইএ।"—হি. হিঃ।

**উরাংমৈ**, উ জাং অমা, মথোক কাবকপা মী।

**উরাংমৈ খ্রাঙনৌবা**, মথোক কাখংলকইবা মশা তনাপ তনাপ্পা মখ্রাঙ চেংলপ তৌবা নাহা (পাখং), "নাউবা মথোকলকপা পাগং উবাংমৈ খ্র ঙনৌবশিংনা অনী চীনপকনা অহুম চীন্দিন্নবা নাপা লোনংহায়ননা বা তান্নখিয়ে।"—নঃ লাঃ নীং।

**উরান**, নোংমাইজিং চাংগী চাংশা অমা।

**উরিংকোন**, উয়োক।

**উরুক**, খুদেং, "দোবা চরৈ ফিশাং হাইবাদি চৈরৈ লেংদোন যান, উরুক নাক্তা যেপনা মাল্লৌ কি শূগে হায়না হিদেন খোঙরাই কুমখিবদা।"—ধঃ নাঃ নীং।

**উরুং পুরেম**, ফম অমা।

**উরুংবা**, লোযশঙ অমগী মিং, "উরুংবগী শিন্থাদি—শীংজংখোক, হাঙমৈখোক, থাংখোক, য়োৎখোক, মৈকাপ্পা, শনৈবী ফীরান রা, উপী মোইদোন, ফী-রানখোক, পৈয়া, কাঙদ্রুম, ফক, কাংথোন, পেখোক, হুমদাং, নাচৈ, যেৎপু, শমচেৎ, তেম, পাঙমদেম, খুনেৎ, তমং, লংথোক তরেং, কোন্নবা, শূনা উপাক, তরেং, কবো তরেং, য়োংখম, ফিদৌ কৈরাক, শানম, শিরাই-রুক, তম্বোৎ, শীংতুম, শিনাই চৈ, খুদাফান, হিদান, লাইরিকফান, লাইরিক মথুম, কু, কাইরেন কাইজাউ, উনা রানা চঙবা, নৈশা, মিউ, তেরাককচেং, শেকপী, খোইনিংথৌ, শম্মি মচুম, উশোই নারেং, ঙা মচম, লিনপোম মরু, রাং মচুম, খোংনাং মচুম অসি উরুং-বদা থাগনি।"—শঙঃ মশিন।

**উরুংবা পাইশূবা**, লোয়শঙ অমগী মিং, "উরুংবা পাইশূবগী শিন্থাদি, পুংমায়, পুংজৈ, থামেন চপ্পা,

লৈচল্লা অনীমক্কী উকম য়ানফংপা, কাংথোন, কু, যোংথম, হিদান, ফিহৌ কৈরাক, শূনা উপাক, নোং-মৈথোক, লাইরিকফান, লাইরিক মথুম, থুরুম, শাই-রুক, শেনপোৎ, কপ্লেং, পাঙন্দেম অসি উরুংবা পাইশুবদা থাগনি।"—শঙঃ মশিন।

**উরেন খুবা**, নিংথৌ কাংবগী মচা নিপা অমগী মিং।

**উরেনহনবা**, নিংথৌ কাংবগী মচা নিপা অমগী মিং।

**উরেপ চাখিল্লবা**, পুক মথক মথা ওনবা।

**উরেপ চার খিনবা**, মচা মশূ থনবা, মুগুনবা চার থাবা।

**উরেপ চারা**, মচা মশূ, ধারা, "ইপারি উবেপ চারা ওইবরু শাৎলক্কবরা ?"—চোঃ থাংঃ পাথং।

**উরোং**, খুদম শঙনবা যুংবা চৈ, "উরোং শৎলবদি ইরোই অমা কোংহল্লে।"—মশিন্।

**উরোং খিনবা**, চৈ যুংবা।

**উরোয়নবা**, ড পুবা।

**উশাং**, খিকলোয় (খুমল্লা হাযনবা), "নোংযায়না মি কৌনা খুমল্লা তেংথানা খিকলোযবুদি উশাং-ও শীং-নাংবু নেম্বা-ও তৌনা কৌএ।"- নিংঃ লম্বুঃ।

**উহক শেংগম শাবা**, উ যুংঙনা শেংগম শাবা।

**উয়া**, উ মনাক।

**উয়া হেল্লা** উ মনাক্তা লাকপা।

**উয়ুম**, পাম্বী জাৎ অমা, লুরাং শলাইগী অপোকপা থুরুম্বদা যাওবা, "লৈদি উয়ুমনে।"—থিরেন মৈঃ লীঃ।

**উয়োককোন**, উ য়োকফম।

**উয়োম্নুং**, উ মহুং।

# ঊ

**ঊক্রোঙ হোঙবা**, কনাগুম্বা মী অমা শিরগা মাগী দমক্তা কুশপ্প তৌবা, শ্রাদ্ধ শোনবা, মপা মপুগী কীর্ত্তন তৌবা।

**ঊচান**, উ মথল অমা।

**ঊচান পরি**, উচান মপুন থায় মঙানা কোনবা।

**ঊ চরা**, ঈ াং পূজা তৌবদা চিথেক মবিদা যুংবদা শীজিন্নবা বা মচা, 'থাকন থল্লো উচিবা মঙা যুংও।" —চীংঃ লাইঃ। মণিপুরগী থা পাংবদা ময়াংইম্ফাল মনাক্তা লৈবা খুল অমগী মিং।

**ঊ চ শূম্বল**, হীদাক কাম্নবা পাম্বী অপিকপা জাৎ অমা।

**ঊনম**, পাশোয়গী মনীং মোইরাং লাইজি ওইরপ লৈবা খুল অমা, "পাসোয় নূরাবী তাউথরো, উনম পাথং থুজরো"—নোংঃ শৈঃ।

**ঊনিং**, বা মতাং অমা যাওনা ককপা উতোং, "লাই-রেন ঙাংঙোই যোযমোংবনা উনিং তাংমা কক্ লাইজা মটীন মেন।"—তৃত্তেং।

**ঊনৌ**, লৈপাক্তগী হৌগংলকপদা ঙায়রিবা বা মচা।

**ঊনৌ কোন্দে কোম্না হুনবা**, মচা অতোম্বা, ইপাবি উনৌ কোন্দে কোম্না হুনবা-ও উনবী নংথায় শাউবগুনো।"—পোঃ লুঃ।

**ঊনৌ তেঙ্গৈ লীগা ফাবা**, উনৌনা তেঙৈগী মগী পানবা।

**ঊপী**, শীং।

**ঊপী তরান**, শীং, "শদু তেকচাক মৈ, থাঙ্গ উপী তবান মৈ।"—মৈঃ তেংথা।

**ঊপী থারোন**, শীং মপৈ।

**ঊপী থারোন পৈশুমলা**, উপী শাং মরোন মরোন

পৈৰগুমনা, "উপী থারোন পৈগুমনা লঙ্কা লানমী লানশিন্নে।"—লঃ (রাঃ)।

**উমু,** মতাং অমা।

**উমু তাংমরা,** মতাং পান্দবা।

**উরা কোংয়াম্বা,** মহাকবক্তা বাংলেন পুংদিং হৈবগা চকপ্রম চন্দ্র কিশাহৈবীগা শৈশরুখিবা চহী নীফু মাখোই পানখিবা পুখিংলাই মোইরাং নিংথৌ।

**উরা কোম্বৌবা,** মৈদিংগু শমৈরাংনা মৈত্রৈমা লাইরৈমা পান্নদুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ। (খুঃ ৫৫৮—৬৫৮)।

**উরাপাম্নচিংহৌবা,** উয়া যাওনা চিংবা।

**উরিং মায়হিং খোংদবা,** মারদা মায়হিং কাদবা।

**উরেকশেক,** উরোক মতু।

**উয়েন লৈমা থংগোংশু,** বাকোংথেম নিংথোন, "উয়েন লৈমা থংগোংশু সনা লাংবকোইনা মিংথোংফমী মমুয়োইনাই অঙোবা নোংনিংথৌ লাংকম ছুংচি লাম্বনা সনা ঈবু চীরোকবী নোংবান অতা কোংয়াম্বা চন্দ্র চকপা মথাও গুহীনা নোংবাম্নোন লফেল ওঠী পলেম মমাপোকপু চাদনা লাইহুই থখবনে।"—চাঃ লাইঃ।

# এ

**এনবুম ছুইরোয় চনবা,** শাকা লানকাগী দোষ কোক্লবা শাকা লানকাররিবা মী অদুনা যুমগী নাকথদা ভৌবা থৌ।

**এলাং থৌচংপা শীংজা রাইকোইবা** থবক ইনথাং চথোকপা, "মদোম এলাং থৌচংপা শীংজা রাইকোইবগা লমওক্লরে।"—চায়ঃ।

# ও

**ওইওমদবা,** নংঙমদবা, "পামেল উখোংথাবু ওই ওমদরে"—বীঃ পঃ।

**ওইত্রে,** ওয়রোমদা।

**ওইনক্ক,** চক্ষু।

**ওইহিকপা,** ওইবা।

**ওক্লবা,** উনবা, থেংনবা;—"ঐদি খোযম লাই নমু পোংসুম ওক্লরক্তে"—তুতেং।

**ওকতান য়াংগুম্বা,** ওক তানবগুম্বা।

**ওক্লরেন,** লাই অমগী মিং (নিংথৌখোম্দা লৈবা)।

**ওকপুরোই,** থৱানমিচাক, অনুরাধা নক্ষত্র।

**ওকলাকশা,** ওক।

**ওকলাকোম,** ওক লৈওনকম্।

**ওকলুয়াম,** ওকয়াম লোইবা।

**ওকলেম পনগুম্বা,** লাম্বোক্লুনা চেম্বোকপা।

**ওকলেম,** ওক।

**ওংগাইনবা,** থেংনবা, উনবা, ওক্লবা।

**ওংখি,** ঈশিং, "চীংগু থবা মমিমনাক তোংলেন মকাইকম ওংখি লাইজা ঈকমলেন।"—পোঃ লুঃ।

**ওংনবা,** মতু মবা ওইনবা, লোনবা, "শক ১১৭২ কালেন থা ২৭ নি লংমাইজিংদা সোরামগা নাউরোইবমগা ওংনৈ হান্নদুনা হাওজোংপন ওইহনাথ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ওংবা**, হুপীনা মংমূম পানবা, লৌন লৈনবা, লৈবা, হোৌবা, শাংপা, চংপা, হোংবা, পানবা, "মালেম লৈহোম পাত্তা ওংলিবা থবাল লৈরিকচিনবু লৈখোম ঙৈন খোকএ হায়না শীংলেন হুঞেকে।"—বিঃ(মহা)। "ঙাসুঙ ঙায়ান উদা ওংএ।"—শাঃ লমঃ। 'মাইবম চক্রপাণিগী কুমদি শক ১৭০১ কালেন ৩ নি লৈপাক-পোকপদা মহারাজনচিংনা বিষ্ণুপুরদগী কাঞ্চিপুর ডাম্না লৈপাক পুম্নমা ওংএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ওংলকপা**, হল্লকপা, "শক ১৬৪৫ পোয়ম্ব নোংমা মুম-শকৈশদা নিংথেম ভথেন নাবা চৎলে ২০ নি ঈরাইদা নিংথেম ওংলকএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ওংলুবা**, লৈরুবা, মুম পালুবা।

**ওংলৌ**, হকচাং।

**ওংলৌ য়াইবীরেন** শিদবা, অমাঙ অতা লৈতবা শিবা নাইদবা থবায়, আত্মা, "হয়া হে খোইয়ম লাইহিংথৌ ওংলৌ য়াইবিরেন শিদবা।"—পোঃ লুঃ।

**ওংহনবা**, চংহনবা।
"২৭নি নিংথৌকাবদা বামোন লাইময়ুমগী চুড়ামণি ঠাকুরবু বামোন ওক্লুও হায়হনা ময়াং ওংহল্লে।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ওস্তেখিবা (ওন্দেখিবা)**, হনখিবা "খোইমোম লেংনা তিনপা পূমনামাংঙ মরান ওস্তোখয়ে।"—পাঃ লাই।

**ওন্দেরকপা**, হল্লকপা, "লাবা মটীহেন ভনবা মরাই লাংনা ওন্দেরকলে।"—চায়ঃ।

**ওন্দেরাক**, হল্লকনবা শকপা ঙৈশে।

**ওন্দে হলরাইশৈ**, হল্লকনবা শকপা ঙৈশে।

**ওম্না ওম্না নীংথনবা**, মপূক্তা মওম মওন থনবা "খোইমোম মপারিবু ওইরবরা হায়না ওম্না ওম্না নীং-থনথিরে।"—ধঃ লাঃ নীং।

**ওমথরকপা**, নাউপুবা, গর্ভ পুবা।

**ওম্পোং**, লফু জাং অমা, 'ফি অশেংবা কিরোই ১ লকোই ওম্পোং চঙথোকপা ১।"—চীংঃ লাইঃ।

# ঔ

**ঔত্রী**, থুলাউ লৈচাউনবা থুত্তাক লৈতাকনবদা শীজিনবা লায়রোন ঙৈশে মথল অমা, লৈরোই নোং-লোই ঙৈশে।

**ঔত্রী হংগেন**, লায়রোন ঙৈশে।

**ঔত্রী হংগেন চোংবা**, থৌরী পায়দুনা লায়রোন শক্তেনা চোংবা, লাই হরাউবা লোইরমদাইদা তৌবা থবক থৌরম অমা।

**ঔরী**, থৌরী।

**ঔরী লীয়ায় নোঙ্গা**, থৌরী ভিংবা।

**ঔরা**, মণিপুরগী নোংপোকতা লৈবা লম, ব্রহ্মদেশ।

# ক

**ক**, মৈতৈময়েক্কী অহৌবা ময়েক।

**কং**, ঙক্কা পুনবা, হৈকং।

**কংক থাংবা**, (হৈকং থাংদুনা) ঙক্কা পুন্দুনা পুবা।

**কংতেক নেমচিনবা**, কন্না চোংনবা।

**কংদা** অকংবা।

**কংদা ঈয়া হেপ্পা**, লৈরাই মখা, ক'ফান মখা।

**কংলা**, কোন্থুং, "কংলে কংলা কৌএ।"—পাখং: নাউ:

**কংলা চেনগা য়াংবা**, কংলা থুনা কংবা।

**কংলা থনবা**, কম্মাই ফানাইবা, অশুম অথৌ, "নোংয়ায় কংলা থনবনা পুকনী থাজগোৎলিয়ে।"—চায়:।

**কংলা থোন তরেৎ থোঙ্গাংমৈ**, ক'লা মথোন তরেৎ।

**কংলা থৌগারকপা**, কোন্থুং কারকপা, "কেংপ থুনকাংথৌ মোইরাং নাইফবৌ ফমদৌ মড ইবোই নিংথৌ নহীশা ঙাংঙোই অথৌ নীচা হেপ্পা তনবা থায়াং কোন্দাই লোনবা পূম্বনা ১৬ পুম্থু লানপোং লৈনশেং মবোং চেপবাইনা তিমেন চেন্দামন। কংলা থৌগারকপদা বেগে মোইবা নিংথৌ পুনশিবা থুবেনচনবনা বাহমনকএ।"—মাই: নিং: নুং:।

**কংলা ফমগা থেঙবা**, থম্মাইবা কুহুদ্রিবা, "ওদোন চকনাই ফাম্তোনশী ক'লা ফমগা থেঙনা নাংলেন কোঙয়াং উনৌ কোন্দে কোম্না হুনবনা, কোঙাং বারেপ ফাবগুম নাউবা লাংজেং মথোকলকপা হুয়েন লানবাম মহৈরবলিবা নোংযায় চাখা চোংহরেম্বা অথৌবনা কোম্না পাউখুমলকএ।"—চায়:।

**কংলা মী মক্ক**, মী অফবা।

**কংলা লাইরা পরিং তম্বা**, কোন্থুংদা বায়েনবা।

**কংলা লানবাউ তম্বা**, শা লান চংলুবদা মাথং তুনা হুলকপদা লান পাউ তম্বা।

**কংলা লিরা শেৎপা**, বায়েনবা, বিচার তৌবা।

**কংলা বাফোঙবা**, নিংথৌদা বাকৎপা, কোন্থুংদা লাউবা "মুজা মতিক নত্তনা থংলোন মুংশি মৈনা কংলা বাফোঙলুইএ।"—চায়:।

**কংলা শীংকাপ তম্বা**, নিংথৌ ওইবা।

**কংলা-হজবা**, কম অমগী মিং।

**কংলা হম্জোংফবা**, কলাংমৈ তোংবা, কম্বাল তোংবা।

**কংলা য়াইপুং**, শা লান থোকলবদা লৈপাক মীয়াম কৌথংপদা য়ৈনবা কোন্থুংগী পুংজাউ।

**কংলা য়াইপুং খীনবা**, কংলা পুংজাউ য়ৈবা, "মৈদিংঙু উবা কোম্বৌবদি ইন্থুং শোয়য়ায়মদা চীংলেন ঙালম ঙান্দনা তুবী মবাও হৌ, লাইরেন মণিনাইনা ক'ংলা য়াইপুং খীন্না পোইরৈ খুঙ্গ। তায়ম নাইঙ্গা পূথনা কাথংলকও হায়না পাউ কৌশংলবদা।"—না: ক: কা:।

**কংলৈ**, কোন্থুং, ক'লা, সংব, শূমাঙ, "কংলৈ নও মাঙদা ফকলোং চবাহিমা থাবো।"—য়ুকৌ:।

**কংলৈ য়াথোকপা**, লংজাউ গামংদা চথোকপা।

**কংলোম**, কংশি।

**কংলোন হেপ্পা**, ক'শি য়ৈবা।

**কংলৌ**, লৈকং।

**ককচেং তৌদোন খোম্বা**, ককচেং ময়াম ওম্বা (তোংবা), "বাংবন লাউথরকনা পোংবান লাইখোং মবীন থন্না নিল্লি কোন্না তাউ ককচেং তৌদোন খোম।"—হি: হি:।

**ককতাং শুদাংদবা**, বা মতাং তনশিন্দবা।

**ককনাউ**, য়ামনা পিশক পিকপা।

**ককনা শমজি লমদাইথেৎ**, ঙক থকুনা হাংকম।

**কচক হৌবা**, যামনা শাঙবা, "নিংথৌ যাইবী কচক হৌনা মোইরাং লনহাথদি তাংওগুম লৈনী লোঙেঙ নিংথৌ ঐবু তাংশক্কে, ঙকনী লুমদা ঈন্না কৌথংলু হায়না থৌগীখিএ।"—সনা: লাই:।

**কজিন করাওবা**, নিনবা, ঈরাং হৌবা।

**কজিন করাও থোকপা**, লাউথোকপা, ময়াম খঙহনবা।

**কচেং**, **কজেং**, থাঙ, "মতাইরেম পোইদৈ অথৌ লিচা হেপ্পা পুম্নমাক্তও লাইরেন মরোং চুংকুপোম কচেং থাঙয়ান থোনগীবু শেনবী মনোং মৈবু শোংকিদনা লাংগোই শাথৌ থোই তিমেন নমহল্লনা হুয়েন লাল শোক্লরে।"—শম: ঙ:। নোংথাঙ।

**কজেং থাংজহনবা**, কম অমা।

**কজেং থাঙলেন পায়জদবা**, থাঙ পায়জদবা।

**কজেং থাঙহকচন্দবা**, থাঙকম লৈতবা।

**কজেং থাঙহিং কাদবা**, মকশিনবা লৈতবা।

**কজেংলৈ**, লৈত্রেং, নূপীগী (লুহোংদ্রিবা নূপীশিংনা লাই হরাউবদা অমাদ লুহোংবদা কন্যাগী) মশম মথক্তা কোত্তা হাপ্লবা লৈতেং।

**কজেং য়োংহক চনবা**, য়োং তৌবা।

**কজেং য়োংহিং কাদবা**, শক অমাও খতা লৈতবা।

**কস্থান**, ইংখোল শংনবগী বায়েন (বিচার) তৌনবা (নিংখোমচাশিংগী) ফম অমা, "২চনি রিনশকৈশনা মনাউ ইবুঙো কস্থানবু সেনাপতি হাপএ।"—ৎৈঃ কুম্বাঃ।

**কতৌনকো**, কদৌনগো।

**কদৌনগো**, করিনু বাগ্নগদনগে, "মোয়নৌ ইত্তাও হরি খোঙ্থাংদা কতৌনকো।"—লোঃ নোংকাঃ।

**কদায়রম**, করম ফদাইদা, কদোবদা।

**কদৌলেংগী**, করি মরমগী।

**কদৌনা**, করি মরমগী, করি তৌনা।

**কদৌনাংগী**, করি মরমগী, "কদৌনোংগী চীকলবা লমদম লাইজা মপান্দা নথদবু মীদপলিবনো?" —হেঞ্জঃ।

**কদৌবা**, করি তৌবা, "লাইরেন ইশাবি নঙদি কদৌবা পাঙ থুদি নো?"—তূংথং।

**কঞ্জাও কোলোয়**, বললক থঞ্জাওনা চংবা কাংনও হুংঙাইতনা পোন, খোন অয়াকপা।

**কঞ্জাওবা**, কনপা, নিংহৌবা।

**কঞ্জাও মাথ লাইই কম্বা মথৈফং**, মৈ হৌনা শাঙ- রতুনা।

**কঞ্জাও মৈরা হৌ**, মৈ হৌনা শাঙডুনা।

**কঞ্জাও মৈপোকথোকপী**, শাঙগনবী।

**কনবু মুংবু শিনা**, পূকনীং হুংশিনা।

**কনম ফানা য়াংকোকলা**, য়াংকোক।

**কনহৌনাকনা**, কম্বী থোকনা।

**কময়োনপা**, কনবা ভমদবা, "থাবায় লায়কমপাপু কনয়োম্লে।"—কৌঞ্রঃ।

**কনা থাক্তনা**, মী অমত্তা চিথদনা, "লাংগোই শগোল শামু তোংনা কনা থাক্তনা তিমেন তাবুনশা থুংশু থুংলাই মতৌ হেনবা পায়না ইহুংমদা অরাম তম্পাকশওলোমদা কুমথরকলে।"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**কানামরিয়োই**, কনাসু ওইরিয়োই।

**কপ্রেং**, লশিং তক্লবা হং।

**কপ্রেং ফিজেৎ**, লেংঙতাগুমনা হকচাংগী শরুক থরদা কুপ্পনা শেংপা ফিজেৎ।

**কব্রেং**, মুগা লং মথল অমা।

**কবাক থনবা**, ময়া কাখোকহন্দুনা থখা।

**কবো**, মণিপুরগী নোংপোক্তা লৈবা লম অমা।

**কবোক নাচন তরেৎ**, খৌদৌ লাংদৌ ঈরাং থৌরাংপদা হাপ্লবা পোকপা কবোক।

**কবো তাইবোং খৌথিবা য়েনকুক**, কবোগী ময়াম পোঙগী থুমুক (তাইবোং—নন অমগী মিং)।

**কবোম্বা**, লাইরিংবো নোংয়িন ফাবগী মথংদা (খৃঃ ১৫২৩ — ১৫৪১ ফাওবা) পানখিবা লমকাম্বনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ।

**কম্পু**, সিকাই কাডপুপ অমা, কম্পানি, লাম্মী।

**কমা**, হাংপা পাঙনা ককপা, য়ানবা, "ইঙাইরেন অচেংপা মশেন্নে, তাঙজা মাংলোমদা লুরেনতোনবু করম কমগে হায়বনো?"—বিঃ (মহাঃ)।

**কম্বা**, মহাউ মাউনবা।

**কম্বু**, করম্বু, "লানশোক মতৌ কম্বু লৈতরে।"—লাঃ শঃ থাবা।

**কম্বো নকাম্বাম্বা**, নওং নতৌ অয়াম্বা।

**কম্বোং নিংথৌ চনু**, থাঙ কম্বোং নাংডোল, "নঙোন লৈতে লৈমা য়োংকন্দলোন লাইরেমা কম্বোং নিংথৌ চনু পম্বো মপা পোকপু গনা লাইহুইবদি কনানো?" —চাঃ লাইঃ।

**কমেং**, ইংলগা কলম ওইনা ইনবা য়াবা অপীকপা পাম্বী অমা, থুল অমগী মিং।

**করাং থৌবি**, মঙাল।

**করাং থৌবি লোকমায় হেন্দ্রিটৈ**, মঙান (মৈশা) কনথংলক্রিঙ।

**করি হিকনো**, করি মরমগীনো?

**করেম্নবা**, করেম কথাইনবা, নোক্লবা।

**করোং**, খোঙ্রবা থবক, লম্মন (করোং থুংকুম্বা)।

**করোং থুংকুম্বা**, লম্মন থুম্বা, নশাবিগী দমকপু করোং থুংকুমলো, লাংবন চেঙরুম মনাউতোনগুম লনশিংলো।"—চায়ঃ।

**করৌপেং**, হঙোই, "হঙোইবু করৌপেংও কৌএ। হঙোই করৌপেংবু লংথং খোংগতিংনা কোরৌ

নোংনাংপানগী লাইজা ঈনিবদি ঈশিং ভমলেন চাণ্ড লাইজা ঈনা ওমলকএ।”—ভোরৈঃ।

**করৌঙি ফিগাও,** (মমাঙৈডদা চীংখ্রামপমনা শাবা) ফি অাং অমা।

**কন্নক ভকশি শোনহোবা,** মথদাং চীক্তুনা লৈহোবা।

**ক-হৌ** কম্থি।

**কলহৌনীকপা,** কম্থিখোকপা, “লাইরেন মৈদিংঙুনা ভুবী কলহৌনীকনা ৱাডাখিখিয়ে।”—নিংঃ লম্বুঃ।

**কয়াংলৈ,** লমলক্তা শাবা শঙ (লুবাংনা হায়নবা), “লমশঙ লৈনা শাপাপুক্তি কয়াং লৈ-ও ভৌনা কৌএ।” খোংঃ নোংকাঃ।

**কাইশেন,** কোদাং ওথোকনবা পোৎ।

**কাইশেন পুমনান** অনানবা কাইসেন মখল অমা, “পণ্ডিত, পুরোহ, নোংখোন, লৈকাইলাকপা মরি, সেনাপতি মন্ত্রী, পাচাহনবা, কম্বান, পানা শঙলাকপা মরি, কৈদা হঙবা অসিদি কাইসেন পুমনান খূদশেন ফিদা মথা ফিবোং চামিবা লেংবান্দা য়ান্দুনা পুইএ, কাইসেন খূদোং পুই।”—কমঃ।

**কাক কাক,** মশান্না অমা।

**কাকচীন,** কাক মচীন।

**কাকভানবা** মেয়াগী ভরানি পানবদা ভুংবন্দা নিংথৌ সেনাপতি অঙম অথৌ ময়াম তিঙ্কুনা ভৌবা মণিপুরগী য়ামনা চাউবা কূম্মে, মৈদিংঙু গরিবনৱাজ মহারাজগী হাক্তঙ্গী হৌখি।

**কাকপা লৈভোন পানবা,** খূমন অথৌবা অমগী মিং, মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবনা (খৃঃ ১১৯৫—১২৩১) লান চংলুবগী হন্নকপদা কাকপা লৈভোন পানবনচিংবা খূমন্না লুমহুনা মৈতৈনা হন্নকপদা হীরুদা পাম্নহুনা মথূৎনা য়ানবদা তালিয়া এলাংবনা খূমন অথৌবগী মশম পায়হুনা হীরুবাক্তা চিংখত্তুনা মথূৎতা পায়বা নৌনা কাকপা লৈভোন পানবগী মকোক কক্তুনা পুন্নকলগা ৱাকরৈ নাউদা (হিনাউদা) হাপ্পুনা খূমন অমসুং মৈতৈগী মমাঙদা লেপ্লখি। হিৱাও হিরেনগী হিনাউদা হাপ্না মী মকোক অসি খূমন কাকপা লৈভোন পাম্বগী অহুটৈ ককখিবা মকোক অহুগী খূদমনি।

**কাকলা,** উপাল অমা অমসুং মাতুগী মনা, খূমন শলাইগী অপোকপা খূরুম্বদা কাকলা য়াওনৈ।

**কাকলৈ,** মচু শংবায়না চয়োং চয়োং ওইনা শাৎপা উরৈ মখল অমা।

**কাক মুক্রম,** লাওজা মুক্রম, মুমশারোনগী মুক্রম কায়াৎ যাপলগী মতুংদা চীংখৈ থংবা কায়াৎ, কীয়ান মুক্রমগী অৱাং, শামু মুক্রমগীনা নোংপোক।

**কাকোক চীন্দাইলুং,** পানা কা হাপ্পবা কাগোক মহুং, “নিংথৌ কাকোক চীন্দাইলুংগী পানা চফুম শীনা থৌথোংখিয়ে।” চায়ঃ।

**কাগোক থনবা,** নিংথৌগী কা পুহুনা থোগন তৌবা মী, ফম অমা।

**কাগোক হানবা,** অচৌ অশাংনচিংবগী চহু নিংঙোন লোবদা নিপা মযুমনা নূপী মযুমদা পীবা মংকৎ।

**কা য়াচু শায়বা,** কা চাবা।

**ক্যাম্বা,** লাইয়িংথৌ নিংথৌখোম্বনা মৈতৈ লৈমা লিহোই ওম্বী পায়হুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ (খৃঃ ১৪৬৭—১৫০৭) সনা মহাকথক্তা পোংগা মৈতৈগা পুম্না খম্বং (অৱা) লৈবাক্তা লান্দাহুনা কবো তম্পাক লৌশিনখিবা অমসুং শ্রীবিষ্ণু সেবা তৌখিবা নিংথৌ।

**ক্যাম লীকফাং,** লীক মখল অমা।

**ক্যামলৈ,** মনা কুপ্পা ভিংখংপানবা উ পাম্বী মখল অমা।

**কাই,** অশিবা হাপ্পবা কূ।

**কাইকোং,** থজিং, ঙাচিং।

**কাইভে,** লৌ ঙাক্লবা শগাই।

**কাইমা হনবা,** লান্দা ওম্বা, লান্দা হাংপা, লান্দা কাবা।

**কাইলুং চঙবা,** মখূন চঙবা।

**কাইনৌ,** শমজি, ‘মযুম শেলোয়না মিকোনবদি শমু খিং খিং শমজিবু কাইনৌ কৌএ।”—খূঃ কংঃ। “শমলাং কাফেয়না মালেম লৈদা ওন খিংখিং কাইনৌ শমজিখোক পিরেম চাইজি চৈরোয়ননা খূরুমজববু মচু শেল্লোয়চা পাখং মপন লংমাই চীংশাং খোকলোয় হোবশিংনা ৱা চানবিয়ে।”—নাঃ কঃ কাঃ।

**কাইনৌ ইরেংবা,** মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈকাবনা খোঙলৈমা মুবীশূ পায়হুনা পোকপনি, য়াংলৌ কৈকাবগী মথংদা খৃঃ ৭৮৪ দা কবাল কাহুনা চহী মরিফুডরা পানখি।

**কাইনৌ চীংশোম্বা,** শেলোই লংমাই নিংথৌ।

**কাইনৌ পেক্রক শাইতারান,** চান্দুবা, “বাংলেন পুংহোরে, খূলুং পাউতাকলে, কোরৌ শেনথীরান ৱাংবন পাইথীরান কাইনৌ পেক্রক শাইতারান্দা শাশঙ মুঙৈশা মুমভিং হাকুপননা খোইরা মহুম শেমনা ভমাই য়াংভেরে।”—নাঃ কঃ কাঃ।

**কাইবা**, লোথোকপা।

**কাইবী**, শওম, "কাইবী শওম নিংথৌ মন্ত্রী জম্বুবান লৌশিংবা।"—উঃ (রাঃ)।

**কাইবী লৈয়াল থোং**, শওম য়ানবা থোং।

**কাইরং**, মচু শঙবদা শীঞ্জিন্নবা পাম্বী মখল অমা।

**কাইরেল**, লশিং পোলাং, পোন অচৌবা, "অঙবা পূম্নমক্কা লশিং কাইরেন য়েনএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**কাইরেন কাইজাউ**, অচৌ অশাং শিংদা শীঞ্জিন্নবা লৈতেং হাপলবা কূ।

**কাইরৈ**, য়েন, "কাইরৈ য়েলহিং থানা পামেল মমল ভমলবগা লুবাং মমাইবনা পাওমেল্লকএ।"—হিঃ হিঃ।

**কাইরৈ অঙৌপা**, য়েন অঙৌবা, "কাইরৈ অঙৌপাপু শমু নাক্কা য়েপনা য়োয়ময়াই অঙানপাপু পাউথেমলম।"—নোংঃ লাইঃ।

**কাইরৈ ময়েঙ্গা**, য়েম্বারাবা, "কাইরৈচাদি কাসা পাউতাক য়েনঙাঙবা, লোইমোম ফৌগৈ য়েনমুবা, মচেঙ কাইরৈ ময়েঙ্গা তৌবোম মানবা ঔন্নাৎয়েন, হুম্বিৎসনা পুক্নময়েন কাইরৈ য়েন অঙৌবনা।"—য়াকৈঃ।

**কাইরৈমা**, খুমম্বেম চম্বু, "কাইরৈমা হায়না তেংথাবদি খুমম্বেম চম্বুবু থায়ে।"—পেঃ তেম্বাঃ।

**কাইরৈ য়েনহোবা**, য়েনগুমনা খোংবা, য়েন খোংবা।

**কাইহোবা**, অমুক ইনৌ নৌনা হোবা।

**কাউথংবা**, মৈদিংঙু পেংশিবনা মৈতৈ লৈমা লাইতোংখু পান্নহুনা পোকপনি, খৃঃ ৩৭৪ দা মৈদিংঙু পেংশিবনা নোংগারবদা ফম্বাল কাহুনা চহী তরাতরেৎ পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।

**কাউখম মরিল হাংবা**, লানবা য়াদনবা থম্বা।

**কাউঙমদবা**, কাউবা ঙমদবা।

**কাওজনঙম্বা**, থাজরম্বা।

**কাওজনঙৈ**, -থাজরকঙৈ।

**কাওজনবা**, নিংঙোন থাজবা, "চীংঙু নথুবাক্কা কাওজনগে।"—তুঃতেং।

**কাওজোং**, যূম্বী।

**কাওজোং লোয় মুংবা**, যূম্বী মথোঙ মুংব।

**কাওবী**, কোক।

**কাওবী চিগা লূকমা**, মরু লুকনা, "থুবাং চাংজৌ চেপনা লোন মালেম লৈদা পকনা কাওবী চিগা লুকনা পুক্নমজরবদা গোইমোম পাকন অরিবনা পাওমেল্লকএ।"—তুতেংঃ।

**কাওবী শনজনা ওংবা লৌ**, ভংপা মাইদবা মরী।

**কাওবী স্নমলোয়তাউ**, তুরেনগী কাওশীং কাওরাং, "লাইজা মথি মাই ইমু মঙাও হৌএ, কাওবী সুমলোয়তাউ খোইগা তৌদোনখোম ইরেন চাংজৌ কোয়নৈএ।"—পঃ লাঃ নীঃ।

**কাওরেম**, শামুক, শল্লাবা।

**কাওরেন ঙৌবী**, শনবী।

**কাওরেন চিংলোইবা**, শল মচা শাংবা।

**কাওরেন চীগোনবা**, শল মচী কোনবা, "খোইরুম ঐবু মানবী য়াঙতেকপা কাওরেন চীগোনবনা তাইররো।"—উঃ।

**কাওরেন তনবা লেংলাউচৈ**, শল হোইনবা চৈ।

**কাওরেন নোংদম শল**, লাইদা কৎনবা শল।

**কাওরেন মাঙদা তাবা**, মপীগী মতুং ইন্নবা শল।

**কাওরেন লেংবা শল**, শল্লাবা পোপা, "মানবী চকলৈ কাও, কাওরেন লেংবা শলসুঙ হইতিকা নীংলম থিন্না থালৈ মঙম ফংনা লৌফাংনৈএ।"—লাংঃ।

**কাওরেল শলকু হোইবা**, শল শন্নপ শন্নপ হোইবা।

**কাওরেন শনফাং হোইবা**, শন পরেং হোইবা।

**কাওশৌ, কাওজৌ**, শোরাক্ক, "খোংনাং কাওজৌ শোরাক্কদা চঙনা নোংমল্লে।"—মুঃ কাঃ।

**কাকএন**, উচেক অচৌবা মখল অমা।

**কাগুপ**, নাকল অনী, নাক য়েৎ, য়েৎলোম মায়রোম।

**কাং**, মশান্না মখল অমা, রথ, রথ যাত্রা।

**কাংকৎ**, কাংগৎ, শেনকৎ, "কৈপাউ লানপাউদি লানমী য়ায়রেকশঙদা ভম্মে।"—কমঃ।

**কাং কাপ্পা**, কাং শান্নবা।

**কাংখং কাংচাইতমনা**, কাংথোং চাইনা, পুমতোই তোইনা।

**কাংগৎ**, শেনকৎ, শেনথায়।

**কাংগল**, থাউ ওন্নবা থুংপায়কম পানবা পাত্র।

**কাঙ্গ্লা শীংঙেন লৈওইমবা**, উফুল তৈবা।

**কাংগ্রো**, পাম্বী মখল অমা অমসুং মাহুগী মাহ মোই রাং য়েক্কী অপোকপা থুক্নখদা য়াওই।

**কাংগোই**, থুকউ।

**কাংগোই হংমাই তোনবা**, থুকউ পান্দবা।

**কাংঙোই জুরাবী ফানা থাঙ**, থাজোল।

**কাংচুপ**, মৈখু থক্নবা চৌজুপ "কাংচুপ হীদাক থকপসু অহুঙৈ হৌএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**কালিকা নোংথাঙলৈমা**, লাইবেম্মা অমা, দূর্গা।
**কাসা**, লাই।
**কাসা চাউবা**, লাইবক থাবা।
**কাসা তাইবা**, ঈরাংপা, পূজা তৌবা।
**কাসা নিংথৌ**, গোরাবেন।
**কাসা পাউত্তাকপা**, থক্না লৈবা লাইদা পাউ তাকপা—"কোবী থরাউচী পোংলেন লমপাউ-বাকপু নিংসা থিনকামননা কাসা পাউত্তাকলে"—পাখং: লাই:।
**কায়দোংবা**, তোংবা।
**কিকোৎ**, কেকু লোৎপী, "লাইবেন ইশাবি নঙব্ ফম্মোইমিংকা ফলাংমৈ তোংলরো হায়না পাওমেনববু শানৌ-ও কিকোৎ মঙাবক শুদবিয়ে"— ভূতে।
**কিদি**, বদি।
**কিদি তৌনি**, অত্তম ওইদুনস্তু।
**কিশি তাউবা**, কিশি থোকপা।
**কিয়াং নমথৌ চীনখুবা**, কোবেক, তুম্বা।
**কিয়ার মোনতেক**, মোন।
**কিয়োং**, ফূবা, লাইশঙ—"পুথেম ইথাইগী কুম শক ১৬৪৪ কালেন থা ৫নি নিংথৌকাবদা কৃষ্ণগী কিয়োং য়োৎএ"— চৈঃ কুম্বা।
**কিয়োম্বা**, য়োম্বা।
**কুইবা**, শাংবা "৫নি সগোলসেন্দা ফীরান লম ১৭ কুইবা হুমথেকএ" - চৈঃ কুঃ ২৫৮।
**কুক কুক**, পীকলিবা অঙাংদা ঈশং থকউ হায়না খঙহনবা খূদম, কুকু।
**কুকু**, য়ামনা পীকলিবা অঙাংদা ঈশিং থকউ হায়বা খঙহনবদা শীজিন্নবা বাহৈ,
**কুক কুক** মীরোন থোক্তবা, কুকু হায়বা খঙদবা, য়ামনা অঙাং ওইরিবা।
**কুচু**, বায়েনশঙ।
**কুৎ**, লাম্নীগী (সিকাইগী) ফম অমা।
**কুদম ওনবা**, মকু হবা।
**কুবিবা**, থৌজানবিবা, চানবিবা, শীবিবা "পুন্সিবা কুবিও" পোঃ শেকনীং; "থাম্বী মৈ নিজবনু কুবিও" —মৈঃ জেংথা।
**কুম**, চহী, কুমজা; মচু শঙবদা শীজিন্নবা পাম্বী মথল অমা, অমুবা মচু জাৎ অমা।
**কুমওল্লকপা**, চহী-ওল্লকপা, "লোইদাম কুমওল্লকপা খূদিংদা মোংমু মপূম অমমম বাশা লনহায়া-ও— "তুজেং।

**কুমকাউদবা**, চহী খূদিংগী কাউদবা, "চীংঙু নকুম কুমকাউদা, নথা থাজা-বাকাউদনা হেন্নি-ও।" লৌঃ ঈঃ।
**কুমকাং থাকাংবা**, কুমগাংবা, নোং মতম চানা চুদবা "কুমকাং থাবাংলপত্তা তৌও নোংচুপনে"—থিয়েন চীন।
**কুমকাও নিকপা**, কুমকাংবা।
**কুমকাংপা**, কুমগাংবা, নোং চুবা-বাংপা কুম।
**কুমগী লাংদাই**, চহী অনীগী তাইনবা মতম— "শাবম তরেংনে ঙাবম তবেংনে লাংও কুমগী লাং-দাইদা তৌও কৈএ।"— নূঃ অচৌ।
**কুমচা**, চহী, কুম, কুমজা।
**কুমজা**, কুমচা, চহী।
**কুমজা তৎফদবা**, কুম খূদিংগী শোয়বা য়াদবা।
**কুমজা তেকহৌনা**, কুম খূদিংগী অনৌবা।
**কুমজিং পরৈ**, বা অচেৎপা।
**কুমজিং লোনমায়থক**, কোয়েৎ মথক।
**কুমজিং লোল্লে য়েৎপা**, কোয়েৎ য়েৎপা।
**কুমজেং লোম্লিং য়েৎনা**, কোয়েৎ য়েৎনা—"শংদিং লাল্লৈথেম কুমজেং লোম্লিং য়েৎনা ময়োং চক্কো চক খোকলাং তুংশোন্না থেরে মাঙইম্না হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংববমদা চয়েন লান্দাখিয়ে"—চায়।
**কুমথি**, কুম ফত্তবা।
**কুমথি কুমগাংবা**, নোং ময়াং কায়না তাদবা চহী, কুমকাংবা "পাগংবগী খোঙ খূৎ মরিমানে কাঙইদে কুমথি কুমকাংঙে"—লৈঃ মঃ লায়াৎ।
**কুমদম্বা**, কুম অমগী অহানবা নোংথোংবা মায়কৈগী মভুং ইল্লা মায়গৈ অতু ঙাকলিবা লাই অতুনা কুম তম্মি হায়বা খঙনবা।
**কুমদমলৌ**, কুম অমগী (চহীগী) অহানবা তাবা লৌ "লোইদাম কুমদম লৌ'সিবু লোইদাম ময়াই কা, চীংঙু নকুমভম্বু কংলকলবগী"—লৌঃ ঈঃ।
**কুম্বা**, কুম, চহী, গুম্বা।
**কুম্বাবা**, কুম পাবা, কুম্বাবা পুরাণ।
**কুম্বা ময়াই কাবা**, মুংঙাইবা কুম।
**কুম্বা য়াই চেংলিবা**, নোং তাদবা কুম।
**কুম্বী**, কুমজা, চহী "কুম্বী মনোং ওইবা কুমু"— পোংনিং।
**কুমলাং কুমপান লৈ**, মমাঙৈঙদা থুমুকচমনা শঙনবা মচু মথল অমা; —"লংশংবম থুমুকচম নঙদি কুমলাং কুমপান লৈবু শঙেম্না"—লোঃ শিনয়েন।

**কুঞ্জিল,** নূপীগী ফিজেৎ অমা।
**কুমলিক লাই,** চহীগী অনৌবা হৌরকপা—"কুম সনা কুমলিক লাইনা অমাং চীংথং লান্দা কুমওই ভিনবা কুম"—পোংনিং।
**কুমশাথি,** কুম কত্তবা, শাথিবা কুম।
**কুমশাবা,** চহী থূদিংগী থোকপা।
**কুমার কুশাবা,** চক্ষু শাবা।
**কুরাউ,** ভিংথং পানবা উ অাং অমা।
**কুরাউ পাল্লং থাংবা,** খুাওলা পাইতু রানবা।
**কুরাউ হং চনবা,** হাত করা থাংবা, য়োঙ্গিং কলাং চনবা, থোঙ থুং পুনবা—"কুরাউ হংগা চন্না রাত্তা- থিথিয়ে"—নিঃ লম্বু।
**কুরাউ হংজৈ লোনবা,** মথোঙ মথুং পুনবা।
**কুরাক লমদাইবা,** শা শল মরাই তানবা কুমগী ওইনা লম লম অজুদা লৈবা লাই থুম্বা, কুরাক লমদাইগ্রবা মতুংদগীদি লোবাই থোবাইদা শল শেয়, থাদোক্লদে।
**কুরাং,** শউন, শজি।
**কুরাং লৈজা হুবা,** মউন হুবা।
**কুরু,** বৃবা, গুরু।
**কুরু খুবা,** শোমবা।
**কুরুম চীং,** নোংছম শঙ—"কুরুম চীংদি নোংছম শঙনে"—উঃ লাঃ।
**কুরুহনবা,** অহন ওইবা।
**কুরোন,** মকু—"লোইমোম হনা কুরোন হনা"—অহোঙ।
**কুরোন হুবা,** মকু হুবা।
**কুরোম,** মকুবু রোমশিনবা শরুক, পোং অমবু রোম্বা মকু।
**কুরোম তানা পানবা রা,**—লুক্রাক পান্দবা রা।
**কুখোইচিল রা,** মচীন থীবা।
**কেৎনবা,** থৎনবা, রেংনবা "হুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবা তাজোম মরুবী থয়োংরোন তাস্থ থুমীনা মণারি শেনবা মিয়াববু শাৎনরবদা তাজোম কেৎনবা লুমলেন থমন বাগী হুংবাম থমন বাগী হুংবান মমিমনাকপ নমদা হুন্না"—থুঃ কংলৈ।
**কেগে,** মোইরাং।
**কেগে চাউবা পুং,** মোইরাং—"মযু নোংয়াম খুমন নিংথৌ অহোন পুন্সি বুমোইবগী হৈনা মতুং রান সনা মথৈবাযনা কেগে চাউবা পুংনা ভাইরোয়নখিববু"—নাঃ কঃ কাঃ।
**কেগে পোংলেন হনবা,** মোইরাং নিংথৌ, পুন্সিক লাই—"নোংয়াম লৈখোয়ফবগা কেগে পোংলেন হনবগা নিংথৌ অনীমানা হুয়েন লালম অনী ওইনা পন্থেংলবদি লোকথা রাগা চাইরে হাওথা মপুং তাকলে"—মোইঃ নিংঃ লম্বু।
**কেগে মনিংথৌ,** মোইরাং নিংথৌ।
**কেগে মোইরাম্বা চা,** মোইরাং মচা—"হৈয়েম মনিন নাইবা চারা কেগে মোইরাম্বা চারা, মপ্নিম পোইরে মৈতৈ তানদবা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা কনানো ?"—থঃ থাঃ হিঃ।
**কেগেরম্বী,** মোইরাংগী।
**কেতু** গ্রহ অমা, "ঈশিং থোঙদগী কেতু পে'বএ।"—ফম।
**কেন্না,** পামনা।
**কেনবা,** তাবা।
**কেম কেম্বা,** অমনবা, অশিবা।
**কেমদবা,** মাঙবা, "মালেম তানবা মনায়োয়না মচু লৈযু কেমদবা অশায়েনা থুইদবা"—বাঃ কঃ কাঃ।
**কেম্বা,** মাঙবা।
**কেমলাইবা,** কায়গনবা, অয়েন্দা মাঙবা।
**কেমরাইবা,** মাঙবা, কেম্বা।
**কৈউন,** কৈ মউন।
**কৈ ক্রেন,** কৈ পান্নবা, কম অমগী মিং।
**কৈক্রেন শাম্লুং,** শন পান্নবা, কম অমগী মিং।
**কৈ খোঙ,** কৈ মথোঙ।
**কৈখোঙ কময়রৈম্মা,** কৈদগী হোৎা লৈমা (রাবী)।
**কৈচা,** কৈ মচা—"ফোংপোং কুমুা তাঅবযু-কৈচা কৌএ"—।
**কৈজাবা চক্ষু,** কৈ নিংগোন।
**কৈথেল অওবা,** কৈথেল মী য়ামনা তিনবা মতম; —"২০নি নিংথৌকাবদা মম শীজা নিংথৌপোকপীনা কৈথেল অওবদা কোক্লু চংএ"—চৈঃ কুম্বা।
**কৈদাল্লোই,** কৈ তানবদা চংমিরবা মী।
**কৈদা শুবা,** বন্দি থম্বা, স্মাকম তাহনবা—'(শক ১১৮৫) পোয়ছ থা ৫নি নিংথৌকায়বা মুথুক ২য়ুব বৈ হায়চুনা তানরৈবযু কৈদা শুমএ"—চৈঃ কুম্বা।
**কৈজনবা,** লোয়নবা।

কৈন্নাবা, লোইবা।
কৈপাউ, কৈগী পাউ—"কৈপাউ লানপাউদি লানমী য়ায়রেকশঙদা তম্মে"—কমলোন।
কৈমক, কৈমন।
কৈয়াং, কৈগী লাং, কৈ কানবা লাং।
কৈয়াংলম, কৈ কানবা লাং পুত্না চংপা লম।
কৈরুংবহন, কম অমা, কৈরুংবা লোয়শংগী মকোক অমা।
কৈরুংবা, কয়াইবা অমা; কৈ পায়বা অঙদা।
কৈরেন, কৌ থয়বা কৈ, কোৎ অচোবা।
কৈরেন, পাম্বা, কৈ—"হুইথৌনা চীফেওঙ, কৈরেন্না য়াথোকওঙ লংথাইনা মাইহনওঙ"—নাহৈরোন।
কৈরেন অথৌবা, কৈ অথৌবা, চীক্লনবা কৈ।
কৈরেন খাওলেনবা, কৈওম হাংপা।
কৈরেন খোঙওইনবা, কৈ তোংবা—"খোইরম অগীবদি কৈরেন খোঙওইনমা কোয়ো নোংখোঙ ফোয়াগরে"—সনাঃ লাই।
কৈরেনচা মৈদিংঙু খোঙতেকচানা পুকৈরোন চহু পায়তুনা পোকপা খৃঃ ১৮৪ দা কম্বাল কাতুনা চহী তরামঙা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।
কৈরেন তেংথাবা, কৈমুক থৌবা, কৈওমনা থৌনা কবা।
কৈরেন হাপচা থন, কোৎ থয়া কৌ হাপচবা—"চহী কুমদম করবগা থাওখি মরীক চুম লোইমোম ফৌরিক চোনবা কৈরেন হাপচথন লোইমোম কাহাপ্পবা নিংথৌনে"—পঃ সঃ যজ্ঞ।
কৈরেন য়াথোঙ লোনবা, কৈনা চীকপা, কৈনা শোকপা "নয়াম্মা নিংথৌ থাওয়িবিবু কৈরেন য়াথোঙ লোন্নে হায়বা মস্তবরা ?"—চেংলৈ।
কৈরোই লাকপা, কম অমা—"কমদৌ থুন্নাককমনা তৌবা মখিম্দি কৈরোই লাকপা পুরেন ওইএ"—কম।
কৈরোম চীং, কৈ লৈবা চীং।
কৈরোয়, লৈকোক লৈকাই—"লৈনম উনবী পুকহুরে,থাওঃ কৈরোয় ঙায়দি নোংশায়ে"—কুমদমশৈ।
কৈশিং লেনবা, কৈয়াম কাবা।
কৈওম হুংজনবা, কাতুনা মথোঙ মথুং য়োংছিলং কনাং চনবা।
কৈয়াও থেকপা, মতীক মঙল লৈবা অথৌবা মিপামা কৈ কাবনা তৌবা থুমৈ।
কৈয়াও থেকপাগী ফিজেৎ, অকন অথৌনা কৈয়াও থেকপদা শেৎপা ফিজেত্তি নীংথম শমজিন, থৃদাংয়াই, খুবোময়াইশিরোনবা, খোজ্যাই মথক মথা, লাংমৈপুংলেনবা মত্তু, লৈথাম, পজেং থোনমাথক্তা থোনমা, কীয়ান নাম্মথক্তা নাগা থেৎপা, নিংথৌফি ভাজিন, শায়াং ভাক্পপ অসি শেৎলি, অথম থেংগৌ শাবা চীজোন থেন কাবদম্মু ফিজেৎ অসি শেৎকান। হায়রিবা থেন কাবা অথম থেংগৌ শাবা কৈয়াও থেকপদা পোৎলোই অসি শুদবনা শারবাদ শারিবা মী মহাক পুন্দিদে, লৈমা নিংথৌগী ফত্তে, লৈপাক য়ায়, তৌহৈদে, চাকতোন ফিদোন লোম্বা কৌই।
কোইন্নাউবা, লৈপুং।
কোইজে, কাওজে।
কোইথিং মুরাবী, হঙোই।
কোইতুরেন, য়েন কাওনবা।
কোইরবা, তেকপা, তেকলবা—"কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনখদি...তেকপবুদি কোইরবা ও কৌএ।"—মোইঃ নিঃ লমু।
কোইরেং, থোয়দিং—"নাতোন নাকচি তাবু কোইরেং থোয়দিং মপানগুম"—ধঃ লাঃ নীং।
কোইরেন নিংথৌবা, লাই-থাংজিং।
কোইরেন কম্বাল তোংবা, কম্বাল কাবা।
কোইরেন লাই, লাই থাংজিং—"কেগে থাংজিং কোইরেন লাই কোইরেন নিংথৌবা"—হেজু।
কোকথোকপা, শেন্দোকপা।
কোকথোন, কোয়েৎ।
কোকনীরোঙবা, মকোক অনী পানবা, কোক অনী লোঙবা "থোবাল ইরুম লাই তুবী কোকনী রোঙবা লাইরেন মৈমাতোম্বা"—চাঃ লাইঃ—।
কোকপাকপীচা, ঙারেন—"লেমলৈ ঙারেল কোকপাকপীচাগী ঙানান শোংয়াহুংদা চঙনা শাদুপলে"—ভৃজেং।
কোকলেন লুকম হেনবা, কোক্তা লৈজেংবা,—"শীওলেন চুনাপা লৈয়াং, নীংথিপাপু কোকলেম লুকম হেন,"—পাঃ নোংঃ।
কোকশা পাকলোই, কোয়েৎ।
কোকশেৎনবা, কোক্তা য়ৎপা।
কোকশেৎ মচি লাংবা, কোকশেৎ শেৎপা,—"কোকশেৎ মচি লাং লীকলাং কোনকা য়েনা চৈমৈ অজো থয়া লাইথেমলাপাতা"—পাঃ নোংঃ।

কোকশোক্লবা, কোক থেংনবা।
কোকে, লবাই লেন্ফু (শেলোয় লংখাইনা হায়নবা) "শেলোয়না মিকৌনা লংখাইনা তেংথানা ভাঙজা লুবাই লেনফুবদি কোকে-ও কৌএ, শেংলববুদি পাল্লবা-ও কৌএ"—নিংঃ লম্বুঃ।
কেং, কংকাল (মোইবাংনা হায়নবা)—"ময়ুম কেগেনা বা হায়না মোইরাংনা তেংথানা ঈশিংবু লোকলৌ-ও কংকালবু কোং-ও কৌএ'—নিংঃ লম্বু।
কোঙ কোয় মিৎসা ওল্লা য়েংবা, মিৎ লৈনা য়েংবা—"মোমচু থুপাক লাইখন শানা কোঙকোয় মিৎশা ওল্লা য়েংলমএ"—খোঃ লোংকা।
কোজায়, তংথায়, থাইবোক, মচেৎ।
কোজোই, কিশি।
কোজোই ইরারেপ লুংঙোনবা, পূকনীংদা লৈবা বাম্না পাওমেনবা।
কোজোই থুবা, কোজোইনা হুকচিনবা।
কোজোই থুরৌ লাং, কিশ কিন্থুনা কাবা লাং।
কোজোইবা, পুন্থুনা থম্বা।
কোজোই মিৎসা ওমওমদবা, মিৎ পাওবা ওমদবা।
কোজোই মিৎসা ওল্লা, মিৎ কুপ্পুনা।
কোঙৌ, তিন—"শক ১৭৭২ পোয়নু ৭ নি শগোলশেন্দা লোইথোমশঙগী নোংপোকগংবদা লপি খোয়রাগীগী লাইশঙ শাহুনা কোঙৌনা কুপএ মতোন্দা সনা লুপএ"—চৈঃ কুম্বা।
কোংদিং, শম্বুন, ফি, ইয়োং—"ইয়োং কোংদিং থক্তা লাংবন কৌজেঙ চোংবী চাবু কৌজেঙ মরুতুপনা হুয়েন লান্দমবিথিএ'—চাঃ লাইঃ।
কোংনা য়েংবা, মুম্না য়েংবা, চিংনা য়েংব'—"য়োইপু তম্পা রাওমলোম্না অঙৌপা মশাপিপু কোংনা কোংনা য়েংলম্মে কোংঙা পাংও তৌনা কৌএ" পাঃ খোঃ
কোংলৌ, শাবন—"হুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুজিবনা শাবন লমথোকপা কোংলৌ লময়েংবদা লাইজা ইরেন পুংখবু মিংয়েং শানথৈরিঙৌদা"-হিঃহিঃ।
কোংলৌ লমখৈবা, লম অথাপ্পা।
কোংয়াং, বা।
কোংয়াং খানখৈ থক, বাশা মথক্তা, বা মশাদা।
কোংয়াং চৈস্তু, বাগী চৈস্তু।
কোংয়াং বা চৈস্তু, বানা শেম্বা চৈস্তু।
কোংয়াং তদা পৈ, বাগী খাবৈ।
কোংয়াং মাবু লুক্লকপা, মনা পুংবা বা অকোনবা।
কোংয়াং নোংবু লুমনা পান্দবা, মনা য়ামনা পানবা বা।
কোংয়াং পন্দোনয়া, বাখোঙ।
কোংয়াং রাখন খাইশকপা, বাচেং থায়বা।
কোংয়াং রাতরি তারি লেংবা মরাকথং থংতো পাইজা মরা ওই চিন্দান তারিখোংনা খোজৌ বা, বাগী।
কোংয়াং রাতোন থক্তা থংতাকপা, বাতোন য়োরগা থংবা।
কোংয়াং র য়িথেৎ, বাচেংকী কলম—'কোংয়া' বায়িপেৎনা মূকৈম নারিম শোনবিও'—লাঃ শঃ থাবা।
কোংয়িপা, কজেং য়েকলাবা — তাউরোইনাইগী চীরেন লাংযন্না ওইগিবা থাঙ "থাঙলেন নামৈ য়েন্নদি লাইবেন তাউরো'ইনাই তুবী য়াঙবী য়েকতৈবগী চীরেন লাংয়েন তোন্না ওইগি থাঙ কোংয়িপা কজেং য়েকলাবনে।"—পোঃ লুঃ।
কোন, মকম, লৈকম—লৈমংকোন—নিংথৌকোন।
কোনখাং, ময়েক।
কোনথাবা, পনাংবা।
কোনখু লৈমা কাথাবী, কোনখাম নিংঙোন, "কোনখু লৈমা কাথাবী হায়বদি কোনখামনে।"—পেনঃ তেংথা।
কোনথৈ, লমদম।
কোনথৈ অতাম্বা, য়ামনা লাপ্পা লম—"ঐগী মকম অসিদি কনানা য়োকরোই হায়না ঙাকচরে অদুগী কোনথৈ অতাম্বা কৌএ"—পুদিন।
কোনগুম লিক্কুবা কৌবা লৈখাম মানবা খাও নৌবা, হরিনোংনাং।
কোজ্জং, সনা।
কোজ্জনবা, তাইশিনবা।
কোজ্জিন তুথোকপা (তিংথোকপা), লাই অমগী মিং, হুংশীং হারাবা, গুরুগী মচা অতোনবা, "কোজ্জিন তুথোকপনা মমিং লৈথিনকাই লৈয়াবা কৌনা হুংশীং হারাবা কৌনা শারে"—নূংঃ অচৌ।
কোম্বা য়াইথাবা, সনা লুপা কোনয়াই হনবা "মাইবা শঙ্ অহন্নানা 'লপাকী লাই পুরুক্তা খুয়োন কংলে, কোম্বা য়াই থারে"—কখান।
কোজ্জে, হঙোই জাৎ অমা।

**কোন্দে (কোন্তে) লাকথিন মাই,** নোংদা লাইয়েন পাথংবগী মমাইবা – পাথংঃ লাই।

**কোন্দৈবা,** মুমদা কারক্তবা, লাক্তবা, মকোন খঙনবা "কাওরেন কোন্দৈদবা নও কোন্দৈরকও" – সনাঃ লমঃ।

**কোন্না** কাইমথংদা, মমৈদা।

**কোনশাং,** লৈরক।

**কোনয়া,** পাংপান, পাং ময়া – "অদোন মপাচাবু তাংজা ঈকাইরবগী পাংয়া কোনয়া অচনবদা তরা চাবুক লামনা মতোম্মক ওন্না থোইনা শিরে" – খুঃ নিঃ লম্বু।

**কোনয়াই পু,** সনা লুপা অনীবু কোনয়াই পু কৌই, কোনয়াই থাবদা (হুনবদা) শীজিন্নবা সনা মচেং অমগা লুপা মচেং অমগা—"কোনযাই পু তরা-নীপান হৈরুক মাপন পানা মাপন"—কঙ্গাল।

**কোনয় ই হুনবা,** সনা লুপা কোনয়াই থাবা ;— 'ঙাঙেম নও কোনয়াই হুল্লো' লোঃ শিনয়েন।

**কোন্দুং থৌগাবা,** কোন্দুং কাবা।

**কোম্পুং ঈনমথি,** নমথি হাপ্পাইনা থল্লবা কোম, নরক কোম—"চেংলৌ মনিং তাঙনা কোম্পুং ঈনমথিদা পুথনরিয়ে"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**কোরী,** ধাতু অমা।

**কোরী থরাউচি,** কোরীন শাবা চীন্না কামদুনা থোংনবা যন্ত্র মথল অমা ;

**কোরী নাপোম পোবা,** চুবা।

**কোরী পাথাং,** মথৌ শঙবগুম্বা।

**কোরেক,** তুম্বা।

**কোরৌ,** মুমিৎ, নোংদোন, অতিয়া, অৱাংবা।

**কোরৌ অখোং নিংথৌ চম্বু,** সোরারেনগী নিংথোন।

**কোরৌ অচু থাঙ ৱাংবন অশা লাংবা,** হুংশাগী মৈশাদা হুন্দোক্নুনা থম্বা অমসুং নোং চুবা মতমদা নোংচোংহনবা – "নশানৌ ঐবু মুংগাল মশা ওই লুৱাং মরান ওইরে, ময়ুং মুংবান মশূমাঙদা কোরৌ অচু থাঙ ৱাংবন অশা লাংনা থৌদু নুংনা নম্না থৌথামলে"—পোঃ লুঃ।

**কোরৌ অচু খ ঙবা,** হুংশা নংবা, হুংশাদা হুন্দো-ক্নুনা থম্বা।

**কোরৌ অচু রং,** নোং নংবা।

**কোরৌ অঙ্গু লোংচাদগী,** মুমিৎ অতুগী।

**কোরৌ অসি নোংজা,** ঙসি মুমিৎ।

**কোরৌ ইনোংথৌ,** ঐগী ইবুংঙো, ইপুরোয়বা – "কোরৌ ইনোংথৌ নিংথৌ মশানৌ থোইমোম লাইবু নীংবা ও"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**কোরৌ খাক্তুম খাকপা,** নোং খাকপা।

**কোরৌ খাক্তুম খাক ৱাংবন লাউডুম লাউনা,** নোং খাক লাওনা – "হয়েং কোরৌ মুমিৎ মঙানি গুরবগা বোবৌ খাক্তুম খাক ৱাংবন লাউডুম লাউনা নোংলেন মগোঙ ফুইনা চুথরকলবগী লাইজা ঈনা ঙমলকলে" – তুতেং।

**কোরৌ খোংতুম খোংবা,** নোং খোংবা।

**কোরৌ ঙমথং,** যামনা ৱাংবা, নোংদোন থেংনা ৱাংবা "পামেন ভতোম্বক কোরৌ ঙমথংনা ৱাংবন ঙমলোয়বদা লৈন্না নোংজুম লৈবু পাল্লে।"— লৈরোন।

**কোরৌ ঙমলে ন্নবা,** শিবা।

**কোরৌ চিন্দুম চিন ৱাংবন মংতুম মংলকপা,** নোংশি নোংমলকপা—"কৌবা অঙাঙানা কোরৌ চিন্দুম চিন্নকপা ৱাংবন মংতুম মংলকপা অসিবু ঐ পৌগামগে হায়না কৈগুম গোনা হায়ঙম্মে।"— তুতেং।

**কোরৌ চীংৱাং ঈ,** নোং – "কোরৌ চীংৱাংঈনা গুমথবক ৱাংবন নোংয়া ঈনা কেম্বকএ"—নিং লম্বু।

**কোরৌ চীংহৈকাপ,** লেন হৈথবা, লেন তাবা, বজ্র তাবা, নোংমৈ শীঙ্গ তাবা 'গোম্নম নামুংবনা ভিল্লাং মথোয় শাউনা কোরৌ চীংহৈকাপ, ৱাংবন হৈথা, থৌদু নুংতুম হুন, মবান মৈগা পানা পম্বেংলবগী অকি পুংনীং চঙলবগী পোইরে সনা পুংবু ইন্দাম্লকলে"— সনাঃ লাই।

**কোরৌ চুমিথাঙ,** চুমথাঙ।

**কোরৌ তমথরাং ৱাংবন শিফারাং মচি চিরাইবা** য়িমচঙ লাং, বজ্র থঙ্গী তেন,—"কোরৌ তমথরাং ৱাংবন শিফারাং মচি চিরাইবা য়িমচঙ লাংনা চানা ঈরু কাংনা তেনৱাইথোনগী অমন নোংগারে" - নাঃ ফঃ কাঃ

**কোরৌ তমথলাং,** নোংলোন্দগী থাদবা লাং, বজ্র —"কোরৌ তমথলাংদুনা ৱাংবন তেনৱাইরকপবু থঙলোরোইদে"—কুমঃ লৈঃ।

**কোরৌ তাচিন্নৈ,** লাইরৈথাক।

**কোৱৌ থমনোং খোংবা,** নোং খোংবা।

**কোৱৌমু,** থবানমিচাক অমা, শতভিষা নক্ষত্র।

**কোৱৌ হুমিৎ অমা,** মোংমা—"কোৱৌ হুমিৎ অমদি বাল্মীক মুনি মরানন্নাযবু নাউৎনবা শগোল চাক্লাথিবনু"—উঃ (রাঃ)।

**কোৱৌ হুমিৎমদা,** নোংমগী হুমিৎতা—"কোৱৌ হুমিৎমদা মশাবি বিশ খুন নিংথৌনা হাওশি ওমগচিংনা"—খঃ লঃ নীঃ।

**কোৱৌ হুমিৎমনা,** হুমিৎতুদা।

**কোৱৌ হুমিৎ শী বুম,** হুমিৎ।

**কোৱৌ হুমিৎ য়ুংখাকুপা,** হুমিৎ য়ুংলাইদম, হুমিৎ য়ুংবা মতম।

**কোৱৌ নোং,** অতিয়া, স্বর্গ।

**কোৱৌ নোং কাখিবা.** শিখিবা।

**কোৱৌ নোংখকখেন,** নোং খাকপগী খোঞ্জেন

**কোৱৌ নোংখাঙ মতুংগমদা,** অতিংঙা লমখাঙমদা।

**কোৱৌ নোংগাথৌ,** অশিবগী মথৌ মওম, পোং লোইবা, 'ময়ু কোৱৌ নোংগাথৌবু থৌরম মতোন লোমলবদা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**কোৱৌ নোংগাবা,** শিবা—"লাইরেন মপা মৈদিংঙু উরা কোম্নোবনু তুবী মনোং নোংশীং শুববগী কোৱৌ নোংগারে, চৌংঙু শন্দল্লে।"—পাঃ কঃ কাঃ।

**কোৱৌ নোংগালমদাই,** শিরমদাই।

**কোৱৌ নোংজা,** হুমিৎ।

**কোৱৌ নোংজা খুদিং.** হুমিৎ খুদিং "তাইবঙ থন্নায় অপওমা পুন্নমকপু কোৱৌ নোংজা খুদিং লাংবন কাওরেন শন শেনওুম্‌লা অপোক ঈহন নোংদমবিরিবা লাইশ্নিংথৌ" পেঃ লুঃ।

**কোৱৌ নোংতামতা থবি লোংলেপ্পনা,** নোংমতা লেপ্পনা—"থংবা য়াইরুপ পোংপৈথোনবু কোৱৌ নোংতামতা থবি নোংলেপ্পনা না তারবগী কেকে নৈকোয়ক্সা পুরিকলাই কাং কাং পোংলেনহনবনা বাহমলকএ"—মোইঃ নিঃ লম্বু।

**কোৱৌ নোংদামদনা,** নোংমতা লেপ্পনা।

**কোৱৌ নোংদোন,** অতিয়া।

**কোৱৌ নোংনাংপান,** লাইরৈপাক অতিয়া—"কোৱৌ নোংনাংপানতা কোয়না লংনা নৈরমএ"—খোংঃ লোংকাঃ।

**কোৱৌ নোংকাশলা,** হামেঙ—"ঐশী বেনাংতনবা শা নামুং অঙৌবা কোৱৌ নোংকোনশামুম আবি নঙনা লোয়থরা?"—চাঃ লাইঃ।

**কোৱৌ নোংবু খোম আলেম লৈবু উন্না,** স্বর্গ মর্ত অনীমক শীনবা খুংবা, লৈপাক নোংথৌ অনীমক তুবা।

**কোৱৌ নোংবুন্না,** নোংমগী হুমিৎ অমা।

**কোৱৌ নোংমদোন,** অতিয়া।

**কোৱৌ নোংমাপা,** লাই, ঈশ্বর—"হন্দক লাংওন অসিদদি লাইরেন কোৱৌ ননোংথৌ ঐনা পোইরৈ লৈপাকপু ঙাকলরোইএ, কোৱৌ নোংমাপা ঈশ্বর মপুরেন্না শ্রীজী থোইখোইবনা নিংথৌ সনা পল্ল ওইরম্লনো।"—চৌংথঃ শাঃ কাবাঃ।

**কোৱৌ নোংমাবা,** লাই, সোরারেন।

**কোৱৌ নোংলাউথোন,** নোং খোংবগী খোঞ্জেল।

**কোৱৌ নোংলাংপান** লাইরৈপাক "চৌংঙু নোংথৌ সোরারেন্দি গোংমোম মঙাইরোয়শিংগা কোৱৌ নোংলাংপাংদা তেপংথিরে"—তুতেং।

**কোৱৌ নোংলুপান অঙেবা,** লুপা—"কোৱৌ নোংলুপান অঙৌবনা লুপা কোনগা চন মালেম লৈস্না অঙাওবনা সনা য়াইগা চন চংবী লাগা থা চেঙেঙৌ কাহাপ্না'—হিঃ হিঃ।

**কোৱৌ নোং লৈপাক,** লাইরৈবাক, স্বর্গ।

**কোৱৌ নোংলোন,** লাইরৈপাক, অতিয়া,—"পোনপী মরম কোকলিপা কোৱৌ নোংলোন পাইপা চেকসুঙ, খোয়মা নারোন হুংকি শাতুপ শাঙাঙ,—পাঃ নোংঃ।

**কোৱৌ নোংশগোল.** শগোল;—"কোৱৌ নোং শগোল, শাংগোই শগোস অঙৌবা মচীন্নাউবু খোঙ থইনবা"।

**কোৱৌ নোংশামৈ হুংশা;** লৈহুং থোঙতারেন অহনবা মশানৌ অতোনবদি কোৱৌ নোংশামৈদা থোহু নুংনা নরে"—পোঃ লুঃ।

**কোৱৌ নোংশোনবা মালেম লৈশোনবা,** লৈপাক নিংথৌনা অতিয়ানা) থওসমু হায়না বাশকপা।

**কোৱৌ নোংহৌবা.** নোংথৌ শেম্বা, লাইরৈবাক শেম্বা. অতিয়া শেম্বা।

**কোৱৌ শীথশা য়াংবল খুৱৌ কাও,** শগোল—"তুবী লাংগোই মথুনেৎ কোৱৌ শীথশা য়াংবল খুৱৌ কাও" নিংঃ লম্বু।

**কোৱৌ কি কিৱাং,** (মনাইঙেন্দা চি খুবনলা

শানবা ) কি-লাং অমা "চিথ্রাবম নঙদি কোরৌকি কিডাং শাও"—লোঃ শিনয়েন।

**কোরৌ মপী তোনবা,** নোং,"কোরৌ মপী তোনবনু হুপ্রা মাওথিয়ে"—তুডেং।

**কোরৌ মৈ,** হুংশা "রাংলৌ লমশাং চৎপগী কোরৌ মৈনা কন হুংশা মৈনা শাবগী"—দাঃ কঃ।

**কোরৌ লক্তরোই** নোংশাংলবগী, হুমিং রামনা কুইরবগী।

**কোরৌ লমশাকম,** লাইনীংকম, ভপ তৌকম।

**কোরৌ লমশাবা,** লাইনীংবা, ভপ তৌবা "কৌবা লাকখোংকা চীংঙ্ খোংবান বাইনা শী'লেন লৈনৌ কৎ হৈরাও পুংবুরেম তাউজীং থেনমাই লাংনা কোরৌ লমশাবিরমো"– জিঃ চঙ্।

**কোরৌ লমশামন,** লাই নীংজমন।

**কোরৌ শেনথিরান রাংবম পাইথিরান,** অশিবগী মঙাই-মশেন, অশিবা মীগী মশেল মবাই।

**কোরৌ-হনগাংনবা,** নোং কাংবা।

**কোরৌহনবা,** হুমিং, বাই অমগী মিং—"চীং-কোকা লাইরিংথৌ কোরৌহনবা লৈবনে"—চীংঃ লাইঃ।

**কোল্লাং,** উতোং।

**কোলোককরাস্বা,** কলক মিহৌগনবা, পেনগৎবা।

**কোলোয়,** মিং, মাথং, পাউ, য়ুম, শজাই—"লাই-রেন মৈদিংঙুদি পুকনীং অঙক চঙনা কোলোয় শজাইহুং রাচঙথিয়ে"— সনাঃ লাইঃ। "নাউবা কোলোয় ইপাউ ভবদি কোয়া ভমজগে"—ধঃ লাঃ নীং।

**কোলোয় অমেঙবা,** অথোংপা বাহৈ, ছুংশিবা বাতাও, কজবা বাহৈ—"অঙাং মপাউ তাগে হায়না নীংলবগী কোলোয় অমেঙবনা পাউহংথিয়ে"—ধঃ লাঃ নীং।

**কোলোয় চমনা থাহৈলবা,** অয়েবা বা মথৈ হায়-রোককবা।

**কোলোয় তৈনপা শজাই তৈনা শেম,** য়ুম প্রপ প্রপ শাবা, য়ুম কৈ থুনা শাবা—"লাইরেন মৈদিংঙুবু মহুম নোংয়াম থুমন নিংথৌ অলোন পুন্সি য়ুমোইবনা কোলোয় তৈনা শাগে হায়না মদাইরেম নোংয়াম থাথা থনবা অলোম লাইবা তিনথশিংদা পাওয়েন-থিএ"—আঃ কঃ কা।

**কোলোয় পাউনাইদনা,** বা মহেৎ অথতা তাকনা।

**কোলোয় মতীনমেম,** ময়াথং—"অযোধ্যা থাঙডা নিংঙোনবী কোলোয় মতীনমেনগী সীতা লাই-রৈমানা রাবণ মশক মান্না শানশেথবু চীংঙ্ তেংলৌ মিংথিংলবগী"—উঃ (বা)।

**কোলোয় মতীনমেম তা অনে,** ময়াথংমে, ময়া-থংমকনে।

**কোলোয় মপাউতাক,** পাউতাক, ময়াথং।

**কোলোয় মমিং,** মমিং—"লোইদাম থাবুম তয়ানি কোরৌ হুমিং শীংবুম চহুমনিবু ঈকা ঈমেন্নে কোলোয় নমিং থো'বৃ অঙাংকৌএ"—মিকৌ।

**কোলোয় মমিং থোং,** কৌনবা মিং—"সীতা লাইরেম্মা মপাম্নিনে কোলোয় মাবিঙতাগী মমিং থোংদি লবকুশ কৌএ"—উঃ (য়াঃ)।

**কোলোয় মমিং পন্না,** মমিং কান্না, মমিংমক কৌদুনা —"কোলোয় মমিং পন্না পাওমেল্লুইএ"– লাঃ শঃ থাবা।

**কোলোয় মিংচৎ থোইবা,** মিং রামনা চৎপা, অকাওবা।

**কোলোয় মিংচৎপা,** মমিং চৎপা।

**কোলোয় মিংথোং,** মমিং।

**কোলোয় মিংলেম ফান্না,** মমিং হায়দুনা।

**কোলোয় শোরি বা,** অঙকপা বা।

**কোয়রেং,** শজোয়।

**কোয়রেন,** লবাই লেম্ফু।

**কোপারেন,** লাই অমা ; "লৈশাংথেম নঙদি কোপারেন শঙেগা"—লোঃ শিনয়েন।

**কোঙাস্বা,** কোরবা।

**কোচালিও,** কোজোও।

**কৌত্রাংকোম,** অকোনবা, কাংগোয়, নাপী অাং অমা—"তেংনৌ কেন্দিন নাহন শাবা তেন কৌত্রাং-কোন মানবা থাবী বৈগী তেন"—লাঃ শঃ থাবা।

**কৌক্র,** অবাং নোংচুপ থংবা মায়গৈ, হুশীংলম ; মায়গৈ ঙাকপা লাই অমা, —"পুকনপম নঙদি কৌক্র শঙও"—লোঃ শিনয়েন।

**কৌবরোম,** মোইরাং অনৌবা য়েক ওইবা য়ুমনাকী নিংঙোন, থোকচোম চন্থ—"কৌবরোন হায়না তেং-থাবদি থোকচোম চন্থনে"—পেনঃ তেংথা।

**কৌবরোম (কৌপরোম) তাইপোঙ ঙরী,** শোইবম চন্থ—"কৌবরোম তাইপোংঙরী হায়না তেংথাবদি শোইবম চন্থবু থাএ"—পেনঃ তেংথা।

**কৌবরোম পৃত্তালি কৈথেল থানবী,** ভাংথম নিঙেতান।

**কৌবা,** অহিং, লাউ হায়বা।

**কৌবা অঙাংঙো,** ৱাঙমলোন লাশিবোক লেখীনু লোথা কোএগী নিংথৌ অমগী মিং।

**কৌবা চীংদোই লম্‌ঙুম,** চীং অৱাংবদগী ছুহবদা অপন অৱাক লৈতবঙুম।

**কৌবা চীংমুং নোংগা শোয়বা,** নোং ভানবা।

**কৌবা চীংমুং শোয়বা,** নোং ভানবা—"কৌবা চীংমুং শোয়ববু ভাইখৎখিয়ে"—খঃ থাঃ হিঃ।

**কৌবা চীংমুং শোয় শোরা তৈমা ওল্লকপা,** নোং-ভাল্লকপা "তুবী য়োইনোংতা লৈমুং লোঞা পাথংবা লাইয়েন লাই পাথং অত্তেংবা অহিং মীওইবা মু ৱিল লাই ওইবা-ও কৌবা চীংমুং শোয় শোরা তৈমা ওল্লকলে"— নিংঃ লম্বঃ।

**কৌবা চীংলেন নোংগা শোয়বা,** নোং ভানবা—"কৌবা চীংলেন নোংগা শোয়রকলে সোরা তৈমা ওল্লকলে"—য়াকৈরোন।

**কৌবা চীংলেন লাম্ববা,** শুরচন্দ্র মহারাজগী কথাল মিংহন—"ইঙা থা ২৫ নি শগোলসেন্দা মৈদিংঙু কৌবা চীংলেন লাম্ববগা মৈত্তৈ লৈমা থয়োয়রোন কৌবা লৈশং খোম্বীগা মুমিৎ য়ুংবা মতুং পূং ৭ তাবদা কথাল কাএ" চৈঃ কুম্বা।

**কৌবা মনোং শোয়বা,** নোংভানবা—কৌবা মনোং শোয়রবগা নিংথৌ মচেঙ পাচমবু লেংনা ভিন্না প্রজা লৈপাক পুম্নমবু অরাম অম্পাক শঙলা কুমথিববু থাবী ভাঙ্গোইমুংদগীদি নিংথৌ মশানৌ মপা মচা মরিমবী শমু মহকসাং শবা লুমথাং থৌদি লৈওমদরে।"— খঃ লাঃ মীঃ।

**কৌবা মীওম্বা,** মৈত্তৈ নিংথৌ খুয়োম্বগী (খৃঃ১২৬৩-১২৭৮) মিং অমা—"মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা মীওম্বসুঙ লাইয়েন ৱাকৈয় মথুনেৎ থমনৌ লময়েং হিবু তোংভেং মনিন নাই থুমু মরাঙ হৌনা লীরি থম্মোই ভিং লকা তেনমৈ লাকনা হাওরৈ থানা পাংবরম কাপথখিয়ে"—চায়।

**কৌবা লৈশংখোম্বী,** শুরচন্দ্র মহারাজগী মহারাণী ভাংবম চনু প্রেমময়িগী কথাল মিংহন।

**কৌবা শোয়রম শোয়দা,** নোং ভাল্লম ভানকাত্তনা—"কৌবা শোয়রম শোয়দনা চীংলেন ভাল্লম ভাল্লনা নোংয়াম্ রিমলক চঙ থুমন য়িময়া হেপনা"—খঃথাঃহি।

**কৌবা য়ায়রেকপা,** অহিং লেক্তুনা লৈবা—"নমান ঐদি কৌবা য়ায়রেকলরোই"—মোইঃ নিংঃ লম্ব।

**কৌবী শীংলোয়তাউ,** তুরেল কাওশীং।

**কৌরোং,** মথোঙ, কাচি নাইবা।

**কৌরোং শুল্বা,** কাচি কায়োং পাংঙহনা।

**ক্কাকোক চীল্লাই,** ক্কাগোক।

**ক্রি,** করি।

**ক্রিথোই,** করিগুম্বা অফেনবা অথোইবা।

**ক্রিথোই চীনয়া,** চীনথাবা।

**খ**—মৈতৈ ময়েকী অনিত্তবা ময়েক

**খকখবা,** নৈথংপা।

**খকমাত্তানা,** অতৈং অথম নাইদনা, লোইবা নাইদনা

**খকমাদবা,** অতৈং অথম লৈত্তবা।

**খংনং,** তা—"খংনং তাবুল শা লাইজা ঈদা কুম্ন-দি তিমেন খোঙদা নেংনদি লাইরেন মৈতেংঙু বু বাকয়ৈ হি ওকত্তনএ"—খঃ খাঃ হিঃ।

**খংলৈ লমথাত্তবা,** চপ মান্নবা চঙমিন্নবা।

**খঙলোবা,** খঙহৌবা।

**খংরাই,** কেগাম, "মালেম লোইবী খংরাই তরেং শেম্মো"—মুঃ কাঃ।

**খজাই লেংঙন চুপ্পা,** ওন্না ওন্না খজাই চুপ্পা—"মবেন চথা খোংজোম্নুনা কৈন্না তান্দা খোংনা পম খজাই লেংঙন চুপ"—খাঃ ঙবা।

**খজিক্কবা,** খত্রাংনবা, মান্নবা, "বাকয়ৈ অনী খজিক্কা তোংজেং অনী খবাংননা বাকয়ৈ হিদাম্নগে হায়-রকলেদা"—হিঃ হিঃ।

**খজিকপা,** বাখল তৌবা, খনবা, নীংবা; "মথংলেন থাঙম্নিববু পানবা অথৌবনা ঙখলবরা খজিকলবগী মোমচু খবায় মিরেল পাইনা পিরেম খকমাত্তানা খোয়জি ছুংন্না পায়না ছুংশি খোয়বু ওন্না মীকপ-খিএ"—চেংলৈ।

**খম্বাংনবা,** পাবোং শেম্বা, পাবোং পুবা "লুয়ক কাংদৈ থি খৌনাউ লেনখোঙ লেন তৌথোপ খম্বাংনা লাম্বু পোন্নেম হান্না মরাম ওন্দেরকলে"—চায়।

**খন্নদা,** খেংনবা।

**খুা,** ম্নোং, "খুা মথুং পুন ম্নোংমু মরম তমনা মানমএ অহু নোংগীবু খুা ম্নোংমান কমও তৌনা কৌএ"—তুতেং।

**খুাই,** ইম্ফালগী নোংচুপ অমসুং অবাং নোংচুপ পাংনা লৈবা লৈকাই অমা।

**খুাই লোংচেনপা পিপা,** খাবা কাত্তোংবা।

**খুাইরাকপা,** খুাই লাকপা, লৈকাইরাকপা অমা, খুনকাংবৌ মাপনগী মচুংদা অমা, খুাইরাকপগী লাইপাদি মাউকন, "খুাইরাকপদি মাউকরে"—কমঃ।

**খুা ছুংজেং লাউবা,** খুাং নাবা।

**খুা ম্নোংশক শাবা,** ম্নোং মশক মান্না শেম্বা (য়েকপা)।

**খমকোন,** খমগোন, নোংলৈ ছুংশাং, মালং, নোংলৈ "খোইয়ম পাখং ম্নোইরেনগনা মালং কেন্তি ওই পমকোন নোংলৈ ওইনা তাউথরকএ"—

কোঃ নোংকাঃ।

**খমখু অয়েংচনবা,** মরাম চায়খবা, ময়েং তাবা "মরান লোনম্নুমায়াইবু খমখু অয়েং চল্লে"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**খমগোন,** নোংলৈ ছুংশাং।

**খমগোন মরাং হৌবা,** নোংলৈ ছুংশীং কন্না তৌবা।

**খমঙাকপা,** ঙাকপা, কনবা, শেনবা।

**খমত্তৌ লেগুম চোংবা,** লেপমুক বাংনা চোংবা।

**খমথেংনবা,** থেংগাইনবা, থেংনবা, লান তৌনবা।

**খমনুং,** অশিবা, যম, অশিবগী লাই, অশিবগী লৈপাক, ফমুং 'শিনা লাংবু শেমগুনো খমনুং বারক চাউবনে"—কুমদমশৈ।

**খমনুং ওন্দে পাউহনবা,** অশিবদা পাউ চংপা।

**খমনুং কানে খোনবু খঙদবী,** শিরগা অসুম তৌগনি হায়বা খঙদবী।

**খমনুং কিকোই লওনবী নুন্না পাউথেম হৈবী,** অশিবগী লাই লৈছুং খোংঙারেনগী খোঙলোয়, যমগী দুত।

**খমনুং কুম্বা,** শিবা, অমং মাইখোঙ কুম্বা।

**খমনুং মাকপা লৌওনবা,** অশিবগী লাই লৈছুং খোংঙারেনগী খোঙলোয়।

**খমনুং শন্না তান অমং ম্নাইখোঙ কুম্বা,** শিবা

**খমনুং শন্না তানবা (তাবা),** শিবা, "খমনুং শবা তান্নগে"—হেঙ্গুঃ।

**খমনুং লাংঙনবা,** শিবা, "লৈমাম খুনৌ শিববু খমনুং লাংওনতৈ শবা পনকেনতৌা"—

লুঃ খোঃ।

**খমনুং ম্নাইখোং শিংঙবা,** চিত্রগুপ্ত।

**থমনৌ**, নৌ, চৈস্তাক "নশানৌ ঐনা থমনৌ ইচৈস্তাক চৈ পৌ ইথুংশুনা য়োংমু থাঙতপ য়ৈনা চৈথিল্লমে"—ভূক্কেঃ। "নবিত্তাগী থাকয়ৈ নথুনেং তোংজেং থমনৌ নহুংচং"—হিঃ হিঃ।

**থমনৌ চৈল্লংপা**, হি হোনবা লেপ্পা "থাকয়ৈ হি থাংথিসে থমনৌ চৈল্লংথিও"—খঃ খাঃ হিঃ।

**থমন লাউয়েক**, কল্লক কল্লাউবা।

**থমন চাউবা**, মিহৌচাউবা,

**থমনবা**, কল্লাউবা, মিহৌবা "হুংবান থমনবাগী হুংবান ময়িমনাকপু নমদা হল্লা"—খুঃ কংলৈঃ।

**থমন মীরৈ মত্তবা**, কল্লক কল্লাউবা।

**থম্বা**, থৈবা, লোইবা, ইকোন কোনবা। পুরেম্বগী মচানিপা, মোইরাং থোইবীগী মশাবী ( মপুরোইবা )।

**থম্বা ল্লাংদৈ**, নোং কাংলবদা নোং ভাননবা পুজা তৌনবা নুং অমা "নোং চুদে হায়দুনা মাইবা পণ্ডিত ওঝাশিংগা নোংলমুগা হুংথোং নুংলাউবী অরোল্লুং থম্বা ল্লাংদৈ লাংলি"—চৈঃ কুমাঃ।

**থমলাং**, অরিবা, থায়না, ইপা।

**থমলাং পা ল্লারী**, থায়নগী অরিবা ৱারী, অহনলমনগী ৱারী।

**থমলাং পা ল্লারী অরুবা**, ইপানা হায়রম্বা অরুবা অচেৎপা ৱারী।

**থমলাংবা**, লাইবংথৌ অমগী মিং, "ওকগী য়াদগী থমলাংবা পোকএ" "নোংথোনবদি থমলাংবনে"—কমঃ।

**থমলৈ**, অশিবগী লৈপাক, যম লৈবাক, কমুং।

**থমলৈ ইয়েং চেংবা**, হল্লা য়েংথিবদা ঐগীনি হায়নিংঙাই কনামত্তা লৈতবা, কনা লৈরব্রা।

**থমলৈ ওলে হনল্লাইবা**, শিরুবদগী হল্লকপা।

**থমলৈ কুম অমন তাবা**, শিবা, নোংমনবা।

**থমলৈ কুম্বা**, শিবা, অমং ল্লাইথোং কুম্বা।

**থমলৈ মীলুংকোন**, অশিবগী লৈপাক, যম লৈপাক, "হয়েং ল্লাইথোং শিরমলেন শবা লমথাঙদা থমলৈ মীলুংকোনদবু লমওরুল্লরোই হায়রব্রা?"—চাঃ লাইঃ।

**থমলৈ মীলুংকোন শব্রা মীথুরোল**, অশিবগী লৈপাক, "পারিও থমলৈ মীলুংকোন শব্রা মিথুরোলগীবু করম হলবাইরকপনো?" —পোঃ মুহোকঃ।

**থমলৌ**, নৌ, চৈস্তাক "লাইরেল ৱাকয়ৈ মথুনেংকা অরোল থমলৌ মমিংথেংগা হংনাথবা" —খঃ খাঃ হিঃ।

**থমলৌ ইয়েং চেংবা**, লায়রবা।

**থমলৌ তারেল চীম্হোঙ**, তারেল মচীন মানবা নৌ।

**থমলৌ ল্লাইশিরোলবা**, ককনা য়োমহুনা পুবা।

**থমশুরোল**, শলাম চহু, "নয়োন মৈত্তৈ লৈমা থমশুরোল চীংয়াইশু পল্লৌ মপা পোকপু সনা লাইহুইবদি কনালো?"—চাঃ লাইঃ।

**থয়ংচা**, তাখা।

**থয়ং হাইমুচেক**, খুহু থয়ং, "কেশরীগী মপারি থয়ং হাইমুচেক্বা অময় শিদবা লহাম লক্পা মৈচু থৌরবা তাউজীং চীথোঙ চাইথারবা হনুমন্ত অথৌবনে" —লঃ (রাঃ)।

**থরায়**, থোজান, কোথোং, পয়ানা শাথা খুম্মোক অপাবা অরনবা।

**থরায় চাংলোল**, কোথোং, থোজাল।

**থরায় থোজাল**, কোথোঙ, মথোঙ।

**থরায় লায়কল্লবা**, অনাথা লায়কল্লবা "থরায় লাইকল্লপাপু কনয়োল্লে"—কোঃ লোঃ।

**থরায় লৈপম্হোঙ**, কোথোঙ, থোজান, "ইয়োম শোত্তাইলাবা-ও নয়াম্মা লৈমা ঐবুদি শুমাই হুংনাংকয়োইএ, ইপন থরায় লৈপহোঙবুদি হেল্লা চংকয়োইএ"—চেথৈলঃ

**থরী**, অয়াকপা।

**থরুঙ**, চহু অচৌবা অাং অমা।

**থরুঙ মাথং লোনবা**, থরুঙ পাথোং পুবা।

**থরোনবা**, ওকয়া পানবা অচৌবা।

**থলকৈ**, অকৈবা।

**থলমুক**, উইহন্দনবা থনজিনবা।

**থলরোংলোই**, চাং তমহুনা লৌবা।

**থরোইরোন**, য়েক থুমন ওইবা মুরাকী নিঙোল। "থুমন চহুবু তেংথাবদি থরোইরোন হায়না থাএ" —পেনঃ তেংথাঃ।

**থরোইরোন মুংকাঙশু**, হিজম শলামগী নিঙোল, "থরোইরোন মুংকাঙশু হায়না তেংথাবদি হিজম শলাম অনীথানে"—পেনঃ তেংথাঃ।

**থরোইরোন লীক্লাংথোম্বী**, অথাম চহু, "থরোইরোন লীক্লাংথোম্বী হায়না তেংথাবদি অথাম

চম্নুনে"—পেনঃ তেংথাঃ।
**খয়োইরোন লোইয়িম্পা চম্নু**, সাংপম চম্নু, "খয়োইরোন লোইরিম্পা চম্নু হায়না তেংথাবদি সাংপম চম্নুবু খাএ" – পেনঃ তেংথাঃ।
**খয়োম**, লাইনা কংনবা পোংথোম, "লাইজা ঈরোয়ুংদা চাযলো খয়োম লাক"—পাঃ নোংঃ।
**খাইজেং**, ময়াম।
**খাইজেং লেংলা তিনবা**, মী ময়াম তিনবা।
**খাইথা ঈ**, খাইথরকপা ঈচেন।
**খাইথুম খাই**, খাইথুনা।
**খাইবক লৌ**, খাইদোকপা।
**খাইম খাইথাবম চম্নু**, পাংখাইজম চম্নু।
**খাক্তনা**, চিথদনা, লোইনা, "খুঙ্গা নাইজা খাক্তনা নিপা ৫০৪ না চেকফু ১৪ লিংহনএ"—চৈঃ কুম্বাঃ।
**খাক্তেন খাক**, য়াম্বোকথিবগী মথাক লৈহৌবা।
**খাকপা**, লাউবা, খোংবা, তেক্কনবা।
**খাকপা তেনমৈ য়াইবা**, নোংমৈ শীংজং তাবা।
**খাকপা নিংথৌ**, সোয়ারেন।
**খাকপা নিংথৌ পাঙুমবা**, সোরাবেন।
**খাকপা নোং শাংজং**, বজ্র, নোংমৈ শীংজং, অখাক অরাউ।
**খাকপা পুরৈরোম্বা**, লাই অমা "খাকপা পুরৈরোম্বা পুরাং নাগাবা খোকময়োক্তী ওন্দে ঈ" —ঈঃ লাইঃ।
**খাকপা ময়ান লৌন মৈ**, অখাক অরাউ তাবগী মৈ।
**খাগথাবা**, মথা থাবা।
**খাগী নহা শাক্কবা**, চুমিৎ "খাগী নাহা শাক্কবনা সনা হংজে য়েৎনা শৎ মরুখী নিংথৌ কাংবা চম্নুনা লুপা হংজে ওয়না শৎ থোঙজিন নাতৈ কাঙ চারগী নাপৌ শৎলক্লে"– হেঙ্গুঃ।
**খাগোই**, ফিজেৎ, "নোংপোক মালং হুমোইবা তোমাল খাগোই শেৎপা" – লৈরোন।
**খাংখা**, ভি'খ' পানবা ঈদাক কান্নবা পাম্বী অমা।
**খাঙচা ঙম্নক্কবা**, খাঙচুনা অস্তুম লৈবা ঙম্নক্কবা।
**খাঙচেৎ**, খাঙজেং, ফৈজোম।
**খাজং থৌনি**, হায়জ-চংচা।
**খাজং থৌনি য়াংপা**, চঙজবা থুরুম্বা য়াংপা।
**খাজংবা**, থুরুম্বা, হায়জবা।
**খাজং য়োইনা হৈরবা**, হায়জ-চংচা হৈরবা।
**খাংজেং**, লোয়শঙ।
**খাংজেং মম্বা**, পেংনম।
**খাংজেং পোংপৈবা ( পোংবৈবা )**, তরা মচা তিনবা, মী ময়াম পৈবা, মীয়াম তিনবা, "য়ম্নিম কেগেনা নমু মীয়াম তিনববুদি খাংজেং পোংপৈবা কৌএ"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।
**খাঙজেং**, ফৈজোম।
**খাঙতপ**, ময়াম চবুক, "য়োংমু খাঙতপ য়ৈনা য়াইরম্মে"—ভূতেংঃ। "কেগে মোইরাং শোংফি নৌবু নোয়েন খাঙতপ লাক্কা"– হিঃ হিঃ।
**খাঙতপ য়ায়না**, ময়ায়দা পায়তুনা "পায়েল য়ায়না খাঙতপ য়ায়মা"—অহোঙলোন।
**খাঙতপ লাক্কা**, ময়ায়দা পায়ত্নুনা।
**খাঙবা**, অচা অথক পীঙবা, চাকখাঙবা, চাক পীঙবা,তন খাঙবা,তন পীঙবা, "শক ১৭৭২ কালেন ২৪ নি নিংথৌকাবদা নিংথেম য়াওনা কাঙজে শায়দুনা চৈরাপকী অঙম্বা ঠাকুরশিং তন খাঙেও" —চৈঃ কুম্বা ৩৮৭
**খাঙলা**, মনা পাকপা পাম্বীজাৎ অমা।
**খাঙলা পোম্বিং য়ৈবা**, পোন্দা খাঙলা মনা-থাহুনা হাপ্পা "মোইহু থুমকোই শাবা লমঙাক খোয়তোঙববু খাঙলা পোম্বিং য়ৈ থুমপোৎ লীশিং শুনা লোই হাবসুঙ পাউ য়াদরে"—খুঃ কংলৈঃ।
**খাঙলেনবা**, অশিবা মী ঙাহাক পম্নুনা থম্বা।
**খাঙলেনফম**, অশিবা থম্ফম, শুমাঙদা অশিবা মী ঙাহাক থম্নবা মফম।
**খাথা লাইথা**, খা অৱাং।
**খাথা লাইথা থনবা**, খা অৱাং থনবা।
**খানলৌবা**, পারম্বা, লৈহৌবা।
**খানা চাউবা** লাই অমা, ৱাংব্রেন।
**খানা পাংবরম**, মথাথংবা মায়গৈ।
**খানিং**, মিংগৌ "খানিংবা হোংনদে মিকোনবা হোংনদে খানিং মিকোন অমা তৈবদি"—চাঃ লাইঃ।
**খানীক খানাক**, অৱাথা চুম্নগী নৃপীশিংগী ফিজেৎ "আরাম নৃপীগী ফিশেংতি খানীক খানাবনে"—মশিন।
**খানৌ**, শব, খুজিন।
**খানৌ লুহনবা**, খুজিন ককপা, হকচাং ঈকজথোকপা।
**খাপা**, খাবা, শলাই অমগী মিং।

**থাপা কাক্তোংবা,** খ্বাই নোংচেংপম পিপা "থাপা কাক্তোংপা খ্বাই নোংচেংপম পিপা য়েকমা হাউ-জংলা"—পাঃ নোংঃ।

**থাকাংনবা,** অনী কাংনবা।

**থাবক লাকপা,** অনী থাত্রাংননা চৎমিন্নহনবা, "লাংবন থা ১১ নি শগোলশেন্দা হীয়াং কুমৈদা শামু অনী থাবক লাক্তুনা মরুপ্পা ভাইবোং শেম-জুনা নিংথেমনা তোংএ"—চৈঃ কুম্বাঃ ৩৪৭।

**থাবরোন,** থাবা শলাই ওইবা য়ুম্নাকী নিঙ্ডোল, থাবা চম্থু "নয়োন মৈতৈ লৈমা থাবরোন মোংজেংশু সনা লিনগোইগী নমু মৈদিংগু নাউথিংথোং মঙাং ঙম্বা-ও তৌনা কৌএ"—চাঃ লাইঃ।

**থাবরোন মোংচেংশু,** থাবা নোংচেনবগী মশ, মৈ-দিংগু উয়া কোক্তোবনা লৌবা মৈতৈ লৈমা, মৈতৈ নিংথৌ নাউনিংথোংগী মমা।

**থাবা,** শলাই অমগী মিং, উন 'হুযেন লান শোক্ল কুবদি লোইদাম থাজ পাথংবনা বায়রা মতেনচা থাবা উনগী তেন"—উঃ (রাঃ)।

**থাবাংননা,** তোঙান তোঙানবা পরেংদা চপ মান্ননা লৈদুনা, "তোংজেং অনী থাবাংননা বাকয়ৈ হিদাংগে হায়রকলে"—হিঃ হিঃ।

**থাবাংনবা,** নাক য়েত্তা মান্ননা লৈবা।

**থাবা ভানবা,** থাবা অমম্থুং ভানবা কৌবা য়েক শলাইগী মিং।

**থাবান,** মপাম্বোঙ।

**থাবা লিডেং,** থৱানমিচাক পূর্ব্বভাদ্রপদ নক্ষত্র।

**থাবা লৈরেনথৈ,** থাবা শোকচোনবা "থাবা লৈ-রেনথৈ-ও তম্পা নহুইরোন বাংকোন লাইরুমা অক্তেংপীতি মিংয়েং শানকৈরোতে"—পাঃ খোংঃ।

**থাত্রাংনা,** পরেং অমত্তা।

**থাবী,** মাইবী, "য়োইরেন নাকলৌশিন থাবী লেংনা কাং অশৈ লেংনা ভিন্না উরেপ চারা থিল্লে"—তুতেংঃ

**থাবী থিয়াথৌ,** নোংদা লাইরেন পাথংবগী হাকক্তা লৈরম্বা মাইবী, "মথাইপী থাপী (থাবী) থিয়াথৌনা লমথুমনয়ে"—পাখংঃ লাইঃ।

**থাবী থিয়াথৌ অমাই মনাউয়োক,** মাইবা,মাইবী

**থাবী লেংনাউ মোম্বী,** পাম্বোইবী, মাইবী মম্বাম, "তুবী ঙাংয়েক চম্থু ভংকামুবী পুইথিংবাক থাবী লেংনাউ মোম্বীনা অমাই মরাং হৌনা"—অনোয়ঃ।

**থাবী লৈরেনহন অমাই শীংকোক কবী,—** মকোক ওইবী মাইবী, "চীংগু নঙগী নমাইবী থাবী লৈরেনহন অমাই শীংকোক কবীনা শীংয়েন লৈহন লোই চামলৌ লাখা লোইনা"—হিঃ হিঃ।

**থামত্তবা,** থামলবা; থিংলবা।

**থাবা,** তোগম্থু হায়বা, থিংবা।

**থাবী,** মৈ, "থাবী মৈহৈননা কোরৌ লনথামনগী ব্রাহ্মণ মপারীবু নোংমনবনে" উঃ (রাঃ)।

**থাবী মৈত্রেং অরাবা,** মৈ, "চকমোম থাবী মৈত্রেং অরাবা মৈশূং মৈবা মৈ"—মৈঃ তেংথা।

**থাবী মৈপোক থোকপা,** মৈ হৌবা, মৈ চাকপা "থাবী মৈপোক থোকপা মঙবু খোমলেন মঙথৈ-নরকএ"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**থাবী মৈরিংশীং,** মৈরিংবদা ভিক্লবা শীং "মপন হম্থু মালৈ কাবীনা শীংবী লুথোং পুনা হিক্কেন মতাবম তিঙ্গা বাকয়ৈ িথাংকমলম অছুদা থাবী মৈরিংশাং পুনা থিনবীরমলুইএ'- ধঃ লাইঃনীঃ।

**থামন্নন,** ঙবা।

**থামেন চপ্পা,** খুমু চপ্পা, থামেন চৎপা, ময়েক য়েক পা মুগা কৈজোম-মনাফিনি, মীচম্না শেৎনদে।

থামেন চপ্পগী শিন্থাদ—উরুংবনা উকম, হি শাবনা উমায়, অয়েকপনা উমায় য়েকপা, পাইজা শূবনা উকম যৈফাৎপা, নাছুন্না লৈরক, কেন্দিন্না নানবা, থাঙজবনা য়োৎলী তিংথং, পোৎশংবনা মুকাফি, অয়েকপনা ফিতুপ্পা, থাঙশাবনা য়োৎপী যৈবা, হিজ বনা য়োখোন, পাইজা শূবনা বক্তুনা হাপ্পা, লোলাইপাবনা য়োখোম য়ৈবা, অয়েকপনা লৈহি হৈবা, অসি থৈবিক মশিন্দা থাগনি, থামেন চপ্পা লৈাপ্পা অনীমক্তি অমত্তনি, লাইগী লৈ. চীংজত, থামু, কুহি অসিদি পোৎশংবদা থাগনি, হৈবুংদি কৈদা হৈ পান্নবদা থাগনি, মুম্নম কাইরংদি কৈ-রুংবা ময়োমদা থাগনি, চকুদি ফুরুংবদা থাগনি, খুজেংদি হাও পান্নবদা থাগনি, য়োৎশবীদি থাঙজ-বদা থাগনি, লৈওৎচৈদি উরুংবদা থাগনি, লৈ-চুমফিদি পোৎশংবদা থাগনি, শীংদি শীংথাংবদা থাগনি" শঙ মশিন।

**থারং হাইহু চেক,** থরং হাইহু চেক, খুমু থ্রং।

**থান্না,** থোংগ্রা।

**থান্না খুথয়োম থানা,** থোংগ্রাদগী ওইদুনা "চকপা থানপোকলৈমা মহোঙবী মপাম্নি শাংজুনাবু থান্না

থুংয়োম থানা নোংমল্লে”—পোঃ খুম্বোক।

**খায়া থুমনোং ওইবা**, পাঞ্জা ওইবা, মত্থু লৈত্রবা “খাওগি খোংগ্রোঘদি তাংজা মরু লুকনা মালেম থোক্তবী লৈথে য়েংনা মতোম পাহাওঙ্ঘুংচেং ওই খায়া থুমনোং ওইরবগী”—চেংলৈঃ

**খায়া পানশাং হেনবা**, খোংগ্রাদা লৈবদা চখোনবী।

**খায়বা**, থাওলেন থুংশু অথৌবা (মোইরাংনা হায়নবা) “কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌ-নবদি থাওলেন মথুংশুবু থৌরবদি থায়াবা কৌএ”
—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**খায়ি**, লৌথোং।

**খায়ী**, কবো মথল অমা, অয়াকপা মহাউ লৈবা পোংশরু অমা।

**খায়ি**, লৈথোঙচু চামলৌ লাকম ফানবা, য়ু অয়াকপা থকপা “বাংলৈ য়ুনৈঙম খায়ি লৈথোঙচু চামলৌ লাকম ফান্না নোংয়ায় ঐগী কংলা বাফোংলাক্তা লাইবেন মৈতেংঙ্গীদমকপু তরা লুকমাইলেম শা-রেন ফাহাপ্পনা লুকলেন তৈনা শেয়দি নোংহাম-ঙামও”—থঃ থাঃ হিঃ।

**খায়ৌ লাইয়ৌ**, থা অবাং, “খুন থম্মা লান থম্মা থায়ৌ লাইয়ৌ কোয় চুপচি লাইচি কোয়মরে”
—নাহৈঃ।

**খাল্লৈ**, খোংবাম, খোংলম “(শক ১১৩৯ পোইন্থু থা) ২৫নি থাওজদা থাগেম্বা হাক্তুকী ময়াংনা খাল্লৈ তৌরম্বা ফুল্লে”—চৈঃ কুম্বাঃ। লৌবুক, য়োংলম, লাম্বোম্মা চংথিবগী মরম “মশাবী মচেম্ম হাওশম তুং-থাংনা থাওলেন নাপন হাই য়োংলৈ নোংথাও কুপ............... তেংপাক লালু কাওনা খাল্লৈ লোকুম্মে”—চুপশায়োন।

**খাল্লৈ অয়াকপা**, থরুবা হীদাক।

**খাল্লৈ উয়োং থেংপা**, খোং তৌত্থনা ঙমথে য়াংপা “থুমন লম চল্লমগে খাল্লৈ উয়োং থেংনা লম চল্লগে”—মিয়াং।

**খাল্লৈ ঙমফংনা লৌয়াংপা**, শম্পোং খোইবা।

**খাল্লৈ লৌকোইলবা**, লৌবুক্তা ফিয়াল য়ুংবা।

**খাল্লৈ লৌতাবা**, লৌতাবা, লৌবুক্তা থবক শুবা “লংবা য়াইফপ ওইয়ৌবা মোরি লৌশিংবদি খাল্লৈ লৌতাববু উয়ম্মে।”—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**খাল্লৈ য়াংলৈ**, য়ু অয়াকপা।

**খাশি**, মথাদা লৈবা ময়োম মনাউদা চংপা লমচং।

**খায়চেং খাইপুং নাইবা**, মচেং মচেং ফায়রবা, খুত্তাউ লৈচাউদরবা “য়িমনীং য়িম্মাং তানদনা পানবা পূয়মকপু খায়চেং খাইপুং নাইয়ে”—খুঃকলৈঃ।

**খাম্নি**, লৈয়াই।

**খিকপা**, চাইবা।

**খিকফেন চাইবা**, ঈশিং খিকপা, চাইবা “মমাইবা তম্পাক লৈহৌ মাই লংমাই লৈহৌ মাইবীনা তাইরেন লোংমা লৌনা লাইজা খিকফেন চাইরবদা পুরৈয়োম্বা ময়োল থোক্লে’—নাহৈঃ।

**খিকময়কনা খিকপা**, অমুক খিকপা।

**খিংখিং**, শম (শেলোয়না কৌনবা) ‘ময়ুম শে-লোয়না মিকৌনবদি শমবু খিংখিং কৌএ”—খুমন নিংঃ লম্বুঃ।

**খিংখিং কাইনৌ**, শমজি।

**খিজিক**, থয়া, থজিক্তুং।

**খিনবা**, য়ু বা।

**খীকলোয়**, মতাং পানবা পাম্বী জাং অমা, “চিবা পাউনাইদবা মৈশাঙবনস্থুঙ খীকলোই তাংমা য়াদা চীকনা চিবা মমৈতোম্না খুমু নৌগা ওইনা লাইজা ঈয়াল্লকপবু”—হিঃ হিঃ।

**খীকলোয় মানবনথক্তা**, খীকলোয় মথক্তা।

**খুই মিঙোনবা**, মৈতৈ নিংথৌনি, মৈদিংঙু তাউ-থিংমাংনা হাওয়খু পায়হনা পোকপনি, খৃঃ ৩৬৪দগী ৩৭৯ ফাওবা নিংথৌ ওইখি।

**খুকল্লু**, খুকউ “খুকল্লু হংমা তোম্বনা চীংলেন ব'ংমা লাম্নিংবগুম”—ধঃ লাই. নীংঃ।

**খুকল্লু হংমা তোনবা**, খোঙ তেকপ, খু কাং হিক তোকপা।

**খুগা তোরৈথেক**, খুগা তুয়েলগী অথেকপা তোরৈ।

**খুগায়া শমচেং**, শমজেং।

**খুচুম কেনবা**, মখোয় কেনবা।

**খুংকোই**, য়েক শলাই “খুংকোই তয়েং শলাই মাপল মিংথোল্লে”—থাঃ য়ুমঃ।

**খুত্তা থুম**, খুং চনবা, খুত্তা পায়বা।

**খুত্তা থুমলা**, খুং চম্বুনা, পায়হনা “মণি য়াইয়ং-চান অসিবু তাইবত্ত নোংশাপাম্দা য়াইয়েন খুত্তা থুমনা পুথিরবগা নিংথৌ নঙগী তোংজা মহৈ করি লৈবনো”—লাঃ শঃ থাঃ।

**খুদা**, ফমফম “শোকপন্থু শাকহৈদে লেঙন্থু লেঙহৈদে শাম্বংবগী খুদানে”—মুংঃ অঃ।

**খুদাক ঙাইরন কাবা,** খংকা-কাবা, খুদাপ পায়-শিনবা, "খুদাক ঙাইরন থাগুম হয়েন লাম্বোঙ মৃৎনা হয়েন লানয়াম কারবদা"—নোং।

**খুদিন (খুতিন),** খুদম, "খুদিন্দি নোং লীকলা ভাগদনে" —খুঃ খিঃ লাঃ

**খুদোম,** খোঙদোন।

**খুদোন নাহৈদবা,** খোঙ চোত্তবা "লাইঙ্গা ঈপাক থক্তা লমচেনববু খুগা ঈচোত্তা খুদোন নাহৈদবা" —উমং

**খুদোন হিগাউ শাবা,** খুয়া পারকপ।

**খুনথাম (খুনকাম) চন্নু,** উরিং খিনবম নিঙ্ডোন "খুনকাম চন্নু হায়না থাবদি উরিংখিনবম চন্নুনে" —পেনঃ তেং

**খুনকোইবা,** লম্বোইবা, "খুনকোইববু শানা চীংঙু মমায় নোংপোক পাংনা অহিং খোমলেন তুমগন্দা" —দাংভাকর্ণ

**খুনখিনবা,** খুন লেপ্পা।

**খুনথৈপুং,** খুন্দাকম।

**খুনগাইরোই,** খুনগামিন্নরকপা মী।

**খুনগুবা,** খুন্দাকম থিবা।

**খুনগুল্লকপা** খুন্দানবা লাকপা।

**খুনগোয়বা** কোয়বা।

**খুনচা,** খুঙ্গাদা য়েংউ।

**খুনচেৎ,** খুন মচেৎ।

**খুনচেৎ নাইবা,** খুন্দা লৈরিবা মীশিং অদু পুক চেন খোয়জেন তিন্নদবা, মচেৎ মচেৎ তাবয়।

**খুনচেৎ হাঙদবা,** খুনগী লম মচেৎ অমাফাওবা চিথদবা।

**খুঙ্গা (খুঙ্কা),** খুন্দা লৈবা মী, "মতাইরেম থাঙ মোইরাং বাংঙু গুপ্ত খুঙ্কা (খুঙ্গা) পুন্নমনা সন্দেশ খুদোন কৎনা খুরুমলৈএ"—জিঃ ঙমঃ। থাবম লাইফম পানা, "থাবম লাইফম অনীমক্তি খুঙ্গা কৌএ"—কমঃ। শক ১৬৪৭ পোইন্নু থাদা হাওবমচা শগোলশেনবনাচিংনা খুঙ্গানা ঈপাল্লম লান চংলে"—চৈঃ কুম্বাঃ।
"পোইরৈ হৌনা খুঙ্গা চৌনা তয়ুম হৌনা নাইজা হৌনা"—অহোঙঃ।

**খুঙ্গা নাইজা,** থাবম লাইফম, অহল্লুপ নহারুপ পানা, "শক ১৬০৭ য়াকচীং থাদা খুঙ্গা নাইজা থাক্তনা নিপা ৫০৪ না চেকফু ১৪ লিংহনএ"—চৈঃ কুম্বাঃ। "অহল্লুপ নাহারুপ অনীমক্তি নাইজা কৌএ"—কমঃ।

**খুনথক খুনথা,** খুন অপুক, থা অবাংদা লৈবা খুন মখৈ "নখুন খুনপুক অচঙবা খুহক্তি ময়াঙ হৌবা খুনপাদি মনিন নাইবনা"—হিঃ হিঃ।

**খুন্দাইয়ু,** য়াইয়ু।

**খুন্দারম,** খুন্দাবা লম।

**খুন্দারাই,** খুন্দাবা মকম।

**খুন্নিংথৌ,** নিংথৌ।

**খুনপীলোক (খুনবীলোক),** মকম অমগী মিং "পাখংবদি লিন অপিশা ওইনা কোক্লে, লৈপাক্তা মখুন শারে, খুনপীলোক কৌরে"—থাঃ থাঃ।

**খুনফাওরকপা,** খুনথোক্লকপা।

**খুনফাংথৌ,** পাখংবগী নিংথৌ মহীশাং কমদৌ মঙাইরোই, লাইবংথৌ মাপনমকপু শিনবদি খুনফাংথৌ মাপনমক্লে। য়াম্নেরাকপা খুরাইলাকপা খুইরাকপা য়াইস্কুন লাকপা নোংথোনবা পুত্রনবা হিয়াংলোয় হঙবা শঙলেন লাকপা চোঙ্খানবা হঙবা মাপন অসিবু খুনফাংথৌ মাপন কৌই।

**খুনবী কপ্পুংচা** / **খুনবী কাপ্পুং য়াইচা** / **খুনবী কাপ্পুং য়াইথংচা** } কাকফৈ, "খুনবী কপতিং য়াইচানা ইমু তোংগাচিংবগীবু তৌবনে পাখৌও" —চায়ঃ ১৮।

**খুনবী পোংমহন,** খুন হান্না তাবা খুনগী অহন।

**খুনবা পোংলমুম হোংবা,** নাপী মথক্তা হান্না লৈরম্বা মকমদগী কাকফেনা অতোপ্পা অমদা লামংনা চৎপা।

**খুনবু,** খুনগী মপু।

**খুনমাবা,** নিংথৌ।

**খুন লেপ্পনা,** খুন পানবা ভমদনা, 'চীংঙু নোংদম খোনগী অদোন মহাকথক্তা নোংমায় খুন লেপ্পনা লমলেন চেঙচা য়াবকাইদা খুম্বা নিংথৌ চন্নু" —চাঃ লাইঃ।

**খুনান তোইবা** লমজেল য়াম্না য়াঙবা।

**খুনুং,** অরিবা, চৎনম্রবা।

**খুনুংচক,** চক অমা, থাপর যুগ।

**খুনুং ঙানবা চন্নু,** লৈমুংদগী খোরকপী নিঙ্ডোন "নমুবা খুনবী পোংমহন খুনুংয়োই চখা অরিবগা মত্তে লৈমা খুনুংঙানবা চন্নুগা চীংবুরোই লাংঙাকপদা ময়ুম শেনবী কবোনা উকাক লাখা উকাক লুকথা শরেন কাহাপ্পনা কংগুম্মে"—লিংঃ লম্নুঃ

**খুন্নুং চুমথনক্কি,** (মমাঙৈঙদা খোয়রিত্তম্বমনা শানবম্বা) ফি মখল অমা, "খোয়রিত্তম্বম নঙদি খুন্নুং-চুমথনক্কি শাউ"—লোঃ শিঃ।

**খুন্নুং পাউতাকপা,** অশিবগী পাউ চেনবা।

**খুন্নুং পুরমলেন,** থাইনগী অশিবা বারী।

**খুন্নুং মুণ্ডমক্কি,** (মমাঙৈঙদা ওকথিয়াম্বমনা শানরম্বা) ফি মখল অমা "ওকথিয়াম্বম নঙদি খুন্নু মুণ্ডমক্কি শাউ"—লোঃ শিনয়েন।

**খুন্নুংশৈ,** অরিবা ঈশৈ।

**খুন্নুংয়োই চথা অরিবা,** খুম্হোক অহা-বা, পুন্দাহানবা।

**খুন্নু চীংশাং লমলৈমা,** লমখুন্নু।

**খুন্নু মানথিক তোং,** খুন্নু।

**খুপিং খুপাই,** শা মখল অমা, জীব মগল অমা। "ঈলোক লাইচম্মাতি মুঙক পাইপং খুপিং খুপাই পোকএ"—কৌঃলোনঃ।

**খুকম (খুবম),** লৈকম "অশীববু তীল্লুপ ওইহন্দুনা লাই খৈবিক্কী খুকম লেমলে"—উঃ লাঃ।

**খুবুল,** চখোম।

**খুম,** চক্ষু মচা "তরা চানিংখাক্লা চাশোবী ঈশিং খুম্মা নোংদম্বী ঈশা খুম্মা নোংখাইবী ভানকম লৈতকপী লৈফুরেন নামুংবী"—হুঃ অঃ।

**খুমলোন মাথং লোনবা,** লুহোংবগী চাওপোং পুবা "খুমলোন নাথংলোন ভানথা লমলোঙশান হৈনা মরীন ভত্তবা সাম্না মপান কুমদবা চাদনা লাক্তইবদি কনানো?"—চাঃ লাঃ।

**খুমু,** নৌ, "নৌ শাই হায়বগী খুমুজম কৌএ" —থাঃ মুমঃ। "হয়েং খুমু নৌ শৌনসে"—ভুঃতেঃ।

**খুমু পালোইনবা,** নৌ পায়দা "বাকয়ৈ খোঙওইনা খুমু পালোইনমা হুংবান নরমথৈ অসিদা য়াওরৌ শা তানবদা"—চেংলৈঃ। য়েম্নিঙ।

**খুমু হুনবা,** য়েম্নিঙ হুনবা।

**খুয়ানবা,** হুয়ানবা।

**খুয়োই,** ওইনামদগী নিংথৌখোং কাওবগী লম।

**খুয়ক,** মী তাবা খুনগীময়ক মুমলক "কবো লৈকায়গী খুয়ক্তা লৈনা লৈনা চেম্লিবা খোং অহুদি মসিগী খোংশানে"—মুমঃ লাঃ কাঃ।

**খুয়াকপা,** খুনগী মকোক ওইবা কম।

**খুয়াককম,** কমদৌ "খুয়াককম অয়াম্বু কমদৌ কৌএ"—অঃ কিঃ।

**খুয়েপচেন,** খুজেপ শাজেপ হৈবা।

**খুয়োই তোম্পোক,** নোংদা লাইয়েন পাথংবনা মৈতৈ লৈমা লাইসনা পায়হুনা পোকপনি, খুঃ ১৫৪ দগী ২৬৪ ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ ওইহুনা পানখি, মহাকথক্তা লাইকোকত্ত চৈরৈক্কিশাহনবনা লাইয়েন চংকোক উনহেকতম ভুবী হৈনো মমি লাকনা পুঙ্গং বানককক্কি শাবা হৌগি।

**খুয়োন খুন্দোবা,** মোইরাংদা শৈশক্লরিবা খুয়োন হাওবা লায়রবগী মপা।

**খুয়োন থানা,** খোঙকম নাম্বোক্তুনা, খোঙকম শোয়হুনা।

**খুয়োন হাওবা লায়রবা** খুয়োন খুন্দোবগী মচ নিপানি, মহাক্লা খুয়োন ঙৌবী শোয়দা লৈরিঙৈদা মোইবাং নিংথৌ সনার খুগী মমঙদা খুয়োন হাওবা লায়রববু লোকলৌরেম্বগী কোংয়াং মবাচাবু কোংয়াং শোইনাউ থেমনা লাংলেন বাখোঙ্গ লেংহল্লবদি নিংথৌগী অনাবা কগনি হায়না থাংজিং কোযরেন লাইনা মঙবাও চেল্লয়ে হায়বদগী মোইরাংগী অঙঙ্গা কমনাইবশিংনা খুয়োন ঙৌবা শোয়দগী মাবু কৌথংলগা খুয়োনগী বা হাঙহনাথ। মোইরাংগী বারীদা খুযোন হাওবা লায়রবগা য়াইথিং কোন্নগা অনীগী অপাম হুংশি বাম্নী অশৈবশিংনা শৈশকনৈ।

**খুজেং পালোই লাকনা,** খুজেং পায়হুনা।

**খুজেং হংচি পায়না,** খুদাং পায়হুনা, "কৌবা অঙাঙানা ভাংঙোই য়োয়মোংবগা খুজেং হংচি পায়না চিংথংঙমএ"—ভুতেঃ।

**খুজেং হংজি পায়বা,** খুদাং পায়বা, "থাঙরি তাউবুং খোংদোবনা খুজেং হজি পায় খুংপা কৌয়োং শূনা থৌথামশিয়ে"—চেংলৈঃ।

**খুজেং হংজি রায়বা,** খুজেং পায়বা।

**খুত্তম্বা,** কোম্নুংগী শঙ অমগী মিং "খুত্তমগী শিম্বাদি খোঙতেক খুংতেক লৈথোকপা থৈবিক খুত্তমদা থাগনি"—শঙ মশিন।

**খুত্তম,** খুদম, খুংনা তমগী মঙং।

**খুত্তা শূনা,** খুত্তা পায়হুনা।

**খুত্তুম লালোয় থাবা,** খুত্তমনা তবা "পলেম মমা পোকমাবীনা খুত্তুম লালোয় থা শমলাং তোনকা চিংলপতি নমান মচা হাওক্তু পাথংপা তককমা ইথোয়কা নুয়া তককমা নথোয়কা ইথোয় তয়া

নিথোইমাপু চীংগু নোংখৌ সোয়ায়েম অল্লাং পাথং য়োইয়েনপাকি সনা মথোঙ থাওতি কোয়ৌ নোংপু কামানাসে”– থোং: নোং:।

**খুৎপাক ভিল্লাই মেন্না,** খুবাক্ত ভিল থাকুনা “খুৎপাক ভিল্লাই মেন ভিমেন থাওতপ পায়না হয়েন লানশোল্লববু”—ওঃ ওঃ।

**খুৎপায় শাকবা,** খুংনা পায়বদা হুগোং চাবা।

**খুৎপুন,** খুং পুনবা, খুংনা পায়শিনবা খুংবা শরুক, চগোম,তরা খুৎপুন, চাক চখোম “তরা চখোম পীদা লাইজা চীনখুন য়োংদা”—লাং: শ: থা:।

**খুৎলঙ,** অমনা অমগী মতেং পাংনবা, মদৎ।

**খুৎলঙলোয়,** খুংলঙ তৌনরিবা মী।

**খুৎলম ইল্লা,** মভুং ইল্লা।

**খুৎলান তেরানশৈ,** খুংলঙ ঈশৈ, “মোমন্থু অল্লা হইরাং শোল্লবগী মোমন্থু খুৎলান তেরানশৈনা পাও মেনথিএ”—মোই: নিং: লং:।

**খুৎরাইথোং,** খুংনা হেকপা।

**খুৎশিল্লবা,** হকশেংননা শিন্নদুনা পীবা, পাথোকপা “ইমোম মেন্থু শাকবীদি থোইমোম নঙেওান্দা খুৎশিন্নরে”– তুতেং:।

**খুৎশু চৈথাখোন,** খুৎলাইনা থাবগী মথোন।

**খুৎহৈবা,** লোয়শঙ অমগী মিং, “খুৎহৈবগী শিন্থাদি—লীরুং ইৎপা, তেন্না চনবা, আরাম্বাই মথোক পানবা তেনথোক পানবা, তাগোকচুন্না, তেংনা হুমাই শাবা, তোংজৈ উ:তাং য়েকপা, লেপথন হুমাই য়েকপা বাঁশী য়েকপা, দোলাই য়েকপা পাওন্দেম য়েকপা, কংলাগী সিংহাসন য়েকপা, লাইগী আসন য়েকপা লাইরিক মথুম য়েকপা, ভওৎ তমং শাবা, নাচৈ য়েন্দু, তেম, তুম্ব য়িংপা, পজেং, শীংদুম, উতোং মচীন তেন্না, আরংগী অরুম্বা, ছত্রগী মরু য়িংপা, আরাম্বাই তেন চনবা, শামু ওনবা, পজেং কীরান য়িংপা, লম্বুথোক চুন্না, সনা লুপ্পা, শমজিন, উরুং, পেনা উতোং, লীরি পানবা, মৈনরুক চন্না অসি খু হৈবদা থাগনি”—শঙ: মশিন।

**খুদাং,** খুজেং।

**খুদাং পিরুম তৈবা,** কন্না, খুদাংদা মিংকী পি তৈবা ‘খুদাং পিরুম তৈনা নাউয়োকপনে”—হেন্থু:।

**খুদাং শাৎচৈ তাউবা,** খুদাং পিন্নকপা।

**খুদাংয়াই,** খুদাংদা হান্না পোৎ।

**খুদেশেন,** লৈমা নিংথৌ অচৌ অশাংনচিংবগী মাওদা থিনবা লৈতেং।

**খুদোম,** পোংকং, মায়োক থাকম ওইনবা অচৌ অশাং অমদি হুংশিনবা মীদা পীনবা পোৎ।

**খুদোম কৎপা,** খুদোমপোৎ পাবা, “লৈপাকী লাই পুন্নমক্তা খুদোন কৎলে”—কবারোন।

**খুদোম কাবা.** খুদোমপোৎ কৎপা (পাবা), “চীংথাং কৌত্র অসি খৈবিক্তা নিংথৌনা খুদোম কাএ”—কথানং।

**খুদোপ ভাইচা য়েৎপা,** মথুৎ পুনবা, “নশানৌ অতোনবদি মুংবান মশা ওই লুবাং ময়ান ওই শমু তুংবুন্নুনা খুদোপ ভাইচা য়েৎলে”—পোংলু:।

**খুনেৎ,** শাদোং।

**খুবাক তবুং কুবা,** খুবাক খুবা “খুবাক তবুং কু জগোই লেপ্পলৌ শা নোয়না ওমদম হৌ কৈরোম মনিন নাই হরাউ মরাং কায়রক্লে হায়দবয়া?”

—মোই: নিং: লখু:।

**খুবাক ভিল্লাই মেন খোকলাং পমশিংনবা,—** খুবাক্তা ভিন থাল্লগা তা মথোক্তা নানবা, “নোং য়ায় চাথা গোইরেঘনা খুবাক ভিল্লাই মেন খোকলাং পমশিংনমা তিমেন তা হুনখিববু হৈয়েম কাং বীশুগী শমু মথুদোনবু খিজিক থেংনা তিমেন লৈদ পাল্লে”—চায়: ১৮।

**খুবাক ভিল্লাই মেনবা,** খুবাক্তা ভিন থাকপা।

**খুবাক লাইথন শানা য়েংবা.** মিংকী মথক পীওম মপা ওইরপ খুবাক উপথন। থন্নপা অরাপ্পদা য়েংবা “থোয়নৌ মতা মঙামানা মতা লৈমা য়াংতৌ অতাউপা লাকয়ে হায়না মোমন্থু খুবাক লাইথন শানা কোংকোয় মিংসা ওন্না য়েংনাওমএ”—

থোং: নোংকা:।

**খুবাক লোক্তা ময়োম হুবা,** খুবাক পোকথোকপা “লৈকাং কৌও লঙবদা খুবাক লোক্তা ময়োম হু পারি নঙব নাউয়োকপনে”—হে:।

**খুবাং চাংজৌ চেপনা লোন্না.** খুৎ লোন্নন. খুৎ জুর তৌদুনা “ইন্না নাপা চীক খুবাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্না হুন্না হন্না পুরুমজরক্ত”– পোং লু:।

**খুবী কোয়োংশুবা,** খুবী পায়বা।

**খুরাম্নরাকপা (লাকপা),** খুনকাংথৌ অমা খুরায় লৈকাইগী মকোক “খুংাইয়াকপদি লাইনিংথৌ হনথনে”—কব:।

**খুরায় লৈজা,** অতোম নিংথৌগী মনাও ইবেম্মা

**থুরূপ মানবন হোৌবা,** শগোল থুরূপ থৌবা, "লাখোই মতম শাবু না কোদোই থুরবগা লাথোই মরাও তোং মালং নোংশীং চৈরোম্বনা থুরূপ মানবন হোৌ"—উঃ কাঃ (রাঃ)।

**থুমন,** মেক অমা, মনাঙ্গৈদা মণিপুরগী মথা মায়-লৈদা লোতাক পাংকী নোংপোক্তা মনিংমথা তমনা পাল্লবা মী কাংলুপ অমা অমসুং মপোম্বনা লৈরবা লমগী মিং, "লোকয়াই থাবা নিংথৌ তম্ব-মক্তি থুমন শনাইনে"—কমঃ।

**থুমন লৈকোয়পুং,** থুমনগী কোদুং।

**থুমন খোম্বী,** কোংবম িঙোন "মৈতৈ লৈমা নোং-বালোন থুমন খোম্বী পহৌ মপা পোকপু সনা লাইহুই-বদি কনানো ?"—চাঃ লাইঃ।

**থুয়া,** খোঙপাকী মথা থংবা শরুক।

**থুয়া লাইকোই খোংবা,** থুয়ানা নেংপা, থুয়া পোকথোকপা।

**থুয়া লৈথাও পায়বা,** তাকপিদু হায়না মথোঙ পায়বা।

**থুয়া লৈথোঙ থা,** থুয়া থা, "থুয়া লৈথোঙথাবু পুরুমলবগা পাওমেনথোক্কঞ"—উঃ ঙঃ।

**থুয়ালোই,** লম অমা লৌশিনবদা লৌশিল্লিবা লম অদুগী হায়া লোই ওইরবা, মথা পোনবগী লোই।

**থুয়া শৌদিওবা,** থুয়াদা শৌ হুবা।

**থুয়োল,** মোইরাংগী লম অমা।

**থুয়োল কোমলোথা,** থুয়োলগী লৌবুক।

**থুয়ৌ,** খোঙ।

**থুয়ৌ ওমজাও হনবা,** খোঙথাং লাওনা থাংবা।

**থে,** তৈনবা মং মচু অমুবা মথল অমা।

**থেউ,** উ জাং অমা।

**থেক,** হাদৈ, "নহান নোং হম্বিচকতৈদা হাদৈবু থেকও তৌনা কৌএ"— পাঃ খোঃ।

**থেক লাউনা,** লাউ খোংহুনা।

**থেকপা,** নোক খেবা, লাউবা।

**থেকমোই,** হাদৈ, "থেকমোই চাগে হায়না বা ওইববু মমান থাবা লৈরেনহনগা মচু তেকথা নিঙেঙানগা অনীমক্তু তম্পা ইহইরোন-ও নঙবু কম্বিগী হাদৈ থেকপু চানা তাওনৈবে হায়বনো ?"
—পাঃ খোঃ।

**থেন,** মতম, পুরুম, মুং।

**থেন চাং লেংবা,** মতম অক-কন্তা লেংবা।

**থেক্কো,** লাই হয়াউবদা শরুখা ঈশৈ অমা।

**থেক্কো লাংবা,** চোং কনবা।

**থেঙং,** মাংগোল।

**থেঙংলাং,** মাংগোল, "থেঙংলাংগী অবাং থংবা নাকথদা চুরিদা চকু অমদা চাক থোংও"—লাঃ।

**থেঙোং,** মাংগোল।

**থেজো লাংমৈ,** লাই হয়াউবদা শকপা ঈশৈ থেক্কো।

**থেজো লাংমৈ লিহৌয়াক,** থেজো লাংমৈ অহৌবা।

**থেন্দো মথে লাউনা,** লাউখোংবা।

**থেনম,** খেয়াই হোৌবদা শীজিন্নবা কবা পাদী জাং অমা।

**থেনম নথা,** খেয়াই পাদীগী মনা নজ্রগা মউনা কনাওবা মীগী মশাদা থেংবা নত্রগা শোক্লবদি খেয়াই হোৌই, হকচাং মথা মথা পোমথংলকই, ফাকৈচ। অসুম তৌনা খেবাই হৌরবদা থেনম পাদীগী মনা নত্রগা মতোন অদু মৈদা হাইরপ শাহনপা মথং মথং পোমথংলকইবা খেয়াই হোৌরিবা মকম অদুদা নমলবদি খেয়াই হোৌবা কৈ; অসুম তৌনা খেয়াই হোৌবা কনবা খেয়াই হোৌকমদা থেনম মনা নত্রগা মতোন লুধু লুধু শানা নথা অসিবু থেনম নথা কৌই।

**থেবান,** থে, "মঙুং থেবান লুপনা"—থাঃ শৈঃ।

**থেয়াং থাংবা,** হয়াউ তয়ামতুনা নোক খেবা, হয়াউ তয়াথা।

**থেরে,** থাঙ তা মথোক, "থেরেদা চাচনবদা শিজ-চেপ থাদনা ফিনা চনবা ঐগী থুংশু তা পুরকউ"
—তঃ ঙঃ।

**থেরে কাংথোক থৌবা,** মোংথোক্তা থে তৈবা।

**থেরে চীনপাকপী,** চাহু।

**থেরে মাওম্মিনা,** তাজিমা মাওলোম থংনা।

**থেল,** মুং ( থাঙতা কথোংনা হায়নবা ), "হম্বিদৈবা থাঙতানা ঙেংথানা কথোংনা মাহায়ননা মুধুদি থেল-ও কৌএ"—নিঃ নঃ।

**থেল্লাই,** লাইবক।

**থেল্লাই থোঙ,** লাইবক, "লাইবক থেল্লাই থোঙবু লোইদাম নিম্মাও থাওবা"—ধঃ লাঃ নীঃ।
"লাইপক থেল্লাই থোংদা শীংলেন চন্দন লৈবু ওইনরিবা"—উঃ (রাঃ)।

**থেল্লেন,** থেনকম অকনা, পুংকম অকনা।

**খৈনা,** লোইনা।
**খৈনা তাবা,** য়াম্‌না লাপ্পা য়েংবদা উত্রবা।
**খৈবা,** লোইবা, লোয়বা, মথা তানিঙাই লৈত্রবা।
**খৈবিক,** ময়াম, "লাই খৈবিকনা উগমে হায়না থল্লে"—উঃ লাঃ।
**খৈরবা,** লোইরবা।
**খোইজু,** লাইমাং তীনমাং তানবদা শীজিন্নবা অপিকপা কয়া চাউদবা পাম্বী জাং অমা, পয়া ইংপগী মকুম—"কম্বি নৌরৈ খু খোইজু তোল্লোং ইক মমাইবনা তাইরেন লোংমা লৌ লাইজা গিকফেন চাইন" —নিংঃ শাঃ।
**খোইজু মথাক লোনবা,** য়ামনা কয়া নারবদা শম পুনশিন্নখিবা।
**খোইজু লখাম,** পাম্বী মথল অমা,—লাই তীন তাম্বোকপদা খোইজু লখাম মৈ থানৈ।
**খোইজু (খোইচু) লমওক,** লাইশোন মথল অমা, —মাতুদি :—"কোরৌ নোংথৌরেনও সনা নমিরেন মিয়েন থৌয়াংববু খামবাই য়ামবাইরক্কী কোল্লে। হৈরম নোংদমলক্কী কোল্লে। লৈচিক চিকলিবারক্কী লৈথম থমলিবারক্কী কোল্লে। কৌবা কৌন্থ খোই, মথান খুঙমখোই, হুয়েন চামাইঙাং কানা খোইনা কোল্লে। শম্বোঙ হৈমায় হৈমায়াম হৈস্নুক হৈসোই য়াম, নবেন খোইমোম লাইবেম্মা পুই খাগোই জুংদা লিরৌহৈ, তীনচা লাইচা তান্নাতৈ, তীনমু লাইমু তান্না হৈনা কোনবা নওনে। চকপ মুবী মশিখং, মমান লুম্বাং তপ্তে তপ্তাইববু হাইনিংশাংনা শোনমোই য়াম্মে। শিগুন্থ পীগত্তে, ঙাত্রাশুবীনা পীথৎখিএ। হাউমন য়েং ওই কোনফবা ঙাইরোং শিংমিং নক্কবা, কাসান খুঙমশিং, হুয়েন লমশাংববু মিংনাইবা কান্নাশিংনা কোনমা নঙেনে। চেক্নী বান্না থুব, কানাক নাকতৈ নাককাবা, চিনলেন মাইকোইন্থ কাবা অশেং অয়োংবনা কোল্লে। হাওন্থ লাঙৌবী লাঙৌবা কানা লা চংবী লামুং লায়াইরা অশেং অয়োংবনা কোল্লে। লাইরেন নঙবু নমু থাংচীং খোকলাবগুমনা নত্তাং তান্না-ও তিনমেন তা লাবকুমনা চিন্দুমনাও-ও। থাঙলেন য়াশবগুমনা নখৌ হেন্নৌও। বাকয়ৈ হিরাববুম নখৌ চোয়ৌও হায়বগী কৌবা কৌন্থ খোইনা মৈখু নোংলোন কানা পুনশি মোখাংনা থাম্বৈ কোন্নিও মায়ৈ কোন্নিও হে কোরৌ নেমলে।"

**খোইবু,** চীংমী কাওবু অমা অমসুং মখোয়না তাথা লমগী মিং।
**খোইবুং ময়ৌ চাউনা,** ময়ৌ তৌনা, "খোইমোমদি খোইবুং ময়ৌ চাউ, তিমেন খুত্তা পায়না ঙাইখমলে"—চাঃ ৮৯।
**খোইবুং লৌশাবা,** লৌনম তৌবা. তৌশিন্নবা "তৌইগীদি হবিঙাদি খোইবুং তুগুম্ববু লৌসাসে"— চাঃ লাইঃ ১৩
**খোইমা নারোম্লুং,** নাপী মবক "খোইমা নারোম্লুংদা লাংচেং তোনগা পকনা"—পোঃ চিঃ।
**খোইমা লাংজেং,** নাপী শীংনা।
**খোইমোম,** লাই, চীংজু "খোইমোম লাইবু নীংবনু কাউগুনো" —কুমদমশৈ,। শীংনাং পাম্বীগুম্বা মপান তৌনা শাংপা পাম্বী জাং অমা, "লহান খোইমোম নারক চৎনা বনবাসী লম্বোইঙৈদা"— উঃ (রাঃ)।
**খোইমোম কোলোয়,** লাইবাউ।
**খোইমোম তাংথকখিরবদা,** লাইদা তিনগ্রবদা।
**খোইমোমথৌ,** লাইনিংথৌ — 'খোইমোমথৌবু তোঙনেম্ব'—অহোঙঃ।
**খোইমোম নোংতম মথৌথা** লাইগী বায়েন, লাইনা তৰা, - "খোইমোম নোংতম মথৌথা হেনকদবা গোঙলৈনা"—ঔঃ ঙঃ।
**খোইমোম নোংদমখোন** লাইনা তৰা "উনবী পূকনীং য়াংগুনো খোইমোম নোংদমখোনবু লৈরিত্তৈরে"—ধঃ লাইঃ নীংঃ।
**খোইমোম নোংদমখোন চেনকদবনা,** চেনবা য়াত্রবা লাইগী নোংদমনা।
**খোইমোম নোংলৈমা মখুৎশা কুয়াক জুবজং** মানবা ফি, অমন নোংগা ফি, শিবদা চেন্নবা ফি।
**খোইমোমপাক,** লাইরৈপাক "খোইমোমপাক্তা নোয়এ, লাইরৈপাক্তা নোয়এ"—অনোয়ঃ।
**খোইমোম মথৌথা,** লাইগী নোংদম, লাই বায়েন "নোংয়ায় মহাকথক্তা খোইমোম মথৌথা চীংজু মবায়েনবু হোংকদবগী নোংয়ায় মপুং পিকশল্লকএ" —খুঃ কংলৈঃ।
**খোইমোম লাই ওইপ্রবা,** শিপ্রবা, নোংগাপ্রবা।
**খোইমোম লাইনিংথৌ,** লাই।
**খোইমোম লাইমরু,** অকপা লাই "চীংজু নত্তদি

খোইমোম লাইমক নত্তবয়া ?"—তুতেং।

**খোইমোম লেংনা তিনবা,** লাইয়াম সভা।

**খোইমোম য়েকতম খোৎহৈবী,** য়েক খোৎপা হৈবী (লাইয়েকপা হৈবী লাইরেম্মা)।

**খোইয়ম,** পাৎপান তাবা, ইমু "খোইরম কৌবদি পাৎপান তাববু কৌই। খোইরম্বু ইমু কৌএ।" কমলোন।

**খোইরা,** পোকপা, অহানবা, খোইগী মহম।

**খোইরা য়াল্লকপা,** হৌরকপা।

**খোইরেন,** খোই জাৎ অমা।

**খোইরেন মশা পাইবা,** ঈরাও লাওবা।

**খোইরেনহী,** খোইহি।

**খোইয়ম,** লাই।

**খোইয়ম অশীবা,** লৈশেম্বা লাই, অশীবা, সনামহী।

**খোইয়ম অহনবা,** অশীবা, লৈশেম্বা লাই, "খোই-য়ম অহনবনা হুক্তোই লোইদামচাবু শেমখিএ'—সনামহী লাইকন।

**খোইয়া উতংপোক,** পোলাংখোক "পোলাং-খোকপু খোইয়া উতংপোক কৌএ"—খম্বোই য়াম্বোই।

**খোইয়া লাথুবা,** লাং থাকুনা কাবা।

**খোইয়ুম,** লাই।

**খোইয়ুম অঙাইবা,** মী শিরগা অশিবগী থবায় পুগনি হায়না ঙাইহুনা লৈ হায়নবা লাই, "চাঁগু অরুম্বা খোইয়ুম অঙাইবনা লাইরুক লেখিদো তাল্লক-লে"—হেজু।

**খোইয়ুম পায়মা চৈরোম্বা,** লাই নীংদবা মী।

**খোইয়ুম য়াইবা য়েনহৌগী,** তেংবানবা শেম্বিবা লাই অহানবা।

**খোকথু য়াইখুবা,** মখোক চনবা, মখোক পানবা।

**খোকখৈ,** (বা) খোক মখোক।

**খোকথবা,** হোইদোরকপা।

**খোকথোইরকপা,** খাইগী মকোক ওইবা।

**খোকমরোই তা'চুম্বা,** বা (খোক) মতাং চুম্বা, "চীংতাই অরোনখোক পোরা লংতিং চৈয়িকাবা খোয়মা লাইয়েং থাৎকাবা খোকমরোই তা'চুম্বা হয়েন লানয়াই চেনবা কংলা মৈচনখোকপু লনউন-তানবী"—চাঃ লাইঃ।

**খোকলাং,** মখোক (তা মখোক), "শেরোয় মপাতাউ অনীমক্তি লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈখোকপান্দা খোকলাং লমশীং ওয়রে"—চায়ঃ।

**খোকলাং তুংশোল্লনা,** মখোকনা তুংলোমদা থম্বা।

**খোকলোয়,** ময়াম।

**খোকলোয় হৌবা,** ময়াম পুম্নমক হৌবা।

**খোং,** পুং (শেলোয় লংমাইনা হায়নবা) "পুং খোংবু থীন মৈ য়াইবু থাম্না তান্নরকএ"—নাঃ কঃ কাঃ। ঈশিং চেম্নবা ঈরম অচৌবা।

**খোঙউপ লুচনঙম্বা,** খোঙ নোইরম্বা।

**খোঙওইনবা,** তোংবা; লাংগোই খোঙওইনবা—শগোল নত্রগা শামু তোংবা; মাকয়ৈ খোঙওইনবা—হি তোংবা।

**খোঙকাউ,** খোঙ্গাউ।

**খোঙকাপ,** খোঙনা অমুক কানবগী লম।

**খোঙকাপ অথাং ঙমদবা,** খোঙ থাংবা খোক্তবা, পোঙ থাংবা ঙমদবা, চৎপা ঙমদ্রবা, "ইখোরস্তুও খোঙকাপ অথাং ঙমদরে, চেংলৌ মিখোঙ মম-শিল্লকলে"—শমঃ ঙঃ।

**খোঙকাপ নাউরৈ,** খোঙকাপ।

**খোঙকাপ নাউরৈ থাং খুদোন লোকলৌ হুনবা,** খোঙ থাংহুনা লাকপা নত্রগা চৎপা।

**খোঙকাপ মকা লামঙমদা,** খোঙ থাংহুনা চৎপা ঙমদবা।

**খোঙকোইনবা,** খোঙ্গোইনবা, ওক্তবা শবক তৌ-রুবগী মীয়াম মমাঙদা ঈকাইবা পীবা,—"তাংজা মশম কোকনা খোঙ্গোইনবা অমনে"—ঔঃ ঙঃ।

**খোঙখুন তৎপা,** খোঙ্গুন মুৎপা।

**খোঙখুমফি,** খোঙ কুপ্নবা ফি।

**খোংখৈওবা,** খোংসম্বা, "চীংশোং লমলৈমনা তাউ-জীং থৈফু মতোন তোংনা খোংখৈওম্নে"—তুতেং।

**খোংখৈনবা,** খোংবা, "চেক্লা লোনখোকপা পুম্নমানা খোঙ্গেন মু'শিথোকনা খোংখৈনম্নে"—লাঃ শঃ থাবা।

**খোঙখৈনবী,** ফি শেৎপদা খোঙময়াদা তাবী।

**খোংখৈরাই,** খোংখিবা মফম, "পোনবী চীনওল্লনা খোংখৈরাই"—মোই, নিং, লমু।

**খোজন,** খোঙ।

**খোজন লোতাক হোংবা,** খোঙনা লাকপা।

**খোজাও,** খোঙনা কাওবা,—"ইমু খোজাওননা নপারি ঐ হায়না লাইজা ঈন্নাল্লো"—থংলাঃ নীংঃ।

**খোজাও খোইবা**, খোজাও কয়া কাওবা।

**খোজাও খৌজাংমন**, অকনবগী চৈখেং।

**খোজাও মনিমখোম**, লাংগী চৈখেং।

**খোঝাও**, কম্ব ং, বাবা কেয়ে লাউবা ককমাওটং।

**খোজাম**, খে'ওনা কানখোকপা।

**খোজুম** খোওকম, খোওনা নেংপগী মকম।

**খোজুলীবা** ফংনবা থিবা "শানৌ নওমা নশাবী এগী মায় খে জুলীবকপদি খোইয়ম লাই নমু পোং করম্বু উবকপনে।?" - ভূতে।

**খোংজি**, য়ারী, ওা কানবা ঈনগী চিথেক্তা হ প্পা হংগেন্দা পুম্নবা কিশি।

**খোংজিতোন**, য়ারী।

**খোংজি নারেং লোনবা** থৌরী থুবা, "পামেন উমকক মরা' ওকুন্ন ওানৌ খোংজা শম হিবি খোংজি নারে' লোনগে ভৌওমক্‌কলবদা"—হিঃ হিঃ।

**খোংজোমনুবী**, থবানমিচাক কৃত্তিকা নক্ষত্র।

**খোওতেকচা** মৈ'ত নিংথৌ নাউথিংখোংনা খম ভয়োন চীংয়াইশ পায়দুনা খোওতকচাগা পুংফৈ লাম্বংগা অনী পোকই। মৈদিংগু নাউথিংখোংগী মথংদা খৃঃ ১৭৬৩ দা খেওতেকচানা নিংথৌ ওইদুনা চহী ভব। পানখি।

**খোওখোচীং**, খোওনা লেংলবা চীং।

**খোংদবা** খোংবা, "চয়োয়না খোংদমংগু য়াৰ্বা থাইদমংগু হুইথৌনা চকেঙেও"—নাহে।

**খোওদোই হুমবা** খোওশামবা, চংপা, "লাম্লোই অয়েংনা মোংবা যুম চঙলে ভম্ব যুমখৈ ওাকপীবু থাও-লেন কোমশংময়ে, ভাংজা লুয়েন ককলে, লাবা খোওদোই হুমথয়ে।"—মোই নিং, লম্বু,।

**খোওদৈকি**, খোও তৈথোকনবা ফি।

**খোওদোন**, খোও মত্তোন।

**খোওদোন শাংবা** মত্তোমলোম্বা।

**খোংগ্রাইবী**, লাইরেম্মা অমা, 'পিথ াইবী অশেবী-খোংগ্রাইবী অশাবী" - খ : ওবা।

**খোংগ্রাও**, খোংগমবা।

**খোংমাই**, খোংক্রম।

**খোংনিরীদি** খোং অমুদি।

**খোওনেম**, বাংদবা, নেবা, মখোও নেবা।

**খোংনেম**, কুমনা।

**খোওকাং**, খোওপাক, খোওপা, "মৈদিংগুগী খে'ওকাং থবাল মানবনা শামু ময়াইবক্তা নেথলে"—চীংথং শা, কাবা ; ময়াম, — ভয়েং।

**খে'ওকাং অত্তোনবা**, পোইয়েত্তোম।

**খোওকাং লেংবা**, মী ময়াম লেংদুনা, 'থাবীগীবি য়োমলোই হৌমা অশৈগীদি খে'ওকাং লেংবা"— অচোও।

**খোওফেন**, লান, 'লানশোক থৌওইদনা খোও ফেন লান শোক্লববু হয়েম লাম্বোও বুংনা নোংমন-হল্লে"- উঃ (বাঃ)।

**খোওফেম্নবা** লান শোক্লবা, চায়নবা, "যুমনাম মোইবুং লোকপমগী নাকা অমা খোওফেম্নবদা শিএ" - চৈঃ কুম্বাঃ।

**খোওফেনথৌবা**, লন্দা থাবা "বাওমলোন পানবা কৈকিং নেংবা হুয়েন লানশীং চাইবী লৈমা নাইদাই ফাবী ময়ুমবাংনাই লোইনংই থুমোম্বা ঈকোপ খেওফন থৌব সন ঈবু চয়ৌকবী"—চঃ লাইঃ।

খোওফেন লান শোক্লবা হকথেংনন (খুংথেংনবা) লান য়ান্নবা, "খোওফেন লান শোক্লগে হায়বগী"—বিঃ (মঙ্গাঃ)।

**খোওফেন হান্নবা**, খুংথেংনবা লান কয়া য়ান্নবা, চায়নবা "শাবেপ লোনমল্লাং থুম্বী লৈহৌ চীংদা চায়না খেওফন হান্নববু লৈএ" - চায়। (২) "শক ১৬৪৫ বাকচীং থাশি লোং লৈপাকপোকপদা বাংজিং লৌবুক্তা খেওফেম হান্নদুনা ওবাবু চাই-থামম্লে শামু অহুমনচিংবা লাম অচওবা অশিবা থানা ২০০০ কায়োএ"— চৈঃ কুম্বাঃ।

**খোংকৈ**, ওা কামবা শোয় কমদা কৈবা উ ; "য়ামদা খোংকৈ চয়োমথক্তা লেমলৈ ওাপুম কৈ থাইবী ইনিন লোং, পায়মা নিংসা শংহোম্নবা শিপন্নথিবে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**খোংবান চামলৌ লাভারেং নমঙৌবা**, —পাও-খোকলা, "হাওবু শোয়মোম ভাউবী ময়াম্বিং খোং-বান চামলৌ লাভারেং নমঙৌবা পাওখোক ঈহৌ লাদা খোমলাং চাইজি পিশিন ওয়া ইহুংমদা নাউ-হমগে হায়না পুজয়কএ"- ধঃ লাঃ নীংঃ।

**খোংবান য়ুংশাবম** শনবা।

**খোওবী লৈথৈ য়েংবা**, লুকথদুনা খোওবী য়েংবা।

**খোওবুরোম লোনয়াবা**, খোওয়াবা, চখোকনবা।

**খোংময়ক্তা**, খোংবদা।

**খোংজেল তরেৎ,** মথাদা চেজিবা খোং তরেৎ ;— (১) "খোং অমদি কোৎবনে, অমদি পুৎসাইখোংবে, অমদি মরাংখোংনে, অমদি চীংদোইবে, অমদি চুং-জেংনে অমদি চুংখোং চুংমাওবীনে। খোংশিং অসিনা মথিং অমা ওয়ে — (২) খাখোং লাইখোং মরোংখোং লিলহাখোং কিতখোং চরোয়খোং থাবী-খোং তরেৎ অসিনে।"—শাঃ লমঃ।
(৩) "কুসুমখোং কিতখোং তুমুখোং তাউবীখোং নোংমখোং চরোয়খোং মরাখোং" — নুঃ অচৌঃ।

**খোঙলোয়,** পাখোয়োয়, পাউ চৎপা মী ; "তখেৎ হায়রকপা পাউ পুমমক লাইরিক ইছুনা নিংথৌগী সনা নাকা খোঙলোয় শীথয়ে"—তথেন ওয়া।

**খোঙলোয় খৌশী মী,** দূত, পাউ চৎপা মী।

**খোঙলোয় হৌবা,** মথাম পুমমক হৌবা, চৎপা হৌবা।

**খোঙরায়,** খোঙকম, খোঙনা লেৎতুনা চৎকম, কুমথকম ; "তুরেল খোঙরায় কুমখিবদা" খঃ লাঃ নীংঃ।

**খোঙশানখিবা,** চৎখিবা, থাত্রা তৌখিবা।

**খোঙশানবা,** চৎপা, শানবা, থাত্রা তৌবা—"তুবী চিঙলেন নোংয়েন খোঙনা থাত্রা খোঙশানতুনা পোইরৈ সনা পুঙদা থাইখুংলরে"—ঔঃ ঙঃ

**খোঙশুবী,** খোঙথাং তপনা থাংবী।

**খোঙশোম্বা,** মখোঙ শোম্বা।

**খোঙহাম্পাৎ,** শিরগা থবায়না যৌই হায়নবা মকম অমা, মকম অমগী মিং ; "খোঙহাম্পাত্তা ঙৈক থান্দোংলে"—হেঙ্গুঃ।

**খোঙহৌবা,** খোঙ শানবা, থাত্রা তৌবা ; "থায়রা খোঙহৌসে হয়েন লান্দানসে"— নিঃ লম্বুঃ।

**খোঙহৌরকপা,** লাকপা, খোঙশানরকপা ; কোয়ৌ তুমিং মঙানিদা চীঙ নঙবু খোঙহৌরকও"-- তুতেং।

**খোঞ্জেল,** খোঞ্জেল।

**খোঞ্জেল নোংখাক চৈরোয়নবা,** খোঞ্জেল নোংখাকপগুমনা লাউবা —"খোঞ্জেল নোংখাক চৈরোয়নবা হয়েন লালাউখোনবু লাউবদা"—ঔঃ ঙঃ।

**খোঞ্জেল মুংনৌ খোকপা,** খোঞ্জেল মুংশিনা খোংবা ; "শীংলেন লৈকা থৃদিংদা খোইবু লাবা অমোম পুমমানা খোঞ্জেল মুংনৌ খোকনা খোংনা থাকানয়ে"—লাঃ সঃ থাবা।

**খোঞ্জোবা,** খোঞ্জেল খোৎপা (নৌবা) ; "পোনবী খোয়ৌবা চেকলা লোয়োকপা হায়রি খোঙৈপাগু শাৎ-লকএ"—খোঃ নোংকাঃ।

**খোমজান শকপা,**—খোঞ্জেল থাঙ্গা শকপা ; "কুরা পনম হেকমাই কা থাকমা খোমমান শক্কি চুংঙাইরে" — তুমথখৈ।

**খোপথরকপা,** কুমথরকপা ; "ঈরেম লাইবা থাত্রা লৌওনবসুও থাম্মা নিংখৌ পিখেৎলাইববু নোংহায়-লবরা হায়না অবাং লাইনা পাখয়মদগী খোপ-থরকএ"—চায়ঃ।

**খোমথক্তবা,** খোম থাইদবা; খোম থকদিবা।

**খোমথৎপা,** লৌখৎপা, ঙকখৎপা।

**খোমদোন (খোঙ্গদোন),** অতোম্বা, খোটেম, মচা অতোম্বা, "ঐদি অমাই খোমদোনে, খাখি খোম-দোনে",- পোংনি।

**খোমদোন লংবা,** খু ইগী মচৈমা লৈবা মী (খাসি ঈশৈ পালাপা নম্বা শীজিনে।), "খোঙাহুনা খোমদোন লংঙে"—তুতেং।

**খোমনিং তেংবা,** খোরাংবা।

**খোম্বা,** লান্দা পোচ্চি লোকপা, মুনবা, কংবা, লোকপা ; "মোইবুং অনী চুঙ্গোয় অনী লাংশোই—তরা লানকমদগী খোমলকএ"—চৈঃ কুবাঃ।

**খোম্বুং হাওবী,** খোম পান্দবী।

**খোম্মিৎ,** লৈশৌ,—"মপারি হাম্না শাৎপা অমদি থাংইকুম চিশাৎনা লোইমোৎকুম পোংকংনবদি থালেম লৈদা কুমনা লৈশৌ খোমিৎপু ওইনা শান-ওনখিএ"—সুঃ কা ঃ।

**খোমলাং,** খোম।

**খোমলাংতোন অতোমবা,** মচা অতোনবা,থাদক, ইতোন তোনবা মচা ; "ইপারি কুশ খোমলাংতোম অতোনবাও হয়েন নঙবু লানশোক নমার লৈগনো ?" —উঃ (রাঃ)।

**খোমলেন,** তুম্বা, মঙ মঙবা ; "থায়রা মতেঙা খোমলেন তুমগন তেন"— উঃ (রাঃ)।

**খোমলেন তুমথুন তানবা,** চুংঙাইনা তুম্বা।

**খোমলেন তুমগনখিবা,** তুমথখিবা ; "কীনোক খোঞ্জেল তানা মুরা খোমলেন তুমগনখিরে"—উঃ (রাঃ)।

**খোমলেন তুমগনজন (তুমথুনজন) জিথরেং লাউ-তুন তন্বা,** মিং তাইনিঙ্গুনা থায়া কন্না তুমথবা ;

"হে শানৌ ইবেম্মা নঙদি খোমলেন তুমগনহন মিৎয়েং নাউগুম ভবু মিকপ থোক্লে'—হেঙু: ।

**খোমলেন নাউগুম্বা,** তুমথবা, তুমথখিবা; "মপন্দি খোমলেন নাউগুংগ্লে'—হেঙু ।

**খোমলেন মঙখেনবা,** মঙকাওনবা, মঙদা উবা ; "লাইরেন মৈদিংগুনা খোমলেন মঙখেননা শয়েঙ পাখোম মত্তা অনীমকপু তিংখত্তনা পাওনেলকএ" —চীংথং: শা: কা: ।

**খোমলেন মঙপাউ তম্বা,** মঙ লীবা, কপ্পি কপ্পি মঙ মঙখিবগে হায়না অতোপ্পদা পাউতম্বা, "কোলোয় নশজাই অসিবু থাম্বা মৈপোকখোকপা মঙবু খোমলেন মঙখেরকএ হায়না খোমলেন মঙপাউ তমবদা" —ধ: লা: নীং ।

**খোমলেন মঙফাওবা,** মঙদা থঙহনবা, "চকপা থমলাং মাইবীনা খোমলেন মঙফাংএ"—নিং: লম্বু: ।

**খোমলেন মঙলানচান,** মঙ, "কেগে থার্গজিং লাই মরু শিদবনা নিংথৌগী খোমলেন মঙলানচান্দা কেগে তীন থিদরে তীন থিও লাই থিও হায়রকএ" —মোই: নিং: লম্বু: ।

**খোমশি,** শমজেৎ ।

**খোমশি লোনবা,** শমজেৎ লোনশিনবা ।

**খোমহানবা,** শা লাম চৎনবগী চেঙজেন লাওবা, চেঙজেন য়োম্বা, "তরা চাকয়োমগে বাংলে খোমহানগে"—চায়: ।

**খোম রৈখায়বা,** তুম্বা থুগায়বা ।

**খোমৈ,** মচা অতোম্বা, খোমলা তোন অতোনবা ।

**খোলনা,** হুপনা, পাকতক্লন, তুনা ।

**খোল্লোন,** মখোন ।

**খোর্জে,** কলম কাজু ।

খোয়, পূক, খোয়দৌ, "তুবী কপ্পি খোয়নো"না: ক: কা: ।

**খোয়খা মিচ্ছন তম্বা তাউজিং মহে য়ানবা,** গর্ভ লৈবা, নাউপুবা, মীরোনবা ।

**খোয়খৈতাবা,** চনীং তাবা, মুম্না পূকনীং চঙনা তাবা ; 'পূকনীং খোয়খৈ তাবা বাদি হরি লাইনিংথৌবু হেন্না মুত্তি লনকুবিনবা অম্বা লৈতে"—প: স: যজ্ঞ: ।

**খোয়চি নিংতোম চেনগুম চেনগাননা,** নিংদোন পিং পিং চোংনা—"মিৎকোয় লাইজা য়িকমতাউ খোয়চি নিংতোন চেনগুম চেনগাননা"—ঔ: ঙ: ।

**খোয়জওবা পোং,** মী অকবা, মী অচওবা ।

**খোয়জি ঈথক হৌবা,** পূকনীং লাওবা ; "মায়গৈ লমদম য়েংবগুঙ ··· ··· খোয়জি ঈথক হৌএ"—ধ: লা: নীং ।

**খোয়জ চেনগুম চেনগানা,** পূকনীং তম্বাং তগোহনা ।

**খোয়জি মুংজানবা,** পূকনীং মুংশিবা, থম্বাম শোকপা, য়ম্না চায়বা ।

**খোয়জেন,** পূকনীং ।

**খোয়জেন মুংজেংবা,** পূকনীং লাওবা ।

**খোয়তোম,** ফিদোন চিংখত্রিবী লৈশাবী মচানা শেংপা ফিশেং, "লৈশাপীকী ফিশেংত্তি খোয়তোমনে'—মণিন ।

**খোয়থিঙ খোয়রাংনবা,** অচান মীরায ন ইবা ।

**খোয়দাবা,** থবায়না পাম্বা, য়ানিংবা, থম্বাম তাবা ।

**খোয়দোম লুপ্রাবী,** লুপ্র, "বাল্মীক মরানয়ামদা খোয়দোম লুপ্রাবীনা নাউযোকপা নবিঙতাবু"—উ: (রা:) । "পল্লেম লাইবকথাবী নূরা খোয়দোম লুপ্রাবীবু পারি অনী শুদে'—হেঙু ।

**খোয়নৌ,** চায়বী মত্তা, "হে খোয়নৌ লেংমায়বী-ও" —হেঙু: "খোয়নৌ মত্তা তককমানা কোয়ৌ হুমিং মঙানিবু ফাইরম্মে, অছু নোনগীবু ফায়েং-ও খোয়েএ ।" —ফৌ বা: ।

**খোয়নৌ লেংমায়বী,** হৌমিন কামিন্নবী মমায়বা, মরুপ চায়বী ।

**খোয়বু ওৎ মু বু শাউনা,** খোয়শাউ লিনশাউনা, য়ামনা শাউনা ।

**খোয়বু ওৎপা,** মখোয় থীংপা, শাউবা, "মৈত্তিংগু নাউচিংলেন নোংমেন খোয়দি তুবী খোয়বু ওৎ লাইরেন শয়েং পাখোম তিংনা'—নিং: লম্বু: ।

**খোয়বুং মরৌ চাউবা,** মরৈ মরা তৌবা, মরৌ তৌবা, "নদাইয়েম ঐদি খোয়বুং ইরৌ চাউনা হম্বু ইম্বুংশং মুংনাং ইনায়েক পায়মা নিংসা সংহোন্না শিশিন্নরকএ" না: ক: কা: ।

**খোয়ম,** লাই ।

**খোয়মথৌ,** লাইনিংথৌ, "খোয়মথৌবু হোঙমেম্বা লাইয়িংথৌবু হোঙনেম্বা'—অহোঙ: ।

**খোয়ম নোংদম্বা,** নোংদম্বা লাই, বিধি ব্রহ্মা ।

**খোয়ম তেনাফম,** লাইশিংগী পোখাফম ।

**খোয়মা,** পূকনীং, নাপী, "পম্মৌ নপা নচা অহম্মবু লমদক খোয়মা নাপীরক অসিদা থুমু মাম্বক তেন্না

মমা পুচেং লৈনাউবী লাংলেন কোংয়াং বা খুছু চীংলোং লমলৈমব্ কবো খুছু থেম্বনা পোক্কেং লাই-চমক্লংদা হাপনা পুখিবা অদু লৈরাং মতম মান-ওমলে"—ধঃ লাঃ নীঃ। "খোয়মা লাংলোন লেঙনদি নীংথিয়ে" কুমদমশৈ। মহৌশা।

**খোয়মা মায় ওন্দনা,** মায় লৈদনা।

**খোয়মা খ্বাঙদা মিছনবা,** মীরোনবা, গর্ভ লৈবা, "হৈরাও মচা য়ান; তাউজীং মক্ক পন্না নাকলু ফিয়াল্লে, খোয়মা খ্বাঙদা মিছল্লে"– ধঃ লাঃ নীং।

**খোয়মা তোমশঙবা,** পুকচেল হোংদবা, মপুক লেপ্পা।

**খোয়মা মমায় ওনবা,** মায় লৈবা।

**খোয়মা নারোম্লুং,** নারক শীংলক, "পারি নঙনা কাবা শাদো খোয়মা নারোম্লুংগী শারেন মঙাইরোইদা লেংভন্দবা য়াওরৌ মহিশাংবু শামায়দবনে"— খুঃ কংলৈং।

**খোয়মা মমায় লৈবা,** মায় ওনবা।

**খোয়মা লাংপক মরোন হবা,** মকু হবা।

**খোয়মা লাংশং তোইবা,** নাপী ককপা।

**খোয়মা লিল্লা নাথেৎপা,** নাপী মরক্তা নাথৈহনা লৈবা।

**খোয়মা লীরোৌবা,** পুকনীংদা কিশি থবা।

**খোয়মা লৌহিং শানথুপ্পা,** নাপী মরক্তা লোতনা থুপ্পনা লৈবা।

**খোয়রেন,** পুম্নি চেঙজেন লাম্বা।

**খোয়রেন থাঙ,** খোয় লেন্নবা (কক্কবা) থাঙ, মথাইরেম খোরিয়ান ফিশাবনা নাউবা খোয়রেম্বাঙবু শমু খুত্তা পায়না পুন্নুং কিগোয়রেন চরৈ ফিশা ককনা ফিরোইথিয়ে"—নিংঃ শাঃ।

**খোয়া,** লাং।

**খোয়িম,** লাই।

**খোয়িম লাইনিংথৌ,** লাইগী নিংথৌ।

**খোয়ুম,** লাই, খোইয়েংম, চীংঙু; "খোয়ুম অম্মা-মদি নীংলবোই চীংঙু রাম নামুংবব্ মিংয়েং খুকম হোংদনা নীংজরগে"—সনাঃ লাইঃ।

**খৌ,** তা গৌশাবা, গৌরি।

**খৌগক নাইবা,** চিংনবা।

**খৌথাংনা,** ঙক্তা শিনা।

**খৌ থাংবা (খৌতাঙবা),** মখৌ তাঙবা।

**খৌথাং লম,** মঙক থাংগত্না য়েংবা লম।

**খৌনাউ,** খৌরী।

**খৌনাউ লোমথোঙ লেনবা,** ঙক ককপা, "মখৌ কম্বোংবনা লুরক কাঙদৈ থি খৌনাউ লোম্থোঙ লেন থাঙলেন চেপনা চম্না তৌথোপ খম্বাংনা লায়ু পোল্লেম হাল্লে' - চায়ং।

**খৌরী চাকয়োৎলম,** খৌনাউ, খৌরী, "হাংথৈ খোইয়া অখৌবনা কেল্লবদি খৌরী চাকয়োৎলমদা তা পাল্লে" —চায়।

**খৌশাথবা,** লান্দাবা, "তোম্বুং মুবাও মপুংয়ায়দা খৌশাথবদি তোম্বুং মপুং কায়রে, মুবাও নেৎচং য়াল্লে"—নিংঃ লম্বুঃ।

**খৌশাবা,** তা খৌশাবা, "মৈদিংঙু লাইরেন উমা কোম্বোবদি হাওরৈ লাইনা পাংবরম নাগা রি মরুদা খৌশাবনে"—নিঃ লম্বুঃ।

**খ্বা,** য়োং।

## গ

**গ,** মৈতৈ মযেকী অহুমশুবা মযেক।

**গা,** কা (কা অমসুং গা অর্থ অমত্তনি, থেম্বা হায়বদু হাঙিকমক চংনরিবা মৈতৈলোন্দা কাঙ-লুপকী অহানবা মযেকী হক মথংদা হায়বদি অহানবা কাঙলুপনা চবা মযেকী মথাদা কা শীজিন্নৈ, অদু নত্তবা হায়বদি কাঙলুপকী অহানবা মযেকনা চম্বা বাহৈগী মথাদা গা শীজিন্নৈ।)

**গায়োং,** বায়েনশঙ, শা লান মীহাৎ মীপুনগী বায়েনকম লোয়শঙ অনিগী কিজেথি অমূননি—"কো-য়ো হুমিং মঙানি তনা অযোধ্যা গায়োং বায়েন-ত্রবগী"—উঃ (রা)।

**গুরু,** তাকপিবা ওঝা, ধর্মগী লমজিংবিবা মী, দীক্ষা পীবা মী, অহল্লমন।

**গুরু পণ্ডিত,** পণ্ডিত লোয়শঙ কাবা পণ্ডিত অচোবা।

**গৌরশ্যাম,** মৈদিংঙু ময়াবা।

## ঙ

**ঙ,** মৈতৈ মযেকী মঙাশুবা মযেক।

**ঙক,** কোজা লেংহুম্নগী মরক্তা লৈবা হকচাং কায়াং, ঙকশম।

**ঙকোয়,** ঙকা কোয়বা।

**ঙকোয় হুকপা,** ঙকা হকচিনবা, ঙকচেংবা, মঙকশম চেংশিনবা।

**ঙকথি জুমলাং কোমবা,** ঙকশমদা কোনবা, "ধর্ম নিংথৌরেন মশানৌ ভীম পাংগনবদু ঙকথি জুমলাং কোয়া হে রাবণ অমা চাকথোংবা-ও মঙদি লানকম কোনলাগা নিংথৌবো অমবু পাঙলুনে।"—কি (মহা)

**ঙমজৌ শৈবা,** মামনা শৈবা।

**ঙমথংনবা,** থংনবা, মনাক নৌরকপা; "বাকটৈ হিসাং থনবশিংও ইথোয়দি নোংয়ায় নাত্তেনা অত্তোন ঙমথংনরকলে, ভনবা নথোয় নয়াঙ হৌ কাওরেন নথি নাইও"—খঃ খাঃ হিঃ।

**ঙমদবা,** থৌরাঙ ত্তৌবা।

**ঙমদবা,** মাযথীবা, মায পাকবা।

**ঙমদম লোইরবা,** থৌরাঙ লোইরবা।

**ঙমদাইনবা,** ভাইনবা, "খেনিংঙু মদাইরেন থোক্ষাং বাহোমদা এনুপ ঙমদাইনবা"—জিঃ চং।

**ঙমনা,** লোইনা, অমত্তা চিথানা, "হাকয়ৈ ফিভুপ থনবা ভরা চাপুম অত্থুবু ঙমনা চাথিঙমলবগী"—থুঙেং।

**ঙমপানপা ; ঙম্মনবা,** লিয়া নত্রগা শানা লোকপা, চীকপা, শাকপা, (১) "ইরেম ভোইবীরৈমা মাম্মা লিংথৌ থাঙরিবদি অসি কে'রো হুনিংমদি লাংবন ইশা ভানবদা মালেম লৈথোঙ ওক থিংলৌ ওকয়া-ভাঙনা ঙমরে, চেংলৌ নিংথৎল-ও মিংথেং শান-কৈয়-ও—"চাঃ লাইঃ ; (২) "পানবা অথোবা কৈরেন মেকলাবনা ঙমরে"—চেং লৈঃ। (৩) ভাংজা লিয়াথিনা ঙমরে"—কোঃ নোংকাঃ।

**ঙমলোয়না,** থংননা, নাভৈননা ; "যিমলেন অনীমবু ঙমলোয়না লোনলোয় লম মক থাই থুনকমলেনবু অশৈনবা চত্থু"—চাঃ লাইঃ।

**ঙমলোয়বা,** থংনবা, নাভৈনবা।

**ঙমলোন নাভৈনা,** থংননা, মনাক নকনা চত্থুনা, "(১) থারি লমদাংশাংবু ঙমলোন নাভৈনখিরে"—শম্ ঙঃ ; (২)"হেৎরা মদাইমা তপুং ভানদববু ঙমলোন নাভৈ-না"—নিংঃ লম্বুঃ।

**ঙাইথক,** ঙাইহাক ; — "হৈরেম ইপয়ম থুঙান ইরোমাঙদা ঙাইথক অন্না পোথারম্মে"—চায়ঃ।

**ঙাইথম ঙমদনা,** ঙাইঙমদনা, "অহিং ইহুং শোয়ায়মদা দ্রৌপদী নিংথৌবীগীদমকপু থোমলেন ভূমগন্দা ... পূর্ণমাং অয়াংবনা ইহুং ঝৌবা চীংঙুং শোয়বত্থু ঙাইথমঙমদনা..... উক শাক্তেংলে"—বিঃ (মহা)।

**ঙাইথবা,** ঙাইবা. (১) "নপোইরৈ সনা লৈপাক্কি মানবী পীমাঙনা কাওরেন শয়াউ মচানা শনবী মপী থানরগা কাওরেন থোমথা থকপা ফংদরবঙন লাই-রেন নঙবু ঙাইথমজরে" —চীংথংঃ শাঃ কাবাঃ। (২) কে'রো হুমিং মঙানি ঙাইথমও"—ভুতেংঃ।

**ঙাইথমখিও,** ঙহাক ঙাইথো।

**ঙাইথমজবা,** ঙাইজবা।

**ঙাইথাঙ,** থোন।

**ঙাইথাঙনবা.** থোন থাঙবা,—"হাওশম ঙাইথাংননা লোংমরে"—নিংঃ লম্বুঃ।

**ঙাইথোং,** লং ; "থুরা ঐদি ঙাইথোং লুকুম ইপা হাঙলিবনে"—সনাঃ লাইঃ।

**ঙাইথোং লুক,** শিল্লুক, ফি শাবগী লংচাক্লচিংবা হাম্বা থুম্মোক।

**ঙাইথোং ঙমপী**
**ঙাইথোং ঙবী,** } ঙাঙবম নিংক্তোন—"ঙাইথোং ঙমবী হায়না ভেংথাপতি ঙাংপম চত্থুনে"—পেনঃ ভেংথাঃ। 'থয়োয়রোন ঙাই-থোং ঙবী সনা শিনগোয়গী নথু মৈদিংঙু ভুবী চয়াই-মোংবা-ও ভৌনা কৌএ।"—চাঃ লাইঃ।

**ঙাইঙবা,** — ঙাইয়বা।

**ঙাইভে,** লোশঙ, "কেগে লমলেন মগাইমা ঙাইভে লোকোন কোঙ্গুং অচনবা"—চায়ঃ।

**ঙা' ইভে শঙ.** লোঙাকশঙ।

**ঙাইনথেন,** ঙাইহুনা লৈনবা থেন ( অপাকপা মকম ) ; "লমলেন মদাইমা নূরা চামা শিরগা পাথং চামা ঙাইনথেন পাথং চামা শিংগা নূরা চামা ঙ ইনথেন্দবু ঙাইথখিরমও" —হেঙ্কঃ।

**ঙাইনেক্লবা,** নেক্লবা ; (১) 'হে লমজা হায়না ঙাইনোকনৈ এ"—ধঃ লঃ নীঃ। (২) নোংমায় থুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা মোংবা ভুথুপমাদা ঙাই-নে ক্লখি এ"—থঃ থাঃ হিঃ।

**ঙাইরখিবা.** ঙাইখিবা।

**ঙাইরংচান,** লোন্দিয়বা ( চায়বা ) ঙাই-শেন ;— "ইঙাই-নঙবু ঙাইরংগারে"—পোঃ লুঃ।

**ঙাইরম্নবা,** পায়বা।

**ঙাইরী,** মরী মভা, ঙাইশেন ওইনবগী মরী ; "নঙবু নিংথৌ ইনোংমায় ঙাইরী অচেৎপা মহাকনে"— লাংঃ শঃ থাবাঃ।

**ঙাইরোইনমা,** লোয়ননা;—"মপারি মোইথোং-ঙাইগা ঙাইরোইননা লোইবী লৈমান মপুংমায়দা পৈদনা মাংগোইখরে"—থুঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**ঙাইরোইনবা,** লোয়নবা,—'দৈত্য মথমা নিংথৌ ঙাইরোইননা চীংঙু ইন্দ্র সোয়ারেনবু লানশোক মথৈ লৈভনা শোক্লফবু'—ভঃ (রাঃ)।

**ঙাইরোইনাই,** মপিজা, মক্লপ মপাং, মভা ;— "মপয়া কোয়ৌ হুমিং মাপন্নি ভনা থিববু থিথজ্রেন্দা কোয়ৌ হুমিং তরানি শুরবদা থোয়নৌ মভা ঙাই-রোইনাইনা ভাকলৈএ"—চায়ঃ।

**ঙাইরোং,** শিং ;—"লংমাই হভমপানা ঙাইরোং শিংথা চীং"— মাঃ কঃ কাঃ।

**ঙ ইরোং শিংমিৎ,** শিং মমিৎ ;—"হাউমন য়েংঙম কোনফবা, ঙাইরোং শিংমিৎ নম্ফবা"—থাইঃ লমঃ।

**ঙাইরোং শিংলৈ লোগে লোঙমদবা,**—"ঙাইরোং শিংলৈ লোগে লোঙমদবা লংমাই তরত চীং থুংশাদা"—মাঃ কঃ কাঃ।

**ঙাইরৌরেন,** ইমৌগী মপাম।
**ঙাওহুম ঙাও,** ঙাওবা, ইঙাও ঙাৎবা।
**ঙাওনৈনবা,** ইঙাও ঙাওনবা ;—"পামেন উহৈ চানা ঙাওনৈনবা কুমদা"—পো নিংঃ।
**ঙাওনৈবা,** অঙাওবা, "চেকলা য়োমদম পৈনদি ঙাও নয়ে"—কুমঃ।
**ঙাংখরৈমা,** থম্বগী মমা, পুরেনবগী তাল্লোয়।
**ঙাংখা,** চাকথোংবনচিংবদা শীজিন্নবা চকু মখল অমা।
**ঙাংখা লমলোকচৈ,** খাবৈ।
**ঙাংং। লমলোংশি** চেংকু।
**ঙাজোই** ঙক্তা শিনবা লীক মখল অমা।
**ঙাজোইনবা,** লীবশিবা ; "লীকলাং থাবু শি থবা ঙাজোংনবনা চীংথোঙ য়াকৈ শকলকলে" — নিংঃ লম্নুঃ।
**ঙাংঙোই,** মোইরাং ;—"কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা লাকখ্রানা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুবশি য়ুমোইববু পাউহ ঙম্মে"— নাঃ কঃ কাঃ।
**ঙাংঙোই লাহা,** মোইরাং পাথং।
**ঙাংঙোই পে ংলেন হনবা,** মোইরাং নিংথৌ ;— "কেকে লেমাপা ঙাংঙোই পোংলেনহনবা সনা মথোঙগাদা য়াংথুংলরবদা"—মোইঃ নিঃ লম্নুঃ।
**ঙাঙোই লৈমাবা,** মোইবাং নিংথৌ ,—'কেগে ইনিংথৌ ঙাংঙোহ লৈমাবা ইবুংঙো ঙা ও''—মাইঃ নিংঃ লম্নুঃ।
**ঙাংঙোই শাবন লোবা,** পাগ অকনবা।
**ঙাংঙোই য়োয়মোংবা,** মৈদিংঙু খুয়োই তো ম্পে কী মচা, য়োইহেক্তোন তাউখিংমাংগী ময়াম্বা।
**ঙাংজা,** অঙাং।
**ঙাঙজুনবা,** ঙাঙলনবা।
**ঙাংজেং,** খুল অমগী মিং,— "হাওকপ চীংশাং নোংও থুনকম ঙাংজেং নোংও"- নোঃ ঈঃ।
**ঙাংলৌ,** অঙাঙবা ঙাঙলনবা।
**ঙাংশঙ,** ইনা কুপ্পুনা শাবা শঙ (লুবাকনা হায়নবা), লমশঙ ;—'মপাম লুবাকনা মিকোনমা ইশঙ্ লৈনা শাপাপুতি ঙাংশঙ-ও ভৌনা কৌএ"- খোংনোকাঃ।
**ঙা চেম্নবা,** ঙা কাবা।
**ঙাচোপ থেম্বা,** ঙা কানবা ঈশিংদা চোপ থোবা, —"ঈনক মায়রং শোন ভিল্লাং হ.ইশিংননা লেমলৈ ঙাচোপ থেম্বদা"—চায়ঃ।
**ঙা চোপ থোবা,** ঙা কাননবা ঈশিংদা চৈ অদাংবা অমা পোপ পোপ কত্তুনা চোপ থোবা।
**ঙাতাওম্বা,** ঙা কায়ম্বা।
**ঙাতোই,** ঙাখা (মোইরাংনা হায়নবা),—"মঙ্গম কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মিংৌনা ঙাখাবুদি ঙাতোই-ও কৌএ"—নিংঃ লম্নুঃ।
**ঙা থিবা,** ঙা কাবা।
**ঙাথৌ তানবা,** ঙা কাবা।
**ঙান্নুক,** হীদাক থকপদা হীদাক তিকি হাপকম, হীদাককুদা পান্নবা মৈ ইত্তুনা শাবা লৈপাক্কী পাত্র ;
**ঙান্নুক তেংনৌ শাবা,** ঙা্নুক অউম্বা।
**ঙ ন্নুক শাবা** কোম্নুগী শঙ অমগী মিং ;—ঙান্নুক শাবগী শিন্না, নিংথৌগী, লাইগী কাংচুপ, ঙান্নুক শাবা, হীদাক কানবদা চনবা ঙ ন্নুক তেংনৌ অউম্বা, অচবা লাইগী তৌনগী কর্ম খোবলবম্নু ঙান্নুকী মথৈ হীদাক কানবা ঙ ন্নুক শাবদা থাগনি"—শঙঃ মশিনঃ।
**ঙান্নোইবা,** ঙানবা।
**ঙান্দুম ঙাম্না,** ইঙান ঙম্ন —"চবৈ িশেং লোমলবদা পোইব লানন্নী য়ায়দা-নাং থবা তুঙম ঙান্দুম ঙাম্ন"—থঃ ঙঃ।
**ঙ ম্নবা,** ময়াম মমাঙদা লেম্নবা।
**ঙনপ চাজন রই,** ঙনপ কাবা লম, ঙানপ্ ফকম।
**ঙানফম,** থবাক।
**ঙানবা,** মন্দবা, অমম্বা লৈতবা য়েক শ ।ই অমগী মিং।
**ঙান্নু খেরেচা** ঙান্নু, 'কাংবে য়েকাংঙ ঙান্নু খেবেচাংঙ কংলৈ লৈপুংখোক লৈয়াম্নাংনা য়াওচিনগিয়ে"—চাঃ লাইঃ।
**ঙান্নু খেরে চৌনপাকপীচা** ঙান্নু।
**ঙ ন্নুরৈমা,** লাইরেম্মা অমগী মিং।
**ঙান্নুরোন,** ঙানবা শলাইগী চন্নু নিংঙোন,—"নোংয়ায় খুান লৈমা ঙন্নুবোন পিয়াহরোক পায়মা লিনগোংন্নুগী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ মোইগোংঙাইও কৌএ"—খুঃ নিংঃ লম্নুঃ।
**ঙান্নুরোন থোংঙাইবা চন্নু,** থোংঙাম নিঙোন,— "ঙান্নুরোন থোংঙাইবা চন্নু হায়না তেংথাবদি থোংঙাম চন্নুনে"—পেনঃ তেংথাঃ।
**ঙান্নুরোন নিংথৌ য়েন্দাং চন্নু,** তেকচম নিংঙোন, —"ঙান্নুরোন নিংথৌ য়েন্দাং চন্নু হায়না তেংথাবদি তেকচা অহনবগী তেংথানে"—পেনঃ তেংথাঃ।

**ঙাল্লুরোল ম্নাইবীরৈমা,** থাইদেম নিংঙোন, "ঙাল্লুরোন ম্নাইবী লৈমা হায়না তেংথাবদি থাইদেম চহুনে"—পেনঃ তেংথাঃ।

**ঙা পরেং,** মীন রাশি।

**ঙাপৈরোকপী,** ঙা পুরকপী।

**ঙ পা (ঙাবা)** পৌতেংয়ান, মিতমঙা থাবা,—"খযোম্নরোন কাইবেমা পলেম মমাপোকপু চেংলুক লমক্যোইশু ঙাপা পোতোংয়ান কাওরেন শনফাং হোই"—চাঃ লাইঃ।

**ঙামচৌ হুনবা,** খোঙ লাওনা কানবা।

**ঙামজৌ পৈবা,** মপৈ পৈথংপা; "শীংবী ঙামজৌ পৈনা গন্ধ লাইজা ঈরিকপান্দা আগরচন্দন শীঙ-ওইননা শানথেমলে"—পঃ সঃ যজ্ঞঃ।

**ঙারা** ঙ জাং অমা।

**ঙারা থাঙথোংনা** ঙাগা থাঙনা মান্দুনা।

**ঙারুংহনবা,** কম অমা।

**ঙারেন কোকপাকপীচা,** ঙারেন, "হাওরৈ থানা পাংবমমগী শরেং শমশাংবীচা ঙারেন কোকপাকপীচা লেমলৈ মশীং গুনা লম তমথংলকপবু"—তুতেংঃ।

**ঙারৌ,** ঙা অরৌবা।

**ঙাহাতানবা,** ঙা থিবা; "মপারি লমবোং ঙাথিবা ঈনফু তোনগা লং ঈরেন থাকুপ হৌবা লেমলৈ ঙাহা তানববু লাক্করে"—হিঃ হিঃ।

**ঙৈথং ফেনবা,**—লংবা, হুনবা।

**ঙৌচা,** হবাই।

**ঙৌজা,** হবাই।

**ঙৌচুম ঙৌনা,** ইঙৌ ঙৌগা, ঙৌরোক ঙৌনা।

**ঙৌব্রাম,** অঙৌবা।

**ঙৌয়েক্কবা,** ঙৌরুনবা।

# চ

**চ,** মৈতৈ ময়েক্কী তঙ্ককগুবা ময়েক।

**চকপরোল,** চকপা জাতিগী বারী বাখোঙ, চকপশিংগী হৌরকফম।

**চকপা,** মণিপুরদা য়ামনা কুইনা লৈরবা মী কাঙ্‌লুপ অমা।

**চকপা য়েন,** তিলহৌ চকপগী য়েন্থাং।

**চক'মংশেন (চাক ময়েংশেন),** শকয়েং মিংশেল, মিংশেল; —"নোংপোক চকমিংশেন অপানবদা ছায়া মিরেন লাক্লদি"—থাঃ ঙঃ।

**চকমোম,** মৈ,—"চকমোম মৈ কনবদা চরৈ মম্নিনফিবু থুম্না চাকলে, থুম্বি-ও কৌএ" চায়ঃ।

**চকমোম থাম্বী মৈত্রেং,** মৈ; ইশানৌ সীতা লাইরেম্মবু রাবণ নিংথৌ মখুংপাক্তগীমুঙ চকমোম থাম্বী মৈত্রেং মৈরৈমনা সাক্ষী বাচুমলকএ"—উঃ (য়াঃ)।

**চকমোম তেমথাং লোনবী** কুম থা ভঃবী, গর্ভ লৈবা মপুং ফারবী. মহক থেংলবী—"হাওচোং লৈমা কৈরেন থানবী মোমমু য়াওবা মশী গু চকমোম তেমথাং লোনবী লোইদাম থাবু কাবীবু মোইমিং লৈচুনা

শারেন কৈথিংনয়ে"—চাঃ লাইঃ।

**চকমোম থাউমৈ থানবা** থাউমৈ থানবা, – "পুল্লাং লাইজা ঈমায়-চোন ভাউজীং নানৌ থেৎপবু পুল্লাং মরেং থিন, সতী পুক্নীং ৱাচুবীশিংনা চকমোম থাউমৈ থান"– থিঃ (মহা)।

**চকমোম মৈরম চাউবা,** মৈ হৌবা।

**চকুবা খুংথোংবা,** খোয় ;– "চকুবা খুংথোংবদি খোয়নে"—খঃ যাম্মোই।

**চখা তাংখুল ওম্পী ( ওম্পী ),** মংসাওাবম চম্নু— "চখা তাংখুল ওম্পা হায়না তেংথাপতি মংসাতাপম-নে'– পেনঃ তেংথা।

**চখাবা,** লাইবংথৌ অমা - "গুরুগী নাত্তোন য়েত্তগী চখাবা পোকএ—পুগ্রনবদি চখাবনে"—কমঃ।

**চখাব চাংমৈশাং,** নাত্তোন।

**চখাবা চাংমৈশাংদা পানবা য়েন,** নপ, নংগী ; —'শম্বে ও তৈমাংনে অগোম শীওুৎখেন, চংাবা চাংমৈশাংদা পানবা য়েন, মবি শম্বোই চাংদা পানবা য়েন নারবস্থ শিংবা য়েন' —পাঃ গোঃ।

**চখামরিং লেইখোম্বী,** রাজষি ভাগ্যচন্দ্রগী মমাগী মিং,– "লাইরেন ঐনা ইপন মৈত্তে নৈময় ইৱ হলোন শ্রীরসময়ী নোংপোক চখা মরিং লোইখোম্বী মাতৃদেবী ইন্নুংশিনয়োমম্নুগী মালেম লৈদা তারকইগীমথেবু' —চীংথঃ গঙ্গাঃ।

**চঙ,** শি তাদবা মশীং, শিদবা অচঙবা।

**চঙ থে কপা,** শি তাদবা মশীং।

**চঙনা খোৱা,** লান্দা হিংনা কাবা, "শেনবী লেৎচং যাম্লে, কবো চঙনা খোমলে"- নিংঃ লম্বুঃ।

**চংলৈ,** কৌ জাং অমা ; লৈঙোই ;–' ভুরেল চংলৈ লৈঙোইওম থাওয়ি নয়াকমদা য়ারমলো"— কৌঃ ৱাঃ

**চৎখিওমলে,** চৎখিরমলে।

**চৎলম,** লম্বী ;—"চৎলমগী নূংকম নূংকম খুদিংদা নেৎনা নেৎনা শোল্লো"—পাঃ নাউঃ।

**চৎৱা হায়বা,** লৈবাক ভাকপা।

**চৎৱা হায়বা মুরা তেম্বা,** লৈবাক ৱায়েন থোদাবা, —"কেকে চৎৱা হায় মে ইরাং মুরা তেমনা হৱাউ মথোই তোং মুংওাই মরাং কায় লৈপাক মনিন মাইনা পাল্লে হায়দবরা ?"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**চৎৱা হায়মম্লা মুরা তেমম্লবা,** পানমিম্লবা, ৱায়েন থৌদাহুনা লৈমম্লবা "নিংথৌ য়োয়রেন তোম্পোকপগা পোইরৈ চৎৱা হায়মম্লগে থাংজম মুরা তেমম্লগে হায়বগী ৱাহমংকএ" - মোইঃনিংঃলম্বুঃ।

**চনবা,** কাবা ; কৈ চনবা—কৈ কাবা।

**চন্দ্র আ,** মনিপুরদা চৎনংগী শোক অংনি, চন্দ্রাঙগা শকাব্দগা চহী ৭১০ খেদ্রৈ, চন্দ্রাব্দদা ৭১০ তিন্নগা শকাব্দ, অতুগা ৭৮৮ তিনশিন্নগা খৃষ্টাব্দ ওই।

**চম্নু,** নিংতোন।

**চক্ষু অহিংবা,** মৈ ইকবা চক্ষু কুহিং।

**চক্ষু তিলাং শৌবা,** চক্ষু শৌবা ; "চক্ষু তিলাং শৌদরি, ইবান গোয়দৌ ওংওরিয়ে"—নিংঃ লম্বুঃ।

**চক্ষু ৱানখোং ফু,** চক্ষু ইৱান ,—"ৱাংওম মুমুম খুদিংবু খাক্তনা মালেম লৈমাম তৈ চক্ষু ৱানখোং ফুবু লৈনা শিন হবা চাগা হেন '—চীংথংঃ গঙ্গাঃ।

**চবুম শায়ব,** চাক শাযবা।

**চম্পা ওাতে ইরে ক,** চম্প্রা থাবা মকম ;

চমাং, চাক অমাংব।

**চমাংদা,** চমাং চাদবা , "অকো শিশাহনবনা চরৈ কি শাবরু লোইনাম থাদ্রম তবানীখোই ওনা ওরা চামাংদা শংলৌ য়েংমাংদা চরৈ কি মাংদনা"— নিংঃ শাঃ।

**চরাই,** কক, ককলোং . "লগন চীংলাইওম মেহেল্লি গেনকম য়েংনা চাংনা খুকৌ পোৎপু ককলোং চরাই থা, চেঙবুম তিগা পৈ, শারেন কাহাপনা"— নিংঃ শাঃ।

**চরী চন্দুই তৎপা,** পুকশীংপা, চরী তৎপা।

**চন্দ্র তাংশোই মৈ,** চন্দ্র কুদিং থাবগী মৈ—"নহুম চকপা হেমচেং ফুরিক মৈ চেকাই কাকুপমৈ, চন্দ্র তাংশোই মৈ কুদং নো কাই মৈরা" ? পোঃ খুঃ।

**চরৈ,** কি।

**চরৈ অয়িন তম মাল্লৌ অশেৎ রাংৎপা,** শেৎনা ইম্লবা কি লৈতব (পিরোন মরাং কায়দবা ) ; ' চরৈ অয়িন তাম মাচৌ অশেৎ ৱাংলে হায়না ৱাওই-শিয়ে"—পোঃ খুঃ।

**চরৈ ওক্তা য়েৎ,** ওক্তা কি য়েৎপা —"চরৈ ওক্তা য়েৎ ইয়া নাপী চীক থুবাং চাংজৌ চেপনা লোম্না হম্না হম্না পুরুমজয়রে।"—পোঃ লুঃ।

**চরৈ কিনৌ** কি অহনবা ; —কষান চরৈ কিনৌ হোং, লীকলাং মঙান নাই, চোয়নৌ সনা লৈওইরা সনা কপ্তাল তোংলে" - মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**চরৈ কি খুৎশা,** খুৎনা শাবা কি ;—"চরৈ কি

খুৎশা মায়ৌ অচানবগী পাম্ব থোংজা লম উরকএ" —হিঃ হিঃ।

**চরৈ কিশাবা**, কি শাবা, কি শাবা মী ;—"লোইবাব থাবুম তরেং গুনা চরৈ কি শাবগী"—নিংঃ শাঃ।

**চরৈ কিশেং লোং**, নূপী চাকথুম থোকউবদগী মকোক মক ভুমথোক্‌লুনা ঈর মারথলবা ছুমিং,—"কোয়ৌ নোংখিন চাইবীগী মোয়ব্ চরৈ কিশেং লোংদা"— সনাঃ লাইঃ।

**চরৈ লুখুম চাউবা**, কীরক খুবা—"লৈমা নামুন খাধীনা চরৈ লুখুম চাউ পিরেম থকমাতানা কেগে মপাম লম মোইরাং মত্তা লমদা বাকরৈ খোঙ-ওইননা রায়রা শা নেকখি হয়েন লান নেক-গিএ" চায়ঃ।

**চরৈ লেংদোন য়াবা**, কি ইনবা।

**চরৈ য়াকু**, কম্‌গী ক্লিরোন।

**চরৈ য়াকু তৈবা**, ফৈজুপ শুবা।

**চলাম্বা**, মৈতে নিংথৌনি, খৃঃ ১৫৪৫—১৫৬২) শানোংবা লালুম থোম্বনা নোংবাল্লোন হাউচোংছম্বী পায়দুনা খোংনাম্বগা চলাম্বগা অনী পোকই, মৈদিংঙু ভাংজাম্বনা নোংগারবদা চলাম্বনা খৃ ১৫৪৫ দা কথাল কাচুনা মৈত্রবাক্তা চহী তর,তরেং পানখি।

**চছই কাওবা**, পুক শীংপা।

**চহে**, চহী, কুম।

**চয়োম তরেৎ**, নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈ-পাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলসেন, ঈরাই, থাঙজা।

**চয়োম**, লম চৎপদা লৰীদা চানবা য়োমদুনা পুবা অচাপোৎ, চাক ময়োম ; —"চয়োম চারকলে"— হেঙ্কঃ।

**চয়োবা**, চাক য়োবা।

**চা**, মচা, চাবা।

**চাই**, কোথৎচে, সমন।

**চাইজি**, নোংয়া তি, নোংগী ইচুম, নোংথকগী তারকপা ঈনিং, ভমদা চুবা নোং।

**চাইজি পিশিন্ন কবা**, নোং কাংবা।

**চাউকোম**, ইংথোল ; "মশানৌগীবু চাউকোম থাংগোইরকলে"—হেঙ্কঃ।

**চাউথোইবা**, থোইদোক হেন্দোকনা চাউবা ;—"লেমলৈ মীচাবা বানচেং চাউথোইবা, শরেং মী মানবনা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবৰু শমু মহকসাংবু পুমনা য়োৎখিরে"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**চাক্তাংবা**, চাক লঙবা, অতোপপীদা চক্তজনুনা লৈবা, শাইদাংবা।

**চাক্তাবা**, মচীন্নাক বিবা চৎপা ; "বাল্মীক মুনি ময়ানয়ায়বু নাতৈননা শগোল চাক্তাখিবু"— উঃ (রা)।

"পাং অতুগী মহুংদা তাউথ্রা মরি চাক্তারিএ"— বিরেনঃ চীনঃ।

**চাকমপোৎ**, চাক থোং-থক্লবা চাকথুমগী মপোৎ মচে,—"মহারাজনা কীর্ত্তন কৃবা থোকলবদি চাকম-পোং পুবদি কৈদা থাগনি।"—শঙঃ মণিনঃ।

**চকরই থৌবা**, শরাক থৌবা।

**চাকরাইকম**, হকচাংগী চোম্বরিবা লুম অনীচুনা থেংনকম কৈগনগী শরুক ; —"লম অনী থুবোম ওম্বোকও মেন গুরুংদগী লুবদি চাকরাইকমনে।" —পাঃ নাঃ।

**চাকহেন্নবা**, চাক চাদবা, ব্রত তৌবা,—"থোইরাং কোংয়াম্বগী কুম শক ১৬·৬ শক্তিবু ৫ নি য়ুমশ-কৈশদা নিংথেম চনাইরোংবনচিংনা লাইমিং লৌবা শিবিকপু চাকহেন্নএ"—চৈঃ কুবাঃ।

**চাকয়োৎলম**, থৌরী, —"বাংথৈ থোইয়া অথৌবা তিমেন মখুংশূবু ফেল্লবদি নোংয়ায় হাওবা অথৌবগী থৌরী চাকয়োংলমদা পাল্লে"—নিঃ লম্বুঃ।

**চাখা থোংজোন লুবা**, লাইরেম্বা অমগী মিং,— "চাখা থোংজোনলুবী মালেম তম্পাক লৈমা হারি-নিংনাং পোকপী কৌজেং হায়ৌ পোকপী হপলা হায়া পোকপী কৌএ"—নুঃ অচৌঃ।

**চাংকোৎ**, কৌ পোং হম্বু।

**চাংগ্রং পেংগ্রং**, পয়ানা শাবা অরনবা পোৎ।

**চাংগম নিংথৌ**, কবো নিংথৌ।

**চাংজো**, লৈরাই।

**চাংজো থুৎকাংলনা**, থুং অনীমক তিংথোক্লুনা।

**চাংজো চেপনা**, থুং লোয়না।

**চাংজো চেপনা লোয়া**, থুং লোয়না, থুং জুম তৌদুনা, "কক সনা মথোঙ থাদদুম থবাল লৈঙাক লৈগুবা অসিদুম কোয়জগে হায়না খুবাং চাংজো চেপনা লোয়া মচীন মপন গুক লোয়া চোয়নৌ সনা কথাল্লাংবু তরেৎলক কোয়না পুক্লখিরে"— পোঃ লুঃ।

**চাংদোন**, লৈরাই,—"পোইরৈ পুমনমকি লৈরাই চাংদোনথক্তা অকি পুকনীং ওকনা য়েংনখিএ"— সনাঃ লাইঃ।

**চাতা নাউতানা,** মচা মশু পোক্নুনা, "কুমশীং চামকুন পান্দনা চাতা নাউতানদি লৈরগা পুন্সি লোমলগা লাইগী লৈবাক তানখো"—হেঙ্ঃ।

**চাথংগা,** চরা হেনবা, চাদা থক্নুনা; তরা চাথংদনা—চাক চাদন, চরা হেন্দুনা, — 'নশানৌ অতোনবদি মুংবান মগুমাঙগা . .. কোরৌ নোংশামৈদা থৌচু নূংনা নম্না তরা চাথংদা লাইঙ্গা ঈয়োংদরে"—পোঃ লুঃ।

**চাদা নাউদানা** মচা মশু পোক্নুনা।

**চাদা শোইদানা,** মচা পোক্নহুনা, 'চাদা শোইদানা পানখিএ'—হেঙ্ঃ।

**চাদোন হাইয়োনবা,** কৌবী হাইবা।

**চানা,** নাপী—"লাংবন কৌজে' চো'বিচান' চানা য়াদা চৈকন' লাইঙ্গা ঈর ন্নকপবু'—িঃ িঃ।

**চানাই থা.থৌ খোয়রেনথাঙ** লম থাঙদৌ।

**চানা তোংতম শেৎনা** নাপী থংপা (ফোয়বা —"য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা মপোক শানওন য়াম্বীদি চানা মকা লাম লাংনা মকোং তানববু—চানা তোংতম শেৎনা থাম্বী মৈয়াই লীকুম শমু খুংনা থুমখিরে" পোঃ লুঃ।

**চানা মতৌ,** পান্দম, মতৌ।

**চানা লাংকা মপৈ অকংবা,** নাপী অকংবা মপৈ; —"পাণ্ডব শাগে পুম্নমকসুঙ চানা লাংকা মপৈ অকংববু খাম্বী মৈনা চাকহৎপা তুগুমলে"—
লাঃ শঃ থাবাঃ।

**চানিবা,** চাকনিবা।

**চানীংথাক,** চাক অরেম্বা, চাক মনীং লৈদৌবা অরেম্বা, চাকলেম,— 'পম্বৌ লৈরাং মতম মানবা নঙখোয়গী তরা চানীংথাকপু পারি নাউহন্নবা তরা চাকনিগে?"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**চানুরা,** লম অমগী নিংঙোন,—"কেগে চানুরা, নূংশবাংতোংবী মপন পাংখা নোংলুমপান, মচু য়াথোং চারেমপানগী থুবা ঈ-চোক্তা থুদোন নাংহদনা পান্বী"—মোইঃ নিঃ লম্বুঃ।

**চাপুম হুকমিন্নবা,** চাক চানিন্নবা।

**চাপোক কাদং শীন্না,** ইচা পোক্নহুনা; "ইচীং হনবাইসে ইরান ওন্দেসে, থরুঙ অনৌববু পাকন্ন-ও, চেঙকু পানা অনৌবা থুংতমল ও চাবোক কাদংশীন নাঙদা খোঙকাং লেংনা বাতেমমিন্নসে"—
চাঃ লাইঃ।

**চামলৌ,** লা; "হে ইয়া ইবেম্মা নাকথা লৈয়া পাউতোইবী ফুরেপ লৈয়া লুচাউবী চামলৌ লুকনা তৈনগে।"—মিকৌঃ।

**চামলৌ থম্বাল লা,**—থম্না।

**চামলৌ য়োই থম্বাল,** থম্বাল।

**চামায় লাংবা** চাক চাবা; —"মৈদি ঙু লাইরেল নাউবিংখোংনা অযুক চামায় লা'না পুমু' হিয়াঙ্গৈ লৈরাই তান্নন খানা কুমশাবা"—চঃ লাইঃ।

**চামিফি,** (মযাঙৈঙদা খুমল্লম্বমনা শাবা) ফি মথল অমা, "খুমল্লম্বন নঙদি চামিফি শাউ"—লোঃ শিনঃ।

**চার,** খোঙ।

**চার নাতৈ কাঙবা,** খোঙ হাংবা।

**চার পৌরোন** খোঙগী পাবোন।

**চারল তাবী,** নশা মানগী তুগোঙ লংবী, "য়োয়বু চারল তাবী ভাণ্ডোই থাঙঙ নিঙ্গেঙানবী।" অনোয়ঃ

**চারাই** ফকলোং।

**চারি কুইবা,** মতম কুইবা, চহী য়াম্বা,—"নশানৌ সীতা লাইরেম্মসিব সনা অযোধ্যা নপুংয়ায়দা চারি কুইনা পানফরোশিএ'—উঃ রা।

**চারোন,** মচা মরোন মরোন।

**চাহৎলবগা,** চাথোকলগা।

**চাহৈ কবাকলৈ,** পোংশক অও চারগা পুন্সিবা।

**চাহৈদা লাকপা,** মহৈ মরোং ফজনা প'ন্নগা ঈশিং থুমহনা মাঙবা; "শক ১৫৩৩ .....ঈশিং চাউএ, খৌ চাহৈদা লাকএ" চৈঃ কুঃ।

**চায়নপুং,** লান শোক্নকম, লানকম, চায়ননবা মফম।

**চায়নবা,** মী অনী চুং তা পায়নহনা পায়ন্নিবা তা অদুনা লংনহনা খুংচুম্বা তান্নহনা শোক্নবা লানশোক অমা নত্রগা তেন কাপ্নহনা খুং চুম্বা তান্নবা অহল্লা অঙবা অদুনা চঙাক্নুনা অমহুগী মঙক ককহুনা হাংপা।

**চায়না খোঙফেন্নবা,** মী অনী শীংনহনা তেন নত্রগা তা পায়নহুনা লান শোক্নবা।

**চায়বা,** চখোক্নুনা লৈবা, থরা হন্দোকপা,—"শারেন চিনাহ য়ানাইববু খুতুপ তরা চায়য়ে।"—
চঃ খুনঃ।

**চায়রুং,** হুকচাং কায়াং,—মায়গী শক্নক অমা।

**চায়রুং মচি লাংবা,** অহল ওইহিংক্নুনা চায়রুং চপশিন্নকপা চায়রুং তাবা,—'চায়রুং মচি লাংনা হন্নু মযাই কাঙমলে"—শমঃ ঙঃ।

**চিগাজুকপা,** মরু নুকপা।
**চিংগ্রং,** খুংগ্রং।
**চিংজোই,** মপাউ।
**চিংজাও,** চীংগু উ।
**চিংওঙুরেন শাইদাংবা,** উরেং কোম্বো।
**চিংজনখিবা,** শান্নখিবা।
**চিংজা,** শান্নবা।
**চিংজিন,** নোংজুপা।
**চিংজ্রোইবীচা** ডাচিং, খজিং,—"ডাচিং চিংজ্রোইবীচা ডাখা থারংচা লেমলৈ ডাশীং শুনা লমদনংলকপবু"—তুদো:।
**চিংথং খোমোল,** পান্থী মথল অমা।
**চিবংবা,** মচী পংবা।
**চিঙলেন নোংজ্রেন খোম্বা,** গম্ভীরসিংহ মহারাজ,—"লাইরেন মৈতেংঙু গম্ভীর সিংহ তুবী চিঙলেন নোংগ্রেন খোম্বা কোবৌ নোংশীংজঙগুম্বা"—শা: ভম্বা:।
**চিংলোইনাই,** ডচিং, খজিং,—"গাওৈব খান পাংবরমগী শবে শমশাবীচা, ডাবেন কোকপাকপীগা ডচিং চিংলোইনাই" তুদো।
**চিথরম্বা,** পুবকপদা বাংহৌবা, থনম্বা।
**চিদাই নাইদবা,** মীচ মীগায় নাইদবা, ইচা মীচা যোংলৈ মেৈলৈ নাইদবা।
**চিনকোই,** য়াথং।
**চি ফুরান,** শবা নৈশাংবেম, হাওয়োক কোম্বো চিঙডাগন নিঙোন।
**চিনবি** শজিবু, "লোইদাম চিনবি শজি কোই থাও কৌবদি কদৌনোংগীনো?"—থা:।
**চিবা,** উচি।
**চিবা পাউনাইদবা** উচি,—"চিবা পাউনাইদবা মৈশাংবসুঙ থিকলোয় তামা য়াদা চীকনা"—হি: হি:।
**চিব মৈশাংবা,** উচি।
**চিন্না,** নাবচি।
**চিরাই খোঙ** মমাংডদা কংলাদা নৈবম্ব কান্নুগী খোঙ অমা, "শক ১১৯৩ লাংবন থা ১৬ নি ঈব ইদা চিরাই খোঙ য়োংঙৌনা কুপ্পা শঙ্গায়"—চৈ: কুম্বা:।
**চি শাবা,** (ফৌনচিংবা) পৈথংপা।
**চীকথম,** বাকচীং থা,—"থাদি চীকথম বাকচীং থানে থবানমিচাকি চীংচরোয়বীনে,"—খিরেন: মৈ: লী:।
**চীংখোঙ,** নিংথৌ, "নদাইরেম লৈহুং থারপ অশৈবা মোইকাইরি লীকলাং থাবু শি, থবা ডাজোইনবনা চীংখোঙ য়াকৈ শকলকলে"—নিং: লম্বু:।
নিংথৌগী মহুং ওইবা য়াবা ভমথং।
**চীংখোঙপু** থিরসনো নিংথৌ থিরসনো।
**চীংখোঙ পুয়োকপা,** নিংথৌবু ডাকপা, লেনথা, নিংথৌ কনবা।
**চীংখোঙ ফিমু,** যুমনাক শংবম যুমনামনা শানবা ফি মথল অমা,— "যুমনাক শংবম যুমনাম নঙদি চীংখোঙকি ফিমু শাউ।"—লো: শিন:।
**চীংখোঙ লেম্বা,** লাইরিক পাদুনা।
**চীংখোঙ লোনবা,** লাইরিক পাবা।
**চীংখোঙ য়ায়মবা,** ইবুংঙো য়ায়মা, "মশানৌ চীংখোঙ য়ায়মবা ভরত লৌশিংবনা হুয়েন লানগচিংনা"—উ: (রা:)।
**চীজোই পাউরৌনবা,** বা অওক অথোং তৌনবা, চান্দান্নবা।
**চংচরোয়** শব নমিদাক - পুনর্বসু নক্ষত্র।
**চংওঙু** গোইমে লাই, গোইমোম।
**চাওঙু অরুম্বা** চওঙু আংওবা, মী শিবগা অশিবা মীগী থরাং পুনবা ডাইদুনা শঙদুন লুমদুনা লৈবা লাই,— 'চীওঙু অরম্বা খোইয়ুম অঙাইবনা পুবকলে"—মেঙ্গু:।
**চওঙু আশঙবা খোইয়ুম অঙাইবা,** মী শিবগা শিবগী মথং য পুনগা ওইনা শঙদুনা লৈবা লাই।
**চওঙু ইতমচাউবা** হংবদা ঙবাংপা লৈতবী;—"চীওঙু ইতম চউ খোইয়ম যেকতম হৈবী লাইবিক চৈম শাংজা .ম্বী" ধ: লা: নী:।
**চীওঙু থংপা য়োইথংলেন,** লাইমিংথৌ সোরারেন,—"চীওঙু থংপা য়োইথংলেন নামুংবনা নঙবুদি থোংলেন পান্থে লান্না কোয়ৌ নোংগারকও হায়এ"—চো: থা: পাথ:।
**চীওঙু নোংথাং কোন নুংনাং সনাপুং** লাইরৈবাক;—চীওঙু নোংথাং কোন নুংনাং সনাপুংগী চাকচা মুঙইগা কুম্ম মুঙাইবা দনা মুক্তা মপাল-শা অমরাবতী লাইরৈবাক কোয়ৌ নোংনাংপাল অসিবু অতি ডাবু ওইরে"—প: স: যজ্ঞ:।
**চীওঙু পল্লনবা,** শিবা, নোংগাবা —"ইদাইরেম নোংথোন ডেংমাইথিনবা থাবম শিংগুহনববু কোয়ৌ নোংগারে চীওঙু পল্লরে, য়াংলৌ শুমাই শঙ লীদরি বাংলেন পুং হৌদ্রিএ"—নিং: লম্বু:।

**চীঙঙ্ মরলকু**, লাইগী থোজাল।—"থোইবম অণী-বদি চীঙঙ্ মরলকুগী শীংকাপ লৈথেম্ব মেংদৌ উরোং হুংনা পুঙুং হবাই থাঙপাক থায়ে মহে অদো পায়ে" —সনধ লাইঃ।

**চীঙঙ্ লাইবক থীবা**, লাইবক কঙবা,।

**চীঙঙ্ লাইবক থীবী**, লাইবক চাউবী, লাইবক থাবী,—'পল্লেম নমা চীঙঙ্ লাইবক থীবীবু লৈএ" —থঃ লাঃ নীং।

**চীঙঙ্ মাইপী ( মাইবী )** হুমচাউপা, লাই সনা-মহী,—"থোইবম লাইমিংথৌ চীঙঙ্ মাইপী হুন-চাউপা।" পাঃ নোঃ।

**চীংচেৎ্রাই অমুবী** চয়োম।

**চীংঙ্ মাইকোমুং**, হুংগা লাইম।

**চীংথংখোম্বা** রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র,—মৈদিঙু গরিবন-বাজ মহারাজগী মচা ইবুংঙো শ্যামশাহ থুরাম-রাকপনা ইবাংলোন কেগে মোইরাং নিংথৌ চন্দ্র চথা মরিং লোইথে বী পামহনা মৈদিঙু গৌরশ্যামগা মৈদিঙু চীংথ খোম্বগা কৃষ্ণ প্রগা মচা ইবু ঙো অহম পোকলম্মী গৌরশ্যাম মহারাজগা মনাউ ইবুঙো চীংথংখোম্বগা শিন্ন শিন্ননা অমুক অমুক নিংথৌ ওইহনা/পামথি। ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা কথাল হুমলগা খৃঃ ১১৫৩ দা চীংথংখোম্বনা কথাল কাখি অহুগা খৃঃ ১১৬২ দা ময়াম্বু গৌরশ্যামদা মথল অমুক শিন্নখি। খৃঃ ১১৬৩ দা ময়াম্বুং গৌরশ্যাম মহারাজ নোংগাববদা মনাউ ইবুঙো চীংথ খোম্বনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইখি। মৃবাগা লান শোল্লবদা মায়থাম্রহনা শকাব্দ ১৬৮৬ ডা মহারাজ চীংথং খোম্বনা ময়াংলম চেন্থুনা তেথাউ মৌখি। চহী অহুম ভরগা থোরক্লনা শঙাইথেন্না চহী অমা, শঙাইক্রোদা মতম থম্না, চঙী দা মতম থম্না লৈরগা ঔবানা অমুক তানথামহনা ময়াং লৈপ হুক্কা চেনখি। শকাব্দ ১৬৯৭ডা চীংথংখোম্বনা ময়াংগী ল হুকনা লম্মাংদোংদা ( বিষ্ণু-পুরদা ) চহী মরি পাংথি। লম্মাংদোং কোম্বুংগা পাল্লিঙোদা শকাব্দ ১৬৯৮ হিয়াঙৈ ১২নি পানবা ঔরাই হুমিংতা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌখি। মথংদা শকাব্দ ১৭০১..দা লম্মাংদোংগী লাংথবান্দা কাক্চিংপুরদা কোম্বুং হোংহনা মকম অহুদা চহী তরাতরেং পান-খি। কাকিপুরদা পাল্লিঙোদা শকাব্দ ১৭০১ ( খৃঃ ১৭৭৯ ) হিয়াঙৈ ১১ নি পানবা ঔরাই হুমিংতা কাক্চিংপুরগী রাসমণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌখি অহুগা হুমিং অহুদগী হোৎহনা হুমিং মহানি রাস কংথি। কাক্চিংপুরদগী হোংগথলক্লনা কোম্বো-জম হুমকমদা চহী অনা পানথি। খৃঃ ১৭৯৮ দা মুর্শিদাবাদতা লৈবা শ্রীবাং ক্ষেত্রদা নোংগাখি।

**চীংথাং লাম্বগা**, মৈতৈ নিংথৌ থবানথাবনা মৈতৈ-লৈমা নোংবারোন তৌগাইঙবী পামহনা চীংথাং লাম্বগা সমৈশুগা মচা অনী পোকই। মৈদিঙু থবানথাবগী মথংদা খৃঃ ১২৩১ দা চীংথাং লাম্ববনা নিংথৌ ওইহনা খৃঃ ১২৪২ কাওবা পানখি।

**চীংলুং শোয়বা**, নোং ঙানবা ; —"হকেং কৌবা চীংলুং শোয়রবগা নরান লোনমিমরাইদা থৌশা-রক্কে" —বিঃ ( মহা )।

**চীংবু নোংবু শাংনা**, হুনিং কুইনা ; -"থোয়নৌ হংথান চন্দ্র রোইকমলোন কোয়ৌ খোংজোমহুবী মতা তক্ককমানা মমান মচা হাওকু শোয়শেনবা অভাম শেংমরৌবা চহই রোকথানবা হাওকু-শেইনাই শাকবা তক্ককমকপু চীংবু নোংবু শাংনা ঙাইরম্মে, অত্ত নোংগীবু হেম্বা চীংশাং খুলেনমইও তৌনা কৌএ" - বিঃ লম্বুঃ।

**চীংলাই** মকর রাশি, চীংদা লৈগনবা জীব মগল অমা।

**চীংলেন**. চীংজাউ ; "চীংলেন রোঙম কাথিরে" —শমঃ ঙঃ।

**চীংলেন ঙাক্লম ঙান্দনা**, নোং ঙাক্লম ঙানকাম্বনা, নোং ঙাক্লিংডা, "লাহয়েন মৈদিংঙু উরা কোম্বো-বদি ইচ্ছু শোয়ায়মদা চীংলেন ঙাক্লম ঙান্দনা হুবী ময়াঙ হৌ লাইরেন মথি নাইনা কংলা মাইপুং থাম্না পোইরৈ থুম্না তায়ম নাইবা পুমনা কাথৎলকও হায়না পাউ কৌথৎলবদা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**চীংলেন নোংগা ঙানবা**, নোংঙানবা ;—'চীংলেন নোংগা ঙাক্লকলবদা শমু থোঙশাক্লকপবু লমলেন মকুয়েংক্কা কয়েং নোংকাং তমখিয়ে" বিঃ চন্দ্র।

**চীংলেন নোংতাই নিংথৌ**, লাই নোংশাবগী মিং, —"থোইয়ুমে লাইমিংথৌ চীংলেন নোংতাই নিংথৌ" —নোং লাই।

**চীংলেন নোংতাই লৈমা**, লাইমিংথৌ জোংশাবগী

**চেঙোই,** মিং।
ভাজোয় লাইরেম্মা,—"য়োয়পু মসানৌ খোইমোম লাইরেম্মা চীংলেন নোংভাই লৈমা"—নোঃ লাইঃ।
**চীংলেন পল্লংলা,** চীংজাউ ; "চীংলেন পল্লংলাদা বাকয়ে হীরম কাবিদে"—চঃ খুনঃ।
**চী রাংঙৌ,** নোংগী ঈশিং।
**চীংশোংলমলৈমা,** চীং খুনু,—"য়োয়বু বাংঙম শানওনচেক তক্ষা থাবিয়োইওইচেক চীংশোং লমলৈমনা পোনবী চীনওক্লনা খোংথৈবাই"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।
**চীনওক্লবা,** মায় ওনশিন্নবা, চীনগা চীনগা ওনশিন্নবা ভাউনবা,—"শেনবী অনী চীনওকনা অহুম চীনদিন্নবা নাপা লোনহায়ননা বা ভান্নথিয়ে"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**চীনওন কায়খিবা,** হায়াশ্বা বা ভাক্কবা।
**চীনখুনমা,** য়াউম অমা।
**চীনগোই,** চীন, য়াথং,—"নদাইরেম কুবের চীনগোই ময়াথ বু মাওকদবনিগীনা"—উঃ (রাঃ)।
**চীনগোই ইরাকমা,** বা ভাউলিবা (ভাউজরিবা) ঐ।
**চীননেনবা,** চীনথীবা ; —"হাওখোং শিনাইখু অদোন চীননেনবা থুমন নাবাংবনা ঐবু করি ওইনা হয়েন ভন্দ শকলিবনো"—চায়ঃ।
**চীনফি,** কি মথল অমা, মমাঙৈভদা নিংথৌজমনা শা-রম্মী,—'নিংথৌজম নঙদি চীনফি শাউ"—লোঃ শিনয়েনঃ।
**চীনবান কাঙমৈথুনা ফমফম্নবা,** হীদাক থক্কুনা মৈথু বা বা কামথে ক্কুনা ফমলবা,—"থা য়াচু শায় চীনবান কাঙম খুনা ফমফম্নবদা × × × মতাইরেম পে ইরৈ লাইবার চৎপা অনীমানা × × × চয়ে মশীং থীনা পোইরৈ মঞ্চ হোল্লকএ"—শমঃ ঙঃ।
**চীনবান মোইগাই,** চীনবান।
**চীনহাবা,** চীনথীবা ;— "ভাংভোই য়োয়মোবা নঙদ নমোম মেন্থু লৈতববু লৈএ হায়না চীনহাবনে"—ভূতেংঃ।

**চীনাইবা,** মচী পানবা ;—"মালেম লৈপাক্লংদা ভুবী চীনাইবা লাইরেন চীরোঙবনা ভুবী পেক্কম থেক লাইরেন কোম্মুম কোন মথেক ফৈবু শানা মেনাং ভনবা থুয়ৌ ভামজৌ চোংগুমনা শানফোংঙবু চেংলৌ মিংবিংলবগী"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।
**চীরেন,** মচী।

**চীরোন পোংপাউ হৈবী,** চীরোন থারোন ভোগনবী।
**চীল্লেং অথীবা মাঙথাননা,** থোন্দা অথাবা হায়া হায়তুনা; 'হন্থু ময়াই কারবী অসিব চীল্লেং অথীবা মাঙথাননা য়াথং অকায়ববু মংঙইমদা থৌজান মায়ওক্লনা নপুম নোংয়ায় চাউবা পুংদা য়াংগোইমন্নকও"—খুঃ নিংঃ লম্বুঃ।
**চুকশা মৈথাবা,** অশিবা পোংলোইবা, মী শিবগী সংস্কার তৌবা।
**চুকোই,** জগোই,—"চুকোই লেপলৌ হৌ"—পাঃ নোংঃ
**চুকোই শাবী,** জগোই শাবী,—"মশাবি কুবের লম্রিংথৌগী মহইরোন লম্ভা ইন্দ্র চুকোই শাবীবু"—উঃ (রাঃ)।

**চুম্বা,** পোয়দবা, সাক্ষী ওইবা।
**চুম্বুন,** হদাঙ।
**চুমিথাঙ,** চুমথাঙ থনবা।
**চুরি,** চু অরিবা, য়ুমগী ইচুম ভাকম।
**চুং,** তা থৌশাবদা ওয়থংবা থুংমা পাবা হকচাং ভাক্লবা থুংলাই অমা।
**চুংশেন,** মথোনা, "লাইরেন মৈদিংঙু কৌবা মীয়োবা (লোইনাই খুমোবা) ভুবী সনা মচুংশেন্দি অত্থুও মদোমদে"—নিংঃ লম্বু।
**চুংশেন মূপী,** থবানমিচাক পুষ্যা নক্ষত্র।
**চুথবা,** লায়রবা।
**চুপচি লায়চি,** মায়গৈ চিথেক মরি ;—"থায়ৌ লাইয়ৌ কোয়, নোংচুপ নোংপোক কোয়, চুপচি লায়চি কোয়নরে"—নাহৈঃ।
**চুপলেন মঙান নাইবা,** নাথিন থোঙনাই হংনাইপাপু চুপলেন মঙান নাই,"—পাঃ নোংঃ।
**চুপ শাবা,** মীশি মীনা জুপোং চাদনা শিথিবগী তেকশিন হক্সিন্দনবগী থৌনি।
**চুপশা মোই থেম্বা,** চুপ শাবা।
**চুপশা মোইফেন তম্বা,** চুপ শাবা ; "কাকলেন নীঙবগী পোনবী চীনকোই চদ্রবা নোংগীবু চুপশা মোইফেন তমসে"—ভুতেং।
**চুপশারোল,** চুপ শাবগী মরম।
**চুপশেন ওইবা,** নিংথৌ ওইবা ; "ময়ূর মোইরাংদা শক্কবনা চুপশেন ওইরে"—মোঃ য়ুমকোক।
**চুমজেন,** চুমা।

**চেজোই কানক লক্তরি,** মমিৎ পাঙত্রি ; মমিৎ কাক্লি ।

**চেজোই কুকু মীরোন থোক্তবা,** বা মশূং কানা ভাঙবা হৈতভবা, মীরোন তাদবা,—"লাইরেন মপাউ চাউদা চেজোই কুকু মীরোন থোগুরিডে"—নিং: লম্বু: ।

**চেকলা,** উচেক , —"থবায় পোনবী পান্দমনে চেকলা পাইখিবতুনা হানগনে দে"—কুম: ।

**চেক্কোক,** চেঙ থন মরি, চেঙ উতোং কুস্ত্রা ;

**চেঙখায়,** চেঙ উতো' তরামঙ, চেক্কোক অমগী ত'খায়, চেঙ থল অনী ।

**চেংঙা,** থবায,—"মনুংদা লৈবা থবায়না চে'ঙা কৌএ"—থ: য়াম্মোই ।

**চেঙচা ( চেঙজা )** চেঙ , নুং , —চেঙজা চীঙ্গাই-দববু নো'য়ায় লৈশা'থো'দা থৌতু লোইগা থাবদি তৌমল্লে হায়না লাউথরকএ"—সনা: লাই: ।

**চেঙজা কোনথিনবা,** চেঙ্গ থিনবা ।

**চেঙজা লেপ্পা থিনবা,** নুং য়ু'বা, নুং থিনবা ।

**চেঙজা মায়ঙৌ তানবা,** চেঙ চোইবা,—"শূকনীং কাঙনা মোইনীং কাঙনা লোইমোম হুনা কুরোন হুনা মংথারাদা হেনেমগীদি চেঙজা তান্না মায়ঙৌ তান্না"—অ: ।

**চেঙজা মাঙইন্নবা লোইমোম তুংইন্নবা,** চেঙ থৈবা ।

**চেঙজা লাল্লংবা বাপা থুনহিনবা,** বা মপা চানা চানা হায়নতুনা থংনবা ;—"থুনগাম মশানৌ-না য়াওরৌ ইশাবি-ও ঐগী মেনাং তনবা শা নামু অঙৌবা কোরৌ নো'যান শাতুম শানৌ নঙনা লৌরবরা হায়না চেঙজা লাল্লঙনা বাপা থুম্বিনবা বাবোংনখিএ"—চা: লাই: ।

**চেঙজা লাল্লুগথেন,** থোঙজিন ,—"থোঙজিনবুদি চেঙজা লাল্লুমথেন কৌএ"— থ: য়াম্মোই ।

**চেঙজেন,** চেঙজেন, ল'কৈ চংপদা লম্বীদা চানবা হায়তুনা য়ুমদগী পুবা অচা অথক ।

**চেঙজেন নেংদম,** থোয়রেন পুন্সি তুবা ।

**চেঙজেন শুনা,** পুন্সি হোলোইনা, থোয়রেন য়োনা ।

**চেঙবা হৈবা,** চেঙ হৈদুনা অক কপ্তা থেন চাং য়েংবা ।

**চেংবী,** কৈন্তোই ।

**চেঙখুম মলাউতোন,** চগেম ।

**চেঙলুক,** চেঙ ওন্নবা মেরুক ।

**চেংলে,** থাংমি, শলাই অমগী মিং ।

**চেংলে ইপান লাম্বা,** "মৈদিংগু নিংথৌচেঙনা মৈতে লৈমা লাম্বানু চেৌহুনা পোকপনি, মপাবুংগী মথংদা থু: ৯৪৯ দা কবাল কাহুনা চহী কুন পাল্লম্মী, নিংথৌ গুহ্ড্রিংদা মমিং থিংবাই অহনবা কৌরম্মী ।

**চেঙলুক লমকোইগু,** থু:মাক্তা চেঙ হাপ্পুনা পুবা, চেঙলুক মুংশাং পুবা ।

**চেঙলুক লুবাক কাইবা,** লুহোংবা মুমিংতা নিপা মযুমনা নুপী মযুমদা কিরুক্তা হাপ্পুনা চেঙ থিরুক অমা পুনৈ । লুহোংবা মুনিংতগী মুমিং মঙ নিগুদদা অযুক্তা নিপা মযুমগী নুপী হরা নুপী মযুমদা চত্তুনা চেঙ অদু কাইরুবা ।

**চেংলে থাবা ঙানবা,** শলাইগী মিং ।

**চেঙ লৈবা,** মপুন্সি লৈরিবা, শিগদবা বাংলিবা ।

**চেংলৌ,** শক, মায়থো', মিং ,—"চেংলৌ নশক উদ্রে হায়না মিকপখিরে'—উ: ( রা: ) ; 'চে'লৌ মিৎকম তাঙবনা মিয়েংশেন শক্তোয় য়ে নিংবগুম"—ধ: লা: নীং: ।

**চেংলৌ কোরৌ লাইনা পাংবা,** নোংথক্তা য়ে থ-পা ।

**চে লৌ তেনবান য়াম্বা,** য়ামনা য়েংগন লাকনবা, মমিং চোইবা ।

**চেংলৌ মঙম,** মিৎয়েং ।

**চে লৌ মঙম শোয়বা,** নিস্তাঙবা, মিৎকম কায়বা ।

**চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা,** মিৎকুপ অমগী মনুংদা, ঙাইহাক্তদ,— মালেম লৈপাক কেমরেন শিদবীনা নিল্লা থৌরী য়েংনা ভাউথাকপা সনা বা'থোন কানবু পুথংলদগা চে'লৌ মিৎকুপ মরমদা মালেম লৈপাক কায়রবদা মালেম লৈথারোন্দা চঙহিরে হায়দংরা ?"—উ: ( রা: ) ।

**চেংলৌ মিৎথিৎপা,** উবা, য়েংবা, "চে'লৌ মিৎ-থিংলুগে মিৎয়েং শানথৈরুগে"— নিং: লম্বু: ।

**চেংলৌ মিৎথোঙ মম্বা,** য়েংবদা উদবা,—"মায়দগে মথোঙ উদনা চেংলৌ মিথোঙ মমলে"—লা: শ: থাবা: ।

**চেংলৌ মিৎ শোক্লবা,** মী অমগা অমগা মিৎকা মিৎকা য়েংনবা, মিৎচানবা ;—"অঙ্গমনা চেংলৌ

মিৎলোকয়রবদা"—পোঃ লুঃ।

চেংলৌ মিৎয়েং তান্বা, লাঙ্গা, থাঙ্গা, নক্তবা।

চেংলৌ মিৎয়েং শোয়বা, মমিৎ উদবা, মমিৎ শোয়বা,—"চেংলৌ মিৎয়েং শোয়বনা মেংশেল শঙ্কোয় য়েংবগুম চুনদে"—চঃ থুনঃ।

চেংলৌ শঙ্কোয় হেনবা, মশক মতৌ য়াম্না ফজবা,—"চেংলৌ শঙ্কোয় হেনবা নশক থম্বাল মানবদু পম্বৌ নপা ঐনা উবদা মুংওন পূকনীং হুইএ"—ওঃ ঙঃ।

চেংলৌ শঙ্কোয় হেনবী, মশক মতৌ ফজবী।

চেংলৌ মিৎকম কুৎপা, মিৎ উদবা, মিৎ কুৎপা।

চেন্নবা, হেকপা,—লা চেন্নবা—লা হেকপা ; হৈ-চেন্নবা-হৈ হেকপা,—"করিগী চামলৌ লাচেন্নরগবনো" চায়ঃ।

চেপকোৎ লোং, লোং।

চেপশি অমেণ্ডবা, অথোৎপা অঙ্কবা পয়া।

চের্ব্বাক, চাবদা ওইনম্না হাউবা ঙাঙৈলনবা চীং লৈপাক।

চেরে, লাইফম থাবম পানা।

চেরে কারে, খুঙ্গা নাইজা, লাইফম থাবম অহম্নুপ নাহারূপ।

চেন্নকপা, পীয়কপা, পীহুনা পুয়কপা ;—"পম্বৌ পরেম অনীনা ভরেংকী শেল চেন্নকএ হিমন পীগে"—হেঙ্কু ; পোৎ পীয়কউ হায়য়কপা, পাউ হায়য়কপা, চেন্নহুনা লাকপা।

চৈপিবা, য়েবা, ফুবা।

চৈবিবা, থুংলাইনা শোকহনবা, য়েবা।

চৈবুন চৈতুপ, চৈপুন ;—"চৈবুন পায়না তাম্লে"—হেঙ্কুঃ।

চৈরম্ভনা, অরেম্বা লৈতনা, লেপ্তনা ; —"মপন সীতা লাইরেম্মবু শরেন ওয়রম কোয়না পুরুমলবগা লাস্তান চৈরম্ভনা মশাবিগী তাঙজা খোঙ্গুল লীথিববু"—উঃ ( রাঃ )।

চৈরৎপা, তোকপা, লেম্বা ;— "চীংঙু পিরেম থকপা তাববু চৈরংলবগা"— উঃ ( রাঃ )।

চৈরৎলবা, তোকলবা।

চৈরাপ, ম্বায়েনশঙ।

চৈরেপ্তনা, অরেম্বা লৈতনা, ভম্ভনা।

চৈরেম্বা, লেম্বা।

চৈরৈ, ফি।

চৈরৈ অম্বিন তাব মাম্নৌ অশেং য়াৎপা, শেৎনা ইম্নবা ফি লৈতবা,—"চৈরৈ অম্বিন তাব মাম্নৌ অশেং য়াৎ চানা ঈরু কৌ লোকলৌ পরৈ ভং কোয়ৌ খোইনা য়েংনা নোংখোইরিঙৈল"—খুঃ কংলৈঃ।

চৈরৈ ফিখাও শানা, ফিগাউ শানা,—"নতাইরেম ইবাকমানা চৈরৈ ফিথাও শানা নোংহামলিম্নে"—পাঃ খোঃ।

চৈরৈ ফিঙৌ, ফি অঙৌবা।

চৈরৈ ফিচি হোংলাইন, মচা নুপা অহন,—"মযোম বাঙমলোন চৈরে ফিচি হোংলাইন, চীংখন খোম্মুক অঙম্না মমাঙ শাৎফবীবু কোয়ৌ ভমথরাং বাংবন শিফারাং মচি চিরাইবা ম্নিংচঙ লাংনা চানা ঈরু ফাৎনা তেনবাই খোনগী অমন নোংগায়ে"—নাঃ ফঃ কাঃ।

চৈরৈ ফিতোম য়ানবা, ফি ইনবা।

চৈরৈ ফিনৌ, ফি অহনবা,—"নোংতোন লাইফম্না ভরেংমানা চৈরৈ ফিনৌ শেংনা"—পাঃ নোঃ।

চৈরৈ লমহাই নাইবা, ফীজোন ফজনা শেৎপা।

চৈরৈ লেংদেন য়ানবা, ফি লেংবান্দা য়ানবা।

চৈরোয়ননা, লোয়ননা, "কুশ অভোনবদি নোংশীং চৈরোয়ননা হয়েন লাস্তানথিরবদা"—উঃ ( রাঃ )।

চৈশু পাম্না, চৈশুগী মপাম্না।

চৈশৌ, পাম্বৈ, মভেং ;—"নঙবু হেম্না ঐগী পাংগল চৈশৌ ওইনববু লৈতরে"—লাংঃ শঃ থাবাঃ।

চৈহৌথা, চহীগী অহৌবা থা ; লমদা থা ;—"লমদা চৈহৌ থা ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো"—থাঃ।

চোঙ, নিংথৌ অমদি লাইনচিংবগী মাঙদা থাম্দুনা পুবা পে মথল অমা, ছত্র।

চোঙখানবা হঞ্জবা, ফম অমগী মিং, খুনফাংথৌ মাপনগী মমুংদা অমা, নিংথৌ মহীশাং ফমদৌ মঙাইরোই অমা।

চোংগাবী, খোংজোমহুবী ( মোইরাংনা হায়মবা )।

চোংদম্বা, চোংশিন্দুনা পাইশিনবা ; "পোনবী চীং চরোয় অমুবনা পানবা মনা পায়না চোংদমবু ঙমদথিয়ে"—পোঃ খুম্বোক।

চোংবিচা, ঝৌজেং, ঙাহৌ ;—"লাংবন ঝৌজেঙ চোংবিচানা চানা য়াদা চীকনা লাইজা ঈরাম্নকপবু নমু মুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা মিৎয়েং শানথেম্বিয়ে"—হিঃ হিঃ।

চোঙলেন, চোঙ অচৌবা,—"সনা চোঙলেন ইকমথাল হক্লিং চীংথৈ ইল্লা থুন্দাপুং"—নিংঃ লম্বুঃ।

চোংয়োনবা, চোংবা শুনবা,—থুমন থোইমোথা অথৌবদি চুংলেপ হন্দু চোংগে চোংযোনে"—চায়ঃ।

চোয়নৌ, সনা,—"ভমে হোঙনেমতলা নিংথৌকনবা লাইরেন ঐগী শমাং ইতানশি চোয়নৌ সনা ইথুংশি অসিবু নঙনা শিহো-ও"—চায়ঃ।

## জ

জগোই, নোয়বা, জগোই শাবা।

জগোই থুথেক, জগোই শাবগী থুংহাই অমম্ভুং মথেক মন্নাক।

জগোই পুংলোন, জগোই শাবগা তান চানা য়েবা পুংলোন।

জগোই লেপলৌ শাবা, জগোই শাবা।

জগোই শাবা, নোয়বা, জগোই শাবগী থবক তৌবা নিপা।

জগোই শাবী, জগোই শাবগী থবক তৌবী নুপী।

জং, কোহ্লিং।

জং কাবা, কোহ্লিং কাবা।

জংগী নোংমৈ।

জমেন, চমেন, হিংডোন, য়েকখোংপদা পীরিয়বা নাপু মচু যানবা পোংশক অমা,—"শমোঙ থংবা চীংশা নাপোমদি জমেন হিংডোন পোকএ"— পাঃ নাউঃ।

জয় পত্র, থ্বাইদগী হেনবা অথোইবা মীদা পীনবা মনা।

জাৎকী মচা, মপা মপু অচৌবা মচা, মপা মপু কৈয়াক থাবা মচা।

মাগী জাতিগা তিন্নরবা, মপা মপুনা চৎপবা ধর্ম খাদোকনবা।

**জাত্রা,** যাত্রা, মূৎশী অথোইবা মক ওইবা মূখী; মূকনা শান্নবদা মপা লৈতবা, মমান্নবগা শান্নবদা মূক্তা ভকথৎনবদা খুমাইদগী থাবা নিপা।

**জাত্রা হুনবা,** মূম হোবা।

**জিরি,** ভূরেল অমগী মিং, মনিপুরগী সবডিভিজন অমগী মিং।

**জিরি চাংকৎ,** মৈদিংগু নাউকংবগী হাকতা খাংই খোংজোমগী মচা চীংজেং মারন পাংগনবগা মমাংশিংগা জিরিদা লমগী নিংথাই শাংলানবদা মমাংনা লাকে হায়ভুনা সনা চাং লূপা চাং কথৌ,—মাদুম জিরি চাংকৎ কৌনা খ।

# ত

**তওৎ,** লং নাইবদা শী জিন্নবা থুংসাই অমা,—"অওও অউন লূহোং খোংতোং কৈকন শন্নুং শননেন নাটলোই তওৎ তমং পূম্নমকপু মশী চাম্না হুনা মন্ন ন লুহোঙ পোঙতোংপিরকপাকি"—কৌঃ লোঃ।

**তকলো.** তকপি।

**তকলৌ শিদং শোম্না** তকপি শোম্না,—"তনবা মুক্তম থেন বাংদৈ হামেঙ চীংদা মালং চীংদা কানা মিংয়েং শানথৈরুবনু কঙ্খাং মগ্নিমনাকপু নাতেংথিরবগী তকলৌ শিদং শোম্না লাবা কাচক থৌনা হনবাইগিদে"—চেংলৈঃ।

**তকুপ হোবা,** কুকেং কাকেং তৌবা।

**তংকং মৈবা,** কোক লাউবা।

**তংকুল,** লা, লাগী মশিং অনীগী মমক।

**তংখায়লো,** থাইবা।

**তংখু** লৈহৌরা।

**তংখু মৈবা** পোপ পোপ ফুবা।

**তঙঙাইবা,** ঙাইবা।

**তং তাবা** অরেপ্পা, নাথৈ শেংবা।

**তংতু** নাথৈশেংবা, তং তাবা।

**তংবা,** মহাউ য়েংবা, চাতুনা য়েংবা—"হৈরাঙ মচেৎ পাংমা তংলবদি পলেম পীকাউ হৈ, তালোম তুকাউ হৈ থংলেন বাকাউ হৈ"—পোঃ লূঃ।

**তংমিন্নবা,** চামিন্নবা।

**তংলবা,** থানবা, তোম্ননদবা।

**তংনবা চুমিং,** পরিবু থবান পোরগু থাবা নোং-থাইজিং নেংথোকাবা ; কালেন লাংবন রাকপীং থাদা চুমশকৈশা অমসুং ঊরাই ; ঊণা মেরা কাইরেন থাদা নৈপাক-পাকপা ; ইঙেন নীঙ্গাক অমসুং লমদা থাদা শংলেসেন অমসুং লাঙজা ওংনৈ—তংনবা চুমিংতা অকবা থবক অতে তৌনদে অচুপা নিঙোন থাজবা, মীঙোন্দা শেন শিংবদি তৌনৈ।

**তনওমদবা,** কাবা ওমদবা, "থরোয় লুরাংবনা কা-ওমদা রোংনাউ শাথিবনা তনওমদবা তন্না উনিংথৌ" —হিঃ হিঃ।

**তনওমলোই,** লৈবা ওমোই, পম্বনা লৈথবা ওমলমোই।

**তন্দুম,** তন্দন,—"মৈরা তন্দুম ওইনদি ঙাল্লকলেগে" —পাঃ লাঃ।

**তন্দু শকনবা,** শাকা লানকা ঊশৈ শক্লবা—"লাকথা লানমিং মথানরে অদোন তন্দু শক্লরে"—চায়ঃ।

**তন্না,** থীন্দনা, য়ামনা থুনা, গাঙনা,—"মযু লাইরেন লোয়ব চেঙজা নুঙ্গোইবীদা তন্না চুয়েন লাম্বু চন্নমলে"—শময় ঙঃ।

**তন্না,** তন্দে মান্দেনা, হৈঙমশি ওমদনা।

**তনবা,** পনবা, কাইবা, "ইরৈপাক্কী নম্ কনাগী মীথোঙজিন্দা তনগদুসে"—থঃ লাইঃ নীঃ।

**তনবা,** নিপা, নুপা, বুষ রাশি, অতনবা থবক শুনিংদবা।

**তনবা নিপা থোকপা,** নিপা থোকপা, "ইশাদি লব অহনবযু কারিবা নঙবু তনবা নিপা থোকলবদি কুশ অঙাং অপিশা ঐগী লানশোক মায়থোক য়া-ও"—উঃ (রাঃ)।

**তনবা মচীহেন লাবা মরাই লাংনা,** নিপামচ থোদাং য়েংলুবগ মায় পাকলকখুনা, মায়থো মক লামনা,—"লালু পোল্লেম হান্ন কেগে খেৎরী তো ঙাউশুদি মথোয় খেৎরী লমশিং থংশিংগা ঙাক-রোয়দনা মোইরা মপা লমদ তনব মচী হেন লা-মরাই লাংনা হৎ বাইরকএ"—চায়ঃ।

**তনবা মীথন থাই,** অথোইবা শীংথানরবা মী, মশক নাইবা অথোইবা মী, "ইতাইরেম বান্গোন কৈরুংবা কোপেং তনবা মীথন থাই-ও নৎদি হীদাকছু কানবা থুদোং পুবযু পাম্মোইনরগা শঙ্গাই নঙজিং কীরবলোইগা লাইজা ঊরম তাবা বায়রা

তেনহৈবা লুপকা হুয়েন লাম্মোঙ অমা থীংএং"—শময় ঙঃ।

**তনবা যুক্কম,** যুমশারোনগী যুমকম কায়াং মাপলগী মযু দা নোংচুপ থংবা কায়াৎ—লোলা যুদমগী মগা, চুইথৌ যুমকংগী অবাং শঙ্গাই যুদমগী নোংচুপ।

**তনমু,** নৌ,—"কেগে মোইরাং পোকি নোযু নৌ-রেন থাঙতপ লাকনা তনমু নাকন কইযু নমদা য়ম্না হিয়াং কংবং রৈনা পুঙ্গং কুমশাবযু"—হিঃ হিঃ।

**তনমু য়াওতেকপা,** ঊশিং হাপ্পা।

**তওাই,** যোন।

**তবুং,** খুবাক, লোক।

**তবুং খুবা,** খুবাক খুবা।

**তবুবা,** মৈদিংঙু তেলহৈবনা লমাহৈবী পাম্মচুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ (খৃঃ ১৩১৭ ১৩৩৪)।

**তবোম্পী,** মরী চংপা মনা পানামনা মানবা মহৈ উচিঠি পানবা হীদাক কান্নবা পাম্বী অমা ; য়ামনা পানা মৈথোক্লনা শাবা সনা মপাক অপাবা।

**তম,** তম্পাক।

**তমং,** পাংয়োংগী শূনা হন্দোক্লবা থুংলাই—"হে খোয়নৌ ইতাশিংও ইথোয়না কোরৌ নোংগারকপতি মোমহু তমং ইথুংশুবু বাউরম্বে"—খোংঃ নোংঃ।

**তম্পাক লৈহৌমাই,** পুরৈরোম্বগী মাইবা অমগী মিং—"তম্পাক লৈহৌমাই লংমাই লৈহৌ মাইবীনা তাইরেন লোংমা লৌনা লাইজা থিককেন চাইরবদা পুরৈরোম্বা মরোন থোক মরি থোক"—য়াঃ।

**তম্পাক লৈমা,** যুবরাজগী মনাউ ইবেম্মা (মচু)।

**তম্পাক য়ুমু,** লৈমা নিংথৌগী মপাম, যুবরাজগী শঙ্গাই।

**তম্পাকয়ুম হঙ্গবা,** কম অমা।

**তম্পা কোরৌ অরাংপী,** বাংঙমলোন পান-থোইবী "খপা পুমনং হুপনা তম্পা কোরৌ অরাং-পীকী মার মপোঙকুনপু লীরকএ" —পাম্মোইবী শেঙ্গুন।

**তম্পা কোরৌ নোংমাইহনপী,** পাম্মোইবী।

**তম্পা মৈরা লোনচেনপী** পাম্মোইবী।

**তম্ফা,** মমল য়াম্বা নুং মথল অমা ; মহারাণীনা পোকপা মজাংহেম্মা অহন—"মৈতৈ লৈমনা পোকপা শীজা অদুনা খুরাম লৈমা ওইরবা খুরাম লৈমা অদুনা পোকপা অঙোম শজা অদুনা অমরম মৈতৈ লৈমা ওইদুনা পোকপা মচানুপী ওইরবদি

তম্ফা কৌঞ।”—ম্রঃ।

**তম্ফা ৱাংঙমলোন,** মৈতৈ লৈময় (মহারাণীনা) পোকপী মজা ইবেম্মা অহন।

**তম্ফা সনা,** মহারাণীনা পোকপী নিংথৌগী মজা ইবেম্মা কোকহন লাইংন।

**তম্বু থনবা,** তমপা লৈবা গী পুম্নমক।

**তম্বুর চা,** ইরোই।

**তমলেন** ঈশিং।

**তমলেন ঈয় চাউ,** ঈশিং ঈপাক অ্যৌবা।

**তমলেন খোম্বা,** মধু ম্র মহ রাজগী ফম্বাল শিংহুন —'মৈদিংঙু তমলেন খোম্বদি লং ঙমদা শিঞ'— চৈঃ কুম্বা।

**তমলেন চাউরকপা,** লাইঙা ইরেনপুবা (হেরেমনা হায়নবা)।

**তমলোন,** তম্পাক।

**তমক্তো,** তম্পাক্কা উবা ক্তো।

**তময়া,** চীংগা তমগা তাইনবদা লৈবা লম।

**তময়াই ছুইশোন ক্তো,** তম্প ক্কা ভাবা ক্তো।

**তময়া খেক্তো মঙাও হোবা,** চীংয়া তময়াদ মু শীং কয়া শাংপা।

**তরঙ,** ঈশিং, গুস্তরঙ, অহাঙবা করিসু লৈতবা ওইনা উব।

**তরঙ লাইজা** পি।

**তরঙ লাইজা ঈরা চেনবা,** পি তরং তরং চেনব, পিরাং ঈবা চেনবা।

**তরঙ লাইজা মরাঙ হোবা,** পি ঈরা চেনবা— “মালেম তম্পাক লৈংনেহনবী পলেম মাদো দিংঙ্গা থম্বাল মানবা অনীমক্তা তরঙ লাইজা মরাঙ্গতো পিরেম থকপা তা মি কোয় লাইজা ঈরম তাউ চীং দুং লাইজা ঈফুং খেক্ত কোনা ঈ ই থংগুম কোরো নাং পোং গুম নিকপ এ'—হিঃ হিঃ।

**তরঙ লাইজা শক্লবা** পি তাবা, বয়া।

**তরম খেঁইসুচা,** কাল লৈমাবা শাবা শোকতোন বগী মচানিপা তম্ফা বা ঙমলেন পাম্বে ইবীবু মহানবা লুংগাবা নিপা।

**তরা** চাক, “চেঙ লোইংগোম খৌদি তুংগা ইন তরা চেঙদি মাঙদা ইয়া”—অগোঙলোন; “অঙান নংনা খোক্লগা তরা চেঙথুন উদেক্তো” – রাধৈবা; ' শীবী লুখোং কংনা তরা চাক নিথিয়ে”—ধঃ লাইঃ নীংঃ শী মরায়—“তরাগী চৈতনা লেংখোং কাব”; মপাং মাপনগী অমা খোইবা।

**তরা অচাক তাম্বা,** চাক চানিংঙাই লৈতবা।

**তরা অচা ৱাংহন্জনা,** চানবা থক্লবা মরম অহাংপা লৈংহন্দনা, “তরা অচা ৱাংহন্দনা লাংকোয়রে”— ধঃ লাইঃ নীংঃ।

**তরাউফি,** (মমাঙ্গংদা থৌদামতন শাবা) ফি মথল অমা—“থৌদ ম নংদি তরাউফি শাউ”— . কোঃ শিনঃ।

**তরা খুংকুম্বা,** চাক চাবা, লুক হাবা—'তরা খুংকুম্বিগোঙ বালৈ চীনথুনমবু মোংখিয়ো হায়না পাউবেংঙঞ”- খৌ. শিঃ।

**তরা চনিংখাকন, চ শোবা,** চাক হায়গী অরোইবা নাংদবা (বাংপা লৈতপা)

**তরা চয়োম য়োম্বা,** চাক ∙খোংবা ময়োম য়োম্বা।

**তরা চ কম্নাংদবা,** চাকমাং চাদবা।

**তরা চাথংদবা,** চাক চাদবা, চাক চানিংঙাই লৈতবা— 'তরা চাথংদা পামেন উহে চানা নোংলেন্ন- দীনে”—ধঃ লাইঃ নীংঃ।

**তরা চাখেংপী,** চাক কন্দবী।

**তরা চাদংদবা,** চাক চাদবা চানিংঙাই লৈতবা।

**তরা চানমথা** চাক নমথিবা অপুম্বা “থাংইবনা তরাচানমথীগুম শিঙুম থনাং নীকঞ”— চাঃ লাইঃ।

**তরা চানিংখাক,** চাক অরেম অপা, চাক মনীং চৈংবা— মুঙা চীংঙু লাইবকনীবী ছশিবু তরা চনিখ কপু পীগবমও'—ধঃ লাইঃ নীংঃ।

**তরা চাবুক লামনা,** চাক লম্বনা—“তরা চাবুক লামনা মতেংমক ঙয়া পোইনা শিয়ে”— খুঃ নিঃ লম্বঃ।

**তরা চাবুক লাম্বনা উনবী চকম হোংবা,** চাক লাম্বনা পুকমবক মপাম্বনা, “পোইর ইপা লম মোংযায় নপাংবু তাবনিগীনা তরা চাবুক লাম উনবী চকম হোলে”—চায়ঃ।

**তরা চ মাংদা,** চাকশেং চাদনা।

**তরা তংহাইবা** চাক লাম্বা।

**তরা তেংকুংখি** চক হাউতনা।

**তরান চৈগু,** “নীচৈ তরান শূনা সুকমু থনপায় বাংম্প”— পাঃ নোঃ।

**তরা মচা তিনবা,** লৈবাক প্রজা ময়াম তিনবা।

**তরা লুকখোং,** চাক।

**তরা লুকখোং হাম্জিরবা,** চাক চামিরবা।

**তরা মুকমাই রেবা,** চাক হাবা।
**তরা মুকমাইরেম সারেন কাহাপ্পনা,** চাক হাউনা চাথিন্নদুনা—"লাইরেন মৈদি'ঙুব তরা মুকমাইরেম সারেন কাহাপনা মুকংলেন পমনা হানা অনৌবা মায়থঙ হৌ'গে' —নাঃ কঃ কঃ।
**তরা য় ইবা,** চাক থবা।
**তরাম পাউ কৌঙবা,** তরাম তরাম কৌরবা—"পোই য় লৈপাক ঙাকমন্নংসে হায়না তরাম পাউকৌঙবব —নাঃ কঃ কাঃ।
**তরুং থাঙ** উপো'থা মনাগী মওং মানবা থাঙ মথল অমা—"পোক্‌প শীং'বদি তরুং থাঙগা চৈত থাঙগা অনীমকনে' —থাঃ থাঃ।
**তরেঙ,** লং নাইনবা হং মথল অমা।
**তরেঙ খোঙকাং ন মুংবা,** মোইথাপ নাইবা থিংবা, মোইথাপ নাইহৈবা।
**তরেঙ খোঙকাং লৈবা,** মোইথাপ নাইবা।
**তরেঙ লৈবা,** নিপা নুপীগী কানয়াই পুন্নাই।
**তরেঙ হুংসোন লৈবা,** তরেঙ নাইবা, "ইন্নুং থাবী মৈরা মুত্তা অহিং খোমলেন তুমকত্তা তম্পা ম'ংরেং নাউথমদনা তরেঙ হংসোন লৈ থাপলা মরিনশীং মোংপা তাতিন হাবনা তম্পা মত্তোম নোংখোই'বগী নমকপু মমান থাবা শোকপোনবনা ঝাংমলকএ'—পাঃ পোঃ।
**তরেৎ,** তক্ত্রী অমা খো'ইবা, শেন, লন, শেনবুং।
**তরেৎ কোনবু শু'বা,** শেন শাবা।
**তরেৎ খোয়দোঙবা,** শেনবুং।
**তরেৎ মনিন নাইবা,** শেল মরাং কায়না লৈবা, ইনাক 'কয়াক থুনবা, মুংঙ ই যাইকব।
**তরেৎ মরন খানবা,** শেন পীদুনা পোৎ লৈবা।
**তরেৎ লনয়েনবা,** কম্বুংগী নাইরেম্মা।
**তরেৎ শেনখিংবা** করতাল মৈবা,—"করতাল তরেৎ শেন খিংবা মোইবুং থিনকাম ঙব"—ঙঃ ঙঃ।
**তরেৎ শেনকা মৈবা** শেন মৈবা, শেন খিংবা।
**তল্লা** উ—'বায়ন্না তেম্বা অমগদি পামেন উন্না পান্নবদি ল্প উন্নাইকং পামেন উচু তংলে"—চাঃ লাই, "পামেন ডিংবং লৈবা উপান্দা শীংলেন মপান শারবগা লাংবন খোইমু লৈপাথনা শীংলেন লৈহী অথুবব তল্লা ডিংবং পাম্লে হায়না খোইমু নমদা তলনা চঞ্জাবংতম'—বিঃ পঃ।
**তল্লাই তলবা,** উমান তলবা।

**তয়ম,** মনাই, মনাই,—"মনাইরেম তয়ম চিংকোয় ইরাক মানা হয়িঙৈগী নপি মোইরেনকম সনা লাংবকোই কমলাংচানবু ম'খোংলক্লে"—নিংঃ লয়ুঃ।
**তয়মখৌ,** ক'লা অয়াঙ কমখৌ—লোঃ শিঃ।
**তয়াবা চন্নু,** খোয়দ'জম নি'ঙোন—'তয়াবা চন্নু হায়বদি খোয়দি'জমনে"—পেঃ ঙ'ঃ।
**তয়ুম,** মনাই, "তয়ুম নওদি থুমোন নপা'বাবু শেংও" —মোইঃ নিঃ লয়ুঃ।
**তয়ুম মরান খনবা** অরৈবা মীনাই।
**তাইদন লৈমা,** মুংবান হেংঙংম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী ·তু -"ইবু মুংবান হোঙ'নম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা মোমন্নু তালোয় মরদী উরেম তাইদন লৈমা মোইবা চন্নুবু হোই খিঙদা মপন থরে চমোইবন মমোমগী নমকপু লন উন্নকপ' - হিঃ হিঃ।
**তাইবং,** সংসার, মীওইবা—"তাইবং থুন্নিং মৈ" —মৈঃ তেংথা, 'নওদি তাইব'লা হংলে"—হেঙ্গঃ।
**তাইবং কোইজবা,** তাইবং পান্দা 'লবা মী।
**তাইবং থাইবা** লাইহি'ংথৌ হ'নামহী—"শক ১৬০৭ মেরা থাদা লাইহিংথৌ তাইবং থাইবগী শন্নাইসু মৈ থাদোকএ"—চৈঃ কুঃ।
**তাইবং নমু পোং,** মীওইবা,— 'তাইব নমু পোংযোকমৈ'—মেঃ তেংথা।
**তাইবং নমু পোংওইবা,** মীওইবা—"তাইবং নমু পোংওইবা ইখোয়বু হাকবক লাংওন অসিগী"—ধঃ লাঃ নীঃ
**তাইবং নিংসাপান,** সংসার, তাইবংপানবা।
**তাইবং নোংসাপান,** তেংবানবা সংসার "ইপারি মালং য়েংলম খোঙগী থাবী মৈরঁ কুম্বা নহদি তাইবং নোংশাপানবু পুমনা শেন্দা লৈওরিংে মালেম লৈহৌচা ও কোন্নোয় নমিংথোংসু অশীপা-ও তৌনা কৌএ" -পোঃ লুঃ।
**তাইবপান,** সংসার,—"তাইবপানবু পান্মুইএ টকাংথুন্নী লাংচুন্দ তনগন্নু ে।" কুমমশৈ।
**তাইবং কাওরকপা,** পোকলকপা—"খোইদম নামুংবদি চুমিং শীং শুরবগী লোইদাম ইঙা থাগী উন্নাই চুমিং অকবলা থাবী মৈবুল থানগুম মত্তোম তাইবং কাওরকলে হায়দবরা?' —সনাঃ লাইঃ।
**তাইবং মমুং ওইনবা,** মী মরুক্তা তিন্নবা।
**তাইবং মালং কাওবা শানকোঙলবা,** পোকলবা, তাইবং কাওবা—"নোইতাম থা তন্না চুমিং শীং

তরপকি তাইপং, (তাইবং) মালং কাওনা শানফোং-লপকি"—কোঃ নোংগাঃ।

**তাইবং মীপোক,** মীওইবগী মপোক।

**তাইবং সোরারেন,** মৈতৈ নিংথৌ,—"লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ তাইবং সোরারেন্দি থায়না থৌগথৌবম চানিনা থৌস্থ থৌরকলেমলে"-লানঃ লম।

**তাইরেন,** উ মাং অমা, "নমগন্দগী ভুনা তাইরেন"—পুদিন।

**তাইরেন লোংমা লৌনা,** তাইরেন মরোং অমা পায়দুনা, "লংমাই লৈহৌ মাইবীনা তাইরেন লোংমা লৌনা লাইজা থিকফেন চাইরবদা পুরেরোম্বা মরোন থোকলে মরি থোকলে"—নাহৈ।

**তাইহেন নাইবা,** মীচঙ মীগায় নাইবা, ঐগী মীগী থায়বা,—"তাইহেন নাইফরোই শাগে মীচং, বাথি-করোই ভাইরী মরা চংকরোই"—ঔঃ ঙঃ।

**তাউথগুবা,** পীবা, কংপা, শেম্বি-শাবিবা, শোয়নদবা, "লোইদাম থবান থাগী নিম্মাং তরেংনি পানবা থাওজা হুমিং অকনবদা খেল্লেন মতম য়েংনাঃতাউ-থগুলে"—সনাঃ লাইঃ; "নোংয়ায় পুমনা হুপনা শঙ্গাই য়াকোন তৈনা শা শরীক লাইখন তৈনা শেমনা তাউথগুবিথিএ"— কাঃ। নাঃ ফঃ

**তাউচীং,** হৈ, তাউজীং।

**তাউচীং নানৌ,** হৈনৌমনা,—"পুল্লাং য়িমাইচোন তাউচীং নানৌ থেংনা লমওক ভমএ"—পাঃ নোংঃ

**তাউজীং,** হৈ, "তাউজীং মপূং ফাঁনাদ চাউরকলে"—ফুমদমশৈ।

**তাউজীংগুম মরূ পল্লবা,** গর্ভ পুরবা, মীরোল্লবা, ম ক থেংলবা, মশা বাই শংদ্রবা।

**তাউজীং থুমওই হাউথোইবা,** হৈ অথুম্বা অহাউবা।

**তাউজীং মরূ পনবা,** গর্ভ লৈবা, মীরোনবা,—"য়োরবু সীতা লাইরেম্বদি তাউজীংগুম মরূ পল্লবী-নিগীনা মীপোক খোজেন তানা নুরা খোমলেন তুমগনথিয়ে"—উঃ (রাঃ)

**তাউজীং লোনহায়নবা,** লোম্না-তুমিন্না ভাগুনবা (নূপী ভাগুনবা)।

**তাউজীংহৈচেন্নবা,** হৈ হেকপা—"তাউজীং লোঙ জুম্বু পোজেং লাইচম থম্না তাউজীং হৈচেন্নজৌ"—চায়।

**তাউথিংমাং,** খৃঃ ২৬৮-৩৬৪ দা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌনি, মৈদিংগু খুয়োই তোম্পোকনা নোংবান-লোন নোংমোইগু পান্নদুনা পোকপনি—"নয়োন মৈতৈ লৈমা নোংমোইগু অহোংবী সনা লিনগোইগী মমু মৈদিংগু য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগ তৌন্না কৌএ।"—নিংঃ লম্বুঃ।

**তাউদনবা,** হুমিং,—"য়োইমগ্নায়দি তাউদনবদি লৈজহনথিস্নুনো"—ওগ্রা।

**তাউদনবা মতাং তেনবা,** হুমিং তাগদৌরবা—"নম্বা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না শেনবী শিদবু হেম্বা তানদববু লৈরিগবন্না হায়না চীংবুরোই লাংওক্লকপদা তাউদনবা মতাং তেনবগী লোইবী ময়ুমনাক হেম্বা মশাইকোন্দা তাংথরম্মে, হাংখুনও থোক্লৈএ"—পোঃ খুম্বোক।

**তাউদন বাংনা কারবদা,** হুমিং কাথংলকলবদা—"তাউদন বাংনা কারবদা য়াকারক্কে"—থংলাঃনীংঃ।

**তাউবা,** হুই, য়াংলৈ,—"য়াংলৈ তাউবা হুইথোং খোনবু-না তারবগী" —থঃ লাঃ নীংঃ; শেম্বা,—"পুন্নয়াইবু তাউসে হায়থিএ"— তোরৈ; ঈশিংদা লুপ্তবা।

**তাউবা কংকা থোকপা,** হুই হুইকং থাংবা লৌ পোকপা,—"লাইরেন ভাংভোই য়োম্বমোংবনা ভেকপী ওকখোঙ হাংনা তাউবা কংকা থোকলুরে"—তুতেং।

**তাউবা কাণ্ডদেন,** চৈ; "ইপন শেল্লোয় মনিন নাই ইদু লংমাই মরাঙহৌবশিংও চীংশাং নঙখোয় লোইনা হৌ, তাউবা কাণ্ডদেন শ্, ভিমেন ভানোয় চোং, থাঙ-লেন পেরাং থাংনা ইদু লংমাই নরাঙ হৌ,—ইপন শেল্লোয় নথি নাইববু লাইরেন ইনেম মচানা না তার-বগী শেল্লোয় পকোংথি লংমাই পল্লিং থিবদি নমোম ঐসুঙ তুবী থিংলৌ পকোংলম লাইরেন পল্লিংকদু খওলোদে।"—নাঃ ফঃ কাঃ

**তাউবা কাণ্ডদেন পায়না,** চৈ পায়না, চৈ পায়দুনা।

**তাউবুং খোংতোবা,** থাওমি খোংজ্রোম্বনা পেম্বু লৈ-রেন পান্নদুনা পোকপা মচানিপানি,থাওমি খোংজ্রোম্বগী মথংদা চেংলৈগী নিংথৌ ওইথি, মানা ঈরেম ভোইবী লৈমা লুবাংথবা চম্বু লৌদুনা পাংথং অহন্নবা,

মুনাউরোই য়াম্‌মবা অমসুং কাম্‌ অতোনবা কৌবা মচা নিপা অহুম পোকখি।

**তাউরোই,** পুং ; "অশৈ পঙ্গ্যাবা তাউরোয় পুং-লেনগীনা"—নাঃ ফঃ কাঃ

**তাউরোইনাই,** পাখংবগী শাদোং, লাই অমা, অতিয়া গুক শিদবগী মিং অমা,—"অতিয়ানা তাউ-রোইনাই শিদবা কৌনা ঈশিংদা তাউরে"—
নুং অচৌঃ

**তাউছইরেং,** থব নমিথাক—জ্যেষ্ঠা নক্ষত্র।

**তাউছইরেং অহনবা,** চুমিং সনা খোম্মদোন অতোনবগী ময়াম্বা,—"য়োইময়াই সনা খোম্মদোনদি মশাবি তাউছইরেং অহনববু চৈবিববু শোং কিরগী তুবী মকোম্মুং লাইরেন ময়াঙ্গুংদা শান্থুপখিএ"—মুঃ কাঃ

**তাওতেক,** নৌ (খুমন্না হায়নবা),—"নোংয়াম্বনা বা হায়না খুমন্না ভেংথানবদি নৌবু তাওতেক কৌএ"—
খুঃ কংলৈঃ

**তাং,** মতাং,—"খিকলোয় তাংমা য়াদচীকনা"—
হি. হিঃ

**তাংকম,** নাপী,—"চীংলেন কৈদোইশম সরেন তাং-কম য়াদা চীকনা থৌনারকপা নঙবু কনানো ?"—
তোয়ৈঃ

**তাংকম য়াদা চিকপা,** য়াদা নাপী চিকপা।

**তাংকা,** শেল, তাঙ্গা ; —"শক ১৬৬২ হিয়াঙ্গৈ ২৯ নি ঈরাইদা নিংথেম কৈথেন্দা খোঙ্কুনা তাংকা ফৈকক ৫০০০ ছনএ"—চৈঃ কুম্বা।

**তাংকোং চৈশৌবা,** শৌ লাং থাকপা।

**তাঙ্গা,** শেল ময়েক ;—"খুমন চৈরাকপম লম্ফেলগী কুমদি শক ১৬৫৫ কালেন থা ২৫ নি ঈরাইদা শেনগী তাঙ্গা চিথেক নাইবা থোকএ"—চৈঃ কুম্বা।
সনা তাঙ্গা লুপা তাঙ্গা—সনা লুপাগী শেল।

**তাংচা,** তাংজা, লিন, কোক, ঈকাইবা

**তাংচাখোম্পী,** মৈতৈ নিংথৌ পাইখেম্বগী মমা, তাংজখোম্বী. সলাম চনু—"তাংচাখোম্পী হায়না ভেংথাপতি সলাম চনুবু থাএ"—পেন ভেংথা।

**তাংচুমখোক,** মতাং চুম্বা খোক ; থংজীং কোয়রেন খোক খোকুময়োই খোক তাংচুম খোক কেগে খোক-লোই নুরাবী মৈচেন থোকনে"—চায়ঃ।

**তাংজখোম্বী,** মৈদিঙু পাইখোম্বগী মমাগী মিং, তাং-চাখোম্পা, সলাম চনু—"য়োয়বু মৈতৈ লৈমা তাংজখোম্বী সনা লনগোইগী নমু মৈদিংঙু শেনবা পাইখোম্বা-ও তৌনা কৌএ"—নিংঃ লমু।

**তাংজা,** তাংচা, লিন, কোক, ঈকাইবা,—"রাইবী থোঙতাক লৈমাসুও লোইমোম লাইশক মাঙনা তাংজা ঈকাই লৈরোরে"—সাঃ লাঃ; শীংলেন ইচু থাউ লৈয়াং থাউবী ইরাকচামনা তাংজা ঈকাই নংসে হায়বনো" — উঃ ( মা ) ; গুক, থৌনাউ, লৈ—"চীংঙু তাংজা মরৈতোন্দা, হে সীতা লাইরেম্ব-ও চেংলো নশক উত্রে হায়না মিকপখিএ"—
উঃ (রাঃ)।

**তাংজা ঈকাইবা,** মীমাঙকবা, ঈকাইবা,—'হাওথোং শিনাইখুনা নোংয়ায় মপাচাবু তাংজা ঈকাইখিয়ে"—
চায়ঃ।

**তাংজা খোজুল্লীবা,** কংননবা থিবা, খোজুল্লীবা ; "লব পাংগনববু ফাখিববু তাংজা খোজুল্লীনা হুয়েন লান শোক্লরগে"—উঃ (রা )

**তাংজা মরু লুকনা,** লু লুকনা,—"খুরোল হাওবা লায়রবদি চরৈ ফি লৈতবনা তাংজা ঈকাই-লাই শেং-কোই নীক তাংজা মরু লুকনা লৈরমদে"—
মোইঃ নিং লমুঃ।

**তাংজা মরুলুকনা মালেম লৈবু য়েং,** মরু লুকথ-ডুনা লৈপাক্তা য়েংবা,

**তাংজা লমকপ্পা লিল্লা নাথেৎপা,** য়েন্নববু থঙহন্দ-না নাপী মরক্তা লুমহুনা লৈবা ;—"কেগে থাংভেরা অথৌবনা থোয়বা না.রাম্নুংদা তাংজা লমকমলে লিল্লা নাথেৎখিয়ে"—চায়ঃ।

**তাংজা লিল্লা,** লিন ;—"তাংজা লিল্লা চনু ঊলুগী লৌশিংবীগা পল্লেম ইমা অনীমানা মপারি ঐবু নাউ-য়োকপিরিবা অদুনে"—লাঃ শাঃ থাবা।

**তাংজা লিল্লাথী,** লিন,—"তাইবং নমু পোংওইবগা তাংজা লিল্লাথীগা হুয়েন লানশোক্লবদো থৌরম মতৌ ওহোকপনে"—লাংঃ সাঃ থাবা।

**তাংজা লিল্লা থৌ,** লিন অথৌবা ;—"কুম অতোন-বদি নোংশীং চৈয়োয়ননা তাংজা লিল্লাথৌওবনা হুয়েন লান তাপিরবদা"—উঃ (রাঃ)

**তাংজা লিল্লা পাখংবা,** পাখংবগী লাংওল অমগী মিং।

**তাংজা লিল্লা পাখংবা রাইচংথলম,** পাখংবনা হন্দং-হন্দা চংথম।

**তাংজা লু,** কোক।
**তাংজা লুদা থোংনা,** কোক্তা থোংনা, কোকা হাপ্পু-না,—"চীংলেন নোংতাইখোঙ্বু তাংজা লুদা থোংনদি শৈথিজরক্কে"—চীংথং: শাঃ ফাবা।
**তাংজা লুরেন,** কোক, "ঘুমথৈ ঙাকপীবু থাঙলেন কোমশংনরে তাংজা লুবেন ককলে"—
মোইঃ নিংঃ লম্বু।
**তাংজা লুরেন তোন,** কোক,—'থুমনৌ মখুতোন তাংজা লুরেনতোনবু য়াওরো শানা কানগনে থোই-মোম লাইনা শোকলগনে"—শনকাও।
**তাংজা শন্নাংতোন,** ইশাং শাংনা ভাবরকপা শম-যোন।
**তাংজা শেংগোইবা,** ঈকাইবা নংবা, মায ফিরুক খুম্বা।
**তাংতনবা,** মতাং নাইবা, মতাং পানবা,—"নেম্বী শীংনাং তাংতনববু নোংয়ায় শী'বী মকু থোক শী'নাং তাংগা থেকনা কোয়ৌ-নোংবুম মঙানি শীং থারম্মে"
—হিঃ হিঃ
**তাংথবা,** লান্নবা, ঙাঙনবা।
**তাংনশম,** মথং মথং, মৈনা বায তাংনা শম,—অমগা অমগা মথং মথং শম্নবা,
**তাংনা শম্না,** কাম্বদনা মথং মথং শম্নদুনা,—"হম্বি-ডৈদা নোয়বরু মৈনা বাই তাংনা শম্না নোয়বদি লম-লেন মদাইমদা নোয়এ"—অনোয়ঃ।
**তাওনা,** বানা, লুনা, মমল তাওনা।
**তাওবন,** তাঙবল—ফমফম, সিংহাসন, চৌকী,—"অতিয়া শিদবনা মহাকী নিংসাবু সনা তাওবন ওই-নদুনা মথক্কা ফমলগা"—পুদিন।
**তাওবল্লোই,** থাওবল্লোই,—অকন অথৌদা পীবা শাকা লানফাগী মনা মথোইবা, লানশীং চামা কারবা নম্রগা শাশীং চামা মঙা কারবা নম্রগা নিংথৌগী মথায় কন্না শা কাবা নম্রগা লান্দা অভোম্বা মায়গেগী নিংথৌ কাবা নম্রগা নিংথৌগী মথায কনবা অকল অথৌদা পীনবা মনানি। তাওবল্লোই চায়বা অথৌ-বশিংদি চীজোন থেন কাবস্নু য়ারে। তাওবল্লোই চাবা অথৌবশিংদা তাওবল্লোইগা লোয়ননা পীনরম্বা মনাদি—নংথৌফি ওজা (হকচাংগা) থুংকা শাজোন-বা, থোজ্রাই মথক মথা, খুবোমরাইশিরোনবা, খুদাং-য়াই চৌখুবা, খুংশি, তানশি, খোঙশি, ভরেকশেং,
নোংনিংথোই, য়েন্দুলাংমৈ, সনা লৈথম, সনালীক লীকতোয, লৌপিরি য়াম্খে ইন্নি।
**তাংমা,** মতাং অমা,—"উনিং তাংমা কক লাইজা -মচিন মেন"—তুম্ভে:।
**তাংমিৎ,** মতাং অমসুং মমিৎ,—"খোকদাং তাং-মিৎসু তরেং পাল্লে হায়না পাউভাকথিয়ে অচু নোংগীবু তাকনা খোকলাংতাক-ও তৌনা কৌএ"
—চায়ঃ।
**তাঙলম্বা,** চাক্তাঙবা, "কুম অচু য়ামনা তাঙলম্মে, কৌপোৎ অমদা শেঙ্গাউ ৪৫ শিংএ"—চৈঃ কুম্বা।
**তাংলৌ,** মতম।
**তাংলৌ লৈনা থেঙবা,** মতম থেঙজিন্নকপা,—'হুমিদাং তাংলৌ লৈনা থেঙ অমম তোনবা নার-নশি"—হিঃ হিঃ।
**তাংলৌ লোইদাম য়োইচান লৈ,** মুংদাংদা থানা লৈতে'বা।
**তাংশক্কবা,** উমিং থৌওইদবা,—"থোংনাং ময়াম্বনা চী'ঙু ঐবু তাংশক্কে"—সনাঃ লাইঃ।
**তাজিন খুয়ৌ চনবা,** লোংগ্রৌ য়েংপা।
**তান,** পাম্বোমদা শিবা সনানা শাবা লৈতেং অমা পাম্বোম কাবী, "সনা খুজি লমথাং খুলং তান থাম্বেন চপ্পা পি"—চৈঃ কুম্বাঃ।
ঈশৈগী মাত্রা।
**তানখংবা,** মানবা।
**তানখোক তেককোন শৌবা,** কোন শাবা।
**তানচপ,** পাম্বোমদা শিনবা লৈতেং, পাম্বোম কাবী,—"তানচপ মঙান নাই নপুর খোঙশি থোন"—
লাংঃ শঃ থাবাঃ
ঈশৈগী মতাং অমা।
**তাম্মোঙ,** মমুং,—"অহি' চংপা শাগৈ মরিমদি তাম্মোঙ মমুং কৌএ"—থিরেন মৈঃ লীঃ।
**তাম্মোঙ খোঙখুম্বা,** মমুং মাইবা।
**তাম্মোঙ লেমথোঙ,** মমুং মফেন, মরাক মমুং,—"লৈথম থেংগোনা খমলবদি লৈবাক মরা তপই তাম্মোঙ লেমথোঙ মমুং মফে পাকনা পাল্লে"—
থেজো।
**তানদবা,** মী য়ামনা তাবা, খুঙ্গাউ লৈচাউবা।
**তান্নে,** থাও শাবা, থাওজবা।
**তান্না,** য়োনা,—"তরা চেঙদি মাঙদা ইম্না য়ামবী তান্না মায়ঙৌ তান্না থোইমুমথৌবু হোঙনেম্বা"—অহোঙ।

**তানকংদবা,** কংদবা।

**তানকংবা,** কংবা, "তাইবং মীপোক অসিদি পঙ-না তানকংঙমদে খোইয়ম লাইনম্ভ ওইঙমদে"—সাঃ লাঃ

**তানবা,** কংননবা চৎপা—, "১৩ নি ঈরাইদা নিংথেম য়াইরিপোক্তা শামু তানবা চৎএ" চৈঃ কুম্বা, লৈপাক লুথনা তৌথবা, দাবী তৌবা, হোইবা।

**তানয়ৈপুং,** তানয়ৈবা লোয়শঙনা মতম থঙনবা পুংজা খুদিংগী য়ৈবা পুং।

**তানয়ৈবা,** লোয়শঙ অমা, পুংজা খুদিংগী মতম খঙ ননবা থম্বা লোয়শঙ, তানয়ৈবা লোয়শঙ মৈদিংগু খুয়োই তোম্পোকনা পানবা মতমদা (খৃঃ ১৭৪৪-১৭৬৪) লিংথৎখি, মথং মনাউ নাইনা লীশাং শীংনা পারী পুরী ইবা :—নিংথৌরোল তানয়ৈবনচিংবা।

**তানিং,** তা মনীং।

**তানিং পায়জমন** তুং ইরুবগী, তা মনীং পায়বগী।

**তাপান রাই,** তা পানথিবা মক্ম ;—অদোন রাহে থমগোইবা পুখা লাক্লেম, রাইশা লিনচিককোন চেনগা লাইকারম, লংমাই কাকলেন শিৱম কোইবা তাপানরাই লমলেন রাইশা পন্দোন য়াদা চায়না খোঙফেন্নবা অদুম্ভ মদোমদে"—চায়।

**তাপুংশিংমিংনবা,** পোইরৈতোন অমস্তং নৈমা নৈ নাউতাবীগী মচা নিপা শাংতাপুংগী মিং অমা।

**তাফা থিবা,** অশঙ্বা থিবা,—'থাঙকাই শোয় কৌবনু কেকে তাফা থিবনা থাঙ্গা শোয়ও তৌনা কৌএ"—মোইঃ নিংঃ লম্বু।

**তাফা ( তাবা ) থিবা হাইমন তানবা,** অশঙ্বদা হায়বা,—"থাঙ্গা-ও কৌবনু কেকে তাফা থিবা মোইরাং হাইমন তানবনা থাঙ্গা-ও তৌনা কৌএ" মোইঃ নিংঃ লম্বু।

**তাবু,** লুবাক, "তাবু লুবাক মুংদা হাপ, লাংজন পুরি তু, শৱা চাজুম নমনা চরৈ পোথ।খিরে'— নিংঃ শাঃ।

**তাবুল,** কিজেং মগল অমা,— 'চুক অসিদা পাল্লঙ্গা নিংথৌদি নিংথৌ ককম্ভ তোনকোনবা নৈমা উরুম খাউচোনবীনে, . . . . . লমচং মতৌ হোংদরিএ, কিশেঙ্খি তাবুননে"—শাঃ লমঃ।

**তাম্বা,** উচেক জাং অমা ; লাপ্পা।

**তামজা কৈদোই হকপা,** চঙবদা বাবা।

**তাম্বা,** থাপ্পা, লাপ্পা ; রাৎপা ;—"চৈরাপ রারেন শঙদা মশাবি নিংথৌ থৌগল তামলে"—ধঃ লাঃ নীং "মোইরাং থোরী তোঙাউশুনা কেগে নোংগাংখোংবা লুফুই নামথুম্বা শোয়রেন থাবনাপ্পনু লেমনৈ ভাচঙ তামলে"—শলকাও।

**তামলবা,** লাপলবা, অথাপ্পা।

**তামুল্লং,** লং (তাশিনবা)।

**তামৈ,** তা মত্তোন তা মমৈ।

**তারকং,** কংশিঙমনা য়ৈনবা যন্ত্র মখল অমা।

**তারকপা,** য়োরকপা,—"লোইবী চীংশাং কৈতুপ লান্না পোইরৈ ভম্পাক তারকলে"—খাঃ ভম্বাঃ।

**তারোন তা,** লংনবা তা, তা মখল অমা।

**তাল্লকপা,** কংননবা তানবা, য়োননবা লাকপা,— "বিষ্ণুপুর য়োতুনা শ্রীবিষ্ণু লাইমরুগী মখোঙ থম্বাল লৈথোঙথাদা খুবাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্না থুরুম থাজঙ লবগা পোইবৈ কোঙ্ম তাল্লকলে"—খাঃ ভম্বা।

**তাল্লোয়** মতু—"মোমু তাল্লোয় মবশীগী দমকপু হয়েং পোইবৈ চাদোন্না কাউদনবা রাংঙম শুদোন্না নিন্দনবনু—হিঃ হিঃ।

**তাল্লোয় অথুবী,** মতু অত্তোপ্পী, "লৈমুং থম্বারেন অহনবা, শৱা কংলে পুংফাবগী তাল্লোয় অথুবী লুম লেন অতোনবী অহিং তরা থোংবী মুংথিন শংলৌ যেয়ল্লাংবী • তবর ?"—পেঃ খুম্বোক।

**তাল্লোয় তুখন য়ামপা,** মতু য়ামনা বিবা,—".চরৈ নোংছুম চ ঙপা তাল্লোয় তুখন য়াম্পা চাকংা লুকথুং হকপা"—মঃ লৈঃ।

**তাল্লোয় তুচা,** মতু মচা, -"পামং হোঙনেম পুংবু নমদা হুন্না য়োথবু তাল্লোয় তুচা হো তয়ম নাইজা তিন্না পোইবৈ খুনগাবরুপনে" নাঃ কঃ কাঃ

**তাল্লোয় তুমুংশি,** অচানবী মতু গোয়দাবা মতু ; —'মাকংতৌবেম বৌপা মপু নিংথৌচা-ও ইমোম অসিপু তাল্লোয় তুমুংশিপু ওইপিও"—কৌঃ লোঃ।

**তাল্লোয় তুপুক থায়বা,** মতু কায়নবা।

**তাল্লোয় মথৈ নাইবা** নূপী মকোন নাইবা।

**তাল্লোয় মরুপী,** মতু, 'মুনি তাল্লোয় মরুপীশিংবু চেংলৌ শক উনরগে" উ (রাঃ।

**তাল্লোয় মীতু পাম্বা,** মীপী মতু পাম্বা।

**তাল্লোয় মীতু হুবা** অতোপ্পা মীগী নূপী হুরানবা ; "য়াবা লনয়াম পাম্বগী তাল্লোয় মীতু হুবনে"ধঃলাঃনীং

**তাল্লোয় লুমতিন্নবা,** মতু থিবা, নূপী থিবা।

**তাল্লোয় লুমলেন,** মতু,—"ইনোংয়ায় নঙবু নরুম নাক্তা থাদনা তাল্লোয় লুমলেন হাওকরোইএ"—নাঃ ফঃ কাঃ

**তাল্লোয় লুমলেন হঞ্জবী,** মতু অহন।

**তাশোল,** তা, ত্রিশূল,—লাই অমদি শিব কৌএ মথুক্তা তাশোল পাম্বনা লৈএ'—নূঃ অঃ।

**তয়ম্ মরান খানবা,** অবৈবা মীনাই।

**তিকপা,** পোৎ লৈবা, মনল ভাওনবা—"ও১ নি শগোলশেন্দা শীক্সা ভাইগোওঙ্গীগী শামু তিকপা চৎথিএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ, মৈ যাইবা।

**তিঙ্গা,** হিডিঙ্গা,—"শীংবী লুখো পুনা তিঙ্গা ৰাকয়ৈ হিথাংকম লৈরাই চাংদোনথক্তা ৰাইথ্ংলুরে"—বঃ লাঃ নীঃ।

**তিংনকুইবা,** মথাংলেন শাংবা।

**তিংঙি নাউগা ওনবা** তিডি [illegible] মতাং তৌশিন্নবা।

**তিংবী** থোং শেনাই [illegible] ;
"ইপাম শেলোইনা ৰ হা [illegible] ইন ত থ ন লম্বীবুদি মংবী ও থোংবদি তি নী ও তৌ বৌএ—[illegible]

**তিতি** শল থমস্থং ইরোইদা য়ুংলেমচংলুং [illegible] খঙহনবা,-"পানবা কৈন তিতি ফাই এ" চৌঃ ঈ.।

**তিঞ্জুম খনাং নীকপা** তুকচবা, ঙোইবা —'থাং-ইংনা তরা চানমথিগুম তিঞ্জুম খনাং নীকএ"—চাঃ লাইঃ।

**তিনতু তীনশাবা,** সাই তীন য়েৎপা।

**তিনপান খোকমৈ মেন্থা লাইজা ঈথিন তোকপা,** হকচাংগী ইথিন নেম্বা (শিরমদাইগী ফিবম),—"য়াম্বা নিংথৌ থাংথিবদি তিনপাল খোকমৈ নেম লাইজা ইনিন তোক পায়মা নিংসা খন্বনা হাল্লগনে" চাঃ লাইঃ

**তিনপান খোকমৈ নেম পায়মা নিংসা খমলবা** [illegible] —"তিনপান [illegible] নিংকোনবী [illegible] কলে"—পোং থূম্বাকঃ।

**তিমেন,** তা, 'তিমেন নখুংশঙনা ভাই থিবিঙবো'—ধঃ লাঃ,নীঃ তিমেন নথুংশুবু চৈরৎও" -তুতেং।

**তিমেন ঙালোয় চোংবা,** তা খোশাবা,—"তিমেন ঙালোয় চোং থাওলেন খেরাং থাং য়াইবী কলহৌ-নিকনা অচোংয়িমলেনবা মবানযায়বু যিমলেন শাই-গং কোয়না পাওমেনখিএ"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**তিমেন তাজেল্লবা,** তা লৌরুবা,—"কেগে ইপন লম মোইরাং অয়ুমনাক্তী তিমেন তাজেল্লখিগে"—চায়ঃ।

**তিমেন তামৈ পায়জমন,** তা পায়হুনা নিংথৌ খনবগী,—"পল্লেম ওয়নামশূ লিনগোয়গী পূর্ণসিং নিং-থৌখোংজমচা নওদি লাইবে। তিমেন তামে পাযজ-মনগী খোংনা থাংচপলোই তিমেন তাক্তিন গনবা রুপারাম অথোবব্ কাবা ও কৌ ও"—নিংঃ লম্বঃ।

**তিমেন মতাচা,** মহাক্তী খুংশু তা,—'মচুংলেন্দি ওক্তা হুক তিমেন মতাচাবু খুত্তা পাব, থাওলেন নামৈ যেপনা [illegible]"—[illegible]

**তিমেন** [illegible]

**তিমেন হুংসান** [illegible]

**তিলাই** [illegible] তিলাই মন [illegible] খোঙ্গম লৈদা বীন [illegible] তিমেন ত হুনবিবু"—চায়ঃ।

**তিলাই মেন** তিন থকপা।

**তিলাং** চফ তিল।

**তিলাং খোয়দাবা** শবায় তাবা, ঈপূকনা য়াবা পাম্ব "শুন তৎওগী এথকতা মৈবাগী ম কুমনা ভাল্লা শানা লৈখিবী নওবু পায়মা ঐনা স্নুংজওবী তিলাং খোয়দাবীবু পোকনবে'—পুদিন।

**তিলাং খোয়শাউবা,** শাউবা, তীল 'তিলাং মখোয়শাউ থাজা কোজয় মানবা বায়রা মথুৎ-শূনা সুশর্ম্মা নিংথৌ লীরুং মথুংশূবু ককথংলে"—বিঃ (মহা)।

**তিলাং খোয়েরুবা,** তিন হাবা।

**তিলাং চাকনিকপা** চাক লাম্বা।

**তিলাং মখোয় শাউবা** শাউবা খোয়দৌ শিকপা, "টীভ্ ঐন তাংশক্ত হায়না তিল্লাং মখোয় শাউ-না ৰাতাথিখিএ তুতেং।

**তিল্লাং শউবা** পৌজেং য়োৰমথৈ শাউবা, য়ামনা শাউবা।

**তিল্লাং শীৎকল্লবা,** তিন কংলবা।

**তিল্লাং হাইশিংনবা,** তিল শিংপা, "মোমহু ঈনফু মায়রংশোন তিল্লাং হাইশিংননা লেমলৈ ঙাচোপ থেম্বদা"—চায় ।
**তিল্লাই খোম্বা,** শোকউবদা হাকচগনবা তীল মখল অমা, বৃশ্চিক রাশি।
**তিল্লি লাইরি থংপা,** কনাগুম্বা মা অমা য়ামনা কন্না নারুবদগী অনাবা করবদা অমুক হন্না নায়েক-মবা হায়দুনা নারুরিবা মী অদুবু লাইশোন তীনশোল .শান্দুনা ঈরুজথোকপিরগা মাইবনা লাই খুরুম্বিবা।
**তীংই,** ঈকপ্পা হৈবা উচেক চাং অমা, —"তীংই নাউস' ঈরুপলে ঙাহু পেরাং থাংনদি ঈফুরে দে"—কুমদমশৈ।
**তীনখুন,** কংকান্দা লৈবা সুরুং,—ক'কান্দা লৈবা সুরুংদি তীনখুন কৌএ'—পাঃকঃ।
**তীনখি লাইথিবা,** লাইগী মরী মথো' থিদোক্লুনা লাই খুরুম্বা,—"কেগে তীমখি লাইখিরবদা মোইবা' মনিন নাইনা পাম্লে"—মোইঃ নিঃ নম্বুঃ।
**তীনথোক য়াংদৌ** তীদ্রোক ; —"থৌরী মিক্তম চিংবা, চেকপ লুরোই লাকপা তীনথোক য়া'দৌ লেংনা খোইরা চিন্দাই মেনবা"—চায়।
**তীনলাং লাইরাং,** লাই তীনগী ঈবাং পূজ .—"উমং লাই মাপনমক্কী মাইবা মশিন য়েল্লম্বা মাইবী মশিন পীম্বা তীনলাই লাইরাং মশিন খৈথিবিকপু হায়বক্কে।"—লোঃ শি।
**তীম শিদবা,** পাগংবা,—"পাগ'বনা হুমিংকী মপূক মম্লংদা হুক্তিনথরে সনা কাকোক মহু দা তীনশিদবা কৌনা লৈরে"- পাঃ নাঙঃ।
**তুকনা হুইনা,** শোম্বনা, পথনা, তুকথনা ।
**তুকুপ চুংনা,** মত্তু চুংনা।
**তুকুমপা,** অদুগুম্বা —"মম মীহাং চৈবু থুম্বা শূনা তানচিল্লকপা তুকুমলে'—লাংঃ শঃ থাবা।
**তুগুম্বা,** অদুগুম্বা।
**তুং,** মতুং, মনীং।
**তুং ইন্নবা,** মতুং ইনবা।
**তুংওইকোন,** তুংদা থনবা মকম।
**তুং ওইনা থম্বা,** তুংদা থম্বা।
**তুংকোং,** কোম্না, মতুংদা।
**তুংথাংনা,** নংগন্দা য়ান্দুনা, তুংলোমদা য়ান্দুনা; —"মপাম শেল্লোয় চীংদগী হাওশম তুংথাংনা শিং পোন শেম"'--নাঃ কঃ কাঃ
**তুংশোল্লবা,** তুং থংবা ।
**তুচোং,** মকম;—থাবা মরানয়ায়দগী মালং চৈরোম-ননা তুচোংপন লাল্লকলবদা অঙোবা মশাবগা মিংয়েং শানকৈনরে"—পাঃ খোঃ
**তুনানবী,** শন্দং।
**তুম্নুং,** লং—"তুম্নুং লংলা পূনগুম্বনা মূকমৈ নারিন শোম্লৌএ"—পঃসঃ মজ্জ।
**তুম্নুং লংলা পূনগুম্বা,** লংলা লংজিন থিকম থঙদবা বাকমগুম, চময়বগুম্বা,—"বারম তুম্নুং লংলা পূনগুম্বা অমবু থোকলে"—ধঃ লাইঃ নীং।
**তুলেম,** লম ,—"তুলেমবু অহুম থোকও, তম্পাক-লোন মঙামা লৈমুয়োন তক্কমা"—কোনঃ থাঃ।
**তুপথংপা,** ককথংপা,—''বায়রা তেনবী অমমমনা লিল্লা লথা অনীশুনা তুপথংলুইএ' — লাংঃ শঃ থাবা।
**তুবানশা,** 'মতু পানবা শা,— "তুবান শাগুম পোকলব। পম্বৌ ঈহন নো'গীনে .কাকফয়োই-দে"—কুমদমশৈ ।
**তুবী,** নিংথৌ, লাইরেন, মতিক চাউবা নিংথৌ।
**তুবী ঙাংয়েক চন্দু,** বা'ঙমলোন পাম্বোইবী।
**তুবী ঙ'ংয়েক চন্দু তংকা মুপা ফুইতিংঙা তংকা চন্দু,** পাম্বোইবী।
**তুবী চীংলেন নোংয়েন খোম্বা,** গম্ভীরসিং মহারাজ।
**তুবী চুম্লু থোইবা,** মতিক মঙণ লৈবা, খুাইদগী হেনবা নিংথৌ।
**তুবী থমং লৈমচা,** সনা কোন্নুংদা মহারানীনা পোকপা মচা।
**তুবী থয়াঙ মথৌমন,** নিংথৌগী মতীক মথৌনা, "-তুবী থয়াঙ মথৌমন লাইরেল চুঙশেন ময়ানওল লমচিমবু হাঙদবা"—ঔঃ ঙঃ।
**তুবী থি'লৌ য়াইদা হৈতাবা মচা,** নিংথৌগী মচা মশূ পোকলকপা।
**তুবী পুয়োকপা লাইরেন পুকনবা,** নিংথৌ কনবা।
**তুবী মউন হু লাইরেন মতাং শিংপা,** তুবী লাইরেন নত্রগা লিন মকু হবা,—"হেবু নোংথোন

তেংমাইথিনবা মশগুলেন শায়াশেনবা লোইনা য়ায়েকশঙদা তুবী মউন হু লাইরেন মতাং শিংলম্বগু মদাইয়েম ইমিংলোই হঞবনা মিংয়েং শানকৈরবগী —নিং: শা:

**তুবী মহী হীনা মেওবা,** নিংথৌ মপুক তম্না,—"লাইরেন মৈদিংঙু পোংনাং ময়ামবা তুবী মহী হীনা মেওবা লাইরেন ময়াই য়াইনা কবা"— নিং: লথু: ।

**তুবী লাংগোই থুনেৎ,** মহারাজনা তোংনবা শগোল নত্রগা শামু ।

**তুবী শারেপ ইরেং পুরেপ কারবা,** মপুং কারবা নিংথৌ ।

**তুমথোইবা,** য়ায়া তুম্বা ।

**তুম্বী,** ঈশিংদা লুম্বা, ঙগ্‌বা নৈবা ইবেল অমা ।

**তুমাবা,** তু খোংগী মপু লাই, মীগী লমদগী লাকপা লাই ।

**তুমিৎ,** হুমিৎ ( থাঙঙা কম্বোংনা হাযনবা );—"মপাম থাঙঙানা মিকৌনা মহু কম্বোংনা তেংথানা হুমিৎপুদি তুমিৎ ও কৌএ, থোক্লুবদি পাংলবা-ও কৌএ"—নিং: লথু:,য়ামনা পীকপা তীল লাং অমা ।

**তুরেং কাই,** তুজোম্বা,— "মেনাং তনবা তুরেং কাই অঙোবনা লমওকপুং"—নিং: লথু: ।

**তুরেন থোঙ্‌য়াই,** তুরেনগী হিদেন্ তাকম,—"ভালোম অতোম্বীনা লাইজা ইপাল্লাংগে হায়না তুরেন খোঙ্‌য়াই কুমলকলে"—হেঞু ।

**তুরেল চংলৈ,** তুরেলগী লৈঙোই ।

**তুরেল মিথাং কাই,** তুরেল খুদিং যেংবা।

**তুরেল মিথাংকাই তুবাল মকোই এন নাউরা** থোম্নরেম্বাঙ, কোঙ্গ্রেং ।

**তুরেল লাইজা ইরীক লাই,** তুরেলগী ঈশিং,—"ঙাংঙোই য়োমথোংবা তুতেং ঈ, তুরেল লাইজা ঈরীক লাইনা ভাংজাকৈনা লাম"—না: ক: কা: ।

**তুরেল লাইথংকাল,** তোর্বান্দা হোবা শীংনাং,—"তুরেল লাইজা ঈরিক লাইনা ভাংজা কৈনা লাম, লিমি কোয়া তাউ, তুরেল লাইথংকাল ককচেং তোরোল থোম, কাওবী-তমলোইভাউনা লাইজা ঈরেনপুংজেলবমু লাইরেন মৈদিংঙুনা শাম্না ঈয়েহি তম্না ইমু থোজাওবা লাইজা ইশম থৌরকলবগী"— না: ক: কা: ।

**তুরেল লুথাইবা লাইজা ঈ থাবা,** চীংঙু কৌবরেন অহনবা "চীংঙ কৌবরেন অহনবা তুরেল লুথাইবা, লাইজা ঈ থাবা"- তোরৈ ।

**তুরেম বাংমা অঙোপানবা,** অঙোম নিংথৌ;—"অঙোম নিংথৌদি তুরেল বাংমা অঙোপানবা কৌএ" — কম: মি: ।

**তুরেল বায়খুবীচা,** বাযখু,—"তুরেল বায়খুবীচানা মপল পীশা চাবগুম" লাংলোন ।

**তুরোই থিবা,** মতু থিবা, নূপী থিবা ।

**তুখুন,** লৌখোং, ঈশিং খোং, তুরেল নত্রগা ঈশিং চেনবা খোংলমগী মরিন,—"কংলাগা জোংশাবগা অনীমক্কী ময়ক্কগী তুথুন্দো থুগা তোরৈ কৌএ"— নূং: অচৌ ।

**তুশারম্বা,** যাগী শারবা ।

**তুথুপ,** তুরেলগী তোরৈ,—লাইরেন মৈতেংঙুনা যোংবা তুথুপমাংনা নোংমায় থুমন নিংথৌবু ভাইথবথিএ"—থ: থা:হি: ।

**তুতেংবা,** লোখোং তেংবা, তু.খাং তেংবা ।

**তুতোবা,** লোখো তোবা, তু খোং তোবা ।

**তুনা,** পুম্নপনা,—"লমথাংদা কংতুনা লৈপাক মীয়ামগা নিংথৌগা তুনা হাংলে"—মিয়াং ।

**তুম্না,** থানবা ( ছাভিন, পেনচিংবা ),— শেনবী পোংনোংচা সনা মুকতু তুম্নবু হৈরৌএ" — নিং:লথু:। য়ানা মকু লৌপোক্তুনা চাবা ( থাংজিং তুম্পনচিংবা ), ককথংতুনা তোঙান তোঙান তাবা, তুবং লাকপা, ( শগোল তুম্না—শগোল কাঙজৈ শাম্নবদা শগোল অমনা চুমাত্রং চোম্নঙৈদা শগোল অমনা চেম্নিবা শগোল অম্তবু কৈনা তুবং লাক্তুনা থেংথুবা ) ।

**তুমকম্‌লবা,** তুমতুনা লৈবা,—"লমলেন মদাইমা পোকপী শাপৈরৌ নোংপোক থায়া লৈহৌবীদা মতোম মতোম তুমকনলম্লে" – মোই: নিং: ।

**তুশাং,** তুখোং মশাং, তুরেল মমিল ।

**তূয়া,** তুরেল, তুরেল মনা, তোর্বান মমিন,—'লিনবাই মোংবা তূয়া ইমা তাকনা ঈমায় থায়থবিয়ে" না: ক: কা: ।

**তেক্তা লাইকোই থুংবা,** মায়হিং কাবা,—"অমন খ ঙলেন চম্নিবী নঙবু মাওবা তদা নম তেক্তা লাইকোয় থুংহিগনো"—পো: লু: ।

—চানা তোংতম শেৎনা—নাপী কোয়নৎতুনা,—"চানা তোংতম শেৎনা খাখা মৈয়াই লীক্তুম শম্ খুৎমা থুংথিরে'—পোঃ লু।

**তোংতিংশম্বা,** মৈতৈ নিংথৌ তেনহৈবগী (খৃঃ১৩৩১-১৩৫৫) থাক্ত।

**তোংদম, ঙকশম, তোংতম,**— "পাংঙল থবাক লোংনা য়া ঙংশম তোংদম হাইদুনা ইমাম লাইমিং শৈশকনা"—খঃ ঙখা।

**তোংনা য়াম্বকম,** তোংদুনা অমসুং য়াম্দুনা লৈনবা মকম,—"লাইবেন মচীন মনাউদি তোংনা যাম্বকম্বু লৈতরে"—ভুতেং।

**তোং পায়বা,** নুপী তিবা,—"লাই লৈমা অতুবু লুবাং পুসিবনা য়োকলদুনা নোংশানা লৈরকলবদা কনাগুম্বা খঙ্গন্দা উহন্দনা সোরারেন লাক্তুনা তোং পায়রে, মচা নিপা অনী পোকলে"—তাংঃ লমঃ।

**তোঙপোন বাইরৌ,** ঙা হাপ্পবা তংগোন,"–তোঙপোন বাইরৌ থনগে থনঙমলমদে'—নাঃ কঃ কাঃ

**তোঙপোন বাইরৌ থাংবী,** মখুংদা তুক্তোন থাংবী নুপী,—"খাংমু খাইথিপম চম্ তোঙপোন বাইরৌ থাংবী কুমথা নাতৈ কাঙবী'—নাঃ কঃ কাঃ।

**তোংবাইবা,** তোং পায়বা, নুপী তিবা, -'পাঙল লম্বোইবীগী তোংবাইবিবে হায়দুনা মতোম্বক ময়ুম মৈ থাদুনা শিলোংদা চেনখি—"চৈঃ কুম্বাঃ।

**তোংবোন,** ঙা হাপ্পবা তুক্তোন,—"পাখৌ মথিং কোংঙাবা-ও ঙাইবখি ও লেমলৈ ঙাশিং কাদা তোংবোন বাইরৌ থন্দরিযে"—চায়।

**তোংলেং,** থবানমিচাক,—"তোংলেং মশীং থীঙমবনা পারে"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**তোংলেং লৈশংলম,** ইশং হোবা মফম।

**তোংলেম,** মুংশীং,—"কোয়ৌ মোংমদোন মুংনাং কাউখংকোন্দা, মালং মু শীং শিন্দবনা তপনা শীংপদা" —হিঃ হিঃ।

**তোংলৈয়াং,** কমকম।

**তোৎপা,** শিবা (শেলোই লংমাইনা হায়নবা),—"নোংবান কদেম শোয়শেনবা অসিদি তোৎলে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**তোন্দম,** ঙকশম।

**তোমান খোইবা,** শমভেৎ হাৎপা।

**তোনানবা,** নাতোন্নবা, থবক নাহোক্তনবা, হেক্তো হেক্তো লাউবা।

**তোনাবা,** মৈতৈ নিংথৌ কোংয়াম্বনা নোংবাম্নোন খম্বা ফাবী পায়দুনা পোকপনি, মৈদিংঙু তেনহৈবগী মথংদা খৃঃ ১৩৫৫ দগী ১৩৫৯ ফাওবা পানখি।

**তোন্নৌ ছুনবা,** য়েন্নিং ছুনবা, য়েন্নিং চোংবা।

**তোপনা ছুলাললম্বা,** তোপনা থনবা।

**তোমথিন,** নাইতোম, —'শকখোং মঙান নাইবদা সিন্দুর তোমথিন লৈয়েক তৈ"—লাংঃ শঃ থাবা।

**তোম্ফাং,** অবোঙবা, অফাংবা, কোন্তংগী ইবেমশিং য়োম্বু য়োইহৈগী ফিশেৎ,—"য়োয়পু য়োইহৈকী ফিশেত্তি তাম্ফাংনে"—মশিন।

**তোমশত্তবা,** মপুক লোঙদবা।

**তোমশোল চারা ইকুথেৎ,** পুক লোঙবা, —সনা চোঙলেন খায়া মোইবা ঙংখা মথায় খায়না খুম্বাপং লৈমুং ঙাংশবী ঙানিংশিং অনীমকনা তোমশোল চারা ইকুথেৎ তা অনে"—।

**তোমাল,** পুংঝাউ,—"তোপ নীপাম্বক কাপ, পানা তোমোল পুংচাউ খীন"—জিঃ চঙ, কিজেৎ,--"থোইমোম লাইখিংখৌ নোংপোক মালং ছম্মোইবা তোমাল খাগোই শেৎপা"—লৈবোম।

**তোমাল খাকোয় শেৎপা,** খুংদা কোযশিন্দুনা শেৎপ ফিজেৎ, "লাইখিংথৌনা তোমাল খাকোয়-শেৎ, পাকলোই কমহাইনাই, চৈরে লুখুম চাউ"—পাঃ নোংঃ।

**তোরান,** চৈ,—"লীচৈ তোরান শুনা"—চাঃলাইঃ।

**তোরান ছুনবা,** অরাং অপা য়েংশিনবা, বাত্তনবা পীবা।

**তোরৈ,** তুরেন মরুগ ঈশিং খোংগী থংথেক থেকচিনবা শরুক,—'মোংবা তোংব য়াম্বু চিদেম চংলৈ খুদিং তোরৈ লমসাংমবু সেন্দনা তেংথারকে"—তোরৈ।

**তোরৈ থেক,** ঈচেন নাইনা চেনবা ঈশিং চেন্থবগী খুনিংথেক শাবা মকম,—"খুখ তোরৈথেক্তা চায়না খোঙকেন্নববু লৈএ"—চায়।

**তোরৈ নমশাং ইন্না,** তুরেল মরিল ইন্না,—'অরাং লাইনা পাংবরম অসিদা তোরৈ নমশাং ইন্না চৎথৎলকপবু হিদেন নঙগী নতারম নুরা চেঙঙী পুন্নারম অসি চেংলৌ মিংথিংলবগী"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**তোরো,** অঙাং

**তোলকপ লোবা**, মতোন ককপা।

**তোয়োং ঊকপা**, খোইজু নৈখাম ঁৈব থাহুনা মৈখু কাহনবা।

**তোয়োংবা**, মতোন লোওবা, পুংকাই।

**তোয়াবা**, থোয়দিংজম।

**তোয়াবা চন্থু**, থোয়দিংজম নিংতোল।

**তোইকীদি**
**তোইগীদি** } তোইগুমস্থং,—'তোইগীদি শানৌ লক্ষ্মণ লৌশিংবা নডনা চিংনা হুয়েন লান শোক্লরুও''—উঃ (রাঃ)

**তোইকুম**
**তৌইগুম** } তৌইগুমস্থং— 'তাপোম তুস্থংশ অপাম্বীবু ওইডমলোইএ তৌইগুম সনা অযোধ্যা ইনিংথৌ রামচন্দ্র লাইযিংবোগী মথানৌ সীতা লাইরেম্মনা সনা লঙ্কা লৈপাক্তা হুনিং মপীং রামনা লৈকরবীবু সনা সিংহাসন লেপম্ময়ে" উঃ (রা)।

**তোকুমলবা**, তৌশিন্নকলবা,—'খোইমোম মনা তোলছুম মচেকপনা চপকে মন্থুংথংনা মৈপে তোকুমলবগী"—ত্ তেং।

**তোকাই ওবী**
**তোগাই ওবী** } চকপ্রম চন্থু,--"তোকাইওবী হায়না তেংথাবদি চকপ্রম চন্থুবু থাএ"—পেম্লোন তেংথা, "ত্ংখুন নিংথৌ ঊইতেবু মোইমিং লৈচুমবা নোংবাম্লোন তোগাই ওবীনা নোংবাম্লোন থুমন থোবী পম্লেম মধা পোকপু চাদনা লাইহই থখমনে"—চাঃলাই।

**তোওমলকপা**, তোমকপা।

**তোজ মতিকমন**, তোজমকপগী মহৈ।

**তোজেং কমহাইরোই**, তৌ মানবা (থাডবা) মী।

**তোজেমবা**, তৌ মাবথা।

**তোথোপ**, তোগী থুম্মোক, পোলাং;— "তোথোপ থম্বাংনা লামু পোম্লেম হাম্নে"—চায়।

**তোথোপ থম্বাংনা**, পাবোৎ পুহুনা,পোলাং পুহুনা;—লুয়ক কাংবৈ থি থোনাউ লেম্বোং লেম্না তোথোপ থম্বাংনা কেগে মপন লমদা তনবা মচীহেন লাবা ময়াই লাংবা হলবাইরকএ"—চায়।

**তৌত্রি**, খেংনবা যন্ত্র মথল অমা,—"শরীক চোমজাউ থীং লাংবন তৌত্রি থোং বাকমা থোনমান শকমা পাউদোইনরকলে"—মোইঃ নিংঃ লম্বু।

**তোদা আমো**, তোথোকনা।

**তে'রা**, তৌ ময়া।

**তোরাং**, ফক।

**তোরাং চীনফু ফকু**, চীন তেংলপা কাযশিন্নবা ফক,—"লাইঙ্গা ঊওনথোংদা তুবী মচীন ফু, লাইবেন মমাম তা, মথে ও মনম শেংনা তোরাংচানফুক ক অমা তৈ, চৈরৈ ফিদা অমা শেম"—নাঃ ফঃ কা।

**তোরাং ফকচা**, ফক।

**তোরাং ফকা ওনবা**, নাহুনা হিপ্পা।

**তোরা লামথম্না**, তৌ ময়া শাংনা।

**তোরেন**, তৌ।

**তোরেন থাংপোক শাবা**, তোনা যূম শাবা, তোনা ফুপ্পা।

**তৌশিক**, তৌশিনবা, তোরবা,—"লওজা অয়োন্ বাবু কবি লৈরবগী তৌশিকনো"—লাংঃ শঃ থাবা।

**তৌশিকনিগীনা**, থোরাও তোরবনা।

**তৌশিকনে** তোবরে।

**তৌশিকনো**, তৌরিবনো,—'লানমী মীয়াম তিনবা রাংতাবু মাইবী থবায় হাকনা নোমহনবা অসিবু বায়ম ওইজথৌ করবু লৈরিবগী তৌশিকনো"—লাংঃ শঃ থাবা।

**তৌশেৎ শেথনা**, তোনা উপশিন্দুনা।

**তৌহিক মথৌমন**, তোজমকপগী মহৈ, তোজমন।

**থক থোংবা,** মথক্তা হাপ্পা,— 'মৈশূং থকথো' মৈরিয়াইদা চন্না শাখী মৈ নিজববু কুবিও''-মৈঃ.অথ।

**থক্তা তেন,** অথাক অবাউ, নোংমৈ শীজং, বজ্র, "মাইশনচা নূপী অমা থক্তা তেন্না শোক্লুনা শিএ" — চৈঃ কুম্বা।

**থক্তা নাশী,** নোংমৈ শীজং, অথাক অবাউ,বজ্র,— "খৌনাউজমগী ইংখোল্দা থক্তা নাশী তাইএ"— চৈঃ কুম্বাঃ।

**থক্তা,** মথক্তা।

**থক্তা অমা শাক্তবা,** মথক্তা অমা পোক্তবা।

**থক্তা অমা শাক্তবা খাদা অমা ফুমুন্নবা,** মথক্তা মযাম্বা নত্তগা মবুং অমদি মচে পোক্তবা মথান্নসু মচিন মনাউ অতৈ পোক্তবা, মথন্দা পোকপা।

**থকশি,** মথক্তী মীদা চৎপা হৌনবা লমচৎ।

**থকশি খাশি,** মথক্তী অমসুং মখাগী মীদা চৎপা হৌনবা ব্যবহার;— "তাইবং নোংশাপালগী নমু পোংলমচৎ,! থকশি কাবলবা খাশি নিকলেংশৈবু' —লাংলোন।

**থকশি খাশি নাইদবা,** অত্তম অবায় শত্তবা থকশা নাইনা চত্তবা, হায়দি হায়রোই শত্তবা।

**থকশি খাশি পরৈ লাল্লোল্লবা,** অংত্তংগা যোক লক্তবা।

**থংগ্রি,** উরপ্পা।

**থংগোং,** অরাংবা।

**থংদা,** চম্বু, নিত্তোল,—'বাংঙমলোন থংদা খুনৌবম চম্বু মযুম্লোইনাই থংবা লাম্বা সনা ঈবু চীরৌর্ক্ব।' — চাঃ লাইঃ।

**থংবী লাম্বা,** মৈতৈ নিংথৌ— মৈদিংগু যোই রাম্বনা নোংরাম্লোন খুমন খাবী পাম্বগ্বা পোকপা মচা,—মৈদিংগু যোইরাম্বগী মখংদা পুঃ১০০২-১০২৪ কাওবা পানাখ।

**থংলেন,** মবা, মপুরোইবা,—"থংলেন হাওরোক-পানবী শূনা মাওরৌ শা শেবু লাক্তরে"—শলকাও।

**থংলেন ইনেম্মচা,** ইশাবি, ইপুরোইবা,—"থংলেন ইনেম্মচা ও থাওবায় কোংগংং অহনবা-ও" —চোঃ থাঃ পাখং।

**থংলেন রাপুক খায়বা,** মবা খাইনবা।

**থংনা,** হেকনা, কোয়না,—'লংমাইনা খোয়মা নাগা থংনা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**থংপা,** হেকপা, হেন্দোকখিদনবা থিংবা।

**থমুং,** পুকমুং,থবায় নৈকম।

**থমু খীংনা,** থম্মোই শোকনা, মপূক কাওনা।

**থবা,** উকশম, থবানমিচাক—ভরণী নক্ষত্র"।

**থবাত্তাংলি তৎপা,** শিবা।

**থবা মমৈ রাম্নবা,** শিবা,—"শজিক মতুং ইন থবা মতম রাম্না থবানপিচাক খোঁ চোম্পী ওইগিরে"— মাঃ কঃ কাঃ।

**থবা লাম্নদবা,** খাবান লক্তবা, মুনিং থা অকবা।

**থবা লা [illegible] খাইত্তবা** [illegible] থবানমিচাক থবানা [illegible]

**থ'ন,** [illegible]

**থ'ব** [illegible]

**থ'** [illegible]

**থ'ব** [illegible] অঙ'মবা।

**থবি সেংগোইরেং অপানবা,** তুমিং।

**থবি হাম্না উবা,** হাবং থা মশক উবা হানবা, চহী

মেবা;—"ইশাবিনা চুমিং হায়া থঙেও থবি হায়া ঊইএ"—হিঃ হিঃ।

**থবি রুম শাবা,** চুমিং মজ্জা থাগী অক্লোয়বদা কোইরপ কোয়না চুমথাঙ থনবঙম লৈবা মশেকী মকোয়,— "অসি থৈবিকপু নীংশিংলকলদুনা থবিরুমগী মথক থোক্লে"—পুন্দিন।

**থমং,** কংলা, কোমুং,— "থমং নিংথৌ বাংগোন লৈমচা"—লৈরোম;ঈশিং।

**থমং থাবা নিংথৌ ভরা,** শয়াং লৈশাংথেম, — "থমং থাবা নিংথৌ ভরামক্তি শয়াং লৈশাংথেমনে" —কমলোন।

**থমং লৈমাচা,** কোমুংদা লৈবী লৈমমা পোকপা মচা,— "হোওনেমরোয় খুম্বাও লোকদি শেল্লোয় নাই লংমাই ভেংনা য়িমকাবা অসিবু ভুবী থমং লৈমাচা, থমং নিংথৌ লীকলাই বাংগোন লৈমাচা বাংগোম নিংথৌনে"—নাঃ কঃ কা।

**থমোই ঈথক হোৌবা,** পুকমুংদা অমা মুংশিগী মৈচাক চাকশিল্লকপা;—"শ্রীগুরু অথোইবদি থমোই ঈথক হৌবনা থোইশিল্লকলবগী মালেম লৈদা ওয়া" —ধঃ লাঃ নীং

**থরক মুংগৎপা,** মিপাই থবাইবা।

**থরাউচি,** কোরিনা শাবা চীয়া কামদুনা থোংনবা মন্ত্র মথল অমা—মৈতৈ নিংথৌগী মচা নিপা পোকপদা সোয়ারেন লাউবদা অমদি নিংথৌনা কম্বাল ভোংবদা ভোইবিজমনা কাসা পাউভাকপদা থোংনৈ।

**থরাও,** হারৌ।

**থরাম,** নাপী জাৎ অমা।

**থরাম লানথবা,** মতোল লামথদুনা রেন্দেম থরাম শোইবা—থাওনা পঙকক ককপা।

**থরুক,** পাওন,—"থরুক মজল লৈদা ওওবা লৈ, শীংলেন মনাভাদি পাম্বা কৈয়া মামবা লৈরাং মপালভাদি সনা লৈক্লেং মানবা পাওন কুসুম লৈদা পানবা লৈ"—লৈরোন।

**থরে,** মখা, মখা মায়গৈ,—অয়োংবগী ভগ্নু কাওবদা লৈবা লম (কোনয়ায় হুনবদা হায়নবা।

**থরৈ কুপা,** মখা মায়গৈদা চৎপা, শিবা।

**থরৈ চম্বু,** মখারোমদগী লাকপা নিংভোল।

**থরে চমোইবা,** হোওনেম লুবাং নিংথৌ পুল্লিবগী মচু ঈয়েম ভাইরন লৈমগী মপা।

**থরৈ লেমলৈ,** মখা মায়গৈ, অয়োংবগী ভগ্নু কাওবদু থরৈ, অদুগা ভগ্নু মখা মখৈ লেমলৈ কৌনৈ (মাইবা মাইবীনা সনা লুপা কোনয়াই হুনবদা শীজিন্নবা বাহৈ), লোকতোনপম্ চম্বু—"থরৈ লেমলৈ হায়না ভেংথাবদি লোকতোনপম চম্বু থায়ে"—পেনঃ ভেংথা।

**থরান নোংলৈ উদবা,** অহো অরাং লৈভবা।

**থরায় অপকপা,** থরায় পানবা, জীব পানবা,— 'ভাইবং'থরায় অপকপা পুয়মকপু কোরৌ নোংজা খুদিং লাংবন কাওয়েন শনশেনবগুমনা অপোক ঈহন নোংদমলিবা লাইয়িংথৌ-ও"—পোঃ লুঃ।

**থরায় ইমিয়েন,** ঐগী থরায়নি, ইথরায়—"ইশাবি অঙৌবা নত্তবু ভম্পা থরায়-ইমিয়েন মহাকনে'— পাঃ পোংঃ।

**থরায় ভংপা** শিবা,-"ভক্ত থরায় ভং চীংঙু ভেনবান (ভিনপান) থোকদৈ নেমদ্রিঙৈ থজ্ঞ মঙম মৈদা ভাদরিঙৈ ভক্তা নঙনা য়াওনা য়াংগোইবিও"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**থরায় পোলিংপা,** থরায় থাবা, শিবা,—"থরায় পোলিংথিবনু শমু খুংনা লাকনা থৌথামকরোদে"— লাংলোন।

**থরায় মমিয়েন,** মথরায়,—"নোংদমখোনবু হেনকদবগী থোক্লরবনে থরায় মমিয়েন্দি হে নিংথৌ থোইমোম লাইবু নীংবা নঙনা কনবিয়ো"—ধঃলাঃনীঃ।

**থরায় লাইকনবা,** থরায় কনবা, শিহন্দবা, — "নিংথৌ মশাবি খোইমোম লাইবু নীংবা অসিবু থরায় লাইকন ভম্মরোইএ—ধঃ লাঃ নীং।

**থরায় লাইখংনবা,** মিপাই থাবাইনা, থমক হনপৎদুনা ,—"লানমী কয়ামরুমনা থরায় লাইখংননা চেনথোকখিয়ে"—লাংঃ শঃ থাবা।

**থরায় লাইশেংবা,** থরায় হিংবা, চি লাউমা হিংবা,— " মতোম থরায় লাইশেংজরকএ"— খুঃ নিংঃ লমুঃ।

**থরায় শিরোই তমগুমনা,** থরায়দা থাকনা, শিনিংচিৎ তৌনা, শিদি শিহন্দনা।

**থরান,** থা অমগী মরিং।

**থরান নারুম পাইবা,** মমশিল্লকপা,— "থরান নারুম পাইওদা বিম হু থৌবা চকমোম থাবী মৈথাংথোওদা মশেনবু শিনহা থোংকুম থোংবা

কুপ্ত মৈদা ভাজা মোংমজে”—পাঃ সঃ মজ্ঞ।

**থরাজমিচাক,** থরায়বিচাক, নক্ষত্র,—“থরানামচাক কুজ্জরেংবা পোকলে”—খিঃ মৈঃ লীঃ।

**থয়াও মথৌমন,** মতীক মথৌনা,— “লাইরেন থয়াও মথৌমনগীবু মিং ওনখিয়ে’- নিং: লঃ।

**থা,** লোইদাম, থাজা, থবাক, থীক থা,—“পেনা মুংত্তোনবু থাদপম চৈজিং য়েংতা পায়না,” হিঃ হিঃ থা অয়ানিথোইগী (অরিবা) মমিং-থুবি—লমদা, চিনবী—শজিবু, কানবী—কালেন, অশাউ-ইঙা, হায়েং—ইঙেন, য়ানতং—থবান, অচিং—লাংবন, আরে-মের ; চিকথম হিয়াঙৈ;উনথম—পোয়মু, ইনথম—বাকচীং, লাংগা অশিং—কাইরেন।

**থা অহন নোং,** নোংমা পানবা, থাওমনোং - “শক ১৮১০ শজিবু থা অহন নোং থাওজদা নিংথেমমা শাজগা চংএ”- চৈঃ কুম্বাঃ।

**থাওবী,**—চীংগী লোকমায় — “শমু চীংলাই ভান, থাওবী লোকমায় হেনয়ে”—নিং: লমু।

**থাওমনোং** নোংমা পানবা।

**থাকন,**—থকংন, “থাগী লাইনা সনা থাওবন ওই, থকী লাইনা থাকন ওই”—নূ ম্চৌ।

**থা কাউদবা,** থা অহুমা অসি তৌগনি হায়বা কাউদবা।

**থাংই.** ফৌ, “হয়ুম লৌরামচাশিংনা পামেন উমাই কোনবা লোইমোম কৌইস্তোকনা থাংই চেপনা কোংপবু কোংয়োনবী”- ফৌঃবাঃ, চেংলৈ শলাই।

**থাংই অঙন ফৌ,** অঙন ফৌ থাবা লৌকম।

**থাংই থমচোইনবা,** ফৌ হুনবা।

**থাংই ফৌমায় চোনবা,** ফৌ মমায় চোনবা।

**থাংউরেন,** লৌগী (মোইরাংনা হায়নবা),—“কেগেনা জেংথানা মোইরাংনা মীকোনা লৌমীবু থাংউরেন ও কৌএ।” মোইঃ নিংঃ লমু।

**থাজা,** লৈকাই, লোক্তাক ময়ায়দা লৈবা ঈথং অমা।

**থাজা কম্বোং,** চেংলৈ, মী কাঙলুপ অমা।

**থাজা হেপত্তোকনা,** লৈকোক লৈকাই লান্দনা।

**থাজুম্বা,** চিনবা।

**থাওজা তোনপান নিংথৌ,** লাই থাংজিং, মোইরাং লাইচি থংবা মায়পৈ ভাকপা লাই;—“হাওরৈ নোংচুপ পাংবা কেনচি নোংহম লম মালং মথোঙচিল, থমকোন ময়াকচিনবু ভায়া থনবা শম্বোং পূংমায় লেপ্পা কেগে লৈশাপুং মোইরাং কাসারেন খুয়োন ককোম কথা থাওজা তোনপান নিংথৌ য়াইবী পল্লোই তানবা তথেল লাকচিন কথা ময়াং শকাং তোংবা পাওন রুপ্পাক কোইবা কেগে শম্বোং মোরিবা, চীংলেম নাপোম অচেংবা কমকথা, থৌদু নুংনাংথক্তা য়াঙলবা লীখিক কোময়াতৈবা লিরেন কংশি নিকপা য়াওয়ো শজিক্তং শঙাই কোনংত সেথা ভায়ু কোনমুত শাবা থারম থোনথৈঙাম্বা হুয়েন চিংগা কপাক ফাপা থোয়ম” পাঃনাহেঃ।

**থাওজা,** লৈকাই, ‘ইপন নথোয়না নপাগি ঐবু অয়াং কৌবা মচীংলেনবু থালৈ ইরোমাঙবু ওইয়ো হায়না থৌদঙনিংগীনা থাওজা হেপলুবা লৈকাই পোইরুমদা মিংয়েং শানথৈরকপবু লৈয়ে”—পোঃ লুঃ লপলেনকা,—“মোংবা থাওজা লপয়ান কা লাংলেন শায়োং পুংয়ান থাদা চানা ইক মতাই কাংনা থোইমোম লাই ওইখিরে”- নাঃকঃকা।

**থাওজা ইমচি মরি,** য়ুমগী চিথেক মরি,—“নোংবান থাওজা ইমচি মরিমক্তা লোইবী অথৌবা হুয়েন শায়োপু মরেম লাংলেনপু চীংগ্রঙ নোংগ্রঙ অথৌবরু লালু থয়োন নীকনা লৈহাও তয়া শেংওইনয়ে”—চংঃ লাই।

**থাওজা কম্বোং,** মণিপুরগী মী কাঙলুপ অমা, চেংলৈ।

**থাওজা লপয়ান কা,** লপলেন কা,— লাইরেন মৈদিংঙুদি থাওজা লপয়ান কাদা নশানৌ থয়োয়য়োন কৈরুলাঙবীনা শমু ওয়রমকম, লাইরেন মৈদিংঙুনা শরেন য়েংলমকম’—নাঃ কঃ কা।

**থাওজা লৈকাই পোইরুকপা,** লৈকাই কোইরুকপা,—“অহল মতম ওইরবী হমু ময়াই কারবী অমজং থাওজা লৈকাই পোইরুকএ”—চায়।

**থাওজা য়ুমুম হাওদনা,** য়ুম অমতা চিথদনা।

**থাংচপজা,** থাব্রাংনা।

**থাওচি,** শহুম, থাওজি।

**থাংচীং কোয়রেন নিংথৌ,** (মোইঃ লাইচি থংবা) মায়পৈ ভাকপা লাই অমগী মিং,—“থাংচীং কোয়রেন নিংথৌনা নমগুঙওই”—নোংঃ লাইঃ।

**থাংজা পুজা,** পাওনা পাওনবা।

**থাংজ মতম পানগুম,** থাও অচৌবগুমনা থৌবা।

**থাংজা পুরেন,** কম অমা, “দমা তোংরা নগুবু

লাইরেন ঐনা পায়না পূকনীং পেয়থোইরে নংঙদি থাংজা পূরেন ওইখিরে।"—ঔঃ ঙঃ।

**থাঙজা ফিরেন,** লুহোঙবগী কুজবা পোং শাগৈদা য়েনবা ফি।

**থাংজি,** উ জাৎ অমা।

**থ ঙজিং,** লং, স্থনা লং।

**থাঙজি মিতম চেনবা,** শত্রুম চেনবা :—লোইবী কাক অমুবনা শরেন থাঙজি মিতম চেনবনা হান্নগনে"—ঔঃ (রাঃ।

**থাংজীং,** লাই অমা, মোইরাং লাইজি থ'বা মাগৈগ ঙাকপা লাই, থা'চীং কোয়রেন নিংথৌ, —"থাংজীং লাই মরু য়াইবী পল্লোন তানক, তথেন লাক-চীন কম্বা, ময়াং শকান তোংবা পাঙন তম্পাক কোইবা সু'না' সাকান থক্তা কমকম্বা' পাঃনোঃ।

**থাঙদা চৎপা,** থাঙনা য়ান্দুনা হাৎপা —"চেংলৌ মিংমা য়েং'হৈংদবা কাদা লাল্ল'না বঙেং থাঙদা চৎলরগনি"—ঔঃ ঙো।

**থাঙথবা,** মথং মথ' পুথবা।

**থাঙথোম্বা,** থাঙ শাবা।

**থাঙপাক,** হবাই জাৎ অমা, "হবাই থাঙপাক মথাংপাক"—লৈঃ লৈথাঃ।

**থাঙবন,** থাঙবল্লোই,—(তাঙবল্লোইদা যেংউ।

**থাংবা,** লেঙদনা থম্বা লেন্দুনা কেঙবা, শরুক পুথৎপা,

**থাঙলেন,** থাঙ, থাঙশাং, অথোইবা থাঙ — "মথৌ কথোংবনা লুরুক কাঙদৈ খি থোনাঊ লেম্বোং লেন থাঙলেন চেপ্পা চন্না তৌথোপ হম্বাংনা লাল্ল্ পোলেম হান্নে"— চাম।

**থাঙলেন কোমশৎনবা,** থাঙনা য়ানবা, -"য়াইকুল লাল্লোয় তরেংনা মোংবা যুম চঙলে, তম্ভু যুমথৈ ঙাকপীবু থাঙলেন কোমশৎনরে"— মোইঃ নিং: লম্বুঃ

**থাঙলেন খেয়াং থা'বা,** থাঙ হাইবা,—"থাঙলেন খেরাং থাং চু'লোং থাকুপ হৌনা ইছু য়াইবী কনহৌনিকপশিংও নথোয়বু ঙাইরখিও"- নাঃ কঃ কাঃ।

**থাঙলেন চেপ্পা চনবা,** থাঙনা য়ানবা, থাঙনা কম্পা;—"থাঙলেন চেপনা চনগে হায়না হুয়েন লাল চঙখিরে" - ঔঃ ঙঃ।

**থাঙলেন চেপজা চনববু মচম কবা,** থাঙয়ান কজনা য়ানবা।

**থাঙলেন পাইজা পিস্নুনো,** থাঙনা হৎসনো।

**থাঙলেন পাচা হন্দবা,** থাঙকম অমুক হন্দবা।

**থাঙলেন মহাকথাক,** থাঙনা য়ানখিবগী মথাক।

**থাঙরায়,** অরাং।

**থাংরাইননা,** মায়গৈ য়েংনা মকম য়েংনা।

**থাঙরাই মারনি থৌ,** মারজিং, -ঃ নোংপোক লাইনা পাংবয়ম থাঙরাই মার নিংথৌ চীংঙু ওংচা চীং মাপা ঙকলেন্না য়াকানবা লাইরেন্না পোং পৈনবা কপো ক্যাং ঙম্বা, থামুং ফাবা, লৈপাক মাইবা হনবা বাতেম্বা মাইবা হনবা বাঙলবা"—পাঃ নাহেঃ।

**থাঙ রাং শমকোন,** মৈতৈ নিংথৌ-তোনাবগী (খৃঃ ১৩৫৫-১৩৫৭) থাঙ।

**থাঙশরাই,** থাঙ শাকম।

**থাঙয়ি,** কৌ,--"থাঙয়ি মপান কাবা লোইমোম মহৈ চূববু লনকূবিরম্মো"—লৌঃ ঈঃ।

**থাঙয়ি অঙৱৌ,** অঙন কৌ (কৌ অঙনবা) থাবা মকম।

**থাঙয়ি খোঙজ্রোম্বা,** খৃষ্টগী মঙাতবা শতাব্দীগী অত্তুরাইদা পালম্বা চে'লৈগী নি'থৌ অমা।

**থাঙয়েনবা,** থাঙ পায়তুনা লাল শোক্লবা,--"শেনবী থুনগং ১৭ মাবু শেনবী পামত্তায়বা কবো থাঙ-য়েননা থৌশাপবদি তুযেন লাম্নিগীদি"—নিংঃলম্বু।

**থাঙয়েনা,** মথৎশিংনা

**থাচা,** থা, "লোইতাম থাচা চৈহৌ থা লমতা থা-ও কৌপতি কতৌ নোংকিনো"—থারোন।

**থাচিন,** থাজিন, থা হৌগৎলকপা;—"থা অচুগী থাচিন্দা গুরু গোপালদাসদা নিংথেমনশিংনা লাই-মিং লৌএ"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**থাজথোইবা,** হেম্না থাজবা,— "নোংমাম কংলা থমথনা পূকনীং থাজথোইখিয়ে"—চাম।

**থাজা,** থা,—"থাজা তরানিথোইমাবু তেনা তেনা মহল্লরুএ"—লাংলোন; "কুমজা নৌহৌরে থাজা তেকহৌরে"—মশিন্।

**থাজা নৌহৌনা,** থা থৃজিংগী ইনৌ নৌনা।

**থা তরানিথোইগী মমুং মকৈ,** বাকচীংনে,ইঙানে লাজ কাইরেম্নে মেয়ানে কালেম্নে পোয়হনে থা তরুকমদি -মমুংনে; ইঙেন লাংবন, থবান হিয়াঙৈ লমদা শজিবু থা তরুকমদি মকৈনে —থিঃমৈংলী।

**থাত্তোন,** থবানমিচাক উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্র।

**থাখিল পেকপা**, য়ামনা পেকথোকপা,—"লাইজা থাগন পেক থুমু নৌকন লাক তনমু নাকন ফ্রবদা বাকয়ে যাথ নাইনা তোংচেং মরাঙ হৌ-রকলে"—থঃ থাঃ হিঃ।

**থাখুম**, খুম্পাক মচা।

**থাদক**, মচা অতোম্বা, থোম্ম, থোম থকলিবা অঙাং।

**থান**, কু।

**থানজুম**, কি অচৌবা, কিজাউ।

**থানকম**, শূমাঙদা অশিবা থন্কম,—"ক'লৈ থান-কমদা শরোয় হুম্ফমাথোইনা কিবাক খায়না নমু ক্ষোংশা শেং, ঈঙাঙ পাকতক্লা ইমু পামফেল্লে" হেঙ্কুঃ।

**থানকম কুম্বা**, মং যৌবা।

**থানিন**, পূর্ণিমা, তবামঙানি পানবা মাকমৈ।

**থানিন নোং**, পূর্ণমা হুমিং,— "শক ১৬১০ শজিবু থানিন নোং থাঙজদা থা শানা ফ'এ"- চৈঃকুম্বা।

**থাপনা কম্বী করিগুম্বদা**, কবি লমদা, কবি লৈ-বাক্তা।

**থাবনা**, চগোং।

**থাবনা কম্বিরেম**, মরৈপাক, মমুম।

**থাবম**, থাঙলেনকম, অশিবা থন্কম, শবা তাইনথেন, মাগোপ থনবদা শীজিন্নবা হুমদা' পুরিবা হুমদাংগী মখাদা থাঙওবুদৌনা কৈবা বা অশা'বা অচৌবা, চাক লেনগী মখাদা হাপ্পা উকৈ।

**থাবল**, থাগী নঙাল।

**থাবল চোংবী**, কেক্রেকে চো'বা, লমদা পাদা য়াউশং মহুদা হুংদাং নাহারোল পাথং লৈশাবী মো নাহা খুজেং পালোইননা থুংকা থুংকা শরতুনা (পায়নতুনা) ইকোয় কোয়না চত্তুনা মী অমনা ঈশৈ হল্লগা ময়ামনা খুমতুনা ঈশৈ শক্তুনা হরাউ তয়ামহনা খোঙথাং য়াওনা চো'তুনা শারবা মশান্না।

**থাবললোইনা**, থাবন্দা।

**থাবুম**, থাগীং, থা মপূব, থা অমা,— "লোইদাম থাবুম ভরানি গুনা গর্ভ মপুং কাববী অসিবু"— উঃ (রাঃ)

**থাম্নলৌ থুপচিনবা**, অথঙবা অদু খঙদবা শাবা

**থায়াক**, লৈ'।

**থায়াকলৈ**, লৈ কজবা, "সনা কাঙথলহুংদগী থায়াক লৈনা হাইদোকলে, সনা মুখল কাঙজরে"—ম্রাকৈবা।

**থারুক**, পাঙল—"মজল অরাক তম শমলাং ভৱৈ-নমা থারুক লুচিংবা পাঙল মীয়োংখন অননথা পাতনখা মঙ্গলখা হুয়েন অহুম্মাবু পাঙল চঙনা ফারোঁএ" – মঃ ভম্বা।

**থারুক লৈনুং অশৈবা**, বাহি।

**থারোন**, অকাখা শা, মপৈ,- "নোংয়াম বাহেং খমকোইবনা শয়েন শিখৈ চোকলব' য়াওরো কৈশোনরববু শারেন শায়াঙ থংনা থিংলো থারোন পুখিয়ে"——নাঃ কঃ কঃ।

**থারোন পুবা**, তানা লেংবা।

**থাল** কু।

**থালথোকপা**, কু পুথোকপা।

**থা শানা ফংবা**, থা গ্রহণ লাকপা, চন্দ্রগ্রহণ তৌবা,—"থানিন নোং নি'থোকাবদা থা শানা ফ'এ' —চৈঃ কুম্বাঃ।

**থাশি**, থাঙ কুম্বানি পানবা মাকমৈ, অমাবস্যা।

**থাশি থানৌ**, থা পানখংলকপা অয়সুং শিথ-রকপা।

**থাশি নোং**, থাশি হুমিং, অমাবস্যা, কুম্বানি পানবা মাকমৈ,—"থাশি নোং ঈরাইদা হুমিংপু শানা ফ'এ"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**থাশি মায়কৈ**, শজিবু, থবান, পোয়নু থাদা চীংথৈদা, কালেন লাংবন বাকচী' থাদা অৱাংদা, ইঙা মেরা কাইরেন থাদা নোংচুপ্পা, ইঙেন হিয়াঙ্গৈ লমদা থাদা কোঁক্দা থা শি। থাশি মায়কৈদা শা শল পুবনচিংবা তৌবা ফত্তে।

**থাশু**, থাশি, অমাবস্যা।

**থাহয়োং**, থা বোংমা পানবা শুক্লা প্রতিপদ,— "লাংহৈ কুমচা খুজিংগী লোইতাম থাহয়োং খুজিংতা চীংঙু লাইরূপ পুয়মানা য়োয়মা থোখয়ে"— নোংঃ লাইঃ।

**থায়া**, কাচি কারোং।

**থায়াঙ**, থৌনা।

**থায়াঙ**, পাথোম, মতিক মথৌনা,—"থায়াঙ মজান-পোমনা কোলোয় মিংচংলে"—উঃ (বা)।

**থায়াঙ কোন্নাই লোনবা** থৌনা কবা, লাল্লা থৌবা,—"পাঙু নিংথৌ থায়াঙ কোন্নাই লোনবনা য়াওরো শা তানবগুববু"—পঃসঃ রক্ত।

**থায়াও মতানপোমনা,** নপাঘোমগী পাংগয়া।

**থায়াও মথৌময়া,** মথৌনানা, "নপাঘোমগী পাদয়া.- "শ্রীরামচন্দ্র থোইকোইবা চীংঙু মতৌ ওহোকপা খোইমোম থায়াও মথৌময়া সমুদ্র ঈমায লাং-1 বাওনবা";—উঃ (রাঃ)।

**থায়াও মথৌ,** মথৌনা।

**থায়াও মথৌমন,** মতিক মথৌনা,—"নিংথৌ থায়াও মথৌমন্দি মহাকথক্তা চনবা লোইদি ভরুং হাওনে"—মোইঃ নিংঃ লম্বু।

**থায়াও মথৌময়া,** মতিক মথৌনানা, মপাঘোমগী পাংগয়া।

**থিক,** থা, থবাক, মথা।

**থিকক্রি,** উচেক জাং অমা।

**থিকপী,** ফুংগা।

**থিকলেন,** থবাক, মথা, থা,—"চীংঙু বরি বাপীনে। হায়না য়োয়বু থিকলেন থাগফুনা ঙকথী লুমলাং কোয়া থজাই লেংলোই চুপ, কৈরা তান্দথোংনা মীকপথিয়ে"—উঃ (রাঃ)।

**থিকলেন খোমহুম চনকয়োই,**—খোম থকফক্লোই।

**থিকলেন খোমহুক্লনা,** খোয়াং অয়ুক্ত নওথনা,—'থিকলেন খোমহুক্লনা চাইচি ময়াও হৌনা ছীকনা ছীকমা বাহমলকএ"— খোং মোকাঃ "

থিকলেন খোমহুকনবা—পম্মগা খোম পীথকপা।

**থিকলেন থা,** থবাক ;— "চকলৌশিদং শোন থিকলেন থাবু কুনা বাওইথিএ"—নোং চীজোই।

**থিকলেন থাদা কোয়া,** মথাদা পমনা, —— "মপারি ত্রাজমা থরায মাওলথবু থাকলেন থাদা কোয়া নিংথৌ সনা খোঙলেন ঙাকপা লক্ষ্মণ খোঙলেন শঙহনবদা বাহমথিয়ে"— উঃ(রা)

**থিকলেন থাদা পমনা,** মথাদা চেংমা কোন্দুনা

**থিকলেন থানা পাজবী,** থিক থা কবী, থবাক কবী,খোমচাউবী।

**থিকলেন থাকা ক্লু,** থম্মোইদা কুবা, মথবাক্তা মথন্দা খুত্তুমনা গুবা।

**থিংগায়নবা,** কাবা থংকাম কাবা।

**থিংগু মখি মাইবা,** য়ামনা শাথানা শাউবা,ঙমজবা মথৈ হৌবা ,—"পুরিকলাই পোংলেমহনবা থিংগু মাথনাই,ইবাং ময়াংহৌ চুংলেপ লক্ষু চোং কাওরেন শনথাং ভয়া লায়া খৌশায়ে"— মোইঃ নিংঃ লম্বু।

**থিংগোল,** নাকথং।

**থিংগোল নাশি লেংবা.** নাকথংদা লেংবা।

**থিওমদবা.** থিবা ওমদবা।

**থিংনা,** পেয়া।

**থিংপাই নিংথৌ লাংকাই পাউচেন চেক, কাক** —'নপন পম্মৌ নিংথৌ খোইমোম রামচন্দ্র নামুংবা খুরা পম্মৌ অহুম্মাপু - থিংপাই নিংথৌ লাংকাই পাউচেন চেক লোইবী কাক অমুবনা শারেন থাঙজি মিতম চেনবনা হায়গনে" - উঃ (রাঃ)।

**থিংবাই নিংথৌ পাউহনচেক,** কাক।

**থিংলৌ,** অফাবা শা ;— "য়ারেন খোঙথৈ চীক শয়েং পাংগতিনা তকলৌ শিদং শোয়া ওকলেনগুম ক১ক .হী, থিংলৌগুম মখি নাইখযে"—চায় ; তুং ; বাথল ভৌবা।

**থিংলৌ কাও তমথশল,** নাইতোম চংপা শা, শা তোমচং, ওক তোমচং ;—"লাইরেন মৈদিংঙুনা থিংলৌ কাও তমথশল ওকলেন লাংশম থৌববু তুবী লাংগোই মথুনেং য়াইশা হুংজানবা রাজবলংব লুরাংবনা লাংগোই শায়াও তেকনা নমশিডৈ তুবী খোকথৈ লম্বু মথুংশু লম্বু হোংশোন লৈনা থিংলৌ নথশি তুনা ফায়ৌশানাচিংনা য়ায়ৌ শায়াম কাবা লাইরেন বায়রা পোঙহৌখোন্দি অতুম্বুং মদোমদে"—নিঃ লম্বুঃ।

**থিংলৌ কোনচাইবা,** পল নমথেকপা।

**থিংলৌ ওম্বনবা,** শানা শোকপা.—"ঐদি বাকয়ৈ ইথুনেংতা চৈবৈ য়াকু তৈ মাল্লৌ ফিগোই লৈনা থিল তাউজিং হৈঙাও তৈ, থিংলৌ ওকয়াতাওনা ওম্বনবা শানা ইমু ক্ষিরাক শানা পায়মা নিংসা শংহোয়না শিশয়ঙমগে" চাঃ লাই।

**থিংলৌ চাউবা য়াহিপ,** ইশাং শাংনা হিপ্পা মহিপ।

**থিংলৌ থরোন,** অফাবা শা।

**থিংলৌ নিংনা তেনা হনরাইবা,** তুংলোমদা হনবা,,— "লোইমোম কৌওইবীনা বাহএথিএ— খোয়নৌ ইতা লেমলৈ ঙাওইবী নওদি হয়েং ঈপানক, লোইমোম ঈশিং ফরবগা হয়েং তাইবং নমু পোংওইবগী চামলৌ লুকপান থক্তা লমওক্লসে

**থেন**, লম, অৱাংবা অতোওবদা লৈবা অতেম্বা মকম।

**থেনকোইবা**, কোয়বা, পোইবা।

**থেনজা মাঙ**, থমলিবা অতুগী মমাঙ।

**থেনবা**, ময়াম ভিনবা,

**থেনমাই লাংবা**, কম্মনা থমতনা,—"হৈবাং মপেন তৈ, ভাউজীং থেনমাই লাংনা" লাংশংথাবা।

**থেবরোন**, অনাবগী কাওলোন ইবা লাইহবিক।

**থেম্বা**, য়ানবা হায়বা, —'হয়ে কাবা নোংগী শোয়রবগা ভম্না হোই থেমগে পামেল হোই চিংগে হায়না ময়াল থৌচংলকপবু ৱাকয়ে মখুনেৎ অতুদি থৌচু নূ ওনভাম্মে' নিংঃ লম্বু।

**থেরে**, লা,—"থেন্দে নিবৌ থাঙ শা। ফুৱাম্বু কংলৈ লম্মপা লাম্মোই লম্মক কাল মশুমাওদা ডুহক শেংগম শা উই পৌতোং লোম্না পুংলা মুখোনা থেরে লাকাম্মনা অহোঙ লাংয়াম্নদা চম্বুনা চিন ফুরোন হুয়েন অকুবা কাবী পম্বৌ মপাপোকপু সনা লীকলাই য়েনথংথবনে"— "লোয়নু শমুকুপশি ৱুবা চেপনা হৈ থেরে লাগা ফান্না খেমবা মায়খাংগে থোমলেন মঙ চঙলো"—চ: লাই।

**থৈথৎপা**, য়েছুনা থম্ব।

**থৈথবা**, ইম্বুবা, কম ভাংনবা,—"শক ১৬৩৯ লাংবন থানিন নোং থাঙজদা মেত্তে লৈমা হাওবম চন্থু ময়াং ডম্বী থৈথয়ে"—চৈ: কুম্ব।

**থৈথুঙম্বা** চেম্বলিবা।

**থৈথোকপা**, হোংদোকপা, তাম্থোকপা, লৈথোক তুনা শোকহন্দবা।

**থৈরাম্নবা**, ককপা।

**থোইকোইবা**, অথোইবা, থোইগোইবা।

**থোইচিল্লকপা**, হাম্নদগী ফিবম হেঞ্জিল্লকপা,—"নমোম ঐবু অনৌবভুম থোইচিল্লকয়ে" —পাঃ নাহেং।

**থোইথোইবা**, অথোইবা,—"থাম্নদেব থোইথোইববু শীংলেন বার্ত্তণ তৌবদা পাউ কৌরুবা অহুসান হিংচাববু হুয়েন লানশোক্লবা, লোইদাম ৱাকচীং থাগী পূর্ণিমা য়াওবা থানিন নোংদা · মহাযজ্ঞ অথোইববু তৌনা লাংগোই শগোই থাগিয়বগী" —লাঃ শঃ থাবা।

**থোইশিল্লকপা**, হেঞ্জিল্লকপা,— "অবা ছইরাং শোনবস্তু থোইশিল্লকলে" —পাঃ নোং।

**থোক্কুরম**, থোকলকপা লম।

**থোঙ** চঙথোক চঙশিনবী লম্বী, হকচাংগী থোঙ তক্ষক—'শিমু', য়া, মাতোন, নাকোং, চুবা শমহৌদবা অমপু গোয় মকম তক্ষক অসবু হকচাংগী থোঙ কৌই' —পোঃশেক :

**থোঙ ক**, শিবপা চংলি হায়না নীংনবা লাম্গোল চীংদা লৈবা মফম অমা।

**থোঙাক অশিথেন**, শিরবা মীগী থৱায়না ঙাইহাক পম্মুনা থেন্দুনা লৈ হায়নবা মকম, লাঙ্গোল চীংদা লৈবা মফম অমা,—"থোঙাক অশিথেল মকোই শুংওল চীং + + + + লমলেন মদাইমা নূবা চামা শিবগা পাথং চামা ঙাইনথেন. পাগং চামা শিরগা নূবা চানা ঙাইন.গন্দবু ঙাইথমবিরম্মো" —হেজু।

**থোঙাক লৈমা**, থোঙাক লাইরেম্মা,—"থোঙাক লেমণী লাইজা থকহল্লে"—হেজু।

**থোঙজিন নাতৈ ক ও চারগী পোরোল শৎপা**, পৌরোন শংলপা থোঙ হাংবা,— "ইশানৌ থোঙজিন নাতৈ কাওলো ;চারগী পৌরোন শংলো" হেজু।

**থোংনাং**, ময়াং,—' থোংনাং ময়াং জিার থোম্বী" সনাঃ লম।

**থোংনাং চীংজরোই অমুবী**, চরোই,— "থোংনাং চীংজরোই অমুবী লোইবী হেনবা অমুবা থিংবাই নিংথৌ পাউহনচেকনা নমু য়ুমথোং থূদিং পাউ চেল্লকলবদা"—হেজু।

**থোংনাং চৈকনথেকপা**, ময়াং ওবা, থাগেম্বা মহারাজ,— "লাইরেন ইপা মৈতেংঙু থোংনাং চৈকনথেকপা"—পাঃ নোংঃ।

**থোংনাং তথেল**, তথেল,—"থোনাং তথেল কে নোং শাগা কেগে শাংদোন অথোবগা চায়না থোঙকেন্নবা অতম্বঙ মদোমদে"---চায়।

**থোংনাং মপুংয়ায়**, ময়াং লৈবাক,---- "মতম লাংওন অতুবু হেন্নববু থোংনাং মপুংয়ায়দবু তেথাউ মতমপাক্লা শানথুপথিয়ে"— চীংথং : শা : কাবা

**থোংনাং মাস্তৌরী ( মাস্তৌরী )**, থৌরী,— 'নপন পোইমোম লাইম্নিংথৌ চীংঙু নামুংবদা থোংনাং মাস্তৌরীপা কৈবাক তাম্না লংকুম মোংমু শুনা 'থাঙচিন লংকুম তাচিনহৈবী চীংঙু অপুম্বা নঙদি লৈজহনথিও"—পে: লু।

**থোংনাং মায়তেকপা ময়েনক্রক**, থুম্মোক মমায় তেকপা (মেরুক) '

**থোংনাং মোংবা চীং মহুৎ**,—চীংহুংহং,— "নমু পোং চেনবদি থোংনাং মোংবা চীংমহুত্তা লান্দারিএ" —তোরৈ।

**থোংনাং লোইচা থোম্বা**, লাইম্নিংথৌ নোং শাবা থোংনাং লোইচা থোম্বা শীংলেন লৈচা হেকপা" নো: লাই:।

**থোংবম মনাউ তিনবীজম**, শঙ খুদিং তিন্নবা।

**থোংলেন**, থোং, 'মাংপৌ লমথাঙমদা থোংলেন তিংবীথক্তা মাওরৌ শাবু লান্না লমওকওমে" — মোই: নিং: লমু:।

**থোঙলেন**, থোঙ, থোঙজাউ।

**থোঙলেন নাতৈ কাঙ চার মথোঙ লৈনা হাং**, থোঙজাউ হাংদোক্নুনা, "অচোঙ মুমলেনবা মরানমায়বু থোঙলেন নাতৈ কাঙ চার মথোঙ লৈনা হাংনা লাইবেন মৈদিংঙুব শমু হকথেং ফংগে হায়না ইনচিনখিববু"—না: ক: কা:।

**থোঙলেন নাতৈ কাঙবা** থোঙ হাংবা,—"অচোঙ মিনলেনবা মবানমায়বু থোঙলেন নাতৈ কাঙ মথোঙ লৈনা হাংনা"—না: ক: ক:।

**থোংলেন পান্থৈ**, থোংগী পান্থৈ।

**থোঙ শঙবা হক্তবা**, কম অমা, থোঙ ডাকপা মাগী মকোক।

**থোনগম মনায়েকপা**, মখুম খুম্বদা মনা লেকপা।

**থোন তরেৎ** মথোম তরেৎ

**থোম্নবা**, মমিং থোনবা, কৌনবা,— "কাকলেন মকোক ককলে ককলোও থোম্নৈএ"—তুক্তেং ;— — খুাই

নোংচেংপম পিবা য়েকমা হাওতংলা নমু পোংবারাচা অন্তনবনা য়োইমমাই তাউদনবা তাউহুই রেং অহনবগী লাংগোই মথুংনেৎপু থমুং থিংনা বারম্না তেনপান্নবগী কোরৌ নোংলাংপানগী বাংনা চাউনা তারকয়ে, অদু নোংগীবু বাংচীংও থোম্নৈএ"—নিং লমু।

**থোম্না থোম্না**, হম্না হম্না।

**থোনবা**, মিং কৌনবা।

**থোং ওংবা**, পীবা, হান্না।

**থোনমরক্তি**, নমিং অমুক থোনবদি,—শীংথা থোন মবক্তি অদুমুঙ মদোমদে'- হি: হি:।

**থোম্না**, খুজং।

**থৌ**, মুঙেও, থবক,—"অশীবনা অসাইগী মকম পরিং ময়ায়দা থুংলে, ওরুগী য়াথং পীনরকপবু নিংশিংদুনা মহাকপু উং শেং সাং হায়না চাইথায়বে, মথবাক্তা থৌ ওইয়ে, থৌ শিদবগী কদানে"- পুনি।

**থৌইনশিন**, হায়জিনবা, ইনশিনবা।

**থৌকাউবা**, কাউবা, নিংশিংদবা,—"শেনবী মপা লাইবু থৌকাউদরবগী অমরক হৈরাঙ মচা য়ানখিরে"—ধ: লা: নী'।

**থৌকাউরবা**, নিংশিংদ্রবা কাউরবা,— "পরেম ইমুংশিনবোমমুংদা থমলববু পুক্কি করম থৌকাউরবনো,'—লা: শ: থাবা।

**থৌকাউরমলবা**, কাউরমলবা. নিংশিংঙমদ্রবা,— "য়েম্লাং ইঙমংম অরোনবনা লাইয়েন থবায় হিং নাংগীবু পোইরৈ করন থৌকাউরমলবনো কক্লকএ" — না: ক: কা:।

**থৌথাম**, খিবা, তৌগমু হায়বা,— "থৌথামমু থৌথমদে'—হেঙ্ক।

**থৌথামখোন**, তৌগমু হায়বা, থাম্বা।

**থৌথাম ঙমদবা**, থম্বা ঙমদবা,—"পরেম মমানা বোবা হমুমান্নৈকাবী অনীমাপা থৌথামঙমদনা পুরকলে'—ধ: লা: নী:।

**থৌথাম্বা**, তৌদনবা হায়বা, থাম্বা, থংবা, — 'হৈদু থৌথাম্বমু থামঙমদরে" না: ক: কা:।

**থৌগম মনা**, লৈমা নিংথৌগী থৌগন তৌবা মনাইবদা পীনবা মনা— নিংথৌদি শাইজোনবা, সনা খুজি, মরিক পুমদা, লমথাং খুংহৎ, থামেন চপ্পা কৈজোম থাদি থানম অসিদি থৌগন মনা কৌই )

**থৌগনরাই**, থৌগনিবা মকম,—"হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম শ্রীবৃন্দাবন মুংঙাইবা, থদু ঙক্কনা থৌগনরাই"—গ: না:।

**থোঁগাউবা,** কাউবা, খোকাউবা।

**থোঁগাওবা,** থবক কায়বা,-"পাথোঁ তেংলৈ মকা আম্বা নঙদি করি ওইনা কংলা থোঁগাওবনো"—চায়।

**থোঁচৎপা,** থবক চৎপা।

**থোঁজান মায়োক্লনা,** য়ামনা হুশিনা।

**থোঁজান্তু তাহেন নাইদবা,** ইচা মীচা য়োংলৈ মেলৈ নাইদবা, মীচঙ মীথায় নাইদবা।

**থোঁজান লনকুবা,** থোঁজানবিবা, চানবিবা,—'লাইরেন ঐগী পায়মা উনকোয়ম্নংবু পেল্লে হায়না থোঁজান লনকুবিএ"—ঔ: ঙঃ।

**থোঁজান য়োয়থোল্লবা,** য়ামনা নিংথিনা লুনা তৌবা;—"অসুম থোঁজান য়োয়থোল্লবগা তুলাই লেংবু খোঙওইননা শুক মশলাইবু তাম্লা থিম্বখিরে"—ধঃ লা মীঃ।

**থোঁ তম্বা,** থোঁদাবা, অদু তৌ হায়না হায়বা, মথোঁ পীবা,—"পাম্বি নঙবু ননমনা মালেম য়াঙবী শিদববু ওইয়ো নপুকনা নোংথোঁ ওইনা পাম্বি মহকসাংবু হৈরাঙ হুকুববু চোইনা য়েন্না তম্না উ থাও পামেল উ লিংও হায়না থোঁতম্বা নত্তবরু?" পোঃ লুঃ।

**থোঁতিকথোন,** পাউতাক, য়াথং,থোঁদাবা,—"নপন পলেম থোঁতিকথোনবু বা চানদবগী"—হিঃ হিঃ।

**থোঁথাবা,** থবক তৌ হায়বা, থোঁদাবা।

**থোঁথিংবা,,** থিংবা, তৌগদবু হায়না থাম্বা।

**থোঁদা,** মথোঁ।

**থোঁদাং কোক,** মীনাই,—"হয়ুম য়ানবা থোঁদাং কোক"—কোঙ ঈশৈ।

**থোঁদানবা,** হোৎনবা, মচৈ মচৈ মথোঁ অমমম পাঙথোক্লবা শিল্লবা,—"য়াথোয় মন্নিমা তিন্নরগা থোঁদানখিএ"—নুং অচৌ:

**থোঁদিকথোন,** থোঁতিকথোন, য়াথং, পাউতাক, তাকপা বা,—"কাম্ অতোনবনা পলেম মমা থোঁদিকথোনগী মচি পাংথং লম্ ইমুং শোয়ায়মদা পন্নিং য়েংকোইত্তিং উকাক মায়কং য়াম্না লমমুনবা" চাঃ লাইঃ।

**থোঁতু,** নুং,—"তমেন মখুৎশুনা থোঁতু নুঙ্গা ইন্নমে, নুংঙ্গিও কৌববু পোইরৈ তাবা থিবনা নুংগৈএ কৌএ"—চায়।

**থোঁতু খুংপায় থোং শাক্লবা চিংজা নুংলেন অকুম্বা,** নুংকুপ খুবাম অমা।

**থোঁতু নুঙ্গম অকনবা,** নুং অকনবা,— অর্জুন মমিংঙ্গেং অদুদি থোঁতু নুঙ্গম অকনবা মহাক্লবু থাঙজম-দনা তুমখিরৈনে"—লাঃ শঃ থাবা।

**থোঁতু নুংজাউ,** নুং অচৌবা।

**থোঁতু নুংনাং শগাংথক,** নুংপাক মথক।

**থোঁতু নুংপাকথক্তা নাউনোবা,** নুংপাক মথক্তা পোকপা।

**থোঁতু নুংমায় শীৎপা,** নুংঙ্গা তকপা।

**থোঁতু নুংমোন ওইনম্বা,** চের্বাক।

**থোঁতু হুপনীবা,** নুং মচা।

**থোঁদোংবা,** হিকথোংবা, ঈনশিনবা, থোজিনবা;—'থংলেন ইবুংঙো তা-ও,—"খোয়মা নমায় ওনগদু হায়নাথোঁদোংখিরে"—চায়।

**থোঁদোন লোম্বা,** করিগুম্বা থবক অমা তোবদা তোরিবা থবক অদু লোইশিল্লকপা,—"চীংঙু থোঁ-দোন লোমগে হায়রক্লে"—হিঃ হিঃ।

**থোঁনাবা,**—থবক তৌবা,—"অন্না হইরাং শোন্দনা ইতোম থোঁনাজবনে"—পোঃ লু:

**থোঁনি,** ঈরাং পূজা, থোঁনিবা।

**থোঁনিবা,** ঈরাং,পূজা তৌবা।

**থোঁনিয়োন,** ঈরাং পূজা, লাই খুরম্বগী মরম।

**থোঁ নেকপা,** নেকপা,—'মোমদু ঐদি তমুম ননাই ওইগে হায়না থোঁনেকপবু হোয় য়া'দ'—চায়।

**থোঁপানবা,** থোঁনাবা, থবক তৌবা,— "হাওয়িম য়িমনাক চামা তাপাতা"—পাঃ নোংঃ।

**থোঁবী,** চীংগী লোকমায়,— "শদু চীংলাইঙান থোঁবী লোকমায় হেল্লে"—নিং: লম্।

**থোঁবী মরাক চাম্বা,** খুম্না পাবা।

**থোঁমন জুরোই,** থবক কন্না তৌবা।

**থোঁরম চিংনা য়াম্বা,** থবক য়ামনা কাংবা।

**থোঁরম মতোন লোম্বা,** মথোঁ মঙম পাঙথোকপা নোইবা, কর্ম তোল্লবা, "মরুঈগী থোঁরম মতোন লোমখরে"—মোইঃ সিংঃ।

**থোঁরাংব,** হোৎনবা, তৌনবা লাক্লবা।

**থোঁরো** বা কথোং, থবক শুনবা।

**থোঁরৈ তেংবাংবা,** মতেং পাংবা,—'ইমোম নঙদি

নচু নিংথৌ অশীবনা মালেম লৈশেম্ববু থৌরৈ তেংবাংলু ও হায়না থৌশীখিযে"—সনাঃ লাইঃ।

**থৌরৈ তেৎনৌ নীংচুপা,** শুনবা য়োং।

**থৌরাম্বা,** মৈদিংঙু থৰাম্বাবা—"মৈতৈ নিংথৌ হেমদৌ ইবাম্বাবনা লিংগুরোন খুরোইঙম্বী পাম্নহুনা পোকপা খৃঃ ১১৯৫দগী ১২৩১ ফাওবা মৈতৈ নিং-থৌ ওইনা পানখিবা মৈদিংঙু— "নয়োন নৈতৈ লৈমা লিনশূরোন খুরোইঙম্বা সনা নিঙ্গোংগী নচু মৈদিংঙু লোইনাই থৰান থাবা ও তৌনা কাঅ"—চাঃ লাইঃ।

**থৌশীখিবা,** থৌদাখিবা, পাখোন শীখিবা—"পাউ কৌপৎলুও হাযনা থৌশীখিয়ে"—ধঃ লাঃনীংঃ।

**থোশিবা,** থৌদাবা, পাখোন শীবা,— "পোইরৈ তমদা তানা পম্বে'গুও হায়না থৌশীবাগীবু" —নিংঃ লম্বুঃ।

**থৌশীরকলবা,** থৌদাবকলবা,—"যুমচিন্ কাকৈ থা গুমায উরোং পিল্লুও হাযনা থৌশীরকলবদা"—তুঙেং।

## দ

**দাইশি,** দাই য়াদবা, তৌরুবা থবক্তা মায় পাক্তবা, দাও কাদবা।

**দাইহনবা,** থুথাবা, তৌরুবা থবক্তা মায় পাক্তবা।

**দাই য়াবা,** তৌরু তৌরুবা থবক্তা মায় পাকপা, চৈ কাবা।

**দায়ী,** যুমগী অকোয়বদা হুনিবা লোয়পা (উথোঙ)

ঙুমগী চুরিগা তাইনবা মফম, চৈখৈ, পনখৈ।

**দারীবান,** দারী মপান।

**দুহোন,** চাকচা হৈজানবা অমদি উৎসবনচিংবদা ঊশিং হোনবা অমদি য়েনবা মী।

**দেরাজ,** কম অমা।

**দোনা,** ঊশিংনচিংবা মহী লাওবা পোৎ হাপ্পবা লানা শাবা পাত্র।

**দোলাই,** লাই মশক নংইবা অচৌ অশাং নৈমা নিংথৌনাচিংবনা তোংনবা মী ময়রিনা পুনবা পোৎ।

**দোলাইকুপ ফি,** দোলাই মথক কুপ্পবা ফি, মমাঙ-তৌদা য়াহেংবমদমা শানয়বা ফি জাৎ অমা,— "য়াহেংবম নঙদি দোলাই কি শাউ" - লোঃ শিনয়েন।

**দোলাই থানফি,** ( মমাঙ্গেদা কাবাক্মনা শাবা ) ফি জাৎ অমা, দোলাইদা থানবা ফি,- "কাবা-ক্তম নঙদি দোলাই থানফি শাউ"—লোঃ শিনয়েন

**দোলাই পাবা,** মী কৌৎপা মী ফাদোক কা-জিন তৌবনচিংবদা শীজিন্নবা খোঙলোই,- "দো-লাই পাবনা নিংথৌগী শঙ্গাই চঙলে"— কমঃ।

**দোলাই শীবা কমমূপ,** "অতোন শিংথৌনচিংবা গুরু পণ্ডিত, পুত্রনবা নোংখোনবা, লৈকাইরাকপা মরি, পানা লাকপা মরি, মন্ত্রী, সেনাপতি, কপ্তান, শঙলাকপা মরি, শঙলেন লাকপা মার, কৈরু বাহনবা মার, শকুবা শঙলাকপা মরি, পানা হাজার মরি, কৈদা হঙবা, খোঙশঙবা হঙবা, থাঙকন চারবা মী, দোলাইরোই হঙবা" —কমঃ; "লোইদগী দোলাই শীবদি—চোথে খুল্লাকপদি মোংশাংগেগী মথৈ তোংএ ( মোংশাংগে কাওবা তোংএ ); মোইরাংগী খুল্লাক-পা লুপলাকপা অনীমক্তি লাংপোক কাওবা তোং-এ" - কমঃ

**দোলাই কৈনা তেংংবা,** লৈবাকী অগুপ্ত য়ায়-তোঙ শমদোং, মানা দোলাই তোংদুনা অকা অকুম চংপদা কনাগুমনা য়াকৎপদা অতৈগী মরা গুইদনা মতোমদনা লয়ীদা বা লোইশোকপা গুম্বা অচৌবা কন্নাইবা।

**দোলাইরেং,** দোলাই পুবা মী।

**দোলাইরোই হঙবা,** কম অমা,—"মৈদিংগু থা-গেম্বী পোঙলুপতি দোলাইরোই হঙবদি থাবমনে" কমলোন।

**দোলাই লেংজাউ,** পৌ য়াওদনা নিপা মরিনা পাম্বোমদা পুবা দোলাই— নিংথৌ মহারাণীনা তোংবা দোলাই— "মদাইরেম পোইরৈ লানমী অথৌবা পূমনমাম্না লেংপলৌ পরেংসিন লাইরেন মৈদিংগুনা দোলাই লেংজাউথক্তা চীংগু নোংথৌ সোরারেনগুম তুবী য়ায়দারাংনা"— ঔঃ গুম্বা।

## ধ

**ধনিরাজ,** হৈরোক থাংঙবোক অনাগী নিংথৌ।

**ধারা,** ঈ, মচা মশু।

**ধুজেজ** পূং য়ামনা নৈবা কূর্ম।

**ধুপ,** য়েক্রুক।

**ধুপ কধি,** ধুপ, ( য়েক্রুক ) থানবা লৈপাকনা শাবা পাত্র।

**ধুমকেতু,** থবানমিচাক মমৈ পানবা।

**ধোপ পালা,** ঝাল খিংদুনা ঈশৈ শকপা পালা মথল অমা।

**ধোরী,** খুং মরী।

# ন

**নঙথক**, নহাক্কী ঙ, নঙগী খাবা।

**নখুঙৈ**, ওইরিঙৈ, অঙাং ওইবিঙৈ।

**নখুৎশু**, নহাক্কী খুৎলাই,—"লিরুং নখুৎশুবু লীরি খোঞ্জেল তিংখৎলো"—লাং শঃ থাবা।

**নঙমদম**, নথোরাঙ, —"ইয়ু নোংযায নঙমদম নথোরাঙবু ৱাকনফরোই"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নচি**, নয়াবা,— "নপন থাংযিবনস্থু ইঙা লৌখোং থৈগুম্না থৈদোকঙৈদা নচি পাংথং অহনবগা য়ুনাউ-রোম য়ায়মবগা অনীমক্সু নপন ঐবু মীখাইএ, পলেম ঐবু মীবায়এ"—চেংলৈ।

**নচাং**, নমায়।

**নতাইলেম**, নদাইরেম ননাই।

**নতিক**, নগুণ, নহাক্কী গুণ।

**নতিক নত্তবা**, নপা চাদবা, লাখা চাদবা।

**নতিক নপা নত্তবা**, নপা চাদবা,—'তন্দা ঙনা থাবা নতিক নত্তবা য়াংবা নপা নত্তবদা য়াকোই ক্লইঙ"—পাঃ লাহেঃ।

**নতিনমেম**, নয়াথং,—'ঈপন কোলোয় নয়াথং সীতা নতিনমেনবু থাবিও"—উঃ (রাঃ)।

**নতুলোইনাই**, নতুরোইনাইদা য়েংউ।

**নতুপখাক**, নহাকনা তুপথংলবগী লৈহৌবা মখাক অরেবা।

**নতেনচা**, নহাক্কী তেন, নতেঙা।

**নতোম**, নথন্দা, নদোম,—"য়োইহৈতোন তাউ-খিমাংও লোইবী চীং কাকলেন অসিবু তুবী নতোম কাঙমলোইএ"—ভুতেং।

**নথংলেন**, নপুরোইবা, ননেম্মচা,—"নথংলেন ঐনা পাউ য়ারকএ"—চায়।

**নথিং**, নবুং, নহাক্কী তাদা ( মুপীদা ঙাঙবদা পী-জিন্নবা।

**নথোমন**, নথোনা, নাতক নথোনা,—"নঙগী পাং পন নথোমন লাংঙন মীপোক অরুববু থঙনরগে" — চীংথং শাঃ কাবা।

**নদাইরেম**, ননাই,—"নদাইবেম কুবের চীনগোই মমীপংবু মাঙক্কদবনিগীনা"—উঃ (রাঃ)।

**নদাইরেম ভয়ুম ইরাকমনা**, ননাই লাইরিক ইবা ঐনা,— ইবুংগৌ নোংথোরেন পুমাবা-ও নদাইরেম ভয়ুম চীনগোই ইরাকমনা লহান নোং হরিঙৈগী দি ঙ লাইবেন নাউখিংখোং মঙাং ঙমনা সনা চীংদা স্থয়িন নোং, লংমাই তেংনা ।, নোংয়ায় লাংগোনশৈ, মুংবান নাউয়োক লাউনাশৈথিরক্কে" নাঃ কঃ কাঃ।

**থাদনা**, নবু নোপ্‌া লৈ হায়বা মীথানদনা া, নোপ্‌া।

**ংদনা**, নবুং থঙহন্দনা।

**নাই** নোপ্‌াশিং—"ইযোম নঙবু চেংলৌ দরে নহুরো াই নাই (নতুলোইনাই) কোয়া ংনা চেংলৌ শক উয়োত্তহ্‌।"—কোঃনোংকাঃ

**নতোমদা**, নথন্দা।

**কারৌ নোং কংবী**, নথন্দা নোংখোদা বী।

**তোমশাৎনবা**, নতোমদা পোকপা,— ন ইপারি মরিক লীকতোমপোকুম নদোম ংনবা"—জিঃ চঙঃ।

**চামশাৎনবী**, নথন্দা পোকপী, নাইতোম

**নপোম শন্না পনওমহিংগনো,** নথন্দা হান্না শিগহ নপু, নমেথোক।

**নফুংহোৌবা** শাউবা, থারোৌবা,—"তফা কোৌরো নপি তোনফুনো থাংওম নফুং হৌপিফুনো"—পাঃ নাহেঃ।

**নংনমচা,** নপুরোইবা, নখংলেন।

**নলোংঙ্গায়,** নপু,— "লাইরেন নলোংঙ্গায় ঐবু য়োরনা থৌজান মায়রোল্লনা নাউরোকওমে"— নাঃ কঃ কাঃ

**নলোংঙ্গাই চাউদবা,** চহী য়ামদ্রিবা (চাউ শাং-দ্রিবা) নপু।

**নপান,** নপা, মপা,—"নপাথি অহনবা নপান্না নাউ-রোক্তবগী পুন্নং চংবী লাকোল্লক্তা শায়িথিবগী নিং-থৌ কনাগী খঙ্গ মওম শাশেনবনা পরৈ লানপা শা শমু তুংপুন্না কাথিরে"—উঃ (রাঃ ; নপন মৈতে-রৈবা থাবরোন নোংজেংশুনচিংনা নলাইরেম পোইরৈ থুনকাংথৌ অয়ম নাইথংথো পুন্নমকনা থৌশীবীরকএ" —নাঃ কঃকাঃ।

**নপান তাংশন্তবা,** নপা নমা লৈ হায়বা শীংথানদবা।

**নপান্না নাউরোক্তবা,** নমা নপানা য়োক্তবা।

**নপান লম,** নওগী পোক্লকম লমদম,— "লাইরেন ইনেম মচা নওদি পোইরৈ নপান লম্ ইন্দারথিগ-নো"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নপান সাজদানদবা,** নপা নমা থওহন্দবা।

**নপাচা নয়েল্লু,** নহাক্তী থান্না নালা, নহাক্তী শাগৈ নাতৈ,—"নোংঙ্গায় নপা চান্না অদোম নয়েল্লুরা"— নাঃ কঃ কাঃ।

**নপারি,** নচা নিপা,—"নপারি অনীমক্তী শমু মথুং-পাক্তা করম নোংমল্লবনো ওখোকএ"—উঃ (রাঃ)।

**নপারি উনৌ কোম্বে কোল্লা হনবা,** নচানিপা অতোবা।

**নপারি উরেপ চান্না,** নচা নিপা।

**নপারি উরেপ চায় ওইবা,** নচা খিপা হান্না পোকপা।

**নপারি নমোয়,** নচা নিপা, নচা নুপী।

**নপারি রাকলেম তোংঙ্গায়,** নচানিপা য়ায়মা।

**নপারো রাগীহন,** নচা নিপা অহন।

**নপিজা,** নহাক্তী নরুপ, নমায়বা।

**নপিড়তানবা,** শাউবা, হুওাইতবা, থান্না পুক-নোবা,—"তফা কোরো নপি তোনকুনো"— পাঃ নাহে।

**নপী,** নহান্না পিকলিঙৈদা নহাকপু ভাকপি শেনথিবা নুপী, নহাক্তী য়োকচবী, য়োকচা।

**নপুম,** নহাক্তী মামা,— "নপুম নোংঙ্গায় চাউবা পুংদা মাংগোইমল্লকও"—খুঃ কলৈঃ।

**নপুরেন,** নবুথৌ পুরেন।

**নপুংঙ্গায়,** নরৈবাক, নহাক্তী লৈপাক,—"নোংঙ্গায় নভোন্দা চাকতাংগে হায়বগীবু অদোম নপুংঙ্গায়বু ইন্দারকপনে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নপোইরৈ,** নরৈপাক, নরম।

**নপোইরৈ চিল্লুম চিনবা,** নরৈপাক (মৈত্রবাক) পানবা ওমলোইদবা,—"চকপা লমলাং মাইথীনা মং পোংচাহং লুদা থোংনা সনা থোম্মদোন অভোনবা নওবু নপোইরৈ চিল্লুম চিন থাঙম মংক্রম মংলে তুথী নকোন হুংগীবু কারকলো"—হুংঃকাঃ।

**নপোক খোয়রা য়াল্লকপা,** নপোক করকপা।

**নবিওতা,** নথোয় অনী ;— "নথিওতাবু অচাউ লেপকাদ্রিঙৈো পাংগল নতিক লৈবগী ইপা ইচা খওনদনা লাংগোই মওমশাগীদমকপু হয়েন লায় শোক্লকইএ"—উঃ (রাঃ)।

**নমকক,** নম্না, ভোৗরবা য়ানা, ওইবা য়ানা লৈবা।

**নমথাং,** ইরফি, ফুরিং।

**নমথুন তানবা,** কোয়তান তানবা।

**নমণ্ডা,** নংগন্না, ভাকম,— "২৫ নি শগোনসেন্দা শ্রীমৈদিংগু চিংলেন নোংক্রেন খোম্বা মহারাজনা থিপুমৈগী পুথ্রী মপান ঈশিংখোং পুথ্রী মপাক্তা খুতা অমা নমণ্ডা ১ নং ২মানা খুভাতা শ্রীমহা-রাজগী থোংকুন য়েকএ— নমণ্ডাতা নোংশা শনথৌ ২মা য়েকতানা"—চৈঃ কুম্বা।

**নমথাক,** মীনবা, জৌনম, উৎপাং, মীনম লোয়ী।

**নমণ্ডালৈ,** লাই হরাউবগী ঈকৌহুনা লাই লৌ-খংপা লোইরগা কনদেংলিবা লাই থ্রথায় হাপল-গা মাইথীনা লাইরিংথোগী লৈয়োম থোকপদা ওয়নী লৈ লাংথৈ মপোপ মণ্ডা অহু কমদেংলিবা লাই-রিংথৌ লাইরেম্মা অনীগী ময়ক্তা থমই, মাসিবু নমণ্ডা লৈ কৌই।

**নমণ্ডানবা,** নংগন্না ভাবা,—'কেগে থোর লাংমৈং-মেথগী তিমেন মথুংশুনা কেল্লবদি নোংঙ্গায় হৈয়েম

অথোবগী উনবী থম্বুং থীংনা ককলো শেংলোনা লাইজা নমঙাননা লুতুরে"—শলকাও।

**নমথাঙ,** নূপীগী ইমফি, — "লাইরেম্মগী কৈজারেথাং থোচোন ফুরিং, শারোং নমথাং"—কপাঃ।

**নমদা,** নংগন্দা।

**নমদা পোবা,** নংগন্দা পোবা।

**নমদা হুম্মা,** হুংদা হন্দোকলমতুনা, থাদোক্কুনা, হন্দোক্কুনা।

**নমদা হুনবা,** ভুংওইননা থম্বা হন্দোকপা,—'লাইরেন মৈদিংগু লীংমাই তেনা য়িমকাবদি লিনবাই ঊসমথোনা লংমাই নমদা হুন্নমলে" নাঃ কঃ কাঃ।

**নম্মা নম্মা,** মথং মথং, থংন থংননা।

**নমপোক** মকোক থোংবা ফম।

**নমপোক চৈথং** মথং মকোক্তা হেক থংনবা ঙম থং, —"নদাইরেম ঐদি নমপোক চৈথং ওয়রম থিনগে" খঃ থাঃ হিঃ।

**নমপোক থিনবা,** লোয়শঙী মকোক, ফমগী মকোক

**নমশা থিনবা** চন্দন থিনবা,—"নমশা চন্দন থিনথবু চন্দন মায়থোং লৈতেং হেন"— দাঃ কঃ। -"লৈপাক থরা লোরগা নমশা ওইনা থিললু"—লৈঃ নাউঃ।

**নমহুক নমশেন্নবা,** থোশা বাশাদবা, নাচুংদবা লাইরেকপা, বাওহ থোওইদবা।

**নমান,** নকু, নকুবোক,—"নমান ঐঙোন্দা ইন্দাম্লুএ" —উঃ (য়াঃ)।

**নমাল মচা,** নকুবোক্কী মচা।

**নমালহৈ** নহাক্কা মান্নবা।

**নমু** তাইবং মী, মীওইবা, 'নমু নিংজেল হূদুদি লাইশোন হীদাক চঙফদে ওম্বোকএদে" কুমদমশে, 'নমু মীচমদি ওইঙমলোইএ"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**নমু থোঙকেন থোবা,** লান কমা শোক্লবা মী, লান্দা থোবা মী।

**নমু ভনবা** মী নিপা।

**নমু তাইবং নোংশাপান,** মীওইনা পোকলরবা মী।

**নমু তাইবং মালংপাম,** মীওইবা, মী ওইনা পোকলিবা।

**নমু তোংশা,** মীগী মতোং, মীগী শক্কম,—"নমু তোংশা শেংনা ঊথোং থকলরে"—হেঙ্।

**নমু মুজা,** নূপী।

**নমু পোং,** তাইবং মী,—"মালেম লৈকোয়রেন্দা নমু পোং নিংথৌবু ওইহনেগে"—পোঃ লুঃ; "নমু পোংলা খোংইমোম লাইরা"—পঃ লাইঃ নীঙ।

**নমু পোং ওইবা,** তাইবং মীওইবা,— 'নমু পোং ওইবা পূন্নমান্নুঙ থবায় অমত্তনে হায়না নিংঙ্গনে" —শাঃ লাই।

**নমু পোংচারী শমথরকপা,** মীবোন মথং মথং শমথরকপা, -"পোইরৈ বারমলেন অক্নবা থায়না মালেম লৈহোউঙ্গে যেনহৌ খেইরা অহানবা নমু পোং চারী শমথবকপা পেংথাং চারী তত্তবা"—

**নমু পোংথং লেংনা থেংতমলকপা** মী পোলকপা —নাঃ কঃ কাঃ।

**নমু পোংথোক,** তাইবং মী থোকপা,—"মাবা কোংথাং শাগী নমু পোং থোক মথংলেংনা থেংতমলকপ"—লাংলোন।

**নমু পোংথোব তম্বা,** মী শেম্বা।

**নমু পোংথোকলকপা,** তাইবং মী থোকলকপা।

**নমু পোংনাউপঙ,** অপঙবা মী,—"নমু পোংনাউপঙশিংপু থবায়যোইয়ে কপিরুও"—প ঃ নোংঃ।

নমু পো বরাজ অতনবা নিপা অতনবা।

**নমু পোংবু খজিকপা,** মীনা মায় (ওইনা) উবা।

**নমু পোংমহন,** মী ওয় মগী মরক্তগী অথোইবা।

**নমু পোং লমচং** মী চংপা শাজং, — "থোয়ম সনা থূয়াবেন থম্বাগ নৈঙাং নৈগুমবু তাংজা লুপ থোংনা তাইবং নোংশাপাংগী নমু পোং লমচং" —লাংজোন।

**নমু পোংলেপ ফাবা,** চপু মীর ফানা চাউবা, চাউরক শাংল পা,—"নমু পোংলেপ ফানদি চাউরকলে দে" কুমদমশে।

**নমু পোং শেম্বা,** মী শেম, মী শাবা।

**নমু পোংহনবা তাইবং সেরারেন,** মৈটৈ নিংথৌ মৈত লৈমবা।

**নমু পোং হাঙদবা,** মী পূন্নমক তেক্ত কায়দবা পানবা।

**নমু কমলম শীনবা,** মীবু বংতেপা, মীগী ময়াইবক অক কক্ত নোংদম্বা,—"কেংয়ৌ নোংদোন হনবা নমু কমলম শীনবা নতেনে"—চোঃ থাঃ পাথং।

**নমু মীতমখি**, কত্তবা মী,"পলেম নমা ঐগি নমু মীতম খি পুকনীং মকিং নাইবা, নমু লিংজেন কত্তবশিংগী মথৎপাক্কা চন্নে"—খঃ লাঃ নীংঃ।

**নমু মীমচম**, অচবা মী "চীংঙু গোবিন্দ খোই-খোইবগী লোয়না মপাতাউনে, নমু মীমচম্ নত্তে" —লাংঃ শঃ থাবা।

**নমু মী মপঙ অপঙবা**, মী অপঙবা, জ্ঞান তাদবা মী; -"নমু মী মপঙ অপঙবশিংগা লৌশিং বা তান্নবদি বারম মতিক ওক্কে"—লাংঃ শঃ থাবা।

**নমু মীরৈহৎ**, কত্তবা মী ; -'তাংজা লিন মিং-নাইবা ঐখোয় নিপালমাদা নহু মীরৈহৎনা থৌরম ওমজনবনু বাহমনোংদা"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**নমু মীরোল**, মীরোল, মীগী চৎনরোল,— "কাটি লাংশোই অশিচান লাংথোই কচাউমনু শামু মবিল ওমৈ-এ নমু মীবোল 'নংলএ" লাংলেন।

**নমু মীশুংলাং**, মীগী মবমগীদমক।

**নমু শকথং য়েল্লবা** মী মশক থঙত্রবা।

**নমোম**, নচা নূপী,—'নমোম চীংঙু লাইবক থীবি"—উঃ (রঃ), নচন নূপী,—'নমোম ঐস্তুঙ তুবী থিংলো পক্কোংলম লাইরেন পন্নিংকনু থঙ-লোদে'"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নমোম লাংলেন**, নচা নূপী।

**নমোম শয়েং কাইওব্বী**, নচানুপীওবী।

**নয়নকু**, নথৌজান, নহাক্কী থৌজাল।

**নয়াই লাংবা**, নমাম মায়থোং মকা লাম্বা,—"তুবী নচী হেয়া লাইরেন নয়াই লাংলকলে"—সনা লম।

**নয়ান নয়াল**, নহাক্কী লাল, নহাকনা লান্দা ওম-লবা (কারবা) মী,— 'পাথৌ পুনাশি অকাংশু ও অসি কোবৌ হুমিংমানি চঙেন নয়ান ওইরে"— চায়, নয়ুম, নহাক্কী মুম — "তুবী নও কমোইমিংজা কমাঙনে কল্ল ংখৈদা তাংঙনে, নয়ান মাওনা পোইরৈ থুন কারকও"—নাঃকঃ কাঃ।

**নয়ান** নহাক্কী অবোনবা, নঙগী অশোয়বা।

**নয়ান বাইওংলকপা**, নয়ুমদগী থুনা কাংকপা।

**নয়ানখায়**, নয়ুম, নহাক্কী মুম।

**নয়াল**, নয়ানগা মেংউ।

**নরিগবনো**, ওইরিগবনো,—"নিংথৌ কনাগী ঘটা নরিগবনো"—খঃ লাঃ নীংঃ।

**নরিঙৈনে**, ওইরিঙৈনে,—"নাউবা অথুবা অসিবু ইশাদি শেনবা মিমাবদো মাম্নে, পজেন মমানা থৌ-তিকথোনবু নরিঙৈনে"—খুঃ কংলৈ।

**নরিবা**, ওইরিবা।

**নরিবোই**, ওইরিবোই, তৌরিবোই।

**নরিবোই**, ওইরিবোই, তৌরিবোই।

**নরী লৌচৎপী**, মকম থুংদংমক ইয়ো য়োবী।

**নরুম**, নতু,—'পারি অবাং কোবা মপুনা মাউ-য়োকপবু য়োমচু তালোয় নরুম করম ওইরবনো? পোঃ লুঃ; "নরুম নোংবায়োন ঐনা ইপন বায়ক-পবু ওমদরে, ইচু থৌখাবস্তু ওমদরে"—নাঃকঃকাঃ।

**নরুমপান**, নহাক্কী নপাল, নহাক্কী নরুম থুপ্পা,— "নদাইরেম ইথোয়না নিংথৌ নশানৌবু পাউ কৌ-রুবদি নিংথৌ নরুমপাংগী—খঃলাঃনীংঃ।

**নরুম্বী**, নতু ননাউ ইবেম্মা, নঙগী তান্নোয়

**নর চা**, নঙগী শরুক, নংরুক।

**নশ ইকোন**, নবম, নয়ুম —'নংগা মাম ঐনা ইবু থৌজান হৈবা নঙগী হুংবান নমিংনাক লুবাং নশাইকোনবু ইন্দাম্লকপনে"—না.কঃকাঃ।

**নশানৌ**, ননাউইবেমা, নতু — 'মাবন পুকনীং য়াংবন চঙঙগদবী লক্ষ্মী শোককদবী নশানৌ সীতা লাইরেম্মনে" - উ; (রাঃ)।

**নশানৌ লৈরাং অতোম্বী**, ননাউ নূপী অতোম্বী, —"চরৈ কি পীও হায়রবদি নশানৌ লৈরাং অতোম্বীবু পীরম্মো হায়থিযে"– চায়।

**নশাবি**, নয় মা, নশাবি নোংয়ায় চাথ মোইরেনগী তান্নোয় মরুখীনে" –চায়।

**নশাবা**, নতৈবা,, 'নশাবী সীতা ইশানৌবু হুংশি পুংনৌ কাউঙমদে" –উঃ রাঃ)।

**নশা য়াম্বা**, মেরুগা য়াম্বা।

**নশুংহৈ**, নঙগুম্বা, নহাকচুম্বা।

**নহংয়োং**, মমাডৈঙ, থায়না।

**নহায়োং**, মমাংঙঙ, থায়না।

**নহান নোংগীবু লৈয়ে**, মমাডৈঙদা হায়খিবা বা লৈ।

**নহায়োং হয়িডৈঙগী**, মমাডৈঙগী, অঙডৈঙগী।

**নহুইরোই**, নচন, নৌপুয়াগী মচু, নমৌ।

**নহুইরোন**, নমৌ নূপী, অম্পা নহুইরোন কোয়ৌ অবাংপীতী অঙানপা হুামৎ মাথোম কমনা থাচা পুকলেপনা থৌথাপী কোয়ৌ নোংপু থোনপী মালেম লৈপু - লুম্পা মালেম লৈমা থঙজপী কোয়ৌ নোপা উঙপীনে"–পাঃ থোঃ।

**নয়ানথাক,** নহাকনা ফানবগী মথাক।

**নয়,** নবুধৌ, নপু,—'নয় ঐগী বাকয়ৈ ইখুনেং ত্তোংজেং ইমুং চঙবু ওইনবা কৌবা ইঙেন চীংদা কানা ভল্লা অঙনবমু হোইথিরুও"— হিঃ হিঃ; নবেন, নবেম্বৌ,—"পারি শেনবা মিমাবা-ও নয় হয় মথাই কারবী অসিবু"—খুঃ কংলে।

**নয়রেন,** নবুধৌ।

**নয়োন,** নবেন,— "নয়োন মৈতৈ লৈমা নোংবালোন ত্তোগাইঙবী পম্বৌ মপাপোকপু সনা লাই ছইবদি কনানো?—চাঃ লাইঃ।

**নয়োনলেন,** নবেম্বৌ।

**নাই,** মীনাই,—"ফোপোং ১০ না নাই অমা থঙেঙ' —চৈঃ কুম্বা। —"নাই চেনখিবদি মফমদা খোঙগুনদা শোল্লো থুনা হল্লকপনে"—লৈঃ নাউঃ।

**নাইথুরাকপা,**—ফম্নাইবা অমা, ফম অমা, নিংথৌ পোংবা অমা।

**নাইথু শঙলাকপা,** ফম অমা;—'শঙলেন লাকপা মরিম, কৈরুংবহন মায়, শেলুংবহন মরি, নাইথু শঙলাকপা মরি, পানা হাজারি মরি ফিদা মথ, ফিবোং অশংবা ক্লাইশেন না পানবা থাউপোক্তা নমতুনা ঙক্লা য়াম্দুনা পুইএ' ফমঃ।

**নাইচা,** } কাবে, অহল্লুপ নাহারূপ পানা,— খুঙ্গা
**নাইজা** } , নাইজা অনীমকপু পানা কোঁএ"—
—মশিঃ।

**নাইজা হুপনা,** অহল্লুপ নাহারূপ পানাগী মী পূর্বক য়াওনা।

**নাইমু** পাঙল মলোম থম্বা, পুক্তা কশি থম্বা।

**নাই ফুংগা,** মীনাই মতৈ মনাউ,— "নাই ফুংগা অমা পীএ"—পুবার।

**নাউ,** ঙনাউ, বাকয়ৈ নাউ,—লুবাং নিংথৌ পুঙ্গিবন বাকয়ৈ লুব পায় ত্তোংজেং নাউব নায়া পায়মাঙুংদা নীংথনথিয়ে"—হিঃ হিঃ; লেংবান (মোইরাংনা হায়নবা),—কেগেনা ত্তেংথানা মোইয়াংনা মিকৌনবদি লেংবানবু নাউ-ও কৌএ, শমু মরেংবানবু পায়ন —মিকপথিএ, অদু নোংগীবুলমলেন নাউরেংপাই লেংপাই লম্মহন কনশোই লৌতাই চৌংও ত্তৌনা কৌএ"—মোইঃ নিং লমুঃ।

**নাউইবা,** লোকপা, নাউয়িবা।

**নাউকন,** লাইবংথৌ অমগী মিং,—গুরুগী নাকোং ওয়দগী নাউকন থোকও, 'থাইরাকপদি নাউকনে'
—ফম।

**নাউকন খোয়রেনবী,** চাবোকপগী মাইবী।

**নাউকমবা,** নাউয়োকপা।

**নাউকনবী,** অঙাং পোকপী।

**নাউকোনবা,** অঙাং য়োকপা, অঙাং কোনবা।

**নাউথম্বা,** মৈতৈ নিংথৌ কাউথংবনা লাইত্তোংহন পায়তুনা পোকপনি, কাউথংবগী মথংদা নিংথৌ ওইতুনা খুঃ ৪১১ দগী ৪২৮ কাওবা পানখি,—'নয়োন মৈতৈরৈমা লাইত্তোংহন সনা লিজোইগী মৈদিংঙু নাউথম্বা-ও ত্তৌনা কৌএ"—চাঃ লাইঃ।

**নাউচনবা,** অঙাং ওইথিবা।

**নাউচেনরাই,** মরুম থুবা।

**নাউচিঙলেন নোংত্রেন খোমপা** মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী মিংছন অমা— "লাইরেন মৈত্তেংঙু নাউথিংপোং নোংচুপ মঙাংঙম্বগী লাইরেন কোলোয় মমিং লেনগা ময়ু লাইরেন মৈত্তেংঙু লোইমাই চীং থংখোম্বা লোইবী সকপাও ঙম্বগী কোলোয় মমিং লেনগা লাইরেন মপা মৈত্তেংঙু তুবী চিঙলেন নোংত্রেন থাকপা নোংশীংচকুম্বগী তুবী কোলোয় মিংথোং কবা লাইরেন মৈত্তেংঙু নাওচিঙলেন নোংত্রেন খোমপা"—নিংঃ লমু।

**নাউতম ফিশাবা,** ফি শাবা।

**নাউথাক্লবা,** অঙাং থাক্লবা,—'নপারি মাউথাক্লনা নমোম নাউংম্নন: লৈরমও"—জিঃ চঙঃ।

**নাউথংখোং,** মৈদিংঙু উরাকোম্বোবনা থাবরোন নোংজেংশূ লৌতুনা পোকপনি, উরা কোম্বোবনা শিরগ মংাকনা খুঃ ৮৪০ দগী ১০৬ কাওবা নিংথৌ ওইখি; "নয়োন মৈতৈ লৈমা থাবরোন নোংজেংশূ সনা লিনগোইগী নয়ু মৈদিংঙু নাউথিংথোং মঙাং ঙম্বও-ও ত্তৌনা কৌএ।" চাঃ লাইঃ।

**নাউথেম্বা,** অঙাং থেম্বা, "মপারি শিরি শিরাববু হয়া-হ নে নে নাউথেমখিএ"—চাঃ লাইঃ।

**নাউথেমরাক,** অঙাং থেম্বদা শকপা ইশৈ, নাউতম ইশৈ,—"অঙাং নাউথেমরাক্‌ম ত্তেংথাজরক্লে।"—
থঃ লাঃ নীংঃ।

**নাউথেমশৈ**, "নাউঙম ঈশৈ, অঙাং থেমনা শকপা ঈশৈ,—"নপন ঐনা নাউথেমশৈপু শৈহৌরক্কে"—মিকৌ।

**নাউঙা**, মাউঙা, অহনগী থারা (ঈ) নত্তবা।

**নাউঙা**, মনাউঙগী তাথরকপা ঈ, অহনগী থারা নত্তবা মনাউগী মচা মশু, পিবা নত্তবগী কাঙবু, "পিবা নাউঙা মচোই মচোই খুঙলরববু ময়ম অচুৎগী অমরক হন্না পানহল্লগে হায়না সনা পুকনী" খরঃনা কাঞ্চিপুরদা শক ১৭৫৫ ইঙা থা ভরানি পানবা সগোলসেন মুমিংতা ইবা হৌরম্বা"—কংলৈঃ।

**নাউঙা পিবা**, পিবারেন অমদি পিবা য়াংবী নত্তবা—কায়নপ্রবা শাগৈ অমগী পিবা।

**নাউঙা য়াম্বা**, থারা নালা য়াম্বা, মচা মশূ য়ামবা।

**নাউনৌবা**, পোকপা, অঙাং পোকপা, অঙাং উনব, "লক্ষ্মণন শেংক্লৈঙদা রাবণ নিংথৌবেন পানগনবা ব্রাহ্মণ শাগৈরেন্দা নাউনৌববু শমু ইথুৎপাক্তা য়োংমল্লে" —উঃ (বাঃ)।

**নাউপুবা**, মীরোনবা, গর্ভ লৈবা, মশা বাই শংলবা।

**নাউপেংবা** অঙাং উনব, মচা পোকপা — য়াও ব মশী স্ত লোইদাম থাবু কারবস্তু মোংবা শারোং লপয়ান কাদা নাউপেংলকপরা নাউপেংলক্কে"—নিঃলম্বঃ।

**নাউকংবা**, মৈতৈ নিংথৌ নাউথম্বনা (খৃঃ ৬১১-৭২৮) য়োইকমলোন য়াওরৈবা চম্ন লোচ্চুনা পোকপনি, নাউথম্বনা নোংপারবদা মৈতৈ নিংথৌ ওইচুনা পানখি (খৃঃ ৪২৮-৫১৮);— "নয়োন মৈত্রেমা য়োইকমলোন য়াওরৈবা চম্ন সনা লি ভাইগী নম্ন মৈদিংঙু লাইয়েন নাউকংবা ও ভোনা কৌএ"—চাঃ লাইঃ।

**নাউমৈ**, হিনাউ।

**নাউরৈথু**, কবী,—"কবী নাউরৈথুনা খোইজু তোলোং মৈ মঃ ভেংথা।

**নাউবা** অঙাং, নাহা—"লোইদাম থা অনী তরেঃ কোন্নোয় মমিং থোংবু নাউবা কৌএ"—মিকৌঃ।

**নাউবা অখুবা** অঙাং শিকপা, নাহা;—নাউবা অখুবা অসিবু ইপারি শেনবা মিমাবদো মাল্লে"—খুঃ কংলৈঃ।

**নাউবা থোয়রিজবা**, পোকমিন্নবা।

**নাউবা থোয়রেম্বাও**, থাও মচা।

**নাউবা নখুৎতৈ**, অঙাং ওইরতৈ,—নাউবা নখুৎতৈগী মথৈ নদাইরেন ঈথোয়বু য়াৎং অথা হায়রনা নত্তনা পোকপা নচাওম লাংগোনখিবনে"—খঃলাঃ নীংঃ।

**নাউশবা**, মশা শোনবা।

**নাউশুম্বা**, থেমচুনা, ভুমহনবা,—"পলেমনা নাউশুমলিঙৈদা লৈকাই কৈদা পানশঙ লানবনে?"—হেঞ্জু।

**নাউশোলপা**, পোকপা,— "কৈ নিংথৌনাতি নাউসোংকমনে"—কৌঃ লোঃ।

**নাউহম্বা**, অঙাং থেম্বা, থাকপা, পীজ পীথকপা,—"পম্মৌ লৈরাং মতম মানবা নগোয়গী তবা চানিংশাকপু পারি নাউহম্বা তরা চাকনিগে হায়না লাকপনে"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**নাউহিং শানা লোনবা**, নাউহই লোনবা।

**নাউয়ামবা**, পোকপা।

**নউয়াম্বা**, মপুক কংলবা, গর্ভ লৈরবী।

**নাউয়োকপা**, য়োকপা,— মপন্না নাউয়োক্কববু পুম্ন চানবী লাকোয়ল্লকা শারখিববু"—উঃ (রাঃ)।

**নাউয়োকফদবা**, অঙাং য়োকপা ঙমদবা।

**নাওজংংক্লেন নোংক্রেন থেংবা**, চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী কথান মিচুন, 'খুমুজাম্বা থাকম শেলুংবহন পণ্ডিতনা হনবা ....শ্রীযুৎ সনা কথাল মিং নাওজিংলেন নোংক্রেন থোম্বা হায়না হুল্লে"- চৈঃকুম্বা

**নাক**, নাকল।

**নাক থেংবা**, শেল নিবা—"য়াম্বা ময়ুম চংলুসি নাক থেংলুসি, লৈতে মুংদে হায়গম্ন, তরেংশেজাওমুংদগী শে শে লাম্বোবউ"—লাই নাকথেংবা।

**নাক তাওবা**, নাকন্দা তাওবা।

**নাকতৈঅমাদ**, নাকল অমাদ।

**নাকথং** হকচাংগী নাকল।

**নকথা লৈমা পাউয়াপী** লাইরেম্মা অমা;-"ফুরেপ লৈমা লুচাউপী নাকথা লৈমা পাউয়াপী"—পাঃ নোংঃ।

**নাকল** মাক।

**নাকল পাউথিন হোয়াবী**, মীগী মবা তাগনবী।

**নাকলঙ্কু** নাকন্দা হোৎপা।

**নাকপাক**, নাকল।

**নাকপাম**, নাক।

**নাকমোং**, কমোং।

**নাকল্ কিন্নাক থোইবা**, মীরোনবা, গর্ভ লৈবা।

নখহুনা ওক্তা মান্নুনা পুইএ"—কমঃ।

**নাপী,** শিন, তাংজা, মৈতৈগী ঈরাৎ পূজা নাহৈংখনচিংবদা শীজিন্নবা অপিকপা পাম্বী মখল অমা —মাপি য়েনম নাকুপ্পা অমদি কুন্দালৈ' অঙাঙবগী মনা হাইরপ মাল্লি—(শরাং লৈশাংথেমগী নাহৈবদসু শীজিয়ৈ)।

**নাপু নাশেন,** নহৈবদা শীজন্নবা পাম্বী মখল অমা,—"পুংক ই তোল্লো'বা লৌহিং নাহকপা শিদা নাদা লৌত্রে চাত্রে নাতং নাথাই নাপু নাশেন নাপী শীংবী উখোক তাংমরেন মাওনা মুনিং মচুপ শাবিনবু ভস্বিরবদা মুমিং লুরকলে থবি মমায় পাল্লকলে"—মুঃ কাঃ।

**নাপৌ,** —পৌরোন।

**নাফম থাঙ,** নাপী কাদোকপদা (হাইদোকপদা) শীজিন্নবা থাঙ.—"লৈশং মরোং মরি লৈতৌ য়োং অমা নাফম থাঙ অমা" চাঃ লাইঃ।

**নাফা নিকপা,** খংপেক খবা, তৌনিঙ্গাই লৈভবা, পাম্বে লৈত্রবা, কিবা;—"শেলোয় নাফা নিক লংথাই শিক নিকনা হুয়েন লানগী মাঙলে" —নাঃ কঃ কাঃ।

**নাফাল হ ইবা,** নাপী হাইদোকপা।

**ন ফুৎ** নাপী মপুন, হাক নৈবা।

**ন ফুৎ নৈনা থাবা,** নৈপাক্তা নাপীনা থাবা।

**নাবা,** লান তৌবা, তৌবা, "শক ১৬৪৩ লমদা থাদি ংংখোকাবন হল্লে …… উশবা শেলুংবা কোপেংতংনা শমশোক নাবা চংলে"—চৈঃকুম্বাঃ।

**নামতা,** চন্দন।

**নামতু** তুরেল (থুমন্না হায়নবা),—"নোংমায় পুম্না হুপ অদোন পাকনা তাইনা নমু মীয়াম তিন তুরেন নামতু মরিন থম্না অদোন কংলৈ মশুমাঙদা লাংরেন মৈদি ভূবু মুংশি থোকাউথিরঙেনে হায়না মীকপ্পরেএ"—নাঃকঃকাঃ।

**নামতুপ,** ঈতুপ।

**নামতু মরিন থম্না,** তুরেন মরিন থম্না।

**নাম থুবা,** লু থুব।

**নামহু** তুরেন।

**নাম্বা তেমজিন লোনকদবা,** তেম কাওকদবা,—"মোমহু ঐখোরবু শুনা হাওতে কাওকদে লংচাক ওইরোই হুনকদে নাম্বা তেমজিন লোনকদে শুমায় মুংলাংকদে কংলৈ মাথোকক্কদে"—থাঙঃচংঃ।

**নাম্মি ককপা,** মত্তোন ককপা।

**নাম্মিবা,** িরি িরি শীংপা, নিংখিজবা, অপিবপা।

**নামুংবা** তৌহৈদবা, অথোইবা লাই,—"চীংঙু শ্রীরাম নামুংবাও"—উঃ রাঃ)।

**ন মুংবা মুমিৎ,** থবক তৌবদা য়ানদবা মুমিৎ,—শাশিবু তক্কনি পানবা তরেংনি পানবা; কালেন থা িনি পানবা, হৌনি পানবা; ঈঙ্গা নিপানি পানবা কুনহুবদোইনি পানবা; ইঙেন তক্কনি পানবা; তরামাথোইনি পানবা তরামনি পানবা, থবান নোংমা পানবা, লাংবন কুনহুংদোইনি পানবা, নিপানি পানবা; মেরা তরংনিথোইনি পানবা, কুম্ভরেৎনি প নবা, হিয়াঙ্গৈ নোংমা পানব, কুমুত্তাংনি পানবা, পোয়েন্তু িনি পানবা, তর নি পানবা; ৱাকচীং তর নিথোইনি পানব, কুম্ভারংনি প নবা; ফাইরেন তর হুমথোইনি পানবা, তরামাপন্নি পানবা; লমদা কুন্নাপোইনি পানবদা নামুংবা মুমৎনি। নামুংবা মুমিতে থবক তৌবদা থাকে চংহবদে, মী চংবা থোকপা কত্তে কুম ফিয়োং তৌবা কত্তে।

**নামুংবী,** অথোইবী লাইরেম্মা,—"লম্লেম মম্মা নামুংবীনা হে ইমোম বাংমালানপব ঐগী থাবী থিয়াথোবু কৈয়ে"—পাঃ নঃহেঃ।

**নামুংশা,** শামুক, নোংগৌবী, মুকশন—"লহান নোং ম্যাংরৈ মশাবিগা থুনশায় মশানৌগা অনীমকনা কংলৈ লয়লাইবদা শামুক্তা নোংগৌবীগা মুকশনগা অক্তম্মকপু নামুংশা কৌএ"—কংঃহৌঃ।

**নামৈ য়েপ,** তুংদা নামৈ য়েপ্পা,—"লোংথুম নামৈ য়েপ্পনা শবেন মনা ওইখি শা"—হিঃহি।

**নারেকপা,** পে মথল অমা, লৈনা হাপ্পা পে।

**নারেং কেবাক,** থাংজিং।

**নারেংবা,** নারেং হুংপা।

**ন রেং পাংমা,** অহুংপা মনা নামা (নাকল) অমা।

**নারেং লোনবা,** নারেং হুংকমদ- লোনবা;—'হিরি থোংশি নারেং লোন ওরি লীমাই নোপনা হোই শোনথরকপবু তম্না চাউথোইবনিংঙ্গিনা পামেন চিংঙমহবগী"—হিঃ হিঃ।

**নারোঙ,** মনা লোঙবা।

নারোং খুন্নানবা, হয়ানবা মা।
নারোন; খণ্ডহন্দনা লৈবা, নাপী মরক,— "খোয়মা নারোয়ুংদা চঙনা শান্থুপলে'—চায়।
নারোন খুন্নানবা, হয়ানয়া।
নারোয়ুং, নাপী মরক,— 'অপিং যো'বীশু খোয়মা নারোয়ুংদা ভাংজা লমকয়না ভিয়েন ডা হন্নকপবু নোংয়ায় ভোংবু লুপ্তাগা অথৌবগী দাবা থঙুং থিংলে"—চায়।
নারোন শিংজোল্লা, হৈ শিংনা।
নারা, অঙা', অংগো, ';হে নাবা শকহেনবা নঙবু কমানো?- ধ: লা: নী':।
নারা অখুবা, অঙাং অপিকপা।
নারাঙবা, কেথোকপা, চাউথোকপা, নাপন কাবা, মঙক হাইগৎপা।
নারা মথুইঙ, অঙাং ওইরিইঙ,— "নাবা মথুইঙ ভুরেল নামছু খা ঈকুন্না ভোরৈ তুয়া ছু গী চেকলা শার ভাবাইথৌবু লোঙলেন মথুৎশু অচা লোঙ য়াইথুবনা লেমলৈ ভায়াম কায়-এ, অছু নোংগীবু অদোন শয়ারোংও ভৌনা কৌএ"—চা:লাই।
নারায়বিদবা, শক্তিক চাবিদবা,— 'কোরৌ অছু ছুমিৎমাদি পোনবী উচেক য়াওরৌ শা পুন্নমাংঙ চেকলা মচীঙাকপু চাবিদা শক্তিক নাবায়বিদে"— লাং:শংথাবা।
নাশিনবা, নাদা চিনবা, নাদা য়ানবা।
নাশিনবী নাদা চিনবী,— "য়োইচেৎ নশিনগীবু মোইমিং লৈচুনবা চহু —চা:লাই।
নাশি পুংমাইরেঙ্কা, নাদা উতোং য়ানবা।
নাশেন, ঈয়াং থৌনিনচিংবদা শীজিন্নবা নাপী জাৎ অমা।
নাহ'থোং, অঙা'থোং, থোংলম অমা।
নাহা হুবী হজু হনা, অঙাং অমসুং অহল (পুন্নমক)।
নাহারূপ, পানা অমগী মিং।
নাহারূপ লাকপা, নাহারূপ পানাগী মকোক ওইবা কয়াইবা।
নাহুন, ভোক মানবা ঊশূবগী থুংলাই জাৎ অমা— পুং অচৌবনচিংবা শাবদা পুং মরু ( পুংগী কেন ) ওইগদৌরিবা উ অছুগী ময়ায়দা মথুং ঈনা হতোকপ নচিংবদা শীজিয়ে,—"তীন শিদবগী মরুংপ'না নাহুন ওইথিয়ে" ,- থাঙঃ চৎঃ , হকচাং কৌলেনমা লেপ্লগা থোঙবী মভোপ্দগী অভোপ্না নাকনগী না মভোম কাওবা শাংবা লমজৈ হায়বদি ওদগী থোঙবীদগী তমলগা য়েংকী না মথক কাওবা শাংবা ( চাউরাকনা লম অমা নত্রপা বী অছুগী ময়েপকা অমানি )।
নাহুম, হকচাং কয়াং অমা : মিরুপ নাহুম—"পুং ভরুক মিংরুপ অনী নিংসা অনীগনা নাহুম ওইমনয়ে"—পুদিন।
নাহৈক্ষু, নাহৈবদা শীজিন্নবা ঈশিং হাপ্পবা চহু,—'ভাংখা ১ বান্দোন ১ নাহৈক্ষু ১"—চীং:লাইং:
নাহৈবা, তীনকোক লাইকোল্লবা প্রায়শ্চিৎ তৌথোকনবা ঈশিং থিকপা, চাইবা।
নাহৈরোল, নাহৈবদা শোনবা লাইশোন,—' হাউং হায়েং থৌবিঙেং লোইবিঙেং চেৎলেঙান তংলেঙান ঊঙানঙৈ সিনথঙৈ শামুঙৈ চয়োইনা থোংনবঙৈ য়াঙীনা থোইদমঙৈ হুইথৌনা চীংকেংঙৈ কৈয়েন্না য়াথোকঙৈ অসিনচিংবা।
নায়াং, না হৎপা, নৌনা থি হোনবদা ঈশিং হাইদোকপা।
নায়ান, নাহিন, নায়ানবী,—"লীকং মঙান চাঙবা গাণ্ডীব মথুৎশু অর্জুন শমু থুৎতা পায় নায়ান লেমলৈ ডা শাবনা চুপলেন মাপা হেন"—লাং: শংথাবা :।
নাহিন, নাদা চিন্নবা লৈতেং।
নায়েচ্ছুনা লৈবা, লুমচুনা লৈবা।
নিঙেঙান, চহু, মচানুপী।
নিঙেঙানবী, চহু নিঙেঙান, নুপী,—"পাচা হনবগী খুদেশেন কাইশেন্দ্রি লোই নুপী নিঙেঙানবীনা পুইএ" কম:।
নিঙেঙানগুচা, নিঙেঙান মচা।
নিঙেঙ নগুচারম, নিঙেঙান লাকপা।
নিংথম নমুং ওইবা, নিংথমবা ওইবা।
নিংথি ওবা, কজবা,— 'লংমাই লংবা চীংদা পানবা লৈ কাইনৌ শমজি লৈ, শমজি ভোমথেৎ লৈঙ মমা নিংথিঙবলে"—চেংলৈ:।
নিংথি ভরেংবী, কজবী, নিংথিজবী।
নিংথৌ অখুবা, যুবরাজ,— "যুবরাজদি নিংথৌ অখুবনে"—কম: মিং।

**নিংথৌ কাংবা,** থায়না অহুইঙে মনিপুরদা পাল্লম্বা নিংথৌ অমা।

**নিংথৌ কুরাওবা চম্বু,** শম্বাম্বুরাম নিংঙোন।

**নিংথৌচেং,** মৈদিংঙু অয়াংবগী মচা মৈতৈ নিংথৌ (খৃঃ ৭১০-৭৯৭)।

**নিংথৌ কুরেন,** থবানমিচাক- মঘা নক্ষত্র।

**নিংথৌ নাগা,** থবানমিচাক, অশ্লেষা নক্ষত্র।

**নিংথৌ পোকপী,** নিংথেম পোকপী, নিংথৌগী মমা,· মংসাতাবম চম্বু—"নিংথৌ পোকপী হায়না তেংথাপতি মংসাতাবম চম্বুনে"—পেনঃ তেংবা; "মৈতৈ লৈমা নোংবান্নোন নিংথৌ পোকপী সনা লিনপোইগী নম্বু মৈদিংঙু পুরানপাবা-ও কৌএ"—চাঃ লাইঃ।

**নিংথৌ পোংবা তরা,** পুখ্রনবা, নোংথোনবা, খাইরাকপা, য়াইস্কুল্লাকপা, চিয়াংলোই হঞ্জবা, চোঙথানবা হঞ্জবা, ইমাঙলোয় হঞ্জবা, ইমিংলোন হঞ্জবা, কমথকচা অমসুং নাইখুবাকপা কয়াইবা তরা অসিবু নিংথৌ পোংবা তরা কৌমরম্মী (কংলা হোৌবা হায়বা লাইরিক অদুদদি লৈকাইরাকপা মরি, শঙলেন লাকপা অনী, শঙথুবা শঙলাকপা অনী, পুখ্রনবা, নোংথোনবা অসিবু নিংথৌ পোংবা তরা কৌই হায়) ;—"নিংথৌ পোংবা তরামকনা বা তাম্নদুনা হুমিং সনা খোম্মদোনগী মার মখোং-খুনবু লীববু লীখঙলরবগী থিংলো নিংনা তেনা মরান ওন্দেয়কলবদা নিংথৌ পোংবা তরামকনা পাও-মেল্লকএ"—হুঃ কাঃ।

**নিংথৌ ফি**—মৈতৈ নিংথৌ লাইরেন নাউকংবগী সনা হাকক্তা ( খৃঃ ৬২৮-৫১৮ ) হেবু নোংথোন তেংবায়থিনবা মশঙলেন শায়া শেনবা লোইনা য়ারেকশঙদা তুবী মউন হু লাইরেন মতাং শীংলম্ববু মদাইরেম ইমাংলোই হঞ্জবনা মিংয়েং শানথৈরবগী (উরবগী) ইমিংলোই হঞ্জবগা শিনৌ নোংথোনবগা অনীমকনা লাইরেন নাউকংবগী সনা মখোঙ থাদা কংলরবগী মম্বু (মবুথৌ) তুবী য়েকপু য়েক মাঙহল্লোই হায়না নীংদুনা লাইরেন নাউকংবনা মদাইরেম অকো কিশাহনববু কৌথকুনা অকো কিশাহনবনা কাইয়েন থাগী তরামঙানি পানবা ঈরাই হুমিংকী পুং মরি হৌথিরবা মতা চঙলকপা লগন চীংলাইতম মহেন্দ্র থেনকম য়েংনা তরা চাকমাংদা শংলৌ য়েনমাংদনা কত্রং লংথংতৈ লংলা থাওজিন শুংনা কত্রং চাচু লংনা লংলা খাদা থা, অতোবনা থক পোং, অমুবা য়ায়দা লাং, য়েমানবনা তুবী য়েক-পোন লৌ, লংলা শীংশন লৌ, উরিং লোনয়াঙ্গীচা য়ুমশানা শনা লংলা লংশন লৌ, কোরী শীংখন লৌ, থাঙলেন য়াইওইবনা কোরী তুবাই লোয়া তুবী হৈনা লৌ লাইরেন হৈকোয় শা, মুকতম কোইজা য়েকনা তুবী হৈনা লোনা শাবা হৌথিবা চরৈ ফি—নিং শাঃ।

**নিংথৌ ফি তাজিন,** মনাফি মথল অমা ; ( ১ ) অকন অথৌবা পীবা লানকা মরিঙবা মনাদা সনা লৈশম, নিংথৌ ফি তাজীন অদুগা লৌ পন্নি মরিম্বু ইল্লি, (২) অকন অথৌনা লান কাবদা লাল চবুক্তা থুগায়দুনা লান কারবদি নিংথৌ ফি তাজীন পী ; (৩) নীংলোমদা তেংগোন চাইরবদি নিংথৌ ফি তাজীনগা পোকতোন লাংগৈগা পী, (৪) অকন অথৌনা পেংগৌ শাবা, কৈয়াং থেকপা অমদি চীংগোন পেন কাবদা শেংপা ফিশেং ফিজোন্দা নিংথৌ ফি তাজীন য়াওগনি।

**নিংথৌ ফি রানকক,** মনা ফিনি, মীচয়া শীজিন্নবা যাদে ; (১) অকন অথৌনা শাকা লানকাবদা লান-কা হুম শুবদা নিংথৌ ফি রানকক পীনৈ ; (২) অথৌবনা লান কানবদা লানজীন থুগায়দুনা লান ভমলবদি রানকক ফুরিং পী ; (৩) শঙ লানচিংব-বগা মায়োক্লবদা কারবদি রানকক ফুরিং পী ; (৪) নিংথৌগী মমাঙদা লান কাববদি নিংথৌ ফি রান কক পী, ("কংলা ঙাংবা" কৌবা লাইরিকদি লানকা নীপাল্লকা রানকক, কীরান নাথাই, লানকা মা-পল্লক্তা নিংথৌ ফি তাজীন থোকতোন লাংমৈ হায়া পীগনি )।

**নিংথৌ ফি শাজোনবা,** থৌপন মনানি, "কংলা ঙাংবা" কৌবা লাইরিক্তা হায়বদি "নিংথৌগী মমাঙদা লান কারবদি নিংথৌফি রানকক পীগনি, × × × অকমলক্তা তাজীন, মরিরক্তা নিংথৌফি শাজোনবা পীগনি হায়না ই ;—"মাইমাবচা মেজোরদা নিং-থৌফি শাজোনবা পীয়ে"—চৈঃ কুম্বা।

**নিংথৌ মম্বু মথৌ,** থবানামচাক, শ্রবণা নক্ষত্র।

**নিংথৌ মকম তাউবা,** নিংথৌ থবম চেত্তবা,—

"ৱাথোক লাহোক য়াম্মে নিংথৌ মকম ভাউএ" লৈঃ মঃ লায়াং।

**নিংথৌ মহিশাং কমদৌ মঙাইরোই,** নিংথৌগী কয়াইবা অঙম অথৌ।

**নিংথৌরোন,** নিংথৌ পরেং, নিংথৌ মথং মথং; খুত্তাক লৈতাকহন্নবা, মাঙহন ভাহনগে হায়ৱদা শক্লবা লাইরোন ঈশৈ,— "× × × × মৈবীথক্তা ভাজোই থক্তা হেন্বা থক্তা থেনবুংথক্তা মদাইরেমগা পোইরৈথৌগা খুনকাংথৌগা ভয়ুমথৌগা অথবগা মীপোকপগা অথৌবগা লাংগোনবগা পানবগা কৈশকপগা কৈরেনবগা ভেংথাবগা খুৎপীগুনা কৌ-রোংশূনা, খুজেং লাকনা হংচি লাকনা উফুন হৌনা নোংলৈ হৌনা ভিংথৌ তৎনা মরাতৎনা কোন্নরম্মে। মকোনথোক্কী কোল্লো।"—নিংগৌরোন।

**নিংথৌরোন তানয়েবা,** পানপি পানাথবা নিংথৌ-শিংগী পারী পুরী মথং মনাউ কায়দনা ইথবা লাইরিক।

**নিংথৌ লৈবাক,** অতিয়া, কোরৌ নোংদোন, লাইরৈবাক।

**নিংথৌ ৱাংবা শংশানা,** শমুন ৱাংনা পুনদুনা— "লাইরেন নপা মৈত্তিংঙুস্তুঙ শমলাং চকোরৈ নিংথৌ ৱাংবা শংশানা চাঁরেন মঙান নাইনা লাই-পরেন শমচিন (শমজিন) নৌরৈ হেন শঙগিং মঙাগ্নাই"— পাঃনোং।

**নিংথৌ ৱাংবা শন,** নোংন্দোন্দা পাইবা।

**নিংথৌ ৱাংবা জৌরাই মানশরিক,** নাউশেক।

**নিংথৌ শাইরোং,** শাইরোং।

**নিংথৌ শামু,** থৱানমিচাক, পূর্ব্বফল্গুনী নক্ষত্র।

**নিংথৌ শেনবা,** লোয়শঙ অমগী মিং, ভাক শেন্নবা নিংথৌগী সনা নাক্তা লৈবা মনাই;—"নিংথৌ শেন-বদা কাবদি পিৱাগা মথংগা অনীমানা শেনগদনে" —কমঃ।

**নিংথৌ শেনবা য়ারেকশঙ,** লোয়শঙ অমগী মিং; —"নিংথৌ শেনবা য়ারেকশঙগী শিন্নাদি— শম-কোকপা, খুজিন ককপা, নাতৎপা × × × × নিংথৌ শেনবা য়ারেকশঙদা থাগনি"—শঙঃমশিন।

**নিংথৌ য়েন্দং চন্দু,** ভেকচম নিংগোন।

**নিংনাং,** হারি নোংনাং,—"থারম খুচুঙ তানাতা-পানা কোরৌ খোংচোমনুপীপু কৌপতি শিকারুকও কৌয়ে, নিংনাংপুতি পাতেৱা-ও কৌয়ে"— খোংনোংকাঃ।

**নিংমৎ,** তুংগী।

**নিংমাংনবা,** মিপাইবা।

**নিংসা থম্না,** স্বর হোনবা লেপ্পা, নিংসা স্বর হোন্দ্রবা, শিবা,—"পায়মা নিংসা থম্বনা হাল্লগনে" - চাঃ লাইঃ।

**নিংসা থিনকাম্ননা,** ছংসাম্বর থিংবা মথৈ কাম-লগা খোংছনা।

**নিন্দুং,** শিথরকপা থা, কৃষ্ণ পক্ষ,—"লোইদাম লাং-বনথা নিন্দুং মাকমৈ কুন্নিপান্নি পানবা কোরৌ নুমিৎ শগোলসেন্না মপুং লেপলিঙৈ নোংয়ায় মা-লেম শেনখোঙ অনেৱদা নাউন্নিবাচা আনন্দ পুগ্রন-বনা শেনবী পা ৱারীং হেৎলী মপা থিরকএ।"— —ধংলাঃনীংঃ।

**নিন্নবা,** ৱা ৱা লাউনবা,—"হয়েং পোইরৈ চাদোন্না নোংয়ায় শূদোন্না নিল্লগনে হায়না তিমেন মথুৎশূনা থৌছ নুংদা ইরম্মে"—চায়।

**নিনবা,** ৱাংবা, মথিক নেমদবা, মপুং ফাবা, লাঙবা

**নিম্মাং,** থা পানখৎলকপা, শুক্লা পক্ষ—"লাইবক খেল্লাইথোঙবু লোইদাম নিম্মাং থাগুম্বা"— ধঃ লাঃ নীং।

**নিয়াইপী,** নিথৌগী নূপী, মনাউ ইবেম্মা, নিংথেম ওঁবী;— "নিয়াইপী কৎলকপস্তুঙ নুমিৎ মঙানি য়িমচাউতা লৈএ, লৈতরবা মীদি নিংথৌ তুশীং চন্দে"—মশিন।

**নীংখন ওম্বা,** ৱাখল খল্লম্বা।— "বভ্রুবাহন লৌ-শিংবনা লানমী মনিন নাইনা চঙথিবৱু চেংলৌ মিংথিংলবগী উনবী পূকনীং ওকনা নীংখনওম্মে"— লাংঃশঃথাবা।

**নীংঙাইদবা,** থৌশা ৱাশাদনা লৈথোকপা, ৱাওই থৌওইদবা।

**নুইন নোং,** য়াঙং ইনবা মতম।

**নুইনবা,** য়াঙং ইনবা,— "ননেম মচা হোঙনেম য়োয় খুঙাউ লোকই শেল্লোই নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা শেল্লোই নুইনবদি কদায়মো"—নাঃফঃকাঃ।

**নুওক,** শা মথল অমা।

**মুখুবী**, মমা অতোবী ।
**মুং**, মহুং ।
**মুংওন খোয়হোবা**,—মপূক কত্তবা, পূকনীং হোংবা
**মুংওন পুকনীং হুবা**, থূক লাউনা মু'শবা কাউবা,—"চেংলৌ মিংনা উবদা মুংওন পুকনীং হুইএ" —ঔঃঙঃ
**মুংওনবা**, পূকনাং ওনবা, পুকনীং মুংশিবা, পুকনীং থূক লাউবা,—"হেকমাই মপাউ চাউনা পিরেম থকমা তানা মু'ওল্লকএ"—চাঃলাই ।
**মুংওন মখৈ লৈতনা**, বাবগী পান্দমকম খঙদনা,—"মুংওন মখৈ লৈতনা মীকপ্পরে"লাংঃশঃথাবা ।
**মুংঙোন পূকতিন্নবা**, পূকচেল খোয়জেন তিন্নবা, য়ামনা চান্নবা,—"লোইনা অপাম্বা মু'শি যাওবা খোম্বাংনবা মু'ওন পূকতিন্নবা লংমাই লাবা থাইথিবা খোইমোম্বা হৈবোক শৌথিয়ান্দা নোংহাম্বু পুগে লাকপদা' —চায়ঃ ।
**মুংঙোনবা**, পূকনীং মুংশিবা,—"সনা লঙ্কা কোমুংলেন অশোক বন ইংথোনলেন্দা তম্পা শী'লেন নচু থাউ লৈরাং থাউবী নব্বাকচাম লোইদাম নিন্দুং থাগুমনা মুংঙোল্লিঙৈদা রাবণ চেংলৌ শক থঙলৌঙৈনে"—উঃ (রাঃ) ।
**মুংঙোনবী**, মুংশিবী ।
**মুংচানবা ( মুংজানবা )**, মু শিবা, অচানবা,—"সেবক ইপারি লাইবেন মুংজানব-ও চীংঙু নপা লাই অসিদি খোয়ম অংম্বা নত্তে" – সনাঃ লাইঃ —"লীকলাই নওং য়েংবদা মুংচালএ"-ঔঃঙঃ ।
**মুংতুমপিচা**, ঙাতুপ ।
**মুংদা**, মমু'দা ।
**মুংনাং**, অত্তিয়া ।
**মুংনাং কাউথংকোন**, অতিয়া, লাইরৈবাক ,—"মুংনাং কাউথংকোন কোরৌ নোংথাঙকোন্দা-চঙনা কাসা লাই ওইথিরে হায়দবরা ?" —নাঃ কঃ কাঃ ।
**মুংনাঙ খোয়বু ওনবা**, মপূক লাঙবা,— "য়োয়বু মশানৌম্মু মুংনাঙখোয়বু ওল্লে হায়না নোংলেনথিরে,'—সনাঃ লাইঃ ।
**মুংনৌবা**, পূকনীং ইনৌ নৌবা,—"চীংয়া নোংহৌ পূকহুরে ভময়া সানতা উবদা মুংনৌরেদে"-- কুমদমশৈ ।
**মুংপঙ ইরৈচনবা**, পূকনীংদা চঙক্লবা,—"নমু পোং ওইবা পুম্নমক্তি উনবী পূকনীং ঙকনা মুংপঙ ইরৈ চন্নরে"—লাংঃশঃ থাবা ।
**মুংপ্রেং ইরৈ চন্না**, চমম্নহুনা, ভৌকম লাককম থঙদনা চঙক্লনা,—"ভা'জা লিম নিংথৌদি মুংপ্রেং ইরৈ চন্না লৌশিং মথোঙ থঙদরবগী কোলোয় য়াথং থোকঙমদরে" – লাঃ শঃ থাব্রা ।
**মুংপঙবা, (মুংবংবা)**, ভৌকম থঙদবা,.চময়বা,পঙশিনবা —"কিপুন লৈনা থাগে হায়না থোকলকপবু কৈনা চিকথহুনা শিরে, লাইম্নিংথৌ থাগেম্বদি মুংবংলে"— শীঃ লাংঃ ।
**মুংমক্রেংবা**, মৈতৈ নিংথৌ কাইনৌ ইরেংবগী ( খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪) থাঙ অমগী মিং ।
**মু'লান চানবা**, মুংঙাইবা ।
**মুংরোনবা**, মপূক ওনবা, মুংওনবা,—"থম্মূং লৈমমনা মু রোল্লে"—হেঞ্জ ।
**মুংরোন খোয়হোংপা**, মপূক কত্তবা ।
**মুংশাংবা**, মু'মং য়ামনা কুইবা য়ামনা শাংবা,—"লানগী মতমদা লৈচিন্না লিনগী মশকম্নমনা চুমনা কায়বদি থূনা ঙমদে, মু'শাংঙে, লূনা শোকনৌ কুম নল্লে" লৈচিনঃ ।
**মুংশা তরঙ হৌবা**, মু'শা য়ামনা শাবা,—"নমোম ঐদি ঔবা অপাম্না থামুন অভাম্বা মুংশা তরঙ হৌবা শেমবী লোন তিন্নদবা থাম্রন খঙনদবদা করম য়াংগোইরুশিবনো"—শমঃঙঃ ।
**মুংশা মৈ**, মুংশাগী মৈশা ।
**মুংশি ঈথক হৌনা** পাম্মু মুংশিগী মৈচাকনা থূমগৎলক্লুনা,—"মশানৌ নোংবাল্লোন পীজঙ্গা লীকলু লৌথিবীবু মিংয়েং আথা কায়, মু'শি ঈথক হৌনা পাউকৌঙম্মে"—নাঃকঃকাঃ ।
**মু শি কোলোয় ইতিনমেন**, ঐগী মুংশিজরবা ইবাহৈ ।
**মুংশি খোয়থীৎপা**, য়ামনা মুংশবা ।
**মুংশি খোয়বু ওৎনা**, য়ামনা বানা ।
**মুংশি তরঙ হৌনা**, পূকনীং য়ামনা মুংশিনা,—"অহিং শমু খোঙনা ভোম নোংথিল চেংলৌ মিংনা বাৎলে হায়না বাংঙম হেকমাই মপাউ চাউ মুংশি

তরঙ হৌনা পোইরৈ মপল লম্বু তেংবাননা চীংলেন য়েৌঙম কাখিরে”—শমঃঙঃ।

**মুংশি থৌকাউ য়াঙবা,** য়ামনা থুনা কাউথোক পা, থুনা কাউবা—‘মুংশি থৌকাউ য়াঙবা, লংমাই চীনওন কায়খিবা লহান থবায় নমিবেনবু লংমাই পনলিং নোং”—নাঃ ফঃ কাঃ।

**মুংশি পুকনীং য়ুম্নদিন্নবা,** য়ামনা মুংশিনবা।

**মুংশি পোৎলুম ফাবা,** মুংশিবদা মতোল্লোম্বা।

**মুংশি মৈ,** মুংশিবগী মৈচাক,—“শানৌ মুংশি মৈনা থমোয় মৈচাক থোইহজিল্লকলে’—লাঃ শঃ থাবা।

**মুংশি লৈথ্বা তাদবা,** মুংশিবা থৌদবা।

**মুংশি লৈথৈ তাবা,** থৌনা মুংশিবা, মুংশিবগী থৌববা,—“অম্পুম মুংশি লৈথৈ তাববদা মতোম থাইবী কনহৌনাক তিল্লা মখেয় শাউনা”—চেংলে।

**মুংশি শামন কোকঙাম্বা,** মুংশিরমদবা—“লাইবেন ইনেম মচানা লৈহৌ লাংবন সামনগুম লৈবা মায়ওন য়াংঙমসে, মুংশি শামন কোকঙামলে”—নাঃফঃকাঃ।

**মুংশিৎলম** থৈব নাইহজি।

**মুংশুক মুংজানবা** থবায় থুঙাহতবা, ইশুক শুকথবা।

**মুংহক থাংনা** থোয় থীংনা, থমোয শোকনা,—“তিমেন মখুংশ বাংবী চিনা লোঙবনা তনবা মুংহক থাংনা চৈবিরে”—চায।

**মুংহুম চরৈনবা,** পুক্কা বাথম্বা।

**মুজা,** নূপী, নূপীমচা,—মুজা শকপাম বাহুদা লান থুনয়েদে”—কুমদমশৈ।

**মুজা মমান লৌবা,** নূপী মানবা,—“মোমমুং মগুং আওইবা মুজা মমান লৌবশিংও নখোয তরেৎমদি তনবা ইত্তিক নত্তে কাঙবেন ইপা ওইদে”—চায,

**মুবেশঙ,** নূপী মমাম পৈতুনা লৈনবা শঙ।

**মুমিৎ তারুবা থবা অশেংবা,**—অকবা মুমিৎ থবানমিচাক অকবনা (অচঙবনা) পানবা মতম (খেনকম),—“নাংয়ায় মথৌবাও অদোন মঙমদম্ব লোইরবদা লাইরেন মৈদিংঙুবু মুমিৎ অরুবা থবা অশেংবা থন্না থৌনাও মতোন লোমলবদা”—নাঃফঃকাঃ।

**মুমিৎ খোয়রেম্বাঙ,** মুমিংকুমনা লংবা অমম্মুং অথৌবা থাঙ।

**মুমিৎ চয়োন তরেৎ,** নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, সগোনসেন, ইরাই, থাঙজা, শাং তরেৎ

**মুমিৎ চয়োন তরেৎকী ময়ুং মফৈ,** সগোনসেন ইরাই থাঙজা অহুম্মদি ময়ুংনে, লংমাইজিং, নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা য়ুমশকৈশা মরিমদি মফৈনে—খিঃ মৈঃ লাঃ।

**মুমিৎ মতাং তেল্লবা,** মুমিৎ তাগদৌরবা।

**মুমিৎমাদা,** নোংমগী মুমিত্তা, নোংমং অমা,—“সমলাং নৈশা পাম্বা চরৈ ফিচোনবনা কোরৌ মুমিৎমাদা লৌরাই চাওয়ম মোই চেকলা মোমমাই কাং ফিঙাও বিশিনবা থাম্বী পাতৎবু পাচুরে”—চায়।

**মুমিৎ শারৌলোনগুম্বা** মুমিংকী মৈশাগুম্বা।

**মুমিৎ শাগৈরেন,** সূর্য্য বংশ—‘খোহমোম ইপারেন চীংঙু, তপুরেন মুমিৎ শাগৈরেন অথোইবদা পোকলবশিংগুঙ—চঃ (বা)

**মুমিৎ শীংওনখিবা** মুমিং চৌখি, ‘নমূমীবু ওইনা পোকলবা অমিং তাহবঙ হচাং তরেপ্পবু নত্তবগী মোহমাই লাইবেন তাউদনবনা মুমিৎ শীংওনগিবা থুদি দা’—এঃপঃ।

**মুমিৎ শীংবুম,** মুমিং মশী,—“মুমিং শীংবুম তবংনিবু থবা পোখ নাইদনা শোক্লববু পাংগল ময়ে তানদে”—লাঃশঃথাবা

**মুরা তেম্বা** বাথেনবা “লাইরেন মৈদিংঙু হোঙনেনয়োয় খুঙ্গাউ লোবয়ি শেল্লোয়নাং পাম্বং খুন্দাবনা ফম্মোইমিৎতা ফম ফলাংমৈদা তোংনা পোইবৈ চংবা হায় বাংঙম মুরা তেমনা মালেম লৈপাক থুল নিংথৌবু ওইরবদা”—নাঃফঃকাঃ।

**মুহোং খেংদোংবা,** লুহোংবা, নিঙোন থাজচনা পীবা,—“মমোম তম্ফা বাংঙমলোনবসুং মরান লুহোং খে দোংবিগে হায়শিন্ননা”—নিঃ লম্বুঃ।

**মুহৌ চোংগুম্বা,** নাহা ওইবা;—“ইরেম তোইবীরেমদি মপাম লুবাং লাইবু লাইকোবলে নূরা মুহৌ চোংগুমলে”—চাঃলাইঃ।

**মু,** নূপী, ওয়গী লমদাং, “নূপী নূরম তাবনা পথোম

তম্বক খোমও"—মুঃকাঃ।

**নুংপাক,** নুং অপাকপা।

**নুংখান তুনানশা,** শজি,—"নহু নুংখান তুনানশা য়াওরো শজিংতেং অংতেংববু য়াংলে তাউবা তম্না কংগশিনা লল উম্নথিও"—চাঃলাইঃ।

**নুংপান,** নুংবান, লুবাং।

**নুংপাল্লোন** নুংবাল্লোন্দা য়েংঙ।

**নুংগী,** নুংবী, নুংজাও, নুং অচৌবা।

**নুজয়েন,** নুংদা লৈবা।

**নুংখেন.** নুং।

**নুংঙাচা,** নুং মচা।

**নুংবান,** "লুবাং,—মমু নুংবান ময়িমনাক লুবাং মশাই কোন্দা বাইখুংলুরে"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**নুংবান চন্দু,** য়োইরুমলোন, লুবাং য়েক ওইবা য়ুমনাক্তী চন্দু—"য়োইরুমলোন খোয়নৌ নুংবান চন্দু মতা তরুকমানা মোমহু চয়োম্বু খোকচরম্মে, অতু নোংকিপু চঙৌপুংও তৌনা কৌএ"—খোংঃ নোংঃ কাঃ।

**নুংবান পুন্সি ইরাট্টে** লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী পুন্সি।

**নুংবান মপাচানা,** মাগী ধারা নালা ওইবা লুবাং মচাশিংমা।

**নুংবাল্লোন,** লুবাং য়েক ওইবা য়ুমনাক্তী চিঙেঙ নং;—"লুবাং চন্দুবু তেংথাবদি নুংবাল্লোন হায়না থায়ে"—পেন তেংথা।

**নুংবান হোওনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবা,** পোম্বী লুবাওবনা কৌবয়োন নামোইহু পাল্লনুনা পোকপা মচা।

**নুংলেন খোম্বা,** দেবেন্দ্র মহারাজ ঢাকা তাবগী কম্বাল মিংছন,—'তয়ানি খাওজদা নিংথেম নুংলেনখোম্বগা চেনমিন্নশিবা মী খেবীক্তী ময়ুম মকৈ শীদুনা লাখোংনচিংবা খোঙ খৈবিক শানৈএ"—চৈঃকুম্বা।

**নুতমবী,** তমথিবী নুপী,—"মোমহু নুতমবী লমলোয় লিংজেন কত্তবা অসিশিংবু থাপনা হল্লান খোকঔনে"—চঃ খুন।

**নুরা,** লৈশাবী, নুপী,—"নুরা থবাল মানবীনা চৈয়ৈ কিনৌ শেংনবু নৌহোয়ে দে"—কুমদমশৈ; কন্যা রাশি।

**নুরা কাংগৌ চীং লৈমাবী,** হরি নোংনাং (মোইরাংনা হায়নবা)।

**নুংবী খনগা য়াম্বা,** অকনবা নুংজাও য়ামনা লৈবা

**নুংবী থাওচুল্লং,** নুংলক অহোবা।

**নুংবী য়াইশৌ নেংপা,** নুঙ্গায়দা নেংপা।

**নুংপোন,** নুংগী পোল।

**নুংখোন শাকল,** নুং পোলাংদা হাপ্পা।

**নুংবী,** নুং অচৌবা, নুংজাও,—"নুংবী য়াশৌ য়াম্বরম নশাকি ঐ খৌনাগে"—তোয়ৈ।

**নুংমায়,** নুংগী মমায়।

**নুংমায় শীংপা,** নুংদা শীংপা।

**নুরা কানক খোইদোং জী,** হুমাং।

**নুরা কাবা শেংগোজী তোংবা,** মথোই কাবা,—"মৈদিংঙু নোইনাই কৌবা চীংথং খোম্বাও-কৌবদি কদৌনগো, নুরা কারে শেঙোই তোংলে"—নিঃ লম্বুঃ।

**নুরা খাংচেৎ মচি নাইবা,** নুপীনা মখাংদা খাংচেৎ শেংপা।

**নুরা খাংচেৎ মচি লাংবা,** ফনেক শেংপা,—"খোংনাং লাইরুকলেম্বীদি অঙাওবীগী পান্দমগুম নুরা খাংচেৎ মচিলাং শমলাং ইফা কা কৌবা য়েনর্শম চরাং মানবা শমলাং মুনা উকোং খোকপনবু লেংদোন লেংপাক ইচাই চাইনা মীকপলিঙেদা ইন্নুং চীংখোঙ ভাল্লকলে"—হেঞ্জু।

**নুরা খুংতৈ মাইতৈনবা,** নুপী উনবা, নুপী তিন্নবা;—"শেনবী নুবা অতেংবী পুন্নুং লায়োনখোকুম্বী জুজা শকহেনবীশিংবু শাবি নজা মুংওম পুকনীং তিন্না লমলক লুখুম্বা নুরা খুংতৈ মায়তৈনা শোইখোং তাহথেংনববু লৈরিঙেনে"—ধঃ লাঃ নীং।

**নুরা ভাইখোং শিল্লুকুম মপা হাঙবা,** নুপীগী শিল্লুকুমনা অনীশুবা।

**নুরা চিঙোই মিংচুবী;** ফজবী, চম্মোনবী।

**নুরা পাখং শরেজ লৈমিনবা,** পাখং লৈশাবী চাকচা হৈজানবা।

**নুরা ফাবা,** মৈতৈ নিংথৌ খোঙতেকচাম্নী থাঙ।

**নুরাবী,** নুপী, লৈশাবী,—"য়োইময়াই খুংলঙ বাংঙৌ লোয়বু লেং তিন্না লৌভায়ে দে"—কুমদমশৈ;

(২) পাশোয় নূবাবী তাউখরো"—চীং:লাই: ।
**নুয়া শমজ তোমখিলয়েক,** নূপীগী শমদা থেৎপা
**নুয়া হৌনা,** লৈশাবী মৱাম হৌ হৌ লাউনা,"সুম-লেনগীদি মায়পাকপদা নুয়া হৌনা পাখংগীদি য়োম-থাং শাংনা"—অহোঙ: ।
**নুয়াম শাক্বী,** লাইবক ফবী ।
**নেৎচেৎ য়ানবা,** ভকথায়বা, চাইখাইবা, থুগায়বা "ঈয়াং হৌনবসুঙ তৌরমলবগা য়াবণ হিংচাববু লানশোক খমথেননা দানব নেৎচেৎ য়ানববু শীংপী থর পৈশুমনা হুয়েন লানশিংল্লে"—উ:/রা:) ; বায়রা তেনবায়রবগী ঔবা তেংগোল মনিল নাইববু পাংখং কাংচাই তন্না থুগায়রে, খাম্রন পামতাল্লরে শেনবী নেৎচেং য়াল্লে"—শম:ভম: ।
**নেৎপা,** লান ওবা,— "খুনকম ভাংচেং নেৎকে" —না: ক: কা: ।
**নেনবা,** নেৎপ,, য়ানবা, হেনবা, ফাবা ।
**নেনে নাউথেল্বা,** অঙাং থেল্বা ।
**নেনে য়াহিপ তল্বা'** হকচাং ওমদবা, নাবা ।
**নেমথোক চেল্বা,** পুজেল্বা ।
**নেম্বী,** শীংনাং ( খুমন্না হায়নবা ),-নোংযায়না মিকৌনা খুমন্না তেংখানা খিকলোয়বু উশাং শীংনাংবু নেম্বীও তৌনা কৌএ-নিং: লম্বু:,"থাবা নাহা শনশেনবনা ভানবা নাচানা শীংনাং নেম্বীনা থোংগোঙ ওই খিকলোয় উশাংনা থোংপাক ওইনা থোং শাইএ অদু নোং-গীবু থাবা শনশেনবোংও তৌনা কৌএ"—চা: লাই
**নেমশিবা,** অমগা অমগা য়ানবা, তাইবা,—''শকউ শা-উদববু লোয়নরিবা নঙবু নেমশিগে"—উ:
**নেমচিনবা,** চঙশিনবা ।
**নোইনাই কৌবা চীংথং খোম্বা,** কার্ত্তা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মিং অমা।
**নোইনিংখোই ( নোংনিংখোই ),** উচেক জাৎ অমা অমসুং মদুগী মতু, লৈতেং অমা , —"শক ১৫০২ দা লাইয়িংথৌনা নোংনিংখোই চিনহন্দুনা তেন কাপ্পুনা য়ু থকনৈ"—চৈ: কুম্বা ।
**নোইমু,** থুম,—"তাউজ্জীং হৈনা শীল্লবসুঙ নোইমু থুমু হাপ্পবগা উনবী পূকনীং থুংনা চাবসু য়াকুমদে" —লাংলোন ।
**নোইম্ কাগুপনবা,** থুম মপাক অনী কাগুপননা থম্বা;—"ভরেং মখি নাইবগা নোইমু কাগুপনবি-ও —মু:কা: ।
**নোইম্ খুমগ্রাইবা লম,** বারোইদবা মকম ।

**নোং,** মুমিৎ,—"লাইবেন থবায় হিংথি নোংগীবু পোইবৈ করম থৌকাত্তরমলবনো কল্লকএ"—ধ: লা নী: ; নোংদোন লাইজা, "নোং-ও চুখরো লাংজিং মতোন থুমহৎলো"—নোং: ঈ: ।
**নোং অমা,** নোংমগী মুমিৎ ।
**নোংইন ফাবা,** মৈতৈ নিংথৌ লমক্যাম্বনা খয়োয়রোন চংনিংকাবী পাল্লহুনা পোকপা খৃষ্টগী তরাভরুকশুবা শতাব্দীদা পাল্লবা মৈতৈ নিংথৌ ।
**নোং কাংবা,** নো' চুদবা, নোংগাংবা ।
**নোংকাপা,** নো'গাবা, শিবা, লাই খুয়া তানবা ।
**নোং কোরৌ অমা,** নোংমগী মুমিৎ ।
**নো গ্রং ইরুপ্পা,** মৈদিংঙু গরিবনবাজ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা নো'গ্র' মশা পায়চুনা শরী নামুংন-খিবা থৌদোক অমা ।
**নোংখল্লবা,** নো'মা মুমিৎ অমগী লেল্লবা,- 'অঙাও বনা ফৌগুবা চরা নোংখয়ৈ"
**নোংখলমদা,** নোংমগী মুমিংতা,— "শেনবী পোং নিংথৌ মযিমকম অপোং ইংখোললেনগী খোয়ম মূর্ত্তি অরুববু যৈপাযববগী চীঙঙু ফাল্লোখোম্বা খোয়ম লৈশেম্বনা কোরৌ নোংখল্মদা খোঞ্জেল বাংলা লাউখরকএ"—সনা:লাই ।
**নোংখাকখোন** নো' শাক লাউবগী খোঞ্জেল,— "বোবৌ নো'শাকগোনকুমলে"—লা':শ: থাবা।
**নো খাকমৈ,** নো'থা' কুপ্পা ।
**নোংখায়বা,** নো'দম্বা, বায়েন তৌবা,—"থৌদু নূং-পাকথক্তা লীচৈ তোবান শূনা অশিবা চামা নোং-খায়বা অচঙবা চামা নো'দমলিএ"—নূ:অচৌ: ।
**নোংখুম নোংনাউবী,** নোং কাংলবদা নোং চুনবা অমাইবা অমাইবীনা ঈয়াং থৌনিনবা নোংমাইজিং চীংদগী লৌরুবা নূং ।
**নোংখোং ফুইবা,** নোং কুনা তাবা, নোং চুবা ।
**নোংগা'দে,** নোংমতা লেপ্লে ।
**নোংগাংবা,** নো' কাংবা, নোং তাদবা ।
**নোংগাবা,** শিবা, লাই খুয়া তানবা ।
**নোংঙান কাইনারাক,** অয়ুক নোংঙাল্লকপদা নিং-থৌগী য়াকাইরোন শকপা মী,— "মৈতেংঙুগী চীং-খোঙ থৌতাইরেম নোংঙান কাইনারাক"— —ধ: লা: নী: ।

**নোংচুপ খানা পাংবরম,** মোইরাং লাইজি থংবা মায়গৈ,—"মরোং ওক্তা হুক, খোকলাং তুংশোয়া, খেয়ে মাঙইয়না, হাওরে নোংচুপ খানা পাংবরমদা হয়েন লান্দাখিয়ে"—চায়।

**নোংচুপ পাংবা লম,** নোংচুপ মায়গৈ।

**নোংচুপ লমগাইওবা,** নরসিংহ মহারাজগী মপা বুং ভদ্রসিং মহারাজ,—"তুবী মপাতোন নোংচুপ লমগাইওবা মপারি শ্রীনরসিংহ চিঙথংলেন পামহৈবদা য়াথং চীংশাং খোইরেলহৈ গুমনা পাওয়েনখিএ" —গংনোং।

**নোংচুপলা পাংবরম,** নোংচুপ থংবা মায়গৈ।

**নোংচুম্মা** নোংমা অমা চুপ্পা।

**নোংচুপ হারম,** নোংচুপলোমদগী মণিপুরদা লাক্লুনা লৈরগা (মৈতৈ) ওন্দুনা য়ুমনাক শাগৈ লিংচুনা লৈরবা মী কাঙলুপ।

**নোংজা,** হুমৎ, নোংমা।

**নোংজা খুদিং,** হুমিং খুদিং।

**নোংতমখোন,** নোংদমখোন, লাইনা তম্বা,—"কোরৌ নোংতমখোন করমপনা য়োয়পু পায়মা উংলৈ থেংনা শানলোল্লাপানো"—পাংনোংকা।

**নোংতম্বা,** নোংদম্বা, মীওইবগী অফ ফত্ত তম্বিরিবা লাই।

**নোং তাইবা,** নোংদাইবা।

**নোংতামতনা,** নোংমতা পোখাদনা,—"কোরৌ নোংতামতনা খোইমোম লাইকোনলেন্দা য়াকারবদা"—তুভেং।

**নোংথম,** পোয়চু;—"থাদি নোংথম পোয়চু থানে"—থিংমৈংলীং।

**নোংথাওলৈমা,** কজেং নোংথাঙ লৈমা, লাইরেম্মা অমগী মিং, অশীবনা লৈশেমডো হারাবনা হোজা হোজা থুগায়রবদা হায়াববু থামহন্নবা গুরু শিদবাগী মৈরাগী মশকুম্না চোংথোকহনখিবা লাইরেম্মা।

**নোংথিন,** হুংথিন,—"অহিং শমু খোঙনা তাম নোংথিন চেংলৌ মিংনা বাংলে"—শমংঙ।

**নোংথিন চাইবী,** সাপম চহু,—'নোংথিন চাইবী হায়না ভেংথাবদি সাপম চহুবু থারে"—পেন ভেংথা।

**নোংথিন চুপ্পা,** হুংথিন হুমিং চুপ্পা,—থমোয় মৈচাক খোইবহুম ইন্নুংশোয়বা কাউওমদা নোংথিন চুপ্পা থানিন্দবগী হুংশি মৈচাক মুংওমদনা মরৈরিবা অহুয়ে"—লাংশংথাবা।

**নোংথী লাইমন হোবা,** নোংথা নোংময়ংবদা অনাবা হোবা,—"তন্দা ঐবু চুবা থৈচা য়েকয়ে, খুঙ মুংচেং লাউ নোংথী লাইমন হোনা অমা ঐবু লাইখোইরকয়ে, ঈয়োক অসুপ্পা চীংশাং নাপোম অবাংবা কাওময়ে"—পাংনাহেং।

**নোংথোই ওবা,** মতম লেপ্লবা,—"পম্মৌ লাংগোন হাঙনা নোংথোই ওবা অসিনে"খংলাংনীং।

**নোংথোইবা,** মতম লেনবা মতম ওাইত্নুনা লৈবা;—কোরৌ অচুখাও বাংবন অশা লাংনা হুংবান পোনথী পুরাওবা মশুমাংদা.........ভরা চাদংদনা নোংথোইরে"—পোংলুং।

**নোংথোইরবী,** মতম লেন্দুনা লৈরকলবী,—'ইপন শেলোয সনা চী ইহু লংমাই অচোং রিমলেনবা মরানয়ায়দা অশী লায়থুং তাম লৈরাং লৈথাই থাপনা নোংথোইরবী ঐবু"—নাংফংকাং।

**নোংথোনবা,** শিনৌ নোংথোনবা, ফম অমা, খুনফাংথৌ অমা, নিংথৌ মহিশাং কমদৌ মঙাইরোই; "নোংথোনবদি থমলাংবনে"—ফমং;— "মাইবনা লাইকনথাঙ খুএ, চোঙখানবা হঙবনা চোঙ খাল্লে, নোংথোনবনা চকথাঙ কাল্লে"—ধখালং।

**নোংথৈ,** নাদা য়াম্লবা নায়িন মখল অমা,—"কৌঞ থংবা চীংশা নাপোমদি নোংথৈ পোকএ"— পাং নাউং।

**নোংথৌ,** অভিয়া, স্বর্গ, নিংথৌ, লৌশিং,—"নোংথৌ কৌবদি লৌশিংনে"—থিংমৈংলীং।

**নোংথৌরেন,** নিংথৌরেন, অচৌবা নিংথৌ, নিংথৌ অথোইবা,—"অথৌবা নোংথৌরেন থৌদিং শাংবা নঙবু লোইবী অঙপ্পবু ইঙা লৌখোংয়রম মনিংবা, চীংশাং নাপোম অবাংববু থালৈ য়ুবুং মনিংবা লোইবী ঈরোক ঈরাউখোন চীংশাং নায়েখোনবু শোংকিদা"—লাং লমওক।

**নোংথৌ লৈবাক,** অভিয়া, লাইরৈপাক।

**নোংথৌ রাংপাসন,** লৌবাই মানসরিক,—"নোংথৌবাংপা সন লৌবাই মানসরিকনা খোইমোম লাইরেম্মপু থীকলেন থাতা পমনা লোঙথংলকএ" —কৌ কৌং।

**নোংথৌ সোরারেন**, লাইথিংথৌ সোবারেন, ইন্দ্ররাজ,—"থোইয়ম গন্ধর্ব্ব চীংঙু সোবারেন মহেশ্বর য়াওনা তাংজা লিন লৈপাকম্নুঙ অর্জ্জুন ঐনা মঙলে"—লাংঃশঃথাবা

**নোংদম**, লাইনা তম্বা, লাইংক্লা তম্বা,—"চীংঙু নোংদম মথৌথাবু নোংদম মতুং ইল্লবএ"—
লাংলোন।

**নোংদম থাকমানাবা খজিকপা**, চপ মান্নদা তম্বিদবা।

**নোংদমখোন**, লাইনা তম্বা,—"মতোম মতোম্মা অস্নুমনা রাশরুদনা শোক্লববু চীংঙু নোংদমখোম্না কনবগী থাঙবা ঙমলক্ৰে"- চীংথংঃশঃফাবা।

**নোংদম নোংখাইবা**, রায়েনবা রাযেন পৌদাবা, "তাইবং পানবা অসিবু নোংদম নোংখাযবগে হায়না"—খিঃমৈঃচীঃ।

**নোংদম্বা**, লাইমা তম্বা, হুমিং তম্বা, অক বক্তা পূন্নমক তম্লিবা লাই।

**নোংদম মথৌথা**, লাইগী নোংদম, লাইনা তম্বা,—"নয় ভুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইবেন পাথংবগী নোংদম মথৌথাগী ইপোইরৈ সন। লৈপাক অসিবু হৌজা খুন্তাক মঙাবক তাকলবদা"—
চীংথং শাঃ ফাবা

**নোংদাইবা**, নোংথক্রা লৈবা লাই তাইনবা, নোং তাইবা।

**নোংদা চীংখনয়াং**, নোংইন—"অস্নম পাওমেল্লবদা নোংদা চীংখনয়াং লেয়া অতোনবনা খূদাং লৈচেঙ কামনা হোৎনা লৈমু খোঙতাবেন অহনবদা ইন্দানথিয়ে"- পোঃলু।

**নোংদামদনা**, নোংতামতনা, নোংমতা লেপ্তনা, হুমিং খূদিংগী।

**নোংদারীক**, নোংদারীক অঙাঙবা তরেৎনা য়াই ওইও"- খুঃলোন।

**নোংদোন** অতিয়া, নোংথক, কোরৌ লাইরৈপাক, নিংথৌ লৈবাক।

**নোংদোন লাইজা**, নোং, নোংগী ঈশিং।

**নোংদোন লাইরেম্মা**, নোংথকী লাইরেম্মা অমা

**নোংনাং**, অতিয়া।

**নোংনাংপাল**, লাইরৈপাক, নোংদোন অতিয়া,—"ইমান মচা হাওকু পাথং তরুকমক্না কোরৌ নোংনাংপান খোইমোম লাইরৈপাক হুংনাং কাউথংকোন চীংঙু লাইকাম্নুং অসিদা খোইমোম সনা নখোঙ থাদবু ইন্দানমিয়সে"- খোংঃনোংঃ।

**নোং নিংথৌ**. পুরৈরোম্বা,—"নোং নিংথৌ কোবদি পুরৈরোম্ববু কৌএ"—খুঃলোন।

**নোংনিং লৈরিকচিন**, হরি নোংনাং।

**নোংনেম**, অৰাং,—"মমায় নোংনেম লাইনা পাংনা য়াহিপলে"—শলকাও।

**নোংনেমথক্তা**, অৰাংবা থক্তা।

**নোংনেম লাইনা পাংবা**, অৰাং মায়কৈ পাংবা, —"ইয়ু হোঙনেম লৈপুন্সি চাবোন লোনচিল্লে শূবোন তানফংলৈবু ইমায় নোংনেম লাইনা পাংথোঙলেন ইমান কৌবা চীংথংলাং পাংবরম হয়িশ্যা লাউনা কোনশিল্লমগে"—পেংঃলুঃ।

**নোংপুম খূদিং**, হুমিং খূদিং, "নোংপুম খূদিং য়াঙখিয়ে য়াইথোঙলীংদা চল্লিবা পাম্মুইএ দে"—
কুমদমশৈ।

**নোংপুরুম্বা**, নোংথকপু থুরুম্বা।

**নোংপোক**, মমাং থংবা মায়কৈ, লাই অমগী মিং, মহাদেব।

**নোংপোক থাকি লাম্বনা**, মৈদিংঙু থাগেম্বা,—"লাইরেন ইপা মৈতিংঙু চোয়নৌ সনা িহোনহন নোংপোক থাকি লাম্বা ও"- পাঃনোংঃ।

**নোংপোক খানা পাংবরম**, মৈরম,—"হাওরৈ নোংপোক খানা পাংবা লম মোনশাং মপূংয়ায়দা সনা খোমহানবদি হুয়েন লাম্নিগীদি চথা মোনশাং মনিংথৌ হুয়েন শাকপ্পবু কাইনা হুল্লে" - নিংঃলঘূঃ।

**নোংপোক খেবান তোং**, খে, অমুবা মচুগী রং মথল অমা।

**নোংপোক ঙম্বা**, মৈতৈ নিংথৌ চীংথাং লাম্বাবগী (খৃঃ ১৯৩১-১২৪২) থাঙ।

**নোংপোক চকমিয়েংশেল**, শকয়েং মিংশেল,—"নোংপোক চকমিয়েংশেন্দা শায়া মমি য়েংনা হকসাং লৈতেং শেমলে"—বিঃ (মহা)।

**নোংপোক চকলাইথাঙ তোংকোনবা**, থাদোন, "তম্নুম লৌবমচা তবা চাতানবা থাংই অচেন লোইনা নোংপোক চকলাইথাঙ তোংকোনবা তাংখুন খম লো লৌথৈথাঙ ঙাঙোই নুংরাবী কানা থাঙ

থাচিনগ্রাও হাইদু মাননা মরা ৭৬১ পানবা থোং-
নাং শেকপী য়াতানবা থাওনা ওয়দা লৈশমগা
গোষবু থোমরোনবী"—কৌঃবাঃ।

**নোংপোক চাকশংকাই তোম্নৌ,** মুমিংকুম তরং তয়ংমা কজবা,—"লাইরেন মৈদিংগু তুবী কোয়ৌ ননোংথৌ অসিবু নোংপোক চাকশংকাই তোম্নৌবা লৈকাই তোম্ফাং কোয়থংনা ব্রপা শিনগুয়োন কোরী নাপোম তাউবদু থাগুলেন পাইজা পীগুনো"—

**নোংপোক চাকশংকাই তোম্নৌবা,** মুমিংকুম তরং তয়ংনা কজবা।

**নোংপোক চীংলেনথোম্বা,** চহী তরেৎ খুন্তাকতুনা ওবা লানগাই-বিগুদা ওবা নিংথৌনা হাম্না মৈতৈ নিংথৌ মচু সিংহগী মিংকুম অমা,—"শক ১৭৭৭ মেবা ×××× ওবা নিংথৌনা ইবুংশি মচু সিংহবু মৈতৈ নিংথৌ ওইকরো হায়না নিংথৌগী পোৎলোই মশীংগুনা ×××× লোইনদুনা পানিন নোং সংগোলসেন মুমিংদা কোমুং চত্তুনা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক চীংলেন খোম্বনা চহী ৩৩দা নিংথৌ ওইএ" - চৈঃকুম্বা।

**নোংপোক নিংথৌ,** লাই অমগী মিং।

**নোংপোক মহৌ লৈরাই পাংগা নিংথৌ চনু,** থাবা নিংতোন,— "থাবরোন নোংজেংশু থাবা থাংজনজাম্বনা পোকপী নোংপোক মহৌ লৈরাই পাংগা নিংথৌ চনু মপাম থাবা শনলেন থোংও কৌবদি কদৌ নোংগীনো"—চাংলাইঃ।

**নোংপোক মালং হুমওইবা,** তম্ফা রাংগমলোন পাম্বোইবীগী মশাবি,—"মশাবি নোংপোক মাল হুমওইপাতি তাংখুন মচি হাও পাথংবু শানা"—
পাঃখোঃ

**নোংপোক লমহোয়াই** }
**নোংপোক লমহোয়াই মরু** }, নোংপোক মায়গেদগী থোরকপা মুমিং।

**নোংপোক রাইরং পামহৈবা,** মৈদিংগু গরিবনবাজ মহারাজগী মিং অমা,—"মৈদিংগু থোংনা মমাবু নোংপোক রাইরং পামহৈবা ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো?"—নিংঃ লম্বুঃ; মাজ্জিৎ মহারাজগী মিং অমা,—"লংমাইথেম মনিকী কুম শক ১৭৩৬ শজিবু থা ১৩নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক রাইরং পামহৈবনা মৈতৈলৈমা থোকচাওমুগা কথাল কাএ"—চৈঃকুম্বা।

**নোংপোক শেল্লু নিংথৌ,** মৈতৈ নিংথৌ, রাংগম লৈকোয় কথা, কংলৈ লৈমাবা,—"হে লাইরেনমৈতৈংগু নোংপোক শেল্লু নিংথৌ রাংগম লৈকোয় কথা-গু তুবী নগুনা তীর্থ যাত্রা তৌরকপা অসিবু"—
চীংথং শজাঃ।

**নোংপোক শেল্লু কথা,** মৈতৈ নিংথৌ;—"লাইরেন মৈতেংগু নোংপোক শেল্লু কথা-ও—শযঃঙঃ।

**নোংপোক শোয়মায় হাংবা,** নোং তাল্লকপা;—"নোংপোক শোয়মায় মথোঙ হাংলকলে"— য়াকৈবেন।

**নোংপোক সনা কোনগারম,** মুমিং থোকলকপা মায়গৈ,—"নোংপোক সনা কোনগারমদা লাংগোই শায়াম কানা পুংবু তানকংবা নিংথৌরেন থোনাং ময়াম্বগী"—নিঃ লম্বুঃ।

**নোংপোক সনা কোক্লাংচাম,** মুমিং থোকপা মায়গৈ।

**নোংপোক হায়ম,** নোংপোক মায়গৈরোমদগী মণিপুরদা লাক্লুনা যুমনাক শাগে লিংদুনা মৈতৈ ওনশিন্দুনা লৌংবা মী কাওবু।

**নোংকাই,** লৈচিন।

**নোংকাইদবা,** নোংমা লেন্দবা, লৈক্লেম্বা।

**নোংক্কাইবা,** গুহিং লেক্লুনা লৈবা,—"রাবণ নিংথৌ লিংচাবদি লানচৎ নোংকাই য়াম লোইদাম থাবু শি লাংহৈ কুম্বু ওল্লবনিগীনা বিচার বা থিদনা"
উঃ রাঃ)

**নোংকি,** মমাংগুওদা যুমলেনবমতনা শানরবা কি জাং অমা,—"যুমলেনবম নগুদি নোংকি শাউ"—
লোঃ শিনয়েন।

**নোংবান,** অঙোম, অঙোম য়েক ওইবা নিপা।

**নোংবাম অঙোবচা,** অঙোম মচা, অঙোম শলাই ওইবা নিপা।

**নোংবাম্বা,** নোংজু থা, নোং তাবা মতম, নোং চুবা পাম্বা।

**নোংবান মাউয়োকশৈ,** অঙোমনা অঙাং য়োকপগী ঈশৈ।

**নোংবাল্লোন,** অঙোম চহু, অঙোম য়েক ওইবা

মুমনাবী নিংঙোন; নোংবাল্লোন হাওচোংঙবী পলেম মমা পোকপু সনা লীকলাই য়েনবদি বনানো ?'— চাঃলাইঃ।

**নোংবাল্লোন নিংথৌ পোকপী,** মংসদম নিঙোল, —'চিমফুরোন কাম্মুহিখাবীনা নোংবাল্লোন নিংথৌ পোকপী পম্মৌ মপা পোকপু সনা লাংহুই খথবনে' —চাঃলাইঃ।

**নোংখু খোলবা,** নোংথক (সোয়াবেম) খোনবা।

**নোংখুম,** নোংমা।

**নোংখুমবু,** নোংমতংবু।

**নোংখুমলেন,** মুমিৎ চুপ্পা।

**নোংখু শাংজা,** মুমিৎ য়ামনা কুইনা,—"নোংযংয চাউবা পুংদা লকত্রোই নোংবু শা না নোংথোইব-বদা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নোংমলোন,** অতিযা, বোবৌ লাইবৈপাক, স্বর্গ, —'য়োংবদোন অবাংবদা লমওক্তৈনে'—উঃ বাঃ।

**নোংমল ঈশে,** অশিবদা শকপা ঈশে।

**নোংমলখিবা** শিখিবা,—"মপাকিনা চাম্না নো মন-খিবৰু না ভাবক্তে"—উঃ(বঃ)।

**নোংমলখিরে,** শিক্রে - "চন্দ্রকেতু নিংথৌবেন্দি মালং মুংশিৎ অকনবনা মুমথংলক্ক নী শিংনি পাকন ভিংনা থংলংল লৈকা তেকনা নোংমলখিরে" পঃপঃ

**নোংমমঙমলে,** শিবমলে —'লৈতাং থবো মংগাক লোয়শুমনা নোংমলঙমলে" - য়ঃ।

**নোংমলবা,** শিবা,—"চকপং থ নপোবনৈামা কাল্লৌ-ঙবী মপারি শাংকয়াবু থারা থুংরে মুনা নোংমল্লে অতুগী চকপা মীংকিমৈ হেমক্কেং মীবৌ মেনে" - —নিং, লম্বু।

**নোংমলর ই,** শিখিবা মকম, শিকম

**নোংমলহনবা,** শিহনবা,— "লাংগোই শাশেনবা নদাইরেম লানমী পুমনমকপু নোংমলহল্লে"—উঃ(বা)

**নোংমলবাগী,** শিখিবগী মরমগী।

**নোংমাই নিংথৌ,** লমমাই নিংথৌ।

**নোংমাইছন,** নোংথক্কগী ভারকপা।

**নোংমৈ থাংকেংনবা,** নোংমৈ কাপ্পা।

**নোংমৈ খিংগাল্লবা,** নোংমৈ কপ্পা।

**নোংমৈ পাল্লমহনবা,** নোংমৈ থুংচুপনা কাপ্পা তমহনবা,— "নিংথেম য়াওনা চীজোন্দা নোংমৈ পাল্লমহল্লে"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**নোংমোইন, অহোংঙবী,** চাক, লমঙকৈবী লাই-বেম্মা অমা,—"যোযবু নোংমোইছু অহোংঙবীনা ভয় মুগায় ঙই য়েল্লম মথেন লেপ্পা"—নোংঃ লাইঃ

**নোংলম্ব,** ভঙোমপী অমাইবা,—"থায়নগী হৌ-নবা নোংলম্বুনা নোংমাইজিংগী ঈন্নাং থৌনি কায়-কয়োই অনমুং নোংলম্বু কাবা ফুংগাদি অবা অনা পুমবনি মথোয়মু চাকহেন মুংঙেবনিনা অশি অনা চঙদবনি মাইবীগা মাম্নৈ" চৈঃকুম্বাঃ।

**নোংলাউথোন,** নোং খোংবগী মথোন।

**নোংলাংবা,** কোয়থোকপা, হৎা চাবা থোকপা, চথোকপা।

**নোংলুম,** মকম।

**নোংলেন** নোং —"নোংলেন ঈনৌ ভাবদা লাইজা ঈমায় চোম্নদি নিংথরে দে"—কুমদমশৈ।

**নোংলেন চাইহি মরাং হৌবা** নোং য়ামনা বন্না চুবা,— চ নোং ঈংনথ চুদি লৈচিনশিকা-বানে তিমেন হথুংশদি নংলেন চাইহি মরাং হেবরে' পেঃলুঃ।

**নোংলেন চাইচোংনবা** নোং চোংপা, নোং নংবা।

**নোংলেন নোংজা,** মুমিং,— "অসি নোংলেন নোংজাদা মুংশান থাকি খু খুইবা লুয়াং য়াং-মনড মুশান উখিবা লুম্ব উয় বনা চেংলৌ শিংযে ...।— শিঃশিঃ।

**নোংলেন মখোঙ ফুয়না চুবা** নোং বন্না ভাবা, 'য়ায়বা মত্তেঙাবু নোং নোংলেন মখোঙ ফুয়না য়ায়বা ভেংবা বাবকপবু শাকিদং" উঃ(বা), "নোংলেন মখোম ফুযনা চুবকনবী লাইজা ঈনা ঙমলকলে" —ভুতেং।

**নোংলেপ কা,** নাংথক মপু কাবা, মুমিৎ লেপ্পা, অবেপ্পা মতম।

**নোংলৈমা,** লাইশিংথৌ সোবারেমগী মনাউ ইবেম্মা, —লাইরেম্মা অমা,— "ভরাং কেংরৌ নোংলৈমাপু ওইনকে'—বেঃচোংকাঃ।

**নোংলোন,** নোংথৌ মরোন, স্বর্গ মরোন, অতিয়া, —"লৈবোন নোংলোন অহুমকপু খুনঙবা"— উঃ (বা), 'অতিয়া নোংলোন মকোয় ম্নোনা লৈত্তেংনয়ে"—লাঃ শঃ থাবা, লাই (মোইরাংনা হায়নবা),—"মখিম কেকে মোইরাংনা মিকোনা

থোইমোম লাইপুক্তি নোংলোন ও কৌএ"—
লুঃ খোঃ

**নোংলোন অপাইবা,** লাই,—"খোইমোম লাই-থিংথৌ শেনবা কুবাতরা কবো শবাং নোংলোন অপাইবা লাই চীংড়ু মবনকুগী থাম্বী মৈরী চৈ-রোমননা হুয়েন লাক্লেল্লকপবু শেনবী কনানা চেং-লৌ শক থঙলোদে"—ব. লাঃ নীংঃ

**নোংলোন খুদানবা,** শিবা, লৈচিন থোঙনেংনবা

**নোংলোন তরেৎ,** নোংলোন হুরেং লৈরোন ভরেৎতা য়েংউ

**নোংশা,** মুংশা, শংগোম চকু মংল অমা (শগোম নোংশাদা যেংউ), থৌমা কনা শা নখল অমা, সিংহ রাশি।

**নোংশাং কুমশীং কুইশিল্লকপা** চহী য়ামশিল্লকপা,—"লাইনিং ইহৌশাবু ধাদোক্লনা সনা কম্বান কম্ববু নোংশাং কুমশীং কুইশিল্লবদে"—চীংগম্বা

**নোংশাবা,** লাই অমা, লৈবা

**নোংশাবী,** লৈবী, "মালেম লৈরোন ভরেংমাদা নোংশাবী"—লৈঃনাও

**নোংশা লাম্দানবা,** নোংশাগুমনা থৌনা কবা

**নোংশা য়াইগুম্বা,** মুংশাগী মৈচাকুম্বা

**নোংশীং,** মুমিং মশী

**নোংশীংজও,** বজ্র, শক্তি শেন।

**নোংশীং শুরবা,** মতম শুরবা মুমিং শুরবা

**নোংশীৎ,** মুংশিং

**নোংশীৎ নিংথৌ মপারি,** মুংশিং নিংথৌগী মচা নিপা, হনুমান

**নোংশীৎ লাংবা,** হম্বা চাবা,—"কম্বালাংদগী মালং নোংশীৎ লাংনা থোকলুববু" (উঃরা)

**নোংশু নাহা,** সোরাবেন

**নোংসাং কুইনা,** মুমিং মশীং য়ামনা,— "মতম নোংসাং কুইনা চেংলৌ শক উদরিবা পাংগল ময়ম-চৎনুঙ তাদরিবা পম্বৌ ঐবু পোকপগী মতীক অরুবা মহাকপু হম্বক মতম অসিদা পম্বৌ মাঙদা থানা থঙজরঙেনে"—লাংঃশঃথাবা

**নোংশাংবা,** কুইবা, মুমিং কুইবা

**নোংহাম্বা,** শিবা, থবায় থাবা,—"ইনেম মচা চথা মোইজামবু নমলেম হৈরেম ময়কশি কোনম্না থৈ-থোকপান্দা নোংহামলে"—চায় ; ঙাইফুনা লৈবা, ঙাইবা,—"ভরা চমাংদা চবৈ ফিশেং শেংনা মুমিং শী বুম তরেংনি নোংহাম্ববু চীংডু মতিক উৎপি-প্রবগী চীংডু অতৈবা নমলোঃ চবান চাবা অসিবু চীংডু লাই মরুনি হায়বদি শীংলেন অরেম্বনে"—
সনাঃ লাইঃ

**নো হুম লম,** মোইরাং লাইজি

**নোংহুম শঙ,** কংলা মেন তোংকমগী মনাক নোং-পোকলোমদা লৈবা মঙ্গম অমা, কুরুমচীং,—"কুরুম-চীংদি নো হুমশঙনে"—উঃণাঃ

**নো হৌবা,** কোয়ৌ অশ্বিন্না শেম্বা, অহানবা নোং মংবা, চুবা,—"মালেম লৈশেমলকপা কোয়ৌ নোং হৌরকপা ইবুংঙে"—হিঃহিঃ

**নোক্তি** ওক্তী নৃপী -"কাংঙবম চম্নু নোক্তিনুঙ ৯৬ মুমিংতা মচা নিপা অমা পোকএ। মপা থঙদববগী শংশাং মচা ওইহনখি" চৈঃকুম্বাঃ

**নোংয়ায়,** অহিং চবুক, ইমুং শোয়ায়মা, অহিং মরায় ;—খুমনশিপা,—"নোংয়ায় খুমন নিংথৌ লুংবা অহনবগী কোলোয় মশঙকমদি অদুনুঙ মতোমদে" খুঃব লৈঃ মশু.

**নোংয়ায় ইপুংয়ায়** খুমন ইরৈবাক

**নোংয়ায় খুমন নিংথৌ,** খুমন লৈবাবা

**নোংয়ায়চা,** খুমন মচা, মুয়মাক খুমন য়েক ওইবা নিপা

**নোংয়ায় চাউবা পুং,** খুমন লৈবাক

**নোংয়ায় নিংথৌ,** খুমন নিংথৌ, খুমন লৈমাবা,—"নোংয়ায় নিংথৌ নথোথাগী হৈরেম মপুংয়ায়দা নোংমল্লে" চায়ঃ

**নোংয়ায় লৈকোয়পুং** খুমন লৈপাক,—"লাই-রেন নপা মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবা মঙুংলাংগী নোংয়ায় লৈকোয়পুংদা করম ইন্দানখিগবনো কল্লকএ'
—নাঃ কঃ কাঃ

**নোংয়ায় য়ুমলেনবা** খুমন নিংথৌ

**নোংয়েংবাচা,** ঙম্বাই,—"হাওরৈ থানা পাংবয়মগী শয়েং শমশাংবীচা ঙম্বাই নোংয়েংবাচা ঙাচিং চিংলোইমাই লেমলে মশীং মুনা"—তোরৈঃ

**নোয় খুত্তেক নোয়মল্লাং,** জগোই শাথা,—'য়োম্বু খোইমোম লাইরেম্মা তম্ফা খাংজলোন

পাম্বোইবীনা মশাবি নোংপোক মাল হুমোংবগা খোইমোম মতৈ মনাউনা শেনবী লমলোকপা। কবো লমজনভৈদা শেনবী চৌনাই উত্রিংকোনগী খংলা উয়োককোন্দা নোয় খুতেক নোযমল্লাংবু পোখনা ওমদম হৌ, চৈরৈ ফিজি পায, লংজৌ তানুন যেং-না ফিবুন ঙাইরং হুরকম"—নিংগ্মুঃ

**নোয় খুথেক,** জগোই খুথেক, 'গোড়শীং মানবন নোয়বু নোয় খুথেকপু নোয়তমএ" -অনোয়ঃ

**নোয় তম্বা,** জগোই তম্বা ;— "তোইবী তংকা চম্বুগা মপম লাইগা নোয়তমএ"—অনোয়ঃ

**নোয়না ওমদমহনবা,** জগোই শাহনবা;—"লাই পাখং লাই নুরা অরেংমক তাখোকলে নোয়না ওমদমহল্লে"—সনাঃলাইঃ

**নোয়না ওমদম হৌবা,** জগোয় শাবা

**নৌক্লংবা,** কম অমা,— "নৌকংবা লোইতোংবা যাত্রা শিএ"—চৈঃকুম্বা।

**নৌরোং খোং,** নৌ মখোঙ খেংনা পায়বা

**নৌহা খোংকাং শাংবা,** কুইবা

# প

**প,** মৈতৈ ময়েক্কী কুম্মাখোই গুবা ময়েক

**পকপা,** নম্বা, নপশিনবা

**পংথৈ,** ওমথৈ, অয়োইবা, সীমা

**পজেঙ,** মাচেত্তগী শিশক শিশক পিকনা মচা মচা খায়দোক্লগা চাং মাম্বনা ইত্তুনা শেম্বা চৈ মচা ;— নিংসা,—"নিংসাবু পজেঙ কৌই বীর্য্যবু ফীরান কৌই

**পজেঙ ইৎপা,** পজেঙ শেম্বা

**পজেঙ ফীরান,** অকল অপোগী কোয়েংতা খেৎন-বা মনা মথল অমা

**পজেঙ কীরান খেৎপা,** অকল অথোগী মনা পজেঙ কীরান্না লৈজেংবা

**পজেঙ শময়াবা,** শমচেং হাংপা

**পথাপ,** নিয়ম, চৎনবী, কাঙলোন, লৈরি চুমনা চিংনবা চৈ

**পথোম,** পরৈ;—"সনা থোম্মদোনবু পাউথেমলু হায়রবদি পাগী পারম তাবনা পথোম মঙ থোম্মো নুগী নুরম তাবনা পথোম তরক থোম্মো"—মু:কা:

**পথোম থোম্বা,** পরৈ লৈবা,—"পাগী পারম তাবনা পথোম মঙা থোমও"—মু.কা:

**পনকোয়বা,** কোয়শিনবা

**পনখৈ,** পংখৈ, তাংকক, অরোইবা সীবা, লমখৈ

**পনঙমখিবা,** নাম্বোক্তুনা চেনখিবা,— "শঙাই পিরেন শানা য়াওরো পনঙমখিববু নিংথৌ মিৎয়েং শারখৈরবগী"—প:স:যজ্ঞ:

**পনঙবা,** নাম্বোক্তুনা চৎপা,—'শেল্লোয় চীংশাং নাপোম শন্না তকলেম পনঙমখিও লাইরেন পনলিংখিও"—না: ক: কা:

**পনঙাকপা,** কাঙজৈনচিংবা শান্নবদা পাঙন চনকম ময়াদা ঙাক্তুনা লৈবা মী, পনঙাক্তুনা লৈবা, পনশেনবা।

**পঞ্চি মরি,** চিথেক মরি

**পঞ্চিয়মদাই,,** চিরবা মতম, ওৎ য়োরবা মতম, অরোইবা মতম

**পঙোংখিবা,** নাম্বোক্তুনা চেনখিবা

**পঙোংবা,** নাম্বোক্তুনা চৎপা;—"থিংলৌ পঙোংখিরে হায়দবরা ?"—না:ক:কা:

**পঙোংলম** চেনখিকম, চৎখিবা লম,—"নমোম ঐপুও তুবী থিংলৌ পঙোংলম লাইরেন পনলিংকম্ব খঙলোদে"—না: ক: কা:

**পঙ্খানবা,** পল শেন্বা, ঙাকপায়ূ

**পঙনকম,** কাঙজৈনচিংবা শান্নবগী পাঙন চনকম

**পঙমবা,** পন চনবা, কোরশিন্নুনা থম্বা, কাবা

**পঙাউ,** পল অচৌবা, অচৌবা থোদোক।

**পঙেনবা,** কাঙজৈনচিংবা শান্নবগী মাঙ থাবা।

**পন্তোন লোমনা,** মতোয়োমনা, চিথবা লৈতনা, —"সাকোক লাইহমলেপ্পগা লাইপুম তোয়োবাগা অনীবকপু বালম মতোয়োমনা য়াথং মতাং শীন্না লীবিরম্মো"—সা:লা:

**পম্বেং থাবা,** পন থুগাইবা, লান্দাবা

**পম্বেংবা,** লান্দাবা, লান চঙবা,— 'ইমোম তন্ফা বাংঙমলোন নঙবু সনা কম্বাল কমহন্দনা থৈথরবদি থোঙলোয় য়াঙনা থৌশীবকও খাম্রম মপুংয়ামবু তাকনা পম্বেংগে -"শম:ঙ:

**পম্বৌ,** মপা,— "তুবান শাগুম পোকলবা পম্বৌ ঈহন নোংগীনে বোকককবোই দে"—কুমদমশৈ।

**পম্বৌ অথুবা,** খুয়া

**পম্বৌ পালাইদবা,** মপা লৈতবী

**পম্বৌ পামচা,** মপা অমত্তগী মচা,—"শাবি ইচিন ইনাউবু পলেমপীবচা পম্বৌপামচা নত্তবরা ?"— ধ:লা:নীং:

**পম্বৌ পাশোম নাহে তম্বা,** মপা কৌতুনা কপ্পা

**পম্বৌ পোকমাবা,** মপা অপোকপা,— "পম্বৌ পোকমাবা তা আনে"—উ: রা)

**পম্বৌ মপাতোন,** নখুয়া

**পম্বৌ মরনকু পলেম মথৌজান,** মপা মমাগী থৌজান

**পম্বৌ শাৎমাবা,** মপা অপোকপা

**পম্বৌ শেম্বা,** ইয়াম্বা

**পম্মনবা,** শিবা, নোংগাবা

**পম্মোই,** পন

**পম্মোন লোম্বা,** লোইবা, লোইরবা, মথা তানিংঙাই লৈত্রবা

**পম্মাং,** মনীং খংবা, মতুং শংবা পন মম্মা

**পম্মাং পনমাং,** তা থৌশারোন অমগী মিং

**পম্মুং,** পন মমুং

**পনম,** তুম্বা, মীহাৎকম, "ঐবু হয়েং কেগে মীয়ানকমদা মোইরাং মীতুকমদা পনম মীহাৎকমদা নোংমঙ চায়রক্নেনে"—শলকাও ; চথোকপা কোযথোকপা, — "কৌবা অঙাংঙানা কোংলৌ লমংগে শাবন লমতাকে পনম চথোকলক্পা তুবী য়োইনোংতা নোংবা লাইরেন পাখংববু লমঙরবে"- নিং লম্বু:

**পনম কাইথাকম,** অশিব মী হাপ্পা কু থক্কম,— "লমলেম মদাইমা য়োইহৈ খয়োইয়োন হেমচেং

চকপা ওঞী পনম কাইথাকম"—নাঃকঃকাঃ

**পনম কাইপুরবা,** অশিবা হাপ্পা কু (কাই) পুববা (থাংলবা)

**পনম নিংথৌ,** লাই অমা, অঙ্গোদা খুবম লৈবা লাই অমা

**পনম মীয়ানপুং,** মীহাৎপুং, মীহাৎকম

**পনম মীয়ানকম,** মীহাৎকম,—"কেপে মীপাপুং বোইরাং মীতুকম পনম মীয়ানকমদা নো'মনহল্লো" —মোইঃনিংলম্বঃ

**পনম লানয়ানকম,** মীহাৎকম,—"লাইরেন নেম মচাবু শেল্লোয় চীংশাং লম্মাই পনম লানয়ানকমদা থাওলেন মথুম হাং লাংগোই সারি খোকনা নোংমনহনগে"—নাঃকঃকাঃ

**পনমাও,** পনগী মবাও

**পনলিংখিবা,** নাম্বোক্তুনা চেম্বোকখিবা,—'ইনেম মচা-ও নওবু শেল্লোয় পনলিংখি লংমাই পনচোখি" নাঃকঃকাঃ

**পনলিংকম,** নাম্বোক্তুনা চেনখিকম

**পনলিংরাই,** চেনখিকম

**পনশাবা,** পন ওইনা থোংগত্তুনা লৈবা, পন থোনবা, পম নাপ্পা

**পনাম,** হিপকম

**পমমা হানা,** মপুক থন্না পেন্না চাত্তুনা

**পমপাম লোইথৈ,** খুন্দোম,—"পন্দেম মমা মচা শুও অমা পোথাদনা পমপাম লাইখেম্বা থাওদ যুমতোনপোক অমদা হান্না বায়খুন্দে" সঃমঃ

**পরম,** পোথি, নোম্না

**পরি,** শওম মরিগী লম, লোবাক অনী, বিষা তরেৎ মথায়, একর অনী মথায়, উচান পরি—উচান মপুন বায় মতানা কোনবা

**পরিং,** অচুম্বা, নিয়ম কায়দবা, চুমত্রিং চুম্বা, লৌথুপ লোকোই য়াওদবা, যুম শাগদবগী নাপ শমতুনা মকম শেম্বা,—' পরিংনা খোং অচুম্বকী মকোকপু নম্না লৈএ"—যুংলাঃকাঃ

**পরিং লাংশং,** যুমগী পরিং থাবা

**পরিং লাংশং হুনবা,** পরিং থাবা,—"পরিং লাংশং হুন, উকাক মাযথোং য়ান্না মালেম লৈশেমলকপা কোয়ো নোং হৌরকপা ইবুঙো"—হিঃহিঃ

**পরিং হুনবা,** পরিং থাবা, যুম শারমদাইদা থোয়া ভিংতুনা যুমগী কায়াৎ শেম্বা

**পরি ফি,** মনা ফি, মবাওঙেদা শাকা লানকাগী মনা অকন অথোদা পীবদা লৌ পরি অমা পীনরবদগী লাইয়িংথৌ থাগেম্বগী হাক্তকী লোগী মক্তা ফি ওইনা পীনখি, মসিবু পরি ফি কৌই, --"পরিফি থুমপোন নামা মনা পীএ"—চৈংকুম্বাঃ

**পরে',** লে', পাৎতি, মপং মথং, ও মথল অমা

**পরৈ,** কিশি, "লৌথুপ পরৈ খঙহল্লোই, লাইরেন নঙদি পরৈ হো'লা থং, ফকলা' লোঞ্জা মতাই কাওনা য়িমনোন শাংগং পোন্না লিংনা শেম্লোয় চীংশাং নাপেম শন্না ওকপেন পনঙমশিও" নাঃকঃকাঃ

**পরৈ চেৎপা,** পূকচেল হো'দবা, পুকনীং চেৎপা

**পরৈবা,** খুজিন থোয়াও তৌবা,— "পরৈবনা পরৈও থাওযোংবনা থাও থোংও"। সুঃকাঃ

**পরৈ লাং,** পয়ানা পুনবা

**পরৈ খুদোপ,** খুদোপ মথল অমা,—"লাইরেম্মা লাইয়িংথৌ অনৌমাগী ফিবোই অত্তবা, হৈজ্রাং, কাত্তি, খোঙশি নাশি, চোম্মাই পু অমা পরৈ খুদোপ"—চীংলাইঃ

**পরৈ লানগা শাবা,** লান্দা কারগা পুন্সমা থম্বা, পয়ানা নত্রগা থৌরীনা পুনবা,—'মঙ্গ মঙম শা-শেনবমা পরৈ লানগা শা শমু ত্তুপুন্ননা কাখিরে"—উঃরাঃ)

**পরৈ হোঙলা থংপা,** পয়া থনংপা

**পরৈ লোঞ্জা থং ফকলা' লোঞ্জা মতাই কাওনা,** ফকলাং লোনখত্তুনা

**পরৈ হোংলা থং ফকলাং লোঞ্জা মতাই কাওবা,** ফকলা' হোম্নাতুনা

**পরোং থোংখিনবা,** চীনয়া শেংবা, চীনকুপ্পা

**পরোং থোপখিনবা,** অশিবা মীবু ফকনা য়োমলগা মপক্তা শৌ মতা (নুপী দা তক্সক) থোয়দো মপ দা যুম্লগা লং অহিংবনা নিপাদা মতারক নুপীদা তক্সকলক য়েৎপা

**পরোন চাগুবা,** অরোনবা চা তৈবা থাওথোক

**পল,** লৈপল, লৈপাকনা থোনগৎপা পরেং শাবা লম, সমাজনা য়াদবা লৌনবা য়াদবা নুপী লোবশিং থম্নবা মফম

**পলংলা,** পল, চীং অবাংবা,—"অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বা শেল্লোই মকাইকম লংমাই মথুনেং, চীংলেন পলংলা থোয়ম লাইবুংথোন অবাংবা"—নোংচীলোইঃ

**পল মরু,** নম মকোক
**পল্লম্বা,** শোল্লম্বা
**পল্লানবা,** পল বা'মা লানবা, মকম চো'বা
**পল লিংথিবা,** মকম হোংথিবা, পল হত্তুনা চংথিবা
**পল্লিংপা,** লাম্বোক্তুনা চংথিবা
**পলু,** লৈপল
**পলেম,** ইমা,— "হে ইপন পলেম ইমা লৈফু খুঙবদা য়াত্তারিবী ইমা লৈমায়েন শিদবী-ও"— উঃ(য়াঃ)
**পলেম ইমুংশিলয়োমম্বু,** ইমাগী গর্ভ, ইমাগী নাউয়োমম্বু
**পলেম লুখুবী,** মমাঙ্তোন, মমা পোক্তবী,—' পলেম লুখুবী মচা য়িটি খমলাং পামশবা নত্তড়ভ চোইবী হাওকু তে'ও"—নিঃ লম্বুঃ
**পলেমপী খেয়রেন,** পুনশি চেঙ্কেম লোখ, খোয়রেন;—"নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবদি পলেমপী খোয়রেনগী কোরৌ নো'গাশিরে"—খুঃনিঃলম্বুঃ
**পলেম পীথাঙশিল্লা,** মমা শকনা,— মপারি অনীমকপু পলেম পীথাঙশিল্লা লা'গোনবাগী"— — ধঃ লাঃ নীংঃ
**পলেম পীথা'শিনবী,** মমা শকলবী,— "লৈম্নাং মলেম তৈ তাউজীং পেনমাই লা'না মশানৌ পলেম পীথা'শিনবী শ্রীকুঞ্জবতী য়েল্লাংবীমা পুকনী ভক্তি চৈগোয়ননা"—লাংঃশঃথাবা
**পলেম পীনাইদবী,** মমা লৈতবী
**পলেমপী মচা,** মমা অমত্তগী মচা, মমা তিন্নবা মচিন্নাউ,—"শানৌ পলেমপীমচা অনীবু করিগী ফুংবান ময়ান ওইরগবনো ?"- পোঃলুঃ
**পলেম পীশোনবা,** অযো ইমা হায়না শোনবা, মমা কৌহুনা কপ্পা
**পলেম পীশোনবা পম্থৌ পাশোনবা,** মমা মপা কৌহুমা নাহেবা,—"পলেম পীশোল্লে, পম্থৌ পাশোল্লে, চানা লাইপোৎ কারবদা"—চায়
**পলেম পোকমাবী,** মমা অপোকপী
**পলেম শিল্লা,** মমা শকনা
**পলেম শেম্থি** ইচল, ইচেম
**পলেম হেসোল লিকপা,** অযো কংবা, ইমা ইমা লাউবা

**পসি খোইদোম লুখ্রা,** লুখ্রা,— "পসি খোইদোম পুখ্রাবী ওইবীগী পারি-ও"—চেক্কঃ
**পশোৎ** ফি অঙৌবা
**পশোল,** ৫ফ,
**পয়া মীহাৎ,** মায় নম্রগা কাপ মত্তানা কোনবা পয়া মপুল
**পা,** নিপা,—"পামা পোক্পারা হায়পাপু মমা পোকলকএ"—লুঃখোঃ
**পাই,** ঈশং অরুবা, য়াম্লুনা পোৎ পুনবা ফিগী খাউ
**পাইখু—**ঙবা
**পাইখু লাম্থবী,** ঙবা ঙবী
**পাইখু লেংহাল্লা,** পাইতুখাউ য়ানবগুম য়াম্লুনা,— "পাকলোই শাথি তৈ খাংকোই য়া'নম শেম পাইখু লে'হাল্লন কা'চিন লমতাই লৈবু তুংথাংনা খোকলা' লে'পা খে'না" চাঃসাঃ
**পাইখোম্বা,** খৃষ্টগী শতাব্দী তরাতরেৎ শুবগী লোইরমদাইদা লাইয়াংথৌ খুঞ্জাওবগী মথংদা তুবী চরাই রো'মগী মখক্তা পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ (খৃঃ৯৬৩-১০০৭)
**পা'চ'না,** মবাইগী মরী
**পাইথি,** কতুনা
**পাইপং,** শা মপল অমা
**পাইবুরোনবা,** কোম থনবা
**পাইবোম লাকলোই শেনবা,** নাকদা পাইতু য়ানবা
**পাইরি তুংথাংনব,** তু'লোমদা পাই য়ানবা
**পাইরৈ ববাই,** মবাইগী কাঙব,— "লাংলেন কোওয়াং বা হোঙ্গে হায়বগী অদোন পাইরৈ পাউকৌ নোং"—নাঃ ফঃ কাঃ
**পাইরোরেম,** ইবাই, মবাই,—"পাইরোরেম নোংয়ায় থুমন নিংথৌ ও হৈনা নত্তুং ইল্লকপা অসিবু কনানো ?"—নাঃকঃকাঃ
**পাউকোওবা,** পাউ কৌরবা
**পাউকৌ নোং,** কৌরবা নুংশিৎ
**পাউকৌবা,** কৌবা
**পাউকৌরুবা,** কৌরুবা
**পাউখুম্বা,** খুম্বা, পাউখুম পীবা,—"মোংবা তুক্তেংবনে পাউখুমখিএ"—তোরৈঃ

"নুংবান পুমনা হৌ লুবাং পাকনা তাইনা পোইরৈ থুনওমলকপদা"--লোং চীঙোই;—"থুমন পাকনা তাইনা ছয়েন লান তানথংলকলে"—থংখাংহিং

**পাকলোই**, কোয়েং, তোলোক, —"পাকলোই শলাই য়েংপিখিয়ে" - নাংকংকাং

**পাকশি ঙাচৌথক**, কোয়েং মথক

**পাকহৈ সাহৈনা**, লেম পানা

**পাখংবা**, লাই অমা, পাখংতা ওইবা, মপা থওবা, —(১) লৈমুং লোঙা পাখংবা—পাখংবগী মমিং অমা;—"লৈমুংদা লৈএ হায়বগী লৈমু লোঙা পাখংবা কৌএ"—থাঙংচং

(২) তাঙজা লিলা পাখংবা,— পাখংবগী মিং অমা ,—"তাঙজা লিলা পাখংবগী ক্ষমবান্দি মণিনা থাকম ওই মণিনা কম্পাক ওই"—পাংক

(৩) লোলাং পাখংবা, -- সেম্রেঙ পাখংবগী মমিং অমা—"লোংথ্রে হায়বগী লোলাং কৌই"

(৪) নোংদা লাইরেন পাখংবা,—নিংথৌজা শলাইগী পুকোক ;— নোংদোন্দগী ( অবাংলোমদগী ) লাকই হায়বগী নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌই" ।

**পাখংলাকপা**, ফম অমা ; — "পাখং লাকপদি পাখংবনা লোইরেন্দা য়াকাওঁবী ফমনে"—ফমং

**পাখং শঙবায় লোনতাম্বা লৌকুমনা**, লৌ কুমদা পাখংনা শঙবায় অমতা পুৰগুমনা,— "পাথ্রা থমনোংপানবু ওইনা পাখং শঙবায় লোনতাম্বা লৌকুমনা মতোম পাংশোই নীকলে"—চেংলৈং

**পাখং শরীক চোনজাও**, পাখংনা খুবোমদা শিবা লৈতেং

**পাগা চোনবা**, অথনবা

**পাগোই**, পিতম, -"পিতম পাগোই লৈবু মুকমৈ নারিন শোনগুবা

**পাগোন**, কোয়েং,—"পোইরৈতোম্না পোইরৈ শিংবা বাংতম নাদবু লৈরিগবরা হায়না খুম্বিরকপদা মতে লৈমগা পাগোন লুখোংনা কুমলকএ"—পোংথুং

**পাং**,—নামা "পাং কৌবদি নাম্বু কৌএ"—খিরেন মৈংলীং

**পাংকন**, পাংগন

**পাংকমপা**, পাংগনবা, লাই অমগী মিং

**পাংথক**, মায়বা

**পাংগন**, পাংকন

**পাংগন মপাতাম্বা**, মপাংগন কনবদা মপা লৈতবা, কনবদা পাবিনবা লৈতবা

**পাংগন মরুমথা**, মপাম্বোম পাংগনগী মথা ;—"নিংথৌ মাগী পাংগন মরুমথাদা লৈপাক মরাং কায়না ছুংঙাই মনীং তমনা পানহল্লে"—লাংশংথাং

**পাংথং অহনবা**] চেংলৈগী নিংথৌ থাংগ্নি তাউদুং পোংদোবনা ঈরেম তোইবী লৈমা পান্নহুনা পোকপা মচা নিপা অনে

**পাওখং কাংচাই তমনা থুগায়বা**, কাংখোং চাইবমখে পুমতোই তোইনা থুগায়বা,— "ঙৌরা তেংগোল তরামাবু পাওখং কাংচাই তম্না থুগায়রে" শমুংঙং

**পাংবরম**, থংবা মায়গৈ, মায়গৈরোম,—"কাওরেন মশক্তা মরাম্বা ককলেম থৌবদি হাওরে খানা পাংরম"—শলকাও

**পাংবা**, মায় ওনবা,—"মমায়দি অহুমনা নোংপোক পাংএ"—নুংঅচৌং মতেং পীবা, তেংবাংবিবা

**পাংমনা**, নাম্মনা, অমনা,— "কাকলেন মশা পাংমনা লাইজা ঈবু থিংকংলে ঈথিংঙ থোরৈএ"—তোরৈ

**পাংমা**, নাম্মা,— "কেগে মোইরাং কবায়াকুশুনা থাঙলেন মথুংশুনা য়াম্লবদি থোংনাং কৈরা পাংমা যাম্বেকলে"—চায় ; পাংবা, রোমথংবা, মায়কৈরোম,—"লৈপাক লাইশং য়ামনা কল্লবদি লিকলম পাংমা চিথেক্তা লাংও" – খুংবিংলাংমং

**পালং মৈ**, ডাহু

**পাংশোই ককপা লমচং**, লমচং কত্তবা

**পাংশোই নিকপা**, পাংগল শোনবা, শোয়বা, অথোই অহেন নাইবা, নাম্মা তাবা, চুমদবা,—"থিংক্রেচীং কৌবা য়াঙোন্দা, থবানখিচাক অথনা চিকলবদি থুদবদি লৈমা শিএ নিংথৌ পাংশোই নিকএ"—নোংলাং ; "পাখং শঙবায় লোনতাম্বা থৌকুমনা মতোম পাংশোই নিকলে"—চেংলৈং

**পাচজা**, থারা, শাগৈ অমগী মচা

**পাচা**, শাগৈ, শলাই, লোয়শঙ অমগী মমিং, নুপী লোয়শঙ,—"পাচা শাগৈ লোয়না চান্না পুয়মক অসিবু হঙেং থথুং লাংওন নোং শবা পনকেন

নোংদা চৈরৈ কি বায়রা লমচেন কিণ্ডম অমন ভাই-নখিকদে"—এঃপঃ

**পাচা থৌ থিংবা,** থাম্বা, ঐগীনি হায়না থিংবা, মপু পানবা,-"লৈরা খুত্তা শুনা শীংলেন খরোম শানা তম্পা বাংঙমলোনাক তমকপু পাচা থৌথিংলু"—পাঃ খোঃ

**পাচাহনবা,** কম অমা, নুপী লোয়শঙগী মকোক

**পাচুবা,** পানবা, থুংলাইমা শোকপা, অফ কত্তা খুদম কাওবা, খুদম খঙবা,-"শান্নিগীদি শাদোম-পোক, লাম্নিগীদি লাংদোম পোকপু পাচুইএ"—চায়ঃ

**পাৎপা,** অনাবা অমা, পোকপা (থাঙজা কম্বোংনা হায়নবা), —"মৈদিংঙু ইনেম মচাস্তুঙ শোয়নরে, হুমিৎস্তুঙ পাৎলে"—নিংঃলম্বুঃ

**পাৎলবা,** হুমিৎ থোকলবা

**পাৎয়ায় কোনথল্লা,** পমনা,—"বাযথৌ লমগোন চীংদা পানবা লা ইমু কোনসংলা পাংয়ায় কোন থনলাবু"—খুঃকংলৈঃ

**পাতম্বা,** পাদম্বা, মায় পাকদরা পাকলোইদরা হায়না থেন চাং য়েংব,—"যাম্বী পাতম্ববু পাচুবে"—চায়ঃ

**পাতোংবা,** নিপা নুপী তিন্নবা,—"ইপানা পাতোং-হুনা ইমাদা মক হুনম্বা"—খংয়াম্মেংই

**পাথাংকোক,** মপানা হায়বম্বা বা হপা ইপুগী মকোক

**পাথাং কোকনা শিন্নরম্বা পুথা কোকনা হায়রম্বা,** থায়নদগী মপানা মপুনা মথং মথং শিন্নরম্ব অমস্তুং হায়রম্বা বা হায়বদি মবুধৌনা মপুবোক্কা, মপুবোকনা মপাদা, মপানা মাচোন্দা মথঙ মথঙ অংলম্মনা শিন্নরম্বা হায়নরম্বা বা,—"লাইবিক অসি-দি থমলাং পা বারী ইরেংপু বারীনে পাথাংকোক-না শিন্নরম্বা পুথাংকোকনা চায়রম্বা বানে"—পুদিন

**পাথৌ,** মমান্নবা, মতাঙ, মরূপ,—"তোইগীদি পাথৌ থেন্দে নিংথো হাওতক লাইবা-ও বায়রা তেনবুম্বা কাপনা চায়না খোংঙকেন্নসে"—চায়ঃ

**পাথৌ খম্বন বা,** মমান্নবা মশেন ক্রক ক্রক য়েংনবা, করম বা—"খোরী তোঙ্গাউশূনা পাথৌ খবন বাগী ইহুং শোয়রায়মদা য়াওরৌ শাপন পস্তোল মানফৎ-লে"—শনকাও

**পাথৌ লমলোয়** মরূপ মপিজা, মরূপ মপাং,—"ভাইবঙ লমদাংশাংগী মহৌশা পাথৌ লমলোয় লৈরি, তরেৎ লনযাম লোইরি, নমু মীকোক খোং-লি হায়না লমচঙ কোনখোঙ কানকদে"—গঃনোংঃ

**পাদম্বা,** থেন চাং য়েংবা,—"থংলেন হাওয়োক পানবীশূবু কোবৌ নোংগারবরা চীংঙু পদ্দমখিরব-রা খঙদরে হায়না শীংলেন নঙবু নচু থাউও লৈরাং নবাক চামলকও পয়োয়রোন চীং হাওহুনা থৌ-থামলবনিগীদি শীংলেন শচুথাউ লৈরাং নবাক চাম-গুনো হায়না ককয়াই মানপন লৈবু শমু খুত্তা শীংলেন শুনা পাদম্ববু মচু থাউ লৈরাং মবাক চানে"—শনকাও

**পানগলাকনা,** পাম্বোম লাকনা চিংহুনা,—"পরৈ লানগা শানা শমলাং ঙমলেবৈনমা শয়েং পানগা লাকনা × × পুখিবে" উঃ রাঃ)

**পানঙম্বা** পানবা ঙম্বা, হিংহুনা লৈরম্বা মীওইনা পান্দুনা লৈরম্বা, "নোংবাল্লোন পীতঙঙা ঐদি নমু মীবু ওইনা প নঙমলবোইএ"নাঃ কঃ কঃ

**পানচি, পানজি** — মুমথোঙ,—"লাংতে লমগী পোৎ-নাদি পানচি অমা কি অহুং নাএ, থোয়দিং চাং অনী নায়ে"—মশিন

**পানচুম থোইবা,** লংবা ক্রগা কাপ্পদা থুং রামনা চুম,—"টিমেন হ সেংই লৈনা কেনখিববু লাংগোই নংপোম অকোংনা টিমেন টকোন থুমনা লাংকোই পাংচুমবোইহবা"- নিংঃলম্বুঃ

**পানচুম্বা, পাজুপা,** থুংচুম্ব, কপ্পদ শোয়দবা,—"লংলে ই পাজুম্পা চাখা উয়োককোনকি পানবা ন চুম শবপা"—কংলৈলোন

**পান্দম,** মতৌ অদুগা মান্নবা অমা,—"পান্দম মতৌ অমদি পায়না লংান নোং চীংঙু শ্রীরামচন্দ্র লাইহিংবৌগা মপারি লব কুশ অনীমক্তা চেংলৌ শক খঙনদনা লান শোক্রকবা তুগুম্মে"—লাংঃশঃথাবা

কাপলগা পানগদবা মকম, পানকম,—"বায়রা তেন্দোং হুংগী থাজা মচেৎ শাববু লৌনা পান্দম মিৎয়েং চুমনা তেনবায়খিববু"—লাংঃশংথাবা

**পান্দম খঙনবা,** ইদিং, উরবা, মীনা নীঙবা খঙলবা,— "পার্থ তেনহৈবদি ক্রক সনা উনকোয়হুংদা বক্রবাহন য়োম কোয়ুংদা

চৎপিনীংঙবু হান্না ৱারম পান্নম খঙলবগী"—লাং: শং:থাবা

**পান্নবা**, পান্নবা কান্না তৗবা,—"সিকাই মীনৌবু নোংমৈ পান্নমহল্লে"—চৈ: কুম্বা:

**পান পোন**, পান হাপ্পা পোলাং, পানবোন

**পানকবমচা**, কৈ মচা, মুম্বান ঙবা মচা

**পানঙ্গরিঙৈ**, মুংঙাই মাইকনা পাল্লিঙৈ

**পানফোইবা**. থরা লৌথোকপা

**পানবা**, লৈবা, হিংবা

**পানবা**, কৈ, পান্বা,—"পানবা চৌনগোই চন্না চীক্ল বাতুগুম কেগে চেন্নদা খোংনাং হন্নদনা হুয়েন লানশোক্লরে"—মোই:নিং:লম্বু:

**পানবা কৈজেংলাংগুম্বা**. কৈজেংলাংগুমনা খোৗবা, লান্দা খোৗবা

**পানবা মনিংলোন**, হোৗদোঙ

**পানবা লমকবা**, লম্বীদা কৈ লৈবা

**পানবা লাচুমবা**. কৈ হাংপগুম হাংপা

**পানমল্লবা**, লৈমিন্নবা,—"হাওয়ম মরৈমাবী হাওশি পম্বোঙথৈবী নঙবু ক'লৈপুংময়োন্দা পানমল্লরুসে" তুভে:

**পানশঙ**, লৈকাই,—"লৈকাই পানশঙ লানগনো" —হেঞ্জ:

**পানশং হেনবা**. মথক মতৌ কুজবী,—"চকপা লৈমা হাওনু অংতে তাউরা তাংম্বা শঙ্কবী পানশং হেনবী"—চা:লাই:

**পানা**, খুঙ্গা নাইজা, মৈতৈ সমাজদা লৈরিবা মুমনাকশিং অসি লাইকম খাবম অহল্লুপ, নাহারুপ হায়না মরি থোকনা খায়রুম্বী, মথোয় অসিগী অমমমবু পানা কৌই। লাইকম অমসুং খাবম পানাবু খুঙ্গা অতুগা অহল্লুপ অমসুং নাহারুপ পানাবু নাইজা কৌই। খাবম অমসুং লাইকম পানাবু চেরে কৌই; অহল্লুপ অমসুং নাহারুপ পানাবু কারে (কাইরে) কৌই।—"খুঙ্গা নাইচা অনীমকপু পানা কৌঐ"—মশিন

**পানাইদবা**, মপা লৈতবা

**পানাইদবী** মপা লৈতবী,—"মনকু তাইহেন নাইদবী য়োমবু তম্পা ৱাংঙমলোন মৈতেঙু চহু নপন পল্লেম পীনাইদা ৱাংঙম পম্বো পানাইদবী"-পা:খোং:

**পানা থুমৈ**, পানা মমৈ,— হীদাকফানবা পোৎশংবা

**পানা তঙ্গাই**, পানা চহুম, পানা খুদপ, পানা অতঙ্গা,—"মাথোয় মঙামানা হৈরাঙ অশংথন, তাউজীং অমুন য়েং, কা ত'থায় লৌ, পানা তঙ্গাই শেমনা লাইশঙমুংঙাইবদা। চৈরৈ কিকোই থম্না লোইদাম ৱাকচীং থাগী মাবা থানিনলোং কোয়ৌ মুমিং শেংথোইবা থাঙশা মুমিত্তা লোইচী শারোনয়াগী নিংথৌ কোনথু নাহাবু ঈরাৎ থৌনিজরবগা য়াথং পাউগংজগিয়ে"—সাকোক লাইরমলেন

**পানা থোকপা**, মৈতৈ ওনবা, পানা ওনখৎলকপা

**পানা পান্মোম**, পানাগী অকন অথৌ

**পানা মচা তিনবা**, মৈতৈ মচা মমাথ তিনবা, ৱাংঙম লেনা তিনবা

**পানা মরি**, লাইকম খাবম অহল্লুপ নাহারুপ

**পানা লাউবা**, নিংথৌগী সনা মাঙদা পানাগী তা গৌশারমদাইদা অহৌবগী শলামি তৌরগা নিংথৌগী মতিক মগুণ খাতুনা অমসুং মাগী মাগী পানাগী মমিং হায়তুনা লাউবা,—"হে মহারাজ লাইবু খোইবা চৎলবসু মুংশীংকুম্বা কমলবসু মুংগুম্বা লুপা থাঙগুম মঙান নাইবা সনা থাঙগুম মঙান নাইবা মাহাদে (লাইকম। খাবম। অহল্লুপ। নাহারুপ) পানা মচাদে" হায়তুনা লাউতুনা খৌশাগদৌরিবা মী অতুগী মশাগী পানা মমিং হায়

**পানা লাকপা**, পানাগী মকোক ওইবা কমনাইবা, (লাইকম লাকপা, খাবম লাকপা, অহল্লুপ লাকপা, নাহারুপ লাকপা)

**পানা লাকপা মরি**, লাইকম লাকপা, খাবম লাকপা অহল্লুপ লাকপা অমসুং নাহারুপ লাকপা,—"হাওবমচাঅহল্লুপ লাকপনচিংবা মৈতৈশী অথৌবা পুন্নমকনা"—ভথেন ঙম্বা

**পানা হাজারি**, কম অমগী মিং

**পানোক**. চৈরাউবা—"তমাদি পানবদা শজিকুগী পালোক ওইয়ে"—চৈ:কুম্বা:

**পাকন**, তুথুপ, পরম মাইনা চৎপা থোঙচৎ

**পাকন চৎপা**, লাই হরাউবদা পাথংঙগী মথেক মতুং ইন্না চৎপা—"লাইমাঙদা পাকন চৎপা মুগী

পুন্নমক শ্রীযুৎ মহারাজনা ইন্নফি তম্মম যেল্লি"—চৈঃকুম্বাঃ

**পাকেৎ মতোন**, লম্মদোন

**পাবা**, থাবা, মপা (লাম্বা) পানবা, পাজ, পাবুং

**পাবা**, থাদবা

**পাবোৎ**, পু, লেংবা, জোড়া—"পু কৌবদি পাবোৎপু কৌএ"—থিরেন মৈঃ নীঃ

**পাবোৎ থম্মাংননা**, পাবোৎ পুদুনা

**পাবোৎ চাং**, তুলা বাশি

**পাবোৎ চীং**, নাংমাইঙ্গিং,—"মনিংদি শেলোয় লংমাইচীং, লংমাই লংবা চীং, মগুন তব' ৱাংবা চীং কৌএ, পাবোৎ চীংসু কৌএ"-নূঃঅচৌঃ

**পাবোৎ লোনবা**, চগুংননা লৌবা

**পামতাল্লবা**,—কোয়তান তান্নবা, পামদান্নবা—"লাই বেন মৈদিংগুদি তুবী নোংশা খেরাংবাং লাইরেন থিংলৌ নীংনা তেনা ঐরাবতী ৱাংমা লান নোংপোক লমজাউ ইল্লা কোই মনিন নাইবর থমখেংননা খেংডফেন লানশোক যাযোক য়া লাংগোই খোডওইননা থৌশাংথংদি তরেং য়াগা চাইবে কেই পামতান্নরে"—নিংলম্বঃ

**পা মচা**, মপা অমতগী মচা

**পামদাল্লবা**, পামতান্নবা, কোয়তান তান্নবা

**পান্না**, কৈ, পানবা

**পাম্বা কৈ শকপা**, কৈগুম্বা, কৈগা মান্নবা অথৌবা

**পাম্বা লোইনাই মনিংলোন**, হৌদোঙ

**পায়ৈ**, থুৎপায়কম, উপায়

**পাম্বোম মরুমপানগী**, মপাম্বোমগী মরুম থুপ্পুনা, মপাংগলগী মরুম থুপ্পুনা,—"লিবলাই ইশানৌগী থয়াঙ মথৌমল পাম্বোম মরুমপানগীনে"—গঃ নোঃ

**পামং**, হোডনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা লৈরম্বা মকুবীচীংদা (লোইঙ্গীংদা) তারম্বা খুল অমগী মিং

**পামিংলবা**, মপাগুম্বা, মপাগা মিং মান্নবা

**পামেন**, উ,—"য়াওরৌ শাস্তুং পামেন উ কাবক্তা য়েপনা শিরম্মে অদু নোংগীপু শাশেপও কৌএ"-চায়ঃ

**পামেন অডনবা**, উ অৱাংবা

**পামেন উমাইকোন**, কৌ ইস্তোক,—"পামেন উমাইকোম লোইমোম কৌ ইন চৈ"—কৌঃবাঃ

**পামেন উতিংকোন**, উয়াম হৌকম

**পামেন উরু ফুকপা**, উ মপান ফুকপা

**পামেন উশা খোনফৈ**, উশা

**পামেন চাউথোইবা**, উ অচৌবা

**পামেন তল্লা**, উজাউ,—"পামেন তল্লা উরিংকোন খোয়নৈ"—মৈগী তেংবা

**পামেন লাই উ**, হৈক্রু হৈংবোঙ, হৈনৌ, খোংনাং বোগোই

**পার**, নোংমৈ

**পারমচৎ**, মপানা চৎলম্বা লমচৎ, মপানাৎ

**পারমচৎ পুরমচৎ**, মপ নাৎ মপুনাৎ, মপা মপুনা চৎলম্বা লমচৎ শাজৎ, পাথাংকোক পুম্বাংকোকনা তৌবম্বা লমচৎ,—'পায়মা শিল্লেরোম্বা ঐনা নবুথৌ পাগ্নংবনু খুকমনা পাবমচৎ পুরমচৎপু খঙদবা মপা লাক উদবা মমি লৌনা থক্বিক্তা সনা মাঙদা হঙ্কচগে"—শঙঃ মশিন

**পারি**, মচা নিপা,—"পারি নবিঙডাবু লাউও।"
পোঃলুঃ

**পারি নাউনৌদবা**, মচা নিপা পোক্তবা

**পারি নাউয়োকপা**, মচ নিপা য়োকপা

**পারি ৱাকলেন তোয়ায়মা**, মচা নিপা য়ায়মা

**পারি শাত্তবা মমোম ফুয়দবা** মচা নিপা মচা নুপী পোক্তবা

**পারি শিরি য়াম্বা**, মপা মপু য়াম্বা

**পারিহন**, মচা নিপা অহন

**পারী পুরী**, পারোন পুরোন

**পারী পুরী তিন্নবা** পু তিন্নবা, মপা মপু অমত্তা ওইবা

**পারোন পুরোন**, মপা মপু পারী পুরী

**পারৌ**, মপাগী লৌকম, মপাগী লমচৎ শাজৎ লৌবা

**পারৌ পূকলৌবা**, মপুক্তা ৱারৌবা

**পালোইনবা**, পায়নবা, "য়াম্বা নিংথৌ থাঙমিবদি অয়ুম থাঙডা পুমনা হৌ লেমখোঙ মনিন নাইনা ৱাকয়ৈ খোঙওইনা থুমু পালোইননা নপাম ফুংবান মরমখৈ অসিদা যাওরৌ শা তাল্লৈএ"—চেংলৈঃ

**পালোক ওইবা**, চৈরাওবা

**পাল্লবা**, শেংলবা (শেল্লোই লংমাইনা হায়নবা),

অরূবা,—"শেলোইনা মিকৌনা লংমাইনা জেংথানা শেংলববুদি পান্নবা-ও কৌএ"—নিংঃলম্বু:

**পারারী,** মপা মপু হাক্তবী বারি,—"শেনবী পারারী ধনঞ্জয় লাইবু নীংববু ভেংথা মতোন লোয়বা থোথাবিরো"——ধঃলাঃনীংঃ

**পাশানবা,** ঈরোইবা,—'অবাং খোয়বা চীঙ ঙাংলেন ওইথাঙ লৌরুথুম হাওপা সেয়া মকাইক্কমদা লাইজা পাশানা কোঙয়াং পোতোংলোন চৈরৈ ফিতোন য়ায়া থাঙবায় লমদনবী খোমলাং চামা য়ায়া তওং তমং মণীং চামা শুনা অরা পোথাবী হাওতন লমথোনবী খয়োইরোন পিতোংঙু"—চাঃলাইঃ

**পাশি খোয়দোং,** লুপ্রা, লুপ্রাবী

**পা হাইবা,** মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা অশেবনা শক শোনবা মবোন অমা;—"তোইপিজ্রমনা থারাউচি থোংদুনা কাসা প.উতাকএ। অশেবনা নিংথৌ লৈমা অনীমক্তী মিং কৎলে, নিংথৌ লৈমা অনীমকনা থোংঙারেন্দা নাই নিপা অমা নূপী অমা কৎলে, অতুগা অশেবনা পা হাইরে অতুগা যূমজাউ চঙএ।"—ফম্বাল্লোন

**পাহাং,** মপা হাঙবা, মতু নত্রগা মরা লৈত্রবা

**পাহাং মুয়েংচেং,**—লুপ্রা, মরূপ মশিজা নৈত্রবা

**পাহাং নোংজা,** পাপ্রা, মতু শিপ্রা। নিপা

**পাহাং নোংচেংবা,** প'প্রা ওইবা, মতু নৈত্রবা,—"মশানৌ চীংথোং পোইরৈন্তোয়া শাবি লৈছুং থোংঙারেনও নহান ঐতি পাহাং নোংচেং ওই"—পোঃখুঃ

**পাহাং নোংজেং ওইবা,** পাপ্রা ওইবা.-"মতোম "পাহাং নোংচেং ওই থারা থুমনোং ওইরবগী"-চেংলৈঃ নাউবা লাংজেং নাতমলকপা পাহাং নোংজেং ওইরিবা-ও"—চায়ঃ

**পায়জা,** মহাক মশাযক, লৌশিং; পূকনীং, পূক, মুংসা স্বর.—"মোমন্থু পূকনীং অকি চঙ পায়মা মুংশা মপী হোয়া" —ধঃলাঃনীংঃ; "মুংবান হোঙনেম লূবাং নিংথৌ পুনাশবনা পায়মা পিবুকমুংদা নীংথন থিএ"—হিঃহিঃ;
—"য়োয়বু ইশানৌ কংলৈ মৈতৈরৈমা নঙদি পায়মা করম লৌশিং থোইবনো" —সনাঃলাইঃ

**পায়মা ইরৈ চনবা,** লৌশিং চক্কবা, বুদ্ধি চক্কনবা, – "মানা মানা নীংবা থৌরম্বু মদোম নত্তে নীংবগী উনবী ফকমাংননা পায়মা ইরৈচনগুম বাইথুংকম থঙদনা নোংলেনখিয়ে"—লাংলোন

**পায়মা উনগোইমুং,** পূকনীং,— "পায়মা উনগোয়মুংনা উনবী পূকনীং পীরবস্থু পূক নামুংনে হায়বগী য়েয়বু কোলোয় মমিং থোংবু অপূর্বী-ও কৌএ"—পোঃলুঃ

**পায়মা উনবী পরৈ লনবা,** লৌশিং শিংবা বাৎপা, অপঙবা

**পায়মা খোমনিং ভেংবা,** পূক লান্বা

**পায়মা খোয়জঙবী তিলাং খোয়দাবী,** থবায় তাবী, অপান্বী,—"লাইজা তরঙ থক্তা নমু মীপূকী হূবী তম্ফা নোংথাঙ লৈমবু উরবদা কনানো মোমন্থু চেংলৌ শকহেনবী পায়মা খোয়জঙব তিলাং খোয়দাবী"—সনাঃলাইঃ

**পায়মা ঙানবা,** লৌশিং শিংবা, লৌশিং চাউবা,—"ওঝা লাইওইনবা নোংবান পায়মা ঙানবন শেম্বা বাত্রী—ধঃ লাঃ নীংঃ

**পায়মা থৌকাউনদনা মুংওন্নবা,** পূকনীংদা অকাউবা লৈতনা মুংশিনবা

**পায়মা নিংসা,** মুংসাস্বর,—"পায়মা নিংসা মপী হোন মুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা মপারি অনীমকপু ঙকথি লুমলাং কোন থজাই লেংলোই চুপনা অমুম মীকপনববু"—ধঃলাঃনীংঃ

**পায়মা নিংসা থম্বা,** শিবা, স্বর হোনবা লেপ্পা, "য়াম্মা নিংথৌ থাংয়িবদি তীনপান থোকমৈ নেম, লাইজা ঈথিন তোয় পায়মা নিংসা থম্বনা হালগনে"—চাঃলাইঃ

**পায়মা নিংসা শৎহোন্নবা,** মুংশাস্বর থিংবা,—"পায়মা নিংসা শৎহোয়না শিশন্নঙমগে" চাঃলাইঃ

**পায়মা মুংজংবী,** খোয়দাবী,— "ইশানৌ তম্পা বাংঙমলোন পায়মা মুংজংবী"—পাঃথোঃ;

"ভায়া শানা লৈরিবী নত্তবু পায়মা ঐনা মুংজগবী ভিন্নাং খোয়দাবীবু থোকলয়ে"—পুদিন

**পায়মা মুংয়েং চেংবা,** পুকনীং মুংশিবা,—"মমায় হাওরি নোংপোকলা পাংবরম মুংশি মখৈ লৈতা পায়মা মুয়েং চেং গোইয়ম লংবা খোজুন য়েংনা পুরুমজখিয়ে"—মোইরাংনংলমুং

**পায়মা পিবুক,** পুক

**পায়মা পিবুক লিতিম্নবা,** পুকমান্নবা, পুকচেল খেৎয়জেন তিয়বা

**পায়মাপুক,** পুক, "পাবি সনা থোয়দোং নিংথৌ লাংভা অনা লাংভা কম্বাল চুবা লানলোই চৌংভা লোৌগোং তোংবমুগু পায়মা মপুক কংএ"—নাঃকঃকাঃ

**পায়মা লিনগোয়,** পুক, গর্ভ,—"সুমিত্রা পায়মা সনা লিনগোয়গী শত্রুঘ্ন অবোকনা"—ভঃরঃ

**পায়মা লিন্দাং শাংবা,** লৌশিং শিংবা, লৌশিং চাউবা,—'নোংবান পায়মা লিন্দাং শাংবনা শেম্মীবা বরী"— —ধঃ লাঃ নীঃ

**পায়মা শিল্লৈরোম্বা,** লৌশিং লৈতবা, বাখল থেনবা, জ্ঞান মপুং ফাদবা,-'লৌশিং নবা শৈরমপান, পায়মা শিল্লৈরোম্বনা চৈবক্লো খেৎ, ইয়া নপী চৌক, নুবাই শমদোং কোয় থুবাং চাংভৌ চেপনা লোয়া হয়া পুরুমজয়ক্কে'—গা লোন

**পায়মা শেল্লোং নিক্কনা না তাবা,** পুকনীং শেপ্পনা তাবা

**পায়মা শেল্লোং নিক্কবা,** পুকনীং শেপ্পবা

**পায়োৎ,** কৌ হাপ্পবা খুম্মোক

**পায়োৎ কোৎকম,** কোং, খৌ থম্মবা কৈ

**পায়োৎ কোৎকম তিংবা,** কোং ময়েং তাবা

**পিখোম্বা,** মখৌ মগুম লোইবা

**পিথ্রাইবী,** লাংরেম্মা অমগী মিং, —"পিথ্রাইবী অশেবী গোংগ্রাইবী অশাবী"—খাহি ভবা

**পিখেৎ কাওবা,** মবুক শেগায়বা

**পিখেৎ লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চন্নু,**—হিজম নত্রগা শলাম নিংভোন,—'য়োইরুমলোন পিখেৎ লৈমা লৈহৌনিংথৌ চন্নু মপী য়োয়রেনকম সনা লাংব-কোই কমলাংচানবু কদায় কমনা মিংথোংবনো ?"—চাংলাইঃ

**পিদাই কাওবা,** মনীং হাইদোকপা

**পিনিজ হৈ,** পেরেল হৈ, অশি হৈবোং

**পিবা,** মচা নিপা, নিভোন নত্তবা, শাগৈগী পু অহনগী ফুংগা ,—

**পিবারেন,** পিবা য়াওবী,—চকু কায়নবা কায়নদবা শলাই অমগী মনুংদা লৈবা য়ুমনাক শাগৈ অমগী পুন্নমকী পিবা, নাউদা পিবা, পিবারেন অমদি পিবা নত্তবা, অহনগী কাওবুগী পিবা

**পিবা য়ুমলেন,** কায়নরবা নত্রগা তোপ্পা থাইগ্রবা শাগৈ অমগী পিবা

**পিবুক,** পুক

**পিরেম,** পি

**পিরেন চিদাই খোবা,** লৌনি য়ানবা

**পিরেম ইফম তাউ মিৎকোয় লাইজা মরাও হৌনা,** মিত্তা মপি ঈরা চেন্না,—"থৌজাম মাওদা পুশিনবিরকএ হায়না পিরেম ইফম তাউ মিৎকোয় লাইজা মরাও হৌনা মপা মুংশি লৈনা থমোয় লকাহুংদা মু শি মৈচাক কংলবগী"—

লাঃ শঃ খাবাঃ

**পিরেম থকমা তান,** পি তানা,—"চৌংভু ঐদু লাইবক থীয়বগী নিংথৌ লাই।কাওডানস্তু কুবিদে হায়না পিরেম থকমাতানা লাইজা মিং পানশিন তকলৌশিনং শোয়া শোয়া চঙলকলবদা"-পোঃলুঃ

**পিরেম থকমা তাবা,** পি তাবা, মিত্তগী পি শিন্নবা

**পিরেম থকমা তা হেকতাই মুয়েং চেংজা,** মমিত্তা মপি তানা হিকনা হিকনা কপ্পনা

**পিরেম চাইজি চৈরোয়ললনা,** মপি তানা

**পিরেম মরাও হৌনা,** মিত্তা পি ঈরা চেন্না, পি তরং তরং চেন্না,—"পিরেম মরাও হৌনা মুংশি পোনবী চীনওক্লববু বারম মতোন লোমলবদা"—নাঃকঃকাঃ

**পিশিন্থৌ,** মরিক

**পিশিন খোমহুক হাংবা,** মথুম হাংদোকপা,—"লাইরেন ভাংভোই য়োইবোংবনা উনিংতাং মহুংগী

বারিশা লাংবন কৌজেং চোংবীচা অত্তুবু পিশিন খোমহক হাংনা থাদোকলে"—ভুতেঃ

**পী**; মমা, মপী,—"কেগে নাবা অখুবশি'বা পল্লেম পী থিরকলে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**পীতংপা**, মমা লৈতবা, অহল্লমন কায়নবা

**পীতং পাতংপা**, পুশাং ত্তনবা, অহল্লমন লৈতবা, মমা মপা লৈতবা, য়েংবিথিবিনবা মমা মপা লৈতবা

**পীথাং শিনবা**, মমাগী মহুৎ শিনবা, মমাগুম্বা, পলেন শকপী,—"পল্লেম পীথাংশিন্না লাংগোনডবী-ও থৌরম অন্নানবু তৌহে"—ধঃলাঃনীঃঃ

**পী মচা**, মমা অমতগী মচা,—'শাবি ইচীন ইনাউবু পল্লেমপী মচা পম্পোপা মচাবু নত্তবরা ?"ধঃলাঃনীঃঃ

**পী মাপা**, মপী মপা

**পু**, তুমা, জোড়া, অনী, পাবোৎ, মপা মপু,—'পু কৌবদি পাবোৎপু কৌএ"—বি.মৈঃনীঃ

**পুইদিং**, ই

**পুইদিং হান্না কুপ্পা**, ই কুপ্পা

**পুকৈ**, চানবা থম্বা মফম, গুদাম

**পুকমবা**, চেকলাউবী মও মান, শাবা মৈতৈ নিং-থৌ চন্নাইরোংবগী থাঙ

**পুকৈরোন চম্মু**, হাওখু লৈমা লমতং নিংথৌ চম্মু হাওকু লমদন নিংতোন,—'মৈতৈ লৈনা পুকৈরে'ন চম্মু সনা শিনগোয়গী নম্মু মৈদিংগু কৈরেনচা-ও তৌনা কৌএ"—চাঃলাইঃ

**পুত্রনবা**, কম অমগী মিং, নিংথৌ মহীশাং ফমদৌ মঙাইরোই অমা, খুনফাং থৌ অমা, নিংথৌ পোং-বা তরাগী মহুংদা অমা, মৈতৈ নিংথৌনা কম্বাল তোংবদা পুত্রনবনা কম্বান থাউ পুনৈ, লাইপাদি চথাবা,—"পুত্রনবদি চথাবনে"—কমঃ

**পুথম লাবী**, পুথম

**পুংফাই**, পুমফাইদা য়েংউ,—নাহৈবা অমদি হী-দাক লাংথক্তা পীজিন্নবা অপিকপা পাম্বী মথল অমা,—"থাঙদি তোনককপনে নাহৈবদি পুংফাই না-য়োংবনে"—শলাই খৌনিরোন

**পুত্তৌ**, মচু অত্তৈ শঙবা অত্তোবা মচুগী কিজেং,—"মাইবীগী কিশেংডি পুত্তৌনে"—মশিন

**পুচাউ**, উপু অচৌবা,—"লহান নোংকি খোইমোম মুর্ত্তি সংসঙপা মাহাকপু য়োম্নবু নশামৌ ঐমা মাওহা পুচাউমুংতা হাপনা লমলেন লিম্মু লৌকোংপাৎ পুখ্রি লাইজা ঈরোককোমকি খোইমোম লাই-কোন্নুংতা লোংনা বারিবি"—সনাঃ লাই.

**পুচালুক**, থুম্মুক, পুজরুক

**পুজরুক**, পুচালুক, থুম্মুক

**পুজেং**, অরিবা

**পুজাওরেন**, উপু অচৌবা

**পু তিন্নবা**, পুদিন্নবা, পুরোন তিন্নবা, মপু তিন্নবা

**পুথংকোক**, মপুবোকনা হায়রম্বা বা, মথং মথং মপুশিংনা হায়রম্বা বা

**পুদাংকোই খুৎকোইবা**, হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী ময়াম্ব'—মমৈথংদা শঙাই চীরেন তোম-পোকপা ওনশিবা, লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা কৌবা ইংলেন চীংদগী উ য়ানংলুবগা তান্নহি শাবা লোইন্নবদা ইংান হান্না মাগী হি অংদা ময়াম্বা পুদাংকোই খুংকোইবনা ওনখিবা শঙাই অত্তুগী মচী অকংবা (য়ারৌ চীরুক' চীরেন তোম্পোকপা অত্তুবু ইহান হান্না মাগী হি অত্তু তোংহনখি। হিয়াং তান্নবগী হিয়াং কিরেন্দা হাপলিবা চীরেন পানবা অত্তু মমাডৈডদা লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা হি তোংহনখিবা ময়াম্বা পুদাংকোই খুংকোইবনা ওনখিবা শঙাই অত্তুগী মচীগী খুদমনি,—"ইশাবি লুবাং পুদাং কোই খুংকোইবনা লোইরেন খুনবীরোক্তা মরান থৌ চৎপদা"—িঃহিঃ

**পুদিন্নবা**, পু িন্নবা

**পুনশি ইবানলৈ**, পুনশি,—"পুনশি ইবানলৈ অবাং শরু নুতোংলৈদি থমনা লাকোন লুরোই থক্তা লাইজা লীকলা থকওমদবা তুগুখনে"—লাং-লোন ; পুনশি ইবানলৈদি হনবিদে,—(ঐগী) পুনশি অসিদি চহী হল্লক্তে।

**পুনশি খোঙদোঙ শাংবা**, মতম কুইনা হিংবা, পুনশি শাংবা

**পুনশি চেঙজেন**, পুনশি,—"পুনশি চেঙজেন মত্তোন লোমনা কমলেন লুচিং তানকংএ"—লাংলোন

**পুনশি মোংশাংবা**, পুনশি শাংবা, মতম কুইনা হিংবা, পুনশিবা,—"হৌজিক্তি অক কুংঙাইবা কপয়াং

ক্ষাংবাংবা পুনশি নোংশাংবা উকম বাহোংবা,চেঙজা কোনখিনবা, শেন্নি মথোঙ পান্দবনা চঙশিল্লকপা মোংশী মশা পান্দবনা পাইশিল্লকপবু কৌক্ক অৱাং পাংনা হোইগৎলগে"—চুপশারেন

**পুনশি মতোল লোম্বা,** পুনশি চেঙজেন লোইবা, শিবা,—"লাইরেন ইনোংয়ায় অনিবু নোংয়ায় ইপুংয়ায় অনিদা পুনশি মতোল লোমকরোই"— —নাঃ কঃ কাঃ

**পুনশি মথোই তোংবা,** পুনশি হেনবা, খোয়রেন হেনবা

**পুনশি লৈনিবা,** মতম কুইনা হিংখগে হায়না বর নিবা,—"হমুবী চামানিপাল চাক পীজদুনা মহারাজনা পুনশি লৈনিএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**পুনশি হাইহৈ শকপা,** পুনশিরোন শকপা

**পুমুং,** ফুরিং,—"ভশম নিংথৌরেম্না বায়রা মতেঙা ককথৎপবু খিংলৌ মিৎশিংলবগী লানকম কঞাউ খোইনা বায়রা তেনয়ামকক্রী তেনবী অথোববু খন্না × × × × বায়রা তেনকাপননা তীম পাংগনবগী পুমুং মফুরিংপু কাওনা তেনপাল্লে"বিঃপঃ(মা)

**লানপোৎ,** লান্দা শীজিন্নবা পোষাক, —"নমু য়োমলোই হৌ পুমুং লানপোৎ শেৎ"—পঃ(ম) ;

**লক,**—পুমুং চংবী লাকোনলক্তা চংগী লারাক শেৎনা মঙমশাবু হন্না কোজোই থুরখগা।"—উঃ রঃ চক্. ১রেপ

**পুমুং কিশি লোথোকপা,** ফুরিংকী কিশি (কুদাম) লোপোকপা,—"সনা নগোঙ খাবু ইন্দাঙ্গ রকপদা লাইরেন পুকনীং বাকাউরমগুনো হায়না শঙদিং মনিংখমু পুমুং কিশি খোকসিখিয়ে"— নাঃকঃকাঃ

**পুমুং মঙাল নাইবা,** ফুরিংবা লৈতেংবা

**পুমুং মফুরিং লিঙবা,** মফুরিং লিঙবা

**পুমুং মেনবরা শাবা,** মরী চৎপা

**পুমুং লারাক শেৎপা,** লা মরাক শেৎপা

**পুমুং লাহৈ,** লকোয়

**পুমুং লাহৈ য়ানবা,** লকোয় পানবা, লকোয় য়ানবা,—"চামলৌ লারাক কুইনা পুমুং লাহৈ চুমন লাংশংথাবা

**পুমুং লেপপালথোং,** মরেপ মঙান

**পুমুং হৈরু,** কুদাম

**পুমুং হৈরু হুকপা,** কুদাম পানবা,—"চরৈ মফুরিংপু পুমুং হৈরু হুকপিখি"—নাঃকঃকাঃ

**পুনেমজবা,** খুরুমজবা,—"য়োইময়ায়বু চাংজৌ চেপনা লোম্না পুনেমজরম্মে"—বিঃপঃ(মহাঃ)

**পুনেম্বা,** খুকম্বা

**পুপাং,** মমা মপা।

**পুপাং শুদবা,** মমা মপা লৈতবা

**পুবাক্লবা,** উপ্রাকনা হিন্না

**পুম,** য়েত্নুম

**পুমজাউ,** য়েত্নুম পুমজাও, য়েত্নুম অচৌবা

**পুমকাই,** হীদাক লাংথক ঊরাং খোনি নাহৈবদা শীজিন্নবা নাপী মখল অমা,—"তাইরেন পুমকাই য়েনবংনা নাহৈও"—চুপশারোম

**পুমবুরেন থেমাই লাংবা,**-মপৈ মপৈ ওইনা পৈবা, মপুং ফাবা

**পুমা,** জোডা অমা

**পুমাবা,** থৱায় পাল্লিবা পুম্নমক্কী মবুংতো

**পুমিংলবা,** মপুগা মিং মান্নবা

**পুরমচৎ,** মপুনা চৎলম্বা লমচৎ, মপুৱাং

**পুরিকলাই,পুরিৎলাই,** মোইরাং নিংথৌ,—মযুম কেগেদা খোইযুম লাই কত্তবা তরেৎ চঙলবদা পুরিৎ লাইনা খুমু লৈরিচাম্বা-ও নঙদি লাই তরেৎ অসিবু তাল্লো হায়দনা লাই তরেৎমক তানখরে"— মোইঃনিঃলম্বুঃ

**পুরুম খাজংবা** খুকম খাজংবা, খুরুম্বা, —"ননাইনা কাওবী চীগা লুকনা লোম্না পুরুম খাজংজরবগা" খাঃঙবাঃ

**পুরুমজবা,** খুরুমজবা

**পুরুমকি,** (মমাউঙদা কোংবমদনা শানরম্বা) কি মখল অমা,—"কোংবম নঙদি পুরুমকি শাউ"— লোঃ শিনরেন

**পুরুম্বা,** খুরুম্বা, "মালেম লৈদা পকনা পুরুমনরে" থঃলাইঃনীঃ

**পুরেন,** মকোক

**পুরেন নাককপা,** মবুধৌ পুরেনবু পোকপা

**পুরেনকম,** কম অমগী মিং

**পুরেনবা,** কম অমগী মিং, খৱগী মপাগী মিং

**পুরৈরোম্বা,** লাই অমগী মিং, অতোমগী পুকোক, —"পুরৈরোম্বা মরোন থোক মরি থোক"-নাহৈরোন

**পুরোই,** শিবা, মী শিবা

**পুরোই লৈকোয়বা,** অশিবগী লৈকোয়বা

**পুরোন,** মপু মথং মথং

**পুরোন পারোন,** মপা মপু মথং মথং

**পুরোন পারোন তিন্নবা,** মপা মপু তিন্নবা

**পুল্লাং,** পুন,—"লৈতুম হয়া পাউশাবা ইপন পুল্লাং কায়রেদা পুল্লাং লুরোই কায়ববু শিংবিরোই হায়বয়া?"— পুদিন

**পুল্লাং লুরোই থোংবা,** কোক্তা পুন থোনগৎতুনা পুবা, "ফৈজা পোপতেক লৈ পুল্লাং লুরোই থোংনা লাইজা ইপাল্লাং, ইমু ময়োন শৎ লৈরাই চইশোন কারকপদা"—ক্ষুঃ কাঃ

**পুককক চাবা,** পুক য়োনা চোন্না শিবা

**পুকখল,** বাখল

**পুক্তা চনবা,** পুক্তা হানবা, কাউদবা

**পুকথিন তৌবা,** ইনশিন্নবা

**পুকনিং ইরৈ চন্না,** হায়কম খঙদনা, পুকনীং মরাঙ হৌনা,—"পুকনীং ইরৈ চন্না লংলা পুনগুম মতোম মতোন লৈরবদা"—ঔঃঙঃ

**পুকনিং থোয়থৈ তানা,** পুকনীং চঙনা,—"মশানৌ চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি তাংজা মরু লুক উনবী পুকনী চেংনা শ্রীভাগবত অথোইববু পুকনীং থোয়থৈত্তানা না তাজখিরে"—এঃপঃ

**পুকনিং লুংশি চঙখোনবা,** মপুক হয়াউবা

**পুকনিং পাংশোই নিকপা,** পুকনীং চিংবা

**পুকনিং পীনা,** পুকনীং চঙবা

**পুকনিং ফমহোং তোম্নবা,** পুক চেত্তবা, পুকনীং লেপ্পবা

**পুকনিং কিয়োন উংপা লোথুপ পরৈ খঙহনবা,** অশেংবা খঙহনবা

**পুকনিং বাকাউ ওমজনা,** মপুক্তা কাউবা ওমদনা, "পদৌ কোলোয় মরাখংবু পুকনীং বাকাউ ওমদনা"—ঔঃঙঃ

**পুকনিং য়াখিদনা,** অক কত্ত অচুম অরান খন্দনা, —"দোবা মপারি অনীমা অসিনা পুকনিং বাখিদনা হত্তমলে"—খঃলঃনীঃ

**পুকনীং শেল্লোং নিকজা,** পুকনীং চোইদনা, পুকনীং চঙনা,—"পুকনীং শেল্লোং নিকজা তাবিও-দে" —পাঃলাংয়েনশৈ

**পুকনীং শোক্কাঙদবা,** পুকনীংদা (বাখল্দা) আকবা লৈতবা,—"পুকনীং শোক্কাঙদবা নতাইরেমশিংনা লাইরেন কোরো ইনোংথোগী"—ঔঃঙঃ

**পুকনীং শৌপিংদবা,** পুকনীংদা চিংনবা লৈতবা, মুংশা থাদবা,—"থোঙমী লানমী অথোবা থাঙলেন ময়া থোবা তেনবী য়াইওইবা কামাব নোংমৈ মঙ্গনা লাংপন থেইরেন পাইগুম্ববু পুকনীং শৌপিংদবা"—ঔঃঙঃ

**পুকনীং য়িমতিন্নবা,** পুকচেল খোয়ঙেল তিংবা, পুকমান্নবা

**পুকনীং য়োইথোম্নবা,** পুকনীং চংবা

**পুকস্রি,** কৌ চীকখংকনবা তীন মখল অমা,—"তরেংনি নিংথৌকাবদা পুকস্রিনা কৌ চহৈদা শোকএ"—চৈঃকুখাঃ

**পুকয়,** য় মখল অমা,—"হৈবীমনা শিংজু পুকয় লাইয়"—চীংলাইঃ

**পুঞ্জবা,** পুঞ্জনবগা মান্নৈ

**পুং,** লম, লৈপাক,—"কেগে নরৈপাক ঙাংঙোই চাউবা পুং"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ; বাংলেন, তাল পীবা যন্ত্র অমা, ঈশৈ শকপগা তাল চানবা য়ৈবা যন্ত্র, লৈপুং

**পুংজা,** মিনিট হুম্ফুগী মতম, দণ্ড, নোংমগী শরুক হুম্ফু থোকপগী শরুক অমা

**পুংখঙরাই,** লৈপুং থোনবা, লম খঙখিবা মফম

**পুং খনবা লোন,** লাইশোন মখল অমা, মতুদি :— ঈচিকপি বাকোং নিংথৌবনা বাইকোক লমহন তোংএ। চেকলৈ ফলাম্বনা কোংগোই ঈনমথি তোংএ। থাঙ্গা য়োথাম্না খুনথাম ভাংজেন তোংএ। নোংবান লাইরেম্বাবনা কৌবা চীংমৈ তোংএ। লুবাং পুনশিবনা শোইরেন ঈ মরু তোংএ। লুবাং কোইমনাওনা থোংঙাক পাবং তোংএ। পাবং হাইরেমনা য়ুংচিং থাংঙাপাৎ তোংএ। মুংবান শিদবা লুবাং নাদবনা ককলৌ ভাউথোং তোংএ। ককলা হেমজেংনা লাখি শানশেন তোংএ। লৈপুং চারানা হোংঙা কাইশি তোংএ। থাবা হুইনাইনা লাংজিং কেল্লাংচীং তোংএ। ভীনবান চা চুগোকনা থোখালৌ লাইকংলা তোংএ। ক্লিপ

ফিদাইনা থাংখু থাংহন তোঁএ। ইটিকাশ মু-কাংগোমা লোইয়া কাংউমুং তোঁএ। লাইয়েন থিংগম পোংম্বাইয়াবনা পুকমপাং থারমলাম তোংএ। পশিথোনয়া থাইযাংবনা হাওমান কাম্বংপুং তোঁএ। পশি চুগোক লাইংাবনা লোকপচীং তোংএ। ঈবোক ঈরাইনা লোকপা ফৌওইচীং তোঁএ। পশি কাংবানৌনা থাখি মখোল তোঁএ। লৈমা হাওবৈমা নিংথৌ ফাস্তেক শোকনাইবনা হাওবা লম্পাংদোং তোংএ। (নোংচুপ লমগীনে)॥ ডুবু হৈয়েম লোইনাইনা কোম্বা শানবান তোংএ। অথোম তত্তবী অয়াই কংদবীনা খোমবীদোং উঙামপৈ তোঁএ। হাওথোং শিনাইখুনা চীংলাংখু চীংলাংহন তোঁএ। থাবা ফাস্তোংবনা তোংজেং ফকময়ু তোংএ। মোরিয়া কম্বান চানা তিনবান হাইরেমখোক তোংএ। লংমাই থিকলেং মাইরেংনা শাচক লোনমথাই তোংএ। লংমাই কুম্বা নৌশংনা লংমাই থুম্লিং থুনমং তোংএ। ভারিয়া রিমান্দারনা কাইবৌ চীংলাইপাক তোঁএ। ভাম্বোং লোকনাইদনা ম্বাশা থানক্কে তোঁএ। তোঃমারেংবা ঙাংমবেংবনা পোইরৌ হামলৌ তোংএ। (নোংপোক লমগীনে)। ঈগৌ পোপক্তেকনা লৈশাং হিদেন তোঁএ। তোতোম্ববি তোনমৈ শাংনা চেগাইপোক নৈয়াথৌ তোংএ। খোকম্বাই তারাইবনা কাইবা লমহন তোঁএ। থিকলেনখুবীনা খোইবা চীংলাংলেন তোঁএ। মেন্দে পুং খোংবা ঙাহু থাঙশাবনা কংলৈ লমহন তোঁএ। (ময়ায়গীনে)॥ কংলৈরোন্দি—তোনমৈবি তোনমৈশাংনা ঙাহাবুং তোংএ। তোনমৈাব তোনমৈরোংনা চৌবুপুং তোংএ। চেগাই পাংগাইবনা কাংপোকপী তোঁএ। চেগাই মকাইয়াংনা লুম্ব ং নোংছমশঙ তোংএ। নোংমোইছুনা হুংজেং তোংএ। নোংথাঙ লৈমামা মুজোইবী তোঁএ। পাথ মনায় মেন্দা তোঁএ।

**পুংগাইবা** পুং য়ৈবা

**পুজোইরোন,** লৈপুং অচৌবা

**পুজোই রাইবা,** লৈপুংদা কম্বা

**পুংতোইবা,** পুংদোইবা, পুং য়ৈবা

**পুংদোই,** মকম

**পুংদোইবা** পুং য়ৈবা, পুং থীনবা,—"কাংক্রক না উরাউএ,—উথুমনা পুংদোইএ, থাককনা অশৈএ"
—তোয়েঃ

**পুংদোই লেপ্পা.** লাইবুং কাবা

**পুং কাবা,** মপুং কাবা

**পুংবুরেম খেনমাই লাংনা.** য়াওনা, লৈবুংঙম পৈতুনা ফজনা থমদুনা

**পুং ময়োল,** ময়ায় থোকপা লম, লমগী ময়ায়

**পুমথিং ফি,** (মমাঙৈঙদা থানবমদনা শাবা) ফি মথল অমা,—"থীনবম নঙদি পুমথিং ফি শাউ"—
লোইঃশিনয়েন

**পুমনা চম্না,** পুমনমক ঙয়মক পুনাশন্না,—"কৌবা কৌহু ইরেং ইথমগা পুমনা কাইকানগে"— খুঃলমঃ,—"তক্কপোকপু পুমনা চম্না অশৈনবা চহু থাবেবোন থুবায়শুনা মৈতৈ লৈমা থয়োইয়োন লীকলাংখোম্বী পল্লেম মমা পোকপু চাদনা লাইছই থথবনে"—চাঃলাইঃ

**পুমনা তিন্না,** ময়াম তিন্দুনা — "পোইরৈ অথৌ লিচা হেম্না বংঙম থায়াং কোন্দাইলোনবশিংবু পুমনা তিন্না য়াকায়কলবদা"—নিংঃ লম্বুঃ

**পুমনা হুপনা,** ময়াম তিন্দুনা ময়াম হৌদুনা,— "লোইদাম কুম ওইরকপা থুদিংদা মদাইরেম পোইরৈ পুমনা হুপনা অনথোঙ চেন্না কুমশাবা লেমথোঙ চেন্না কুমওইবা থোংকৈ য়াংগৌ লমগা চেন্না অয়াং ইরেন ঈকপনয়ে হায়দবরা ?" —নাঃফঃকাঃ

**পুমনা হুপ পাকনা তাইনা,** মী ময়াম হৌদুনা,—"নোংযায় পুমনা হুপ অদোন পাকনা তাইনা নমু মীয়াম তিন তুরেন নামতু ময়ীন থম্না অদোন কংলৈ মঙমাঙদা লাইরেন মৈদিংঙুবু হুংশি থৌকাউ থিরঙেনে হায়না মীংপ্পরোএ"—নাঃফঃকাঃ

**পুমনা হৌনা পাকনা তাইনা,** মী ময়াম হৌদনা, ময়াম পুমনমকনা,—"ঙাংঙোই পুমনা হৌ থুয়োন য়াংবা পাকনা তাইনা থাঙলেন নাপন হাই ফজেং য়োংচক চন"——মোইঃনিঃলম্বুঃ ;—"মপন পুমনা হৌনা মতু পাকনা তাইনা বাতা থিঙমেএ"—
খোঃনোংকাঃ

**পুহাল,** পোহাল, প্রবাল, লৈপাকপোকপা গ্রহগী মম্ব পে, অগৌ অশাং, লৈমা নিংথৌ অমদি লাইগীদমক থামবা হাক্তিন অচৌবা,—খুদোং পে—কলাই

কানাইবশিংদা থানবা পে মখলদা অমা

**পে খোকলাং,** মশক নাইবা অচৌবা কমনাইবশিংনা দোলাই তোংবদা থানবা মখোক শাংবা পে,—দোলাই তোংবা পে গোকশাং থানবশিংদি অঙোম নিংথৌ, মন্ত্রী, পুঞ্জনবা, নোংথোনবা, লৈকাইরাকপা মরি (খুরায়রাকপা বাংখৈরাকপা য়াইস্কুল লাকপা খ্বাইরাকপা), শঙলাকপা নীপান, লৈপাকী পণ্ডিত, শঙখুবা শঙলাকপা মরি, কমদৌ নীপান, হাজার মরি, কৈরুংবা মরি, শেলুংবা মরি, কৈদা হঞ্জবা, হীদাকফু কানবা হঞ্জবা, পোচ্ছুংবা হঞ্জবা, পাচা হনবা, দোলাইরোই হঞ্জবা, শামু হঞ্জবা, সেনাপতি, রাজখ্বা অমসুং কপ্তান

**পে নারেকপা,** পে মখল অমা

**পেং,** বৃদ্ধি, লৌশিং, পূক

**পেং থোঙ,** থুল, হোইরোং--"গুরুগী পেং থোঙদগী মারজিং পোকএ। ××××গুরুগী পেং থোঙদগী রাহু থোকএ"—কমলোন

**পেং থোনবা,** পূক কংবা

**পেং চোইবা,** বৃদ্ধি চোইবা, বাখল চোইবা

**পেংলোই,** হয়িং,—"উয়িং মায়হিং থোংদবা হয়িং পেংলোই থীবু পক্কবা চংবী না ময়োনগুম্বা"—নাঃকঃকাঃ

**পেংলোইনাই,** হয়িং,—"খোয়মা লাংদোনথক্তা শরম কৈনা থিংনা লাংদবু হায়ং পেংলোইনাই হুংনাং চায়ারোই অহেনবা খোইবা লোংজুখা চাবু থুগবরা থুদবা লাং"—সনা লমওক

**পেংশিবা,** মৈদিংগু খুই নিংঙোনবনা হাওহুহন পান্নরুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌনি, মণিপুরদা খুঃ ৩৭১ দগী ৩৯৪ কাওবা পানথি,—"নয়োন মৈতৈ লৈমা হাওহুহন সনা লিনগোম্বগী মৌদংগু পেংশিবা-ও তৌনা কৌএ"—নিংলস্বঃ

**পেলা,** থোংনবা বন্ন মখল অমা

**পেবেৎ,** উচেক অপিকপা জাৎ অমা,—"নোংগৌবী বাকথোং যোংবা পেবেৎ লাংমৈ অসি কারবদি শাফালোম লানকালোম কৌই"—শাংলানকা

**পেমা,** নূপী, ইবেম্মা,—"পেমা নওবু হন্দে, লৈপাকশঙদা লৈবী কয়কাম্লা কমদুনা মনম নোংশা য়াইবী চোমফাইদোইশিবীবু হনখনে"—পুন্নিম ;—"চৌংগু নোংদম্বা থোয়ম কোরৌ ইনোংথৌনা ইমোম পেমা অসিবু লনকুবিরকএ"—বীরসিংহ

**পোইনা হায়না,** কোয়না

**পোইবা,** কোয়বা,—"ইমাদি লৈকাই পোইরুগে" থাঙঃচৎ

**পোইরকপা,** কোয়রকপা, চথোরকপা, খুম্ভারবা,—"অহল মতম ওইরবী হন্থু ময়াই কারবী অমতং পাঙঙা লৈকাই পোইবকএ"—চায়ঃ

**পোইলা,** লানমীগী অচৌবা কম, মেঞ্জগী মথা সুবিধাবগী মথক, মমাঙৈঙদা পোইলা অমদা থাজনা থীদবা লৌ পরি তক্কক তলব লৌ ওইনা লৌচা পীনরম্বী

**পোইরৈ,** মৈতৈ, বাংঙম,—"ইনেম মচা নওদি পোইবৈ নপল লম্বু ইন্দানখিগনো"—নাঃ কঃ কাঃ

**পোইরৈ অশেরাই,** মৈতৈগী ঈশৈ শকপা,—"পোইরৈ অশেরাই বাংঙম তেংথাকমনে"—কংলৈরোন

**পোইরৈ কাওজা থৌ,** লৈবাকনা তৌরম্বা থবক

**পোইরৈ খুনফাংথৌ,** মৈতৈ লৈবাকী অঙম অথৌ থাবম অমসুং লাইকম পানা,—"পোইরৈ খুনফাংথৌ কৌবদি থাবম লাইকম্বু কৌএ"—কমলোন ;—"মদাইরেম পোইরৈ খুনফাংথৌ তময় নাইফংথৌ পূমনা হুপনা লাংশঙ শঙলাংমৈদা তুবী কমতোং হৌরবগা"—নাঃকঃকাঃ

**পোইরৈ চৎন্না হায়ঙম সুরা তেম্বা,** লৈবাকনা চৎনবা ঙাওনবা

**পোইরৈ চৎন্না হায়বা,** মৈতৈনা হায়বা

**পোইরৈ চরি তত্তবা,** লৈবাক মীয়ামনা মথং মথং কাউদবা

**পোইরৈ চাদোন শুদোম্না,** তুংদা হৌরকপা ইচা ইশুনা

**পোইরৈতা,** অরিবদগী ওন্থরকপা, আরবা নত্তবা, অনৌবা

**পোইরৈ তাকা থিবা / পোইরৈ তাবা থিবা,** অশম্বা লোন থিবা, মৈতৈরোন অনৌবদা হায়নবা, মৈতৈনা অশম্বদা হায়নবা,—'নম্বুবা পোইরৈতোম্বা লোইবী শিরবা হেৎা নাদববু খুনথিয়রকপদা মমুম লোইবী ময়েমনা চকথোম থাবী মৈবু লিংঙাইঙমে,

মৈরিংও কৌবদু পোইরৈ তাবা পিবনা মরিংও তৌনা কৌএ"—নিং:লম্বু:

**পোইরৈতোন,** লৈমা পিয়াইহুগী মচা খুনবী পোংমহল,খুনুংয়োইচখা অরিবা,লৈমুং পোংনাউতা অতোনবা

**পোইরৈনবা খুঙ্গাওনবা,** খুঙ্গাঙ লৈচাউনবা, —'খাইমোমগীদি নথোজানবু পোইরৈনবদু খুঙ্গাও নবদু"—অহোংঙলোন

**পোইরৈ নোংদমলেন অখুবা,** মৈতৈ নিংথৌ মচা

**পোইরৈ পুং,** মৈত্রবাক, মণিপুর, মৈতৈ লৈবাক

**পোইরৈ পুংখাঙ নিঙ্কবা,** লৈবাক মুংঙাইনা মরা শুপনা পানবা

**পোইরৈময়ায় শুমদোংপান,** ইম্ফাল কোন্নুং কংলা, কংলৈ পুংময়োন,—"পোইরৈ ময়ায় শুমদোংপান্দা তুবী চুপ্পু থোই লাইরেন লাইবু য়াংনা বাইথুংলে"—নাংকং:কা:

**পোইরৈ লৈকোয়পুং,** মণিপুর সনা লৈবাক, মৈত্রবাক, মৈতৈ লৈবাক

**পোইরৈ লৈখোঙকায় য়াংঙম তোংনৌ চিঙাই নাইবা,** মৈতৈ লৈবাক কাংখোং চাইনা কায়বা

**পোইরৈ শৈশকপা,** মৈতৈ ইশৈ শকপা,—"লাইরেন মৈদিংঙুগী মদাইরেম পোইরৈ শৈশকপা বাঙম তেংখাবনা"—হি:হি:

**পোইরৈ সনাপুং,** মণিপুর সনা লৈপাক, মৈতৈ লৈবাক,—"পোইরৈ সনাপুংবু ইন্দাম্লকলে"-স:লা:

**পোইরৈ সনা লৈপাক,** মণিপুর সনা লৈপাক,—'পোইরৈ সনা লৈপাক শেমলকউগী হৌন তেংথারক্লে"—চীংখং:শা:কা:

**পোকমরকনা পোকপা,** অমুক পোকপা

**পোকমাবী,** মমা অপোকপী,—"হে পলেম পোকমাবী-ও নপাম্নি চাউদবা ইবিংঙাবু ইপা লৈতবনে হায়না লানশোক থৌওইদনা খোঙকেন লান শোক্লবদু হুয়েন লানথোঙ মুৎনা—উ:(রা:)

**পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা,** মপা মপু পোকপা, তাইবঙ শেম্বা মপু

**পোং,** মী, নমু তাইবং মী,—কেগে নরৈপাক তাংঙোই চাউবা পুং অসিবু মালেম লৈনা য়াং নমু পোংনা থোই, লাইজা ঈনা য়াংনা পানবা পুংনে"—নিং: লম্বু: ; ব্রহ্মদেশতা লৈবা অম অমা অমসুং মাহুহা লৈবা মী ; নোংপোক য়াযগৈ তাকনবা থাখিবা পাখংবগী মচা নিপা অমা,—"পাখংবনা লৈতক লৈশোই য়াবাগা লিলানলীগা অনীম পায়হুনা পোংগা পাইখুগা অনীমা পোকএ' —খাম্বচৎ:

**পোং ওইবা,** মী ওইবা, তাইবং মী

**পোংখু কোলিও পাউতাকশৈ,** মচা মশূগী পাউতাক ঈশৈ

**পোংগল,** পাবী অাং অমা—মসিগী মকুনা লীরি শানৈ,—"সোরারেনা পোংগল লীরি লীরুং থিংখৎতনা কত্তবগী মথৈ ওযনা হাৎকনি, অৰুবদি হিংগনি"—কাইবরোন

**পোংখাঙ চারি তৎতবা,** মীরোন মখং মখং তংতবা,—"থাম্বনা মালেম লৈহৌউ রেলহৌ খোইরা অহানবা নমু পোংচারি লমখারক্লপা পোংখাঙচারি"—না:ফং:কা:

**পোংমু মচল কুয়াউ তাউবী শানওনচেক,** উয়া কৌবা উচেক, "লাইজা ঈমৌ কারকপা হুপলৌ খাঙতপ বায়রকপদা চাঙাবা পোংমু মচল কুয়াউ তাউবী শানওনচেক উয়া পো মন্তু খৌবাল উকো কোলা মৈঙম শন্না উকোং মৈথো কবগী মিংথোন কাবা মৈদিংঙু লাইয়েন উয়া কোম্বোবদি"—নিং: লম্বু:

**পোংপৈবা,** তরা মচা তিনবা, মীয়াম তিনবা,—"শঙ পানবা অয়াম্বা খৈবিকমক নিংথৌগী পোং পৈকমদা কমদনা চহে অচুগী কত্ত হৌথি চঙদনবা লাইখুন তীনথুন মেনহনগদনে"—মসিন ;—"লৈপু য়াকাবা খাচে পোং পৈবদা হে লমজা হায়না তাইনোকনৈএ"—ধং:লা:নীং:

**পোঙবা,** চাউথোকপা

**পোংবৈবা,** তরামচা, মী ময়াম পৈবা ( তিনবা ), পোং পৈবা

**পোংবৈশঙ,** মী ময়াম তিনকম শঙ, লোয়শঙ,—"চকপা য়াকা শঙ হেমজেং পোংবৈশঙনে"—নোংচীজোই:

**পোংমহন,** মীগী মকোক

**পোংলাইমা,** মীচম, চুয়গী মী,—"চাংঙু নঙগী কথাম্লাং মীয়াইমনা চঙগুম্লবা পোংলাইমনা মোঁ-ওমদবা কিয়োং লাইশঙ অসিদা"—হি:হি:

**পোংলেন,** উচেক মচু

**পোংলেনখোম্বী,** মহারাজ গম্বীরসিংহগী মনাউ ইবেম্মা ম'ইন্নাম চনু কুমুদিণী মহারাণী—চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মমা শীজগী মিং,—"শক ১৮০৮ ইঙেন ২৪ নি লংমাইজিংদা মবেন শীখ্রা পোংলেন খোম্বী শিএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**পোংলেনহনবা,** মোইরাং নিংথৌ, পুরিকলাই, মোইরাং নিংথৌ অমগী মমিং ;—"নদু কেগে লৈমাবা ঙাঙোই পোংলেন হনবনা ৱাহংলকএ"— মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**পোৎ খোম্বা,** লুট তৌবা

**পোৎচা,** ফ'কম থোকপা পোৎ, ফংবা য়াবা পোৎচৈ

**পোৎতম,** মপোৎ

**পোংতম পূবা,** মপোৎ মচৈ পুবা

**পোংতম শাবা,** পোৎ অমা শাবা

**পোংতম শাবা,** পুননবা পোৎ শেম্বা,— "হৈরাঙ নঙনা পোৎতম শেম তাউজীং লোম্না পুরকপা অসিবু তংহিলোই"—পোঃলুঃ

**পোথোক,** মহৈ মরোং পাম্বী থারগা মাচুদগী ফংলকপা (থোকলকপা) মহৈ

**পোথোকপা,** পোথাবা

**পোৎনা,** নিংথৌদা পোৎ ওইনা কৎপা, চহীগী কৎপা পোৎ, কান্নং

**পোৎলোই,** আশবা মীগী মশা লোম্বশিনবা, অশিবগী সংস্কার, "মীগী হকচাং অসিবু থরায় হকচাংগা থাইনরবগা মচা মশ শাগৈ নাতৈনা হৌনবা পোৎলোই হিথাবা হোরে"—শাঃলমঃ

**পোৎলোইবা,** সংস্কার তৌবা, 'পোৎলোইবা হায়বদি পোৎলোই মরি ওইএ—অমদি জুংশীংকী পোৎলোই, অমদি ঊশিংগী পোৎলোই, অমদি লৈবাকী পোৎলোই, অমদি মৈগী পোৎলোই"শাঃলমঃ

**পোৎলোই হিথাবা,** আশবা মীগী হকচাং সংস্কার তৌহনা লোইশিনবা,—"পোৎলোই হিথাবা হায়বদি পোৎলোই মরি ওইএ"—শাঃলমঃ

**পোনগ্রং,** পোলাং, পোনগ্রং অরনবদা লাইজা ইন্নাবা ভুতবু"—শঙঃমণির

**পোঙেং,** থুম্মোক,—"এৱাং থোইবা চীংঙাংলেন্দা পানবা হৈ, হৈরাঙ খঙগোইবা তাউজীং লোংজম্বু পোঙেং লাইচম থন্না তাউজীং হৈচেন্নরঙেদা"—চারঃ। লাইশঙ,—পোঙেং লাইশঙমুংদা"

**পোঙেং লাইচম থনবা,** পোলাংদা হাপ্পা, থুম্মোকতা হাপ্পা

**পোঙেং লাইচমমুংদা,** পোলাং মমুংদা—'লাংলেন কোঙয়া' বা খুমু চীংশোং লমলৈমবু কবো খুমু থেম্বনা পোঙেং লাইচমমুংদা হাপ্পা পুখিবা অহু লৈরাং মতম মানগুমলে"—ধঃলাঃনীংঃ

**পোঙেন,** পোল

**পোন্দাই লাকপা,**— পোন্দা, হাপ্পা, পোলাংদা হাপ্তুনা থম্বা, মথোঙ মশা পুনবা,— "তেকপী পোন্দাই লাক তাউবা কংকা থুরববু ইমুং শোয়মায়মাদা লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা তেকপী ওকথোঙ হাংনা তাউবা কংকা থোকলুরে" -ভুতেংঃ

**পোনবী,** উচেক,—"পোনবী লাংদা থূবা চেক্তুবীনা মপারি অনিমক্কী মুংশি মপাউ তাবদা মুংশি ঊথক হৌ থমোয় মৈচাক থোইশিল্লকপগী কোনা উপুমুংদা য়াবা থোঙেন পীকনা মীকপলকএ হায়দবরা?" —ধঃলাঃনীংঃ ; থবায়, —"থবায় পোনবী পান্দমনে" কুমদমশৈ

**পোনবী কুরেক অঙৌবা,** উরোক অঙৌবা

**পোনবী চীনগোই চনবা.** উচেকনা লাকপা,—"মশাবি ঐবু কাকলেন মীঙম্বগী পোনবী চীনকোই চন্নুবা নোংগীবু চুপশা মোইকেন ভমসে"—ভুতেংঃ

**পোনবী য়োমদম পৈবা,** উচেক শংগু শংগু তিনবা

**পোপতেক ফুবা,** তেকননবা (কোয়নবা) পোপ পোপ ফূবা—"ফানা চৈনা লোইযোম পোপতেক ফূববু ফূয়োনবী ফৌবা ও"—ফৌঃবাঃ

**পোমগংনবা,** পোমকংনবা, হৈজিং ফানা মুন্দবা, মহৈ পান্দহুনা মাঙবা, শিগংনবা, -"মপারি হান্না শাৎপা অমদি থাংইগুম চিশাৎনা লোইযোমজম পোমগংনবদি মালেম লৈদা কুমনা লৈশৌ থোমমিংপু ওইনা শানওনথিরে"—মুঃকাঃ

**পোম্বী,** পোনবী, উচেক, অয়োকপা উচেক

**পোম্বী চেংঙ্গোই অজুবী,** চরোয়

**পোম্বী চীনপাকপী,** ঙাহু,— 'মমা লৈঙোই মখেম চানা পোকপী শবা পোম্বী (পোনবী)

চীনপাকপীসু তিল্লি নমপুশেনপীগুং লাইরেন মতুং ইনখৎখিয়ে"—তুতেং:

**পোম্বী লোকলোখোং শেক্কুরেক নমঙৌবা** উয়োক

**পোম্বী রাইরং চেক মাকপা পাঙ্গুম্বী,** খম্নাং চাক

**পোম্বী রাতুংথাং চীংঙ্গুং মুরাবী** তেনবা

**পোয়শং,** অশংবা

**পোল,** পোলাং

**পোল্লেম,** পোশা,—"লাল্লুনে পোল্লেমনে তৌ-থোপনে খম্বাংনে হায়খিযে"—চায়:

**পোল্লেম হানবা,** পোশা'দা হাপ্পা

**পৌ,** বা মশাং মপুম,—' চৈ পৌ মথুংশুন য়ো মু খাঙতপ য়ৈনা য়াঙইরম্মে"—তুতে:

**পৌ চিংনবা,** বাশাং অমগী মনীং মথাঙদা নাকন নাকন্দা পায়নরগা থৌরী টিংনবগুম চিংনবা মশাল্লা

**পৌ নমখোই,** পৌ নম্বা

**পৌ নম্বা,** কৈ চনবদা কৈ চেম্বোকখিবা ঙরন-বা অমদি মথুংতা থাঙ তানসিংবা খুংলাই পায়বা মী লান্দা ফাবদা অশাংবা বা মপুং মনীং মথাঙ পাথরগা মায়গৈ মরিদগী ভকশিনবা

**পৌরা,** ঈন সিংবদা হংগেন মথক্তা কৈবা থৌ-রীনা লে শিল্লগা ঈন শোনগৎনবা বা, ঈন চিংনবা পৌ (বা)

**পৌরা লীচাউ,** পৌবা লেংশিন্নবা হংগেম মথক্তা পুল্লিবা লী নন্নগা থৌরি

**পৌরা লুরক চনবা,** পৌরা থিংজিনবা

**প্রেম থকমা তানা মীকপ্পা,** মপি তানা লেপ্পনা কপ্পা

**প্রেম থরক্কবা,** কপ্পা, মপি তাবা

# ফ

**ফকচা,** ফক

**ফকমাঙনবা,** তৌকম থঙদবা, চমন্নবা, ফকচিনবা, বাখল থোক্কবা

**ফকলাং লোনজা,** ফকলা'

**ফকলাং লোনজা মতাই কাঙনা,** ফকলাং হো-পায়থনা (লেনথৎতুনা),— "লাইরেন মৈদিংগুদি ফকলাং লোনজা মতাই কাঙ, পরৈ হোংলা থংনা য়িমলেন শাইগং পোয়া লিং শেল্লোয় চীংশাং নাপোম শমনা তুবী ওকলেন পনঙমাথ লাইরেন পনলিংথখ, থিংলো পঙ্কো'খিয়ে হাম্নদবরা"—

নাঃ কঃ কাঃ

**ফকলাং লোঞ্জা মিৎকাংলম,** মিহুখোঙ,—"থবি শেনগোইরেন অপানবনা মঙাল মুমদা চঙনবল্লিগী ফকলাং লোঞ্জা মিৎকাংলমদা" রামঃনোঃ

**ফকলোং চারাই,** ফকলোং,—"তোংতেং সামু-রোকপনা পোইমোম থৌন্নু মথুনেৎপু লোল্লপাকা রাকয়ৈ হিচকাং মাঙতা ফকলোং চরাইশন্না রাকয়ৈ হিথু'লাপাতা" —সনাঃলাইঃ

**কমজেংপা,** কম্বা,—"চেংলৌ শকপায়খোংঙ্গুঙ সং সং সোম্বনাতানা কমজেংলাপাকা" পাঃনোঃ

**কমথকচা,** কম অমা

**কমদেংবা,** কম্বা, কিজেং লৈতেংতুনা কম্বা, লাই হয়াউবগী হয়াউগদৌরবা লাই (লাইমিংথৌ লাইরেম্মা) অম্থু কিজেং লৈতেংবা লোইরগা তাংবন নথক্তা (সিংহাসন্দা) থম্বা

**কমদোংখোং,** কম্বাল তোংবগী মকম অচৌবা

**কমদোংখোং কাবা,** কম্বাল তো'বা

**কমদোংবা,** কম্বা,—"কোরৌ কান্দা কমদো'বা চীংগু যাইবী কমজাউবা থৌব ই তিল্লি শিদবা"— সনাঃতেংথাঃ

**কমদৌ,** কমনাইবা অঙম অথৌ, চৈরাপ বায়েনকমগী খুল্লাককম অয়াম্বা, "চৈরাপ বায়েনকদগী কমদৌ কৌবদি খুল্লাকফম অয়াম্বন কমদৌ কৌএ" কমলোম ;— "কমদৌ ইঙাইরোয় নিংথৌ ইহিশাংশিংও লমলেম মদাইমা তাম্মু তাংহন ভাচায়াম শরেং পুহান নিংথৌবা লাইজা ঈরাল্লম মোইরাং থাজা লুংবা মশোয়রেন থাঙলেন লুগাশোয় থুমোন মপাশোয় মপুশোয়দা য়েংলুও"— মোইঃ নিংঃলম্বঃ

**কমদৌ নিংথৌ,** অঙম অথৌ, নিংথৌ পো'বা তবা

**কমদৌ হুন্ডুমরি,** অয়া' কমলুপ,—"শকাব্দ ৬৮৫ মৈদিংঙু খোঙতেকচানা নিংথৌ ওই। মচাকথক্তা লাংজা লৌপুংকৈদা কমদৌ হুন্ডুমরিমক্তা শা তাম্বুবদা ঙমনা লাইনা লৌতুনা ঈশিংদা শিথিএ, লোঙ পায়বা অমতং হিংতুনা মাগী থাবা মথে লোংজম কৌথিরে"—চৈঃকুম্বাঃ

**কমকম ঙম্বা,** কমতুনা লৈরম্বা, কমলম্বা,— "নম্ মীয়াম তিন, লুংঙাই ময়াঙ কায়না কমকম ঙমলবদা"—নাঃ কঃ কাঃ

**কমকম্বা,** কম্বা

**কমহম্নহনবা,** কমহনবা,—"খোয়ম মতে মনাউবু সম্বা কম্বাল্লাংদা কমকমহম্নবদা লাইরেন লৈদিংঙু খোংনাং ময়ামদি য়োম্বু মশানৌগা থাগী করাংজি মথক্তা অগোই লেপলৌ শা পোইরৈ পুম্নমক্তু খোঙলৈ নোংথাঙকুপকুমনা তুবীনা ঙাউলিতৈ ঙাউমিয়া লাইরেম্না ভৌয়িতৈ ভৌমিয়া"— সনঃ লাইঃ

**কমকি,** থাতুনা কম্বনা কি, আসন ওইনবা কি,— "লমদা থাগী থাঙজা অহানবদা মায়কৈ মরি লাংনবা পোংথাওদি কমকি ময়াকতাইবা মরি, থাকন মবি ....."—থৌদৌঃমঃ

**কম্বাল কাবা,** নিংথৌ ওইবা, কম্বাল তোংবা, কলাংমৈ তোংবা

**কম্বাল কুম্বা,** নিংথৌ ওইবা তোকপা

**কম্বাল তোংবা,** কম্বাল কাবা, নিংথৌ ওইবা

**কম্বাল তোংমিন্নবা,** কম্বাল কামিন্নবা,—"চেকোং লৈমাবগা কম্বাল তো'মিন্নরে হায়দবরা ?"—শমঃঙঃ

**কম্বাল থাঙ,** কম্বাল তো'বদা শীজিন্নবা থাঙ

**কম্বাল নাই,** কম্বাল তোংবদা লৈমনাই নিংথৌ নাইনা নিংথৌ অমসুং লৈমদা কংপা মী

**কম্বাল মিন্থল,** লৈমা নিংথৌনা কম্বাল তোংবদা থোনবা মিং

**কম্বাল্লাং,** সনা তাঙবন, সিংহাসন, নিংথৌগী গাদী

**কম্বাল লান,** নিংথৌ কম্বাল তোংলমদাইদা চংপা লান

**কম্বী,** লৈকম, হকচাংগী লীকলা

**কম্বী ওইবা,** লৈবা, কমকম ওইবা,—"নহাকী কম্বী ওইও"—শাঃলমঃ

**কম্বী মকাইফম,** মাগী লৈকম,—"তুবী চিঙলেন নোংদ্রেন থোম্বনা না তাববগী লাংরেন কম্বী মকাইফমদা হলবাইবকলবদা"—ঔঃঙম্বা

**কম্বীরেন,** অথোইবা মকম, অথোইবা মরু ওইবা লৈকম

**কম্মি স্বায়ম্মা** পণ্ডিত লোযণঙগী কম অমা

**কমোই কম্বা,** কম্বাল তো'বা

**কমোই মিৎ,** কম্বাল,—' তুবী নঙ কমোই মিৎতা কমডৈনে"—নাঃকঃকাঃ

**কন্মোই মিৎতা কম কলাং মৈদা তোংবা,** নিংথৌ কম্বাল তোংবা,—"হয়েং তুবী নঙনা কন্মোই মিৎতা কম কলাংমৈদা তোংলবদা নশানৌ নোংবাল্লোন পীতঙভাবী ঐবু লাইরেন সনা নথোঙথাবু ইন্দাঙরকপদা লাইরেন পুকনীং বাকাউগনো"— নাঃকঃকাঃ

**কন্মোই মিৎ কম্বা,** নিংথৌ ওইবা, কম্বাল তোংবা,—"পাম্নি হোঙনেমযোয় খুম্বাওবু থুনা পাউ

কৌরক্ত কম্মোই মিৎত্তি মানা কমডৌনে কলাংমৈদি মানা তোংগৈনে"—নাঃকঃকাঃ

**কমলাংচান,** কমকম,—"হিরিচবডৌগী নপী য়োই-রেনকম সনা লাংবকোই কমলা চানবু মিংখো-লক্কে"—নিঃলম্বুঃ

**কমলেন,** কম্মেন

**কমলেন,** লুচিং তানকংবা,—কমেন কম্বা ফংবা, অহল ওইবা ফংবা

**কমলৌ,** কমনাইবশিংদা মখোয়গী কম অতুগীদমক্তা পীবা লৌ মখল অমা, - ত সিগুপ্ত কমলৌ এসি-দি লৌ। অদু চাবিবা কমনাইবা অমদা কৌ পোৎ-মা চহী চহীদা থাজনা ওইনা পী। মসিগী লৌ রিবা কমনাইব অতুনা লৌকংবা কৌই। হায়বিবা পীকম থোকপা কৌ অসি থা তবানীসোইগী মমুংদা কনাগুম্বা কমনাইবনা পীদ্রবদি লৌকংবন নিংথেমদা হংগৎলগা সনা য়াথং মতুং ইন্না ফৌরুং-বনা থাজনা তোনবা অদু ফায়গা মতম অতুদা চৎনবিবা কৌগী মমল অদু লাক্কুনা শেল ওইনা থাহল্লি। হায়রিবা শেল অসিসু পীদ্রবদি লৌ লৌথংলগা অতোপ্পদা অমুক পীখি। মমাংডৌদা চৈরাপকী কমনাইবশিংসু ক লৌ চাবম্মী।

**কমহোই তানবা,** যানবা

**কমহোৌথবা,** চেম্বনা

**কম য়ানবা,** লান তৌবা, লান্দা হাংপা

**কলাংমৈ,** কম্বান, - "মৈৎত নৈবাকনা ফাতুনা কলাংমৈদা তোংহল্লে'—কাইংবান

**কলাংমৈ তোংবা,** নিংথৌ ওইবা, কম্বান তোংবা, —"কমোই মিংকা কলাংমৈবু তাংকবে"—তুঃচঃ

**কয়েং,** ফাইবা চকপগী থুল অংগী মিং

**কয়েং নোংফাইবা,** অহিং লেক্কুনা লৈথোকপা, কাইবা, ফাইতুনা লৈবা,—"শেনবী তুম্ম লোক-চাউ ঈদা কয়েং নোংফাইববগা পোইরৈ মপল্লন্থ য়েংথংননা চীংলেন য়োঙম কাগিরে"—শমঃঙঃ

**কাই,** তম্পাক ( লোইবী মরেমনা হায়নবা ),— "মযুম লোইবী মরেমনা তম্পাকপুদি কাই ও কৌএ, অদু নোংগীবু নোংচুপ কোংয়াংক.ই-ও কৌই"— মিংঃলম্বুঃ

**কাইখং,** নাহৈবনচিংখদা পীজিন্নবা নাপী মখল অমা,—"অখাং কৌথা চাং লুখুম য়েনবত্ত কাইখং পোকপা পুংকাই তোনয়াম পানবা চীংদা নহু মুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুনশিবা মরান-য়ায়দা থাইথুংলুও।"—নাঃকঃকাঃ

**কাইবা,** লেক্কুনা লৈবা, কয়নবা অনী নক্রগা মাতু-দগী হেনবা লং মচা তাশনবা

**কাইবি,** থোয়কপা

**কাগং,** ডৌবোং, পুং য়েনবা চৈ, অকংবা, ( মৈদা য়াইবা নত্তবা মুংশাদা কংহনবা ভা অকংবা )

**কাগংকি,** (মমাংডৌদা চিংডাখবমদনা শানবখ্যা) ফি মখল অমা, ডৌবোং,—"চিংডাখনবম ( চিংডাবম ) নওদি কাগংকি শাউ" - লোঃশিনয়েন

**কাগং কিমু,** কি মখল অমা

**কাওম্বা,** কারম্বা,—"নিংথৌ মতীক লৈবশিংনা কা ওমদবদি লানশোক থোংগৎনা থুনওম্মে"—উঃ।রা)

**কংথপা,** লম্বী শেম্বা, চোহনবা, পাজলনা লৈপাক থোইদোকপা

**কাঞ্জ হৈতরিবা,** পাইবা হৈন্ত্রিবা

**কান্দেং,** অচৌ অশাংনা কয়বা কাল অশাংবা,— "সনা কান্দেং থানা কমকমহল্লে"—ধঃলাইঃনীঃ

**কানবা,** পায়বা, থকপা, মিং কান্না কৌবা ' উপন চৈরোইকান, লোইমোম কৌমায়কু"—চাঃলাইঃ

**কানাম্বা,** নৌ, চি হোম্নবা চৈ,—'লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা মণিইবা পোংকন নৌ ঈবাং শং শং থাইকবা কানাম্বদি নৌচিন তুমহৈবা"—হিঃহিঃ

**কাকেন্সবা,** মবাং কায়বা

**কালোক রাইরং পামহৈবা,** চৌরজিৎ মহারাজ, —শক ১৭৪৫ লাংবন ১৩নি পানবা নিংথৌকাবদা মৈদিংঙু কালোক রাইরং পামহৈবনা থিংলম্বা তুরেল কাং" চৈঃকুম্বাঃ

**কাল্লোখোম্বা,** লাই সনামহী, লাইম্বা হায়বা,— "শাইথোম লুবাংগী কুম শক ১৩৫৫ থোবান থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে, লাইয়িংথৌ কাল্লোখোম্বা মাঙ-লববু অমরক লিংহোঁএ।"চৈঃ কুম্বাঃ

**কাহাপনবা,** ইচাই চাইনা হাপ্পা

**কাহনবা,** ইচাই চাইথোকপা, ইচাই চাইনা হনবা, চেকশিন্না হন্দবা, হনবা

**কায়েং নোংফাইবা,** অহিং লেকপা

কায়েং লোংকাইরবা, কাইহনা লৈরবা
কায়েংনবা, ইকা কানা য়েংপা
ফি খবা, ফি শেত্তবা
ফিগাও, ফি খাউ, ফিনা শেম্বা খাউ
ফিগাও শানা য়াবা, থৌগল্লোন্দা মথক থোংবা মীনা পোচ্চে পীবদা খুৎনা হকথেংননা লৌবগী মতম্তা ইল্লিবা নত্রগা হকচাংদা পকলিবা ফি অতুগী মচি অমনা য়াত্নুনা লৌবা
ফিগে, শেংননবা অকবা ফি—নিপাগী ফৈজোম নুপীগী ফনেক
ফিগে ফনেক, মুগানা শাবা ফনেক ফজবা
ফিগে লমশং য়াববা, ফিগে অশংবা মানবা
ফিগোই, ফিনা ইকোয় কোয়শিনবা
ফিগোই লেমবা, ফি ককপা
ফিগোয়ুং, ফি মহুং
ফিঙাঙ, ফি অঙাঙবা
ফিচুম, ফিজুম,—"ঈরম তরেৎমকী ইবায়বা পোৎয়াওদি কোনয়াই পু তরেৎ চক্ তরেৎ ফিচুম তরেৎ লফোয় লকাং তরেৎ কা তরেৎ মনা তরেৎ হৈ মনম নাইবা তরেৎ অথুম অহাউ"—থৌঃমশিন
ফিজুং খাওবা, কায়ননা ফি খাওন ওয়গা তুংদা কিশি কিবা
ফিজুং থৌরি, নাহোং
ফিনৌ, ফি অহনবা,— "চৈরৈ ফিনৌ শেংলিঙৈ য়াথং মুংওন য়াত্নবু পাওমেয়দে"--কুমদমশৈ
ফিবাইরোই, ফি পায়বা মী, ফি থোমজিনবা মী
ফিবাল লোই, ফিনা লোইপোং কাবা
ফিবুল, ফি মতুম তাশিনগা থৌরী তাবগুম তাশিনবা
ফৈবুল লৈনা থাবা, ফিনা লৈপাক্তা ফিদা থাবা, "ফিবুল লৈনা থাগে হায়না থোকলকপবু কৈনা চিকথ্রুনা শিরে" -শীংলাং:
ফিবুল হাবী, লায়বা মশায়া অমা
ফিবোঙ, মতু চোম্বা অথাবা ফি জাৎ অমা
ফিবোঙ চাবিবা, ফিবোঙগী ফিদা অচৌবা
ফিবোঙ চাবিরোই, ফিবোঙ্গী ফিদানা লোইপোং হাবা লোই লম
ফিমু, ফি অমুবা,—"ফিমু লৈরমশি হৈরাঙ খুত্তা শুনা খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম কৌওইবীবু খামলুও হায়না থৌশীখিএ"—কৌঃবাঃ
ফিমু লানফি, (মমাঙৈদা খোইয়ামদনা শাবা) ফি জাৎ অমা,—"খোইয়াম নওদি ফিমু লানফি শাউ"—লোঃশিনয়েন
ফিমুয়েক পানয়েংফি, (মমাঙৈদা তাইবংজমদনা শাবা) ফি জাৎ অমা, "তাইবংজম নওদি ফিমুয়েক পানয়েংফি শাউ" – লোঃশিনয়েন
ফিরাক, ফিগী মরাক, মরাক তাইবা ফি,—"বাংত্রেনগী ঈরাং পোৎয়াওদি ফমফি অমা ফিরাক অনী থাকন অমা"—চীংলাং:
ফিরিঙ্গী, সাহেব
ফিরেন, (মমাঙৈদা চকপ্রমনা শানরবা) ফি জাৎ অমা, মখক নাইবা ফি অকণ্ঠা, কুমৈ ফিয়েং অমদি তরামচা তিনবদা শেংনবা ফি,—"চকপ্রম নওদি ফিরেন শাউ"—লোঃশিনয়েন
ফিশা শুনা হাংদিং কাওবা, ফি শাবা
ফিশাহনবা, ফি শাবা হঙবা, ফি শাবা লোয়শঙগী মকোক,—"লাইরেন নাউকংবনা মদাইরেম অকো ফিশাহনববু পাউ কৌবম্বুনা চায়রে"—
ফিশেৎ, ফিজেৎ, পোষাক, ফিজোন;— "য়োয়বু য়োইহৈগী ফিশেৎতি তোম্ফাংনে, আরাম নুপীগী ফিশেৎতি খানিক খানাকনে, লৈশাবীগী ফিশেৎতি থোয়তোমনে, মাইবীগী ফিশেত্তি পুঙোনে, লুপ্রাবীগী ফিশেত্তি শঙচুনে"—মশিন
ফিয়াং লমঙম তেনগুবা, ফি হাইবমুক থ্ুবা
ফীরাক, দুঃখম
ফীরান, ঝড়ি
ফীরান য়ুমফম, য়ুমফম কায়াৎ মাপলগী মহুংদা নোংপোক থংবা কায়াৎ, কাক (লাওজা) য়ুমফমগী মগা মৈথু য়ুমফমগী অবাং শঙায় য়ুমফমগী নোংপোক
ফীরোয়, ফিজেৎ, ফিজোন, পোষাক,— "শীংশং শীংথাবগী পোৎয়াওদি লাইরিংথৌগী ফীরোয় অওবা, লাইরেম্মগী ফীরোয় অওবা থাকন ফমফি ××× " থৌঃ মশিন; কনাগুম্বা মী অমা শিরগা মানা শিখিবা চহী অমা কাবদা মাগী দমক তৌবা মথৌ মতম,সম্বৎসর শ্রাদ্ধ

**কীরোয় অশুবা,** নিপা ওইববস্তু নূপী ওইরবস্তু মী অমনা শেংপা হৌনবা কীজোন মকু অমা,—লাইয়িংথোগী কীরোয় অশুবা—কৈজোম অমা খাঙচেং অমা, কোয়েং অমা, লাইরেম্মগী কীরোয় অশুবা—ফনেক অমা ইন্নফি অমা

**কুপাম,** মপূক কংখৎপা অনাবা মখল অমা

**কুংগা,** য়ুমগী কাবনগী মনিংদা মৈ হৌকম,—"কুংবান নয়ুমনাক্তা কুংগা মৈনিং কমনা যাংগোইহৈরিবী হত্বুমাইল্লে কারবী অদুব শবেন মমল ওইনা পীবিয়ু"—খুঃকলৈঃ, শাগে—"ইতাইরেম পৌরু উ পুজার প্রেমানন্দ নংদি কামার নোংমৈ মকনা কৈবা নত্তানপকপু কাপথেকলবনু তনবা নমায় লৈদবা নঙগী শাগে কুংগা মখৈবু লাইমমাই ওইববু পানা থোকনা লাইকম লাকপবু ধংসশিবো" -ঔঃ ওঃ, নাই কুংগা,—মীনাই মতৈ মনাউ

**কুংগা নাই,** মনাই, মীনাই মতৈ মনাউ,—"কুংগা নাইনা পানাদা কম নাইহৈদে"— কমনোন

**কুংগা নাই শঙলাকপা,** কম অমা, "২১ নিশগোলসেন্দা মনাউ ইবুংঙো গোপাল সনাবু কুংগা নাই শঙলাকপা হাপএ"—চৈঃকুম্বা

**কুংগারেন জগোই,** নিপা অমগা নূপী অমগা শামিন্নবা জগোই,—মসি লাই হবাউবগী লোইবা লাইবোই গুমিত্তা শাগেগী লাই ওংবগা পিবাগা পিবাগী মতুগা অনীনা পুন্না শামিন্নে, লৈকাই নত্রগা খুনগী লাই ওইরগা লংই শেলুংবা নত্রগা লাই পান্নবা মতৈ মনাউনা শাই, জগোই শাগদোবিবা মতৈ মনাউ অদুবু মাইবা মাইবী পেনা থোংবনচিংবা মী মযামনা খুবাক খুত্তুনা "মরেন্বী পোবকলো নহুম পোন্দেন শাবিগে লাই খুবাক খুবিগে'—হায়না শক্তুনা কোথোবকলগা শাংল্লি।

**কুংগা লাইক্রু,** য়ুমগী কাযাং অমা কুংগাগী মনিং থংবদা লৈবা মক্কম অমা,—"খোইমোম লাইবেম্মনা কেগে থোইদিংজম নিঙোংবিও য়োইময়াই লাইবেন তাউদনবদি মত্তাং লেপলে, নঙগী কুংগা ন ইরুবেন্দা তাংথবমগে"-- কৌঃরাঃ

**কুচা রংহোল্লবা.** তাকপোকলুবা, হায়দোকলুবা, খঙহনবা,—"শানৌপা মঙ্গং লিত্তিন্নবা য়াওহুনা কুচা রংহোল্লগনে হায়না থোপামকে"--ধঃ লাঃ নীংঃ

**কুজিনবা,** চোংশনবা

**কুনিনশিং,** হৈশিংবী

**কুনিল,** চাক থোংবা, চকু মনিন

**কুবাক তুবা,** উপ্রাকননা তুবা

**কুমগন তোবা,** তোথোকপা

**কু,** চকু,—'থোপাস্তোংনা কু শায়ে"—মশিন

**কুন্ত্রে,** উনচিংবা থেংনবা উশুবগী খুংলাই মথল অমা, কুন্ত্রে থেংপনচিংবগী থবক তোবা লোয়শঙ অমগী মিং,—"মৈতৈ কুন্ত্রেগী শিন্নাদি — লাইগী নিংথৌগী, হীদাককু মংপোঙ মঙক তোংজৈ খুদোং মথোঙ, তোংচৈ তুব্যা অসি খৈবিক মৈতৈ কুন্ত্রেদা থাগনি, চিংবদি পাচা, শামুশঙ, শগোলশঙ, দোলাইবোই শঙ মরিমকনা চিংগনি"—শঙঃমশিন

**কুম,** হীংশদা তাউহুনা চোব মথক্তা নেংপদা থাঙবা নাপী শীংবী ময়ামগী মপৈ

**কুমদি নাতৈ কাঙবা,** কুম চিংথোকপা

**কুম্বী,** কুম, কুমশাউ,—"লোক্তাক উথুম খোয়োচা কুম্বী শোয়রেন য়াঙবীদা চেকলানা তুম তুম য়াকেনৈ।"—য়াকৈবা

**কুজু,** অশোনবা অকনবা থবক শুবা ঙমদবা পোঙজেকপনচিংবনা কাবা থুম্মোকতায়রুক শাবা পয়া শিবনচিংবা তোবা লোয়শঙ—কংলা শঙবা

**কুরবা,** য়িরবা, শিরবা (খুমন্না হায়নবা)

**কুরা,** লাইযুম, চেকনা শাবা অপিকপা দোলান, —"খোইমোম নোংলোন অপাইবা লাইবু কুরা লাইযুম শা শীংলেন লৈয়াম হুন্না খোইমোম লাইনীং য়াগী"-ধঃলাঃনীংঃ,নোংশাবগী থবক তোবা মাইবী

**কুরা লাইযুম,** লাইশঙ, মন্দির,—"খোইযুম লাই কংলাতা কুরা লাইযুম শা শঙকাই মথোন মত্তা শানা"—নোংলাইঃ

**কুরিৎ,** পুন্নং, অঙ্গং অশাদগী কয়নবা হকচাং (তকী মখা মথৈ) কুপ্পবা তুশিনবা ফি

**কুরিৎ শাবা,** কুরিৎ তুবা, কুরিৎ তুবগী থবক তোবা লোয়শঙ অমা,—'মৈতৈ কুরিৎ শাবগী শিন্নাদি য়েত্তুমনা তুবা তাইবা খোঙউপ খুমিংখুবা তুবা, নিংথৌফি পুম লাকপা, কুরিৎ শানাইবা, থৌজোন কুরিৎ তুবা, লৈনা গুন্না, মৈতৈ কুরিৎ শাবদা থাগান। কবো কুরিৎ শাবগী শিন্নাদি

কাওথন তূবা, চান্দুবা তূবা, লৈনা য়াৎপা, য়ানবা, চোঙ তূবা, থাগি থুদোন খোঙউপ তূবা ফূরিং তূবা অসি থৈবিক কবো ফূরিং তূবদা থাগনি"—শঙঃমণিন।

**ফূরূপ,** কাঙলুপ, শাগে

**ফুরেন,** চক্ অচৌবা, ঙাংথা,— "ফূরেন চাংচৌ ওইরপী"—পাঃখোঃ

**ফুরেপ ঙাংগোইথমা,** চক্ পিক থমা, "কৌজেং হারৌ পূরনকপু ফূরেপ ঙাজোই থমা শিঙমলে"—শমঃঙঃ

**ফুরেপ লৈমা,** লাইরেম্মা অমগী মিং

**ফুরেপ লৈমা লুচাউবী নাকথা লৈমা পাউরানবী,** লাইরেম্মা অমগী মিং,-"চাথা খোংজোনহুবী মালেম ভম্পাক লৈমা হারি নিংনাং পোকপী কৌজেং হারৌ পোকপী হূপলা হারা পোকপী"—নূংঃঅচৌঃ

**ফহিং,** চক্ অহিংবা, মৈ ইকরিবা চক্—"ফূহিংনা থয়োম অমা লাকও"— চীংঃলাইঃ

**ফূহিং লাকপা,** চক্ অহিংবদা পোচ্চে হাপ্তুনা ঈশদা কূমলগা ঈরুপ্তুনা লাইদা কংপা

**ফূহৌবা,** অচৌবা থৌদোক কীর্ত্তনচিংবা কর্ম্ম তৌবদা খোকদৌরিবা থৌদোক অতুগী নোংমা বাংলিঙৈগী মুংদাংদা ইমুং মহুং অমসুং থবক নোম্নিবা অরাকপা মীশিংনা চাননবা হায়তুনা থোংবা উৎসব

**ফূরবা,** পোকপা, নাউনৌবা, মচা পোকপা,—"নয়োন মৈত্রেমা নোংবারোন নোংমোইনু অহোঙবী সনা লিনগোইগী লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবগা মশানৌ রোইহৈত্তোন তাউথংমাংগা শাংমিন্নয়ে, মমোম লৈমা লাইরোকলেম্বীসু ফূয়মিন্নয়ে হায়দবরা?"—তুঙেং

**ফেনথিবা,** হনথিবা, লংথিবা

**ফেঙ্কি,** মোইরাং লাইচি,—"মায়কৈদ ফেঙ্কিনে লাইদি মোংচুপ অরিবনে"—থিরেনঃ মৈঃলীঃ

**ফেঙ্কি নোংছম লম,** থা নোংচুপ পংবা মায়কৈ, মোইরাং লাইজি,—"হাওরে নোংচুপ পাংবা ফেঙ্কি নোংছম লম, মালং মথোঙচিন থমকোন মরাকচিনবু তাননা থনবা"—পাঃনাহেঃ

**ফেনজিনবা,** হজিনবা, হনবা, লংবা,—"তূবী লাংগোই মথূনেং লাথোং শেলহোংবগী লাংগোই শায়াঙথক্তা তূবী তিনেন মথুংশূবু থূবাক তিম্নাই মেন তিমেন হংসোন লৈনা ফেনজিনথিববু লাংগোই নাপোম অহোম্বদা তিমেন তাকোম থুমনা তাথবা বায়রা পাঙ্গমথৌবা নোংপোক সনা কোনগায়মদা লাংগোই শায়াম কানা পুংবু তানফংবা নিংথৌরেন খোংনাং ময়াম্বগী বায়বা খোঙহোখোম্নি অহুমুঙ মদোমদে"—নিংঃলম্বু

**ফেনজিল্লকপা,** ফি শাবগী লং ফেল্লকপা

**ফেনজিল্লকপা,** হজিলকপা, লংশিল্লকপা

**ফেন্থবা,** হম্বা, লংথবা, থাদবা,— "লাই সনা হেলোম্ভরেৎমা লেমলৈ ঙাত্তাবীশিংও পীথাংশীনবী পলেম লাইসনা মৈত্তে লৈমা ও তাংজা লিনশক ওইবা অমনচিংনা খোইমোম লাইরূপ তরেৎতংবু তৌরেন ইথূংশূনা ঙম্বলবগা মুংচেং নথোয়গী ঙাতাকমদা ফেম্থংমলবনে"—পাথংঃলাইঃ

**ফেন্থরকপা,** তারকপা

**ফেন্দিন,** উ শূবগী খূংলাই মথল অমা,—"হাঙমৈ ফানফক লৌ, ফেন্দিন নাকলৌ থিন, হিংঙোন নাকলৌ শিন, জমেন চিদাই পোম"—হিংঃহিঃ

**ফেন্দিন উরুংবা,** লোয়শঙ অমগী মিং,—"ফেন্দিন উরুংবগী শিম্বাদি উ নানবগী মথৈ, খামেন চপ্পা অনীমক্কী লৈরক নানবা অসি ফেন্দিন উরুংবদা থাগান"—শঙঃমশিনঃ

**ফেন্দি শোঙ্গা,** হন্দুনা শায়বা

**ফেনবা,** হনবা, লংবা. পৈতক তৌবা,-"লৈমুং খোঙকাং অত্তোনবসুঙ উনবী মথোয় শাউনা চুংলোং মনমথাং তিমেন মথুংশূ সুঙ মালেম লৈদা ফেন্দোকলে"—পোঃলুঃ

**কৈ,** কৈগন, মথক্তা চক্ থিগ্রবা চক্নানা শাবা অকোয়বা পোং

**ফৈজা পোপতেক লৈবা,** ফিনা ফৈজা শাবা, "কোরৌ হুমিৎমাদি তায়োয় মরুম্বীনা ফৈজা পোপতেক লৈ পুন্নাং লুরোইথোং লাইজা ইপান্নাং ইমু মথোন শং লৈরাই হুইশোন কারকপদা"—হুঃকাঃ

**ফৈদা,** নপুংসক, লোয়শঙ অমগী মিং অমসুং লোয়শঙ অতুদা কাবা মী;—অহিংদা নিংথেমনা মনাউ

ইবেম্মশিংগা লৈরবদা কৈন্দা নম্ভনা মী অতৈ চঙনদে কৈন্দাদি শঙপনাবা পুন্নমকনা ইন্নাম্মা কোওএ। কৈন্দাদি মীন্নাম কৌবা চত্তে, মরম্নাই লৈরবদা কৌগনি, চৎকনি, নিংথেমচা অঙম্বদা কৈন্দানা চঙকদে কম্মাং চঙবদা মহারাজ (লাইন্নিংখৌ) অথোবা ও ন্নোইমনাই ননাইশিং সনা থৌগল হৌনবা ন্নারী লীবা ঙৈশৈ শকপা পেনা খোংবা সনা থৌগল অয়াম্বা চঙলকলে হায়না হংগৎলম্মে। কম্মাং চঙবদা কৈন্দানা পাউ তাকএ। ইন্নাম্মা নিংথৌ শেনবা নোংখিন মিংতি ইমিংনে অহিং মিংতি নমিংনে উচেক ন্নান্না খোঙেন হৈও, নমিং নাকোং শিংও হায়না পাউতাকএ। কৈন্দানা অহিং কোম্মুং চঙবদা লীচৈ মত্তোন্না লৈপাক্তা খোরো খোরো লাউনা চংশিলীচৈ মতোন খোরো খোরো লাউবা মখোন তাবদা কৈন্দা চংলি হায়না খঙহনগনি"—মশিন

**কৈন্দা নাইজা খোঙখৈ,** কৈন্দা লোরশঙ

**কৈন্দা হঙবা,** কম অমা, কৈন্দা লোয়শঙগী মকোক ওইবা কম,—"হঙবা কমদগী কৈন্দা হঙবনা হল্লে"—কমলোন ;—"নিংথৌনা কম্বাল কাংদা হঙবনা চপথাঙ থনগনি কৈন্দা হঙবদি ফিবোং কাশেন মাঙদা পুএ"—মশিন

**কৈন্দা হিদং,** কম অমা,—'নিংথৌনা কম্বাল কাবদা হিংদংনা ইনচং থানগনি"—মশিন

**কৈন্দরম,** কোনা থেকপা

**কৈন্দা ওনবা,** কৈন্দোকপা

**কৈন্দা তুপ্পা,** তুবৎনা লাকপা,—"ঙাংঙোই ন্নোন্ন মোংবা তুত্তেংকোন তুরেন মোংবা ঈবু কৈনা তুপ্-লকপদা"—পোঃখুঃ

**কৈনা থেংনা লাইজা শাবা,** খোংগ্রা শাবা

**কৈন্দা লামনা,** লামহুনা

**কৈবাক,** কৈ

**কৈবাক তামুল্লং,** কৈবাক্তা তাবা লং,—"থোনাং মাম্বোগ্নিং। কৈবাক তামুল্লং মোমহু শুনা থাংতিন লংগুম শুজিন্নবা পুক্লমজরক্তে "ধঃলা.নীং

**কৈ মান্ন তাল ন্নাংপা,** কৈ নাম্বা ন্নাংপা

**কৈরা,** কৈগল, কৈ, তম্পাক,—"মথংলেন নোংন্নান্ন চাখা মোইরেম্মদি কৈরা তান্না চাউ শমু লেংগন্নৈএ" —চান্নঃ

**কৈরা তাজিম থক,** তম্পাক মথক,—"ইম্না লৈমরেন শিদবী কৈরা তাজিনথক্তুদা ন্নাইথং সে লে পাঃলাংন্নেনশৈ

**কৈরা তান্না,** তম্পাক্তা

**কৈরা তান্না থোংনা,** মতম্বাক্তা থাংগন্তুনা,—"ঙকথী লুমলাং কোন্না থঙাই লেংলোই চুপ কৈরা তান্না থোংনা মীকপথিন্নে"—উঃ(ন্নাঃ)

**কৈরা মতাম,** মতম্বাক, নকৈগন

**কৈরা মতাম পাংমা,** মকৈগন নাম্বা

**কৈরোই ফি,** (মমাঙৈঙদা অবুজমবনা শারবা) ফি জাং অমা,—"অবুজম নঙদি কৈরোই ফি শাউ" লোঃশিনন্নেম

**কৈরোন্ন,** শম্বল,—"শাবা হিংগোন কৈরোন্নহুংদা চংবী লাকোন চঙনা ন্নাতাগে"—পাঃখোঃ

**কোইথবা** লেমহৌবা

**কোইথুবা,** লেমহৌবা

**কোইবা,** খরা খরা লোথোকপা

**কোইরো ফদা,** ফাতুনা থম্বা ঙমদবা

**কোই হৌবা,** খন্না লোথোকহৌবা

**কোল্লাং,** খোং অমূবা,—"কোল্লাং কৌবদি খোং অমূববু কৌএ"—খুঃখিঃলান্নাং

**কোন্নদিং,** চরোং

**কৌ,** লোইমোম

**কৌওইবী,** কৌগী লাইরেম্মা,—"লোইমোম কৌ ওইবী কোনমিংনবী কোল্লাংহুবু তাংজা শম ককনা খামলোবা ঝুবা অঙনববু লাকপরা হান্নবা কোংনা কোংনা ন্নেংলমএ, শিথোংও কৌনৈএ"— কোঃন্নাঃ

**কৌগাক,** অঙনকৌ মথম অমা,—"নঙনা চাকপু হান্নরগা কৌগাক চজিক নমথিবা চাকপু শানা পীজগে"—কৌগু ঙৈশৈ

**কৌঙম্বা,** কৌবঙম্বা

**কৌগৌবা,** লৌবুক্তা কৌ হুখিননচিংবা তৌখিবদা দোম কোকনবা মাং থুনম্বা, কৌওইবী লাইন্নেম্মা থুনম্বা,—"লাইনেম কৌগী ন্নেনমুবা মচেঙ কাইন্নৈ মন্নেঙ।"—ন্নাকৈঃ

**কৌগৌরোন** কৌগৌবগী মরম ইবা

**কৌ চাহৈদা লাকপা,** কৌ পান্নবা মতমদা ঈশিং

থুবা,—'ফৌ চাহৈদা লাকএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**ফৌজ,** মপৈ, শংগু, ময়াম

**ফৌদাং,** লাই তীন্দা কৎনবা ফৌ থুম্মোক অচোন-বা,—"ফৌদাং অমা থুম কাগুপ শেন কাগুপ"—চীংঃলাইঃ

**ফৌদাং শগুবায়,** শগুবায় অমা চোয়া হায়া লাইদা কৎনবা ফৌ

**ফৌনাদা পীবা,** ফৌ পান্দোং য়াওনা মহৈগ্নু লোকখিনবা লৌ পীবা,—"ফৌনাদা লৌ পরি অমা পীএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**ফৌ পৈরম,** ফৌ পৈকম

**ফৌমায়,** ফৌ মমায়

**ফৌমায় চোনবা,** ফৌ অচোনবা

**ফৌরা,** ফৌ ফৌনবা লা, ফৌ ফৌনবা কোইরপ কোয়বা য়াংকোক্তগী থরা হেন্না চাউবা পয়ানা শাবা পোৎ,—"পাখংবনা ফৌরা মপান কোয়না চৎপবু থাবনা উচুনা খুইদা তাকলে"—খাওচৎ

**ফৌরা তাংথৎ লাইদবা,** ওাওবদা পনবা

**ফৌরা মচেং,** ফৌ ফৌনবা লা

**ফৌরিকম,** ফৌ থমকম, ফৌ লীকম

**ফৌরুংবা,** কম অমা, ফৌ পায়বা মী,—"মোইরাং পণ্ডিতনে, খাগুবা পণ্ডিতনে, লাংগোওাবা ফৌরুংবা ওইরম্বনে ময়ে'বম ফম্মীরায়মা ওইরম্বনে মহিমানা সনা পুয়া কংলেবোন ইবদা পুখাংকম লাল্লে"—চৈঃকুম্বাঃ

**ফৌরৈমা,** লোইমোম ফৌওইবী, ফৌগী লাইরেম্মা

**ফৌরৈমা ফৌ নিংথৌ,** ফৌরেন

**ফৌরা,** লোইমোম ফৌওইবী,—"অয়ুক লৌকুম অমা তৈনা মপারি নাউথাকনা মমোম নাউংমনা শীকলা উনগোইমুংদা মমুং য়াতারিবী ফৌবা-ও"—ফৌঃবাঃ

**ফৌরাম,** ফৌ অহাম্বা

**ফৌগং হোনবা,** ফৌ খুদাপ খোম্বা

# ব

**বজ্রবাহন,** হস্তিনাপুরগী পাণ্ডু নিংথৌগী মচা নিপা অর্জ্জুনা ময়াম্বুং যুধিষ্ঠির মহারাজগা মনাউ ইবেম্মা দ্রৌপদীগা লৈমিন্নরিঙৈদা ব্রাহ্মণ অমগী অৱাবা অমা কন্ননবা মথোয় এচীনমনাউ মণ্ডাগী মরক্তা চৎনগদবা নিয়ম কায়না থৃংলাই লৌথোকপা চণ্ডলুবদগী হায়নখিবা বায়েপ ওাকনবা চহী তরানীথোই বন চৎখ। খোঙচৎ অসিদা মহাকনা মণিপুর নিংথৌ চিত্রবাহনগী পুত্রিকাপুত্র ওইনা লৈরিবা মজাইবেম্মা চিত্রাঙ্গদা লৌহুনা বজ্রবাহন পোকখি। আর্জ্জুনগা ওাওনখিবা মতু' ইন্না চিত্রবাহন নিংথৌনা নোঙ্গারবদা মশুনিপা বজ্রবাহন্না মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি। মহাকনা নিংথৌ ওইরবদা হস্তিনাপুরগী নিংথৌরেন ময়াম্বুং যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী অর্জ্জুনা শগোল ওাকপা লাকপদা বাওাও থবদগী মপা মচা লান শোকনদুনা বজ্রবাহন্না মপাবুং অর্জ্জুণবু লানফমদা মায়থাবা পীখি।

**বাগী থুংবা,** পীরাই মথক্তা চনিং মনাক্তা পোক্বা লায়না

**বিজয়া গারোং,** লোয়শঙ অমগী মিং, তেজোল পুবা কমনাইবগী লোয়শঙ—"শক ১৭৭২ শজিবু ২৭ নি ইমনকৈশদা নিংথেম য়াওনা চীদোম্বা বিজয়া গারোংকী সরদার জোংমৈ পান্দমহল্লে"—চৈঃকুম্বাঃ

**বুদ্ধিরাজ,** ককচিং নিংথৌ; —"নওদি নিংথৌবু লাইনে হায়না খঙবা ওইরে, নওগী খুন্দা নিংথৌ ওইয়ো, বুদ্ধি কৈএ বুদ্ধিরাজ কৌনা নিংথৌ ওই-য়ো"—মিয়াদ

# ভ

**ভুম,** লৈডোইনা ভূম্বক তুমনা মতুম ভাশিন্না শেম্বা পোংশক

**ভুম কাওনবা,** ভুরেল লৈবাইনচিংবা অঙবা মকম-দা মথাদা ভূম অমা থমলগা লৈরাই মথক্তগী অতোপ্পা ভূম অমা নাম্বহন্দুনা মথাদা লৈরিবা ভূম অতুবু থেংগাইহন্দুনা থুগাইনবা শান্নবা, মথা থং-লিবা ভূম অদু থেংগাইবা অদুদা কায়হনবদি মথক্তগী নাম্বহন্নকলিবা ভূম অদুনা মথা থংনা থমলগা হান্না মথা থংলম্বা ভূম অদুনা অমুক মথক্তগী ওহন্না কুনা থেংগাইহন্দুনা কায়হনবা হোৎনবা মশান্না অমা

**ভুম তাম্বা,** লৈডোইনা তাবা কাঙক্রম্বুক চাউনা ভূম্বক তুমনা শেম্বা

# ম

**মইলখং,** ইল, মাগী ইল

**মইনকি,** মানা ইন্নবা ফি, মন্নিনফি,—"লৈরাই চাংদোনথক্তা মোমহু মাগী চরৈ মইনকি (মন্নিনফি) মালৌ অপাবা অদুবু উরবগী পন্থৌ মপা মচা অহমদি লৈবাই চাংদোনথক্তা ভিহোক য়াংদৌ চোংবগুম"—ধংলাঃনীংঃ

**মইন্নম্বা,** খুংলাইনা থিনবা

**মকাইকম,** লৈকম, মাগী লৈকম,—"চীংঙু য়াইবী মকাইকম খোইমোম সনা মথোঙথাগী চেম্বা কৌ" মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**মকানক,** মহাক্কী কানক

**মকাপ,** মাগী কাপ, তন্নকনিঙবা হুমিং

**মকা কোংবা,** ভাকথোকপা

**মকি,** নং

**মকিং,** মত্

**মকিং নাইবা,** মপূক মাংবা, মপূক শেংদবা, লোথুপ লোকোয় ভোবা, মরিল চুমদবা, কন্নবা, —'নমূ মীতমথি পূকনীং মকিং নাইবশিংনা পলেম ইমা ভাছু লৈম' নিংথাবীবু নূপী মুংশি থঙদনা শমূ থূংঙমথিনা হাথরবগী পলেম্ শী·লেন শেংনরে" —ধ:লা:নীং:, মণিপুর লৈবাক ভাকমিন্নবদা লৌশিং কনানবু পূকনীং মাকং নাইহন্দে"—লাং:শ:থাবা

**মকুবী চীং,** লোইজিং, মণিপুরগী নো·চুপ পাংবদা লৈবা চীং অমা,—"লোইজিং অচুগী মমিংদি মকুবা চীং কৌএ"—চী·:লাই:

**মকে হাথবা,**—পথ পুমথবা, পথবা,

**মকোই পাউমিংশিংবা**—বুদ্ধি লৌশং চঙথোনবা, লৌশিং শিংবা, অশিংবা, পণ্ডিত,—"থা·য়ি পাং-খাঙচাম্পা মকোই পাউনিংশি·বা পায়মা লিন্দা· শা·বনা —লু: খো:

**মকোই পুকথোঙ হাঙবা,**—জ্ঞান মতিক চানা লৈতা, রাগন লনবা,—"নাউবা ইখোয়বু পায়মা লৌশিং তাযনা উনবী লৈথল লনবা মকোই পূকথোঙ হাঙবা মশেন্নে"—লা:: শা: থা:

**মকোই য়াবা পুকনীংশিং,**— লৌশিং,—"মৈতেং-ঙুগী চীংগোঙ থোক্তাইবেম নো·ঙান কাইনাবাক পায়মা লিন্দাংশাং মকোই য়াবা পূকনীংশিংবু লোমা ভৈবনা"—ধ: লা: নীং:

**মকোক পাংমা**—মকোক নাম্মা,"ভুবী মকোক পাং-মনা ককচিং চোংচীং লাম্না চাক্তাবা" চা: লাই:

**মকোং মচু;** মৈরি মচু, "ল·শঙবম ইরোম্পম নঙদি ভন্না উরৈরোম মকোং মৈরি মানববু শঙঙ"—লো: শিনয়েন

**মকোন্নোয়,** মনুম, মাগী মকোন, মাগী মুম,— "য়োয়বু ছুর্থনা লৈমরেনস্থঙ শন্দাই মকোন্নোয়দা লৈজহনথিসনো"—বীবসিংহ

**মকোয়,** অকোয়বা মওঙ

**মকোয়ফাবা,** মপুং ফাবা

**মক্রি,** লংছুম

**মখলমা,** করিগুম্বা মকম অমা,—"শোন্নোয় মদাইমা লংমাই মখলমদা চায়না খোঙফেন্না মরোং চু·ক্‌না ভিখেল তা চাগনবদি"—চায়:

**মখানীংলৈত্তাবা** (**নীকলৈত্তাবা**, লুম, ফুকম,— 'মখা নীকলৈত্তাবদি লুবমবে"—থম্মোই য়াম্মোই

**মখুরোন,** মঙোশা, খুগাচুরেল

**মখুৎফাং,** মথূংকী মচা, খূংচা,—"য়োমবু লাইচম লৈমা পেকমৈথানবী শমূ চা·জো মথূংফাং তরামনা ওইখি·চ উপন চৈয়োং মভা ফাংবনা"— কৌ:বা:

**মখুনেৎ,** মানা তোংনবা (হি, শগোল, শামূ), মাগী থূনেং, মাগী তোংফম,

**মখূৎথা,** মানা থাবা পোং, মাগী থূংফম, মানা তোরবা থবক

**মখুৎফা,** মাগী ওইনা লৈনয়বা মী

**মখূৎশি,** মাগী খুজি,

**মখুৎশু,** মাগী থূংলাই, মহাকী থূংশূ থূংলাই,— "বভ্রুবাহন নিংথৌ মখোকলকপগী রায়না মথূংশূনা শমূ মচকশা·বু য়োইন্দনা অভিযা লমখাঙমদা তেনবী মতূপ মতূপ খোকনা মালেম লৈদা তাহল্লে"—লা: শা: থা:

**মখেলাংবা,** হয়াউ তয়াম্বা, লাঙবা

**মথৈ,** অরোইবী, অয়োবী

**মখোক,** মচৈ

**মখোকলাং,** মখোক

**মখোক লোয়বা,** কেনগদোয়বা

**মখোঙথা,** মহাকী খূযা,—"লাইরেন সনা মখোঙ-থাদা রাহমপিয়ে"— শঙবা

**মখোয় নেৎপা,** মমায়দা ফম্বা,মমায় লেপ্পা

**মখোয় শাউবা,** খোবদো ফূকনা শাউবা, য়ামনা শাউবা

**মঙ,** খোমলেন মঙলান চান

**মং** অশিবা পোংলোইফম

**মংকৎ,** কাগোক হানবা

**মংগাইরোয়,** মনাই মশন, লোয়িন থময়িন, মরূপ মপিজা

**মঙতাবা,** মঙদাবা

**মংতু,** লাইরিক,—"লাইবার পূজাবাহোনবগা মংতু লাইরিক থূদোন পুনা মযোম ভক্ষা বাংঙমলোনবু— ময়ান লুবোং খোংদোংবিয়কও হায়না পাওমেন্নবগী" —শঙ:ম:

**মংখোঙ হাংবা,** মোংফম ছোঁখোকপা,— "মালেম লৈথিন তোকনা মংখোঙ হাংলে"—হেক্ক

**মংনাউত্তা,** কংলাদা লৈবা মকম অমা, মাতুদা নিংথেম নত্তনা নিংথৌগী ইমুং মনুংগী মী শিবগা পোৎলোইকম—"থৌবানী অহন ৱাহেংবম চনু অপাম্বীসু শিএ, মংনাউত্তাদা পোৎলোইএ"—চৈ:কুম্বা:

**মণ্ডতম্বা,** মণ্ড চণ্ডুরগা খেমলেন মণ্ডলানচান্দা লাইনা তাকপা মরোন অতু পুৱা—"নিংথৌ পোংবা তরামক্তা থোমলেন মণ্ডপাউ তমলবগী"—মু:কা:

**মণ্ডন,** মতিক, মণ্ডন,—"তুবী মতিকপানা লাইবেন ?৬০ শবনা'—নিংথৌধি শাবা

**মণ্ডন তরঙ ৱাংবা,** য়ামনা ৱাংবা, নোংদোন খেৎনা ৱাংবা,—"শেল্লোয় চীংয়াচাউ মণ্ডন তরঙ ৱাংবা চীং"

—নোং:চীংজোই:

**মণ্ড পোচ্চাদং** মণ্ড তম্বদা চণ্ডবা পোৎলম,—"চকপা লমলাং মাইবীনা মণ্ডপোচ্চাদং লুদা থোংনা সন থোমদোম অতোনবা নঙবু নপোইবৈ চিন্দুম চিন নয়াংগম মংচম মংলে তুংগী নকোয়ুংগী কারকও"

মু:কা:

**মণ্ডম,** মশিন, মথৌ, যজ্ঞ, "লঙজববু কোয়বা অশ্বমেধ যজ্ঞ মণ্ডম তৌসে"—উ: (ৱা:)

**মণ্ডমজম,** হোৎনবা, লাঙলা, মথৌবাঙ, মণ্ডমদম

**মণ্ডমথৌ,** মথৌ, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম, শোবাৎ,—"মপন পম্বৌ নিংথৌগীমক শ্রাদ্ধ কর্ম্ম মণ্ডমথৌ পিণ্ড দান য়াওনা উনবী মশীং থীওমদনা চোয়নৌ সনা রূপাবু শমু খুৎনা শোক দান মশীং গুনা য়েল্লে"

—বীরসিংহ

**মণ্ডমদম,** মহাকনা তৌবা থৌরাঙ মথৌরাঙ,—"মোমনু শংলৌ মথৌরাঙ", "মোমনু শংলৌ মথৌরাঙ য়েল্লাং মণ্ডমদম অথপ্পনা উনবী মচাক হোমনা থৌবাঙৱাগী"—নাং:ফং:কা:

**মণ্ডমশা,** যজ্ঞগী শা, যজ্ঞগী শগোল,—"চংবী লারাক শেৎনা লাংগোই মণ্ডমশাবু হন্না কোজোই থুরবগা"—উ:(ৱা:)

**মণ্ডমশানবা,** থবক পাঙবা, মথৌ পাঙবা

**মণ্ডরুক,** মরম

**মণ্ডলানচান,** মণ্ড মঙবা,—"থাংজীংনা অমুক থোমলেন মণ্ডলানচান্দা হায়রবে"—মোই:নিং:লম্বু:

**মংলেন,** কংলাদা লৈবা মৈতৈ নিংথৌগী পোৎলোইকম,—"মৈতেংঙু লৈরেন নোংলেন শেল্লে মনিকখোম্বা নোংগায়এ × × × × × × মংলেন্দা পোৎলোইএ"—চৈ:কু:

**মংশক,** লমন

**মংশক খুৎকুম্বা,** লমন শিংবা,—"উনবী কচক হৌ পুকনিং মৈচাক থোইনা পম্বৌ মংশক খুৎকুমগে চেংবুম মনাওতোনগুম লাংবন অওয়ুকক্তুবু ললশিংগে হায়না"—নিং:লম্বু:

**মংশক তানবা,** লমন খুম্বা,—"পারি ইবুংঙো নঙসু লৈরমথো, পম্বৌদি নমাগী মংশক তানুগে"

—মোই:নিং:লম্বু:

**মঙাই,** মহাকী ঙাই

**মঙাইরোই,** মহাকা লোয়নরকপা মী, মহাকা মঙাই ময়াম, মনাই মশন,—"থোইমোম মঙাইবোই চীংঙু মরোইনাই তক্কমক্তা তুবী য়োইনোংতাগা নোংখিল লাইওইববু মশানৌ হেলোই তরেৎমকপু লমওকনত্রিঙৈদা পনথৌ তোম্পোক পল্লেম্বী তোম্পোক হুইতাও তিংতৌ খাপা তৌশূবনা তুবি য়োইনোংতানচিংনা থোইমোম লাইরূপ তবেংমকপু চেংলৌ শক থঙলবগী"—পাখং: লাই:, "চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্দি থোইমোম মঙাইবোইশিংগা কোবৌ নোংলাংপান্দা তেথৎখিবে।" তুতেং:

**মঙাং গুরু,** হুমিং, মঙাং শাগৈদা পোকখিবা গুরু অমা

**মঙাং গুরু চাকরায়বা,** হুমিং থোবকপা,—"সনা চীংদোমপোক্তগী মশেক মঙাং লোয়ননা মঙাং গুরু চাকরায়রে, কোয়ৌ নোংদোল ঙাক্কলে।"—য়াকৈবা:

**মঙান চাউবা,** মতিক মঙান চাউবা

**মঙারুল,** মুংঙাইনদবা মী

**মঙৈথাং,** মকোকনা থাঙবা

**মঙৈ নীকপা,** মকোক তোয়না তোয়না মথন্দা হাইবা

**মচৎ,** মতৌ, লমচৎ, চৎপগী মওঙ

**মচৎলম,** চৎকম

**মচাক থাক,** চাকলেম, চাক অরেম্বা

**মচি,** ময়াথা, মবুং,—"লাইরেন ইপাবি সনা থোমমাহন মচি য়োইনাউহন অহনববু কল্মোই-

মিংত্তা কমহনসে হায়রবসু চেংলো মরম শোয়এ কল্লাংমৈবু ভোংকখোইএ”—নাউঃ কঃকাঃ

**মচি চিন্নাইবা,** বল্ল,—“কোয়ো তমথরাং বাংখন শিকারাং মচি চিন্নাইবা মিমচ্চ লাংনা চানা ঊক্ল কাংনা তেনবাইখোনগী অমন নোংগারে”-নাঃকঃকাঃ

**মচি চিয়েকল্লা মনাউ নাউয়েকল্লা,** মচিন মনাউ সুংভাইনববা,—‘ইপন নিংথৌ মিশ দৈমাবনা মচি চিয়েকল্লা মনাউ নাউয়েক বাগিয় শরাই থাম্বী] মৈথারবগী”—ধঃলঃনীঃ

**মচি লাংবা,** শেৎপা (খাওচেৎ শেৎপা, কোকশেৎ শেৎপা); —“য়োম্বু খাওচেৎ মচি লাং কিন্নিস খাওলেন খুত্তা পায়”—ঔঃতম্বা

**মচী হেনবা,** মায়থোং মকা লাম্বা মশক মচু থোক পা, মশক মত্তৌ কল্লবা,—লামু পোক্সেম হান তৌথোপ খল্লাংনা লাবা মচী হেন তনবা মরাই লাংনা ওন্দেয়কলে”—চায়ঃ

**মচী হেন মরাই লাংনা,** মায়থোং মকা লামনা, কল্লনা, চখোল্লা—“কোকলেন লুকম হেন কা য়াচু শায় চীনপান কাওমৈথু তুপী মচী হেন লাইরেল মরাই লাংবা হুমিংকুম মথোংচাউ থবাওম মঙান নাই, তুপী নিনতুম পিন লাইয়েন ভানতুম ভাল্লা কমন্দমলিভৈত।”—পাঃনোঃ

**মচুংশেন,** মথৌনা,—“ভুবী সনা মচুংশেন্দি অচুসুঙ মত্তোমদে।”—নিঃ লম্বঃ

**মচেঙ** য়েন, শাল্লা, পাংগন

**মচেঙ কাইরৈ,** য়েন, য়েনবা,—“মচেঙ কাইরৈ শোকচোয়ু চানা খোয়নৌ ইতা পোনবী চীনপাকপীও ঐদি লাইজা ঊদা হৈত্তবনিগীনা ইমু খোয়েকননা নোংমনৈভেনে।”—তুতেংঃ

**মচেঙ কাইরৈ সুমানবা,** পজেংনা শাবা কবোক্স

**মচেঙ কাইরৈ মরেজ্ঞা,** য়েনবা,—“কাসা পাউতাক য়েনভাওবা লোইমোম কোগৌ য়েনমুবা মচেঙ কাইরৈ মরেজ্ঞা তৌবোম মানবা ঊরাংয়েন হুমিং সনা পুরুময়েন”—মাকৈবা

**মচেঙ কাইরৈ য়েজ্ঞালোই,** লমজেন য়াওবা

**মচেঙ পাচ,** মাগী শাগৈ, শাগৈ অমতা,—“পজেম মমাপোকপু সনা লিকলাই য়েনবদি কজানো মচেঙ পাচল্লা কাইরৈ য়েন্নুমাজে।”—চাঃলাইঃ

**মচেঙ পাচমদা নাউংনৌবা,** শাগৈ অমতদা পোকপা

**মচেঙ হুকপা,** মশা লুখা

**মচেঙ,** মাগী চৈঙ, মথোয়গী চৈঙ,—“কোংবাং মপোয়গী মচৈঙবু কনানা কেনবনো য়েংন্দবদা কৌ ওইবিগী কোংবাং মচৈঙনা তাংমা হেল্লে হায়না ককলমএ, লেং লেং ককয়াইও থোয়ৈএ”—কৌঃবাঃ

**মণি হৈবা পোংকমনৌ,** মণি ভোল্লা নৌ,—“মণি হৈবা পোংকম নৌ ঊবাংশংখ থায়কবা কনাবদি নৌচিন ভুমহৈবা”—হিঃহিঃ

**মতংখাক,** মাগী চুখাক

**মতম সুংশাং কুইনা,** মতম কুইনা, হুমিৎ য়ামনা,—“মণিপুর পোইরৈ য়াপুন্দা তাইপঙ মী নিংথৌবু অনৗরক মতম সুংসাং কুইনা পালকবা”—ঔঃতম্বা

**মতম মাল্লা,** মতৌগুম্না, মতাগুম্না,—“হংসধ্বজ নিংথৌরেন্দি লাংহৈ কুমলীং য়ামলবসুং হয়েন লান শোক্লবদি চহৈ কুংশিং তরামঙাগী পানকন মতম মাল্লা শোক্লয়ে।” লাংঃশংথাঃ

**মতমলকপা,** মথোক কারকপা, ঊনথংলকপা

**মত্তাই কাওবা,** হোত্তোকপা

মত্তা, মরা

**মতা,** খোয়নৌ চান্নবী

**মতাং,** তাং, মতম

**মতাং তেনবা,** মতাং শাংবা, মতম তেনবা মতম লোইসিল্লকলবা

**মতানবোম,** মপাম্বোম, মাগী পাম্বোম,—‘শায়েং মতানবোমু পাংমা য়াম্বেকলে”—চায়ঃ

**মতানশি,** মপাম্বোমদা শিবা তাল

**মতিক,** মওন, মওণ

**মতিক মথৈ লৈতবা,** য়াম্না মতিক মওণ চাওবা

**মতিক থাবা,** মওণ হায়বা, মওণ শীংথাবা

**মতিলমেল,** ময়াথং,—‘লৈমা নামুল থাম্বীগী কোলোয় মতিলমেলবু নাভারবদা য়ায়েন থোওথৈচীক শয়েং পাংগক্তিনা তকলোসিদং শোল্লা ওকলেনগুম কচকচো থিংলোগুম মথি নাইখিএ”-চায়ঃ

**মতুক হাওবা,** কনবদা পাবিনবা লৈতবা, লাবা লৈতবা, ‘নোংয়ায় পিখোং জিংথৌবা য়ায়ল্লা শাবা

কনবা হুয়েন লান্দা থোবা তনবা মতুক হাঙ কাওরেন মপাতাম্বা শলগুম্ববু হুয়েন লান নেকলু"
—চায়:

**মতুং,** তুং, নী
**মতুং ক্ষুয়গবরা ক্ষুয়দবা,** মত্‌‌্দা পোকত্রবা,মথা নাউরোন ভাত্রবা
**মতুয়া,** মকম,—"গোইমোম ফুনি বান্নি শৌবি মতুয়া"—খু.কংলঃ
**মতেঙ্গা,** মাগী তেল
**মতে হৈ,** মশান ওন,—"খোইমোম উদবা মতে হৈ চীংঙ্‌ থঙদবা মশানওদি'—তুতেং:
**মতৈ,** মপুরোয়বা, মবা মবাগী ময়াম্বা মতৈমা, —"চীংখোঙ পোইবেতোয়া খুম্বোকচে মতৈ লৈমা লৈনাউ তাবীনা খুল্লি মৈ"- মৈ:তেংথা
**মতে লৈমা,** মতৈমা লৈমা
**মতোন,** অবোইবা
**মতোন,** মথুরা
**মতোন ক্ষৌজেং পংদবা,** মতোল শোইরোমদবা
**মতোন নৌ,** মচামুপী
**মতোন লোমলকলবা,** লোইশিল্লকলবা
**মতোন য়ায়া চিংজিন,** না, হকচাংগী কায়াং অমা
**মতোম,** মথন্দা মদোম
**মতোমদে,** অসিদম্ব নত্তে (অতেম্ব লৈবি)
**মতোম মতোম,** মহৈ মহৈ, মথোয় মশেন অমগা অমগা, "খু। য়োং পাথং পুমনমক্তি খু। মতোম মতোম য়ৈনরে" তুতেং:
**মতোম্মা,** মথন্দা,—"তনবা মতোম মতোম্মা য়াশকনৈএ"—চীংথং:সাংক্বা:
**মতোল্লোমনা,** লৈজবি মখৈ, অয়োবী মখৈ, মখৈ কংনা, "ধনঞ্জয় তেনহৈবদি বঞাউ ময়াইকা কস্থী মতোলোমনা শাউথংলকলে"—লাংশংথা:
**মথং,** মথংলেন মবা মপুরোইবা, —'মথংলেন্না নোয়ঙৈদি মরুহীনা ঙাইনোকনৈএ"—অনোয়: ; "নোংয়ায় চথা মোইরেঙবু মকম লৈমা নামুন চাউবীনা গুমাঙ মথৌবোম থোবোম য়াংবরোইদা কোরৌ মুমিং মালেম মনারোইনা মথংলেনবু লাকবরা হায়না নোংহাম্ববু লাক্তয়ে"—চায়:
**মথংখনবা,** যুবরাজ

**মথংসিন্না,** মথং মনাউ নাইবা, মথংশিংনা,— "লাইরিক বাবু মথংসিন্না পারবগা পাওমেনথিএ"
—উ:ঙ:

**মথন্না,** মতোমদা,—'বাকয়ৈ পকশিন্না তোংচে মথন্না শমক্তিন্নকয়ে"—তুতেং:
**মথা য়াংবি,** কলম
**মথা,** মথিক, মাগী থা, মথবাক,—"মশাবি ঐদি পোনবী মথাচংদা শান্নু পলিয়ে"—তুতেং:
**মখি,** মখৈ
**মথিং,** মবু
**মথিক,** মথা—"লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা লৈমবেন শিদবীগী থাঙলেল মথুংশ্‌ য়াইওইবা পাফন অথিবনা ললকুহোরবা থাঙনা কাকলেন মথিক থান্নদা চোংথোক্কলকএ'—তুতেং:
**মথি নাইবা,** শাউবা, মবাঙ হৌবা, চাউবকপা, অকনবা,—"নোংশিং মথি নাইবা মহাকনা শীংচিন ওমদে" - লাংশংথা:
**মখি ফোংবা,** লৈ হায়বা খঙহনবা
**মথেক,** থেকপগী মও
**মথোকলকপা,** মথোক কায়কপা, ইনথংলকপা
**মথোঙ খঙদবা,** মকম মরাং খঙদবা,—"তুংশিং মথোঙ খঙদনা ইশন থবায় হিংনবা ইয়ু থোজান নবনকুবু য়াঙনা নোংদম্বীরকও" লাং শংথা:
**মথৌ,** মহাক্না তৌগদবা মশিন
**মথৌথা,** মানা তৌগদবা মথৌ শিন্নবা,য়াথং, "নশাবি মোইরেঙদি খুমন নিংথৌ পুনশিবা মথৌথাগী হৈয়েম মপুংয়ায়দা য়োংহামলে'—চায়:
**মথৌবুং,** মথৌবোম, শুমাঙ—"শুমাঙ মথৌবাম থোবোম য়াংবাবোইদা কোরৌ তুমিং মালেম মনারোইনা মথংলেনবু লাকবরা হায়না নোংহাম্ববু লাক্তয়ে"—চায়:
**মথৌমল,** থৌনা কবগী মতিক
**মথৌ হেনবা,** থৌনা কবা, থাঙ অথৌবা
**মথৌ য়াংগেনবা,** অশিবা মীগী তৌকম থোকপা (পিণ্ড দানন চংবা, তৌবা
**মদাইনা,** মকম, লমদম,—"শেন্নোই নাকপকনা লংমাই মদাইমদি শেন্নোই লম নামুং থেংনা শাকারমও কৌবদি কদৌ নোংগীনো ?,'—নোংচীংজোই

**মদাইরেম,** মনাই, নিংথৌগী মনাই,—"ভেংগোল লায়োয় মপুং চাউনা ছয়েম লান হৌরকপবু লাইরেন মৈতেংগুনা হাওশি ওমগাচিংনা মদাইরেম পোইরৈ অথৌলিচা হেন্না পুমনমক্কা ওৈবা মায়োক য়ানা শোকনববু"– চীংথং:শা:কা:

**মধু,** মবুং, মৌপ্বা

**মধু নিংথৌ,** মৌপ্বা

**মধু শানম ওাইথিংতোন,** মৌপ্বা অতোপ্পা,—"চেংলৌ শক্তোয় হেনববু মিংয়েং শানথৈরবদি মধু শানম ওাইথিংতোনবু ওইরবসুঙ মোমলু লাংজেং মথোকলকপীশিংনা পুকনীং ঈথৌরাংমে"—চ:খু:

**মধু মুমকুম্বা,** মবুঙ মৌপ্বাগী মুমদা লৈথিবা

**মদোম,** মথন্দা, মতোমদা,— "করাং হিওনবা লোকতাক ফিয়ান থানবা মদোম হিদা কুমৈ হৌববু ফাগে হায়নববু পাচুথোইরে"—চায়:

**মদোমদে,** মাসিনসু লোইবা নত্তে (অতৈসু লৈরি)

**মদোম্বা,** লোইবা

**মদোম মদোম,** মহৈ মহৈ "মদোম মদোম বা-হোমনরে"— হেঙ্:

**মদোম লৈজহনথিবা,** বা অসি অসিবাইদা থম-খিগে (কোয়া অমুক মত্তাং চানা হায়গে)

**মদোম বাওনবা,** নপচ তাংজা লৈত্তনা মথন্দনা ভৌবা

**মনতিকনবা,** মমল হনবা, মমল ওাঙনবা

**মঞ্চ,** মংকৎ

**মঞ্চ হোনবা,** মনকৎ পীবা, কাগোক হানবা,—"হে ঈশানৌ মুংবান খুনমাবীও নত্তবু কৌবা মঞ্চ হোন্না চৎনববু শংলৌ থৌরাঙও"—পো:লু:

**মজ্ঞরুক,** থুম্মোক অমনবা

**মনম থাং,** মনঙ্গলদা ইনবা ইয়ফি,—"ফকলোং চরাই থারবদা খোইমোম থাংবা মনমথাংনা কন-কেৎ কম্বরবদা থাংয়িচিগা শানা লনকুবিরমএ"—কৌ:র:

**মনশিন,** পোৎ অমগী মমলগা মান্ননা শিন্নরকপা

**মনাউয়োক,** পুরোহিত, "নোংপোক থাগী লাম্বদি পুকনিং হয়াউ থোইনা অমাই মনাউইয়োকনা ভাইবেন লোংমা লৌমা মন্নান মুমশেংথৌবু লোইরে"—সমা:লাই:

**মনাকমেৎ,** মগুক থৎপা,—"মেনাংওনবা মনাক-মেৎ শক্ষু মাপ্লে লৈনা কোয়না" - মাইবয়োন

**মনাতা,** মনাগী মওং

**মনা লোইবা,** মনা লেকথবা

**মনিং,** মনম্মা, মবুংগী মত্,—"য়োম্নবু থোইমোম লাইরেম্মা মুমোইমু অহোঙবী চীংগু য়াইওইবীবু মনিং খয়োয়রেন ওাম্নু থুবীনা"—খু:নিং:ল:

**মনিং কোংদিং হেনবী,** ভুংদা শমুল পুমবী

**মনিংথৌ,** মথোযগী নিংথৌ,— "ময়িম কেগে মনিংথৌ ওাঙৌই মা লাকখ্বানা কেগে খুয়োনম্বাবু লাংলেন কোঙ্গাং যাহোউগুদা"—না:ক:কা:

**মনিংলোন,** মনম্মা

**মনিং শুমলৈ লেপ্লু, লেপফারবী,** মনম্মমুক চাউববী

**মনিক,** মণি

**মনিক কোনফুমুং,** গর্ভ মঙ্গুং

**মনিক মুংলেন খোম্বা,** দেবেন্দ্র মহারাজ,—"শক ১৭৯৩ থবান ২নি ঈরাইদা মনিক মুংলেন খোম্বা নোংগাখি"-চৈ:কুম্বা:

**মনিক লোইরেন খোম্বী,** "শক ১৭৯৩ থবান (সহানবগী) ১৮নি শগোলশেন্দা মহারানি অঙোম চনু মনিক খোম্বী নোংগাই"—চৈ:কুম্বা:

**মনিন নাইনা পানবা,** মুংভাই য়াইফনা পানবা,—"সনা শেনপাক চাকচানরবগা সনা অযোধ্যা মনিল নাইনা পাম্লে হাইদবরা?"—উ (রা)

**মনিন নাইবা,** মুংভাই মরাং কায়বা, মুংভাইবা, মীয়াম

**মনিন নাইবা পুং,** মুংভাইনা পানবা (লৈবা) মক্ষম

**মন্ত্রী,** ফম্নাইবা অমা

**মঙ্গুং,** মতম, ময়ায়, মরী মত্তা

**মঙ্গুং ওইবা,** মতম ওইবা, মপুং ফাবা

**মঙ্গুং খোয়বা,** মপুক শেংদবা, মপুকচেন চুমদবা,"কোম্লোই ময়াথং অসিবু মঙ্গুং খোয়বা লিয়োবা তাইবঙ মীনম লাংথাকবাবুনরিঙেনে"— জিলা:চঙ:

**মঙ্গুং খোয়বা লিয়োননা,** লৌভুনদুনা "নঙ্গা মঙ্গুং খোয়বা লিয়োননা লোনথিরবদি নামুং থৌবু ওইএ"—ওা:ঙা

**মঙ্গুং খোংগা পরৈনবা,** লোয়া ছুপী তিমবা

**মলুং মতম ওইবা,** চহী মতাং চাবা

**মলুং লিতুিল্লবা,** লোন্না বা তান্নবা, লৌতুনবা "শ্রী ভাদু লৈমা নিংথিবীবু শমু খুংঙমখিনা কোনা উপু মলুংদা হাপনা পুগে হান্নবু মলুং লিতিল্লনা থোরাং-লকলে।"— ধঃলাঃনীং;—"নদাইরেম ইথোয়বু উনবী পরৈ মলুং লিতিল্লববু কনা য়াওদে।"— ধঃলাঃনীঃ

**মলুং শংলৈরেপ্প, লেপকংলবী,** মচেমুক চাউরবী

**মলুং হৌবা,** পূক শাউবা, খোয়শাউবা

**মলুং য়াতান্নিবী,** মলুংদা লৈন্নিবী

**মনেম,** মনেমথোক

**মনেম মচা,** মনেমথোক্কী মচা, মতু, মম্বা মপুরোইবা "লোইদাগ্ন থাশিন্না লাংচৈ কুম ওল্লবদা মনেম মচা নোংখাম্নোন পীতভড়া লীকলু লৌথিবী মুয়াম শাক-বীগা পুকনীং য়িমতিন্না শমচু লৈব্রাইনা শেল্লোই মশাইকোন্দা য়াগোইববদ।"—না.কংকাঃ

**মনোং,** মুমিং, মহাক্কী মুমিং

**মনোং নোংশীংশুবা,** মহাক্কী চেঙ লোইবা, মপুন্সি লোইবা, থোয়রেন য়ৌবা, মাগী মুমিং শুরবা "লাই-রেল মপা মৈদিংঙু উন্না কাম্বোববু তুনি মনো নোংশীং শুরবগী কোরৌ লোঙ্গারে।" নাঃকংকাঃ

**মনোং শোয়ন্নবগা,** নোং ঙাল্লগা "হুয়েং কৌবা মনোং শোয়ন্নবগা হাওশি মংথিনগে হায়রে"— চায

**মনোংয়ায়,** মশু নিপা "থাঙই তাউবু থাংতৌবা মনোংয়ায়" ধঃলাঃনীং "কোন্না মনোংয়ায় পাবা ফা ম্নোংবনা লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীবদা অঙানবা থোকখৈ নেমলে অচু নোংগীবু খাবা কান্দোংবা তাংজা লমফম কম অঙানবা ডাইখমকমও তৌনা কৌএ।" নোঃ চৌংগোইঃ

**মপন পম্বৌ অথুবা,** মথুরা

**মপল,** মপা,—"হে ইমোম মংসদেশ লৈমাবিও নঙগী শমু নাক্তা কমজরিবী অসিবু কনানো? মপন কনানা পোকপনো?"—বিঃ মহা)

মমা 'কুশ অতোনবনা মপন সীতা লাইরেম্বাবু শরেন ওয়রম কোয়না পুরুমলবগা লাম্নান চৈরংতনা মশাবিগী তাঙজা পোঙুল লিখিববু"— উঃ(রাঃ);

মপাগী মবাম্বা,

**মপল ওম্বেবী,** মপামদা হল্লবী মুপী

**মপল লম,** মপাগী লম, মমা লৈবাক, মাগী, পোক-কম শাংকম "কেগে মপল লম মোইরাং মতা লমদা য়াকয়ৈ গোঙওইননা বায়র শানেকথি হুরেন লান নেকখিয়ে।"—চায়ঃ

**মপনলোন,** মপম্বৌ, মাগী মপা মমা,—"মপনলোন লেকপৌ থায়েন লোকপম চমুনা পুংলিংযাই"— নিংংলহুঃ

**মপা,** পম্বৌ

**মপাউ,** মাগী বা, মম্বা

**মপাউত্তাই,** ময়াখং

**মপাং,** মাপা তিল্লবা মী অতৈ "মপাং অয়াখদি মুক খিন্দুনা থাদোকএ।"—চৈঃকুম্বাঃ

**মপাচা ময়েল্লু,** মাগী থারা নালা 'নোংয়ায় মপাচা খুমন ময়েল্লবু তাংজা ঈকাইদি "— চাঃ

**মপাতাউ,** মরুপ, মপিঙ্গা, মতাউ, "ঈশিং চাইবদি থবারেনগী মপা তাউনে।"—পুদিন, 'উত্তর লৌশিং-বনা পাওমেল্লকএ—কৃষ্ণ লাইয়িংথৌগী লোয়না মপা-তাউ হে গুরু অথোইবও বান্নরা য়াইওইবা খুংগ মঙবা লানপো ফিরেই লমঙানবা চেংলৌ মিংপু লংনা নিংথি পুক্লি হনা অসিবু মরুপ মচা ওএ।" বিঃ (মহা)

**মপা তাম্বা,** মপা লৈতবা, লাম্বা লৈতবা "পাংগন মপা তাম্বা অর্জুন তেনহৈবা মংচ পাচমানে হায়বগী থৌজান লাংগোনরিবনে।"—বিঃ (মহা);— "লমপান গোইরাংপান্দা চাক্তাববু মানবী মতুক হাঙলে কাও-রেল মপা তামলে।" শন কাও

**মপাতোন** মথুরা

**মপা নাউলঙ্গা,** মপা পোক্তবা

**মপাম মুমকাবা,** শাইনতুনা মপামগী মুমদা লৈবা

**মপারাই মপুরাই,** মপা মপুগী লাই

**মপারি,** মচা মুপা, "মপারি শেনবা মিমাববু শমু নমদা হুন্না মপাম নোংয়াই চাউবা পুংবু ইম্মাক্কপদা মুংবান শেনবা মিমাবদি মপুম নোংয়ায় চাকনা লৌ-বাই হুইদ্রুগুম মপোপ চাউ শাবন তিংগোইগুম মনালেকনা"—খুঃনিংঃলমুঃ

**পারি অহনবা,** মচানিপা অহন,—"মপারি দেব নারায়ন অহনববু থাকলেন মায়য়োক্কনা × × × ×

অসুম খোমদেন য়াতাখিবদা—" ধঃলাঃনীঃ

**মপারি উনৌ কোন্দে কোয়া হুনবা**, মচা নিপা অতোম্বা,—"মপারি উনৌ কোন্দে কোয়া হুনবদি মপল মতিক খঙলবগীনা কোবৌ নোংখোঙ কোয়দে।"—পোঃলুঃ

**মপারি লাংলেন য়াপীহনবা**, মচা নিপা অহল,—"মপারি লাংলেন য়াপীহন্দি কোয়ৌ নোংখোঙ কোয়খিরে।"—পোঃলুঃ

**মপারি লৈরাং অতোনবা**, মচা নিপা অতোম্বা,—"খোইমোম থোঙতারেল অখিবনা উংবী লৈনিংশিংনা খোইমোম মহাকসাংদগী মপারি লৈরাং অতোনবনু তাখোকলে।"—পোঃলুঃ

**মপারি লৈলাং য়াপীহন**, মচানিপা অহন

**মপারি শান্তবা মখোম ফুয়দবা**, মচা নিপা মুপী পোক্তবা

**মপারি শানম ওাইখিংতোন**, মচা নিপা অতোনবা

**মপারি য়াকলেন তোংয়াই**, মচা নিপা য়ায়বা

**মপাল**, মনাক, ঈশিং লৈবা লমগা তাইনবা লম, ফিবাল

**মপাল**, লৈ, মতেং, মমুং নত্তবা, য়াংমা লায়া লৈবা চাওখ'পা

**মপাল**, পান্দো', মউ, উপাল

**মপা লাকপা**, অন্দাজ তৌবা, মরুম ওইনা পনবা "চীংঙু উদবা মপালাক খোইমুম খঙদবা মখি তমলহুনা চীংঙু লাইবাউ চেন"—হিঃ হিঃ

**মপিজা**, মরুপ

**মপী মপা**, মমা মপা,

**মপুথিপা (মবুথিবা)**, শোবোন য়াইরেন চন্দ্র শাগৌ মচিন মনাউবু পোকপা নিংথৌ "কেক্রুপান্দা নিংথৌ মপুথিপকি লৌ লৈবনে।"—মুঃলাঃকাঃ

**মপুম**, মামা, মাতুন, মমাগী মবুং নত্রগা মৌপ্য "হন্থ ময়াই কারবী অসিবু চীংঙ্গ অথাবা মাঙ থাননা য়াথং অকায়বনু মাঙইরদা থৌজান মায়ওক্ননা নপুম নোংয়ায় চাউবা পুন্দা য়াংগোই মময়ও।"—খুঃনিঃলঃ

**মপুয়েন**, খুায়গী মরুপো,—"খবাম অপকমাগী মপুয়েনবু ওইরিবা"—লাংশংথাঃ

**মপুংতাকপা**, মরৈপাক মাঙতাকপা, মরৈপাক কায়বা "ময়ুম থামরন মনিন নাইবা ঊরাতানদবনা থোংয়াং মপুংতাক ময়াং মরৈকায়বা পল্হং মোংদা"—জিঃচঙঃ

**মপুওয়ায়**, মরৈপাক, লমদম, লৈবাক "চীংঙু ঐদি শেনবী মপুওয়ায়দা ইন্দানখিরগে।"—সনাঃলাইঃ

**মপোক**, লাংওন, লাওোন

**মপোকথোক ময়া লাংবা**, অকল ওইরবা, চমু মালৈ কাবা

**মপোক নোং**, মপোক হুমিং

**মপোং পু লাং খোক**, পাকোং চৈ, পুনবা চৈ

**মপোপ চাউবা**, শাকৌ কনা হৌবা,—"লাইবেন ইনেম মচা অসির ইপাম শেল্লোম চাকনা হুইত্রুগুম মপোপ চাউ ইপন লংমাইয়ুনা তিংগোইগুম মনাসেকপে।"- নাঃকঃকাঃ

**মফানিক**, মফনেক, মাগী ফনেক

**মফেৎ লোয়**, মরুপ মপিজা,—"লাই পাথং মঙাইবোইবু য়াওংবৌবা লাংরুরা মফেৎলোয়বু খৌনেকপা"—উঃ,—"য়ামহে মফেৎলোয় পুমনা তিম্না চরৈফিনৌ শৎ"- মেঃইঃনিঃলুঃ

**মবিঙঙা**, মথোর হনী, "মবিঙঙাগী মমিং থোংদি লব কুপ কোএ"—উঃ(য়াঃ)

**মমাইবা**, মাইবা, মাগী মাইবা,—"হুমিং মচুপশাবু তাউখত গ হায়না তুনা ময়াইনোংতা নোংতা মাইরেল পাখংপগী মমাইবা কোন্দে নাকথং মাইনা শরেল য়েংলম হম. কেকে মমাইবা শিজাম মরি তৌবিয়াচা কা জেং লা মৈবা মচখি মওলাং চুম শোইবা মুংবা মাহ, হনাই পাইচানবা শমু ওংনম ফমনা যোংনবাইবু পুরুম তুইগী ঈনা শন্দে নিনিএ" হুঃকাঃ

**মমাঙ শাংকবরা শাংতবা**, হায়া পোকত্রিবা,—"হনা খাওরাম্বগী বাকওন কেনায়গী চীংবল খোম্মুক অঙল্লা মমাঙ শাংকববা শাংকত্তবা হুয়াইনীকলু অথেঙ আ ও মতুং কুহন, মুমগবরা ফুয়দবা"—নাঃকঃকাঃ

**মমান**, মকু, মকুবোক—"বীর সিংহ নিংথৌ অথোইবসুঙ মমান নিংথৌরেনবু পুরুমলবগা"—বীরসিংহ

**মমান মচা**, মপুরোইবা, মকুবোক্কী মচা নিপা, মবা,—"য়োইরুমলোন হুংবান চমু খোয়নৌ মতা তরুকমকা মশাবি মমান মচা হাওকুরোইনাই অতাম শোয়শেনবা চহই ওকবানবা তরুকমকা"--হিঃহিঃ

"খোংচোন হুপী লৈত্তায়ে, হাওকু মমান মচা ওক্ক রেহে।"—কুমদমশৈ

**মমা নাউনবী**, মম' পোক্লবী,—

**মমা পুচেং লৈনাউপীচা**, লমখুন্থ,—"খুন্থ মানখিক মমা পুচেং লৈনাউপীচা চী'শোং লমলৈমাপু পোক্কেং লাইচম থম্না"—পাঃখোঃ

**মমাল শম্বা**, ককপা

**মমায় লংমাই থাত্তোম্বা**, নিপাগী হকচাং, ত্তি, শিংাল ত্তোলোম্বা, —"মমায় ল'মাই থাত্তোম্বদি ত্তিবু কৌবনে"—খম্মোয় য়াম্মোই

**মমায় য়াংলা ( মমায় লাংলা )**, মায়খো' মকা লামনা, —"মানবী মতুক্ক হাত্ত্ কাওবেন মমায লাংনা মরান ওন্দেরকলবদা"—শলকাণ্ড

**মমিং নাইবা**, অক্কাওবা, মমি' চংপা, খ্বাইনা শকথঙ মাংখংবা

**মমি পাইবা**, মিপাইবা, পাথংপা

**মমি মপোং**, মনাই মশল, থোগল লা'গল, মহাক্কী মী

**মমিয়োক**, য়াইক্কবা

**মমৈ রায়বা**, মতু' ইনবা,—'মৈতৈ লৈমা লৈনাউ তাদীগুঙ মশানৌগী স০ন মমৈ রায়মকনে"—পোঃলুঃ

**মমৈ হাইনা য়াংন্থ চোংজোন থাংবা**, খিন্থ গী শম, মুন,—"মমৈ হাইনা য়াংন্থ চোনজোন থা' বদি মুন্নে"—খঃযাঃ

**মমোইরেং**, মোইথাপ (থাঙ্ভা কম্বোংনা হায়বা) —"মোইথাপ পুরে মমোইরেংগু কৌএ"—নি'ঃলম্বুঃ

**মমোম**, মচা হুপী,—"পুমাদেব মালেম লৈবোয় কখদি মপারি শাংত্তে মমোম ফুমদে হায়দবরা" —ধঃলাঃনীংঃ; মচে, "কীচোক অকনবদি . কোম্লংদা বিরাট লৈমাববু চে'ঙ্গৌ শক উক্করবগা মমোম বিরাট লৈমরেনবু চে'ঙ্গৌ শক উনগে হায়না সনা সঙ্গাইন্থ'দা চঙখিন্নবদা বিরাট লৈমাবীনা সনা কান্দেং থানা কমহল্লে" - বিঃপঃ,মচন হুপী,— "মমোম খোম্মদোন বা'গোল লাইকরাবু লৈখরা পাউহ'লু ও"—তুহেং:

**মমোম লাংলেন**, মচা হুপী

**মমোম লৈরাং অত্তোনবী**, মচা হুপী অত্তোম্বী "সোবোন য়াইরেন মখংগী মমোম লৈরাং অত্তোম্বী সনা খোংনাং লৈখবু কোয়া শাংলকএ"—শোঃয়াঃ

**মমোমলোই**, মচা হুপী,—"মুহি নিংথৌরেলগী মমোমলোই হুইত্রানি কৌবী কোলোয় মখিংথোংম্বা তেনবী মঙ' ওইনা খমোয় ঐগী অবাখদা হুংওল তেনপানঙমলে"—বীরসিংহ

**মমোমলোল**, মচে, মচন, মচা হুপী,(১)"মমোমলোনবু মপারিবু পম্না পম্না কপলমএ"—পোঃখুঃ (২) "নয়োন মৈত্রেমা নোংবাম্লোন য়াওসোবী পম্বৌ মপাপোকপু সনা লাইহুইবদি কনামো ? রাংঙমলোন মরোংঙবী মৈদি'ঙ্ লোইনাই লাম্বা-বা মমোমলোন নো'চুপ মরোংঙবী নো'বাম্লোন য়াওসোবী পম্বৌ মপা পোকপু সনা লাইহুই খংথবনে'—চঃলাইঃ

(৩) "ইক্র নি'থৌ কৌবা মপু নি'থৌ নঙগী শেপ্লৌবেম ইথ'লেন হুংবান পামিংনবনা থোয়মৌ ইত্তা লাইবেন ঙা'ঙোই য়োযমোংবা মমোমলোনগা নবিঙভাদা পুনেমলুও থৌশীরকএ"—পোঃলুঃ

(৪) "কৌবা মপু নি থৌগী মমোমলোন মোমচু কৌথরোন নামোইন্থ পায়মা হু'চঙবী তীম্লাং ঐনা থোযদাবীবু তালোয় তুহুংশিবু ওইনববু ইপন নংোয় শ'লৌ থৌরা'বিয়ো"—পাঃলুঃ

(৫) "মহু কৌবা মপু নি'থৌনা পৌজ্ঞান মাযোকননা মমোমলোন নাথোইন্থু লনকুপীঙমলবদা শম্বোও হুইমু লৈমম্নও মরান ওন্দেরকলে" পোঃলুঃ

**মরনকু**, মথৌজ্ঞান,—"চী'ঙ্ মরনকুগী ভান্থ লৈমা নি'থিবাদি হৈরাঙ মচা য়ান তাউজিং মরুপম্না নাকলু ফিয়াল্লে"—ধম্লাঃনী'ঃ

**মরম য়ারা পুজা ওইবা**, ইনাক খুনবা, মরন য়াম্না লৈবা, হুংঙাই য়াইকথা

**মরম**, মাগী লম

**মরম**, বারম

**মরম করিহিক্কী**, করি মরমগী,—"কোলোয় নাপল রাংলিবা অসিবু মরম করি হিক্কীনো ?—লাঃশঃথাঃ

**মরমথৈ**, লমদম, মাগী ঙমদম, -- "চেংলৈ শংনা মতোম নো'হাম্বা মরমথৈবু ঙমথংননা লাম্লোই মদাইমা কংলৈ লম্মহন্না থিংলৌ পনচনঙামও"—থঃখাঃহিঃ

**মরলকু**, মথৌজ্ঞান, মরনকু

**মরাই,** লায়না অচৌবা, মী য়ায়া শিববা লায়না
**মরাই কোম,** মরম, মাগী লমচম
**মরাক চীন,** থোংজিন,—"কোরৌ মথোংজিন বাং-বন মরাকচীনবু কত্তাইরম লৈবনো"—খোঃ নোংকাঃ
**মরাং কিনা লাওনবা,** লাংকিত্নুনা মরো তৌবা
**মরাইতাবা,** অমা অমেক তৌবা, লায়না লাইচং অমা চংপা,—"শা মরাই তাত্নুনা য়ায়া শিরে।" চৈঃ কুম্বাঃ

"থিঙেন মরুদা ঊশিং কৌরদি লৈপাক মরাই তাবনে" —লৈঃ থিঃ

**মরাংমৈ,** উচেক লাংমৈ মত্নু
**মরাং লাংনাদা,** লাং থাক্তবা, লাং থাকপা নত্তবা
**মরাঙ হৌবা,** ইরাঙ লাওবা, মথুম মরাঙ হৌবা, নিনখোংবা
**মরাঙ হৌনা,** ইরাঙ লাওবা
**মরান,** মযুম,—"হুয়াঙি মথৈ লৈত্তনা মরান ওন্দন-থিরে।"—বিঃপঃ(মহা)
**মরান,** মাগী অরানবা, মাগী দোষ
**মরান,** মাগী লাল, লান্দা কারবা য়েক্সবা "ইসাবি লৈমুং থোঙতারেন অহনবদা পাওমেনজবিগে নশানৌ ঐবু লুংবান মশা ওই লুহাং মরান ওইরে, মযুম লুংবান মতম ওদা কোরৌ শচু পাও বাংবন খশা লাংনা থোঠু লুংনা নম্না থোথামলে।"—পোঃ লুঃ
**মরান অতোন তাবা,** অবা অমা নংবা, মরাইবক থাবা, "মীগী মরন লবা, খঙদনা অখঙ শাবা, নৈত্তনা অরৈ শাবা, হৈত্তনা অহে শাবা, মীনম শোরী চংপ-শিংদি তযুম মীনাই ওইবা মরান অতোন তানা পোকলবনে।"—সৌঃয়াইঃ
**মরান ওন্দেবা,** মযুমদা হল্লকপা,—মরান ওন্দেরক-লে।"—মোঃ নিঃ
**মরান ওন্দেরক মচেও হনরাইরকপা,** মযুমদা হল্লকপা
**মরান থোকুম্বা,** মযুমদা কুম্বা, মযুমদা হল্লকপা— "মরান থোকুমখিরে"—চায়ঃ
**মরান থোচংপা,** থবক চংপা, "লৈহৌ ময়মপুনা বাংকোন পুকৈলোইবু লোইথোগে হায়না মরান থোচংথিবদা"—নিঃ লখুঃ
**মরান থোচংলকপা,** থবক চংথোরকপা

**মরান নোংবা য়ায়,** মযুম,—"মরান নোংবায়ায়দা লৈরবদা কোয়ৌ নোংমা হুমিত্তা"—ওবা ওঝা
**মরান লুহোং থোংদোংবা,** লুহোং কৈগোংবা, লুহোংবা, বুংকৈ পানবা 'নমোম তমকা বাংঙমলোন লুপা য়োয় থবালগুবীবু মরান লুহোং পোংলোংবিরকও হায়না পাওমেনকএ—"শমংঃ
**মরানলোনলেময়াই,** মযুম "লাংগোই লৌশিংবনা নিংথৌ মাঙদা চিংনা শীংঙেন লৈশেম্বীগী মরান লোনলেময়াই নোংচুপ ইমনিং থোঙবু য়ৌরবদা লাং-গোই লৌশিংবনা বাহমথিরে।"—বীরসিংহ
**মরান লোনয়ুম,** য়ুম, মযুম
**মরান লোনয়ুমময়ায়,** য়ুমময়ায়, মযুম
**মরান বাইথুংবা,** মযুম য়ৌবা 'নিংথৌ সনা মরৈ পাক্তা মরান বাইথুংলুরে।"—বিঃ(মহা)
**মরান য়ায়,** মযুম
(১) "তম্ফা বাংঙমলোন পানথোইবীনা মত্থ লাই পাখং তয়েংমক্তা থোয়নৌ মতারোই তয়েং মক্তা থাবা মরানয়ায়বু য়াংগোইরোই হায়বগীদমক লোয়া থুপমা ভাঙনরমে অত্থু নোংগীবু ভাঙনরোকও তৌনা কৌএ।"—লাঃ চীঃ
(২) "মমোম কৌক্র নমোইহুম্তুঙ মপন মরানয়ায়দা য়াংগোইরে।"—পোঃলুঃ
(৩) "বাল্মীক মরানয়ায়দত্থম ইশানৌ সীতা থমলু-রো।—ভঃ(রাঃ)
**মরান য়ুমগা তম্বা,** মযুম ওইবা,—"কোংয়াং বা-তোনথক্তা মরান য়ুমগা তম্বা চেকনা লৌকুম অমা তৈ লুমিদাং লৌকুম অমা তৈনা"—কৌঃবাঃ
**মরাম,** মনিপুরগী অবাংথংবদা লৈবা চীংগী জাং অমা
**মরাম অচৌবা,** তা খোংশারোন অমগী মিং
**মরাম উকুহনবা,** উ মক্তুংদা হন্দোকপা,—"তন্না উরু তুপ পামেন উমৈবক মরাম উকুহন"—হিঃহিঃ
**মরাম লুংজোম্বা,** তা খোংশারোন অমগী মিং
**মরাম লুংশেম্পা,** তা খোংশারোন অমগী মিং
**মরাম মচা,** খোংশারোন অমগী মিং
**মরাম লুপ্পাবী,** তা খোংশারোন অমা
**মরাল,** মরানগা মাম্নৈ, মরান
**মরাল ওন্দেবা,** মযুমদা হনবা
**মরাল লানগা তাক,** মযুম মকৈ মাঙ তাকপা

**মরিখাঙ,** চৎনবী

**মরী লিন্দা,** থিবা নত্তবা

**মরী লীতিন্নবা,** চৌবকফম মান্নবা

**মরু,** মকোক, পাম্বীগী মরু

**মরুং,** লীরুং

**মরুং কুম্বা,** মপাঙ্গল লৈত্রবা

**মরু তুপ্পা,** মকোক্তা তুপ্পা,—"পো' তিংবী লানবদা ৱাইকৌ মরু তুপ্পু মাল' মথি নাইবনা হুমখরে"—নোংঃ চীঃ

**মরু থেৎ,** মকোক্তা থেৎপা,—"লা'মৈ পুংলেন মরু থেৎতি লাইজা ঈবোংমু'ঙগী তাউথৎলকএ" —ভুক্তেং

**মরুপ,** মপৈ, ময়াম, মপিজা,—"নমু পোংগী মরুপ্পী নোম নোম নিংথৌ মাচুদা থানা চেনশিন্নরকলে"—লাংঃশঃথাবা

**মরুপ লেংতিন তমথৈ,** মরুপ অফবা থন্দুনা লিংথৈ

**মরুম,** মতু, মনাক্ট ইবেম্মা, মশানৌ

**মরু মপান,** মপান, মতেং,—"ৱাংঙমলোন মুতুম চন্থু লৈশাংথেম লৈমা কম্পোঙ্গীনা ঐদি ইপন মরুম পানবু পাল্লিথৈ"—শনকাও

**মরুম্বী,** মশানৌ, চান্নবী মতু, লোম্না ভাচনবী চুপী,—"মরুম্বীগী ভাংজা লুন্নেনতোংদি শমু নম্মদা পোংবকলে"—মোইংনিংঃ

**মরুম লুমলেন,** মতু

**মরু লৈদা তানা,** মকোক লৈপাক শোকনা, —"মরু লৈদা তানা খুরুম খবগা মরান থৌকুমখি রে"—চায়ঃ

**মরু থা,** মরু চনখিবা থা, মপোক থাদগী থীবদা মরিগুবা থা

**মরু হুমিৎ** মপোক হুমিংতগী চুমনি তবা হুয়ৎ, মপানা মমাদা অঙাং শিন্নবা চুনিৎ, গর্ভ চনখিবা হুমিং

**মরেং,** লেংবান

**মরেং চম্না কৌরোং পান্থৈ নিকপা,** মখোঙ থাঙবদা নীকপা

**মরেং শীন্না,** মথং মথং মরীক চুমনা,— "হুংবান শলাই থান্ন লুবাং মরেং শীন্না তেংথারকে"—পোঃ লুঃ ;—"মাথং মরেং শীন্না কোলোয় পাউতমববু না ভারবদা"—লাংঃশঃথাঃ

**মরেম,** চাও, চীংমী মখল অমা

**মরৈ,** মাগী লৈ

**মরৈপুং** মরৈবাক,—"লহান নোং মিখ মরৈপুংগী চৌনা"—ধঃলাঃনীংঃ

**মরৈমাবী,** মরৈবাকী মবেম্মা, মচারাণী

**মরোং,** চুঙ,—'মরোংঙক্তা চুক খোকলাং তুংশোম্না থেবে মাঙইন্ননা হাওরে মোংচুপ থানা পাংবরমদা চুযেন লান্দাথিযে"—চায়ঃ

**মরোং খোং,** গোঙলম অমগী মিং,—"গুরু সিদবনা মচা অনীমাকি থৌজান য়েংকে হায়না সন্ য়োংমানপাকি মউন অকংপাপু তোংতনা ক্রম্ লাউনা গান্লকপা মকমনে অতুকি কুকম চীং কৌএ, মরোংগোংতা তাউথবকলে"—উঃলাঃ

**মরোং খুখারেলৌ** খুংনা লিংথা লৌ

**মরোং ঙক্তা চুকপা,** চুং মঙক্তা চুকচিনবা,—"মরোং ঙক্তা চুক খোকলাং তুংশোম্না থেরে মাঙইন্না"—চায়ঃ

**মরোং চুংফুনা তিমেন তা চায়নবা,** চুং তা পায়নচুনা লাল তৌনবা,—"শেন্নোয় মদাইমা লংমাই মথ নমদা চায়না খোঙকেন্না মরোং চুঙফুনা তিমেন তা চাযনবর্দি অতৌবা লিপা লাংলোই চুম্বনা তিমেন মথুংতুনা ননা ফাবে"—চায়ঃ

**মরোং চৈজেলবা,** চুঙ পায়তুনা চেনবা (লাজেনবা), —'থিংলৌ য়াইথারে, মরোং চৈজেলে পোক্টরে নীংনা তেঙমলবোইএ"—থঃথাঃহিঃ

**মরোন অহুম,** ত্রিভূবন, স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল "তাইবং নোংসাপান মরোন অহুমকপু অর্জুন ঐনা মঙমলিবা অসিদা নয়া খোমনম নবা অঙাং নাউবা ওইরিবা নঙগুম্বনা পাংগল নতীক নত্তনা কোলোয় নাপল ৱাংনিবা অসিবু মরম করি হিককীনো"—লাংঃশ.থাঃ

**মরোয়,** মতুং ইনবা মী;—'ক্যাং গুবা চরাইরিক ফাবা মরোয় লোয়নবদি কম্বোং লোইরাংথু লোইরাংহন শাংথু শাংহননাও অকোই অশাউবা শকউ নাউদনবু লোয়নরিবা নঙবু মেমশিগে"— —উমংলোন

**মরৌ,** মঙানি গুবা হুমিং, মরৈ মরা, মাগী লোকম, মাগী লৌ

**মরোৌপান,** মাগী লৌ ময়া

**মরোৌ লৌবা,** কোটি থাংবা

**মরোৌ লৌনা হৈনা,** য়াম্না হৈশিংনা, মরোৌ তৌদুনা,—'লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা মরোৌ লৌনা হৈনা উম্নিং তাংমা কক"—তুতেংঃ

**মরোৌ লৌনা হৈনা কোইনবা,** মরোৌ তৌদুনা রা ঙাঙবা

**মল,** মমল

**মল্ল,** মংকৎ, ক্বাগোক হানবা

**মল্লমশীংশু,** মংকৎ,—"কাওয়েন শনফাংহোই মল্ল মশীংশু খুমলোন নাথংলোন"—চাঃলাইঃ

**মল্লায়বা,** মমল য়ামদনা, মমল লায়বা,—"হাওসি খুদোপ মল্লাইবী হাওমল লা'না কেমরাইবা" —নাঃফংকাঃ

**মল্লায়বী,** মমল য়ামদবী; মমল লায়বী

**মরাক চামবা,** খুইথবা, পথবা,—"শীংলেন ইচু থাউ লৈরাং ইরাকচামদরিয়ে"—নাঃফংকাঃ

**মশম রায়না,** মশম পায়হুনা,—'মশম মনা রায়না ফারে রায়থোও কৌএ"—চায়ঃ

**মশলপূং,** শল ময়াম

**মশা,** কনাগুম্বগী হকচাং

**মশা,** উচেক্কী মশা, ফি শাবগী লংচাক চাকপদা লং হাপচিন্নবা খুংলাই, মপূং নত্তবা,—"সনা লঙ্কা লৈমাবা রাবণ নিংথৌরেনবু মাঙহনবগী রামায়ণ মশা তরাক শুখিবা লঙ্কা কাণ্ড মথংগী উত্তরকাণ্ড মশা অকোনবা"—উ (রাঃ)

**মশাইকোন,** মরম, মাগী লম, ময়ুম,—"লাইরেন মৈদিংঙুনা শে.লাই মম্নিমচীংদা য়িমকাবা লংমাই মশাইকোন্দা হুম্নিনববু লোইদাম থা শিরা লাংহৈ কুম ওল্লবদা" —নাঃফংকাঃ ;— "মুনি মশাইকোন্দা গৃহ যুম তাংলিববু"—উঃ রাঃ)

**মশান ওন,** লাংওন, অবতার,—'লাংগোই খোঙওইননা য়াওরোৌ তুংইন তাল্লকপবু চীংঙু মশানওন শঙাই লামপি শাদি গোংনাং উখোং তাম্না চেনশনথিরবগা য়াওরোৌ গোজুন তংনা শঙাই থুপলৈনখরে হায়দবরা ?"—বীরসিংহ ; — "খোইমোম উদবা মতে হৈ চীংঙু থঙদবা মশানওন্দি অহুস্তুঙ মদোমদে"—তুতেংঃ

**মশানৌ,** মনাউ, মতু,—"মশান্নৌ সীতা লাইরেম্মবু বাল্মীক মুনি মরানয়ায়দা থমলুরে"—উঃ(রাঃ)

**মশা পাংমা,** মশা নাম্মা,—"কাকলেন মশা পাংমনা লাইজ্ঞা ঈবনু থিংলে ঈথিং-ও কৌএ" – তুতেংঃ

**মশাবি,** মরা, মপুরোইবা, –'মোম্নবু সীতা নামুংবীসু মশাবি রাম নামুংববু চেংলৌ শক উত্রবগী পিরেম থকমা তানা হু'ওনখিয়ে"—উঃ( রাঃ ) ; ময়াম্বা,— "মশাবি কুবের লম্নিংথৌগী মহুইরোন"—উঃ(রাঃ)

**মশিংথোয়,** মখোয় মশেল

**মশিৎ,** তবেংন শুনা হুমিং

**মশীং পাঙমদবা,** মশীং থাবা ঙমদবা, য়াম্না য়াম্বা, —"ঙরা লালপু মশীং পাঙমদবা পুম্নমদি লাইরেন মথূৎস্নুনা থৌতোংথোলবু শোংকিপাকি থামরল তেংকোল মথং মথং কায়নগিরবগা" – ঔঃঙঃ

**মশুং মানবা,** মঙং মানবা, শুম্বা, কুম্বা,—'পোনবী রাইরংচেক মঙ'মানবা মিৎয়েং নানিরোঙবা" —অহোঙঃ

**মশুংলাং,** মরম, দমক,— "ইপন ত্ুাব মঙংলাং লাইরেন মঙাইরুক্কীদমকপু লৈকাই পুজরুক লাংবন অংল্লুক চেঙবুম মনাউতোনগুম্ববু লনশিংগে হায়না" নাঃফংকাঃ

**মশুংলাংগী,** মাগী মরমগী, মাগী দমক

**মশেন,** মাগী মতুগী মৌপ্রা

**মশেন,** মখোয় অমগা অমগা, মহৈ মহৈ,-খ্বা মশেন য়ৈনা য়োংমু মশেন হাংনরিঙৈদা"—তুতেংঃ

**মশেম,** মরিনিশুবা হুমিং

**মশোং চাউবা.** মতিক মগুণ লৈবা, শুণ চেনবা,— "ঐব শীঙবা ইবুংঙো লাইম্নিংথৌ নোংথৌরেন অথোৌবদি হুমিংকুম মশোং চাউ, থবাঙম মঙান নাই কুমজা তেকহৌনা থাজা নৌহৌনা পুনশি চারি কুই রাংঙম গোঙদোন শাং তাম্বোঙ ময়ুং কুই লেমথোঙ মফৈ পাকপা পোইরৈ খুনহোঙ লৈহোঙবা খুঙাও লৈচাওববু লেপনা তানফংঙৈনে"— চৈথাবনা লাউবা রারোন

**মশোয়ফম,** মাগী শোয়ফম

**মহক থেৎপা,** গর্ভ পুবা, নাউপুবা, মীরোনবা

**মহাক,** মশামক

**মহাকথক্তা,** মাগী মতমদা, মাগী হাকতক্তা,

মহাক্ল' পান্নিভৈদা,—"সনা মহাকথক্তা হাওসি না-মোইহুগী শৈশকনৈএ"—মোই:নং:

**মহাক পুমনা,** মশা পুম্নমক

**মহাক পুম্নমা ভৌবা,** পুমডৌ ভৌবা, মশা পুম্নমক ভৌবা,— "মওম শাদি লা'গোই মহাক পুম্না ভৌবদা চোযনৌ সনা ফিগে মাম্না ঈবৈপুং থিনবা" উ:(বা:)

**মহাক ফংনা,** হকথে'ননা, মশা শোকনা—"কেগে খোইবী অথোবনা নো'ম্নায় খোংবু রাইহু চাবু বাবেন খোঙখৈতোম্না মহাক ফ'না চীকথাযবে অদু নোংগাকু চীকপীও তৌনা খোম্ন"—চায়:

**মহাক শোনবা,** মবুক ক'বা, গর্ভ লৈবা — "ইপনি ল'মাইজিংদা নাউরোইবা কুংবী মচা হুপীবু বামোন বাবী লীবগী মচা নিপা যায়মগা ভাঙনবদা মহাক শোম্নবদা কোঙে'বা বামোন ওঁবীনা অঙা' যৈথব-দা মমা যাওনা শিরে"—চৈ: কুম্বা: , "–মহাক শোম্না শিবে"—চৈ:কুম্বা:

**মহারাজ,** নিংথেম, নিংথৌ, নৌমাবা,— "গরিব নবাজ মহাবাজনা পানবা মতম শক ১৬৪৬ তগী "নিংথেমবু মহাবাজ কৌবসু' তড়ুইভ হৌএ"চৈ:কুম্বা:

**মহিখোম,** খোম তুম্বা মোরোক মহি,— 'লাই অদুদা লোকলাইনা নাবনদা লাং ও পোংম্নাওদি ভাদু মশা বনবা ওমা লশিং পোন তবেং, মৈথু হাদাক, মোবোকপোন তবেং মহিংগোম ওমা, কা'চুপ অমা চেঙ লৈ চৈ বা লৈশ খুহিং আস যাওনা লাংও"—চী:লাই:

**মহিথেন,** মহাকী হিদেন, মাগী হিদেন তাকম,— "নিংথৌ শাম্বা মহিথেন অবাং শঙলা'মৈহুদা বা-রকলে সে"—পা:লা'য়েনশৈ

**মহিশাং,** থাবা নালা, মকপ মপা', মনাই মশল

**মহিশালা,** মহৌশানা

**মহি হিনা মেঙবা,** মবক ফবা —"থাঙলেন য়াশ-বগুম মথৌ হেপ বাবয়ৈ হিনাবগুম মথৌথোন তুবী মহি হিনা মেঙ লাইরেন ময়াই য়াইনা ফহৌ নবমু বাকমা তেরৌনঙৈনে"–লা:লমওক

**মহুই,** মমৌ হুপী

**মহুইরোন,** মমৌ, মমৌ নুপী, মচা নিপাগী মতু,—"কুবের লম্নিংথৌগী মহুইরোন"—উ: ( বা: ),

—"লৈহুং যাবীবোক চাখাহুরোনপী হুয়াম শাক-বীদগী মহুইবোন লাইম্না থোুইযোম লাইনা শাবীনা শিনলোকা থাঙডা লপলেন কা"—মা:ক:কা:

**মহুইরোনচিন,** মমৌগা মান্নবী

**মহুম,** ময়ুম, উচেকী লৈকম, মকোন

**মহুমমসুংদগী,** মহুম মসু'দগী

**মহুমকপা,** মপোক মম্নি ফবা

**মহৈ শিলসু থোইবা,** ম'হৈ মশিং হৈবা

**মহোপ,** হকচাংগী শরুক অমা

**মহৌ,** হৌজ থে'গাং

**মহৌ নিংথৌ** বা'ববেন খানা চাউবা, লাই অমা, "হে ইপু মহৌ নিংথৌ বা'ম্রেন খানা চাওবা ও মহৌ ফমদনলোনবু ভাম্না গনবা"—

**মহৌ ফবা** মশা ফবা

**মহৌ মহৌ,** হৌজ হৌজ, হয়া হয়া, তোয়না তোয়না,– "লৈপাক শেম্বু শেমফদনা হারাবনা মহৌ মহৌ যৈগায়বে"– পুদিন

**ময়াই কাবা,** বিং কাবা, নাপল তৌবা, ঐনা মংক্লে হায়না থনবা,—"ঐনে ময়াই কাবদি বাং-লৈ যুবু হেলএ, পবকনোইএ"- লাংলোন

**ময়াই য়াইনা** ফবা, মবাইবক ফবা

**ময়াঙ শম্বা,** ১খুঙ ভেকপা

**ময়ায় কোয়রেনচাং,** চী' অবা'বা, ক'লা

**ময়ায় কোয়রেন তোংবা,** ফপাল তো'বা

**ময়ায় শুমতোংপাল লাংগোই শারো কপুং,** কংলৈপু'ময়োন, ক'লা

**ময়ায় শুমদোংপান,** ক'লৈপু'ময়োন,— "লৈম-বেন শুক অনিমানা লৈএ চায়বগীবু কংলৈপুংম-য়োন ময়ায় শুমদো'পান ক'লা খোনম্নেং থাম্লাং-মৈ মিবেন তো'মুবা চাং লা'শং চীংলাংমৈও কৌএ" নুং:অ:

**ময়িমফি,** মানা ইনবা ফি —"চৈর ময়িনফ্রিবু থুম্না চাকলে থুম্বিও কৌএ"—চায়:

**ময়িম,** ময়ুম, য়ুমনাক,—"ময়িম মো'ম্নায় লানপাবু লাইবেন মৈতে'ঙুনা থিংলৌ পনচম্লে লাবা তুকুম্বু পলকোয়রে, নোংম্নায় লানতুরে"-নিংলমু:

**ময়িমনাক,** ময়ুম, য়ুমনাক

**ময়ুমনাক চাদা য়াবা**, য়ুম য়ায়া তাবা, য়ুমনাক শাগে য়াবা

**ময়েক ফংনা**, তশেং তশেংনা,—"বক্রবাহন কৌবা ঐনা য়ারম ময়েক ফংনা হায়জববু হোয় য়াবিদে"—লাং:শ:থা:

**ময়েন্থু**, মাগী ধায়া নালা, মচা মত

**মা**, অমা, মহাক, ইমা

**মাইপং চীংমাবা**, কাছাডা নিংথৌ

**মাইবা**, লাইবোন তীল্লোন খঙবা মী, লাই তীন পুজা তৌবা মী, অনাবা লাইয়েংবা মী, ডাক্তর

**মাইবা তান**, তানয়ৈবা লোয়শঙ, পুজা য়ৈবা লোয়শঙ,—"১৭ নি থাংজদা য়ুহারাই, অদু যুমিৎতা মাইবা তানগী পুজা য়ৈবা লোয়শঙ পুংশেগায়"—চৈ:কুথা:

**মাইবা ফম**, য়ুমগী যাত্রা পাবা উথোংগী মনাক

**মাইবা লোয়শঙ**, কোনুংগী লোয়শঙ অমগী মিং, পণ্ডিত লোয়শঙ

**মাইবা শঙলেন**, সনা কোনুংগী পণ্ডিত লোয়শঙ,—"শান্তদাস পুরুষনা খোকলকলবা অদুগী মথৈদি লৈপাক্কী গুরু, পণ্ডিত খোংনাং থাবনচিংবা পণ্ডিত অদুমদি মাইবা শঙলেন্দা পৈএ"—ফম:

**মাইবী**, লাইরোল তাল্লোন খঙবা, লাই তীন ঈরাং পুজা তৌবা মী, শেল তলগা অতোপ্পা মীদা লাইবাউ তাহনবা মী, চাবোকপদা লাইবগী খবক তৌবা নুপী, মাইবী মখল অহুম, (১) নোংমাই—য়ুমজাউ লাইরেম্মগী খবক তৌবা মাইবী (২) ফুবা—লাই নোংশাবগী খবক তৌবা মাইবী, (৩) শঙলেন—পাখংবগী খবক তৌবা মাইবী

**মাই মৈচিন ওনবা**, মায় ওনবা, মায় লৈথা, মায়রোং য়াদবা, শোয়রবা, "ইমোম তম্পা বাংঙমলোনও বাংঙম নত্তিক নপানে নশাখি অতৌবা কোল্লোয় মতিনমেনবু লীকলাং পাউহোংলগুনো মাইমৈচিন ওনকরোইএ হায়না বাহমখিএ।"—পা: খো:

**মাইল্লৌ কমবা**, য়াদবা

**মাইয়াকনক্কদবা**, মাই (ওম্মোই) হায়ফদবা

**মাই বাচানদবা**, হায়বা য়াদবা, "পলেম থৌত্তিক খোনবু মাই বাচানদবগী মরমনা"—হিঃ হিঃ

**মাক**, লীরুং,—"মঘিম শেল্লোয়না তেংথানা লীরুং মথুংগুবু মাক কৌএ।"—না: ক: কা:

**মাকপা লাংহৈচাম্বা**, খুংচুম্বা,

**মাকপুরৈ উনপোইখোংবা**, ফুরিং লিংপা

**মাকথৈ**, থাবান, তারিখ, তিথি

**মাকলোরেন (ম্যাকলোরেম)**, মম্মাক নিপা, মচা নুপীগী মবা, মচে নত্রগা মচল্লা পোকপা মচা নিপা "মাকলোরেম থাঙথি তাউবুং খোংদৌবনা লুংবান ইরমথৈ লুবাং ইশাই কোন্দবু বাকয়ৈ খোঙওইননা য়াওরৌ শা তাল্লবদা ইমোমবু পাউথেমখোকথিরে কল্লকএ।"—চেংলৈরোম

**মাঙ**, মমাঙ, মায়োক, তুংগী ওন্নতৈনবা মায়গৈ

**মাঙওইনা**, মাঙ থাদুনা, মাঙ থানা

**মাংগোল শাইনোন্নবী**, মাংগোল থংনবী, মাংগোল লোন্নবী

**মাংগোল শাইগং থা**, মাংগোলগী শাইগং মথা, "নপল ঐনা চেংলৌ শক খঙদবগী খুৎনা ইম্ন খেংনা কোইনা বাবৎনরবদা পোইমোম লাইরেম্মনা মাংগোল শাইগং খাদা বাতারমএ"—কৌ: বা:

**মাঙজোং**, চোংতুনা শাম্নবা মশাল্লা অমা

**মাঙজোং চোংবা**, মাঙলোমদা ভৰমথৈ শাম্না চোংতুনা শাম্নবা মশাল্লা অমা

**মাঙ থাবা**, মমাং থংবা

**মাঙ বাই তুংবাইবী**, মমাংতৈদা তৌখিবা অমসুং তুংদা তৌগদৌরিবা খঙবী, লাইরেম্মা অমগী মিং

**মাঙশোক**, য়ুমগী অবাংথংবা নাকথরোম থংবা শক্কক, ফম্মেল্লোম থংবগী ওন্নতৈনবা মায়গৈ

**মাঙশোক ফুজা**, পু অহুমগুবগী মথা অত্তোনবগী ধায়া

**মাঙশোক লাইথংবা**, য়ুমগী অবাং থংবা শক্কক "মাঙশোক লাই থংবদা মৈরা তম্দুম ওইনা বাঙনবী" —সনা লমওক

**মাঙা**, মঙা, মপুরোইবা "লংমাই লাংয়াবী তবামঙানকনা খোয়নৌ মাঙা ইবা ওইবশিংও হয়েং কৌবা নোংগা, শোয়রকলবদা অনৌবা লমওকনহোশে হায়না লাইজা ঈবু চাইনা লাংনা শীংনরম্মে, অদু নোংগীবু ঈরং খোঙাইপালও তৌনা কৌএ"—নোং: চীংগোইবা

**মান্নক থায়াইরোনবা**, মথক্কী মীবু থৌনা ফংনবা

**মাস্থিক**, খুন্নু—"কোবৌ চুমিৎমাদি খুন্নু মাস্থিক তোংত্তেরা মমা পুচেং লৈনৌবীচাপু বোয়াং ৰাশা কোনফৈথক্কী পান্দম্বু পানচুরে"—নু:ক:

**মান্দোম**, লীকলাবিচাগী মচা, থোহদোমগী মনাউ

**মান্দোৱিবা**, থৌবি তাবা

**মানবী**, শনবী, শল অমোম,—"মানবী লী থুদবা নঙ লী থুবো"—স:লমলেম

**মানবী ঈরিকলে**, শংগোম অনৌবা

**মানবী খুচুম কেন্দবা**, নাহা ওংবিবা, মশা ওন্দবা

**মানবী খুদপনা**, খুরু খুদক কুপ্পা, খুকউ লৈতানা খুং লোয়না,—"থোইমোম সনা নখোঙগাদা মানবী খুদপনা মুকমু লৈতোন কোপ্পা পুকম শয়ক্কে"—চে'লৈ:

**মানবী চিগারুক**, শনলাবা, কোক নোননা

**মানবী চীয়েখোন**, শন ৰাইনবগী মচি অমগা অমগা থেংগাইনবগী খোঞ্জেন,—"লোইমোম কৌওইবীদি কাওবেন লাইথে'খোন মানবী চীয়েখোনবু নাচুংঙমদে"—কৌ:ৰা:

**মানবী মতুপ হাওবা শনগুম্বা**, মাগা ৰাইনবদা, মপা লৈতবা শনগুম্বা

**মানবী লীহেপ্পা**, কোয়গনবা বোৈদগনবা শল—"মানবী লীহেপ্পা কাওরেল কোন্দৈবনা থাম্মি নেংকা নেং"—ক্ষৌ:ৰা:

**মানলৌ**, নাহো ফি,—" × × × × × × চবৈ লাকতোপ্পা মানলৌ য়ুনা চৈবা ফিনা শমু ঙক্পা য়েংনা নোমল্লগে হায়না হাওবোক পানবী শুদি লোইদামে থা শিবে"—শলবাও, —"মপারি সেব নরাযণ অহনবু চৈবৈ নাহো শা মাল্লৌ থুপবিনরে হায়দবরা ?"——প.লা:নী:

**মানছোনবা**, ফকুনা 'মনবা পোং ফননব শেম্বা, মেরামত তৌব,—"শক ১০০৯ চন্দ্রাব্দ ৯৯০ ইংতা থা হরাইনা হুল্লে, অদু চুমিংতা কংলা মানচৌনএ"—চৈ:কুম্বা:

**মাবা**, মপু, লম্মাবা, লমগী মপু, লৈমাবা লৈবাক্কী মপু ; নিংথৌ

**ভুমাবা**, তু-খোংগী মপু, খুংনা লামহুনা য়েংবা

**মার**, খোঙ্গল

**মার খোঙ্গুল্লীবা**, মরী মখোঙ থিবা, খোঙ্গুল্লীবা,—মশাবী মতে লৈমদি মালেম খুনফাওমনরকপবু মশানৌগী চে'লৌ মশক উদ্রবদা মাব মখোঙখুনবু থিবগুঙ থিথঙত্রবগী মতোম কৌবা মচীংলেম্নু ইন্দানাথয়ে"—পো:লু:

**মার্জিং**, লাইবংথৌ অমা,—"গুরুগী পেংথোঙ্গগী মার্জিং থোকএ"—"হিয়াংলোই হঙবদি মার্জিংঙ্গ"—ফমজলাম

**মারহন**, মার্জিং (লাই)

**মারাং**, লাং, লানফম

**মালং**, তম্বঙ, অহাঙবা মফম, মুশীং, নোংশীং, "থাবা উল্লেনহীবু চঙহন্দা মালং নোংশীং য়েহন্দা থাম্বী মৈশা লাংহন্দনা তল্লা চাউথোইবা নঙবু নাউযোকপদি শীংঙেন অবেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইবেদা"—হিং:হিং:

**মালং অচিক থেম্বা**, হমাই হুম্বা,—"চৈরৈ হক্তা খোংৱিংদা মালং অচিকথেম ভৌখি শোংগাং নিক"—ধ:লা:নী:

**মালং অয়াঙবা**, মুংশীং অকনবা,—"ছুলাই মথু নেংপু মালং অয়াঙবা চৈবোয়ননা থৌচিনশিববগা"—লা:শ:থা:

**মালং খোঙ্গাওনবা**, শিবা, চোঙলম চাদবা, ডাওচং ফৈচংনবা,—"তবী নঙগী লাইহুই টংবু ভাগ্না খন বা, মালং খোঙ্গাওনবা তিগ্রা থোইশিংনবা, নোংপোক মালং চমথংবন শমু তুংওইনবা শংলৌ নিংনা তেনাবা লাইয়ি পৌ ও লোকনিংথৌগী তেংপা

**মালং চৈরোয়ননা**, চু শাংকী মমাও থানা, য়াঙনা, য়াম্না থুনা,—"অর্জুন পাংগংবনা মালং চৈরোয়ননা হুয়েন লান্দানচিনখ্রে"—বি:প:(মহা)

**মালং নোংলৈয়াং** য়াম্না কপ্প শিংপা মুংশীং

**মালং নোংশীংথোঙ**, নাতোন,—"থোইমোম পাযমা উনগোইদুগী মালং নোংশীংথোঙ শমু য়েংলম থংবদা খোইয়ম লাই নামুংপা অমবু খাম্বী মৈরীক চোংগুয়া চোংথোকলে"—পো:লু:

**মালং নোংসাপান**, সংসার, তাইবং পানবা

**মালং নোংছমপাউ**, মুংশাংনা পুরকপা পাউ,—"য়াংলৈ তাউবা হুইখোংখোনবু লাপনা মালং নোংছম পাউগুম্বু তারবগী"—স:ম:; মীনা ভাঙনবা

**মালং ফেক্সি,** হুংশীং নোংহুম,—শানৌ মতৈ মনাউদি মায়কৈ মতম য়েংনা মালং ফেক্সি ওই থমকোন নোংলৈ ওইখিরে হায়দবরা?"—বীরসিংহ

**মালংবা,** হুংশীং

**মালং মথি নাইনা,** হুংশিং কল্লা শিত্তুনা

**মালং মথি নাইবা,** হুংশিং কল্লা শিৎপা,—"নহাক নোং লাইজা ঈলৈচন্দা মালং মথি নাইদা থমগোন মরাঙ হৌত্রিঙৈগী কোরৌ নোংমদোন অক্তিং ঙাদা চীংঙু পায়মা মনিংসামা সনা তাঙবন ওইমা কমকমলিঙৈদা"—পোঃলুঃ

**মালং য়েক্তা লৈনা,** মর য়েৎলোম লৈনা,—"মালং য়েক্তা লৈমা হৈরাঙ মচা য়াল্লবদা"-চোঃপাঃপাঃ

**মাল্লৌ,** মানলৌ, ফি, নাহোং ফি, ইন্নফি,—"মাল্লৌ লেংহুম নাইনা ইনবিখিয়ে"—নাঃফঃকাঃ

**মাল্লৌ থুপকিনবা,** খঙদবা শাবা, নাহোং শাবা

**মালেম,** লৈপাক, পৃথিবী,—"পবিং লাংশঙ হুন উকাক মায়থোং য়াননা মালেম লৈশেমলকপা কোৰৌ নোংহৌরকপা ইবুংঙো"—হিঃহিঃ

**মালেম অঙানবা,** হুমিং

**মালেম উনবী খুনফাওবা,** লৈপাক মহুংদগী থোকলকপা

**মালেম খিং খিং খিংগারকপা,** লৈপাক্তগী চোংথৎলকপা, হুমিং খোকপা

**মালেম চীং লৈপাক,** চেৰ্কাক,—"মালেম চীং লৈপাক্ত্রসু তবা চউম্মে"—খোঃনোংকাঃ

**মালেম তম্পাক লৈরেনহনবী,** লৈপাক লৈমা,—"পল্লেম মমা শাৎমাবী উপী উরেন পোক্নপী মালেম তম্পাক লৈরেনহনবী"—হিঃহিঃ

**মালেম থৌরৈ লুদা থোংনা,** লৈপাক কোক্তা থোংগত্তুনা

**মালেম লীরি লীহৌরাক,** লৈপাক শেমলকপা, লৈশেমলোন,—"পোইরৈ ৰারমলেন অরুবা লাইজা তরঙ ঈপাক থক্তা মালেম লীবি লীহৌৰাক তাম্মোঙ লেমথোঙ খাঙবরম উকাক লাথা হৌনৰা ৰাৰুমলেন পুমনমকপু পাউত্তাকপীগে"—নাঃফঃকাঃ

**মালেম লীরু য়াকাকলৌ,** লৈপাক ইকোয় কোয়না তৌবা

**মালেম লৈকোয়,** পৃথবী

**মালেম লৈকোয় ফম্তা,** ময়ায় লেপ্পা, নিংথৌ, —"পুমাদেব মালেম লৈকোয় ফম্বগী মশানৌ শ্রী ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা-ও তৌনা কৌএ"—ধঃলাঃনীঃ

**মালেম লৈগা হৌঙৈ,** লৈপাক শেম্বা হৌরকঙৈ,—"মালেম হৌঙৈগী লৈগহৌঙৈগী হেয়ি-ও"—লৌতা ঈশৈ

**মালেম ফুবাকমনা,** লৈপাক্তা উপ্রাক্লনা চিংথুহুনা, লৈপাক্তা উপ্রাকনা তাহুনা

**মালেম লাংজথৈ,** লৈপাক্কী ময়ায়দা লৈবা, হুমিং, থবি শেংগোইরেন অপানবা,—"য়োইময়াই সনা খোম্মদোম থবি শেঙ্গোইরেন অপানবা মালেম লাংজথৈ নঙবু নপন কোরৌ নোংবু খোনবা মালেম লৈবুক্লবা চহু সনা লিনগোইগী নোংপোক মহৌ লৈরাই পাজা নিংথৌ চহুনা পল্লেম পীথাং শিন্না নাউয়োকপীবা মৈ"—হুঃকাঃ

**মালেম লৈ,** লৈবাক,—"য়োংকী চৈগুবু মালেম লৈদা য়ুংনা খৈরমএ অহু নোংগীবু শেলোয় লৌচিং তৈবু কৌএ"—পোইঃখুনঃ

**মালেম লৈখোনবা,** লৈপাক খোনবা

**মালেম লৈঙাকপা,** লৈপাক অশোয় অঙাম লৈতনা ঙাকপা

**মালেম লৈতাফরোই,** লৈপাক্তা তাফরোই (তাকপীরকপা য়াথং ইঙ্গগনি)

**মালেম লৈদা শোক্তা,** লৈপাক্তা শোক্লা

**মালেম লৈবাক কোইবা,** অঙম অথৌ, অচৌ অশাং

**মালেম লৈমায় হনবী,** লৈপাক্তা হান্না তাবা লাহরেম্মা

**মালেম লৈরিংপা,** লৈনদা চঙবা

**মালেম লৈহৌৰা,** লৈপাক শেম্বা হৌবা

**মালেম লৈম্না অঙাঙবা,** সনা,—"মমুম শেনবী কবোনা মালেম লৈম্না অঙাঙববু শোইও কৌএ, চামলৌ লাবু তোংও কৌএ"—নিংঃলম্বঃ

**মাল্লৈ,** লমদোং, শাবন, দারি,—"দারি মাল্লৈ চোংখৎপদা শরোয়না শমলাং য়াল্লে"—হেঙুঃ

**মাল্লৈ কারবা** ,অহন ওইরবা, হমুরবা, চহী য়ামলবা, "পলেম ধোপা মাল্লৈ কারবা অসিবু"—ধঃলাঃনীঃ

**মাল্লৈ চীংওল্লবা,** হমুরবা, অহল ওইরবা,—"ধোবা মাল্লৈ চীংওল্লবা ইবিংঙানা হান্না তিমেন তাজিন থংগে"—ধঃলাঃনীঃ

**মাল্লৈ মরেং চনবা,** হন্থবা, অহন,—"কুমচীন লৈনৌ য়েংহৌনা মাল্লৈ মরেং চনবনা মীকপলে দে"—কুমদমশৈ

**মাল্লৌ,** ইন্নফি, ফি, নাহোং,—"মাল্লৌ লেংহুম নাইনা ইনবিখিয়ে"—নাঃফঃকাঃ ; "মাল্লৌ শূগে"—থঃলাঃনীঃ

**মাল্লৌ মস্লিনফি,** মানা ইন্নবা ফি

**মায়,** মায়থোং

**মায়কৈ,** মায়গৈ, হাওরৈ

**মায় থাঙবা,** থঙবা, থঙনবা, শকথঙ মায়শঙনবা

**মায়গৈ.** হাওরৈ, মায়কৈ, ঘূমগী অয়োইবা শরুক্তা নাকথা অথম্বুং কমেনগী লোয় অনী অমস্তুঙ উগোক-তেন অনীগী মথক্তা তুনা ফৈরিবা উ নত্রগা বা

**মায়গৈ লাংপা,** চিথেক মরিদা লৈবা লাই থুরুম্বা (ঈরাৎ পুজা তৌবা)

**মায়ঙৌ তানবা,** (চেঙ) চোইবা, ঙৌহনবা,—"চেঙ-চা তাম্না মায়ঙৌ তান্না"—অহোঙঃ

**মায়চৌ,** মায়জৌ, পণ্ডিত, অখঙ অহৈ, গুরু

**মায়তা তম্বা,** মায় তাবা

**মায়থোং ময়েং তাবা,** শকফম কায়বা,—"মায়-থোং ময়েংতা চেংলৌ মমায় মক, খৌরি চরম কংনা"—লাঃশঃথাঃ

**মায়নৌ,**—পণ্ডিত নত্তবা, সেবোক

**মায়চৌ মায়নৌ,** গুরু শিষ্য

**মায়মু তোমশোন,** অহুইঙৌগী ফিজেং মগল অমা

**মায়োক য়াঙমদনা,** মমাঙদা থাঙবা ঙমদনা,—"শমু মহকশাংদা তেনপান তুখোঙ লোইনা পাল্ল-বগী অঙাং নাউবা মাযোক য়াঙমদনা অৱ মপৈ লৈ তরবগী"—উঃ(রাঃ)

**মায়য়োক য়ানা,** লাম্বা পানানা, দায়ি পুনা, মায়রোং য়ানা,-"থায়ি মায়য়োক য়ানা কোরৌ হুমিং চুপ্পা হুযেন লান শোক্লববু থায়ি লোংনা হন্না হুযেন লানচেনখিরম্বগা"—ঔঃঙম্বা

**মিকপ ওম্বা,** কপলম্বা

**মিকপ্লবা,**—কপ্লবা

**মিকপ্লয়োবা,** কপ্লচৌবা

**মিকপ্পা,** কপ্পা,—"কোলোয় ইশঙ্গাইদি থাম্বী মৈ-পোকথোকলকলে হায়না মিকপখিয়ে"—থঃলাঃনীঃ

**মিকপমিন্নবা,** কপমিন্নবা,—"মিংকোয় লাইজা ম্লিকমতাউ থোনচেন মোংথাক চৈরোয়মনা মি-কপমিন্নরবগা"—ঔঃঙম্বা

**মিকোন থাগোনবা,** থৱায়মি কৌশিনবদা শকপা ঈশৈ, থৱায়মি কৌশিনবা

**মিকৌরোন,** থৱাইমি কৌশিনবগী মহৈ

**মিথুয়োন,** মাগী মাগী মরোন ঙাঙবা মী

**মিং,** কোল্লোয়, মরামদগী মশক থঙনবা থোন্নবা

**মিং ওনবা,** মমিং হোংবা,—"কমবোং নানৈ কাবা মিং ওনখিয়ে"—নিংঃলম্বূঃ ;—"সনা খোমহানমনগীবু মিং ওনখিয়ে"—নিংঃলম্বূঃ

**মিংথৈখিবা,** মমিং থোনখিবা,—"মোংপোক কোই তয়েং ঙম্বা কোংমু তাগা লানমিংনাই চোইনৌ সনা লৈ ওইনববু কাইনা হুনবা-ও মিংথৈখিয়ে"—নিংঃলম্বূঃ

**মিংচৎ,** খ্বাইনা থঙনবা মিংকম, মিং অক্ষবা

**মিংচৎপা,** ফাওবা

**মিং তিন্নবা,** মিং মান্নবা

**মিংথা লাউবা,** মমিং হায়বা,—"পামেল মস্তিক থা তল্লা মঙন হায়রবদা পামেল মিংথা লাউনা কৌবা ঈরোক লাইচম লান চীংশাং নাপোম শমনা হুংবান ময়ূমনাক্তা রাইথুংলবদা"—হিঃহিঃ

**মিংথোং,** মমিং,—"কোল্লোয় মিংথোংবু অঙাং কোএ" - মিকৌরোন

**মিংথোংবা,** কোলোয় মমিং থোনবা,—"ঙাংবা য়াইথংবদি কদৌ নোংগীনো লাইরেন চুঙশেন ইরান ওনগীবু মিংহোংসে হায়না মারাম পাকক ফাবাও মিংথোংখিয়ে"—শলকাও

**মিংথোন ফবা,** মিং অক্ষবা থোনবা

**মিংনবা (মিংনাপা),** মিং মান্নবা,—"মোমচু মিংপু মিংনপা কামা পেন্নে"—লুঃখোঃ

**মিংনাইবা,** মিং চংপা, ফাওবা,—"লিল্লা অঙম্বা তাংজা মিংনাইবা তৈক্ষ কর্কোট হায়না কৌবা"—লাঃশাথাঃ

**মিংনাইদবা,** মমিং য়াওদবা, মমিং লৈতবা

**মিংনাইদবী,** মমিং লৈতবী

**মিংলেন,** মিংচৎ,—"কোলোয় মিংলেন ফত্তবু চীংঙু ঐবু মিংচংলে"—উঃ(রাঃ)

**মিংশেল কাওলোন,** শকয়েং মিংশেল্দা য়েংলগা খওনিংবা, উনিংবা পোৎ উবা ভবগী মহৈ

**মিংছুনখিবা,** মমিং খোনখিবা,—"মপারিবু খোয়্রেন যুগান থায়রগা কোলোয় মিংছুনাখয়ে"—
ধংলাঃনীংঃ

**মিং হোংবা,** মমিং অমা কৌনবা,— "হেকতাই সৌপোন লোকপা-ও ভৌনা মিংহোংখিএ"—
নিংঃলম্বঃ

**মিৎ কোরি হৌবা,** মিং কোরি এচু মায়া ভাওবা "মমিং কোরি হৌবা তলবা মথা চীকপা"—ঔঃভন্মা

**মিৎকোয় লাইজা ঈকম তাউনা,** মমিংতা মপি ঈরা চেন্না

**মিৎকোয় লাইজা ঈকম তাউবা,** মিত্তা পি ঈরা চেনবা,—"মিংকোয় লাইজা ঈকম তাউ চীংজুম লাইজা ঈফুং খোক্রুম কৌবা ঈইংগবগুম মিকপখিএ"—চিঃহিঃ;—"বৃষ কেতু অর্জ্জুন অনীমাপু কৌনা মিংকোয় লাইজা ঈকম তাউনা মুংশি মতৌ কন্থ লৈতনা মিকপলবগা পম্থৌ মপা মচাবু য়াইবী থবায় মাঙহনবগী ভাংজা লুবেনতোন অজুবু থেঙ্গ ইথুংশুনা মশুং তয়েং খোক্না থুগাইরগে"—লাংঃশংপাঃ

**মিৎকোয় লাইজা মরাও হৌবা,** মিত্ত' পি ঈবা চেনবা

**মিৎচা অশৈবা,** মিৎ থাওবা

**মিৎচুবা,** য়ায়া য়েংজুনতা লৈনিংবা, য়েংবা

**মিৎ খিৎপা,** উবা,—"মেনাংতনবা শা নামুং অঙৌবমুঙ য়াওচিনখিববু চেংলৌ মিৎ খিৎলে"—
চংলাইঃ

**মিৎথাবা,** মিত্তাওবা

**মিৎথোঙ লোনবা,** মমিৎ খুবা

**মিৎ ফিংবা,** মিৎ তন্দন পাইবা,— "পাংগল মতিক উৎনা হনুমন্ত লাইবক খেনলাইথোঙদা নমশা ভোমখিনলমদা খুৎতুম ফিঙাও থিল্লবগা হনুমন্ত কোকয়িকা চেংলৌ মমিৎ ফিংলিডৈদা নীল অথৌববু তম্না বাইরা তেনবাইখিবদা"—লঙ্কা

**মিৎমৈ তোরান থাবা,** মিৎচিনা হাইরপ য়েংবা মুংশি মিৎয়েংনা য়েংবা,—"য়োরবু মীপুক শুনীনা ++++ চৈরৈ মকাকোং মালৌ মীমাওতাক মিৎমৈ তোরান থা খোয়রুম মোমোন নোকনা চীনগোই ঐবু পাউদানরবা নঙ্গম কনানো? 'সনাঃলাইঃ

**মিৎলম,** চীংগৈ—"য়ুহানা মিৎলম ভাকএ, য়ুচেংনা মৈরম ভাকএ, খরানা লাইচিরম ভাকএ, চেংভানা মুংশিংলম ভাবএ"—পুদিন

**মিৎমৈ তোরান চোংবা,** মিৎ চোংবা,—"লৈকাই কৈদা পানশঙ লানবনো মিৎমৈ তোরান চোংডিদা"—হেঙ্গঃ

**মিৎলু কোনা শাজেল্লম,** পিশুম

**মিৎলৈ মায়রৈনবা,**— খোওইদবা

**মিৎম্না তরং লাইজা হৌবা,** মিত্তা পি তরং তরং চেনবা

**মিৎসা ওনবা,** মিং কুপ্পা

**মিৎয়েং উয়োন থীরবী,** মমিৎ ফত্রবী, নিংখিনা উবা ফংদ্রবী

**মিৎয়েং উয়োন থীবা,** মমিৎ ফত্রবা, নিংখিনা উবা ভমদ্রবা,—"চেংলৌ মগুম শোয়বা মিৎয়েং উযোন পীবনা ভোংজেং হিনাউ শাবগী লৈকু খমথেং য়ামনা লৈরাই চুপথৈ হুকপা তুগুম্বু"—
লাংঃশংথাঃ

**মিৎয়েং তাংচুম্বা,** য়েংখিবদা অচুম অচুম্বা উবা ভম্বা--"চীংভু মিৎয়েং তাংচুম্বনা তবা চাকমাংকুমো বাংলৈ য়ুমাংকুনো মালেম লৈঙাকুনো হায়রকএ"
কৌঃনোংঃ

**মিৎয়েং ভেনপাল্লবা,** উরবা

**মিৎয়েং নাউশুমদবা,** মিং ককলা অমতা উইদবা, করিমত্তা ভুমদবা,—"লীচৈ তরানশুনা মিৎয়েং নাউশুমদা খোমলেন ভুমগন্দবা শঙলেন লালুপ কামা ভাকখিয়ে"—বীরসিংহ

**মিৎয়েং নাউশুম্না খোমলেন ভুমগনবা,** ভুমগবা,-"অদোন মথিং কোংভাবনা উরোং মায়থানা খোকলাং ভাইথাওননা মিৎয়েং নাউশুমখিংয় খোমলেন ভুমগনখিয়ে"—চায়ঃ

**মিৎয়েং পাঙ্খ্রা,** মীচঙ মীথায় নাইদবা,—-চীংভু থংপা য়োইথংলেন মিৎয়েং পাঙ্খ্রনা কোরৌ নোংমদোনহনবা নমু কমলম শীনবানডৈনে"—
চোংথাংপাঃ

**মিৎয়েং লাল্লবা,** মমিৎ য়াম্বা, মীগী নুপী নত্রগা নিপা ভাঙনগনবা,—"মিংয়েং লায়ে হায়ত্নুনা খোরিথুন্দা লোই থাই" – চৈঃকুম্বাঃ

**মিৎয়েং শানখৈবা,** য়েংবা, উবা, —চেংলৈ নাউপীগানা খাবা লৈরেন খৈও ভম্পা নত্নইরোন বাংকোন লাইরুবা অতেংপাতি মিৎয়েং শানগৈরোভে"—পাঃখোঃ

**মিৎয়েং শানখৈবা চেংলৌ মিৎথিৎপা,** উবা —"য়াইকুল লাল্লোই তরেৎমনা পোয়মা নাবোল লেঙবনু মিৎয়েং শানখৈয়ে চেংলৌ মিৎথিৎলে"—চাযঃ

**মিতন্না,** মীগী মওং লাকনা শাবা

**মিতন্নাল,** মীথীবোঙ, করিমতা কান্নদবা মী, মীতোকচাক

**মিতম হকপা,** মীনা কিনবা

**অল্রেং শোয়বা মিৎয়েংনা,** মিৎয়েং হৈতবনা

**মিতোং তুপ,** মৈদিংঙু শমৈরাংনা (খৃঃ৫১৮-৫৬৮) খোমলেল তোংবা কৌবা থাঙ অদু মান্না শাখিবা তেম মওঙ মানবা থাঙ অমগী মিং

**মিরুঙাক,** থৌদাবা, পাগোন শীবা

**মিরুতোং,** থৌদাবা

**মিয়েন,** থবাই, মি,—"সনা নমিরেন মিবেন থৌয়াংবনু ইবেন লমলেনলক্কী ইমু ইঙৌরোনগী থরৈ লেমলৈলক্কী তুরেন কৌশুম কৌরাম্নুংগী তাইবং চিংঙুমাং থায়থৎলক্কে"—সনা লমওক

**মিরেন থা,** থবাই,—"শিনৌ লশিং তীনগুম যাতাবীনা মিরেন থানু শংনা × × × মিকপখিয়ে"—ধঃলাঃনীঃ

**মিরেন থানু শংনা,** থবাই মিপাইনা,—"য়োয়নু য়োইহৈ পুন্নমানু মিরেন থানু শং পায়ম। নিংসা সংহোন্নমা" – ঔঃঙম্বা

**মিরেন পাবোৎ লোনবা,** মী মরিমা অশিবা মী পুবা, অশিবা পুথোকপা

**মিশেল খোইবু তোংবা,** ময়াই কাবা

**মিয়েংশেন,** শকয়েং মিংশেন,—"চেংলৌ মিৎকম তাঙবনা মিয়েংশেন শক্লোইয়ে'বগুম"-ধঃলাঃনীঃ

**মীকপখোন,** মীমা কপ্পগী খোঞ্জেন,— "মমোমগী মীকপখোন তারকলে"—হেঙ:

**মীকপ্পা,** কপ্পা

**মীকোক তোংনা পানকবা,** মীগী মথক থোংনা পানবা, মী ময়ামগী মকোক ওইবা,-"বায়েল মীকোক তোংনা পানকরিবা অসিনা করিনো?—গম্ভীঃনোঃ

**মীখন থাই,** মরু ওইবা মী, অথোইবা মী

**মীঙা থোক,** মীবা মীশা তাবা,—"লালোই মীঙাথোক শারেল মীগুংলাংবু য়েলহৈবা লাইবক থেলাই ইবা লাইয়িংথৌ"—কোম্বোঃনোঙ্গাঃ

**মীঙাথোপ মীগুংলাং,** মীবা মীপাউ,—"লালোই মীঙাথোপ শাবেন মীগুংলাংবু য়েনহৈবা চন্থু"—খুঃকংলৈঃ

**মীচম,** অচম্বা মী, হাও অবাম, মুংঙাই য়াইকদবা মী,—"তাইবঙ মীব ওইরবসুঙ নমু মীচমদি ওইঙমলোইএ"—ধঃলাঃনীঃ

**মীচৈ,** শাপ,—"মহাদেবনা শাউদ্নুনা মীচৈ পীরে" মহাঃলৈশেমঃ

**মীচৈখোন,** শাপ,—"ব্রাহ্মণ মীচৈখোন্না লাংওন মপোক থঙলগুনো"—ঔঃঙম্বা

**মীতমথি,** তমথিবা মী, মুংশি হৈতবা মী,—"চীংঙু নোংদমখোনগী থোইমোম মপৌথাবু চেনকদবনা ঔবা নিংথৌ মীতমথি মুকমু লিংচেম কত্তবনা ঐনা পোকপা ইচা ওইনা শেম্মিগবনা মানা করিগী ঐনা কৌবা থোয়রবনো?" – চীংঙ্কাবা

**মীতুকম,** মীহাংকম,—"কেগে মীথাপুং মোইরাং মীতুকম পনম মীয়ানকমদা নোংমনহল্লো"—মোইঃনিংলম্বুঃ

**মীতুয়া,** মী হাংলকপা

**মীতু লাল্লবা,** অতোপ্পা মীগী মতু ভাঙনবা,--"কাওরেন মীশল হুবা নমু মীতু লান্নবা নমু মীহাৎপনু বাযেন মরান মন্তীক কংনা তৌরবদি"—ঔঃঙম্বা

**মীতোকচাক,** কান্নদবা মী, মীরেম, মাখুন

**মীথাদবা,** মীরায়বা, উশিত্তবা, থানদবা, লুনা তৌদবা,—"মুংবান ইথোইব মীরায়এ লুবাং ইথোয়নু মীথাদে"—চেংলৈঃ

**মীথাপুং,** মীহাংকম, পনম মীয়ানকম,—"খুয়োন লৈথোঙ কায়বনু মালেম লৈভাই ঙমত্রবদি ভাংঙোই মীথাপুং পনম মীতুকমদা নোংমহনগে"—মোইঃনিংলম্বু

**মীখিংগাই,** অতোপ্পা মীগী থবক থুগাইবা মী

**মীখিবোঙ,** মীভোকচা, মীরেম, কাম্রদবা অপঙবা মী

**মীলুংকোল,** মী লৈকম

**মীমতোল,** অতোনবা মী,—"নমূ মীমতোন অতোনবশিংবু লানবিরিবা"—লাং:শ:থা:

**মীমথি,** মী কত্তবা,—ওবা মীমথিনা ভকথায়বগী হুযেন লালচেন্নবদা"—ঔ:ঙবা

**মীয়াল,** লান্দা য়েক্লবগী মথূং চন্নবা মী, য়েক্লথনা লান্দা কারবা মায়থীরবা মী,—' করম নোংয়াম মীসা ওই অদোন মীয়াল ওইশিবনো"—থ:থা:হি:

**মীমৌ,** অতোপ্পা মীগী মমৌ

**মীমৌ তেংথা রাইবা,** মী অতোপ্পগী মচা মমৌ পাবা

**মীয়াংচান,** লৌখিবা মী কত্তবা,—"ইবুংথৌ নোংথৌরেন পুমাবা ভুবী মীয়াংচান লাইরেন লাই পাথং অতেংবা"—নিং:লম্বু:

**মীয়ায়বা,** হুলানবা;—"মাকলৌরেম থাংম্নিবা নিংথৌবা নঙদি হুংবান ইখোক্ম মীয়ায়য়ে"—চেংলৈ:

**মীয়ায়মা,** তগুপ তরাইবা মী, মীচম, মতিক মগুণ লৈতবা অচম্বা মী,—'চৌংঙু নঙগী কম্বাল্লাং মীয়ায়মনা চঙভমদদা পোংলাইমনা য়োঁগুমদবা কিয়োং লাইশঙ অসিদা"—হি:হি:

**মীরু মীয়াং,** মীয়াম মরক

**মীরেংবান,** মীগী লেংবান

**মীরেংবান কা মীরাইরেনতোং,** মীগী মকোক মরু থংবা,—"মীরেংবান কা মীরাইরেন তোং পুল্সি লোংশাংনা হাইহৈ লৌহৈনা পানগে হায়বগী কোরো নোংলুপান অতৌবনা লুপা কোনগা চন মালেম লৈম্না কভাঙবনা সনা রাইগা চন্নবনে"—কোন:থাবা:

**মীরৈ মীপুং,** মীরৈপাক, অতোপ্পা মীগী লমদম, -"মীরৈ মীপুংদগী লাকলবদি বা লৈরিয়ে"- চৈ:কুম্ব

**মীরৈহৎ,** ভাংপাৎ তৌবা মী, নমহৎতুনা ভাঙবা বা

**মীরোংথল,** মীগী সেবা তৌবা, থৌগল তৌবা, "নোংপোক পাংকা লানথাবা মুম্ব থোংচাউ ভাকপা শোংথৈ মীরোংথলবু কাইনা হুনবা-ও তৌনা কৌএ"—নিং:লম্বু:

**মীশন কোনথিভম্বা,** শংগোম্দা শন চঙবা,——"অমম তোনবা নারনশি মীশন লাবনা কোনথিতম"—হি:হি:

**মীশিনপুং,** মী শিন্নকম

**মীশুংলাং,** মী অতোপ্পগী মরমগী মীগী মমক,—"লায়োই মীঙাথোক শরেন মীশুংলাংগীবু ওইরগনে"—চায়:

**মীয়ানকম,** মীহাংকম, মীহাংপুং,—"কেগে ইনংথৌনা ঐবু হয়ে কেগে মীয়ানকমদা, মোইরাং মীভুকমদা পনম মীহাংকমদা নোমনও হায়রঙেনে"—শন কাও

**মীয়ৈচৈ,** মী ফুননবা চৈ,—"মীয়ৈচৈবু থাঙলুয়বগা ভুবী মতাইরেম লাললোই কম্নাইবা খৈবিকনা পাউহংচরকএ"—ঔ:ঙবা

**মুক্তাবলী-লাইশঙ,** মিং নাহা

**মুকতু,** পে, "শেনবী পোং নোংচা সনা মুকতু তুমবু কাইনা হুম্লোএ"—শমশোক ঙবা

**মুকমু** শল, লৈতোল

**মুকমু লৈতোল কোম্না,** লৈশি লৈথোম্না.—"মানবী থৃতপ্পনা মুকমু লৈতোন কোম্না পুরুষজরবগা":উ(য়া:)

**মুকমু লৈতোল শেংবী,** লৈতোন কবী,ভাঙশকপা হৈব

**মুকমু হাইমৈচোন,** শল,—'কোরৌ হুমিৎমদি মানবী চকলৈকাও, কাওরেন লেংবা শল মচন হীরাকোংদিশু কামল মুকমু হাইমৈচোনবু .........."—চা:লাই:

**মুকমৈ নারিল শোনবা,** লাইরিক পাবা, ইবা "হেপলী মপা খি লংঙং চীন্দাই শমনা মুকমৈ নারিন শোনবিও"—ধ:লা:নী:

**মুংনবা,** লৌনবা যাদবা, মৈতৈগী হুপী থীবদা মুংনবা অসি য়াম্না কুপনা য়েংনৈ। মুংনবা অসি ঙ্ক মুংনবা মিংগৌ মুংনবন'চিংবা থায়রি।

**মুংনবা মচা,** লৌনবা যাদবনা মুংনবীনা)পোকপা মচা

**মুংক্ষি,** (মমাঙৈঙৈদি থেংগুজমদনা ফি অসি শানরম্বা) কী মথল অমা, লৈরম,—'থৌহু নুংপাক থক্তা মুংক্ষি লৈরুমনা কাগং লৈওইননা বাঙনবা চম্ব"—মোই:নিং:লম্বু:

**মুংবী (মুংপী),** ভুরেন লৈরাই, থোয়দিং, লবী (শেল্লোয় লংমাইনা হায়নবা), "ক লৈ মভাইমভি

মৈতেংগু শেনপী থাকেম্পনা তনমু কৈনা লাম তনহাউ চনেংননা তুরেন মুংগী কৈনা থিংনা থোংলেম নেমনা শাপাত্তি পোইরৈ খুনচামানা লান্না থোংনে" কংলৈলোন ;—"লৈরাই মুংবীথক্তা ভাইখমখিও"—চায় ;—শেল্লোয়না বাহায়না লংমাইরা তেংথানা লবীবুদি মুংবী-ও তৌমা কৌএ"—নিং:লম্বু:

**মুংবীতুং,** মুমনীং,—"মমুম হৈরেমনা অশৈনা খুল্লারা তেংথানা মুমনীংবুদি মুংবীতু'ও কৌএ"-নীং:লম্বু:

**মুংয়াম্বা,** মৈদিংগু চলাম্বনা নোংবাল্লোন লম্ফেল ওবী পাম্নতুনা পোকপনি, লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মপাবুংনি, খৃষ্টগী শতাব্দা তবাহুক্ক শুবদা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ

**মুংনা খাল্লা,** থোং থোংপা

**মুচুম মুনা,** মুস্তুক মুনা

**মুশি লাইফৌ,** ফৌ মখল অমা

**মুরা নিংথৌ,** উমংলাই অমা,—"গুরুগী মমিং য়েত্তগী মুরা নিংথৌ থোকএ"—"মাইশুল লাকপদি মুরা নিংথৌনে"—কমলোন

**মুরাবী,** উচেক মখল অমা

**মুল্লুমফি,** ইন্নবা ফি মপান লোনবা জাং অমা

**মৃক,** লাইবিক ইনবা কালী

**মৃকতম য়েকপা,** মুনা মগম মকমদা ইকোয় কোয়না য়েকপগুম য়েকপা,—"ভুগী হৈনা লৌ লাইরেন হৈকোয় শা মুকতম কোইজা য়েকনা ভুবী কৈনা লৌ য়েকপু য়েক শোযদরবগী লাইরেন নাউকংবদি ভুবী হরাউ পোইগবে"—নিং:শাবা:

**মুক থিনবা,** মুক নম্বা,—"অয়াম্বদি মুক খিন্দুনা থাদোকএ"—চৈ:কুম্বা:

**মুকনা,** মী অনী ফি পায়নরগা অমনা অমবু থাননবা ( ভুহল্লগা মথক থংননবা ) লাল্ল ফানতুনা শাম্নবা মশাল্লা

**মুকনা যাত্রা,** মুকনা শাম্নবদা খ্বাইবু থাবা মী

**মেতু লোইখোম্বী,** ডাওবম নিংতোন, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মনাউ ইবেম্মা তমলেনখোম্বা মধুচন্দ্র মহারাজগী মমা,—"থয়োয়রোন মেতু লোইখোম্বী পাযমা সনা লিনগোয়গী নমু মৈদিংগু তমলেন খোম্বা ও তৌনা কৌএ"—চা:লাই:

**মেন** কংলা, কংলা তুরুং

**মেনখু ম্নাইখু,** হী নাই

**মেনখোম,** নাউকম,—"মেনখোম কৌবদি নাউকমনে"—কম্বাল্লোন

**মেন খোম্বা,** চিংশাই মহারাজগী (খৃ: ১৭৪৮-১৭৫২) মিং অমা,—"সনা লৈবাক পুমনা মাম্নতুনা নিংথেম মেনখোম্বা × × × ভাম্বোকএ"—চৈ:কুম্বা:

**মেনখোম্বা খাগী লাম্বা,** চিংশাই মহারাজ

**মেন্দংচা,** কুরাক,—"কুরাক মেন্দংচাবু থুগবরা থুনবা লাং"—সনা লমওক

**মেল্লা তাইনা,** পুকনীং লৈতানা, ভাব তানা

**মেন মেনবা,** শক্তিবু লৈখুন ফুনবা,"শক্তিবু লৈখুনফুনব হাযবদি গুরুনা থা ভরানিথোইমক অসিদা কত্তবা লাই হিংচাবা করম্ববু অহোবা অসিদা কারনভনা তাইবং মী নমু পোং কবম্বদা চঙ্গনি হায়বগী শক্তিবু লৈখুন ফুনববু মেন মেনবা কৌনা মিংথোনখিয়ে"—

—মশিন

**মেন যাত্রা,** শা লান চংলমদাইদা (মুমিং থুদিংগীমু) ওসি শিনি শিরোই থঙনবা শাজেল

**মেনাং,** হামেঙ

**মেনাং তনবা,** হামেঙ লাবা,—"কাওরেন শনকাং চোই মেনাং তনবা চীরৈ চিংনা কাকং পোংতোংয়ান, তরেং শেনপুন শেম, তেংনৌ য়োংপুন শা"—না:ক:কা:

**মেনাং তনবা খুয়ো ভামজো ছনবা,** কাওনীংক ওবা তাউথবা

**মেনাং তনবা তুয়ক থায়,** হামেঙ লাবা কজবা

**মেনাং তনবা তুরেং কাই,** হামেঙ লাবা তুজোম্বা,—'মেনাং তনবা তুরেং কাই অত্তৌবনা লমওকপুং"—নিং:লম্বু:

**মেনাং তনবা শিওইরম,** হামেঙ লাবা শিথিবা মকম

**মেনু,** মাহি

**মেনোং,** খুদোন পোং, থাঙ—"চীংগু ঐগী চেংলৈ বাংকোনলেন অসিদা কদৌবা মেনোং থাঙ শারবনো" তুতেং

**মেলৈ,** লৈম্না, উরৈ জাং অমা, মেলৈ লৈম্না লোংজুবা,—"মেলৈ লৈম্না লোংজুবা মদাইরেম ভাইতল

অমে নিংঙোনস্থ থাদৈ মরোঁপান্দা পানবা নৈ"—
লৈরোন

**মেল্লোং**, খুদোনপোং

**মেলৌ**, চবান, ঊয়াংপা

**মৈগা চেনবা**, মৈ থাবা

**মৈচেন্নবা**, মৈ থাবা, মৈ চাকপা,—"খোইরোম মান্দোম অনীমকনা য়াওরো শা নাবদা চকমোম থাবী মৈচেন্নরে"—চায়ঃ

**মৈচাউ**, মৈ অচৌবা,—"মৈরীক মৈচাউ য়াইওই মৈ"—মৈঃতেংখাঃ

**মৈক্রেং**, মৈ, থাবী, চকমোম,—তম্ফা অমাংবীনা ঈশিং তমলেন মুংশী মৈক্রেং খানিকনা থাওরো থাওশেংননা কাওরকলে"—সনাঃলাইঃ

**মৈত্রেমা**, মৈতৈ লৈমা, মৈতৈগী মহারাণী,-"নয়োন মৈত্রেমা লৈম্নুং য়াবিরোক চখা হুয়োন পিরোন য়াবী সনা লিনগোইগী তুবী য়োইনোংজা নোংদা লাইরেন পাখংবা-ও তৌনা কোএ'—চাঃলাইঃ

**মৈতিংঙু**, মৈতেংঙু, মৈদিংঙু,—মৈতৈ নিংথৌ ;—"কংলৈ মতাইমাতি মৈতেংঙু থাংপাই শেনহোং-পাদা অহোঙ য়োইথোনপুং,' কংলৈলোন

**মৈতেংঙু**, মৈদিংঙু, মৈতিংঙু, মৈতৈ নিংথৌ,—"মঙানপু মৈপুনকুমনা ভালে হায়পাকি মৈতেংঙু কোএ"—খুমুংলোন

**মৈতৈ**, পোইরৈ, বাংঙম

**মৈতৈলৈমা**, মৈতৈ নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা, মৈত্রেমা, মৈতৈগী মহারাণী

**মৈথাঙ লোম্বা**, মচা মশু মুংলবা

**মৈথৌ**, মৈ চাকহনবা

**মৈদিংঙু**, মৈতিংঙু মৈতৈ নিংথৌ,—"মৈতৈ লৈমা নোংবান্নোন নিংথৌ পোকপী সনা লিদোইগী নমু মৈদিংঙু পুরান থাবা-ও তৌনা কোএ"—চাদ লাইঃ

**মৈদিংথৌ**, মৈদিংঙু নিংথৌ, মৈতৈ নিংথৌ,-"কোরো নোংথৌয়েনও লাইরেন থাংথা মৈদিংথৌ সনা নম্নিরেনবু"— সনা লমওক

**মৈনা য়াই**, তাংনাশম, মতুং ইন্না, অমগা অমগা মথং মথং শন্নবা,—"অসিগী মতুংদা মৈনা য়াই তাংনা শমনা ইরাং পুরিকলাই তেনহৈবনা পান্নে"—
মোইঃনিংঃ

**মৈনা য়াইনা**, অহন্নমন্না তৌরবা মথং মথং চথরকপা

**মৈনঙং**, থুগাইবা, চাইথাইবা

**মৈনাইবা**, মমৈ পানবা

**মৈনিন তোংলুক চনবা**, মৈহম উতোং পানবা

**মৈনীং কুম্বা**, চাবোকপা, চাবোকপগী মম শেংখ্রিবা কাওবা লৈবা

**মৈনীং হিম্না**, মৈনীং কুম্বা

**মৈবা**, মা অকংবা মচেৎ পন্নাদা উদা চিংহুনা মৈ লৌনবগী পথাপ,—"থাংগি অহোংবীনা ক্রুমলেন মৈমাইবমু মৈতং মৈবা খোনমু মাচুংওমদে তোপনা হুলানওমএ"—কৌঃমাঃ

**মৈবা চিংবা**, মৈ হৌনবা তৌবা

**মৈবা য়াইগা চনবা**, মৈবা চিংবা,—"মৈওং থাগথা মৈবা য়াইগা চম মৈয়েং থকখোন খুৎশী তৌরাই চিংনা চকমোম থাবী মৈন্নোহনগে তৌ কুমলবগী,'—তুতেংঃ

**মৈবী**, মৈ

**মৈবী তোংহুম চনবা**, মৈ উতোং হুবা

**মৈবী থিংগামনা**, মৈবী পাইবওমা

**মৈবী হান্দোংবা**, লাইনিংথৌ সনামহি, মৈদা হান্না লৈরমবা.—"খোনাং ময়াম্বগী খোমলেন মঙলান চান্দা থোয়ম মৈবী হানদোংবনা লাইয়েন ইনোং য়াই-ও শংলৌ নথোয়াওনা নমু ঐদি পুক্নীং হয়াও-রে'"-- সনাঃলাইঃ

**মৈবুন**, মৈ মতুম

**মৈবুন হাইজাউ থানবা**, মৈবা থান্দুনা চংপা

**মৈবুন হাইজো** মৈবুন অচৌবা

**মৈমতোম্বা**, মমৈ লোম্বা,—"লাইরেন মৈমতোম্বা লুথুপ পানফোয়বা থানৌয়োয়হনবা"—চাদঃলাইঃ

**মৈমাঙ চনবা**, মৈ থাবা,—"লুংবান থুমী মৈমাঙচন শাইবু মৈতান পকপবু য়োন্দনা তানফংলকনে"
—পোনবী লুবাওবা

**মৈ মুৎতা**, মৈ চাকপা লোইদবা

**মৈমুৎ তানবা**, মথৈ কংবা

**মৈমু তোমশোল**, মাইমুতোমখোন, কোক্তা থেৎনবা শমজিল

**মৈরম**, খা নোংপোক পাংবা মায়গে,—"মুহানা

মিৎলম ভাকএ য়ূচেংনা মৈরম ভাবএ"—পুদিন
**মৈরি,** চাকথংলকলিবা মৈগী মথকলোমদা কাপৎ লকপা শরুক
**মৈরি পলওইনবা,** মৈ ইকোয় কোয়না থাবা
**মৈরি পোন্নাথেম,** মৈ থাবা
**মৈরিংবা,** অহিং শঙবা, মৈ হোৌবা,—"লৈপাক বাথোকলবগা কৈরোইনা মিৎশেং মৈরি'এ"-কমঃ
**মৈরুং,** মমৈগী ছোৌকম, মমৈগী মরু
**মৈরুং কাওবা,** মমৈ থেরুংপা, মমৈ থাংগৎপা
**মৈরূপ ভৈনা** থোয়রাং থোয়শাউনা,—"পোংংদি থোকখিরে সাপিনা লম চিংথরে, অপানবনা মৈরূপ ভৈনা মপুক কয়াওনা ভাইরমলে"—ক্রথোং লমঃ
**মৈরেল,** মমৈ অচৌবা, লেঙবা য়োংশবি
**মৈরোম্বা,** মমৈ লোম্বা
**মৈশা,** মৈগী মনিন
**মৈশা তানবা,** মৈ থাবা
**মৈশুং,** মৈবা চিংবদা মৈ মরি য়ানবা মকুম—'ক্রমলেন, মৈনাইবা মৈশুং শেম্বা মৈবা তাউবদা তাংথাথ"—'ক্রমলেন কৌঃবা
**মৈ শোনবা,** মমৈ ভেনবা, মমৈ কৌবা
**মৈহনবা,** অশাংবা
**মৈহন্নবা,** কাবা
**মৈহুৎ,** মৈখু
**মৈহুম মোরোক,** থঙহোৌদনা খুদোংথীবা থোকলকপদা কৈ চনবনচিংবদা খুম্বাং মৈনা খুল খুন্দা চংপা পাউ অথুবা
**মৈ হোৌবরোন,** মৈহোৌরোন, য়ুমজঙবা, পারী পুরী ইবা লাইরিক,—"(শক ১৬৬০ ইঙেন) ১০নি ঈরাইদা শলাই ৭ মাগী মৈহৌবরোন ইহোৌএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**মৈহোৌবরোন য়ুমজঙবা,** পু নাহা অহল নাইনা মথং মথং ইথবা শাগৈগী লাইরিক,—"পিবাগী মৈহোৌরোন য়ুমজঙবদা লৈরবনা চুমে হায়দুনা লোইখি"—চৈঃকুম্বঃ
**মৈহোৌরোন,** মৈহোৌবরোন
**মোইকাই (মোইগাই),** চীনবান
**মোইগাই ভাওনা হেলবা,** চীনবান ভাওনা নিংখিজবা,—চীনবান মোইগাই য়াংপু শাবন তন্নান হৈতুম ভাওনা হেন্নে"—বিরাট পর্ব্ব
**মোইগাই য়ারেল,** চীন য়া
**মোইচেং,** মোইবুং মচেং,—"য়াংলৈ মরৈমাবী লীকোন চাদরৈবী মোইচেং নাশিনবীবু মোইমিং লৈচুনবা চন্থ"-চাদ লাইঃ
**মোইভানগী থোঙ,** থূন
**মোইথেম,** অতোপ্পা অময় ভেহন্নবা য়াননবা হোৎনরিবা, "শক ১৭৭৮ শজিবু ১০নি য়ূমশকৈশদা ভেখাউদগী শাহ্ অমোম মোইথেম অমা থৃংলৈ"—চৈঃকুম্বাঃ
**মোইদোন (মোইনীং) কাওনা,** থূনীং কাওনা "তকনীং কাওনা মোইদোন (মোইনীং) কাওনা লোইমোম হনা কুরোন হনা"—অহোঙঃ
**মোইবা,** মাইবা
**মোইবী,** মাইবী
**মোইবুং,** চীন্না কাযদুনা থোংনবা যন্ত্র মথল অমা, "থীকলেন মথানুংনা মোইবুং ভানোয় মানবযু ওইনা শানওনখিয়ে"—হুমিৎ কাল্লা
**মোইবুং শাদানবা,** মোইবুং মওং মানবা, মশা নোয় পেনবা
**মোইরাম্বা,** মৈদিংঙু খুম্বোম্বগী মথংদা পানখিবা মচা ইবুংঙো (খৃঃ ১২৭৮ ১৩০২)
**মোইরাম্বা চন্থু,** মৈদিংঙু মোইরাম্বগী নিংতোন, মোইরাং নিংথোগী চন্থ, মোইরাং নিংতোন, "নয়োন মৈতৈরেম্বা ইবাংলোন কেগে মোইরাম্বা চন্থু লোইবী ময়োন তঙী"—নিংঃ লম্বুঃ
**মোইরীক,** মোইবুংনা শাবা লীক (লৈতেং)—'লোইবী লৌতৈ থৌরাই মনিংথৌ চারারেংগা চদোং লমলাই মরৈমাবী চীংশাং মোইরীক নাশিনবীগা"—চাদ লাইহুই
**মোইমিং,** মিং
**মোইমিং লৈচুনবা,** উ কাদোংদা য়ানবা,-"কাকলেন ল'ম্বোয়াঙপু মোইমিং লৈচুনাম্বে"—কংলৈঃ
**মোইমিং লৈচুবা,** মমিং কোথোকপা,-"থামরন চৌকা মিংনাইপাপু মোইমিং লৈচুনৈএ"-কংলৈঃ
**মোইরি মন্থুম চন্থু,** খুয়োনথেম মুংথোম নিংতোন
**মোকাং শক্ক,** থবানমিচাক চিত্রা নক্ষত্র
**মোংবা,** (১) শেলাংদগী হেন্না পিকপা উচেক

লাং অমা,—উচেক অসিনা মুমদা চঙলবদি কত্তবা খুদমনি হায়বনি (২) মুখ—"অহিং মুখক মরিগুনা নরান মোংবা নম্লিম নাক্তা থোথামলে" —উ(রাঃ) (৩) তুরেন,—"কেগে হেম্বু থরোনচা মোইরাং মাখী শোয়শেনববু কাইনা হুমকওঁদা অদোন খিংলৌ নিংনা তেরকপদা মোংবা তোরৈমা লৈরাই মুংবী খঙা খুঙান হেমথু কানাইচা × ×"—চাদ লাইঃ —"পামেন উপাক ভংখাই ওইনা তুরেল মোংবা ঈবু কৈনা খিংনা নমু পোংবু চংমগে হায়দে।" —হিজন হিরাউ, —"শানৌ ইচিন ইনাউদি মোংবা অমরক তু ভেংহোসে',—ভুভেংঃ

**মোংবা ঈ.** তুরেল

**মোংবা তাজিন খুরৌ য়েংপা.** লোংক্রৌ য়েংপা (চনবা)

**মোংবা মরানয়ায়,** মমুম

**মোংবা মশাইকোন,** মুম, মমুম,—"নোংমায় শিখোং নিংথৌবগী মোংবা মশাইকোন্দি কদায়নো"—চায়ঃ

**মোংবা লৈরাই লামথরৈ,** লাংথে্

**মোংবা হনবা,** উমং লাই অমা, মহাবলী উমং অমসুং মচুগী মনাক্তা মখা পাংবদা লৈবা ইরেন অমা,—"গুরুগী নাকোং য়েত্তগী মোংবা হনবা থোকএ"—"বাংখৈরাকপদি মোংবহনবনে"—কমলোন —"শাদোকপম শাইপুগী কুম শক ১৬৫১ ইঙা থা ১৬ নি লংমাইচীংদা সনা কৈথেন্দা মুংবা নুংবু হমু মানগী মূর্ত্তি শানবা মোংবা হনবা তান্না চিংশিল্লে" চৈঃকুথাঃ

**মোংবা মুমদাংশাং,**- মুম, "কথোং ইপুংয়ামবু ইরান মোংবা মুমদাংশাংবু য়োদনা য়াংলৌ লম্মথাও অসিবা নোংমজগবরা থঙদে"—চেংলৈঃ

**মোংবা মুমথুম হাওদনা,** মুম অমতা চিথদনা, মুমথোং খুদিংগী

**মোংবা মুমলেন,** মুমজাউ,—"তাউত্তবনা মতাং তেল্লে, নরান মোংবা মুমলেন য়ায়দা য়াতারমগে" কোঃবা

**মোংবী চাংতাইরেন,** কৌএ চীং,— "কৌবা অঙাংঙা-ও লাইরেন ঈচীন ইনাউদি লাইজা ঈনা ওমলবনিগীনা মোংবী চীংতাইরেম্বু ইন্দাহ্নকপনে"— ভুভেংঃ

**মোম,** মচাম্নুপী, ইমোম,—ইচা নুপী, নমোম,- নচা নুপী, মমোম-মচা নুপী

**মোমনু,** নুপী,—"মোমনু চীংঙু লাইবক থীবী ঐবু মুমিং নওগী বংশ শাগেরেন্দা নানৌরেকপী মহাকনে।"—বিরাট পর্ব্ব, —"মোমনু ঐদি করি ওইরসিননো ? -থঃলাঃনীংঃ

**মোমনু খুজিন শোজিন লাই.** অঙৌবা পকপা লায়না, অহোরাই, "—মপাম লুবাং লাই থোয়বা লাইয়েক লাই লাইপাউশা মোমনু খুজিন শোজিন লাইবু লাইকোকনে"—চাদ লাইহুই

**মোমনু তাল্লোয় মরুখী,** মতু,—"মোমনু তাল্লোয় মরুখীগী শমলাং তোনচিংনরবগী"—উঃ(রা):

**মোমনু থোইনা ইথোকলক ভুরা লাংজেং ইকারকপা,** চাউবা হেল্লকপা

**মোমনু নুজা,** নুপী

**মোমনু নুজা ওইবী,** নুপী ওইবী,—"নুজা মোমনু ওইবীনা থংলেন মন্না শিরবগা মোমনু হমু ময়াই কায়ে"—চরাইরোংবা খুনগুম

**মোমনু নুজা মঙং মানবা,** নুপী মানবা,—"মোমনু নুজা মঙং মানবশা ঙাইরখিও"—চায়ঃ

**মোমনু য়াওরা মশীং শুরবী,** গর্ভ লৈবা কুমথা শুরবী নুপী,—"মোমনু য়াওবা মশীংঙ চকমোম তেমশাঙ লোনবী লোইদাম থাবু ফাবীগা।"— নাঃকঃকাঃ

**মোমনু য়ারা শিলকাপলি,** হুরন্তি

**মোমনু য়েনপোৎ ইথৌরাং য়েলাং ইমঙদম,** ঐনা থৌরাঙ তৌজবা

**মোরা,** শগোল অঙৌবা

**মোরিময়ুম চন্দু** খুয়োম্হেম মুংথোম অনীগী নিংঙোল,"—"মোরিময়ুম চন্দু হায়পতি খুয়োম্হেম মুংথোম অনীমানে"- পেল্লোন তেংথা

**মোরিয়া কম্বালচা,** মমাঙৌদা পায়বা নিংথৌ অমা,হঙোই, —"হে মোরিয়া কম্বালচা ঐবু হি খরা লানবিয়ো"—হেঙ্কুঃ

**মোল্লাং,** মোন,—"মাংগোল খেঙ্গংদা শামুক মাঙদা থা মোল্লাং য়ায়দা চন চরৈথঙা থোংনা কত্রং লংনা তরেংনা অঙাংঙবা চীংলাই শা অমুবা কো-

শীচেন য়েত্নম পুমিং থিল্লিত্তৈ"—হেরু:

**য়োল্লাং তল্লাই,** য়োন

**য়োল্লাং তল্লাই থাবা,** য়োন থাবা,—"চৈরৈ মাকু তৈ য়োল্লাং তল্লাই থানা মমান মচাবু ঙাইঙমখিএ" —শলকাও

**য়ৌ,** য়ুম নাইরবী ভূপী

**য়ৌবী,** অপীকপা বা মথল অমা,—"থাংই কৌপোম তা য়ৌবী পোংসাং য়ানগুম য়ান পুঙ্গুং চংবী লক্ তুপকুম তুপকে"—ঔংবা

# য

যাত্রা, য়ুমগী মফ ওইবা য়ুবী, মুকনা তকথংনবী শান্নবদা থাইবু থাবা মী, মুকনা লাম্বা লৈত্তবা মী, লম চংকদবগী খোঙশানবা

**যাত্রা খোঙশানবা,** যাত্রা তৌবা

**যাত্রা খোশাল্লকপা,** যাত্রা তৌরকপা

**যাত্রা তৌবা,** খোঙশানবা

**যাত্রা পাবা,** য়ুমগী যাত্রাগা মায়োক্নবা উখোঙ

**যাত্রা পুবা,** লুহোংবগী লাই তিনগী পোচ্চৈ পুবা মাঙ ইথং থংনা চৎপা মী (যাত্রা পুবী)

**যাত্রা পুত্রা,** খুলামখা অহানবা

**যাত্রা পুংফম খেনফম,** খোঙশানগদবগী মতম

**যাত্রা হুনবা,** য়ুম হৌবা

# র

**রাহু,** গ্রহ অমা,—"পেং থোঙবগী রাহু থোকএ" —কমলোন

**য়োসো,** মৈদিংগু লোইয়মগী হাত্তক্তা লৈরম্বা কিশাবা হল্লবা,—"য়োসো কিশাবা হনবনা শংদিং কিহৌ তম অত্তাত্তবা থাগা থা অশংবা থক্তা খোং য়েথানবা য়ায়দা চন মকোং চিদাইথোম অমুবা মুতুম থিন শীংখন চাজুমখোক উদ্রিং লোনয়াবীচা য়িমশানা চরৈ নিংথৌ কিবু কোয়ৌ হুমিং শীংবুম চক্কমত্তনা চরৈ কি শান্নবগী"—নিংথি শাবা

# ল

**লকতরোই নোংথোইবা**, পূকনীং হুণ্ডাইতনা মতম লেনবা

**লক্রোই নোংবু শাংনা**, হুমিং কুইনা,—"মমোম বাংঙমলোনবু অমন পীথোমলবদা পামং মপুংম্বায়দা লক্রোই নোংবু শাংনা নোংথোইরবদা"—
নাঃ ক. কাঃ

**লকা**, থঞ্জিন, থমোয়,—"পিবেম ঈক্ষম তাউ, মিংকোয় লাইঙ্গা মরাঙ হৌনা মপা হু'শি মৈনা থমোয় লকাঙ্গুংদা হুংশি মৈচাক ফংলবগী পিয়েম ঈচেল চৈরোয়ননা পাওমেল্লকএ"—লাং:শ:থাবা

**লগন**, লগ্ন, রাশ ওয়ানিথোইগী মঙ্গংদগী অমগী খেনক্ষম "লগন মতম ক্ষবগী খেনলেন য়াইক্ষচৈরোইননা হুয়েন লানশোকক্ষমগী তেংগোন ক্ষমপী মাওতা বাই-থুংলরে"—লা:শ:থাবা

**লগন চৌংলাইতম**, মকর লগ্ন,—"লগন চৌংলাই-তম মহেস্রি পুংজা লাকনা পুমুং বানকক ফিনু হৌনা চৈরে ফিশা তম্মে"—নিং:ফি শাবা

**লং অহিংবা**, চাক মেত্তবা লং

**লঙজা**, অয়োন অরান,—"মচা মানা পোকপগী লঙজা অয়োনবদি পম্মৌ ঈছনবিবা মপানা ফত্তা বারৌ লিংচেনম্নুং হৌনদে"—লাং:শা:থাবা

**লঙজা অয়োন**, অরান অহই, দোষ, মরান,—"লঙজা অয়োন ঙাকপীও"—ধ:ল:নীং:
"শ্রীরাম লাইঙ্গিংথৌনা সীতা লাইরেম্মগী লঙজা অয়োন থঙলূদনা বাল্মীক মুণি বন উমংলেন্দা থৌ-শীখিরবদা লবকুশ অনীমকপু নাউনৌরুইএ"—
লাং:শ:থাবা:

**লঙজা অয়োনবা**, মরান, অয়োন অরান,—"লঙ-জা অয়োন বাবু করি লৈবগী তৌশিকনো ?"—অশ্বমেধ,- "লঙজা অয়োনবা খৈবিকপু লীকলাই সনা থুয়াথানা ঙাকপীও—উ.ঙবা

**লঙজবা**, অয়ানবা থবক তৌবা ; লানজবা, —"লঙজবা বারৌবিগুনো"—ধ:লা:নীং:, —"থুনয়ায় নেংশিগম্নু লঙজরে হায়রে"—চৈ:কু:

**লংচা, লংজা**, লং মচা

**লংদোমফি**, ( মমাংঙৈদা কোংবজমনা শানরম্বা ) ফি জাৎ অমা, লংদোমনা শাবা ফি,—"কোংবজম নঙদি লমদোমফি শাউ"—লোই:শিন:

**লংফাই**, ঙোবোং, অফাইবা লং

**লংমাই**, শেলোয় লংমাই, থুন অমগী মিং,—"ননোংয়ায় ঐদি শেল্লোয় পফোংলকলে, লংমাই পনশিংলকলে"—না:ক:কা:

**লংমাই অপানবা**, লাই অমগী মিং,— "মচুদি বাউনা ঙৌএ, মমিংদি লংমাই অপানবা কৌএ"
হুং:অচৌবা

**লংমাইচৌং**, নোংমাইজিং, নোংমাইজিং চৌং, -"২৮ নি লংমাইচৌংদা নিংথেম থুংলৈএ—চৈ:কুম্বা

**লংমাই তেংনা য়িমগাবা**, নোংমাইজিং চৌংদা শেলোয় লংমাইগীদা য়াওং ইন্দুনা য়ুম-কৈ পান্দুনা লৈবা

**লংমাই নিংথৌ**, নোংমাই নিংথৌ

**লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চৌংশোম্বা**, পাম্বেইবাগী মশাবি নোংপোক নিংথৌ

**লংমাই পনম লানয়ানক্ষম**, শেলোয় লংমাইগী মীহাংক্ষম

**লংমাই মথলমা**, শেলোই লংমাইগী (নোংমাইজিং চৌংগী) লমঅমা

**লংমাই লৈহৌমাইবী**, পুরৈরোম্বগী মাইবী অমা

**লংমাইলোন**, শক্ত শোম্নবা লাইশোন অমা,—'শিংথাংবম নঙদি লংমাইলোন শকও"—লোই: লাই:—লংমাইরোন্দি :—চৌংথোঙ য়োইরোকী চা-লনপা, লাইরেন মৈত্তিংথৌ, লোকমাই থাপা

নিংথৌমুঙ তরামা, থমং থাপা নিংথৌমুঙ তরামা, উলেম থাপা নিংথৌমুঙ তবামা, ' নিংথৌ তরামকী মথক্তা ময়াব কোয়লেন তম্পা নিংথৌ নীকলাই ঋাংকোম লৈমাচা ঋাংকোন নিংথৌ ভূপী থমং লোকমাই খায়এ। লাইচা ঈ লাইপন তুরেন মুংপী মাতেক-থাঙথোং লাইরেমাপাক্তা হেন্না পানকবা ও। লাইবেন নঙগী নয়ম কোপা লম্মহন, লোইপী চীংশোং খুনঙম লম তুংখুম্রাকপা লাসোং ভাউপা ভাউপা কোপা হুইমিংনপা, শেলাং কোপা লাইমিংনপা মেনলৈ কোপা কানচারেম্পা কানা লম, কোপা লম্মহনপু চৈনমতা য়োয়ময়াই তাউতনপা থাপা লাকশিন্নবা লোয়নলিডে সনা থোম্মতোনতি লৈচাহনখিস্তবো ॥×॥ নম্ব মৈতিংঙু লাইরেন উরাকোম্বোপা হৈহাউ যুতথেন ঙাচেং চীথেনকাপুং শিনৌ নমথোঙ থেস্তা থেল্লেন হুলান য়াইনে ॥×॥ নম্ব মৈতিংঙু লোইনাই থবানথাপা থেল্লেন মলানয়ায়নে। নেমনা কাপলপতি নেমনা শি ঋাংনা কাপলপতি ঋাংনা শি। য়ায়তা কেল পতি পোনপী চীং চরোয় অমুপা লাংলেন কোঙয়াং ঋাতোনথক ঋাশা থনকৈ থকী কাপথথেন, মুহু খুনঙমথেন লাংসেৎ মিনাইপা কানা থেন থেল্লেন হুলান য়ায়নে। ×॥ নম্ব মৈতিংঙু লাইরেন শেনপী থাকেম্পা মলানয়ায় ঙাংচে চীংমথক্তা পুংমা থোল্লে। পুং মথক্তা থেনমা থেৎএ। থেন মথক্তা শঙমা শা শঙ মচ্চুংতা তরাবক মাইরেম হৈরাঙ মথেন তৈ, তাউচীং হৈমা চারপতি য়াকুমথেন, ঙাইরোং শিংমা চীকলপতি লৈশাথেন, তনবা খুমাঙ কোপ্পপা কাওরেন লাটথেং কম্পনা পাথৌ শেনকোইথেন তনপা থুমাং কোপনা কাওরেন লাইথেং কম্না, পাচেঙ থোম্মা থোইপা ফীরান নাম্মথক্তা নাম হেনপা, পানবা কৈশকপা কৈরেন তেংথাপনা হেকঙাই পাউথংথেন, মৈতিংঙু লাইরেন শেনপী থাকেম্পা বায়রা মতেঙ্কা মচীন কোনঙৌ হাইরৈতোপকাপা, চেঙচা লুমলেনতুনানা শাপা, শাবা চেঙকোই নীকনা নানাপ্পা, তুহুং লংলামানা পাকনপা তেন্না হাঙলৈ লাইনা পাংনা কাপলবদি থংকান নিংথৌ য়াওরেনপা কাপকংথেন, হাওলৈ লোংচুপলা পাংনা কাপলপতি থোংনাং ময়াং নিংথৌ তেক্কালাচা কাপকংথেন, মুহু খুনঙমথেন, লাসেৎ মিংনাইপা কানা তেন থেল্লেন হুয়ান য়ায়নে।

**লংমাই হান্না শাবা চীং**, হান্না শাবা চীং নোংমাইজিং

**লংমাই হোতম্বনা শিংথা চীং** লংমাই হোতম্বনা অহানবা শিংখাবা চীং, নোংমাইজিং

**লংমাই য়েনথা**, থমচিংকোম্না কমলবা কাল,— "থমচিংকোম্না খুম্মে ঐগী ইতুম্মঙ মুনখিরে খুম্মে ঐব্ পাউহনবা অসিব্ শুরু ওইরে হায়না চঙখিএ। মংনা চঙগিরবগা থমচিংকোম্না হুইরিঙমনা থোঙখুন থঙহন্দনা লৈহুংদা হুনচিনখিরে, পোইরৈতোম্না চোংথংলকপব্ মহাক্কি কংদরে মথুলগী কালদি নথমা লোরোএ, কাল অতুব্ লংমাই য়েনথা কোএ,য়েনবী খুরোম্বনা হোংচবা হুং অদুনে, চংলম মতোনগী হুং অপুম্বা অদুনে, নিংথৌনা নেৎহৈদবা হু নে"— ক্রথোং লমঃ

**লংনবা**, য়াদবা, তোরোং থোদানদবা, ইথোকপা

**লংলাচাবু**, লং তিংবা

**লংশঙবা য়ুমনাক**, অকাংজম, চিখ্রাজম, ইরোমপম, ফিশাবা ঙানবা নাহা, খুমনথেমবম, খুমুকচম, ইপুশংবম, উসিয়াম হুকরানথেম।

**লনউনপোৎ**, অউনপোৎ,—"মমোম লৈমা লনউনপোৎ অলঙ্কার চৈরৈ কীবোয় পুম্নমকপু নিংথৌ মাঙ দা থানা কংলবগা" -লাংঃশংথাঃ

**লনকুচাউবী**, লন পীনহৈবী, থোজাল হৈবী — ' নশানৌ থোইমোম লাইরেম্মা য়োম্বব্ খুনলৈমা লনকুচাউবীগা"—হিংঃহিংঃ

**লনকুজবা**, শেল কৎচবা

**লনকু তাইহেন নাইদবা**, লন পীথোকপদা পেনবা হৈতবা, শেনবা নাইদবা

**লনকুবা**, মচাক মরল পাবা, শেল পীবা, থোইয়ুম শিদবনা লনকুবিরকপানারঙেনে"—পোঃলুঃ

**লনকুবীবা**, থোজানবীবা,—"লাইরেন ইনোংমায় নঙোন্দা কাওজহনগে হায়না লনকুবীরে"— নাঃকঃকাবা

**লনকুহৈবা**, থোজান হৈবা,—"কোরৌ লনশামনগী থোইয়ুম লনকুহৈবনা পোনবী তীংই মশক ওইমা সানওল্লকলবগী"—পাঃনোংঃ

**লনগুবা**, লন পীবা, থোজানবা, লনকুবা
**লনমাবী**, লনগী মপু
**লনশাবা**, কংপা,—কোঝৌ লনশাবা লাইখীংবা
**লনশিংঙমদবা**, লমন শিংবা ঙমদবা
**লনশিং তানবা** লমন খুম্বা,—"মথ'লেন কাকলেন নো'তংম্নু মোইরাং কাপমী অথোবনা ইমু মমে খক্কনা মরুম লনশিং তানখেঁ"—চাংলাইঃ
**লনশিংবা**, লমন খুম্বা —"থংলেনগীদমকপু নৈকাই পুজরুক থোংনাং মায়তেকপা মাররুক্কুথবু লনশিং-বিয়্ম"– চায়ঃ
**লপ**, শগাই
**লপুরৈ**, লপ, শিকা,—"ফৈরোইচম নঙদি লপুরৈ য়াম্লে।"—লোইংশিনঃ
**লপলী**, অযানবা থোবী
**লপলেনকা**, য়ু'গা লাহরু নৈবা য়ুমগী কায়াৎ অমা
**লপন্নানকা**, য়ুমগী কায়াৎ অমা লপলেনকা,
**লফাং**, চরোং ( মসি লফোয় লফাং হায়বনচি'বদা শীজিয়ৈ )
**লফু** পুলুং, মকা পানবা পাম্বী মথল অমা
**লফুৎ**, নাপী, ই
**লফুৎ লৈনা থাবা**, নৈপাক্তা নাপী থাবা, ফক থাবা
**লফোয়**, লফু পাম্বীগী মহৈ, লফোয় লউ, —লফু থরোদগী লফোয় ওইনা পাম্বীদগী য়াম্বরিবা শরুক
**লফোয় লফাং**, লফোয় চরোং
**লফোয় লফাং চঙথোকপা**, লফোয় লফাংদা অনী অনী পুন্না পায়রগা থীবদা তুমা শুদবা মশীং
**লম**, লৈপাক, লৈবাক, খুতুপ মবী শাংবা, খুতুপ মরি
**লমওকঙম্বা**, লমখাঙদা ওকলম্বা,—"মোইরাং লন-হাম্বদি পুকনী' ন্নাকাউরবগী চৌ'ঙু লমওক ঙমদ-রে"—সনাংলাই, "ইয়ু কোং নৈমাবনা ভিক্সা হিপোৎ শেমনা লৈরাই চাংজৌথক্তা লমওকঙামএ"—শমংঙমঃ
**লমওকলবা**, উনবা, থে'নবা, লম্বীদা ওকনবা,—অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বনা মশা-নৌ তুবী ঙাংয়েক চম্নু তংকাপ্তবী ফুইথিংঙা পুই-থিংঙা তংকা চম্নুবু লমওক্লগে হায়না × × × × হাউমন পাখাইথেন ঙাইরোং বাংবা চীংমন্তবী শেল্লোই পূমনা হপনা খোঙশান্নকলে"—নাংফংকাঃ
**লমওকঙাম্বা** লম্বীদা ওকলমবা,— "মদাইরেম পোইরৈ খুনজাহৌ তয়ম নাইজা ঙন্না লাইরেন মৈদিংঙুবু লমওকঙামে"—নাংফংকাঃ
**লমওম্বোক**, অঙকপা ওম্বোকপা লম
**লম ওল্লুবা**, চংলুবা, লম মশিঙ থাকবা
**লমকনবা** উবোং শিনবা, লম অসি মখৈ ঐখোয়-গীনি নত্রগা মখোইগীনিনচিংবা হায়তুনা খঙনবা খূদম থম্বা, লমঙাকপা "পোইবৈ মৈতৈ চিমা-রা'বাদ মবো' ঙক্তা হুক তিমেন মাঙখিন্ননা কোন্না লমকনলৈয়ে', – চাযঃ
**লমকেৎপা** লমহেনবা, মঙক কনবা লমকেৎ লম-হাইবা,—'নিংথৌ লমকেৎপা কনানা লানশোক কদৌঙমলদে"—লাং শংথাং, "থামবল লমকেৎপা ওবা লমথোইবা অহুম্মাপু পীববগী"—ওবা ঙম্বা
**লমকেৎ লমহাইবা** লমহেনবা, হায়বা ইনদবা, "ইদাইবেম নো'য়ায় চাখা মোইরেম্বদি অদোন লমকেৎপা খুমন লমহাইবনে"— চায়ঃ
**লমখম**, লম অবোইবা, সীমা লোম্বা
**লমখম তানবা** লম সীমানা খম থেংবা
**লমখাঙ**, লম্বী, লম্বী ময়ায়,— মোমন্থ য়াংলৌ লমখাঙদা লমওক্কবীনা"—চায়ঃ
**লমখৈ** লমগী ঙমখৈ, সীমানা, লম অরোইবা
**লমগন**, লম কনশিনবা, মাগীনি হায়না উরোং খিল্লবা লম, লাই তিন কনবা লম
**লমগন থোবা**, মীগী লম লোশিনবদা থোনা ফবা, লম লোই চনবদা থোনা ফবা
**লমঙানবা**, ফজবা, লেম্বা, চীংলেম্বা
**লমচনবা**, লোইচনবা, লম লোশিনবা,—"নয়ু মৈদিংঙু নো'পোক ন্নাইবং পামহৈবনা কোই মপান ফুক চেগং মরু তুপনা কোংমতো ফুরা লাইফমলেনবু থাঙলেন খুংনা ফংনা পম্বেং লম, শাংখু শাংলাখৌ থৌতু লুপা চাংদা চরৈ কীরাল থেংনা ওবা থোঙলেন লমচনঙৈগী তুবী মরান ওন্দেরক-পদা"—নিংংলম্বঃ
**লমচাওরেন**, লম্বী লমজাও অচৌবা

**লমচাই ফদনা**, থৈদোক থৈজিন য়াদনা, তঙাই ফদনা,— "লাইবেন মৈদিংঙুদি পল্লেমগী গোয়রেনগীবু লমচাই ফদনা খোইমোম লাই ওইগিবরদা" নাঃফঃকাঃ

**লমচিমবু হাঙদবা**, লম মচেৎ অমা কাওবা চিখদবা, "লমচিমবু হাঙদবনে, রাইচিমবু শেন্দবনে"— নিঃলম্বঃ

**লমজনবা**, লমচনবা

**লমজন থৌবা**, লম লৌশনবদা (লোইচনবদা) থৌনা কবা, "লাইবেন মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা যোইমাবা তাংলৈঙান্দা থোদোংবা ঐরাবতী লাইজা ইপান তান্না চেক্যাং লৈময়ায়দা চৈরৈ ফিবাল য়ুংনা লমজন থৌবা নোংপোক কোই তবেং ঙম্বা কোংমুতাগা লানথিংনাই চোইনৌ সনা লৈ ওইনবনু কাইনা হুনবা ও মি থৈগিযে"—নিঃলম্বঃ

**লমজা**, মমা মপা নৈত্রবা মচা, অহল্লম্না নাউয়োক্তবা মচা,— "নশানৌ ঐনা লৈকোক লৈকাই লানবা ইঙাউ লৈপুং য়াকাবা খাংচেং পোং পৈবদা হে লমজা হায়না ঙাইনোকনৈএ"—ধঃলাঃনীংথা

**লমজা শারা**, পীতৎ পাতৎপা, লমজা মচা

**লমজা শারা পীতৎ পাংৎপা**, মাগীনি হায়বা হন্না য়েংবদা কনা উদ্রবা মমা মবী মপা মবী লৈতবা

**লমতল য়ায়রেকপা**, লম্বীদা ফাইদুনা অহিং লেকপা,— "তাঙচীং উখোঙখাদা লমতল য়াংবেকলবদা ইমুং সোয়াযমদা"—ঔঃঙম্বা

**লম তাইবা**, লম ঈয়াংপা, লমদাইবা

**লমতাক তানবা**, লম মাঙংন তাহনবা

**লম তাকপা**, লম থঙহনবা, লম মাঙ তাকপা, লম থুগাযবা

**লমতিন্নবা**, পান্নবা, লম অমত্তা ওইবা

**লমথক**, লম মথক

**লমথা**, কাং মকাপ অমা, কাং শান্নবদা কাপকদৌরিবা মী অদুনা ফমলগা খুং নাম্মগী খুবীগা খুদোনবীগনা অতোপ্পা খুং অদুগী খুংয়ায় অদু অহানবদা ফাবগা ইন্দুনা কাপ্পা কাং মকাপ

**লমথাং খুলৎ**, মনাক্ষি—কোয়েৎ মপান চনবান, নিংথৌনা মনা পীবা নত্রবদি মীচমনা শীজিন্নদে

**লম থাঙজৌ**, য়ামনা য়াৎকনবা ই জাৎ অমা

**লমথোইবা**, লমকেৎপা লমচেনবা, ইপোঙ পোঙবা,— "পাগৌ ও ইবিঙঙাদি পোইরৈ লমকেৎপা খুমন লমথোইবা মশেন্নে"—চায়ঃ

**লমথোকপা** মপান্দা কোয়থোকপা, শাবন লমথোকপা, লাই হবাউবদা লাইবোই মুমিৎ থৌবমদাইদা নোংমা লাই হবাউবুংগী মপান্দা লমচাঙ অমদা হবাউরিবা লাইথিংথৌ লাইরেম্মা অদু পুতুনা লাই হন্নাউবগী কুম্ম ৎগৈকবগা লাইবুংদা অমুক হত্তিন্নকপা

**লমথোঙ**, থবায় থোঙান, চঙকম থোঙ,— "হয়েং অৱাবা মতমদা লমথোঙ ঙকদবনে"—শাঃলমঃ

**লমদনবা**, লম্বীদা ঙাহাক পোথাবা, লম্বীদা পনবা, ফাইবা,— "ইদাইবেমশা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদবু অৱা পোথাগিস যাংলৌ লমদনগিসে"-চীংথঃশাঃকাঃ "তাল্লোয ফুচান ৱাদুনা খোঙৈক চীয়োন চম্মি লমদল্লেদে"—কুমঃ

**লমদম** লম, লৈবাক,— "লমদমশিবু পল্লেমনা লৈবগা শানৌনা লৈবগা কনানা তাম্বনো"—হঙুঃ

**লমদম**, লমদা পুদা, লমদা ৱাইদা

**লমদা**, পা অমগী মিং,— "লোইদাম থাজা চৈহোথা, লমদা থা-ঙ কৌনদি কদৌ নোংগীনো ?—থায়োন

**লমদাইথেৎ**, লম মতাই

**লমদাঙ**, লম্বী,— "লমদাঙ অচৌবনা মুংলকলবসিদা" ক্সিঃথিঃ, 'শুবক কাঙদৈথি খোনাউ লেনথোঙ লেন লাল্ল পোলেম হান্না ঙাংখা লমদাঙ ইনগিরে" চায়ঃ, ওযগী লমদাঙ,— হুপী, মুজা, য়েংকী লমদাং, নিপা

**লমদাং ইনবা**, লম্বী মতুং ইন্না চৎপা—লাল্ল পোল্লেম হান্না ঙাংখা লমদাং ইনখিয়ে"—চায়ঃ

**লমদাঙলেন**, লমজাও, সনা লমজাও,— "ৱাংঙম সনা লমদাঙলেনবু ইন্দানখিগনো '—নাঃফঃকাঃ

**লমদাঙশাং**, লম্বী অশাংবা, মরম, — "হৌনা লমদাংশাংবু নঙনা হুযেন লান শোক্লবা থোক্লবগী পম্মৌ মপা মদা ৱায়রা তেনয়াম কাপনা শোকনরে"— লাঃশঃথাঃ

**লমদাংশীৎনা**, লম্বী মতুং ইন্না,— "মপন সনা মথোঙশাগী লৈচুং লমদাঙশীৎনা মালেম খুনকাওগে ভৌগুমলকলে"—পোঃজুঃ

**লম নামুং**, শোকহৈদবা লম, অশেংবা লম ,—"কংলৈ অসিবু কংলৈ লম নামু'বু ওইরে"—চাঃলাইঃ
**লমনেম**, লম অনেম্বা
**লমপোইবা ( লমপোইপা )**, লমদা কোয়চং চংপা, "নসাপা ( বালী ) নিংথৌবেনপু নমতা হুম্ন করিকি খোয়মা নারক চংনা লমপোইভ'মপনো' —কিঃ(রাঃ)
**লমফমবা**, লম্বীদা লুমহুনা লৈবা, লম্বীদা তুমিন্না কমহুনা লৈবা, "পাম্বা লমফম্বব খৌনাগবনো"—পোঃখুঃ
**লমফাৎ**, লম্বী ফাংপা
**লমফাৎ থোবা**, লম্বী ফাংপদা থোনা ফবা
**লম্ফেন ভঙ্গী**, অঙোম চন্দ্র,—"লম্ফেন ভঙ্গী হায়না তে'পাবদি অঙোম চন্দ্রবু পাএ"—পেন'তে'পাঃ
**লম্বান**, লমলকতা হৌবা চাবা য়াদবা পাল
**লম্বান**, লম্বী মপান, সোরোক্কী নাকল,—"শক ১৬৩৪ ইঙেন খাশিনোং নিংথৌকাবদা লম্বান খুদিং-দা উ লিংহল্লে"—চৈঃকুম্বাঃ
**লম্বান চাক**, লমহাঙদা চাক চানবা,— "খুবায় হাওয়মগী কুমদি শক ১৫১০ দা মৈদিংঙু মু'য়াম্বা য়াইফ্লুনদা লম্বান চাক চাঁঙদা লম্বান পুংজাউ থোল্লে" চৈঃকুমঃ
**লম্বু**, তাগুম্বা মচীন ভুম্বা মখোক শাংনা প্যানবা খুংলাই অমা ( মসি কৈ চনবদা শীজিন্নৈ ),—"পা-থৌ পুরাংশু ও খোকলাং লম্বু নখুংগুদি করি খোক-নো,খোকলা' তাংমিংস্নুঙ কবা ভবনো"--চায়
**লম্বু**, লমগী মপু, লমগী থৌবা পুবা মী
**লম মরু**, লমগী মকোক
**লম্মচুম**, লম্বী অশাংবা, লমশাং
**লম্মাথেং**, লম মতোন, লম্মদোন
**লম্মাথেৎ**, লম অচৌবা
**লম্মাপাক**, লম অপাকপা, লমজাউ
**লম্মাবা**, লমগী মপু, লম অদুদা লৈবা লাই
**লম্মামি লম্মাচাউ**, লমকেং লমহাইবা লমহেনবা মী
**লম্মারু**, লমথৈ, লমগী সীমানা
**লম্মাহন**, অথোইবা লম,—"লমলেন থোঙহাম্পাৎ লম্মাহন্দা থৌদ্র চেঙচা মং, কোংয়াং বা থা, চামলৌ ম্নাগা থা" - মোইঃনিংঃ

**লম্মুরুবা**, লম্মা'নরুবা
**লম্মুক লমশেন্নবা**, বাওই থৌওইদবা
**লমলক লু থুম্বা**, লমদা মুপা কোয়বা
**লমলাংতোং**, লম্মা'দোং, বিষ্ণুপুর "বিষ্ণুপুব খুরোই হাওবা লমলা' তো'দা বাইথু'পিয়ে"—ওঃঙম্বা
**লমলানবা**, মীতোপ, ঐগী য়াম্না মরী নরুবা মী নত্তবা, "মীগী মচা লমলানবা নমোম অমা ফুয়বস্নুঙ মীবাইতাদা ওভহল্লে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ
**লমলানবা**, 'লম্বী ওন্ন তৈননা লাকপা, লম্বী ওন্ননা লাকপা,—"ল'মাই তে'না থিমকাবা নওদি নোংয়ায় ইপুংয়ায়দা করিগী লমলানলবনো"—নাঃক্ষঃকাঃ চংহৈদবদা চংপা—লাই লমলানবনচিংবা
**লমলেক মশাঙশা**, লমলক লমহাঙদা য়ায়রেক্লবা শঙ শাবা
**লমলেন**, লমদম, লম, মফম,—"লমলেন লাই-ফাউবীদা কাওরেন লাইথেংথোইববু লৈএ"-শলকাও—"লমলেন হাওযাম তিংও তৌনা কৌএ"—তুতেংঃ
**লমলেন মদাইমা**, লমদম, লম,—লমলেন মদাই-মা চে'লৈ লুবা'য়ি তাকনা লৈবোং ঈ"—হিঃহিঃ
**লমলেন মরাক থায়বা**, লম য়েন্নবা
**লমলৈরাকপা**, লম অমা ঙাকইবা মী
**লমলোই**, লানমী, পাথৌ, মরুপ,—"নমু মীপোং হুবানবস্নুঙ লমলোই মরুপ লৈতে"—চঃ খুনঃ
**লম লোকপা**, লম কনবা, লমচনবা, লৈবাক অমা লৌশিনবা
**লমশঙ**, লমলক্তা শাবা শঙ মচা,—"খোংজি য়াল-নবোক অচনবদা লমশঙ লৈনা শানদি য়াং-গোইমিন্নবে"—চেংলৈঃ; "মপাম থাঙভা 'কম্পোং-না লমশঙ লৈনা শাপাপুতি ভাঙসঙ সা-ও কৌএ" লুঃ খোংঃ
**লমশাং**, লম্বী অশাংবা
**লমশাং ইন্না**, লম্বী মতুং ইন্না,—"নোংয়ায় লমশাং ইন্না হুয়েন লাঙেনলকপবু"-- নাঃক্ষঃকাঃ
**লমশীং**, লম মশীং
**লমহাইবা**, লমহেনবা, লমকেংপা লম শেংদোকপা 'খুমন লমকেংপা অদোন লমহাইবা, বায়রা শম-শীংসু হুয়েন লানশীং মুংলবনে"—চায়ঃ
**লমহুই য়ুমকম**, হুইথৌ য়ুমকম—য়ুমকম কায়াৎ

মাপনগী মহুংদা মোইরাং লাইজি থংবা

**লমহৌবা,** খোঙশানবা, খোঙদোই হুনবা

**লমহৌরকপা,** খোঙদোই হুল্লকপা, খোঙশাল্লকপা, যাত্রা তৌরকপা,—"মপাম শেল্লোই চীংদগী হাঙশম তুংথাংনা ঙাইরোং শিংপোন শেম তাংখুন পানবী পান্দা তপ থাঙই চংইন অকুপ্পবু চামলো লায়োমশা য়োয়বু শমলী ঙাইথোমনা মপাম শেল্লোয় চীংদগী লমহৌবকএ"—নাঃকঃকাঃ

**লময়ায় কাইগা থাবা,** অশিবা কুংদা হাপ্পা

**লময়াই কাইদা খিনবা,** শিবা

**লময়েং হৌবা,** লম য়েংবা হৌবা

**লমাবা,** লমগী মপু, লম কোল্লিবা লাই

**লমাবা তুমাবা,** লম তুগী মপু, লম তু কোল্লিবা লাই

**লমুক (লম্মুক)** উ মথল অমা

**লম্মোক্লবা,** লমওক্লবা, লম্বীদা উনবা

**লল,** লন, শেল

**ললকুবা,** লনগুবা, শেল পীবা, থৌজানবা, চানবিবা

**ললশিং তানবা,** লমন খুদা

**ললশিংশা,** লমন শিংবা শা

**লরাই,** কোকতোন, লুতোন,—"মহাক্তি মুপা নিপা মবক ওইএ, লরাইদা হামুন নৈবগা গুরু মশক ওইএ"—থিবেনঃমৈংলীঃ

**লরাই কোইরেন,** লরাই লেনফু

**লরাই লুতোন,** কোকতোন

**লরাই লেমফু,** লরাই কোইবেন

**লরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক চিবা পাউনাইদবা(লরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক চিবা মৈশাংবা)** উচি,—'শ্রীধনঞ্জয় লাইবু নীংবস্তুঙ লহান লাংওন অমরক্তা মুনি খোইমোম লাই নিংবগী মশানওন লরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক মৈশাংবা ককলাং লোঙা থেংকোইবনা য়াওয়া পুকথোকফাং চবৈ ফিরাক চঙনা মপারি হাথনা মমোম নাউনৌরবগী জীব থবাই হাংনা কংনৈ মশুমাঙদা হুব্বে"—ধঃলাঃনীংঃ

**লরায়,** সহর নত্তবা লম

**লরায় য়ুমফাল,** সহর অমস্তুং খুঙং

**লহাল,** নহাল, অদুঙৈ

**লহান নোং,** মমাঙৈঙ, থায়না

**লা,** চীংলেন (লুরাংনা হায়নবা), লফু পাম্বীগী মনা

**লা,** কৌরা, কৌ শন্দোক্লা কৌদোক্লবা য়াংকোক মওং মানবা য়াংকোক্তগী য়ায়া লেপ্পা পাকপা পোৎশক অমা

**লাই,** নিপা মুপা থঙনবা হকচাংগী খুদম, ফিতুং, শিতুং, খোইমোম, খোইয়ুম, চীংঙু, ঈশ্বর

**লাই উকৌবা,** লাই হরাউবা হৌরমদাইদা মাইবী মাইবা পেনা খোংবা থৌগল লাংগন মপীং শুনা য়াওরগা পুথ্রি নত্রগা তুরেলনচিংবগী ঈশিংদগী হরাউগদৌবিবা লাইগী মথবাই মমি কৌথৎপা। লাই উকৌযদা নৈবাই য়ু খাঙবা থয়োম লাকপা, কোনয়াই থাবনচিংবা তৌই

**লাই ওইখিবা,** শিখিবা,—"পল্লেমপা খোযরেনগীবু লমচাই ফদনা পোইমোম লাই ওইখিরবদা মোংবা থাঙডা লপয়ান কা"—নাঃকঃকা

**লাইকল হৌবা,** থবায় কনহৌবা, শিবা তারবদগী কনবিহৌবা,—"নঙপু ঐনা লাইকলহৌএ"—নোংঃ

**লাইকু,** লাইগী থৌজান, চীংঙু মরলকু, শোয়রে থল্লবা পোং ফংবা

**লাইকারম,** য়াঙলেন

**লাই কৈথেল কাবা,** হলঙ্কাব মুমিং, লমদা কুপ্পি পানবদা খোকপা অচৌবা কুম্ভ অমা

**লাই কোকপা,** অনাবা ফবা, তীনকোক লাইকোকপা মপাম লুরাং লাইবু লাইকোকলে"—চেংলৈঃ

**লাইকোকশু,** মৈদিংঙু খুযোই তোম্পোক্তী হাকতক্তা (পুঃ১৫৪ ২৬৪) নৈরব্বা ফিশাবা হঙবনি মহাকনা হংকোক মউন্দা য়েকলিবা ময়েক অতু মায়া ময়েক পোক্লা বানকক ফি শাথি

**লাই খংনবা,** খংপেক খংনা

**লাইখল,** খুবাক, য়ুমগী অহানবা কা, মাংগোল, য়ুমজাওগী মনীং অমস্তুং মমাঙ থংবগী লোইরোয় তাথরকপা য়ুমথক

**লাই খুরোম্বা,** লাইরেম্মা অমগী মিং,—"নতৈ নৈমা লাইখুরোম্বীবু লাইরেন হুমজাউবনা পোকপা মুপীবু চেন্নখিও"—পোঃখুনঃ

**লাইখুল,** লৈপুং লৈহো, ঈশিংদা নৈবা তঙং,—

"ঈশিংদা লৈবা গুরুংবু লাইখুল কৌএ"—পাঃপাঃ

**লাইখোং,** খোংলম অমগী মিং

**লাইঙম,** মৈদিংঙু তোনাবগী থাঙ অমগী মিং ( খৃঃ ১৩৫৫-৫৭ )

**লাইচম,** ঈশিং লৈবা মকুম

**লাইচি,** চিথেক, মথাগা নোংচুপকা লোন্নবা মায়গৈ "চুপকী মেমি'দি লীকলমদা উবৈপায়ে, মিংলমদা উরেংবনে, মৈবমদা উশিংবনে, লাইচিরমদা উবৈবনে" —পুদিন; কৌরু লাইচি—হুংশিংলম, অৱাং নোংচুপ থংবা মায়গৈ; মোইরাং লাইচি—থা নোংচুপ পাংবা মায়গৈ

**লাইজা,** ঈশিং,—"য়িথি লাইজা ঈরম ইন্না ইরাবতী লাইজা ঈরম কানা ওৱা তোঙদোই পুঙদা ৱাইথুংলুরে"—শমঙঃ

**লাইজা অপাবা,** ঈশিং অথেনবা

**লাইজা অহকপা,** ঈশিং অরুবা

**লাইজা ইপাল লাংবা,** ঈশিং শোকপা

**লাইজা ইপাল লাং ইমু ময়োন শৎপা,** ঈশিং শোকপা

**লাইজা ইরেনপুং,** সমুদ্র,—"সমুদ্র লাইজা ইরেন পুংনা কোয়বিবা তাইবঙ নোংসাপান ময়োন অহন্নকপু অর্জ্জুন ঐনা মঙমলিবা অসিদা"— লাংঃশঃথাঃ

**লাইজা ইরেন পুং তমলেন ঈরাচাউ,** ঈশিং ঈপাক অচৌবা,—"লাইজা ইরেন পুং তমলেন ঈরাচাউ চেংলৌ মিৎয়েং অতাম্ববু লাইজা ৱাংমা লান্না লোইগে লোইঙমলমদে"—নাঃকঃকাঃ

**লাইজা ইরেন পুংবা,** ঈশিং ঈহোবা, ঈশিং চাউবা,—"হুংবান হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবনা শাবন লমথোকপা কোংলৌ লময়েংবদা লাইজা ইরেন পুংববু মিৎয়েং শানথৈরিঙৌদা"-হিঃহিঃ

**লাইজা ঈ,** ঈশিং,—"লাইজা ঈদা তাবনা হাল্লগনিএ" —ধঃলাঃনীঃ

**লাইজা ইখোং শীনবা,** ঈশিংনা লৱী শীনবা

**লাইজা ইখৌ লাংবা,** ঈশিং থৌরাংবা,—"মাকলৌরেম পোনবী লুৱাওবা নওবু য়োইময়াই তাউদনবা মতাং তেনথিরে তরা চাকপু লাম লাইজা ঈখৌ লাংলিঙৌনে"—পোঃলুঃ

**লাইজা ঈঙাওবা,** ঈশিং ঈথক হোৱা, ঈশিং অচৌবা অকন্নবা

**লাইজা ঈদা হৈতবা,** ইরোইবা হৈতবা

**লাইজা ইন্নুং হকপা,** ঈশিং অরুবা,—"কোয়ৌ মুমিংমাদি লাইজা ঈন্নুং হকপবু শোংকিদা"- শলকাও

**লাইজা ঈপাক,** ঈশিং অচৌবা

**লাইজা ঈপাক থক্তা মিংথোনবা,** ঈশিং অচৌবদা মামিং থোনবা

**লাইজা ঈপুক কাপ্পা,** ঈশিং মন্নাইদা পোপ পোপ কুবা,—"শমু মখুৎ পাংমনা লাইজা ঈপুক কাপনা ওমু তোকতৌ থেম্বা"- চায়ঃ

**লাইজা ঈফম্বা,** পি তরং তরং চেনবা, ঈশিং লেঙদবা

**লাইজা ঈফাই চনবা,** ঈশিংনা লাকহৎপা, —"ঈশাবিবু লাইজা ঈফাই চনগনে খুদোপ ঙাইজা যেপ্পীও"—হিঃহিঃ

**লাইজা ঈফু শান্নবা,** ঈশিংদা ঈফু নাহুনা শান্নবা, "ঈফু শে য়ৎয়ায়মদা সোরাবেনগী মমোম লাইরুরী তবেৎমানা লাইজা ঈফু শান্নববু নিংথৌ মুংয়াং চাউবনা ফি মুনথিয়ে"—চায়ঃ

**লাইজা ঈমৈ খৈবা,** ঈশিং চেম্বথিবগী অয়োইবা

**লাইজা ঈরিকলাই,** ঈশিং মরিক,-"গঙ্গা লাইজা ঈরিক লাই মহাকপু শ্রীগুরু পরমাত্মা মশক অরেপ্পগী চরণামৃত অথুম্বনা হেনথোইবা নত্তবরা?"-লাঃশঃথাঃ —"য়োইহৈতোন তাউথিমাংনা লাইজা ঈরিক লাইবু কংনা থকলবদা"—তুতেংঃ

**লাইজা ঈরোম্নুং,** ঈশিং মন্নুং,—"লাইজা পুংলেন মরুথেংতি লাইজা ঈরোম্নুংদগী তাউখৎলকএ"— তুতেংঃ

**লাইজা ঈশম থৌরকপা,** ঈশিং তুৱৎ লান্নকপা

**লাইজা ঈহুনবিবা,** মরু হুনবীবা, পোকপীবা, গর্ভ পীবিবা,—"ধোপা মালে কারবা অসিবু শাবি ইটীন ইনাউবু লাইজা ঈহুনবীবা পম্মৌ ইপা পল্লেম ইমাবু নত্তবরা"—ধঃলঃনীঃ

**লাইজা ঈয়োক কোম,** পুথ্রী,—"নিংথৌ মুংয়াং চাউবা ঈশা ৱাইথংনেনবনা ঙাইত্তে, পনমরুদা লাইজা ঈয়োক কোমবু শেন্না ঈ য়োকএ"—চায়ঃ

**লাইজা ঈয়োংদবা,** ঈশিং থক্তবা

**লাইজা ঈয়োংবা,** ঈশিং থকপা,—"খুহু কুমদম

শোয় ঊপীপোক চবাং থাংদা কাওবেন মুচোংবনা লাইজা ঈরোংলে"—শলকাও

**লাইজা খিকক্লেনবা,** ঈশিং চাইবা, ঈশিং খিকপা

**লাইজা চৌনখুন য়োংবা,** ঈশিং য়াঊম অমা থকপা,—ঈশিং থকপা,—"তবা খুৎপুন হুকলে লাইজা চৌনখুন য়োংলে"—মিকৌ:

**লাইজা তরঙ,** ঈশিং ঈপাক অচৌবা,—"লাইজা তরঙ ঈপাক থক্না ওঙবা লৈ পাংয়ায় থরো লৈগুম লৈরাং তোমশাংনবী"—নাঃক্ঃকাঃ

**লাইজা তরঙ ঈপাকথক,** ঈশিং ঈপাক মথক

**লাইজা থাখিন পেকপা,** ঈশিং পেকথোকপা, নৌ মরেপ থুমনা খিংজিন্দুনা হি হোনবা, —"শয়েং পানপোঙ্গন তি লাইজা থাখিন পেকও"-থঃথঃহিঃ

**লাইজা পাশাননা শানতেংবা,** ঈশিংদা ঈবোইতুনা, শান্নবা, "মৈতৈ লৈমা লৈনাউ তাবীনা লাইজা পাশাননা শানতেংবগী লুনা হেন্না লৈঙামএ"—পোঃখুনঃ

**লাইজা পিচা,** কাংঙা

**লাইজা ফিশুম তাউবা,** ফি শুম্না,—পুমুং মফুরিৎপু হৈরু মতাই কাঙনা মাল্লৌ মথিনফিবু লাইজা ফিশুম তাউনা য়োযময়াই তাউদনবগী ৱাংগোন মনোংশা কোরৌ নোংশা মৈদা ফৌরম্মে"-নাঃক্ঃকাঃ

**লাইজা ফৈনা লাম্থোরকপা,** ঈশিং তুবৎ লানথোরকপা

**লাইজা মঙাও হৌবা,** ঈশিং চাউরকলবা

**লাইজা মঙাও হৌরক্লবা,** ঈশিং চাউবকলবা

**লাইজা মথি নাইবা,** ঈশিং থংচাউ চাউবা, ঈশিং ঈহৌবা,—তুরেন লাইথাং ফানবম্নুঙ লাইজা মথি নাই ঈমু মঙাও হৌএ" —ধঃলংনীঃ

**লাইজা মথি পেকপা,** ঈশিংদা নৌ থুমনা য়েংশিনবা

**লাইজা লোক ঈচেন,** হুমাং তাবা

**লাইজা লোকলোথক,** ঈশিং মথক

**লাইজা শাম্তেংবা,** ঈশিংদা ঈরুজবা,—"ঈবম তরেৎতা লাইজা শাম্তেংলবগা কুমচিং লোনশাং য়েৎনা"—নাঃক্ঃকাঃ

**লাইজা শান্দেংবা,** ঈশিংদা ঈরুজবা,—"লাইজা শান্দেংবদা থৌহ্ নংনা শমু মখোঙ নমমে"—চায়ঃ

**লাইজিং নিংথৌ,** লাই অমগী মিং

**লাইজি,** লাইচি, তাইনকম, অনি কাজম্নবা মায়গৈ অনী তাইনকম, কৌক্র লায়জি, মোইরাং লায়জি

**লাই তংবী,** লৈবাক হোৎপা

**লাই তাঙবা,** মবাইবক তাঙবা,—"মানবী চৌহেনবা কাওরেন লাইতাঙবনচিংববু খোমথরকএ হাযদবরা"—ঔঃঙঃ

**লাইতিনকোন,** লাইমকোন,— "লাই অয়াম্বনা তিন্নবগী লাইতিনকোন কৌএ, পাখংববু কোনঙৈগী লাইমকোনম্নু কৌ"—পুদিন

**লাই তীন থাবা,** নিপা নুপী লোন লৈনবগী অমদি লুহোংবগী পোং-চৈ কংপা

**লাইথা,** লাইনা থাবা, লাইগী ওইবা

**লাইথাঙ লাইরোং তুপ,** মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী ( খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৭ ) থাঙ অমগী মিং

**লাইথা চারং লৌ,** লাইনা উরম্বা লৌ

**লাইথেংখোন,** লাইবক থেংনবগী খোঞ্জেন

**লাইথেং থোইনবা,** ৱাইনবা, য়েনবা, ফুনবা থেংগায়নবা,—"কাওবেন লাইথেংথোইববু লৈএ" —শলকাও

**লাইথোইজিল্লকপা,** অনাবা তেঞ্জিল্লকপা, অনাবা লাইথেং হাপল্লকপা,— "অনা ঐবু লাইথোইজিল্লকএ, তম্ফা ঐবু কবম তৌশিবনো ?"- পাঃনাঃঃ

**লাই নাক্তথেংবা,** লাই হবাউবগী লাইবোই মুমিৎতা মাইবনা ঈশৈ শকলগা পেনা পোংবনা পেনা খোংতুনা মাইবী অমনা শবীক খিংলগা অমনা শেনগা পাযরগা লাই হবাউবগী লাইবুংদা ফমলিবা নীপা নুপী ফমলিবশিংদগী শেল নিবা

**লাইনা পাংনা,** মায় অৱাং ওম্না,— "কৈরাউ চী লাইনক্লী খোইমোম লাইগ্নিংথৌ তারিম্না লিখন তবামচীং চৌন্দা কাওবেন মপা তাম মমায় হাওরে লাইনা পাংনা য়াম্বিপলে"—শলকাও

**লাইনা পাংবা,** অৱাং থংবা মায়গৈ

**লাইনিংথৌ,** লাইগ্নিংথৌ, লাই

**লাইগ্নিংথৌ হনবা,** লাইবংথৌ অমগী মিং

**লাইনীং,** কোরৌ লনশাবা

**লাইনীং ইকাই চনবা,** লাইনীং কায়বা,--"পোইরৈ

পোৎশক ওন্না লাইনীং ঈফাই,চন্লে"—শাঃলাইঃ
**লাইনীং পরৈ চেৎপা,** পুকনীং চঙনা লাইমীংবা
**লাইনীং রাচুম শুবা,** সত্য লৈবা, অচুম্বা চাঙবা, ধর্ম লৈবা

**লাইনৌ তাবা,** চীন্দা লাই তোংবা
**লাইপন,** লাইবার, নিংথৌগী পাউ চৎপা মী,—"শক ১৭৬৩ লাংবন থা ১০নি য়ুমশকৈশদা অঙোম-চা নোংপোক্বগা ঠবা লাইপন লৈমা নিগে হায়দুনা তুলাই মরুপ্পা পুরকপা থুংলৈএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**লাইপীচা,** থেংগু
**লাইপোক,** মীথোই মীহেনবা মী, মী অচঙবা, মী মরু, মী মচং
**লাই ফদিবী,** মী মওঙ মান্না ফি মচেৎনা শাবা পোৎ

**লাইফম,** তীর্থ, লাইগী মফম, পানা অমগী মিং
**লাইফম পানা,** মণিপুরগী পানা অমগী মিং
**লাইফম লাকপা,** লাইফম পানাগী মকোক ওইবা ফমঅমা, পানা লাকপা অমা
**লাইফমলেন,** লাইফম অরুবা, লাইফম অথোইবা, মফ ওইবা লাইফম
**লাইফম য়াবা,** লাইফম লিংখৎপা, লাইফম শেম্বা,—চীঙঙু লাইরী থিনা খোইয়ম চেংলৌ ইশক তমনা মোংপোক চকলৈশেন অপানবনা চীঙঙু ইশক মান্না সনা কোল্ল হৈনা খোইয়ম লাইফম য়াবিও"—পাঃ মোংঃ

**লাইফি,** ফি জাৎ অমা, লাই কৎনবা ফি,—(মমাঙৈগদা লাইরেল্লাকপমদনা শাবা) ফি মথল অমা,—লাইরেল্লাকপম নঙদি লাইফি শা-ও"—লোঃশিনয়েন

**লাইফি তোংকাপ,** (মমাঙৈগদা চকপা থিয়ামনা শাবা) ফি জাৎ অমা—"চকপা থিয়াম নঙদি লাই-ফি তোংকাপ শা-ও"—লোঃশিনয়েন

**লাইবক,** খেলাই, হকচাংগী শরুক অমা, নোংদম
**লাইবক চাউবা,** মরাইবক থীবা (নিপা), দাই য়াদবা নিপা

**লাইবক খেলাই,** লাইবক, অফ ফত্ত

**লাইবকতৌ,** হীদাক লাংখত্তা শীজিন্নবা পাম্বী মথল অমা
**লাইবক চাউবী,** লাইবক থীবী, নোংদম থাবী,—"মোমচু চীঙঙু লাইবক থীবী য়ামচেং কাসা চাউ শাবা তুবৈ হাওনা"—নাঃফঃকাঃ
**লাইবক নেম্বা,** লাইবক থীবা, মরাইবক লৈত্তবা
**লাইবংথৌ,** লাই নীপা
**লাইবা,** মৈদিঙঙু লাইরেন নাউফংবগী সনা হাক-তক্কা লৈরম্বা মুংবান অশাংবম লাইবা অক্বাওবা গুরু অমনি লাইফংবা মহারাজগী, কংলা হৌবা লাম্লবদগী গুরু অসিনা হৌনবী পথাপ কায়দনা পম্লিং অমুক হন্দুনা কংলা শাগি

**লাইবার,** খোঙলোয়, দণ্ড, পাউ চৎপা মী,—"অসুম পাওমেল্লবদা মদাইরেম লাইবার গুমচিংবা অনিমদি কবো য়াংলৌ লমদাং ইন্না মুংবী য়াশে নেৎনা চীংলেন য়েঙম কানা ঈরোক লাইচম লাম্না পোইবৈ তমদা তারকলে"—শমঃঙঃ

**লাইবুং,** লাই হরাউবুং
**লাইবৌ,** লাই হরাউবগী মরোন
**লাই মনাই,** লাইগী সেবা তৌবা মী কাওবু
**লাইমাও কম্বা,** মাইবীনা লাইবাউ তম্বা
**লাইরমলেন,** লাইগী ওইবা,—"মুংজেংদা ঘনসিং পিবাগা অঙাং অতোন পিবাগা অনীমক ঈরুপনববু ঘনসিং পিবানা লাইরমলেনগী চুমথিএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**লাইরমলেন্দা তিনবা,** লাই মরক্তা লৈবা,—"মথন্নমক্তা শীংগুমলকপনে লাইরমলেন্দা তিনক-রোই"—হেঞ্জুঃ
**লাইরা,** থমনা (নোংয়াইনা তেংথানবা খুমন্না হায়নবা য়াহৈ),—"লাইরা নানৌ চোংবনা পুক-চুরেদে"—কুমদমঃ

**লাইরী,** লাইগী মরী মথোঙ,—খাপী থিয়াথৌপু খোইয়ম লাইরী থিহলও"—পাঃনোংঃ
**লাইরু,** ফুঙ্গা মৈ হোকমগী মনীং থংবা মনাক, ফুঙ্গা লাইরু
**লাইরুক,** লাইদা কৎনবা লুক (চাক)
**লাইরুক খুনবা,** লাইদা কৎলবা চাক চাবা,

প্রসাদ ফংবা,— "লাইরুক খুলপো য়ুমদা পুবন্নুং নামুংদে"—থাঃঈঃচীং

**লাইরুবা**, লাইমুরা, লাই লৈশাবী, লাইরেম্মা,— "ইমুং শোয়ায়মদা সোরারেনগী মমোম লাইরুবা তরেং মনা লাইজা ঈফু শান্নবনু"—চায়ঃ

**লাইরূপ মাপন**, মাইবরোন মত্তা, অশীবা, অতিয়া, পাথংবা অমসুং লাইসনা

**লাইরেকনদবা**, কল্লা হোৎনবা

**লাইরেকপা**, থৌশাদবা, থৌওইদবা, থৌবা শাদবা,—"লাইগী থোঙনে, গারোথনে, লাকথোংনে মসুংগী চিন্নাইনে থোং মরিমা অসি লাইরেকএ হায়ত্না শস্ত্রি তৌবা মীবু য়েএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**লাইরেন**, তুবী, মৈতৈ নিংথৌ,— "শামু মচুম তারবা অসিবু লাইরেন শমু নথুংনা নমমা পায়ও" —চীংথংঃশাঃফাঃ, লিনলাই, লাই অশাংবা

**লাইরেন ইমুং ঙানবা**, নোংঙানবা,—"লাইরেন ইমুং ঙাল্লবদা মদাইরেম অথম মীপোকপা অথৌ লাংগোনবা পুন্নমক্তা শমু থোঙশাল্লকপবু"—ভিঃচঙঃ

**লাইরেন কদেং ঙানবা চন্নু**, লাই নামুং নামুংবীনা পোকপা চন্নু,—"চীং লাই লৈমা লাইরেন কদেং ঙানবা চন্নুবু পীনা য়োয়চান্নরে"-চীংথংঃশাঃফাঃ

**লাইরেন নোংজা**, তুমিৎ

**লাইরেন পীনাইদবা**, মপা মমা লৈতবা লাই

**লাইরেন পুকনবা**, নিংথৌ শঙবা, নিংথৌবু ঙাক শেনবা

**লাইরেন পুকল্লোই**, নিংথৌ কনবা,— "তুবী মঙাইরোয় লাইরেন পুকল্লোই থৈবিক্কা ঙাইরোয়ননা"—ঔঃঙম্বা

**লাইরেন বং**, মৈদিংঙু কিয়াম্বগী থাঙ

**লাইরেন মণ্ডল হকপা**, মতিক মণ্ডল লৈবা নিংথৌ নল্লগা লাই

**লাইরেন মথেক চৎপা**, লাই হরাউবদা মল্লগা থাবল চোংবদা থেকনা খোয়না চৎপা মওং অমা

**লাইরেন মরায় লাংবা**, নিংথৌনা জয় ওয়বা, মায় পাকপা, ঙম্বা

**লাইরেন মৈতেংঙু**, মৈতৈ নিংথৌ

**লাইরেন মৈতিংঙু চা**, মৈতৈ নিংথৌ মচা

**লাইরেন লাংবু লাংবা**, নিংথৌ মমায় পাকপা

**লাইরেন রাকলেম তোংয়ান্নহল**, নিংথৌগী মজাইবুংঙো অহল

**লাইরেন রাকয়ে মথুমৎ**, নিংথৌগী সনা খোঙনেৎহি

**লাইরেন রাংগোন লাইমুরা অতেংবী**, মহারাণীনা পোকপা মজাইবেম্মা

**লাইরেন শাংবা য়াতাবা**, ইশাং শাংনা হিপ্পা, শিবা,—"লাইরেন শাংবা য়াতাগে হায়রঙেনে"— —হিঃহিঃ

**লাইরেন য়াই**, নিংথৌ,—"বাঙয়নবনু,—খুনহোঙনবনু লাইরেন য়াইদি লৌকলাইরেন্দি"—অহোঙঃ

**লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ**, মহারাজ ইবুংঙো, "লাইরেল কোরৌ ইনোংথোও অসি নোংপুম মরিনিবু সুরবগা"—ঔঃঙম্বা

**লাইরৈপাক**, লাইগী লৈবাক, সোরারেন,—"ইমুং শোয়বনা হাল্লগনে ইপা সোরারেনগী লাইরৈপাক্তা কারগে চরৈ ফি পীও"—চায়ঃ

**লাইরৈমা**, থাঙজা কম্বোং নিঙেঙান,—"লাইরৈমা হায়না তেংথাবদি থাজা কম্বোং চন্নুবু থায়ে"--পেনঃতেংঃ

**লাইরোংবা**, মরায় লোংবা

**লাইরোকলেন**, লাই য়াম্না লৈবা মফম

**লাইরা**, মন্ত্র, বা জাৎ অমা

**লাইরাংলা**, লাই অচৌবা

**লাইরা পরিং তম্বা**, অচুম্বা বা হায়বা

**লাইরা হায়বা**, লাইয়িংথৌ সনামহী,—"অমোম বাকোংগী কুম শক ১৬৫৪ মেরা থা ১৭ নি লংমাইজিংদা × × × × মোংবহনবদা লাইবা হায়বসুও মাঙহল্লে"—চৈঃকুম্বাঃ

**লাইশক**, লাইগী শক, লাইগী শক্তা

**লাইশং কম্নবা**, মীশিবা,—"লৈপাক মীয়াম শিয়ে লাইশং কল্লে"—চীংলাইঃ

**লাইশেংখিফরোইদবা**, থাদোকফরোইদবা

**লাইশেংখিবা**, থাদোকখিবা,—"মৈদিংঙু হোঙনেমযোয় খুঙাউ লংমাই তেংনা য়িমকাবা অসিবু অয়িম লংমাই শেংবা লাকুম্বনু লাইশেংখিফরোইয়ে"-নাঃকঃকাঃ

**লাইশেংবা**, থাদোক্পা, কোকপা, মাম্বোকপা, চিলাউনা থিংবা,—"ৱাকয় ঊকাই চনহন্দা তোংজেং হিরুপ লৈহন্দা কোরৌ নোংম্নিন চেকলা কোজোয়লাং থওরুগুম থরায় লাইশেং ঙগিও" —খু:নিং:লম্বু:

**লাইথ্রোবিচা**, তীঙ্গোং,—"নপম ঐদি লৈপারোন মঙামক্তা লৈম্নরোন তক্কমক্তা তীঙ্গোং লাইথ্রাবিচা য়াম্প্লিনা মালেম লৈপান্নুংদা ইত্তোম য়াত্তারুগে" —পো:লু:

**লাইম্না**, নোংদা লাইরেন পাথ'বগী মশানৌ

**লাইম্না খাইরককোন ওখুবা**, লাইম্নানা অঙা' ওঙ্গরিডে

**লাইম্না হেল্লোয় তরেৎ**, লাইনা, চিৎনু, থমনু, অহুমনু, অরৈনু, থেরো'দম চনু অমসুং তোনথা'নু

**লাইম্না মুম্মথে**, লাইম্নানা পাগংবগী মরুন থেক্পম (পোচ্ছতবা শঙলা'মৈ)

**লাই হরাউবা**, লম লম অতুদা লৈরি লৈরিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অতুনা পেনবিরবা খুঙ্গাউ লৈচাউনবা মঙ্গাই যাইকনবা তৌবা মুমৈ মথল অমা

**লাইহুই**, হৌরকফম, লাইদগী তাথরকপা, মগুন, শরীক

**লাইহুইবা**, পোকপা,—"মৈতৈ লৈমা শয়োম্নবোন শেনবুং লোকপী পম্বো মপা পোকপু সনা লাইহুইবদি কনানো"— চা:লাই:

**লাইম্নিংথৌ**; নিংথৌরেন, নিংথৌ, লাইব'থৌ, লাই

**লাইম্নিংথৌ হনবা**, লাইব'থৌ অমা,— "গুরুগী মিৎ ওয়দগী লাইম্নিংথৌ হনবা থোকএ"—"খুরাম্ন লাকপদি লাইম্নিংথৌ হনবনে"— কম:

**লাইম্নিম**, লাইশঙ,—"সোরারেন কোরৌ নোংলোন অপাইবা লাইবু ফুরা লাইম্নিম শেম শীংলেন লৈয়াম হনবা খোইমুম লাইবু নীংএ"—ধ:লা:নী:

**লাইমু**, মু মথল অমা,—"পুকমু লাইমু হৌব মনা শিংজু য়োংথুনেং"— চীং:লাই:

**লাইমুমলেন**, লাইগী মমুম

**লাইয়েকফি**, (মমাঙৈঙদা থোংবমনা শাবা) ফি অাৎ অমা,—"থোংবম নওদি লাইয়েকফি শাউ" —লো:শিনয়েন

**লাওই লাথেল শেম্বা**, লানা কজনা শেম্বা

**লাকচা খুদুম চনবা**, লাকচবা, মীথা পোনবা,—"নরৈবাকপু লৈবাক নিংথৌ পানবা অমনা লাকচ খুদুম চনকরোইএ"—ঔ:ঙম্বা

**লাবতরোই**, হায়গুম

**লাকতোন**, মৈতৈ কোন্নুংগী থোঙ অমা, নরবার শঙ অমসুং শা লৈবক্তা অতুগী মরক্তা লৈরম্বা থোঙনি,—"হয়েংদি নিংথেম থোক্তনি হায়রবদি ম্নোয়বু য়োইহৈ নিংথেম মুবীনা লাকতেন্দা, মুংকৈদা শজাই শেনবদা হায়দোক্তনি"—মণিন

**লাকথা কোনয়ানবা**, নাকথদা য়ানবা

**লাকথিনবা**, খুদম চনবা

**লাকথিল্লম**, কোম্নারবা লম

**লাকথোং কাবা**, (লাইদা) লৌশ লৈথোনবা

**লাকপা**, থুডুন চনবা, পান্নবা, পুনশিনবা, কিবা, পোং মুনবা, লাকশিনবা, ভাবনা শাবা, মচু শঙবা, (উরৈবোম লাকপা, কুহি লাকপা অসিনচিংবা) পাবথুবা, ফি শুবা, কম অমা, পানা লাকপা মরি লাইফম লাকপা, থাবম লাকপা, অহল্লুপ লাকপা অমসুং নাহারূপ লাকপা, লৈকাই লাকপা মরি—থাইবাকপা, য়াইকুল লাকপা, খুবায লাকপা অমসুঙ বাংগৈ লাকপা, লেংকুংশঙগী লাকপা —লৌ ইংগোম্নচিংবগী পাঙনা লৌগৎপগী থবক তৌবা কমনাইবা, শগোল লাকপা--শগোল ভেঙনবা

**লাকমনা**, রারকপা

**লাকমরকনা লাকপা**, অমুক্তা লাকপা

**লাক্লাং মিং থানবা**, লাকথুদুনা মথক্তায় মমি কৌবা

**লাক্রো শিনবা**, শিন্নবা

**লাকহে**, চঠী,—'থবী লোইতাম্বনা থাজা তরানীশোইমাবু তেনা মহললবএ, লাকহৈ কুমমপানা লাকলেন াকশি মতাইশিল্লকএ, পুর্নশি ইরাললৈদি অরাং শক লুত্তোং লৈমুংহনবিদে"—লাংলোন

**লাকয়েন**, তাইনফম

**লাকাবা**, অর'বা

**লাং**, ই মথল অমা, শা উচেকনচিংবা ফানবা পোংশক, চুংলোং মনমথাং (শেলোই লংমাইনা হায়নবা)—"মম্নিম শেলোইনা বা হায়না লংমাইনা ভেংথানা চুংলোং মনমথাঙবু লাংও কৌএ"-নিং:লম্বু:

**লাংওন,** মপোক, শাযোন,— "কংলৈ পুংময়োন-ডুদি ডুবী লাংওন অহুমলক হৌখিরেসে"—
পাঃলাংয়েন

**লাংওন ফবা,** মপোক ফবা

**লাংওনবা** মপোক ওনবা

**লাংকোই,** লাংগোই, শগোল, শমু

**লাংগোই কাপ্রং অহিংবা** শগোলগী মচু জাং অমা

**লাংগোই কম্বান শা,** কম্বান তোংবদা শীজিন্নবা শগোল -"কাপ্রং অহিংবা লোকপানা লাংকোই কম্বাল শা ওইনএ"—ওঃঙবা

**লাংখোং,** গো বান, খোংলম

**লাংখোঙজি,** কিশি

**লাঙ্গা অশিৎ, লাঙ্গা ফাইরেন,** ফাইরেন থা,—"থাদি লাঙ্গা ফাইবেম্নে"—সিঃমৈঃলীঃ

**লাংগোই,** শগোল, শমু,—"মদাইবেম পোইবৈ অথৌ লিচা হেল্লা পুন্নমক্তা ওবা মাযযোক য়ানা শোক্লববু অহিং নোংবিন নাইদনা লাগোই থংনৈ লমথা তম, শাজৈ নময়েননা ফুজিন্নৈএ"—"লাংগোই মচুম অরিবা শামু অচাওবা অসিবুদি ডুবী শমু ইথুংনা ফংনা শামুগী যাব্রেন ময়াব পাযপগে"—
চৌংথঃশাঃফাবা

**লাংগোই কারু,** শগোল অমুবা

**লাংগোই খুত্নুপ থৌবা,** শগোল কন্না থৌবা

**লাংগোই খুদোই ছুনওমদবা,** মখোঙ থাংবা ওমদবা শগোল

**লাংগোই খুনেৎনবা,** শগোল নংত্রগা শমু তোংবা

**লাংগোই খোঙ ওইনবা,** শগোল তোংবা,—"চৌঙু মতীক উংলগে হায়না কোবৌ নোং শগোলবু লাংগোই খোঙওইননা ফাগে লমশং শেং, বাহোং তু নিংথৌনা চুডা লৈথেং হেন কুন্দর চীংলাই শাবন চুমলেন নাপা ডান সনা লিককাং শি খুংশি পাংহেন হেল্লা থোঙলেন নাপৌহাং কোলোয় ডান্না লাংগোই শা থৌজিনগিন্নে"—সনাঃলাইঃ

**লাংগোই খোঙ ওইমা,** শগোল তোংদুনা

**লাংগোই থাক্লোকপা,** শমু য়াপনবা

**লাংগোই মথুংঙৎ,** মুহাকনা তোংননবা শমু নত্রগা শগোল

**লাংগোই মঙম শা,** মঙ্গগী শগোল

**লাংগোই মায়কংশা,** শামু, শগোল,—"নোংথাক চৈরোয়ননা লাংগোই মায়কংশা সাচৈ থোমওন য়ৈ, খুনেৎ নাকথং খোঙকাওননা মতোম মাতাম ফুজিন্নরবগা"—ওঃঙবা

**লাংগোই মোইশা য়া,** শমু

**লাংগোই মোরা,** শগোল মোবা, শগেল অঙৌবা

**লাংগোই লুরাংবা,** শমু

**লাংগোই শরিথোকপা,** মতীক চাবা

**লাংগোই শরোকপুং,** ইম্ফাল কংলৈ,— "মৈদি দু হোঙনেমযোয় খুঙাউ লোকয়ি শেল্লোয নাই লংমাই তংনা য়িমকাবদি কংলৈ শুমতোংপান লাংগোই শারোকপুংদা বাইথুংলে"—নাঃফঃকাঃ

**লাংগোই শায়াঙথক্তা,** শমু নত্রগা শগোল মথক্তা, -"জাং শাগৈ ফবা। কাবৌ নোং শগোল মাবদংগী লাংগোই শাযাঙথক্তা রথ ডুলাই মথুনেৎ নিংবিবৰু ছানা" - লাঃশগাং, —"লাংগোই শায়াঙথক্তা কোল্লোয় শিল্লান পুংনে"—অংলাল্লুঃ

**লাংগোই হকচাউবা,** শামু,—'থাঙলেন য়াশবনা কোন খাযে লাংগোই হৰচাউংনা পোঙডাবএ"—
গোইঃনিংলম্বুঃ

**লাংগোন ফবা,** কংনা যাকপা

**লাংগোম্নবা,** চান্নবা

**লাংগোনবা** নোকপা, শবায কনবা— 'ইযোম লেম্পৌ শিন্না লাংগোনগে"—পোঃলুঃ

**লাংগে য় চনবা** কোয়শিনবা

**লাংঙোন,** মপোক, শাযোন, লাংওন

**লাওজন,** মকুনা থৌবী তাবনচিংবদা শীজিন্নবা পান্থী মগল লামা,—"শোগ্রী, অমানবগী মকু ঊশিংদা পুমদবা তকংবা থৌবী,— "শামতোন অয়াঙবৰু অতিয়া শিদবনা ছন্নবা ছন্নে, লাওজন বাযরে চাবাম্ফী, লৌতোন বায়রে বায়তোন, মশেক তারে শেক্তা'—পুদিন

**লাওজন পুরি তু শবা চাজুম নম্বা,** কাজিন্নগা নম্বা,—"চরৈ ফিথুপ তৈনা তাবু লুবাকচংদা হাপ লাওজন পুরি তু শবা চাজুম নমনা কমজিনখিন্নে"—
নিংঃশাঃ

**লাওজন পুরী থোকপা,** পুনবা লৌথোব পা

**লাংজম লীগা থুবা,** থোৎনা পুনবা,— "মুকম্ হাইমৈচোনবু লাংজম লীগা থু"—চাঃলাইঃ

**লাঙজরম্বা,** থবক তৌরম্বা, থবক শুরম্বা

**লাঙজা,** শা অপুম অশা চাবা উচেক মখল অমা

**লাঙজথৈ,** লৈপাক ময়ায়

**লাঙজা মুক্কম,** কাক মুমকম, মুমকম কায়াং মাপনগী মঙ্গুংদা চীংথৈ থংবা কায়াং

**লাংজেং,** মখোক কাবকপা, মমৈ অরোইবা শরুক, অনৌবা

**লাংজেং কায়না ইজন তম্বা,** পাগং ঈনথংলকপা

**লাঙজেং খোনবু লৌ,** পাম অনৌবা

**লাঙজেং তোন্দা হৎপা,** মমৈ মৈতোন্দা য়েকপা, মমৈ মৈতোন তাঙবা

**লাংজেং মখোক কারকপা** মখোক কারকপা, ঈনথংলকপা

**লাঙজেং মখোকলকপা,** মখোক কাবকপা, ঈনথংলকনিবা নিপা নত্রগা মুপী – 'নশাবী লাঙজেং মখোকলকপনা মালেম লৈমায়তেম কোবৌ নোংখোয় লেপ্পা নমু পোনিংলে, তপ্পা উ থারে"—
পোঃলুঃ

**লাঙজৈ,** ময়ায, মাবপৈ অদীমকুগী থীরকপদা ময়ায খোকপা মকম,—"অতোম নিংথৌনা লাঙজৈ ফম্মে"
—কমলোন

**লাঙতক্কবা,** পোয়রাঙবা, পুক্কি লাঙবা, চরাঙনবা,·"চবোম চেঙচেন তম্বা ঔরা লাঙতক্লগে়রে"- ওঃঙম্বা

**লাংথৈ,** মৈতৈগী ঈরাং পূজা তৌবদা য়াম্না শীজিন্নবা হীদাক লাংথক্কুম্ কান্নবা পাম্বী অপিকপা জাং অমা

**লাংদাই** লাকয়েন, অনীগী তাইনকম

**লাংদে পুং,** লাই হবাউবনচিংবদা য়ৈবা পুং মখল অমা

**লাংনে লুকঈনন্নামন,** লুখাকলা

**লাংনা,** ইনা মানবা নাপী মখল অমা

**লাংনা পাদম,** লাংনা মপা তম্বা

**লাংপক,** ইকুম লাংগুম

**লাংফম;** শিবা য়াবা তানকম, মতাং অরুবা তাঙা, —'নিংথৌগী শিগদবা লাংফমদা তৌও ফবনে"—
থিরেন চীনঃ

**লাংফম চনবা,** লান লুমহুনা ডাইহুনা লৈবা,— 'মৈতেংঙু লোইনাই থবান থাবাও নদাইরেম ঐদি য়েৎলম লাংফম চনগে"—থঃথঃহিঃ

**লাংফম্বা,** লম্বীদা ডাইহুনা লৈবা

**লাংফম য়ৈনা ডাইবা,** লম্বীদা লুমহুনা লান লুম্বা,—"অহিং নোংশোয়বা লাংফম য়ৈনা ডাইরে"
—মিয়াং

**লাংফান কনবা,** ই ফানবা কনবা, ই ফানবদা থোনা ফবা

**লাংফেম্নবা,** ইরাং লাংবা

**লাংফেৎ ( লাকফেৎ ),** হাইফেং, হাইরপ

**লাংবচক,** কলি যুগ

**লাংবন,** থবান থাগা মেরা থাগা অনীগী মরক্তা লৈবা থা

**লাংবন অওল্লুক,** ফৌ ওল্লবা শঙবায় (থুম্মুক)

**লাংবন অওল্লুক চেঙবুম মনাউতোনগুম লনশিংবা,** চপ চানা লমন শিংবা, চেঙ পুরা চেঙশিং ফৌ পুবা ফৌ শিংবা,"নশানৌ লৈরাং অতোনবগীদমক লাংবন অওল্লুক চেঙবুম মনাউতোনগুম্ববু লনশিংলুও"
পোঃলুঃ

**লাংবন কারোঙ খুংকুম্বা,** লমন খুম্বা,- "নোংমায় শিখোং নিংথৌবনা শাবি চাথা মোহরেম্বগীদমক করোং খুংকুম্ববু য়োন্দনা তানফংলক্কে"—চায়ঃ

**লাংবন কৌজেঙ চোংবীচা,** বৌজেঙ--"লাংবন কৌজেঙ চোংবীচানা খু। মপুমমানা চোংশিনখিও"—
তুতেংঃ

**লাংবন খোয়রেন লাম্নবা,** খোই পাইবগুম থুনা চেনবা

**লাংবন খোইফিমলাই ডারেন য়ুমশংবা,** ডারেন খোই লাংবন লৈপুং কোইজ্রাউবা,—মি

**লাংবন শাওন লৈপুং কোইজ্রাউবা,** মি,— "শঙতিঃ লোনকৌ চীদা য়াওরোশা তোকপা তোকমু মৈশাংবা খোংলেন লমকামশা লাংবন শাওনকোই লৈপুং কোইচ্রাউববু য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবদা শারেন পুমনা কংনা পুনশি লৈনি বাগী"—নাঃফঃকাঃ

**লাংবন শীংজা খাঙবা,** শীং চনবা

**লাংবা,** কংপা,—লৈ লাংবা,—লৈ কংপা
**লাংবান,** লাং মপান
**লাংবান তোম্পোকপা,** নায়তোম শংবা লাং মপান
**লাংবুক,** মপোক
**লাংবুম,** পুনর্নিনবা, অমত্তা ওইবা
**লাংমৈ,** উচেক জাৎ অমা
**লাংমৈ ওনবা,** মাথ ওনবা
**লাংমৈ য়াকোন নিংথৌ চনু,** থিয়াম নিঙেঙান,—"লাংমৈ যাকোন নিংথৌ চনু হায়বদি থিয়াম চনুনে" পেনঃতেংথা
**লাংলুবা,** তৌ য়ামনা য'নবা,—"তৌ য়ামনা য়াম্বু থায়নগী বাহৈদা লাংলুবা কৌএ"—খাঃমুমঃ
**লাংলেন,** বা—"বাযরা তেম্বা অমবক্তা কোংয়াং বাদা পায়বদি কোংয়াং ব লা থাঙনা লা লেন মপান তুপলে"—চাঃলাইঃ, মা হুপী, লাং অচৌ বা অচৌবা নাপী জাৎ অমা
**লাংলেন কোংয়াং,** বা
**লাংলেন কোংয়াং মচৈশু,** বাপী চৈশু,—"কেগে য়াংগোংজম নিংঙোনবীনা লাংলেন কোংয়াং মচৈ শুনা ফৈনা ওনর্বা"—পোং.নিঃ
**লাংলেন কোঙয়াং বাত্তোন,** নাত্তোন অতুপ্পা মত্তোন
**লাংলেন কোংয়ান বাপীহন (লাংলেম বাপীহন),** মচা নিপা অহন,—"মপাবি লাংলেন বাপীহনদি মা লেম মনা লোইনা কোবো নোংগোঙ কোয়গিবে'—পোঃলুঃ
**লাংলেন মনাউয়োক,** বা মচা, উনৌ,—"খুয়োন লোকলোরেম্বা কোংয়াং মবাচা লাংলেন মনাউ য়োবপু তেবপী ওকখুবাইনা ঙাবব, কাওবেন শন্না থেংজংগী লোকলৌ শোইনৌ হুন্দরে" মোইঃনিঃলম্বুঃ
**লাংলেম শোইরেন,** উনৌ,—"লাংলেন শোইবেন হুন্নকলে নমু পোংলেপ ফাদি চাউরকলেদে"—কুমঃ
**লাংশঙ,** লোয়শঙ অমগী মিং,—নিংগৌ,—'নিংথৌ সনা তবেংবা লাংশঙ শঙসাং চান্দুদা বাইথুংলেসে"—পাঃলাংয়েনঃ
**লাংশোই,** মকোক শাংবা তা মওঙ মানবা মচীন তুবা খুংলাই অমা,—খুংলাই অসি শামু তানবদা শীজিরে
**লাংহৈ,** কুম, চহি,—"লাংহৈ কুমশীং য়ামনা শেন-বী চৈবাপ বাযেন্দবে"—ধঃলাঃনীঃ
**লাংহৈ কুমওন,** চহি ওনবা
**লাংহৈ কুমশীং,** চহি মশীং,—"নঙবু লাংহৈ কুম-শী য়ামদবিবগী অঙাং মতৌ ওইরিএ"—লাংঃশঃথাঃ
**লাংয়া থনবা,** শিবা, শিগিবা লাংওনাথবা, শুকমু থনবা—অপোক অশি,—"লাংয়া থনবা হায়বদি শিথিবা লাং ওনথিববু কৌএ"—খঃয়াম্মোই
**লাংয়েন,** খবামিচাকী মমিং
**লাচুম্পা,** হাৎপা, খবায় মাঙহনবা
**লাচেন্নবা,** লা হেকপা,—"নোংযাম ইপা লমদা ববিগী চামলৌ লাচেন্নবগবনো"—চায়ঃ
**লাৎপা,** পূজা তৌবা, লাই খুরুম্বা,—'শক ১৭২৩ বাকতি খা নমি ইরাইদা গবাম্ব মচা য়োইরেন কম্মি-হনবনা চিপু খুমগোঙ লাখলে'—চৈঃকুঃ
**লাতম,** কাঙীন্দবা চেনা
**লাথাকোন,** লফু য়াম্না হৌবা মফম
**লাথেৎপা,** তুমিন্না লৈবা, নাইতনা লৈবা
**লান অচওবা,** লান্দা হিংনা ফাবা মী,—'লান অচওবা কুম্মমাথোই ফায়এ"—চৈঃকুঃ
**লানগাবা,** লান লাকপা, লান হৌবা
**লান মাঙবা,** লান্দা মায়খিবা ফংবা,—'ময়িম শেল্লোয় নংমাইনা পাঙঙা যৌগান খেংগে খুনফম ঙাংচেং নেংকে হায়না শেল্লোয় পুম্ননা হুপনা নংমাই পোঙশানশিববু লাইয়েন ইপা মৈদিংঙুনা কৌবা লান লুনলমবগী নংমাই লানগা মাঙলে"—নাঃকঃকাঃ
**লানঙমদবা,** লাহোকপা ঙমদবা,—"লাইচা ইবেন পুংপু কৈনা লানকে লানঙ তে"—পোংগোঃ
**লানঙম্বা,** লানবা ঙম্বা
**লান ঙম্বা,** পীথবা, লানলবা, লান্দা মায়পাকপা, জয় ওইবা
**লাঙাক থাকপা,** লান্দা মী হাংলুবগী অমদি শা ফাকুবগী দোষ কোকনবা অমসুঙ মচামত্ত অমসুঙ মশাদা লায়থুং তীনবুং পান্দনবা প্রতিকার তৌবা
**লাঙ নবা,** অচাপোৎ লায়তুনা চামিন্নবা,—"তরা চাকয়োমসুঙ লানচানবিএ"—চাম্বঃ

**লানচিংলেন**, লানগী লুচিংবা, সেনাপতি, -"হয়েন লানচিংলেমও খোইমোম ওঁলো য়াইবীরেন শিদবনা শানৌ ইচিন ইনাউবু পাউ কৌবরে"—চীংথঃশাঃফাঃ

**লাঙ্গাইখোন**, লানদা য়েক্কবা চাইথায়বগী মখোন

**লাঙ্গাই থৌবা**, লান্দা থোৗবা, অথৌবা

**লাত্তান থৌবা**, লান তানবদা থৌনা ফবা,—"তাইপোং লানতান থৌবা ক্যাং লমতাক তানবা শেনবী লাংগোই শাফকী ৱান্‌খং মাঙহেনবা তামনা মায়য়োক য়াববু কাইনা হনবা" চাঃলাইঃ

**লাম্বকনবা**, লায়তুনা থকমিন্নবা,—'বাংলৈ খোমহাল্লকপবু লৈএ থকমিন্নিংসে, তিমেন তামৈ পায়না খোকলাং তাদোন থক্তা লাম্বাকনখিয়ে"—চায়ঃ

**লাম্বা ( লাম্বপা )**, লান্দা জয় ওইবা, লান চম্বা, ল্যান্দা থৌবা,— 'লাইরেন মৈতিংঙু নোংপোক থাকী লাম্বপা তুবী চীংলেন নোংতাই নিংথৌরেন্না থোংনাং মতিক খঙ্ মযাং মতৌ উবপকী" —নোংশামৈ

**লাম্ববী** লান ঙবী লান্দা থৌনা ফবা

**লাম্থিনবা**, য়েংথিনবা, হুংঙাইনদবা

**লাম্হৌ লাঙ্গাম্বা**, লুরাং শলাইগী নিংথৌ অমা

**লাম্হৌ য়াং**, লান্দা থৌবা, লান্দা থৌনা ফবা,—'মপাবি শরে বৈথিংনবা ওম্বু ংাম্হৌয়াংবু তবেং পোনদ্বাদ্রি"—চাঃ াইঃ

**লান্দান কাইবা**, লান তৌড্লনা লৌবা

**লান্দাবা**, লান তাবা

**লাম্লংবা**, অৱাবা তাবা, অৱাবা নংবা

**লান্না**, পোং কংনা ( মোইরাংনা হায়নবা ), চুমদবা "থোংলেন তিংবিথক্তা য়াওরৌ শাবু লান্না লমংক ওম্মে" - মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**লানফম**, অশোয়বা মফম, লান শোক্লফম

**লানফম কাকুপ মথুম হাংবা**, মায়গৈ অনীদা লানমী চোংথোকপা

**লানফম ফমনা শীৎপা**, নারক জন্দলদা লান লুম্বা

**লানফম মৈশা লাংবা**, লানফম অকনবা

**লানফা ঊশৈ**, শাফা লানফারুরগা লানচাক থাকপদা শকপা ঊশৈ,—"লাম্বম নঙদি লানফা ঊশৈ শকও"—লোইঃ লাইঃ

**লানফি**, লানগী পোষাক, ফি জাং অমা

**লানফেৎ লানফেৎ**, থর থরা, হাইরপ হাইরপ

**লালবন**, লালগী পল, কিলা

**লানবম ঙাকপা**, লানবন শঙলিবা মী

**লানবা**, পোং কংপা, পোং লানবা ( মোইরাংনা হায়নবা ),—"থারায় খুদোংথক্তা হাপনা য়াংলৌ লমথাংমদা পোংলেন তিংবিথক্তা য়াওরৌ শাবু লান্না লমওকঙামএ"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**লানমিংনাই**, লান্দা মমিং চংপা মী, মমিং নাইবা মী,—"লোইনী খাবোই মনিংথৌ থাঙশা লানমিং নাইবু উবেপ চাথিন্নিএ" চাঃলাঃ

**লান লোয়নবা**, লান চংমিন্নবা

**লানশা পুনবা**, লানহিং ফাতুনা পুনবা

**লানশি**, লান্দা মাইথারবা মী, মাইথীরবা মী, লান্দা শিরবা

**লানশোক চৈরত্তবা**, লান শোক্লবা লেপ্তবা

**লানশোক হকথেং ফংবা**, হকথেংননা লান শেক্লবা,—"থামরল চনেংননা লানশোক হকথেং ফংলবগী"—ঔঃঙম্বা

**লানহিং**, লান্দা ফাবা অহিংবা ( শিদবা ) মী,—"অচঙবা লানহিংনা সমু তুংদা লৈ পরৈ লানফা শা'— ঔঃঙম্বা

**লানয়োনবা**, লাম্বা ফংদবা

**লাপনা হুলাম্লুবা**, লাপনা হন্দোকলুবা

**লা ফানবা**, থকপা

**লাবা**, অমোম নত্তবা, নীপা, য়েংকী লমদাং,—'য়েংকী শাগৈনা লাবগী মওং শেমলে"—থীবেন মৈঃলীঃ

**লাবা ইবিঙা**, নীপা ঐথোই অনী,—"লাবা ইবিঙাদি শগল তুংফাং লিংদরিএ"—তুম্তেংঃ

**লাবা খুমন** ওকলাবা,—"য়াওরৌ শক্তি তেংন্নবু য়াংদো শারম লীবানা কোবৌ লমদা তানথংবি নোং কার্যমদবা ত নথংগিএ"—অনোয়ঃ

**লাবা খোকলাং মশোল্লম**, তাথোক হাইগৎপা

**লাবা তুপ্তপা**, নিপা থোকপা, মরীন পানবা, মথৌনা লৈবা

**লাবা থিয়াং থোক্না**, নিপা থোকনা, থৌনা ফনা, —"খিরেন উংলৈল্লংগী লাবা থিয়াং থোকনা লম-

হৌরকপা খোইয়ুম য়াবা নখোঞ্জেল লাংবন পোইমু খোন্দানবনা চেংলৌ শকথোং ওইনা মালেম মপুং লমহৌরকপা"—পোঃলুঃ

**লাবা থিয়াং থোকনা লমহৌরকপা** নিপা থোক্লা চো'থোবকপা

**লাবা নুরোই ইরেং খাংস্থু পাখং কুমজিং ফায়েৎলি,** শমজিন

**লাবা শমজিন লাউথৈ থোংবা,** কোয়েৎ য়েৎপা

**লামপিশা,** শঙাই—"চী'ঙ্ ইন্দ্র সোবাবেনস্থঙ য়াওবৌ শা শঙাই লামপিশা সনা তুনানববু ওইনা মুহি নি'থৌরেনগী মম'ঙ শংশঙবদা চেংলৌ মিৎলম থম্না লৈকরে"- বীর সিং'হ

**লাম্বন,** লানথন

**লাম্বাউ,** লালগী পাউ

**লাম্বাউখোন,** লান লাথই হায়নবা খোঞ্জেল লালগী পাউ

**লাম্বাঙ (লামপাঙ),** আবাম্পম চম্থু,—"মৈতৈ লৈমা লাম্বাঙ স্না লিনগোইগী নম্থু মৈদিং'ঙ্ নিংথৌচেঙও তৌনা কৌএ" —চাঃলাইঃ, —'লাম্পাঙ হায়না তেংথাবদি আবাম্পম চম্থুপু থাএ"—পনঃতংথা

**লাম্বী,** লম অমগী মিং

**লাময়োনবা,** লাম্বা ফ'দবা, লামশিনবা ঙমদবা

**লারবপা,** লাবপা,—"তাঙজা শিল্লা পুখনমবগু ঙাইবোয়ননা লাববলে"—লা'ঃশঃথাঃ, 'রাবম বিগী লাবকপনো ?"—ঙঃঙম্বা

**লারাক,** লাগী মবাক,—"পুঙ্গ চ'বী লাকোল্লক্তা চ'বী লারাক শেংনা লা'গোই মঙম শাবু হুন্না কোঙ্গোই থুববগা" —লা'ঃশঃথাঃ

**লারাক থাংদৈ থোম্বা,** লানা য়োম্বা, লানা মপা থাবা

**লারৈ লাথুপ,** অবোন অথুপ, ফোংনা মী শঙহনবা য়াদবা অবোনবা বা

**লারোয়,** লা পাঙবা গী, লাই হব'উবদা চবোলগী পয়েংদা হরাউকু'গী য়েংলোম প'বদা ফম্বা মী

**লাল,** হুয়েন, লান য়েক্লবা

**লান চাইবা,** লান থুগায়বা

**লালথং,** লান মথং মথং

**লাল নাবা,** লাল থংনবা, লাল তৌবা, লান শেং'ক্লবা,—"শক ১৬৩৯ পোয়ম্থু ৭নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম ময়াম্বনা (গবিবনবাজনা) সোমসোক লাল নাবা চৎলে"—চৈঃকুম্বঃ

**লালনীং,** লালগী তুং থ'বা শরুক

**লাল পাম্বা,** লাল তৌনিংবা

**লালবুম,** লালগী থুৎপু লামমী

**লাল মাঙবা,** লান্দা শিবা, লাল ঙমদবা

**লাল মিংনাইবা,** শা লান্দা মমি চৎপা

**লাল লাউনবা,** লাল লাউবা

**লাল্লোয়,** লানমী তেংগোল,—"লুরাং লাল্লোয় তবেংমক্কী তা'জা লুবেন কবলে"—মোইঃনিঃ,—"তেংগোল লাল্লোয় মপু' চাঙনা ছুয়েন লাল হৌবনপবু'—চীংথংঃশাঃফাবা

**লাল্লোয় তম্বা,** লান তমশিনবা

**লাল্লোয় থাবা,** হাৎকে তৌবা,—"ইমোম আসবু থুঙুম নঙনা লাল্লোয় থাই"—উঃবাঃ)

**লাল লোয়নবা'** লান চৎমিন্নবা

**লাল হৌবা,** লাল তৌবা হৌবা, লান্দাবা

**লালয়াই,** ল'ঙাউ

**লালয়াম থাবা,** লান্দা মী ময়াম হাৎপা

**লালয়ায়** লাল মবায়, লান চেরুক

**ল'ল্লু** লান লু কোক

**ল'ল্লু চোমায় ফোয়বা,** মঙক ককপা,—"লাল্লু চোমায ফোয়রে" - চায়ঃ

**লাল্লু চোমায় লৌবা,** থাঙনা মঙক কক্কুনা হাৎপা

**লাল্লুপ,** লৈপাক নিংথৌগী থৌ পুবা,—"মমাইঙদা মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লিংঙদা প্রজা'না নিংথৌদা থাজনা থাগদবগী মহুত্তা লাল্লুপ কায় — প্রজাশিংনা চহী অমগী মনু'দা থা অহুম হায়বদি হুমিৎ নিফু-নিগী মনু দা হুমিং তরানি নিংথৌগী (লৈবাক্কী) থবক তৌই। প্রজাশিংনা নিংথৌগী থবক শুরিবা অদুগীদমক মথোযনা ঙশুমন ফংদে। অশুম তৌনা লৈবাক নিংথৌগী থৌ পুবা অসিবু লাল্লুপ কাবা কৌই। লাল্লুপকী খুদোং চানবা হায়ত্তনা লাইফম থাবম অংল্লুপ অমস্থুং নাহাল্লুপ হায়না পানা মরি থোকনা শাযদোকলম্মী। মাগী মাগী পানা অমস্থুং য়ুমনাক্কী মতুং ইন্না থৌ পুনরম্মী। চহী তরাতরেং তবদগী চহী হুম্ফু, তরা নিপা মথৈ লাল্লুপ কারম্মা

কনাগুম্বা নিপা অমগী মচা ময়াম পোকলবদি অহন্না (পিবানা) নিংথৌগী সনানাক্সা লৈদুনা নিংথৌ শেনবগী থবক তৌই। মচা নিপা অনীগুবনে মরিগুবনে অত্তোনবনে অসিনা থৌ শাবা শঙ শাবনচিংবা থবক তৌই, মথোয় অদুবু লৈকাই শঙশারোই কৌনৈ। অহুমগুবা মচা য়ায়মা অদুনা সিকাই ওইনৈ। অসিদসু নত্তনা যুমনাক যুমনাক্কী মতু ইন্না মাগী মাগী মশিন তৌবসু য়াওই, মদুদি-অহৈবা থাঙজবা অসিনচিংবা। সনা মতৈ, লৈমা মতৈ, সনাগী মচা, লীজপাম মথোয় অসিসু লাল্লুপ কানদে, মথোয়দি অপাম থৌগল ওইনা কায়। অচৌবা মলক নাইবা কম্মাই কানাইগী মচা মশু নিংথৌমচানচিংবদি লাল্লুপ কাদে, থৌ কোকনবম্মী, মাদুদি মেজর ওইবা নিপা অমগী মচা অমসুঙ মশুদি হায়রিবা থৌ অসি কোকই, সুবিদাব ওইবা নিপা গীনা মচা কাওবা থৌ কোকই, লাল্লুপ কাদে অসি নচিংবা। ব্রাহ্মণশিংসু লাল্লুপ কানম্মী, মথোয়না শ্রীগোবিন্দগী অমসুঙ নিংথেমগী পুজাবিনচিংবগী থবক তৌই। মতুং কাইনথংদা বৃটিশনা ই• কমজ ১৮৯১ এপ্রিল থাগী তাবিগ ২৭তা মণিপুব লৌববা মতমদা নখোসন মৈচিংংনসিংহ মহাব ভগী মশ ইংগু শ্রীযুক্ত চুড়াচান্দ সিংহব নিংথৌ হাপলবদা খৃটাব্দ ১৮৯২ গী এপ্রিল থগী তাবিথ ২৯দা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেণ্ট অমসুঙ মণিপুব ষ্টেটকী সুপারিণ্টেণ্ডেণ্ট ওইরিবা মেজর এইচ: সেণ্ট: পি• মেক্সওয়েল্লা লৌ পবি অমদা অক কত্তা থায়দনা চহীদা লুপা ৫ (মডা) থাজনা লৌগনি অদুগা লাল্লুপ কাবা তোকলগনি মদুগী মহুত্তা যুমথোঙগী ওইনা লুপা ২ (অনী) লৌগনি হায়না লাউথোকখি অসুম তৌনা মণিপুরদা লাল্লুপ কাবা তোকখি। যুমথোঙগী লুপা অনী অনী চহীদা লৌরম্বা অদুসু ই• শোক ১৮৯৯-১৯০০ দগীদি পুংতোক তোকখি।

**লাল্লুপচিংবা,** কম অমা

**লাল্লু পোলেম হানবা,** ককথংলবা (য়েল্লগী) মকোক পোলাম্দা হানবা

**লাল্লুম্বা,** লান লুমদুনা য়েল্লবা লাকপা ভাইদুনা ভুমিন্না লৈবা

**লান্নেকরাই,** লান লাকপদা লেজুনা লৈথিবা মকম, লাল লেকক্কম

**লাল্লেংথেম,** শাগোং লানপোং, শা লান্দা শেংপা ফি

**লাল্লোই** লানমী—"য়াংগোই ঈবু কৈবা শমবা লাইজ্জা ঈবালকলবদা কাস্নেক লাল্লোই তবেংমানা মুংবাম মনিংথৌদা বাকংখিয়ে" —মোইঃনিঃলম্বুঃ

**লাল্লোয়** হিয়াংথাংদগী ফোগাকচাউ কাওবা সেগা লম্বী সোবোক্কী নোংপোক মথগী মম

**লাশমফোয়** লা মতোন (লাতোন) থংপা

**লাশোং পাম্বা,** মতীক মগুণ চাউবা

**লাহান** ডরাংগী মথক্কী মুমিং, মংগাইঙঙ, নহান

**লাহান খোয়মা ঈহৌবী,** হৌদোকমিন্নরকপগী

**লহান নোং,** থায়না মমাইঙঙ, নহান

**লায়কনবা,** অনাবা ফনবা হোংনবা, অনাবদা গৈদাক লাংথক তৌবা—"অমাই ননাউয়োবসিদি পানা লাযকন হৈযে"—পাঃনাহেঃ

**লায়বা,** লুদবা, মীবায়বা, বরিসু লৈতনা তৌবা, খৌওইদবা,— 'লুবাং নাউথোংজাম্বা-ও মুংবাল নপাচাংদি ববম লায়বনো?"—নিংঃলম্বুঃ

**লায়রা অতোন তাবা,** লায়ববা, "নংন্না ঙসায়োং পলেমনদি লায়বা অতোন তাবগীদমক হমানা লৈদি লৈজদা পাবি য়োক্তুংদি য়াদা নোংজবসু কনানা লীংথংগিদে"- হেঙ্গুঃ

**লায়াৎ,** থাযদোকপা শরুক

**লায়োম,** লানা য়োমদুনা শেম্বা ময়োম, —"থাঙৰি চংইন অকুপ্পবু চামলৌ লায়োম শা, য়োয়বু শমলী ভাইথোমনা মপাম শেল্লোয চীংদগী লমহৌরকএ"—নাঃকঃকাঃ

**লি,** ঈশিং থক্কা লৈপাকনা শাবা পোং,—"মরুক অমত্তদা হামিন্নৈএ, সনাগী লি অমত্তদা থকনিন্নৈএ" —চৈঃকুম্বঃ

**লিক্লোন** সমুদ্রনচিংবা ঈশিংদা লৈবা জীব অমা, মসি মতম অমদা শেল ওইনা চংনরম্মী

**লিক্লোন থাওম্বা,** লিকোন পযেং লেংলগা থা ওন ওন্দুনা শিবা,—"লিক্লোন থা ওম্ববু মোইমিং লৈচুনয়ে"—চাঃলাইঃ

**লিকোন তোম্বাম্বা**, লিকোন শিবা

**লিকোন শান্নবা**, মশান্না অমা, মী ময়াম ইকোয় কোয়না ফমলগা লাইয়ুম অমা থারগা লিকোন মক তরুক হুন্দুনা শান্নবা মশান্না অমা,—লিকোন শান্নবদা লিকোন মক্ত তরুকমক পূমলোং লোংলবদি লংহৌ থোকপা নভ্রগা লোংথৌ (ত্রিশা) থোকপা কৌই, লংচৌ থোকলবদি পো তরুক চংলি। লিকোন অমথক্তা লোংলগা অতৈ মঙা অদু উপলবদি তমু থোকপা কৌই, পো তরামাথোই চংলি লিকোন মঙা লোংলগা অমা উপলবদি পঙ্গা থোকপা কৌই, পোফম কুন্নাঙা চংলি, লিকোন তরুকমক পূমউপ উপলবদি হন্তা নভ্রগা পনরোবী থোকপা কৌই, পো তরামঙা চংলি, হায়বিবশি অসি নত্তবদদি লিকোনশি অদু হনবদা লোংইবা মশী অদু মথৌদা পো চংলি। লিকোন মক্ত মরি তনা হুন্দুনা শান্নবা মশান্না অদু চোপ শান্নবা কৌই, মক ফন্থম উপলগা অমা লোংবা অদুবু পো তং কৌই।

**লিঙ্গোয়**, পূক গর্ভ, লিনগোয়

**লিংজেন**, থৌনা, মরিন

**লিংজেন শোকচঙনবা**, লিংজেল ফত্তবা

**লিনচেন**, লিংচেন

**লিনগোয়**, লিঙ্গোয় গর্ভ, থোয়বী,—"নয়োন মৈত্রেমা লাইনা লিনগোয়গী খুয়োয় তোম্পোক তৌনা কৌএ" -চাঃলাইঃ

**লিনথুপ শাবা**, লিন মপেক্কুম থেক থোয়বা

**লিঙ্থোই ঙম্বী**, অঙোম চনু,—'মৈদিংঙু কিংথৌ-থোবগী (খৃঃ ১৪৩২-১৪৬৭) মনাউ ইবেম্মনি অদুগা লাইয়িংথৌ কিয়াম্বগীনা মম নি,— "নোংবান্নোম লিঙ্থোই ঙম্বী সনা লিনগোয়গী নমু মৈদিংঙু শেনবী-ক্যাম্বা-ও তৌনা কৌএ" -চাঃলাইঃ

**লিনজু**, মফুৎ মফুং লাংবা লিন মথল অমা

**লিনন্নম**, থাঙভপাৎ অমনবগুম্বা অকুংপা নালা অশাংবা

**লিনরাই ঈ**, ঈরিল তুরেল

**লিনরাই ঈরিকলাই**, ঈরিল তুরেল

**লিনগুরোন**, নিংভোম্বম, লাইতেংগুম অমসুং বাংখেম (অঙোম য়েক) চনু,—"লিনগুরোম হায়না তেংথাবদি নিংভোম্বম লাইতোঙম অনীমাপু থারে। লিনগুরোন হায়না তেংথাবদি বাংখেম চনুবুসু থাএ" —পেনঃতেংথাঃ

**লিবা**, তুগা তাইবা, থোন্না, কুইবা, কুইরবা, মতম শাংলবা

**লিরেন**, লী মথল অমা, লী অচৌবা জাৎ অমা

**লিরেন কংশি নীকপা**, লী য়ামনা কুংনা হৌবা, অকনবা

**লিরেন কাঙফৈ**, নাথাঃ

**লিরেন পাগফ নবা**, লী তিংবা,—"ঙাইথো তবুং চীংজাউ লী, থাঙবাই লী পুন্সি কজেং লীয়াথো খুবোই লীতাংশাং, লিরেন পাগ ফান য়ুতিং মত্তাং তোয়, থোনগম মনারেক খারাম লামখনা অহোঙ লানয়ান ফমনে"—অ লাল্ল

**লিরেন লুহুপ**, লীনা শাবা তুপী

**লিরৌ বা**, মবৌ লৈবা বারোন, নিংঙাই তৌনবা বা,— 'মমু' থোয়বা লিরৌ বা তাইবগ মীনম লাংথাক বানুনিরিঙনে"—ঙিঃচঙঃ

**লিল**, তাংজা, নাপী

**লিলা**, লিল্লা, লিন,— 'নঙনা লিলা থৌরী' কোকওনদবা অসিদু বরি বানো ? -লঃ (ব.),— 'লিল্লা হুয়াই কাপদি লাইশোন হাদাক হৈবনা চৈরংএ দে" কুমদমশৈ,—কুমৈ কিয়োং

**লিলাথি**, লিন, তাঙজা লিলাথি, নাপী

**লিলা নাথেৎপা**, নাথেহুনা লুমহুনা লৈবা

**লিলি কোল্লাওবা**, লিল্লা তাউবা

**লিলরাই**, লম অমগী মিং, ইরিল তুরেল,—"লিলবাই মোংবা তুয়া ইন্না তাকনা ঈরায় থায়বথিয়ে" —নাঃফঃকাঃ

**লিলরাই ফাংলৌ মরাম্বা**, গৌরশ্যাম মহারাজ (খৃঃ ১৭৫৩ ১৭৫৯ অমসুং খৃঃ ১৭৬২-১৭৬৩)

**লিলরাই ঈ**, ইরিল তুরেলগী ঈশিং

**লিলরাই শল্লম ইনগে তৌগুমল্লে**, শিগদোয়ে

**লিলি চীল্লেকপা**, বা চবেঙ চবেঙ ঙাঙবা

**লিলি চীল্লেকপা**, বা চবেঙ চবেঙ ঙাঙবা

**লিহুইকম**, হঙিনফম

**লী**, য়ামনা উরবা মরী চংপা তিংখং পানবা পাম্বী

মথল অমা, মচে অত্থু হৈরী কৌই, চাবদা হাউই, চয়োং ওইনা পান্নি
**লীক,** ভক্তা শিনবা লৈত্তে
**লীকতোম,** লীক মথল অমা (অকল অথৌগী মনা পীবদা তাঙবল্লোই চাবা অকল অথৌদা নিংথৌনা মনা পীবদা মন অতৈ অতৈগী মরক্তা সনা লীক লীকতোমস্থ য়াওনৈ)
**লীকলম,** গাড়ীগী চাকানা লৈপাক্তা চংখিবগী লৈপাক্তা লৈহৌবা কাংথোঙ মকম, কাঙথুন, তাইনবা মাখগৈ, কৌক্ষ লাইচি,—"চুপকী মমিংদি লীকলমদা উরৈ-পান্নে, মিংলমদা উরেংবনে, মৈরমদা উশিংবনে, লাইচিরমদা উরৈবনে"- পুদিন; -"মমায়দি লীকলম পাংএ" নূং: অচৌ:
**লীকলম খা থংবা,** মৈরম পাংবা মায়গৈ
**লীকলা,** অঙ্গিদা তাবা ঈশিং ঈরিক, হকচাংগী ফখি
**লীকলা ময়েং তাবা,** ফখি কত্তবা, ফখি ময়েং তাবা
**লীকলাই,** লীকলী, নিংথৌ, নিংথৌরেন,—"মতম কুইনা পালফবা নিংথৌরেলও লীকলাই সনা থুয়া থাদা"—ঔ:ঙম্বা
**লীকলাই ইবুংঙো,** নিংথৌ মহারাজ ইবুংঙো
**লীকলাই তাইবং সোরারেন,**—মৈতৈ নীংথৌ,—"লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ লীকলাই তাইবং সোরাবেল নমু পোংহনবাও"—চীংথং:গদ্দা:
**লীকলাই পন্থৌ মপাতোন,** মহারাজগী মতোন ইবুংঙো, মপাবুংতোন
**লীকলাই মপারি,** নিংথৌগী মজা ইবুংঙো,—"নিংথৌরেন নোইনাই কৌবা চীংথং পোম্বা ধর্ম্ম অতিয়া নিংথৌরেনগী লীকলাই মপারি পলেম মমা থয়োইরোন মেছু লোইথোম্বী বাইংং লমনেংপী সনা লিনকোয়গী লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত অনজিং সিংহ শেম্বী তমলেনথোম্বা"—লাং:শ:থা:
**লীকলাই মৈতেংঙুশু,** মৈতৈ নিংথৌগী মশূ ইবুংঙো
**লীকলাইরেন,** নিংথৌরেন
**লীকলাইরোকপী,** মৈদিংঙু নরসিংহ মহারাজগী মনাউ ইবেম্মা মহারাণী হাংওবম চন্থু,—"শক ১৭৬৬ মেরা থা ১৭নি লৈপাকপোকপদা মৈতৈরৈমা লীকলাই রোকপীনা সনা কৈথেল্দা শেল চাইএ"—চৈ:কুম্বা:
**লীকলাই রাণীহন,** মজাইবুংঙো অহন, নিংথৌগী মচানিপা অহন
**লীকলাই সনা খোম্মদোন,** ইজা ইবুংঙো অতোম্বা,—"লীকলাই সনা খোম্মদোন চরৈ ফিজি নাহোং-তোন"—খা:ঙম্বা
**লীকলাং,** লীক
**লীকলাং চোইনা কেনবা,** শিবা, পুনশি চেঙজেন লোম্বা
**লীকলাং থারাইনবা,** ভত্তা লীক শিবা
**লীকলাং পাউহোংদবা,** হায়শিবা বা হোংদবা
**লীকলা বাইকেন তাবা,** লীকলা তাবা
**লীকলা শাকাবা,** থৌবানমিচাক আর্দ্রা নক্ষত্র
**লীকশং,** লীক অশংবা
**লীকশি থারোন ফৌ,** চহী লোম্নবদা লোকপা ফৌ
**লীকশিরম,** থবাক
**লীগা রায়বা,** মরী চৎপা
**লীচৈ তোরান শূবা,** লীচৈ পায়বা,—"থোং-ঙাইবা বায়েন চুম্বা থৌত্থু নূংপাকথক্তা লীচৈ তোরান শূনা শূকমু থনবা লাংয়া থনবদা বাতেম্বা"-থ:য়াম্মোই
**লীতোন,** থৌরী মতোন
**লীতোন রায়বা,** থৌরী মতোন পায়বা
**লীথুবা,** লাংদা থুবা
**লীনাইবা,** মরী চৎপা
**লীপক্লবা,** অনী তুবা, জোড়া শেম্বা,—"থবি শেংগোইরেং লোইদাম থা নিংথৌগা লীপক্লনা"—পা:নো:
**লীফম ওইবা,** ফীবম ওইবা
**লীরি,** তেনগী লীরুং পুল্লিবা মরী (থৌরী)
**লীরি তেন,** ধনু রাশি
**লীরি থম্মোয় তিং লকা তেনমৈ লাকপা,** তেন কাপ্পদা লীরি থম্মোয় মপা য়ৌনা চিংলগা থুংকাপ কম্না কাপ্প।
**লীরুং,** মাক, তেনগী লীরিনা পুল্লিবা অকোনব শরুক
**লীরু য়াকাক লৌবা,** কোম তৌবা

**লীরৌ,** য়েৎনবা, মরৈ

**লীরৌ থোইবা,** থোৱী লৌশিন্দুনা কাবা

**লীরৌবা,** নিংঙাই শাংদানবা, য়েৎনবা বাকম

**লীশুহৈবা.** লীরুং তেন শীজিন্নবা হৈবা, তেনহৈবা, —"ইশাবি কর্ণ লীশূহৈবনু নোংমনহল্লে"— লাঃশঃপাঃ

**লীহেপ্পা,** কোয়গনবা, কোন্দৈবা,—"ইদাইবেম শিংও কাওবেন ইশনচা ঙাংবা য়াইথংবা মানবী লীহেপ্পা অসিবু লাংবা কারোংথমদা চাক্তাঙামএ"— শলকাও

**লীহৈ,** কৌ মহৈ

**লীয়ায় নেৎপা,** তিংবা

**লীয়েৎনবা,** কাউদবা

**লু,** কোক

**লুক্রেম,** নিংথিবা লুক

**লুক্রেম পানা চোনবা,** হৈকক অথনবা

**লুকোই শলাইফি,** কোয়েৎ

**লুখুম,** কমুংগী কোকলোম থংবা শরুক

**লুখুম চাউবা,** ফীরুক খুম্বা

**লুখুম ফাঙ্গাউ,** কু, শন্তুক

**লুগুণ লৌ,** বৃটিশনা খৃঃ ১৮৯১ এপ্রিল তারিখ ২৭ তা মণিপুর লৌদ্রিডৈদা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌশিংগী সনা হাক্লক্তা মৈতৈ নিংথৌনা ব্রাহ্মণশিংবু যামনা। লুনা তৌবম্মী। ব্রাহ্মণ খুদিংমক লুগুণ হেক থাংবগা লৌ পরি অমমম থাক্লনা লৌদনা নিংথৌনা পী অসুম তৌনা পীবিবা লৌ অসি ব্রাহ্মণ অতুনা অতোপ্পা মীদা য়োম্বোক থোক্তোকপা য়াদে। ময়ুম থকৈ পাল্লবদি ব্রাহ্মণ অতুনা শিরগা মাগী ( ব্রাহ্মণ অতুগী) লুপ্রাবী অতুগীদমক লৌরাক অমা থাক্লগা অরেম্বা লৌ মরাক অমা নিংথৌনা অমুক লৌগৎলি। অসুম তৌনা নিংথৌনা ব্রাহ্মণশিংদা মগোয়না লুগুণ তেক থাংবগা পীনবা লৌগা

**লুখা থাবা,** লুনা (কোকনা) মখা থাবা, মমাঙৈঙদা চীংমী খুম্লাক, লুপলাক শিবদা নত্রগা মপা মপু শিবদা মীগী মকোকনা মখা থাবগা ফুম্বা

**লু চনবা,** নোইবা, কোক ফুম্বা

**লু তিনবা.** থোমজিনবা, মং তিনবা

**লুতুং,** লুখম, লুমাঙগী ওন্নৈতনবা শরুক,—"লুতুংদা শমজিন নাইবগা নৃপীগী মশক ওইএ"-থিরেন মৈংলীঃ

**লুচাউবীচা,** ককচেং,— "ককচেং লুচাউবীচানা মালেম থৌবৈ লৈগা হোল্লা লৈশেম পুং"-নিংঃলঘুঃ

**লুতেংবা,** কোক লুপা

**লুতুবা,** তুবা, শিবা,—"লংবা য়াইহৈবনা খাবি মকন মনুং লৌ পায়মা লিনশাং পেকনা য়াইনরবগী খাবি লুকোক চমুদি লুতুবে"—মোইঃনিংঃলঘুঃ

**লুতোন,** কোকতোন, লৌৱাই লুতোন

**লুথুপ,** যু তুংবদা য়াওবা উবী জাৎ অমা

**লুথোং,** কোকথোং, মী অমনা মকোক্তা থোংদুনা পুবা ঙম্বা মীপোৎ,—"শীংবী লুথোং পুনা তরা চাক নিথিয়ে"—ধঃলাঃনীংঃ; —থুম্মোক মখল অমা

**লুথোং শেম্বা,** কোকথোং শেম্বা

**লুদা থোংনা,** কোক্তা হাপ্পুনা, কোক্তা থোঙজনা কিগাউ শানা য়াজবা,—"খোইমোম সনা নয়াথংবু তয়ম লুদা থোংনা"—লঃ(বাঃ)

**লু নাউ,** হীক হিনাউ মক মনাউ, ঈগু ঈঙৌ

**লু নাউ তান্নবা,** ঈনুগা (লোকতাক মপান্দা তাবা মংগা) ঈঙৌগা (তুবেন অচৌবা মপান্দা লৈবা মীগা) হীয়াঙ তান্নবা, —"হুমনি ঈবাইদা হি লু নাউ তাখ্রে"—হৈংকুম্বঃ

**লুপা,** ধাতু মথল অমা, কোনৌ নোংলুপান অঙোবা চাদি

**লুপা অহিংবা** মৈ চঙদ্রিবা লুপা,—"সনা অহিংবা লুপা অহিংবা চেংলা হৈ"—চীংঃলাইঃ

**লুপা খাউথাংনবা,** লুপা শিবা

**লুপা তাঙ্গা.** লুপাগী শেল

**লুপান তোংবা,** কোক্তা হাইগৎপা

**লুপা লৈখন** লুপানা শাবা লৈতেং অমা, -অকল অপৌদা মনা ওইনা পীনবা পোৎশক

**লুপা হংজৈ** থাগৎ চৈ, লুপাগী হংজৈ

**লুফা চিকপা,** কোক্তা থেৎপা

**লুফুই.** লু ঙা ফানবা লাং মথল অমা

**লুফুই নামথুম্বা,** ঙা ফানবা লু থুম্বা

**লুফুই নামথুম্বা শোয়রেন থমনাপ্পা,** পল খং গত্তুনা লু থুম্বা,—"নোংবান কদেম শোয়রেনবদি লমলেন মদাইমা তোংজেংসোয় খাবৈপুংদা য়ামদা

খোংকৈ চীরোন চন শীঙচুং নাচুং য়ৈ, খোয়মা পল্লাং খা লুফুই নামথুম্মে শোয়রেন খমনাপএ"—নাঃফঃকাঃ

**লুমজৈ,** শম্পোৎ খোইবদা শীজিন্নবা লুমলি পুন্নবা পোৎপুদা কৈবা কাঙজৈ অমী,— "শারেন নোংশা খাঙনৌবনা অরৎ ফাএ, পানবা কৈনা তিতি ফাএ হেয়িও খারৌনা পোপ্প ওই, সিঙ্গুনা কাঙজৈ(লুমজৈ) ওই, নারিন্না লুমলি ওই"—লোঃ ঈঃ

**লুমদিন্নবা,** মতু মবা যুগ্নান্নবা, পান্নবা

**লুমবা,** লৌনবা হোৎনবা, মতু ওইবা,—' হাওমুথু হাওমুহন অমীমকপু য়োইহৈতোন তাউথিংমানা লুমম্মনো"—তুতেংঃ

**লুমলি,** শম্পোৎ খোইবদা শল মঙক্তা হাপনবা পোৎপুগী লুমজৈদা কিন্থুনা লাক্লবা থৌরী

**লুমলেন,** মতু, "লগান নোংগী তাল্লোয় অপাম্বী লুমলেন হঞ্জবীনে"—চেংলৈঃ

**লুমলেন অতোম্বী,** মতু অতোম্বী. তাল্লোয অতোম্বী,—' শবা ক লৈ পুংফাবগী তারোয় অখুম্বী লুমলেন অতোনবী অহিং তবা খোংবী ফুংবিল শংলৌ যেল্লাংবী নত্তবরা?"— পোঃখুঃম্বাক

**লুমলেন খাবাংনবা,** মতৈ মনাউ ( মতু মবা ) ক্ষমত্থুনা লৈমিন্নবা

**লুমলেম নাক্তা থাবা,** নৃপী খিবা, যুম পানবা

**লুমলেন মরোন য়াম্বা** নৃপী (মতু) যামনা খিবা

**লুমলেন হঞ্জবী,** নৃপী অহন, মতু অহন

**লুমাঙ** কোক্কী মাঙলোম থংবা শরুক,—লৌবাই-দা হামুন নৈরগ গুফ মশক ওইএ, লুমাঙদা শমজিন চিল্লগা নিপাগী মশক ওই, লুতুংদা শমজিন নাইরগা নৃপীগী মশক ওইএ"—যিরেনঃমেংলীঃ

**লুরক কাওদৈ থি খোনাউ লেম্বোঙ লেনবা,** মঙক ককপা,—"কৌবা নুংবু চৌংগী মরেং তাংলমচাবু লুরক কাউদৈ থি খোনাউ লেম্বোঙ লেনলক্লে"-চাঃলাইঃ

**লুরক কাউদৈ খিবা;** ঙক ককপা,— "হোরেন তেরকপদা লুরক কাওদৈ থিরসে হায়না হলাল্লমলে" — নিংঃলম্বুঃ

**লুরক চনবা,** লোনশিনবা

**লুরেন,** কোক, য়ামনা লুপ্পবা

**লুরেনতোন,** কোকতোন, তাংজা লুরেনতোন,— "লাইরেন মৈদিংগু তেমদৌ লোইয়ম্বা-ও নবেন 'অরাই লাইহু মচন নোংয়ায় হোংনেমচম নিংঙোনবী তাংজা লুবেন তোনবু হনবাইবিবম্মো"—নিংঃলম্বুঃ

**লুরেন লুবা,** য়ামনা লুবা

**লুরোই থেৎনা,** মকোক্তা থেৎতুনা,—"পোনবী সোংঙাইরাবনা মকোক শিংতুম লুরোই থেৎনা শিনাই মাইগা শকচখিএ"—তোরৈঃ

**লুবাই কোয়রেনথক,** লৌবাই লুতোন, লৌবাই লেমফ,—

**লুবাই হুমপুতোন,** লৌবাই লুতোন, লৌবাই লেমফ,— "মৈদিংগু মচা পামহৈবা পলেম নমা য়োয়বু হৈরোইনাই তরেৎমকনা লুবাই হুমপুতোন্দা লাইজা খিকফেন চাইনা যোইয়োইগবরা য়োইযোই ঙমদবা লাইযিংথৌ"—চাঃলাইঃ

**লুয়াংম্নি,** লাঙ্গোল চৌংদগী পৌরক্তুনা কমেং অমসুং লমদে খুল ফাওত্নুনা চেল্লকলগা ইরোইশেমগী ঈবোঙদা নপুল তুবেন্দা ঈতিল্লবা তুরেল অমা

**লু,** ঙা ফানবা লাং,—লু মথল—কবোক্ল, সোরাক্ল, লুহুব, তাইজেপ লু, তেখাউ লু

**লুক,** ( ব্যবহার তৌবা ঈকাই খুম্নবা মী অমসুঙ খোগল্লোম্নচিংবদা শীজিন্নবা ) চাক, তরা,—"তরা লুক্তা হানা কয়েং নোংফাইথিযে হাযদবরা ?-জিঃচঙঃ

**লুক্লোয়,** চাকলুক, যেঙ্গাং মথেন

**লুক খনবা,** নিংথৌনচিংবা অচৌ অশাংগী চাক হাপতোক হাপচিন সেবা তৌবা

**লুক থুনবা,** কংলুববা প্রসাদি কংবা (চাবা)

**লুক চনবা,** লাইরূক চনবা, লুক কৎপা

**লুকথোং,** ঙারৌ নক্রগা চাক মথক্তা হাপ্পা বোরান-চিংবা, থোংলবা চাক,—"ঙরাং লাইরেন নোংজাদা সনা লুকথোং হাত্থুনা ইম্নুং মঙচঙ তমখিবা"-য়াকৈবা

**লুকনমশেন,**—চাক্কী চাং ওন্নবা অমসুঙ ফজনা শেম্নবা চাইতেংগোৎকুম্বা পাত্র

**লুকফম,** চাকলুক

**লুকলেন,** চাক, অথোইবা লুক

**লুক হাবা,** চাক চাবা

**লুকং,** কোক্কী শরু অকংবা

**লুকলাং,** থুম্মোক, ঙা হাপ্পবা তুংগোল,—"হংগেন

তাইখং লাকনা লেমলৈ ঙাহা ত'নববু লুকলাং মনিং কোয়গে কোয়ঙমনমদে"—নাঃফঃবাঃ

**লূ কাইবা,** লূ থুম্বা লোবোক্তুনা ঙা চঙববা যে বা

**লূ চাউ,** হকচাংগী শরু অচৌবা, য়াঙলেন শরু,

**লূ থুম্বা,** ঈচেল নাইবা ঈশিং ঈচেল মচাদা ঙা ফানবা লূ থম্বা

**লূপ,** কাংলুপ, কাংবু,-"লহান সত্যযুগ অহানবদদি বামোন লেংনা তিনবা লুপনা ধ্যান পুবনাং লেপনা তপস্যা লাইবু নীংলম্মে"—উ.(বাঃ)

**লূপলাকপা.** ফম অমা

**লূপলাকফম,** হিদ ফম, খুল্লাবযমগী মগ, পুঞ্জ

**লূরক কাউদে থি খৌনাউ লেম্মোঙ লেনবা,** হিদং নোংখোন হিদং খুই হিদ' বাংখৈ হিদ' য়াইস্কুল হিদ' অসুম হাযনা হিদংফম কুম্ভানিখোই লৈবম্মী মাথোয় অসিবু লুপলাকযম কৌই"—নাঃফঃকাঃ

**লূবাং,**—এক অমগী মিং, মুংবান

**লূবাংখেই,** উ জাৎ অমা

**লূবাংচন্দ্র,** লুবাং নিঙেঙান, মুংবালোন, য়োইরুমলোন

**লূবাং তৌ,** তৌ মখল অমা

**লূবাং নিংথৌ,** লুবাং লৈমাবা, লুবাং শলাইগী মকোক ওইবা মী

**লূবাং নিংথৌ পুনশিবা,** অহুইঙৈ মণিপুরদা লৈবম্বা অফাওবা গুরু অমগী মিং, লুবাং নিংখৌ অমগী মিং, লাইয়িংখৌ অমগী মিং,—"গুরুগী ঈশিং থোঙদগী লুবাং নিংখৌ পুনশিবা থোকএ, অহম্রুপ লাকপদি লুবাং নিংখৌ পুনশিবনে"—কমলোন

**লূবাং নোংকুম শঙ,** ক'লাদা লৈবম্বা থায়নগী শঙ অমগী মিং,—"ইখোয় মঙামক তিন্দুনা লুবাং নোংকুম শঙদা পীং থনবগুম শম্না থম্না হায়গদবা বানে"—শীংলা :

**লূবাং লৈমা.** লুবাং লৈমবী, লুবাং নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা

**লূবাং শঙ্ক,** থবানমিচাক স্বাতী নক্ষত্র

**লেং,**— লেংবাল, পালি, পরেং

**লেংগা** হৌমিন কাম্মিন্নবা, লোনগা

**লেংগাতিন,** মমান্নবা তিন্নবা

**লেংতিন্নবা.** মন্নান তিনবা

**লেংথোংনবা,** লেংবান্দা থোংবা, লেংবান্দা থোংগক্তুনা পুবা

**লেংদা.** লোনগ , লেংগা

**লেঙদা,** চত্তবা, লেঙদবা

**লেংদা চাবা** নপা ওইবা, শাবা য়াবা, মপা চানবা

**লেংদা থী,** খুদি থীবা

**লেংদা থোংনা,** লেংবান্দা থোংনা

**লেংনমথোন,** লেংবান্দা থোংগক্তুনা পুবা

**লেংনা কাইনা.** মযাম তিন্দুনা, ইরাঙ লাওনা

**লেংনা তিনবা.** মন্নাম তিনবা, সভা তিনবা,—"য়োয়বু নদাইরেম মুজা লাঙজোং মথোকলকপীশিংবু লেংনা তিন্নকলে"—হিঃহিঃ,—'মুনি লেংনা তিনবদা পাউ হংখিয়ে"—উঃ(বাঃ)

**লেংনা ফাংনা,** পবে শানা

**লেংবা,** পাবোং, জোড়া, ফাওনা থিনবা

**লেঙবা,** থোঙশানবা, চৎপা, মকম হোংবা

**লেংবাশল,** শল পাবোং, শল জোড়া

**লেংম ম্নবা,** লেংগা, মমান্নবা, লোনগা

**লেংমান্নবী,** লেংগা ওইবী, চহী ওথাক মান্নবী

**লেংলমশৈ,** লেংলম্বা ঈশৈ

**লেংলোই,** খঙ্গাই, -"মুনি লেংনা তিনবা পুন্নমম্বী তান্নোয় মরুপীশিংনা শমলাংতোনগ। নান খঙ্গাই লেংলোই চুপ্পা,, উঃ(বাঃ)

**লেংয়ান,** লেংবান্দা য়ানবা ফি

**লেপ,** মবেপ, মবাং

**লেপখঙদবা,** মণ্ডঙ মতৌ পান্দমফম লাকপা ঙমদবা, মণ্ডঙ থঙদবা

**লেপতম,** মরেপ

**লেপতম চোংবা,** বাংবা হেনগৎলকপা

**লেপ্তম হাইবা.** পান্থী ফুকপা

**লেপনা,** শোয়দনা, তঙাইফদনা,—"ইমু থৌজান নরনকুনা লেপনা পনপৌ ইপা শাৎমাববু য়াইবী থবায় হিংলঙেনে"—লাংঃশাঃথাঃ

**লেপকাবা,** চাউরকলবা, চাউবা মপুঙ ফাম্নবা

**লেপলৌ পরেং সিলনা,** পরেং শানা লেপ্পুনা, —"বায়রা শা পাম্বা হুয়েন লালপামলকপা মৈবিকনা লেপলৌ পরেং সিলনা কোয়"—বীঃঙঃ
**লেপলৌ শিল্পা,** শকনা, মতমগুমনা, মহুংশিল্পা,— 'ইমোম লেপলৌশিল্পা লাংগোলগে"—পোঃলুঃ
**লেপলৌশীংগুম্বা.** মতৌগুম্বা, মানবা,
**লেমগাথাবী,** নিংখিজবী, ফজবী, অরেমবী,
**লেমথোঙ,** মরাক, মকৈ, মপাক,—"হু'খিন চৎপা শাগৈ মখিমদি লেমথোঙ মকৈ কোওএ"—থিরেন মৈঃ লীঃ,—তাম্বোঙ লেমথোঙ, মরাক ময়ু, ময়ু মকৈন
**লেমনা,** থম্না,
**লেমপা ফজবী,** নিঙথিজবী
**লেম্বা.** ফজবা, নিঙথিজবা
**লেমফু** মরু, থরোগী মরু চাবা যাবা), লীবাই কোয়বন
**লেমলৈ,** ঙা,—"লাইসনা হেলোয় তক্লকমা নঙ্। থানা তরেংমা চিংহু থমহু অহুমহু অরৈহু থেবেকোং- বম চহু তোনথাংহু গোয়নৌ মতা তক্লকমক লমলৈ- ঙা তারকও"—পাঃলাইঃ,গুগ্নু মথাগী লম্মগৈ (কোন- য়াই হুনবদা হায়নবা)—"থম্বায় অপকমাবু থরৈ কুম- হল্লোই লেমলৈ তাহল্লোই হায়বগী লাইজা ঈপোঙ- শীগ্না থোথাম্বা"—পাঃনাহেঃ
**লেমলৈ অকাববু নানমবা,** ঙা কাখৎলকপবু খিংবা (নমথবা)
**লেমলৈ ঙাচঙ তাম্বা,** ঙা য়ামনা চঙদবা, ঙা য়ামনা ফাদবা,—"মোইরাং থোরি তোঙাউশূনা কেগে নোংকাখোংদা লুফুই নামথুম্বা শোয়রেন থামনাপ্লু লেমলৈ ঙাচঙ তামলে"—শনকাও
**লেমলৈ ঙাতাবা,** ঙা ফাবা,—"লেমলৈ ঙা তারকও" —পাঃলাইঃ
**লেমলৈ ঙাতারাই.** ঙা কাকম —"নাহুই নারেংবম চহুগা নোংবান ঙাথাবা নিংঙোনবী লুবাং মেনলৈ- জম হঙবীগা অনীমানা লেমলৈ ঙা তারাই"— নিংঃলহুঃ
**লেমলৈ ঙাহা তানবা,** ঙা থিবা,—"মপাবি লম- থোং ঙাথিবা ঈনফু তোনগা লং ঈল্লেন থাকুপ হোৌবা লেমলৈ ঙাহা তানববু লাক্নে"—হিঃহিঃ
**লেমলৈ ঙাটৈম শাংদানবা,** কোয়না ঙা কাবা চৎপা
**লেমলৈ তুপ্তবা রামল্লেং কীজবা,** ঙা অশেম্বা নক্তবা মপুম
**লেমলৈ নিংথৌ চহু,** লোইতোংবম নিঙঙচান,— "লেমলৈ নিংথৌ চহু হায়বদি লোইতোংপমনে (লোইতোংবমনে)"—পেনঃতেংথা
**লেপলৌ,** জগোয়, "থাগী ফবাংজি মথক্কা জগোয় লেপলৌ শা পোইবব পুননা হুপ"—সঃলাইঃ,—থজাই
**লেমহৌথাক,** শীজিন্নবা লোইপ্রগা লৈহৌবা শরুক (মথী মকুম)
**লেরা,** লমহেনবা, মঙক কনবা
**লেল,** লেন, অথোইবা, খ্বাইদগী ফবা, খ্বাইদগী হেনবা
**লেল হৈথবা,** লেল য়ামনা কন্না তাবা
**লৈ,** মালেম, লৈপাক,—"নোংমাই চাথা যোই- রেপ্পনা খুবাক তিল্লাই মেন থোকপাং পমশিংননা তিমেনতা হুনখিববু হৈরেম কাংবিশুগী শমু মখুদোনবু থিজিক থেৎনা তিমেন লৈদা তেনপাল্লে"—চাম্নঃ
**লৈ,** মহাউ থঙনবা হকচাংগী ইন্দ্রি অমা, পাম্বীগী শাংকায়বকপা মপান, শীঙেন, নায়ানবী
**লৈইকিতি.** লৈরবদি,—"মমোগ থোম্মদোনবু লৈই- কিতি (লৈইগীদি)"—তুতেঃ
**লৈওনবা,** লৈথোম লৈনাংদা ওনবা
**লৈওনবী,** হংগৎ হন্দা যাওনবী
**লৈকন,** লৈপাক অকনবা
**লৈকম লৌবা,** লৈবাক হুনবা
**লৈকম য়ানবা,** লৈপাক য়ানবা
**লৈকাই,** য়ুমলোন কৈবোম্নবা, শীংলুপ, কৈবোম্ন লৈকাই, কোম্নুংগী লোম্নশঙ অমগী মিং
**লৈকাইগী শিল্পা,** লৈকাই হায়না কৌবা লোম্নশঙ অদুনা তৌবা মশিন্দি—"কীবান যাত্রা উরোং লম- জৈ পৌবী, লৈপাক যেংবা, লম ওনবা, লৈবক থোংবান যুমকমগী বায়েন তৌবা, লমী থোং ফত্ত- হৌদি শেম্বা, ঈথিং পম্বিংবা. শল্লম ওকলম খিংবা. লংজেন ফাংপা,তম্পাক লোইদা যুগী লৈরঙ থিবা,যুগী শেন থোতুনা নিংথেমদা কৎপা, চেরে কাইরৈ পাউ- চেমবা, উয়ান বাযান পয়া-হুমদাং বাচেং ই উরোং কীবামবা উচিবা য়ানবা কাইবা য়ানবা, কাইরেন

কাইজাউ শাবা, খৌবী তাবা, শঙ শাবা, থাকন ফক চপ্লা, কাংথোন পুবা, লৈপাক শেম্বা য়েংবা থারা শাবা শগাই শাবা কৌজেং মৈতানবী নাশোবী শেকচরেকপী লমদম্বী, শাবন পোবো' গোক শাবন কৈগুম লাইকরো'হে, শাবন মবি'খা, রান্দেং খোইবী লাবা শাবন নাউদু শেনবাং মথী, কৈগুম লাবা, লাই উতোং রারক মকু শাবন মকু চরোয রাহিক রাতীন তীম্ব্রোক তীনবী নৈতিন মোহবাং থানম, তবেঙ মনা, অশিবগী মৈথিঞ্জে য়ানবা হুমাইগোক যানবা, কাইখোঙ য়ানবা, শী'না' শংগম, ক'লাদা নৈশাগী মুয়ু য়ুংবা অসি লৈকাইগী শিন্নানি"—শঙঃমশিন

**লৈকাই ইল্লুমনা**, লম অমত্তদা লৈমিন্নবা, লৈকাই মচা মশেন ওইনবা, য়ুম ওক্রনা লৈবা

**লৈকাই খুম্বোঙ মরি**, লৈকাই মবি—খ্বাহ য়াই-ফুল খুবায় রা'খৈ, "তাউবা হুইগুম ক'গশি কাইরৈ য়েনগুম পোন্দাই লাকনা লৈকাই খুম্বোঙ মবিমবু কাওরেন শংগু হোইগুমনা কোবৌ নুনিং তরাতবেৎ-নিবু মীরাং তা'থৎ নাইদনা অম্নুম খোমশিবে হায়দবরা?"—গ নো':

**লৈকাই মরি**, খ্বাই য়াইফুল খুবায় ঙমগু' রা'খৈ

**লৈকাইরাকপা**, ফম অমা, লৈকাই লাকপা, লৈকাই মরিগী ফম্নাইবা অচৌবা— খ্বাইরাকপা, খুব'য়বাকপা রাংশৈবাকপা ঙমস্ঙ য়াইফুলাকপা

**লৈকাই তোম্ফাংকেল**, লৈকাই অতোপ্পা

**লৈকাই তোম্ফা'কেলন হেকথোকপা**, লৈকাই না রায়নবা শঙ্গাই

**লৈকাই পানশঙ**, থুন, লৈকাই,—"লৈকাই পানশঙ লানগনো য়েপ্লাং থৌচৎকনো"—হেজুঃ

**লৈকাই পুজরুক**, কৈরোয় লৈকাইনা রায়নবা থুমুক

**লৈকাই পুজরুক লাংবন লৌওল্লুকুম লনশিংবা**, চপ চানা লম্মন খুম্বা,—'ইমোম নঙেডান্দা মুায়নবা অসিবু লাইরেন মৈদি'ঙু উয়া কোম্বৈবা মঙুংলাং-গীবু লৈকাই পুজরুক লাংবন লৌওল্লুকুমবু লনশিংগে"
—নাঃকঃকাঃ

**লৈকিম্ববা**, লৈপাক কিম্ববা

**লৈকু লৈরাই**, লৈকুং কোম্নুং,—"চাউবা মেন্নৈ শাবোন শানৌ ভম্বনা লীরি থম্মোয়তিং লকা তেনমৈ লাকনা রায়রা তেনরায়থবদি মালেম লৈদা পাল্লবমু লৈকু লৈবাই কিম্বেয়"—চাঃলাইঃ

**লৈকু য়ুনাইবা**, লৈপাক্তা য়ু হৈত্নুনা কংপা

**লৈকোক লৈকাই**, য়ুমলোন কৈরোন্নবা

**লৈকোয়পুং**, খুমনগী লম, খুমন কোম্নু'

**লৈকোয় ফম্বা**, নিংথৌ, লৈপাক ভাকপা, নিংথৌ ওইবা—"তেখাড নিংথৌ লৈকোযফম্বনা পুকনিং অকিবু চঙনা হে মণিপুর পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ নঙদি লাংওন মীওই পানবু নত্তরে"—চীংথ'ঃশাঃকাঃ

**লৈকোয় ফোং**, মোইরাং লৈকোয়দা তিন্নবা

**লৈকোয়রেন**, কোম্নুং

**লৈখম**, পাম্বী মখল অমা, অকন অশৌদা মনা পীনবা লুপা নম্রগী সনানা শাবা লৈতেং মগন অমা

**লৈখল য়াওবা**, লৌশিং শিংবা

**লৈখাম**, পাম্বা মচা অমা, পাম্বী অসিগী মনা অদু মৈ থাত্নুনা লাই তীন ফত্তহৌদি তানবদা শীজিন্নৈ, —"কম্বী নাউবৈখুনা খোইজু তোলোং, লৈখাম রাইবা"—মৈঃতেংবা

**লৈখিস্নুনো**, লৈজখিসনু.-"হৈরেম কাংবৌশু অথৌ-বদি অনা লাইপোৎ ফারবগী মিংয়ে' নাউগুমদা ঈনু মিশে' থাওনা লৈখিস্নুনো"—চায়ঃ

**লৈখুন**, লৈপাক মমু', সুরুং

**লৈখুন ফাওবা**, সুরুং ফাওবা

**লৈখুম**, লুখুম

**লৈখুম লৈখাশেন**, (শিবদা হাপ্পবা) খুয়া লুখুমগী শেন

**লৈখেৎ**, লৈয়ি ইবা, লৈ খেৎনবা পোৎ

**লৈখৈ লেংবা**, লৈপাক ফাওনা লেংবা

**লৈখোঙ**, কোম্নু'

**লৈখোঙ কায়বা**, লৈবাক কায়বা,—"ওকনা খোকলবদি লৈখোঙ কায়-এ, লৈপাক অরাবা ফংএ"
—চীংলাইঃ

**লৈখোঙ নোংখোঙ**,—লৈপাক নোংথৌগী হোকম,— "লৈরী নোংলী হোরো লৈখোঙ নোংখোঙ নেমমো

কোরৌ খোংহুম খোংলকও"—নোংঃঈঃ

**লৈখোং নোংখোঙ কায়রবা**, লৈপাক কাববা, নোংথিনা নোংচুবা

**লৈঙম**, সরকারগী হুকুম মতুং ইন্না মী অমগী শুক্ম থোকপা মথৌ,

**লৈঙাক**, লৈবাক ঙাকপগী থবক, শাসন

**লৈঙাং লৈগুম্বা**,—লৈ অঙাঙবগুম্বা

**লৈঙাম্বা**, লৈরম্বা,--"শমু খুংনা শেংনা য়েংববু ঙানান শোংয়ানুংদমুম লৈঙামএ"—তুতেং

**লৈটপ্পা**, মনাফি-গুলাপ মচু হাইবপ শঙবা লমথা' খুলংকী মহুত্তা পীবা কোযেং ফি,– মনা ফ লিবা মী অচুনা কোয়েং য়েংপদা তুংলোমদা মনা খুবোম মরুম থাদনৈ,–"শক ১৮০০ ইংচেন ৬নি থাঙজদা শ্রীমুংনা কামহাও কমশোন থুন অনীমা থুগায়বা মীদা লৈচপ্পা খুদৈ মনা পীযে"—চৈ কুম্বাঃ

**লৈচাই**, পেংগোবোন অমগী মিং

**লৈচিন খোঙনেৎনবা**, শিবা, লৈচিন মপক্তা লৈবা

**লৈচিনচেক**, খুনুঙ্গ্ৰঙ

**লৈচিন নোংফাই**, মুংশাগী মঙান ঈশিংদা য়ৈবগা পাইথৎলকপা ঈশিং মনিল, শিফা

**লৈচিন পোমায় হাংবা**, শিবা

**লৈচূবা**, লৈপাক্তা য়ুংবা

**লৈচেঙ**, লৈপাক অকুপ্পা ফ্রা ফ্রা লাউবা

**লৈচোল** কৈগেল

**লৈচোন থানকমলো**, শোবেন ফুম্বা

**লৈচোন লনতিক খঙজ্রবা**, কৈথেন্দা পোৎ লৈবা হৈজ্রবা

**লৈজহনখিন্নুনো**, মতাং অসিবাইদা লৈথিন্নুনো

**লৈতকপা**, ফি শাবদা ফি শাবনা খঙনবা ময়ুং-লোমদা নম্বা খুদম

**লৈতঙ**, লৈপাক অকংবা

**লৈতজায়**, তেংপাক লৈতুম ক্রং ক্রং লাউবা

**লৈতঙ লেংবা**, লৈপাক ফাওনা লেংবা

**লৈতঙ ফেনবা**, শুবা, লৈপাক শুগায়বা

**লৈ তরেৎ**, মোইরাং লৈমরোন তরেৎ

**লৈতা ল্যায়রা**, অৰা অনং

**লৈতাই নোংদাই**, জগোই মথল অমা, লৈপাক নোংথৌ তাইবা

**লৈতাইবা**, লৈপাক্তা লৈবা লাই তাইনবা

**লৈতাঙ**, পাৎ অমগী মিং,—"ছাওবৈ খানা পাংবা অসিদি নমুম নোংয়ায লৈতাঙ ইমোইকোনবু করম মানবনো ?"—চায়ঃ

**লৈতাঙ শেক্কুরেক চেকলা নমঙৌবা**, উরোক, —"হৈরেম পোনবী লোকলোথোং লৈতাঙ শেক্কু-রেক চেকলা নমঙৌবনা পোনবী য়োমদম পৈনা য়াকায়রবনু মুংবান মপাচানা হোইগে হোইহন্দে লুৰাং মবেল্লনা তানগে তানহন্দে"—নাঃকংকা

**লৈতাবা**, লৈপাক্তা তাবা, পুকনীং লেপ্পবা

**লৈতোইচলবা**, শীংঙনা য়ানবা, ককপা, য়ানবা, —'মমু মুংযোং মঙজ্রা নিংথৌগী তিংগা ৰাকয়ৈ হিবাংচান ফোংদা সনা হিবু শীঙজঙ লৈতোইচন্না খাম্বী মৈ থাদোকলম্মে'—শমঃঙঃ

**লৈত্রেং** কজেংলৈ

**লৈতেংঙ খুদি য়াম্বা**, খোঙ থাংবা খুদিং খুদি থাবা

**লৈতৌ য়োৎ**, লৈপাক তৌনবা য়োৎপাক,— "লৈথোঙ ফাংপগী পাংয়াওদি..... লা লাকোন মঙা থাঙজৌ অনী, লৈতৌয়োৎ অনী"—থোঃমশিন

**লৈথোঙফাংপা**, লৈপাক তৌবা

**লৈথোঙ ফুনবা**, লৈপাক তৌথোকপা অচু ফুমজিনবা

**লৈথোঙ হাংবা**, লৈথোঙ ফাংপা

**লৈদা**, লৈপাক্তা

**লৈদা তাবা**, লৈপাক্তা তাবা

**লৈদা থীনবা**, লৈপাক্তা থীনবা

**লৈনা**, লৈকা, লৈ মনা,—"সনা কাঙখনম্ভদগী থবাক লৈনা হাইদোকলে সনা য়ুগন কাঙ গরে"— য়াকৈবা, শোয়দবা, লেপ্পা

**লৈনাউ তাবী**, খুনুং ঙানবা চম্ভ ঙানবা থমচিংকোন হাইহৈবা ঙানবা ৰায়েন খুবনা পোকপী

**লৈনা নীংনা**, মরৈ মরা তৌদুনা

**লৈনা মুকাইনবা**, মফম ওন্থোকপা, হোংদোকপা, মফম শোয়নহনবা

**লৈনা ল্যানা**, লৈথোক্তুনা

**লৈনা নীংলা**, চিংখবা লৈতনা

**লৈনিক,** খেংগো শাবগী কীবম ক্ষিড়ুপ্ অমা

**লৈনিং শাবা,** লৈপাক্তগী ফাওগংপা, খিনগংপা

**লৈম্নুং,** লৈপাক মম্নুং

**লৈম্নুং অশৈ তেংম্নাই থীনবা,** পেনা শকপা

**লৈম্নুং থক্লক অশৈবা,** নোংদা লাইরেল পাগংবগী অশৈবা, পেনা শকপা

**লৈম্নুং খোঙতারেল অহনবা,** অশিবগী লাই অশিবা চামা নোংদম্বা অচঙবা চামা নোংখায়বা থোদা শিম্বোঙ হৈবা, অচঙবা চামা খোঙহাংবা অশিবা চামা খোঙথিংবা অমন শীংগুম লাল্লমশীনবা লাইখিংথৌ

**লৈম্নুং পেনতিম্নবা,** লৈম্নুং পেন্দিম্নবা, আ মথক্তা মবেন তিম্নবা, মবেন অমত্তদগী পোকলকপা

**লৈম্নুং লোনজা অরিবা,** পাখংবা,—"ব্রাঙম নঙনা লমলেন মদাইমা মুব্রা লোকলেন কোন, ঙাং-চেং মম্বী লোক, চাঙান চতুম খোং, ব্রাংদৈ হামেং চীং, তনবা মুক্তুম খেন, খোইয়ম লাইচীং শোয়দা লাইসনা লাইনা শাবী নোংচেং ঙাতা লোং তুবী য়োয়নোংতা নোংতা লাইরেন পাখংবা লৈম্নুং লোজ্ঞা অরিববু খোনকংলোং, পজেং চারল লোং, চোম-লাং খোঙখিন লোং, ফুমথি হামং লোং, শংগাই তোম্নৌ লোং, কোযাং চেপশি লোংবু পোনকংকে হায়না তক্ষা নঙনা নরান থৌচংলকপদা"—পঃবাহেঃ

**লৈম্নুং শিনাই আখাচা,** পেনা শকপা আখাম মচা, —"ইদাইরেম লৈম্নুং শিনাই অখাচা নঙবু লাউ-ও" —নাঃফঃকাঃ

**লৈপন খরায় খোঙ,** কোম্থেঙ, খোঙ্গান

**লৈপাক,** মালেম, পৃথিবী, প্রজা, পূকনীং,—"লৈপাক কৌবদি পূকনীংনে" খিরেন মৈঃলীঃ

**লৈপাক চাবা,** লৈপাক ঙাকপা,—"অযোধ্যা লৈপাক চারকপা রাজা নিংথৌ অয়াব্বসুঙ মপা-রিনা হান্না নোংমনখিববু না তারক্কে'—উঃ(রাঃ); "পূর্ণিমা লংমাইজিংদা কালে নিংথৌবু শোমশোক নিংপৌনা লৈপাক চাবা শিম্নৈএ"—চৈঃকুম্বাঃ—ঈশৈ অরিবা পালাগী (বংদেশগী) পালা অমগী মিং—"ওনি ঈরাইদা মোইরাং খাবন পণ্ডিত অচৌববু লৈপাক চাবা পাসাগী ঈশৈহনবা হাপই"—চৈঃকুম্বাঃ

**লৈপাক কোইবা,** অঙম অথৌ, য়ায়ঙোং খমদোং, —"লৈপাক কোইবা পুম্নমাবু শেনবী চৈয়াপ বা-য়েন শঙদা পাওমেনখিএ"—ধঃলাঃনীঃ

**লৈপাক মচা,** প্রজা, লৈবাক অদুদা লৈবা মী, —"লৈপাক মচাসুঙ পুন্সিদে"—লৈঃচিঃ

**লৈপাক মচা তাবা,** চাওখৎপা, সভ্যতা লৈবা

**লৈপাক মপু,** নিংথৌ,—"লাইরেন উরা কোম্বৌ-বনা লৈপাক মপু ওইরমএ"—শাঃলমঃ

**লৈপাক মরা চেৎপা,** লৈবাক প্রজা ঈংনা মুং-ঙাইনা পানবা,—"ফুহিং লাকও, খয়োম লাকও লৈপাক মরা চেৎপনে"—চীংঃলাইঃ

**লৈপাক মরা তপ্পা,** লৈপাক প্রজা ঈংনা মুং-ঙাইনা পানবা,—"লৈপাক মরা তপ্পনে"—চীংঃলাইঃ

**লৈপাক মরা তাউবা,** লৈপাক মরা তপ্পবা, লৈপাক ঈশৌ লাংবা,—"অসিনা তারবদি লৈপাক মরা তাউএ, পূক শাউএ"- লৈঃচিঃ

**লৈবাক মাবা,** লৈবাক্কী মপু, নিংথৌ

**লৈপাক লৈমা** নিংথৌগী নূপী অহন, মহারাণী, —পৃথিবী মাতা, "মালেম লৈপাক লৈমনা শমু খুৎপু থুমনদি য়াজরে দে"—কুমদমশৈ

**লৈপী,** ফকলাংগী অহানবা বাই তৈবগী থবক, ফকলাংদা অহানবা বাই তৈনবা শিৎপা লৈপাক

**লৈপুৎ লৈহো,** লৈখুল

**লৈপুন,** মুংশি কোঙ্গোই, নিপা নূপী মুংশিনবগী মরী লৈনবা, লোন লৈনশি হায়না মথক্কী লাংডোম্দগী তেমশীংনরকপা থাদোকনবা য়াদবা নিপা নূপীগী মরী, লুহোংবদা নিপা নূপীগী মথুং অনী পুনবা

**লৈপুং,** লৈতোঙ

**লৈপুং খাংখা,** ঈদাক লাংথক কান্নবা তিংখং পানবা অপীকপা পোৎ অমা অমস্নুং মাতুগী মহৈ

**লৈপুং ফম্বা,** লৈপুং য়াকাবা, অহাঙবা মকমদা ময়াম তিনবা

**লৈপুং শল্লেম বা,** চিথ নাম্বনবা বা (মন্ত্র)

**লৈপুং য়াকাবা,** লৈপুং ফম্বা, মুমিদাংবাই খুন্দা লৈবা মীশিংনা থবক শংবা মতমদা লম্বাংদা ফমদুনা ময়াম তিন্দুনা মুংঙাইনা বারী বাতাই শানবা,—

**লৈপুং য়াকাবা খাংজেং পোং পৈবা,** মী ময়াম তিন্দুনা লৈপুং কথা

**লৈ পোন,** লৈপাক হাপ্পা পোলাং

**লৈকম,** থেংগৌ শাসগী কাথম কিএপ অমা

**লৈক্লু মাবা** লৈপোম লৈনাং লৈদুবা শাপ্পবা

**লৈবাক,** দেশ মালেম, লৈপাক

**লৈবাক কোইবা,** লৈবাক্কী অণ্ডম অংগৌ, য়ায়তোঙ-থমদোঙ

**লৈবাক পুংজাউ থীনবা,** বাংলেন পুংজাউ থীনবা পুং য়েৎনা ময়াম শঙ্গনবা, মী পুম্নমক শঙ্গনবা

**লৈমকোন,** মহারাণীগী কোলুপ, কোমুংগী ইবেম্মা শিংগী লৈকম

**লৈমখুম্ন,** খুম্ন চফুগী, খুম্ন অাং অমা

**লৈমখুবী,** নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা অমা

**লৈমখুবী অহন,** নিংথৌগী অহিংবা মনাউ ইবেম্মা অপাম্বী মাহাগী মপং লৈমখুবী নাংবী মথক

**লৈমখুবী নাহা,** নিংথৌগী অচৌবা মনাউ ইবেম্মা লৈমখুবী অহনগী মথং

**লৈমনাই,** মহারাণীগী মনাই, নিংথৌগী লৈমগী মনাই, কানিস কাংলুপ অমা

**লৈমা নিংথৌ,** নিংথৌ মহারাণী

**লৈমা নিংথৌদা ফীজি-ফীনানা ছুম্বা,** লৈমা নিংথৌদা লাভঙবা, নিংথৌ মহারাণীগী মকদা অরানবা থবক তৌবা

**লৈমরেন,** নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা মহারাণী, লাইরেম্মা অমা

**লৈমরেন কা,** য়ুমগী ফুংগাগী অরাং থংবা ককলাং ময়ারোম থংবা লৈমরেনগী খুবম যারিবা কা

**লৈমরেন কমথোন কাবা,** মহারাণী ওইবা

**লৈমরেন শিদবী,** লাইরেম্মা অথোইবী

**লৈমা শীঙ্গা,** নিংথৌগী কাঙসগী ইবেমশিং

**লৈমরোই,** লাজোনগী অমম্ভ নোংমাইকিং চীংগী লেক অমগী মিং

**লৈময়াম,** লৈবাক,—"লাইরেন মৈদি ভুবা অদোন লৈময়ামদা লোইদাম থাবু শি লাংচৈ কুম্ব ওম্না য়াংগোইরবদা"—নাঃকঃকাঃ

**লৈময়োন,** লৈবাক্কী ময়োল, কংলৈ লৈময়োন, মণিপুর, মৈত্রবাক,—"কংলৈ অসিগী লমদম কৈএ মালেম লৈময়োনবু নরিঙেনে হায়না পুংখঙবিয়ে"—যোইঃনিংঃলম্বঃ

**লৈমা,** মহারাণী, নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা অথোইবী, খুমন লৈমা-খুমনগী মহারাণী, খুমন লৈমাবী, খুরায়লৈমা অঙোম নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা অথোইবী, অঙোমগী মহারাণী ;—মৈতৈ লৈমা—মৈত্রেমা, মৈতৈগী মহারাণী, মমা সনামা পোকপী নুপী ; কত্রং তীল

**লৈমাবা,** লৈবাক্কী মপু, নিংথৌ,- হে নিংথৌ লৈমাবা-ও পৃকনী চিংনবাবু লৈরগুনো—লাংঃশঃথাঃ

**লৈমাবী,** লৈবাক্কী মবেম্মা, মহারাণী

**লৈমা মমাঙগী,** মমাংঙৈগী মহারাণী, হান্না ওইখিবা মহারাণী

**লৈমা মশানৌ,** মনাউ ইবেম্মা মহারাণী,—'লৈমা মশানৌ রত্ন মঞ্জুরী কৌবী অদুঙ্গুঙ চেংলৌ মাগী শকপাম্বো চবিত্র মবমচৎ মতীক অরুবা পুম্নমকপু যোয়বু লক্ষ্মী লাইরেম্মগী মমোম মুংচানবীবু করম মানবনো ?"—লাংঃশঃথাঃ

**লৈমি,** মঙং লাকপা, মঙং মতৌ,— "মুংশীৎনা কোনবীদুনা লৈমি ওইরে"—খিরেনঃমৈঃলীঃ

**লৈমু,** লৈপাক অমুবা, লৈপাক মখা

**লৈমুরোন তরক,** ওইনম্বা, অখাবা, অথুম্বা, অশীনবা, অককপা, অচম্বা লৈপাক মরোন তরক—খুঃলোনঃ

**লৈরক,** খুংগংদা লৈবা লম্বী

**লৈরক শাথৌবা খোংবান লাংয়ানবা,** তীনম্ লাইমু কত্তবা, সনা মহী,—"মোমদ্ধু ঐবু লৈরক শাথৌবা গোংবান লাংয়ানবা করম্ববু লমওক্করবনো ?"—পোঃলুঃ

**লৈরম তরেৎ,** লৈ মরম তরেৎ, তোঙান-তোঙানবা লৈ জাৎ তরেৎ ( থৌদৌ লাংদৌদা শীজিন্নবা মাহৈ )

**লৈরাই,** উপাল, তোর্বান, ঈশিং মপান্দা লৈবা অকংবা লম

**লৈরাই নকুম লম,** নথোয়গী হিদেন তাকম

**লৈরাইবীচা,** ভাসাং

**লৈরাই য়ুখাওবা,** ( লাই হরাউবা ) লাই ইকৌবদা ঈশিং ময়াদা লাইদা লাইবংথৌ লাইরুরাগীদমক পোৎ-চৈ কথোকপা

**লৈরাই খরোই তৎলবা,** বা ভাউবদা লৈযেং ফাইরবা, বা চুমনা ভাউবা ভুমদ্রবা
**লৈরাই মুংবীথক,** লৈবাই মথক
**লৈরাই হুইসোন কাবা,** য়ামনা বানা লৈবাই কাথৎপা
**ল্যেরাং,** লৈ, পুনাশ, পুনশি ইৱাল লৈ
**লৈরাং অতিংঙা,** অবেম্বা কবিস্থ কান্নদবা,—"য়াওবৈ মশাবিনা খুনকাম ইশানৌ ও ইবিঙডানা লৈবাং অতিংঙাব বাবো·নপিএ"—চাংলাই:
**লৈরাং অতিংঙা ওইবা,** অরেম্বা তাববা, কান্নদ্রবা নোংমনবা, শিবা
**লৈরাং অতোনবা,** অতোম্বা
**ল্যেরাং অতোনবা উনৌ কোন্দে কোম্না হুনবা,-** কোম্না পোকপা, অতোম্ব,- "শানৌ লৈবাং অতোনবা উনৌ কোন্দে কোম্না হুনবা হুইয়াই চৌকলু অথেঙলাগুম্বা ও"—চায়:
**লৈরাং ইরাকচাম্বা,** লোইবকলবা পুম্সি, থবক শূবা ভুমদ্রবা পুন্সি
**ল্যেরাং খয়োম লৈনৌবা নোংচুপ তোনবন নিংথৌ,—** লাই পাংজিংগী মিং অমা,— "চীংঙ্ নোংথৌ সোবারেন অৱাং পাথং যোইবেংবনা মপা বি লৈবাং খয়োম লৈনৌবা নোংচুপ তোনবং নিংথৌবু চীংঙ্ মতিক য়েংগে হায়বগী চংলৌ শক উংন্দনা মাঙগিবে হায়বগী বকে মাংলৌতাবও তৌনা কৌএ'—মোইংনিংলম্বং
**লৈরাং থৌবা নরাক চামদবা,** নপাঙ্গল লৈবিব পুনশি
**লৈরাংবা,** লৈ কংপা
**লৈরাংমায়ওন য়াংবা,** পৃকনীং চঙদবা, মায় ওনশিন্দবা
**লৈরি,** লৈ মগল অমা
**লৈরিৎ ভুমদবা,** লৈপাক মম্মং চঙবা ভুমদবা
**ল্যেরিয়াং লিশোন,** লমগী লমচৈগ শঙনবা
**ল্যেরুম তুম্বা,** মৈদিংঙু তোনাবগী ( খৃ:১৩১৫-৫৯ ) থাঙ অমগী মিং
**লৈরুথক,** কম্বাল তোংবদা মৈতৈ নিংথৌনা শীজিন্নবা ফিজোন অমা
**লৈরুম,** ( মমাঙৈঙদা সনচিবামনা শাবা ) লৈরোং হাপ্পা অপাবা ফি অমা,—"সনচিরাম নঙাদ লৈরুম শাও" – লোংশনযেন
**লেরেনথৈ,** লৈপাক্তা পৈবা
**লৈরেন খোইবাকলৈ,** লং শঙবনা শীজিন্নবা মচু মংগল অমা, –"লংশংবম অকাংজমবম নঙদি লৈবেন খোইবাক লৈবু শঙও"—লো শিনয়েন
**লৈরেন নোংলেন শেঙ্গ্রেং মানক খোম্বা,** মৈদিংঙু নবসিংহ মহাবাওগী খম্বাল মিংঙন,—"শক ১৭৬৮ মেবা থা ১৩ নি ঈংবাইদা লাইবেন মৈতেংঙু শ্রীযুং মহারাজ লৈবেন নোংলেন শেঙ্গ্রেং মনিক খোম্বগা মৈতৈ লৈমা হয়োয়বোন হাওবম চম্নু লীকলাইবোংবপীগা লো হান মতুং পুং ৬ তাবা ৭ কী মসুংদ শিযেক এইত"– টিংকৃম্বাঃ
**লৈরেন লৈচাউ,** কম্বাল তোংবদা মৈতৈ লৈমনা ( মহানপীং ) শেংদা ফিজেং লৈতেং, শমজি ভুম ফাবা –'লৈবেং লৈচাউ পু লাংমৈ পুংলেন নি শংম্ব শমদোন য়াম"—তুতেং:
**লৈরেন হুনবী,** লৈংবেন শিদবী "কোবৌ তুমিং দি তোপদোঙ নশেনবা মশল লাংবনা চাক্তাদা মমা লৈবেংনবী লৈমবেন সিদবীগী পায়মা পিপুকম্নংগী" লাংকাও
**লৈরেপ ফাবা,** লৈপাক মপৃং ফাবা,— "নপাবি এনা কেকে লৈশেম্ব ভাংভোই লৈবেপ ফাবে বোরেন লোংমত আব মালেম লৈহাদনা মিংয়েং শাংলৈবিনও"—মোংশিংলম্বং
**লৈরোই নোংলোইশৈ** লৈশেন নোংশেম্বা লোই বদা শকপা ঈশ, ঈয়া
**লৈরোই হুগুবা,** লোই হাংউবদ। মকোক ওইনা লৈ পাম্নগী থবব তৌবামী
**লৈরোই হিদং** লৈরোই হুগুবগী ভুমথং
**লৈরোং,** লৈতেং, শিদা মযেক থোকনা লোনবা, থদাঙ
**লৈরোন,** লৈপাক্তী মরোন, লৈপাক মম্মং,—"মপন চীংঙ্ নোংথৌ সোবাবেন্দি মালেম লৈরোনসুংদা চেংলৌ শবপোং শংবায়না পুমুং লৈয়োম্লাংগুম নৌনা লৈহাম্বৱ বিগঙলরে, অদু নোংগীবু শাংদোল লৈনাউহা ও তৌনা কৌএ"—মোইংনিংলম্বং
**লৈরোন,** লৈগী মরোন, লৈগী মরম, লৈগী মরমদা

ইবা লাইরিক অমগী মিং

**লৈরোন চনবা,** লৈপাক্তা ফুম্বা, লৈমুংদা থম্বা,—"মালেম লৈরোন চল্লে"- হেঙ্গু:

**লৈরোন তরেৎ নোংলোন তরেৎ,** লৈপাক মবোন তরেৎ, নোংথৌ মরোন তরেৎ, "হরাংকোন অশিকোন লৈয়িকোন কোবৌকোন লংবাকোন হুংনাংকোন তম্বাকোন মাসিন। মথক্কী মবোন তরেৎনি; পোংলৈবোন খমুংবোন লৈহুংবোন মাইল্লেবোন মালংকোন লৈথাকোন খমনিংকোন অসিনা মথাগী লৈরোন্নি"—শাংলম:

**লৈরোন লৈমা ক্যাংচাইবী,** লৈপাক মচু মানবা শামু

**লৈরৌবা,** লৈহৌবা,--"লাইচা ঈমৈথৈবীদি হাওশি পম্বোও ভাকনা লৈরৌরে"-- তুতেং:

**লৈরায়বা,** মঙং মতৌ তম্বা, ফ বা, নূপী ভাওনবা

**লৈলাংবা,** লৈরাংবা, লৈ কংপা

**লৈশং,** ঈরাং খোনিদা য়াংগনবা মরা চৎপা অপিকপা পাম্বী মথল অমা,—"লোইয়ম মঙাইরোই চৈংঙু মহীশাং পুন্নমকনা পাওনেম্বু হোয় য়াদবা নোংপোক মাল্ল ছম্মোইবা লোইয়ম মচেং হবমা ওইনা হাওচেং খোল ভংনবা কজে পাওথোক তুগুম্বু চাচন্নবা সনা লৈথাম চোঙ্লোং চিনবনা লৈশং খুত্তা শুনা পাংথেম্বু হোয় য়াফবা চৈংঙু খেকন্নাইবা"—মোহংনিংলম্বঃ

**লৈশা কৈবা,** লৈপাক তৌহৈদবা মুমিৎ,- শজিবু থা কুম্মাথোইনি পানবা, কালেন তরামাপন্নি পানবা, ইঙা নিপাম্নি অমসুঙ কুনহুমদোইনি পানবা, ইঙেন তরুকনি পানবা অমসুঙ তরামাথোইনি পানবা, থবান নোংমা পানবা অমসুঙ কুনমঙানি পানবা, লাংবন কুনহুমদোইনি পানবা অমসুঙ নিপাম্নি পানবা, মেরা তরানীথোইনি পানবা অমসুঙ কুন্তরেৎনি পানবা, হিয়াঙ্গৈ নোংমা পানবা অমসুঙ কুনমঙানি পানবা, পোয়নু নিনি পানবা অমসুঙ ছমনি পানবা, বাকচৌং নিনি পানবা ফাইরেন কুন্তরেৎনি পানবা, লমতা কুনমরিনি পানবদা। লৈশা লৈ লৈপাক তৌহৈদে।

**লৈশিবা,** বারেম ভাঙবা, বাচোই ভাঙবা

**লৈশি লৈথোনবা,** মতিক মগুন নীংথিনা থাদুনা শকপা নন্তুগা ভাঙবা, থাগৎপা

**লৈশেম নোংশেম,** লৈপাক নোংথৌ শেম্বা, তেংবানবা শেম্বা

**লৈশেমলোন,** লৈপাক শেমগৎপগী মরম

**লৈশৌ,** লৈপাক্তা অমসুঙ অফোম্বা উ অমনবদা লৈগনবা অমসুঙ উনচিংবা য়ামনা চাকথৎকনবা কক-চেংগুম্বা জীব মথল অমা

**লৈশৌপুং,** লৈশৌবুং, লৈশৌ শৌকম লৈপুং

**লৈস্না,** মেলৈ ( হৈরেম থুঞ্জান্না হায়নবা ),—"মমুম হৈরেমনা তেংথানা থুঞ্জান্না মিকৌনবদি মেলৈবুদি লৈস্না-ও তৌনা কৌএ"—লৈরোন

**লৈহক্লেন য়াশৌবা,** লৈশেম্বা লাই অশীবগী মিং অমা,—"অশীবা গুরুনা মমিং লৈহক্লেন য়াশৌবা কৌন লৈপাক শেমনে"—নুংঅচৌঃ

**লৈহাই,** খেংগৌ শাবগী ফীবম ফিদুপ অমা

**লৈছন ছনবা,** লৈ কংপা

**লৈহেম্নবা,** অহিং লেকলক্তনা করিগুম্বা মকম অমদা চৎলুরগা মুমিৎ অদুমক্তদা তম্না হল্লকপা,—"লৈদিংঙু থাগেম্বা শুগু লৈহেম্নেএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**লৈহৌ,** লৈপাক শেম্বা হৌবা, খেংগৌ মথল অমা

**লৈহৌ নিংথৌ,** শেক্তাদা পাল্লম্বা নিংথৌ

**লৈহৌ নিংথৌ চম্মু,** শেক্তা নিঙেঙান

**লৈহৌ লাংবন শমনগুম্বা,** শমন কৌবা লৈগুম কজবা

**লৈহৌরা,** পাম্বী মথল অমা

**লৈহৌ হিগানবা,** লৈপাক্তগী লৈহৌ চাউনা হোংগৎলকপা

**লৈয়ু,** য়ু মথল অমা

**লৈয়ু চুংথুন য়োংবা,** য়ু থকপা

**লোই,** মাথা পোনবা, অতোপ্পা মী নন্তুগা জাতি অমদা কাংগৎ কারিবা মী

**লোই ওকপা,** লোই থাবিবা মী লোইদগী কারকপদা লম্বীদা ওকপা

**লোইকা তাম্বা,** লোই কারকপা বাৎপা

**লোইকাবা,** লোই থারুবদগী কাথৎলকপা ( হল্লকপা )

**লোই কারম্বা,** লোইপোৎ পীরম্বা

**লোইকা হাওবা,** লোই কারক্তবা

**লোইকা য়াওবা,** লোইপোৎ থোৱা কনবা

**লোইকুম্বা,** লোহ থাবদা লোই মকম য়ৌনবা চৎপা, তাম্বে কপা

**লোইকুম লোইকা,** লোই থাবা মকম য়ৌনবা চৎপা অমসুং লোহ থা মেদগী অমুক হল্লকপা

**লোইকেনবা,** লোই চনবা,—"নয়োন কেকে যোইরাং নৈমা নোংবাল্লোন মৈবা পোক্লেনবী মওক লোইনেনবা তানবন খোঁশাবা নুংহাং লোইকেনবা হুয়েন য়েনহোইবী য়েনহোইবগী কাইনা হুনবম চক্সু'—মোই.নিং:লম্বু.

**লোইকৌ চীং,** লোই ওগরম্বা চীং

**লোইখোম** য়ুমগী শাই ময়াদা হুমদাং পমলিবা (য়াবিবা) বা নক্রগা উ অশাংবা

**লে ইগী পোৎনা,** কাংগং, তোহহাপোৎ

**লোইচনবা,** লান তৌদুনা নৈবাক লে শিনবা, নৈবাক খোপচিনবা

**লোইচা,** লোই ওইনা চাবা

**লোইচাপা চক্সু,** লোহ চাবা চক্সু, লোইজাবা চক্সু, লোই নিঙোন -"লোহ চাপা চক্সু হায়না তেংবাব-দি লোই চক্সুবু থাএ'—পেনঃ তংথাঃ

**লোইজীং,** মণিপুরগী তোংচুপা নোবা চীংজাউ অমং, অরোইবা চীং, মকুবী চীং

**লোইজাং মীরুক খুম্বা,** মমশিল্লকপা

**লোইতাম,** লোইদাম, থা

**লোইতাম নিনমাং থা,** থা পাংথংনবপা, শুক্লা পক্ষ,—"লোহতাম নিনমাঙ থাকুম মচাউবকলে"—পাঃনাঃ

**লে ইদাম,** থা,–'লোহদাম থাঙুঙ ভল্লোয়ে শক লুত্তোং লৈদি ওনফদে দে"– কুমদহণে

**লোইদাম কুম্বা অনৌবা,** চহংগী হৌগংলকপা থা,—"লোইদ ম কুম্বা অনৌবনা চৈকাংকপা অসি-দা ফত্ত হোদি শাবাউ নানবাউ কল্লক য়েকনা পুন্নমদি থবৈ লেমলৈদা তারসনো"- টৈঃলাঃবারোন

**লোইদাম কুমশীং য়াম্বা,** কুমশীং মশী, য়াম্বা

**লোইদাম থাজা,** থা

**লোইদাম থাজা পাখংবা,** থা,– পাখংবা,- 'শ্রীকৃষ্ণ লাইশ মক অদুবু চৎমোম থাদা মৈত্রেং লাইজা ঈরিক কাই মাল্লং নোংনোয়াঙ য়োয়মথাই তাউদনবা লোই-দাম থাজা পাখংবা থরায় অপকমা পুন্নমজী মপু-রেংবু ওইবনিগি।" লাঃশঃবঃ

**লোইদাম থা নিংথৌ** থাজা, থা, – "চেংলৌ শকপ নথোংবু নোংপোক চীংলুখমগী লোইদাম থা নিংথৌনা য়াথোকলকপগুন"– লাংঃশঃথাঃ

**লোইদাম (লোইতাম) থাবুম,** থা মপুম,—"লোইদাম থাবুম অনী শুবে"—মিকৌঃ

**লোইদাম থাবু লৈ,** থাগী লৈ

**লোইদামচা** হঙোই,—'পোয়ম অহনবনা (অশী বাং) হঙোই লোইদামচাবু শেমথিয়ে"—সনাঃলাইঃ

**লোইদাম মনুং ওইবা,** তৌগদবা থা ওইরবা

**লোইদাম থাশিরা লাংহৈ কুমওল্লকপা,** কুম ওস্লকপা, চহী ফাবকপা

**লোইন,** পোঙলোয়, লোংন পমহন, মতুং ইনবা মী

**লোইনা,** শিংশীংনা, তেংনা, তকনা, ওম্না

**লোইনা অপাম্বা,** চায়না, লুনা তিন্নবা

**লোইনাই কোবা চাংথংখোম্বা,** বাণ্ডা মহারাজ, জয়সিংহ ভগ্যচন্দ্র মহাবাজগী মিংলোন অমা

**লোইনেনবা** লোই চনবা

**লোইনেনবা,** লোশিনবা

**লোইনেম্নকোই** লোই কারকপা মকম

**লোইপী** লোইবা, চীং, চীংমী

**লোইপীরেন,** লোইথম অচৌবা

**লোইপোৎ,** কাংগং

**লোইপোৎ কাবা,** লোহ হাবা, কাংগং হাবা

**লোইবী,** চীং, চীংদা লৈবা মী, চামী 'লোইবী অনান ওম্বী'—সংলমওক; "হেম্বা মওক হাই লোইবী মথা চীক"—ওঃ ওম্বা, "অনান খুনথক তানদা খুনথা মনিল নাইনা পানবা পুংদা য়োম্নবু মৈতৈ লৈমনা সনা খোমহানবদি হুয়েন লাল্লিগীদি লোইবী অনান মনিংথৌ খোকচুম লানচুংববু কাইনা হুল্লে"– নিংঃলম্বুঃ

**লোইবী চীং,** চীং

**লোইবী চীং কাকলেন,** কাকয়েন, অচৌবা উচেক জাৎ অমা

**লোইবী চাংজাউ,** চাং অচৌবা
**লোইবী চাংবুরোইসা,** চাংদা লৈবা লোই পুন্নমক
**লোইবী চাংশাং ঈ,** চাংদগী চেম্বরকপা ঈশিং
**লোইবী মারেম,** হাও
**লোইবীরেন,** লোইকম অচৌবা
**লোইবী লমথোইবা,** চাংদা ডাবা লোই লমহেনবা
**লোইবী লোমল্লাং,** চাংদা লৈবা ফৌ অমনবা
**লোইবী হেম্বা অমুবা,** চাংদা লৈবা কাক
**লোইবী হেম্বা কমুকপা,** চাংমী, চাংদা লৈবা হাও
**লোইবুনাই,** ইপেল
**লোইমু,** ইবোই —"তম্মম মবেংশিন কাওরেন পাংদভাবা মানবী চানমদবা লোইমু চাংনববু কাওরেন শনফাং হৌই (শনকু হোই) চৈরে মরোন থাঙমদনা × × × × ফাগং ফিমু মশী খাঙমদনা কেগে চাউবা পুংদগী লোংয়ায় থুমন নিংখোগা লাইরেন হোঙনমমোয় থুঙ্গাওগা ডাইরোইননা মরান লুহোং পোংদোং থিল্লবএ হাংদববা?"—নাঃকঃকাঃ
**লোইমোম,** ফৌ, থাংথি,—"লোইমোম ফৌদি তুংদা ইন তবা চেংদি মাঙদা ঈল্লা মশী তাম্না খোয়মথোব হোঙনেম্বা"— অহোঙঃ ; —"থাংথি মপান ফাবা লোইমোম মহৈ চুম্ববু লংকুবিরম্মো"—লোঃঈঃ
**লোইমোম কুরোন হুবা,** ফৌ ওবা,—"পামেন বাইনা শুকনীং কাঙনা মোইনীং কাঙনা লোইমোম হুনা কুরোন হুনা" অংহোঙঃ
**লোইমোম ফৌওইবী,** ফৌওইবী লাইরেম্মা, ফৌগী লাইরেম্মা
**লোইমোম ফৌগাং লাংলুবা,** ফৌ পুবা চংলুবা, ফৌ হোল্লুবা
**লোইমোম মনাহিগুম্বা,** ফৌ মনাহি চোনবগুম
**লোইমোম ফৌরম চেম্নরম,** ফৌ মরক্তী চেনথিবা
**লোইহা পুক্লমপোৎ,** মায়োক থাকম ওইনবা অথেনপোৎ,—"পাংগন নথৌ লৈতববু ওইংক্লদি লোইহা পুক্লমপোৎ মংাকপু পুংবুরেম থেনমায় লাংনা ডাইখমচঙমও"—লাংঃশঃথাঃ
**লোইহাপোৎ,** লোইপোৎ, কাংগৎ
**লোইয়া তমলোন ভানবা,** নোং ভানবা,—"লোইয়া তমলোন ভাল্লবদা নপন ঐবু ককলোং চারাই থাও পাওথেনখোনগী কংলৈ নওমাংদা কক্লোং চয়াই থারবদ"- কৌঃবাঃ
**লোইয়া পুক্লমশঙ,** লোই কারবপা পুন্নমকনা থুক্লমনবা শঙ
**লোইয়া লাকপা,** লাই অমা,—'লোইয়ারাকপা গোঙফেন থৌবা চাংঙু হনকোই নিংখৌ শল্লম মঙানপা কাম্বা সনলাম্বা, নমা পোংঘু লৈমাচা নিংথৌ সম্পুম মহারাপা"—পা.নোংঃ
**লোইয়ুম্বা,** মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংবনা থয়োল্লরোন হাওবেমা তমইংবী পাল্লঙনা পোকপনি, মপাবুগী মথংদা মৈতৈ লৈবাক্তা খৃষ্টাব্দ ১০৭৪ দগী ১১২২ ফাওবা নিংথৌ ওইঙনা পানখি। সনা হাকতক অদুদা লৈবাক ভাকপদা খুদোং চানবা লুক তক্লক পায়ঙনা ফমদৌ ফমলুপ হাপখি। নিংথৌ অসিনা লাংশঙদা ফমঙনা মৈতৈ যুমনাক খুদিংমক্তী মাগী মাগী মশিন য়েনখোকখি মাহুব নিংখৌ অসিগী মমিং লৌঙনা লোইয়ুম্বা শিনয়েন হায়না খঙনখি।
**লোক,** ঈশিং (মোইবাংনা হায়নবা),— "মগ্নিম কেগেনা তেংথানা মোইবাংনা মিকৌনা কংকালবুদি কোংও লাইঙ্গা ঈশিংবুদি লোকও কৌএ" শলকাও; চাংদগী চেম্বরকপা ঈরম ; তুরেল মচা ; লাম্লনা মথঙ্গ অমা
**লোকঈ,** চংজুম, লোক্তী ঈশিং, হুমাং,—"লাংগোই শারাঙ তোং মাল্লং লোংশীং চৈরোম্নননা থুক্লা। মানবন হৌ হুমাং লোকঈ চেম্না শাল্লঙবু"—ডঃ(রাঃ)
**লোকচা মানচা ঈ,** লোক্তী ঈশিং
**লোকতাক,** ইম্ফালদগী খা নোংচুপ পাংবদা লৈবা মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা পাৎ
**লোকল্লুং লকাবা,** লোক্তা ইভান ভানবা, ইরং লংবা
**লোকপা,** থোমবা, - "তিনমেন তাথোম থুমনা থিল্লরে, লাল্ল চোমায় ফোয়্যে, চুঙোয় লীলীং অমা থোমলে, থাওশাং লীলীং অমা লোকলে"—শমঃ ডঃ ; ঈশিংদা তাউথরকপা পোৎ খুনবা নত্রগা লোথৎপা ; থোইবা, হেনবা, মহৈ মরোং থাওবা,

লাইহৌ হৌবনচিংবা হকচাং শাগংপা অনাবা খরা নেমথখিনবা খুৎনা শীং শীং নানবা ( অশাবা লোক পা), ফৌদুনা থম্বা পোং ( ফৌ মোরোক ফিনচিংবা) লৌশিনবা

**লোকল্লকপা,** খোমসকপা, লৌশিল্লকপা

**লোক্লাং লৈমা,** লাইরেম্মা অমা, — 'চীংখোঙদা নুং লৈবদো লোক্লাং লৈমা খুঙ্কমনে লাই অদুদা লোক্লাইনা নাবগদা লাংও" – চী:লাই:

**লোকচেন,** লোক অচৌবা

**লোক্লেন মঙান নাইবা,** ইঙান ঙানবা

**লোক্লৈ,** নোবিঙেদা য়েঙ্কাং চাবা য়াবা নপিকপা পাম্বী জাৎ অমা

**লোক্লৈ হৌবা,** চেনবা

**লোক্লোই হৌবা,** মী ময়াম তিনবা

**লোক্লৌ,** ঈশিং ( মোইরাংন হায়নব ),—"লোংয়ায় হৈযেন অথৌবদি কংফাল কোংগী মথক্তা লোকলৌ নমঙাননা লুতুবে"—মোই:নিং:লম্বু: , খোঙ , শিংগ্রেঙ থাযবা, শম থায়দুনা হাংপা, খুদি থাবা, অতোঙবদা খোঙনা থেংবা

**লোক্লৌ খুদোই ছনঙমদা,** পোঙ থাংবা ঙমদা

**লোক্লৌ তবোপ কায়গুম্বী,** নীংবা কাযরবী,— 'লোক্লৌ তবোপ কায়গুম্বী ঐনু শীংনা নবম ঙন্না কেম লৈরাং কবন ঙন্না মল্লে হাযবনো ?' না.ক.কা:'

**লোক্লৌ তবোপ কায়বা,** নাংবা থাবা

**লোক্লৌ তাচি থোংলবা,** মীওই শুববা

**লোক্লৌ তু চনথক্কী** মীওই শুবকপদগী

**লোক্লৌ নমখুম জৈ,** হুমাং

**লোক্লৌ পল্লেন হৌবা,** শাউদুনা খোঙথীনবা

**লোক্লৌ লেংথখিবা,** লৈপাক মমুংদা লৈখিবা

**লোক্লৌ শম্বল খানা,** শম্বল থিংদুনা,—"হেম্বা লাংথোং তৌ লোক্লৌ শম্বল খানা লাংলেন বাখোঙ পেংলবদা"—মোই:নিং:লম্বু:

**লোক্লৌ শানা কোনবা,** নিংথিজনা য়োকপিবা, মুংঙাইন কোনবিবা,— "মালেম তাইবং পানবা পূমনমকপু লোক্লৌ শানা কোন শমু নমদা পোনা নাউয়োকপিরিবদি ঐনে" – তুতেং:

**লোক্লৌ শোইনৌ হন্জবা,** পাম্বী মচা চোংবা ( হৌবা ) ঙমদবা,– "তেকপী ওকথুরাইনা ঙারবা কাওরেন শন্না থেংলবগী লোক্লৌ শোইনৌ হন্দরে"
—মোই:নিং:লম্বু:

**লোক্লৌ হল্লকপা,** পোঙ থাঙদুনা লাকপা,— "খোইয়ম গনামকপু দোলাইথক্তা থাংগৎলে লেংজাউ মঙান নাইনা খো কাপ নাউরে থাং খুদোন লোক্লৌ হল্লকলে"—স:লাই:

**লোকয়াই খুবা,** অনী থাবাংনন লেঙবা

**লোকয়াই তাম্বা হুইসোন লৌ,** লোক্লা থাবা লৌ

**লোকয়াই থাবা নিংথৌ তরা,** খুমন শলাই,— "লোকয়াই থাবা নিংথৌ তরামক্তি খুমন শলাইনে"
—কমলোন

**লোঙ,** য়োংনা শাবা মচীন তুম্বা মথোক শাংনা পানব খুংলাই মথন অমা

**লোং,** ঙ কোওুনা কংবা পযাংবা শাবা চাং মহল অমা,—'লাইসনা ঙাতা লোং নোংদা লাইরেন পাখংবা পোংগৎলেং লাইসনা চেপকোং লোংবু খুও পায়"—তুতে:

**লোংখোনবা,** লোং খেন্দুনা ঙা ফাবা

**লে ঙখুম প গুন হকপা,** ঙপশিনবা

**লে ঙচুম্পা, লোঙজুমবা,** মবোং চুম্বা,— 'মতোন তোন্না পোংপা হৈবীকুম লোঙচুং ।"—পা:খোঙ:, 'ক্বা চিল্লোক লোঙচুম হে"—পা:না:

**লোংফান ঙমবা,** লোং খোল্লম্বী,— "তোংপোন রাইবৌ থাংনা লোং ফাংঙম্বাদা পাউহংখিয়ে"---
তুতেং:

**লোৎনা কাইরম্বা,** লোন মী উহন্দনা থমলম্বা ( লৈরম্বা )

**লোন,** লম অমগী নংত্রগা কাঙলুপ অমগী মীনা ঙাঙনরিবা রাহৈ

**লোন,** লোগা, হৌমিন কামিন্নবা মতম অমতগী মী, নিঙোন, চম্ব,–ইরাংলোন–মোইরাং চম্ব, থয়োয়লোন– খুমন নিঙোন, নোংবাল্লোন— মঙোম নিঙোন, মুংবান লোন, য়োইকুমলোন—লুবাং নিংঙোন, বাংঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চম্ব, থাবরোম, থাবলোন—থাবা শলাই ওইবা য়ুমনাক্কী নিঙোন,

ঙাম্নরোন, ঙাম্নলোন-ঙানবা শলাই এইবা য়ুমনাক্কী চম্ন,

**লোনখোঙ য়েৎপা,** য়েৎপা

**লোনচৎনবা,** মী খঙহন্দনা তুমিন্না তৌবা

**লোনজ্জা,** ফকলাং,—"থাঙলেন মথৎশূনা ফকলাং লোনজ মবিন কাৎনা পল্লেম মমা মচা মবিময় অস্তম হয়েন লানজেনগিবে হায়দববা ?—খংলংনীং:

**লোঙা লোম্ব পনবা,** লোন্না তুমিন্না তৌবা

**লোম্বাঙ মঙান নাইবা,** খাঙ নাইবা

**লোন্দেবা,** লোন খোইবা লোন অতেম্পা

**লোন্নরাং,** তুমিন্না লোংনবা থবক

**লোনয়াম্বী,** যবোন যাম্বী

**লোনয়ামবীচা,** উবিং,-"ফিশাংনবনা শঙদিং ফিতৈতনা অঙাঙবা শাগা থা তশংবা থক্ক খোং মেমানবা য়ায়দা চন, হীগোক লোইজংহেক মবোং ঢিপাই খোম অমুদা শকতম খিন, শীংপন চাদম খোক উরিং লোনয়াম্বীচা য়িমশানা চবৈ নিংখৌ ফিব চুমিং শীংবুম চহুম চুম্ফুনি শুনা চবৈ খি শারংগী শঙদিং ফিথৈ লোমলে"—নিংশাঃ

**লোনয়িম,** য়ুম, "নগোয়গী থবায় নমিবেনর নিজুর-গা নবান লোনয়িময়ায়দগুম যাঙনা ইন্দানজখিবো" —লংঃশংপাঃ

**লোম্বা,** খম্বা, লোইবা, থৈনা মখা তাক্রবা, অবোয়-বা, অথৈবা,—"চহৈ অনীতা লাইপোকপা লোম্মে" —চৈঃকুম্বাঃ ;—"লাইবেন মৈতিংঙু খুমংকোম্নসুঙ চীংপন পনথিং লোমলম্মে"—শাঃলাইঃ

**লোলা** শা মথল অমা, গাধা

**লোলাং পাখংবা,** পাখংবগী মিং অমা

**লোলা য়ুমফম,** য়ুমফম কায়াং মাপলগী মজুংদা কৌক্র লাইজি থংবা য়ুমফম কায়াৎ—শামু য়ুমফমগী নোংচুপ তনবা য়ুমফমগী অৱাং

**লোলু,** লু

**লোল্লেম,** য়ুম,—"তাখুন থম্বী লৌথৈ থাংনা চানা ঈ কান্দনা শমু খুংনা ফোয়না লোল্লেম য়ুম শাবম ওনু"—চাঃলাইঃ

**লোল্লেম মরানয়ায়,** মযুম,—"লোল্লেম মরানয়ায়দা বাইথুংলরবদা" —ঔঃঙম্বা

**লোল্লৈ,** ফিজেৎ মথল অমা, সনাগী লুহুপ খজিং মকোক মানবা, নিংথৌগী কোকথক্কা হাপনৈ, হৈক্রু হিদোংবনটিংখদা নিংথৌনা তেংমায় লেপলবদি নীং-খম শমজিংগী মহুত্তা লোল্লৈ চিনবসুঙ য়াওই]

**লোল্লোয়,** মণিপুরগী লোংচুপ থংবদা লৈবা লম—লাইবেন শক্তিকগী ইবেংবম ক্ষাওবা (কোনয়াই চুনবদা শীতিম্নবা)

**লোলহায়নবা,** তুমিন্না হায়নবা, তুমিন্না ঙাংনবা

**লোয়,** য়ুম্বী, য়ুমগী উগোঙ

**লোয়খাঙ,** য়ুমগী ফকলাংগা ভাইনবা লোয় য়ুম্বী মথক্তা হাপ্প উ নত্রগা বা অশাংবা

**লোয়না নপাতাউ,** থাদোক্লনা লুনা তিন্নবা নচাক্কী মরূপ, -"লোয়না নপাতাউ মংচানবা পার্থ অর্জুন। তেনইহবা ঙসিম হুন্দক মতম অসিদা করি থ দোকপিববনো ?-লাংঃশংথাঃ

**লোয়না মপাতাউ,** চান্নবা মরূপ,—'চীংঙু গো-বিন্দ পোইথোইবগী মরূপ লোয়না মপাতাউনে, নমু মীংচমু নত্তে"—লাংঃশংপাঃ

**লোয়বী,** য়ুম্বী মগোঙ উখোঙ

**লোয়রক,** মবক্তু য়ুংবা য়ুম্বী

**লোয়শঙ,** অফিস

**লোয়য়া তমলোন ঙানবা,** নোং ঙানবা,-"লোয়-য়া তমলোন ঙাম্নবগা থমজুং মপোঙচীন্দা খোইমোম পোংঙাবেন শিদবম ওইনা লৈবা লাইখুরোম্বীদা লোয়নখিযে"—পোংলুঃ

**লোয়া তময়া,** চাংবা তময়া

**লোয়া নাইতনরবজবা,** লোয়াগী মপা য়োনা লাকলবা

**লোয়াম্পা,** লোয়াম্বা মচু, মজা মচু,— "মচুতী হীগোক লোয়াম্পাকুমগ্র"—লৈঃচিঃ

**লোয়ারম,** লোইজীং ময়াদা লৈবা লম

**লোয়ারাকপা,** লাই অমগী মিং,—"হে ইপু থোং-নাং নিংথৌ লোয়ারাকপা থোংনাং চীংব তান্না খনবা থোংনাং মাল্লৈচীং চিন্দু য়াঙতেকচীং মেন্দে নিংথৌ শরাবা মেন্দোং মুজোইচীং নিংনা কৈশি চীং, লৈশামগুমদোমপোক হাওনু লাঙৌবী লাঙৌবা কানা চীং মাংথোমলোক হাওরেন লাইরেন চীংবু তান্না খনবা লাইয়িংথৌ হাওমারোক্কী কম্বী কানবা,

থৌত্ত নুংপাক লেপ্পা, নফৌ নঙান পান, নচৈ নবোং পানব্ থৈনা শেম্বিরকও ননোংয়াইশিংবু কুবিও য়েংবিও"—খুংলিংশাঃ

**লোয়িন খময়িন**, মনাই মশক, পোৎলোয়

**লোওনবা** মীনম্বা,—"শেনবী কোংস্তোং লাকপা অপৈবা ঝিয়াং লাকপা অতৈবা মংসা লাকপা মীনম্বা ভুমুলাকপা লোওনবা লোইত্তাম থাপুম চুপনা তবা চেঙকোক পীত্তরপকা তবা চেঙকোক পৌ-লুইএ হায়না তাংচা নরৈতোয়া লোশিং মীনমনা পাউথুমলেএ"—নোংঃ

**লোকা য়াংবা**, লৌ ওয়া কাবা

**লোকোই ইনগুম্বা**, লৌনক্তা ফীবান যুংনগুম্বা

**লোখায়**, লৌ শঙম অমগী তংথায়

**লোথৈ নিংথোবা**, লম অমগী মপু ওইবিবা মী

**লোখেংৎ মাঙইনবা**, য়োংনা মাঙ থাবা

**লোচেনবা**, লোকুম্বা

**লোতা ঈশৈ**, কুম অমগী লৌ অহানবা তাবদা শোনবা লাইশোন অমস্যুং শক্কবা ঈশৈ—"হোইবৌ হয়া হোইবৌ হযা হোইবৌ হয়াস হয়াস হযাস য়িংস য়িংস যিংস হে হে হে হে হে হুপ। লম-লেনমদা হেয়ি-এ, মদাইমদা হেযি-ও, কংলৈয়োন্দা হেয়ি-ও, পুংময়োন্দা হেযি-ও, য়োয়মযাইবু হোয় ও, তাউবোইনাইবু হেয়ি-ও, তাউরোইনাইব অহানববু মালেমথৈবু লাংজথৈবু সনা তোনবু খোমদোনবু থবি শেংগোইরেং অপা-বদি লৈজহনখিন্নো। হয়িচকতৈগীবু হেয়ি ও। চীংঙু খোইমোম লাই-য়িংথৌ মাকেম লৈশেম্বা কোয়ৌ নোং হৌরকপা নজা নশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা মালেম লৈচৌবী কোয়ৌ নোংহৌবীগা পোইয়ম নতৈ ননাউনা মালেম হৌতৈগী লৈগহৌতৈগী হেয়ি-ও। কোয়ৌ হৌতৈগী নোংগা হৌতৈগী হেয়ি-ও। শারেন নোংশা থাংনৌবনা অরং ফাইএ। পানবা কৈনা তিতি ফাইএ হেয়িও। থাবৌনা পোপ্প ওই, কিন্দুনা কাঙজে ওই, নারিয়া লুমলি ওই, লিন-থাকনা বায়থুমিৎ ওই, তুনননাউবম্ম য়োৎপালি ওই, তাংলৈনা য়োচৈ ওই, খোনাইবনা লাঙোল ওইএ, ভোনাইবনা য়েৎথোন ওইএ, পেংগুনা লোঙ-খুম ওইএ, লিনহানা চৈবুল ওইএ, অয়ং হাগা শোন তিতি ঙমগচিংনা থাপ্পে লোখোই হৌয়ক-তৈগীবু হেয়ি-ও। চীংঙু নকুম কুমগাউদা মথা থাজা ৱাকাউদনা হেয়ি-ও। পোইয়ম লাইবংথৌ-লেংগফাং য়োযবু লাইকয়া লেংগতিয়া লাংলেন বা-রুকোন থৌরৈ নীংতুম্বা তেংনৌ য়োৎফাকপবু য়োৎলৈ লোংনা ফায়া থাপ্প লোতা হৌতৈগীবু থাজা ৱাকাউদনা হেয়ি-ও। পোইযম নতৈ ননাউনা চীংঙু নকুগতম্ব ফংলকলবগী পোযম নঙগী লোইদাম কুমদমলোশিদা চীংঙু নঙাইবোইবু লেংনফাং থোই-মোম নঙশাংবু লেংগতিয়া চীংঙু নম্বু পোয়ম নমাইবা অশে লোতা য়েংইবেন লোতা অনীমনা হাওশিঙমগচিংনা নমু মীপম মঙা থাপ্পে য়োৎম্নু মঙানা থংদী লেংমা তিন মাই লাকলৌশিন অশে পোংফাং লেন পোইরৈ খুঙ্গা হুপ, তয়ম নাইজা তিয়া য়োংলৈ নাংবঙ কুপ মালেম লৈভাং মপান ফোয পৌয়ী নীশাং তোই তেংপাক লংমু শা হাক নোংগা ফৌ, পোনোম মতা শম, কাইথেৎ মরু তুপ, য়ুপা থুমন তান, য়াংদৌ মমৈ শম, ৱাতি কোক্তাই তুপ, লোবী ঙংদাই য়ান, পীবেন মচী খোমনা থাপ্প ঙমথুংলে, খোয়ম লাইযিংথৌশ হেযি ও। চীংঙু পোয়ম লাইয়িং-থৌ যোয়বু পোইমোম লাইবেম্মা পোযম নতৈ ননাউগী থাপ্প লোবেনবা অসিবু লংমাই চাইজি লোবেন পাকপা লাইদাম কুংদম লৌ সিবু লোই-দাম ময়াই ফা চীংঙু নকুমতম্ব ফংলকলবগী কেগে মোইরাং চাদি শিদফৌ নোংথায় থুমন চাদি নাদ ফৌ, নোংবান লোইজা য়াংবা লোইমোম ফৌরম তরেৎমানা মালেম লোপাক মনমশিনা থাঙয়ি চোইনা লং য়ামজেং লৈকুপ শিরসিদা হেয়ি য়ো। চীংঙু খোইমোম নয়নকু পোইরৈ মীপুম্নবু শেম্বা য়াংঙম তেংনৌ চিদাই নাইদা থাঙয়ি মপাম ফা-বা, লোইমোম মহৈ চুম্নবু লনকুবিরম্মো খোয়ম লাইয়িংথৌ-ও হে য়ি য়ো। চীংপোং ইপুং মনাই ওক্কবা লীকলু থদাল লাংজেমসে। ইপারি ইমোম ওক্কবা কৌগা কাওথুম তাঙ্গেম্মসে হে য়ি য়ো। চীংঙু নয়ম্বু খোয়ম নমাইবনা চীংঙু নতিক অরুববু তেংথা ঙমদে হায়বগী চীংঙু তাথিবিগুনো খোয়ম

অরাই, লাংবিগুনো, পোংথৌ লাবা ৱিংবেংনবিগুনো, অথিদি অথি নও তেন্বি ও, অরাইদি অরাই নও লাংবিও চৌংঙু থোয়ম লাইয়িংথৌও ইয়ু মুংবান হোওনেম নৈপুস্লিবু তাজা লুদ গোংনা কোনশিল্লমগে হেন্নিয়ে। হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া হয়া স হয়া স হয়াস য়িস য়িস য়িংস য়িংস হে হে হে হে হুপ হে"—লৌতা ঈশ

**লৌতা ওম্বা** লৌ শূরবা —"শাচ্‌ নিংথৌ সনাং লাংমৈরেম্বনা পানফুক পানকোই লৌ শিংথা শিংথুম লোদা লৌতাওম্বদা পাউহংগি"—.পাঃখুম্বে ক

**লৌতারোল,** লৌতাবদা তৌবা থবক্তী মরম

**লৌতারাই,** লৌতাফম,—"পুবৌহনবী লৌতারাই বাংওমলোন চারনফাবী মপী য়োয়রে। কমদি কদায়কমনা মিংথোংবনো"—চাঃলাইঃ

**লৌতাশও,** লৌ উরিংওদা নৈননবা মতম থবগীদমক শাবা য়ুম মচা

**লৌতিং লৌওান্নু,** লম ওান্নু

**লৌতুনবা,** কত্তবা থবক্তী শরৌ শীন্নবা, কত্তবা বা তান্নবা

**লৌথীবা,** শাবিবা, পূকচেন ফক্তবা, মরৌ তৌবা

**লৌলুপ,** মীনম শোরি

**লৌলুপ পরৈ,** লৌলুপ লৌকোয়

**লৌনবা ম্রাদবা** চংনবীগী মতুং ইন্না লুহোং পোংদোংনবা য়াদবা

**লৌনম,** মীনম শোরি, নমথাক, উৎপাৎ

**লৌনম হুরান নম্বা,** মীগী মপোং লৌনীংবা

**লৌনীং ঈপৌ লাংবা,** য়ামনা লৌনীং পোংনিংবা, লৌনীং চানীংবা,—"লৌনীং ঈপৌ লাংবগী শমু থুংলাম তৌয়বদি তাইবং লিরৌ লান্দা চঙসিঞ"
—লংলোন

**লৌপাক মনমশি,** লৌবুক পূম্নমক,—"লোইমোম কৌরম তরেংথনবা মালেম লৌপাক মনমশিনা থাঙরি চোইনা লং য়ামজেং নৈকুপশিরসিদা হেন্নিয়ে।"—লৌঃঈঃ

**লৌপান্নবা,** লৌ শীন্নবা

**লৌমা তৈবা,** কবা, চথোনবা,-"শানৌ নওং নাউবা নমান্নবা লক্তী মুকমৈ নাহিন শোনবনু লৌমা তৈঞ"

থংলানীংঃ, তোজন্নকপা,—"নমোম ঞৈনু নোংথি লাইমন হৌ য়াওলেন নুচাউ থোম্ববনু লৌমা তৈরকলে"—পাঃনাহেঃ

**লৌমান্নবা,** লৌতুনবা,—"লাকপা মরিমকপু পাউকোপাম্নুও মরিং তারাউ লৌমান্নরপকি লাক্লরে"
নোঃ

**লৌরাক,** শঙম ম্বনী, পন্নিগী ভংথায়

**লৌরাংচান,** অকবা নীংশিবা লৌ, লৌ শুবা

**লৌরাং শুবা,** লৌ শূবা, লৌবুক্কা লৌ পেংবনচিংবা থবক শূবা

**লৌরি শিংবী ইনম ফাৎপা,** লৌরী ঈথোঙ ফাৎপা

**লৌরুং পুরেল,** ফম অমা

**লৌরুংশঙ** লৌ ইংগোলগী থবক শুবা লোয়শঙ

**লৌরু চাউপোকপা,** হুংভাই য়াইফনা পানবা,—'য়ুমোইমু অহোঙবীবু নোংয়ায় মপুংয়ায়দা য়াংগোইমম্নরবগী অদোন লৌরুচাউপোকলে শীংচা কোনাথল্লে"—খু.নিংলমুঃ

**লৌরৈ থাংবা,** পুনবা, কিশিনবা

**লৌরাই মানশরীক,** কৌরীক,—"লৌরাই মানশরীকনা লমলোইব"—চাঃলাইঃ

**লৌরাই য়ুপুংকোয় য়ুনারেক চিবা পাউনাইদবা**

**লৈশাংবা,** উচি,—"য়োযবু গোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম কৌওইবীদি লৌর.ই য়ুপুংকোয় য়ুনারেক চিবা পাউনাইদবনা লৌরী মনমফাংনা মথান য়ুমগা ওইবদা তাংথিংয়ে"—কৌঃরাঃ

**লৌশঙ,** লৌ ভাক্লগা লৌবুক্কা শাবা শঙ মচা

**লৌশান,** অতেংপ্নগী লৌ শান্দুনা উবগী লৌপুদা তমগদবা কৌ

**লৌশাপা ( লৌশাবা ),** মরৌ তৌবা,—"চৌংঙু অওনপা থোইয়ম অতৈপা মরৌ থোম্নপুং লৌশাপা তীংইকুম লৌওনপাপু নহাকনে"—পাঃনোঃ

**লৌশিং কুরুশুংবা,** জ্ঞান লৈতবা, অপঙবা

**লৌশিং খুৎশিল্লবা** পোরম তাকপা, লৌশিং তাকপা,—'লৌশিং খুৎশিল্লরবগা লাইরেন মৈদিংঙু তুবী চীংলেন নোংতাই নিংথৌরেন্দি মথায় নোংনেম লাইনা পাংনা পোইরৈ সনা নৈপাক্তা ওংলকলে"—নোঃ

**লৌশিং তাংথক নাইদবা,** পূকনীংনা নীংলবদা ভমদবা লৈতবা

**লৌশিং নাতম্নকপা,** মহৈ-মশিং তমথংলকপা, জ্ঞান তানথংলকপা,—"লৌশিং নাতমলকপা নবিঙ-ঙাদি কোঙয়াং বাম্বিথেংনা মূকমৈ নারিন শোনবিও" —লাঃশঃথাঃ

**লৌশিং নাবা হৈশদমপাল,** লৌশিং মপূং ফাব্রিবা

**লৌশিং মাঙওইনবা,** অশিংবা,— "মদাইবেম পাত্র লৌশিং মাঙওইনববা খোইমোম সনা থুম্বা রেন্দা বাকংচংখিয়ে"—উঃ(রাঃ)

**লৌশিং মিথোং মম্নবা,** জ্ঞান মপূং ফাদবা,—"উম্ন চাকথেকথাকুম্বা লৌশিং মিংথোঙ মম্নবা ঐগী ভক্তি ইথোগনবু ওইজগে"—লাঃশঃথঃ

**লৌশিং লাইজা ইরেন পুঙ্গুম্বা,** লৌশি য়ামনা শিংবা, জ্ঞান য়ামনা লৈবা

**লৌশিং,** লৌ উত্রবা লৌবুক

**লৌশি নাহাকপা,** নাহাকপম মচা

**লৌশি হনবা,** মকোক ওইবা, মকোক থোংবা

**লোহোন,** লিংননবা ফৌ চাম্না, ( লোহোন হনবা মথল অনী ওই—কংলোহোন অমস্তুং চাইজি লো-হোন-অকংবদা ঈশিং য়াওদনা হনবা লোহোম্না ক'লোহোন, ঈশিং ইনাং তানা থীংলগা অচোংপদা হনবা লোহোম্না চাইজি লোহোন )

**লোহোন চাইজি,** ঈশিং ইনাং তানা থাংলগা হনবা লোহোন

**লোহোন চাইজি মীরোমন,** চাইজিগী লোহোন অরেম্বা হন্দোকপাক

**লোয়োল ভম্বা,** মঙং মাম্না লোবা ভম্বা,—"তুবী হৈনা লৌ লাইবেল যেকতম লৌবু লোয়োল ভম-গবরা ?"—নিংশাঃ

# ৰ

**ৰা,** মতাং পানবা মনা শাংতক তৌবা পাখী মথল অমা,—লাংলেন, কোংয়াং, ৰাহৈ, থবক, হীরম, মৰা মপুরোইবা "তাল্লোয় তুকাউ হৈ থংলেন ৰাকাউ হৈ"—পোঃলুঃ

**ৰাই,** কৌ মকু খরুঙ (শেনবী কবোনা হায়নবা),—"ময়ূম শেনবী কবোনা খরুঙবু ৰাই-ও কৌএ"—পোঃখুম্বোক

**ৰাইকোইবা,** কোনবা, থিবা

**ৰাইকোইরম,** লৈকম, কোইদুনা লৈবা মফম,—"হডোই কোম্থিং নূরাবী ৰাইকোইরমও তৌনা কৌএ"—নিংঃলম্বঃ

**ৰাইকোক,** অহানবা, অহানবা তাবা যু

**ৰাইকৌ,** মতোন পংবা, য়েম্পাক,(লুৰাংনা হায়নবা)—"ময়ূম লুৰাংনা মিকোনা হুংবান্না তেংথানবদি থোংবু তিংবি লম্বীবু মুংবী য়েম্পাকপু ৰাইকৌও কৌএ" নোংঃচীঙ্গোই

**ৰাইকৌ চিনী লোঙবা,** তেথৈ মচীন অনী লোঙবা,—' ৰায়রা মতেঞ্চা, ৰাইকৌ চিনীলোঙবনা থবাক মংহক থেংলে"—চায়ঃ

**ৰাইখৎপা,** পুখৎপা,— পাইখৎপা,—"চৈবৈ কিডৌ অঙৌপাম্নুও কোয়ৌ অৰাংপানা ৰাইখৎখিপাপু মিৎয়েং শানখৈরপকি"—কংলৈ

**ৰাইচৎপা,** পুদুনা চৎপা

**ৰাইচৎলম,** চংপা মফম,—"তাংজা লিল্লা পাখংবা ৰাইচৎলম লিনৰাই ঈ মরুদা থৌনা-ও"—তোৱৈঃ

**ৰাইচিমা শেঙ্গবা,** লম চিথদবা

**ৰাইচু,** থৌরম

**ৰাইথুংফম,** য়োফম, থুংফম

**ৰাইথুংবা,** য়োবা, থুংবা,—'শম্বোঙ হুয়মূলৈমাম্নুও মরান ওন্দেরকলে, হুংপান ময়ূমনাক্তা ৰাইথুংলুরে" পোঃলুঃ

**ৰাইথুংলবা,** থুংলবা, য়োরবা,— "কেগে কংলা তোংনায়াংদা ৰাইথুংলরে"—মোইঃনিংঃলম্বঃ

**ৰাইথোকলকপা,** পুথোকলকপা

**ৰাইনা** লাক্লুনা

**ৰাইনৌবা,** লৌবা, ৰাবা

**ৰাইফাংপা,** হোগায়বা

**ৰাইবা,** শোকপা, কাপ্পা

**ৰাইরং,** নোংপোক (কোনয়াই হনবদা শীজিন্নবা ৰাহৈ)

**ৰাইরং চেক,** উচেক থম্ব্রাংচাক,—"লমলেন ৰাইশা পন্দোনলখ যোইবা ফনাম্বা শীংচেপ লানবনথন অংখাং থরা চীংগাৰম ওপোনবী ৰাইরং চেকনা হম্মরম" —চায়ঃ

**ৰাইরং শীংয়েন থুইবা,** লৈমন চনবা

**ৰাইরৌ,** খ্বাঙ, তুংকোন ৰাইরৌ-খ্বাঙদা পুনবা তুংকোন,—"ভম্ফা মাগী তুংকোন ৰাইরৌহুংদা হাপনা খাবা মরানয়াম্নদা ৰাইথুংলরে"—পাঃনাহেঃ

**ৰাইরৌনবা,** পূবা, ৰায়বা

**ৰাইশেং,** ৰাই মচং, শীজিন্নদ্রিবা ৰাই,—"খোইজু নৌথাম ৰাইশেং লুকয়ু লাইয়ু"—চীংঃলাইঃ

**ৰাইহুইনবা,** ঙম্বা, জয় ওইবা

**ৰাইহুইনাবা,** লান্দাবা

**ৰ ইহুন্নবা;** লান শোক্লবা, থুগায়বা

**ৰাউচিক,** অশাবা

**ৰাউতন্নক,** ৰাউত্রুক, ওলাংথা থা তন্নক

**ৰাউতু,** ঈন কম্বোকপা

**ৰাউথোরকপা,** নিংথমথা লোইশিন্নকুনা ওলাংথা চঙখৎলকপা মতম

**ৰাওইঙম্বা,** শাউরম্বা

**ৰাওইবা,** শাউবা, থৌওইবা,—খোইমোম অশীবা য়াঙবী খবম ওইনমনা পায়মা উনগোনহুংদা উনবী

কাচক হৌনা তাংজা মরাইবকপু শমু খুংনা নমনা ৱাওইখিএ" পোঃলুঃ "মতৈ লৈমবু ৱাওইখিএ"—পোঃখুম্বোক

**ৱাওইৱকপা,** শাউরকপা

**ৱাওইলুপা ( ৱাওইরুবা )** শাউকবা,—"চীংখোঙ পোইলেক্তোনও তাইপ কোইচা পোৎপু মুনিপাপু মংসৌনা ৱাওই-লুপানে।"—পাঃনোঃ

**ৱাক** অপাম্বা ৱা মংগল অমা ( থাউ উতোনবিবা শানবা ),—ঈশৈ,—"ঙভা নাউথেমৱাকুম তেংগা-জয়রে"—ধ.লাঃনাঃ, ঈশৈ শকপা লাইবিক ইবা

**ৱাকচ্চবা,** হায়জবা—"মমোম চিত্রাঙ্গদা ঙহেন বীনা ৱাকচ্চয়ে"—লাঃশঃথাঃ

**ৱাকচ্চরকপা,** ৱা হায়জনকপা হংগচ্চারকপা,—"চাংজৌ চেপনা লোয়া ৱাকচ্চরকএ" মোইঃনিংলম্বুঃ

**ৱাকৎপা,** ৱা হংগৎপা,—"মোবি লৌশিংবদি খল্লৈ লৌতাববু উৎম্মে হায়না ৱাকৎলে"—মোইঃনিঃ মু

**ৱাকতং,** ৱানা শেম্বা চীদাক থরুবা চীদাবদু নখল অমা, ৱা মকক

**ৱাকতং নাশিবা,** নাদা উতোং হুকচিনবা,মমাঙ্গেংগী তাংখুলগী মনাদা চিনবা উতোং

**ৱাকতং ফিশেৎপা,** উতোংগী ফি শেৎপা

**ৱাকথৌ** ঙভাং পোকলগা ঙঙংগী খোয়রী করুবা ৱা অপাবদা ইত্তনা শেম্বা খুৎলাই অমা

**ৱাকনখিবা,** শাউদুনা হায়না তানা য়াখিদবা

**ৱাকনঙম্বা.** য়াবনদবা

**ৱাকনবা,** হায়বা য়াদবা, শাউবা,—"নম্পুক চৈথংহনবনা ৱাকনখিয়ে"—থঃথাঃহিঃ

**ৱাকপা,** ৱাক কৌবা ৱাগী মনা, ঈশৈ শকপা মীনা

**ৱাকপা চানা লৈনৌবী,** ৱাক মনানা লৈ ওইনা কচনা চিনবী

**ৱা কম্বোং,** উচেক জাং অমা, নোংগোবী,—'খুইগা পাথংবগা হাংনঙ্গদা খুইগী মথংমনা ৱা কম্বোং ওইখি'—থংগোঃ, "মৈতিংঙু পোইরৈ খুনথোম্পান। থৌলৈ ৱাকম্পোং (ৱা কম্বোং) চীংহুং নোংকৌপী কানা পুঙনে"—লুঃখোঃ

**ৱাকমা,** ঈশৈ—'শাবি নোংময় লাংলেনহনও ৱাকমা হেপলী মপা থি লংঙং চীন্দাই শমনা মূকমৈ নারিন শোনবিও"—ধঃলাঃনীং, ঈশৈ শকলিবা মী

**ৱাকমা খোনমান শকমা,** ঈশৈ শকপশিংনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা মান্নবা শক্তুনা,—'পাখং উরাংমৈ খাংনৌবা পামেল চুমলৈ মহুত্নকপশিংনা শমু খুৎশম পালোইনা হুশি শমৈরেন শরীক চোমজাউ পীং লাংবন তাত্রি থোং ৱাকমা খোনমান শকমা পাউদোইনববলে মোইঃনিংলম্বুঃ

**ৱাকমা তেরান শকপা,** ঈশৈ ওইনা শক্তুনা তেংথা নাওইবা

**ৱাকমা তেরৌ,** নহৌশা

**ৱাক্রেক** উচেক চাং অমা

**ৱাকলেন,** পুং মরু চোমায়

**ৱাকলেন তোংয়াম,** মচা নিপা যায়মা, থাদকী মথক মাগ থাগ।

**ৱাকলেন হাইচৌ ( হাইজৌ )** চোঙ শেকপন, পে, চোংায় অচৌবা,—"লাইরেন মৈদিঙু লোকম্নি শেঙ্গোমনাই লংমাই তেংনা য়িমকাবদি ৱাকলেন হাইজৌপু নাশি পুংমামরেমনা ময়িম নোংয়ায়পুংদা যাংগোইববু"—নাঃফঃকাঃ

**ৱাকয়ৈ** হি—"খুযোন খুন শেম্বা তারে হায়দনা মদাইবেম্বু ৱাকয়ৈ হিদা হাপ্তনা পুখংলকদে"—মোইঃনিংঃ

**ৱাকয়ৈ ইফাই চনবা,** ঈশিংদা হি লাবপ,—"ভোংচেং হিনাউ শানা লাইচা ঈরান্নকপাতা ৱাকয়ৈ ঈফাই চল্লে"—ফৌকৌঃ

**ৱাকয়ৈ খোঙওইনবা,** হি তোংদুনা চৎপা

**ৱাকয়ৈ তেংমাইথক,** হি মথক

**ৱাকয়ৈ নংউ** হিনাউ,—'ৱাকয়ৈ নাউদা তোংনা ঙবাং ... পাংনা তেৎংলকএ"—তুতেংঃ

**ৱাকয়ৈ লু** নৈকবাক, "ইশাৱিবু ৱাকয়ৈ লুদা তোংহল্ল' ডি.হি

**ৱাকয়ৈ হিথাংঙম্বা** হি থাংলবা,—"লৈরাই মুংবী খাদা ৱাকয়ৈ হিথাংঙবৰু মিৎয়েং শাংথেরবদা"—ভুতেংঃ

**বাকৈয় হিপোং,** হিপোং,—"ময়িম মংকম মনিন নাইপতি ভিজা বাকৈয় হিপোং শেম"—সংলাইঃ

**বাকাউ ভমোই,** কাউবমোই, নিংশিংভমখিনি,—"মুংশি কোমোয় ইপাওমেন কোজোই ইবারেপ মুংওনববু লাইয়েন ইনেম মচানা পুকনীং বাকাউভমলোইএ"—নাঃকঃকাঃ

**বাকাউদনা,** কাউবা লৈতনা,—'পাওমেল্লকপা অহুবু পুকনীং বাকাউদনা নী শিংলুরবগী'"-লাঃশংথাঃ

**বাকাউদবা,** কাউদবা, নী শিংবা

**বাকাক,** বারুক্রাক, লুক্রাক

**বাকোং,** দণ্ডি, জার

**বাকোংবা,** জরি তৌবা

**বাকে ং শীজোংবা,** জরি তৌবা

**বাখল কৈবা,** কৈরে' তুরেং খনবা, লায়া খনবা,—"পায়মা বাখল কৈখরে'—হেজুঃ

**বাখিনবা,** বা য়ুংবা, মেরা বাখিনবা মেবা বা য়ুংবা, মেরা বাখিনবা মুমিং—মেরাগী তরামভ নি পানবা (থানিল পুর্ণিমা) মুমিং

**বাখৈবা.** বা লোইবা, বা শৎনবা (মোবন্দগী তৌনবদা) ভমে হায়বা খঙননবা অঙম অথৌ মযামগী মমাংদা বা ভম্রিবা মী অহুনা শেল পীগা

**বাখৈশেল.** খৎন-চৈনবনচিংবদা বা ভবা মীনা ময়াম মমাংদা মহাকনা বা ভমে হায়বা খঙনবা পীবা শেল,—"পুথেম খাপাকা শামা মবৈবোম্পকা পিপা মুয়পপু খাপানা চুমে হায়তুনা বাখৈএ"-চৈঃকুম্বাঃ

**বাং,** হি শাবা পুংশাবা অমমুং খুদেং শাবনচিংবদা য়ামনা কবা উ অাং অমা

**বাং খুদেং,** বাং কৌবা উনা শাবা খুদেং

**বাংখৈ** মণিপুরবগী লৈকাই মরিগী মনুংদা অমা, খুয়ায় অমসুঙ য়াইস্কুল লৈকাই অনীগী মরক্তা লৈবা লম (লৈকাই)

**বাংখৈরাকপা,** লৈকাইরাকপা অমা, খুনকাংখৌ অমা, নিংথৌ পোংবা তরাগী মনুংদা অমা,—"বাংখৈরাকপদি মোংবহনবনে"—কমলোন

**বাংখৈ লাকপা,** বাংখৈরাকপা

**বাংগোন,** চাবোকশঙ, চাবোকপা, মচা পোকপা, অঙাং উনবা

**বাংগোন নিংথৌ,** যুবরাজ, মথং খনবা

**বাংগোন লাই পাখং,** নোংপোক নিংথৌ, নোংপোক মালং হমোইবা,—"নোংপোকপু বাংগোন লাই পাখং কৌই"—উংলাঃ

**বাংগোন লাইরুরা,** পাহে ইবী,—"পামোইবীবু বাংগোন লাইরুরা কৌএ" উংলাঃ

**বাংগোন লৈমাচা,** বাংগোন শঙ শাহুনা পোকপা (নিংথৌগী) মচা

**বাংগোনশঙ,** চাবোকশঙ

**বাংঙম,** মৈতৈ, পোইরৈ,—'চৌংঙু খঙদবা নঙসু খঙহৌরো খোইয়ুম উদবা নঙসু উহৌরো বাংঙমনা চুপশাববু হায়গে"—চুপঃ

**বাংঙম নাইফংথৌ,** নাহারূপ অহলুপ পানা,—"বাংঙম নাইফংথৌ কৌবদি নাহারূপ অহলুপ কৌএ"—কমঃ

**বাংঙমলোন,** মৈতৈ নিংথৌ চমু, নিংথৌজা নিংঙোন, লাইয়েন কদেংঙানবা চমু,—"নিংথেমগী চমুবু তেংথাবদি বাংঙমলোন হায়না থাএ" পেনঃতেংথাঃ

**বাংঙমলোন চমু,** নিংথৌজা নিংঙোন

**বাংঙমলোন মৈদিংঙু চমু** নিংথেম্মচা নিঙোন, মৈতৈ নিংথৌ চমু

**বাংঙমলোন লাকহিমোম,** কাঙচুজম নিংঙোন

**বাঙনবা,** বাযেনবা, লৈবাক ঙাকপা,—"খোইযোম থায়াঙ নথোমম্না সমুদ্র ঈয়ায় লাংনা ঙাঙনবা"—উঃ(রা),—"শঙদিং লোনকৌ চীং মুংবান মকুবী চীংদা বাঙনববু লৈবনে"-নাঃফঃকাঃ, খোন কল্পা ঙাঙবা, বাঢাঙ কনবা, বাহৈ খুবাম চাউবা

**বাংজেং,** মেহাং, ঙা

**বাংথোইবা,** য়ামনা বাংবা, বাংবা হেনবা—"কথোং নানা বাংবরা হায়ববু বাকৈয় লুনা বাংথোইএ"—হিংহিঃ

**বাংদৈ,** য়ু,—"অঙৌবা পুরৈরোম্বা বাংদৈ খুজা য়ু শীংথাঙ খনকম নানম য়ু য়ুঙৌ পুবচা ওৎকববু লৈয়ে"—নাঃফঃকাঃ; কৈ, কৌ থয়নবা কোং

**বাংদৈ কৈথোঙ হাংবা,** কোংথোঙ হাংদোকপা

**বাংবু লৈমা খেংচোম কাবী,** বাংবরেম পানা চাউবগী মমা

**ৰাংহু লৈমা খোংচোম ফাবীচা**, ৰাংব্রেন,—"ৰাংহু লৈমা খোংচোম ফাবীচা ৰাংব্রেমা খুনেং ওই"—নোং:লাই:

**ৰাংবন**, মুংশীং, অতিয়া, অৰাংবা, নোং মু শীং অকনবা,—"য়োম্বু নাকলৌশিন অমাই খোঙফাং লেংনা তিয়া কোয়ৌ লনশাঙম ৰাংবন পাউশাঙম্বদা" না:ফ:কা:

**ৰাংবন অয়াই লৈমা**, সোরারেনগী মচা নুপী লাই নূরা তরেৎকী অতোম্বী,নিংথৌ মুংয়াংচাউবগী তালে.য়,—"কোয়ৌ অখোং নিংথৌ চহু ৰাংবন অয়াই লৈম"—চাষ·

**ৰাংবন অশা খাঙঙমদবা**, মুংশা খাঙবা ঙমদবা,—"কোয়ৌ অচু য়াঙমদা ৰাংবন অশা খাঙঙমদববগী" হি:হি:

**ৰাংবন অশা লাংবা**, মুংশা নংবা

**ৰাংবন ইকাশা**, ঐঙোন্দগী থোইবা (হেনবা) ইবুংঙো

**ৰাংবন কাসা চাউবী**, লাইবক চাউবী লাইবক থীবী,—'মোমহু চীংঙু লাইবক থীবী ৰাংবন কাসাচাউবীবু করম ওইনবনো বল্লপএ" [illegible]:

**ৰাংবন থিংলৌ নিকপা**, নোং শাকপা

**ৰাংবন নোংৰাং মৈ**, অশাক অয়াউ, নোংমৈ শীংজং, বজ্র, অতিয়াগী মৈ

**ৰাংবন পাউফা ঙমলবা**, লাইনা বৌজাং বিবা

**ৰাংবনলক্ষী**, অতিয়াশগী,—"কোয়ৌরক্ষী ঙমথরকপা ৰাংবনলক্ষী থাহথরকপা"—স·া.লাই:

**ৰাংবন লাউথরবপা**, নোং তাবকপা,

**ৰাংবন লাউকুম লাউ কোয়ৌ থাক্কুম থাক**, নোং থাকপা অমসুং খোংবা

**ৰাংবন লৈমা চিনফুয়োন নাহুইহু**, কোম্বৌজম লাইরেম্মগী মিং

**ৰাংবরেন**, মণিপুরগী খা থংবা মায়গৈদা লৈবা লাই অমা, মায়গৈ ঙাকপা লাই,—"হাওরৈ খানা পাংবরমদা ৰাঙনবা লাইজা ঈমৈখৈনা হমু হংচৈ শূবা ঈঙৌ হংখোঙ লোনবা ৰাংবরেন খানা চাউবা মমা ৰাংহু খোংচোম ফাবীচানা পোকপা লাইজা মুথেন চামিলোদা কমকম্বা ঙাখোঙ থিংবা নমু পোংখোঙ লোনবা, খবায় অপকমাবু খরৈ কুমহল্লোই লেমলৈ তাহল্লোই হায়বগী লাইজা ঈখোঙ সিয়া থৌখাম্বা খোইমোম মরুখী অনাল খুহক চহু মারেম শবায় চহু খোইমোম লাইরেম্মবু লুয়বা চীংঙু পীতম করবা খোইমম খোংফে চাউবা লেমলে ঙারা ঙাথোয়াং শরেং শমশাংবীচা ঙায়েন কোকশাবপীগানা য়াকানবা লাইখিংথৌ লৈহুং চোপচা ঙা লেমলৈ ঙ' মুকলাংনা মৈথায়বা লাইখিংথৌ মেচেং চকপা য়ি মারেম চাপং য়ি পোংচাই য়ি নামুংববু তায়া খল্লবা লাইখিংথৌ"—পা:নাহে:

**ৰাংবা নিংথৌ পাঞ্জা**, অৰাংবদা লৈবা মথুং চুম্বা লাই সোরারেন

**ৰাংবি**, য়

**ৰাংমা তাবা নিংথৌ তরা**, অঙোম শলাই,—"ৰাংমা তাবা নিংথৌ তরামক্কি অঙোম শলাইনে" ক্ষম:

**ৰাংলুক খোং নাইবা** মেবক

**ৰাংলুয়োন শক্ষাবী**, খজিং অতেকপা

**ৰাংলেন**, পূং, মিকুপ পূংজা

**ৰাংলেন পুংচা (পুংজা**, পূং (মতম শঙনবা পূং), ৰাংলেন পূংজামরুম—পূং অময়োম

**ৰাংলেন পূংহোল**, পূং য়েবা

**ৰাংলেন ময়াংহোবা** পূং শামং য়েবা, "চৈরৈ ফীরান পবেং শা, মোইবুং নিনকাম খোং, ৰাংলেন মবাঙ হো"—লাং:শ:া:

**ৰাংলেন ময়ী লাংশাবা**, পূং তিংবা

**ৰাংলৈ**, য়, 'ঐনে শয়াহ কাবদি ৰাংলৈ য়বু হেল্লে'—শা.লাই:

**ৰাংলৈ ইতংথাক**, ঐনা তংলবা (থকলবা) য় অবেয়া,—"লাইরেন ৰাংলৈ ইতংথাক অসিবু নখোয় নরাঙ হোনবা কাওয়েন নশি নাইববু ৰাংলৈ চীনখুনমবু য়োংমম্নসে"—থ:থা:হি

**ৰাংলৈ চীনখুনমা য়োংবা**, য় য়াউম অমতং থকপা,—"ৰাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্বু লৈয়ে ৰাংলৈ চীনখুনমবু য়োংখিও"- না:ফ:কা:

**ৰাংলৈ খোমহান্দবা**, য় হান্দবা,—"লুমলেন থাবানেনা লোনবনিগিনা লুমলেন খম্বনমাগী তম্মা চাক·

য়োমদা ৱাংলৈ খোমহান্দবা ৱাগীবু নোংম্বায় লোন-য়াৱদি"

**ৱাংলৈ খোমহানবা,** লিকলীদা নল্লগা উতোংদা য়ু হাপ্পিনবা

**ৱাংলৈনা থারি তোনওমলবা,** য়ু কল্লা ভাওরদুনা মকোক পুবা ওমল্লবা

**ৱাংলৈ শেকনীং ৱা'ৎপা** য়ু মরাং কান্দবা

**ৱাংলৈ য়ুরানবা,** য়ু লানবা

**ৱাংলৈ য়োংমল্লনা,** য়ু থকমিল্লবা

**ৱাংলৌ,** অতিযা

**ৱা চাদবা,** য়াদবা, চানদবা, হায়নবা যাদবা

**ৱা চানদবা,** হাযবা য়াদবা ৱা য়ানদবা,—"মশা-বিনা শুমায় লাথা কোইগুম কোইথনা লাংবন ইঙা লৌথোং পৈগুম পৈয়ায়ননা পাউখুম্বনু ৱা চান-দপিয়ে"—ধ'লাঃনীংঃ

**ৱা চানবিদবা,** হাযবা য়াবিদবা

**ৱা চিনদবা,** থাজদবা

**ৱাচুম,** অচুম্বা ৱা, সত্য,—"মীনম লাংবু তোঁওনো ৱাচুম মিংয়েংথোবনা উঠেনে দে"—কুমদমশৈ

**ৱাচুম চৈরোয়নবা,** ৱা অচুম্বা ভাওবা

**ৱাচুম্বা,** সাক্ষী ওইবা, ৱায়েনবা

**ৱাচুমলকপা,** অচুম্ব থবক তৌরকপা, লাই ৱা-য়েন তৌরকপা,—"হৈয়েম মপা লাই খুঞ্জান মপু লাইনা ৱাচুমলকলে"—চায়ঃ

**ৱাচুমলম্বা,** সাক্ষী পীবম্বা,—"লমচৎ শোয়দবীনে হায়না সাক্ষী ৱাচুমলম্মে"—উঃ(ৱাঃ)

**ৱাচুমশুবা,** অচুম্বা অওইবা ৱা ভাওবা

**ৱাতা থীথিবা,** শাউথিবা, খোন্দা থানা হায়গিবা,—"ভিল্লাং মপোয় শাউনা ৱাতাপাথিএ"—তুভেংঃ

**ৱাতা থীবা,** খোন্দা থীবা, কজদনা ভাওবা, শাউ-বা,—"সোরারেন্না মমোম শানম ভাইখিংতোনগীদ-মকপু ৱাতাথীরকলে"—চেংলৈঃ

**ৱাতেম্বা,** য়ারকপা, ৱা তাইশিনবা, ৱায়েনবা, বিচার তৌবা,—"এলুপ ওমদাইনবা থোংনাং সো-য়োক য়াংলৌ লমদাংশাংবু ৱাতেমলিবা"-জিঃচঙঃ

**ৱাথিনপা,** ৱা অচুম অরান খিগৎপা; তন্দম্ভ তৌবা,—"লমপোইপা মিতলতাসপু হাৎকে তৌবা মী খিবিকপু চারাগ্গা ৱাথিনপা হৌএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**ৱাথিনবা চৎপা,** মরী মথে'ৎ খিবা চৎপা, তন্দম্ভ তৌবা চৎপা,—"শকাব্দ ১৬৬৮ মেরা মরিনিপান-পদা ৱায়েনবমচা নোংথোনবা খেলেম্নচিংনা মরাং হাৎপগী ৱাথিনবা চৎলে"—চৈঃকুম্বা

**ৱানজেং,** লেমলৈ, ভা,—"লেমলৈ অকাববু না-নম্মে, ৱানজেং অকুম্ববু থোথাহনা"—নাঃকঃকাঃ; 'ৱানজেং অকুমশোয় লেমলৈ অকাশোয়বু শোয় মুল্লঔদা চাউবা শৌবোন ওম্বা মপাবি লোকপা লাইবনা বৌবা লম্মহন্দা লমযে'এ"- চাঃলাইঃ

**ৱানজেং অকুম্ববু থোথাম্বা,** ভা অকুম্বা থৎপা

**ৱানজেং শৌরাই পাম্ববা,** ভা পন্নবা শৌ য়াওদবা

**ৱানতৎ,** থৌয়ান থা

**ৱানথাক,** য়েঙ্গং থোংবগী থাউ মথাক অমা,—'অহানবা য়েঙ্গং থোংগৎপদা থাউ ভৌদনা য়েঙ্গাং পোগৎলগা কোম্না শৌরকপদা থাউ থাকপা

**ৱানথোংবা,** ইৱান্দা থোংবা

**ৱানদোন,** ইৱান, য়েঙ্গাং থোংনবা চকু মচা,—"ভাহুয়োন য়াউশোম্বী মরু তোংখনবী মতোং চেং-লৌ লাখেম্বী ইৱান ৱান্দোনথক্তা থাবৈ হুইরান শোনঔ পুছুং লাকহ শকপী"—চাঃলাইঃ

**ৱানফক,** মনাফি মখল অমা,—মৈদিংগু খুয়োই তোম্পোক্বী সনা হাকথক্তা ( খৃঃ ১৫৪-২৬৪ ) নিং-থৌগী ফি শাবা লোয়শঙগী মকোক লাইকোক-শূনা লাইবেন হংকোক উনয়েকতম তুবী হৈনা মমি লাকনা লংলা লংখন তৈতুনা কৱংনা লং ওইনা মেরা থাগী থানিন (পূর্ণিমা) থাঙজা ছুমিংতা শবা হৌথিবা ফি অাৎ অমা,- "লগন চীংলাই লাইতম মেহেন্দ্রি পুংজা লাকনা পুছুং ৱানফক হৌনা চৈর ফিশা তমএ"—নিংঃশাঃ

**ৱানা কলংফি,** ( মমাঔঙদা কথামদনা শাবা ) ফি অাৎ অমা, "কসুৱাম নঙদি ৱানা কলংফি শাউ" লোংশিনয়েন

**ৱানা ভৌদোং ওইবা,** মিং থকপা, মমিং শরাম পীবা, উথিবা

**ৱানিন ওম্বা** ৱা হায়বা

**ৱাজুংপও ওইবা,** চময়বা, জান-মান তাদবা,—

"রঘুপতি নারায়ন লাইরিংথৌনা না তারবগী সংশয় রাঙুংপঙকুমে হায়দবরা"– উঃ(রাঃ)

**রাপা,** রা মপা, বিবাদী

**রাপা খুনথিনবা,** র' মপা চাবা

**রাপান,** রা পান্দোং, রা পাখী

**রাপী.** মরু ওইবা রা

**রাপীহন,** মচা নিপা অহন

**রাপী হায়বা,** অচেৎ অকোম খঙবা. য়ায়তোঙ থমদোঙ, অচুম্বা রা হাযবা, রায়েনবা,—"ইদাই রেম থমহুং র পী হায়বা নখোয়বু খোইমোম নঙাইরোয় চীংঙ্ নহিশা'বু তাঙজা ঈকাইদবরা ?"—পোঃলুঃ

**রা পুবা,** লম শাবা মী, পাউ পুবা

**রা পেৎপা,** রা তেহোন তেহোন হায়বা রা হঞ্জিন হঞ্জিন হাযবা, রা ঙাঙবদা লোইবা নাইদবা

**রাপৈ,** ওইদবা রা, চুমদবা রা,—"তাংজা ঈকাই রাগী য়াথং রাপৈ হায়খিএ"—চায়ঃ

**রাপৈ হায়বা,** ওইদবা রা ঙাঙবা,—"নোংয়াম চাখা মোইরেংগী তিমেন মতাচানা পাল্লববু খুনবী কাপতিং য়াইথিংচানা ইমু তো'গাচিংবনে হায়না য়াথং রাপৈ হায়গিয়ে"—চায়ঃ

**রাফুকপা নুমিৎ,** হিয়'ঙৈগী থামিল (পূর্ণিমা), মেরা রাফুকপা নুমিৎ

**রাকৈ,** রাচোই, র'য়েম, রাকোই

**রাফোংবা,** রা কোংদোকনা হাযবা, —রা তাবিনবা লাউজবা,—"মুজা মতীক নত্তনা থংলেন মুংশি মৈনা কংলা রাকো'নুইএ" – চায়ঃ

**রাফোংলকপা,** রা কোংদোকলকপা

**রাবাফেরে লাউবা ফকলাং চীং,** গোজাঙ, কমাংগী মনীং থংবা মাখকৈ মুংগাগী মথা

**রাবা,** উচেক জাং অমা, —"কাইরে য়েনচা কোক্ত-রিয়ে রাবা পোন্দাই লাওখিয়ো"— নিংঃলমূঃ

**রামুকচৈ,** কলম

**রারক থৌবাউ তম্বা,** রারক রাতেম্বা, ক. চৈহ্নুনা রারকপা,—"পোম্বী রা শোইবোন অমুববু মথোঙ মশা থেকনা য়ারক থৌবাউ ,তমখি"—তুদোঃ

**রারৎনবা,** রা তাদবা, থৎনবা,—"মপুরোইনবু নত্তে হায়না রারৎনববু বঘুপতি নারায়ন লাইরিংথৌনা না তায়বগী সংশয় রাঙুংপঙকুমে হায়দবরা ?"-উঃ(রাঃ)

**রারক রাতেম্বা,** অয়ানবা থবক তৌবগীদমক রারকপা

**রারম,** থৌবম, হীরম

**রারম চেঙজেন ময়েং তা'বা** হায়খিবা রা কাউরবা

**রারম চৈথৈ লোম্বা.** লোইবা,—"লাইনিং ইহৌ শাবু থাথোকতনা নীংজরিবা অসিনা তানকংজরবদা রাবম চৈথৈলোমলে" – গঃনোংঃ

**রারম ফত্তথোকপা,** ফত্তবা তাবা,—"মঙখোয়বু যাথ' রা তানবদি রারম ফত্তা থোকলে"-লাংঃশঃথাঃ

**রারম মচি ওইবা,** ম. ওইবা রা,—"ইপারি থমলাং তাওগমলাং অতোনবা-ও রাবম মচি ওইববু পাউতাকপিরমগে" – ঔঃঙঃ

**রারমলেন,** রা মচং, কায়বা রা, মরু ওইবা রা, —"পোইরৈ রারমলেন পুন্নমকপু পাউতাকপীগে"— —থঃলঃনীংঃ

**রারমলেন অরুবা,** অচেৎপা রা, অরুবা রা,— "পোইরৈ রারমলেন অরুবা থায়না মালেম লৈহৌঙে য়েনচৌ খোইয়া অহানবা নমু পোংচারি লমথারকপা পো'থাং চারি তম্বা"– নাঃকঃকাঃ

**রারামখং,** মপুরোইবা অহানবা,— "লৈয়াং হাঙ্গা থঙনবা থংলেন রারা'গাম" নাঃকঃকাঃ

**রারু,** রাগী মরু, রাহৌদোক হায়বদি অকবা ফত্তবা থোকপা অচৌবা রা

**রারুক্রাব,** লুক্রাক, রারুকাক

**রারুগিৎ থোকপা,** রারু মায়া ময়েক থোকপা কিশা জাং অমা

**রারেপ.** মযামনা য়ানরবা রাকম, লেপ্পরবা রা

**রারেপ চায়া,** মচা মশূ থায়া মালা

**রারেপ্পবা,** রা অয়েপ্পা ঙাঙনবা

**রারেল,** অকবা রা

**রারেল পাচু থারো,** অচুম্বা রা হায়বা

**রারৈ চেনবা,** রা থোকপা

**রারোই,** র' ঙাঙ শকপগী পোলোই

**রারোইপোৎ পুবা,** নূপী হাযবদা নিপা মযুমনা নূপী মযুমদা কা হৈ পুদুনা মযাম মমাঙদা রা লোইনবা

**রারোওনবা**, থৎনবা, রা শোক্লবা. থৎন-চৈনবা,—'য়াওরৈ মশাবিনা খুনকাম ইশানৌও হৰিভ্রা লৈরাং অভিংভাব্ রারোওনখিয়ে"—চাঃল ইঃ

**রারৌনবা**, শাউনবা

**রারৌ পুকলোবা**, খোয়থা লিনখা থাবা, শাউবা

**রালহৌবা**, (লাই, নিংথৌ অমদি অচৌ অশান-চিংবগী) চাক থোংবা

**রালহৌশঙ**, চাকথোং শঙ, চাকশঙ

**রাশক**, শরী নামুং

**রাশকপা**, শরী নামুং শোনবা, সত্য শোনবা

**রাশা লনশাবা**, রাকোং শীংগোংবা

**রাশা শাবা**, কোংবা, রা কোংব, ভাব তৌবা,—"শক ১৭০৬ হিয়াঙ্গৈ থা ১৭ নি শগোলসেন্দা নাহারূপ অহল্লুপ কাঙজৈ শাইর, নাহ রূপনা ভম্মে, অহল্লুপনা লাই গোবিন্দজিগী মমাঙদা কীর্ত্তন্না রাশা শাইএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**রাশা লনহাবা**, কোংবা,—"রাশৈ ওকবিযাম থাঙভা মরৈবাইশিংও নথোয় লাইরেন ইচৌন ইনাউগী তরা চাপুম হিতুপ থনবব্ হুশিরে রাশা লনহারা-ও হায়গিএ"—তুতেং

**রাশুকোন শাকবা**, য়োংখোক অরুবা

**রাশোক্লবা**, থৎন চৈনবা, রারোংনবা, থৎনবা,—"পাখং হুইবাই চেংকালম ভানপা খমচিংকোনকা চীংথোং পোইলৈতোনকা তাল্লোয রাশোক্লবা লম্মে" পাঃনোঃ

**রাশোক মীমাঙকল্লা**, রাথোকপা

**রাহমখিবা**, হায়খিবা

**রা হমখোন**, হায়বকপা রা

**রাহমখিবা**, রা হায়খিবা

**রাহম্বা**, হংবা, পাউদম্বা, হায়বা,—"চীংঙু মাগী কশিরেন সনা কললাংদা খোইমোম মতোম কমকমলবদা চীংঙু খোইমোম লাইয়িংথৌনা রাহমলয়ে"—পোঃলুঃ,—"মপন গুর শিদম্বনা রাহমগিয়ে" পোঃলুঃ

**রাহমলকপা**, রা হায়রকপা,—"লাইভা মপান্দা নথন্দবু মীকপশিবনো পাউহংনোংদা লৈমনা রাহমলকলে"—হেঞ্চুঃ

**রাহায় পরেং শীল্লা**, রাহৈ পরেং শীংনা, রারি মরিক চুমনা,—'থৌতু নুংপাক কল্পা ভানপা খমচিংকোল্পা লৈল্লুং পোংনাউতোন অত্তোনপানা মুংশি মপাঙ্গুম রাহায় (রাহৈ) পরেং শীল্লা রাহমচাকএ"—পাঃনোঃ

**রাহায় শাংতাল্লা**, রা শাংথননা, রা মথা তাথনা—"জঙ্গম নারদ অনীমক রাহায় শাংতাল্লা য়াথং রবোংননা থৎনরবগী জঙ্গম খ্লাব কৌবনা রাহমলকএ"—বীর সিংহ

**রাহি**, তীল মখল অমা

**রাহৈ অরাক তমওমদবা**, রাহৈ খুবাম চাউনা হায়বা ভমদবা,—"রাহৈ অরাক তমওমদা পাখোম মিরুমথুপনা অসুমনা পাল্লিজৈদা"—চীংথঃশাঃফাঃ

**রা হোংবা**, রা হায়বদা অরেপ্পা লৈতবা

**রা হোঙপা**, রা পুক্সা তৌবা

**রাহোম্বা**, রা হংবা

**রাহোল্লুবা**, রা হায়জরুবা

**রাঁয়**, কাপ অমা, মরুম,—"শক ১৭২৭ লাংপন ৭ নি শগোনশেন্দা মৈতেংঙু কাল্লোক রাইরং পামহৈপাকি পামপোম তমনাশেনগী কামন অনী হৈএ মযু খুতুপ ২ মচাউ রায় অমা খুতোন অহমনে"—চৈঃকুম্বা

**রায়থৎপা**, পুখংপা, হুমগৎপা,—'খুনকাম মশানৌগী মেনাংতনবা শা নামুং অঙৌবসুঙ চরৈ ফিঅঙৌবসুঙ কোরৌ অরাংবনা রায়থৎখিয়ে, রাংবন্না হুমগৎখিএ"—চাঃলাইঃ

**রায়খু** কর্কট রাশি, ঈশিংদা লৈবা জীব মখল অমা, পোঙ অমদি উপুনচিংবা লোনশিন্নবা খুংলাই, শো

**রা য়খুবীচা**, রায়খু,—"অদোন রাহেং খমগোইবাদ তুরেন য়ায়খুবীচাগুম নীংনা তেনা ককলৌ মানবন থক্তা পুখা পুখা চেনখিয়ে"—চায়ঃ

**রায়খু মথা চনবা**, খু ভয়েৎ ফিবান্দা চনবা নোম্না জাং অমা

**রায়থুমিৎ**, শম্পোৎ খোইবগী পোৎপুদা য়াম্বা য়োথাংসি চেম্মোক্তনবা পোৎপু মরায়দা হাপ্পা চৈ মচা অনী, "নাবিন্না লুমলি ওই, লিনখাকনা রায়থুমিং ওই"—লৌভাঃ ঈশৈঃ

**রায়থুমিৎ থুংবা,** লায়না মথল অমা

**রায়বা,** পূবা, নেকপা, চুবা

**রায়রা,** তেন, শাদানবা, শা,—' থংলেন ইপিঙচানা লোইবী ইচীং কূমলকপা অসিবু রা'য়রা শা, হয়েন লানবু ওক্লগবরা থঙদে"—লুঃখাজুল

**রায়রা তেনকাপ,** তেন কাপ্পগী থুংকাপ,—"র'য়বা তেনকাপ অমরক্তা পামেল উদা পাল্লবদি তল্লা উন্নাই কংনা পামেন উচুং তংলে"—চাঃলাইঃ

**রায়রা তেম্না,** তেম্না থাবগী মথা, তেম্ন,—"রায়রা তেম্না অমরক্তা কো'য়াং রাদা পাল্লবদি কো'য়াং কংলাং থা'না লাংলেন মপান তূপদে"-চাঃলাইঃ

**রায়রা তেম্নাথা,** তেম্ন' থাবা

**রায়রা তেনরায়থবা,** তেন কাপথবা,— "লৌবি থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাকনা রায়বা তেন-রায়থবদি মালেম লৈদা প.ল্লবস্থু লৈকু লৈরাই কিষ্টেয়ে"—চাঃলাইঃ

**রায়রা তেনরায়বা,** তেন কাপ্পা, তেম্না তম্বা,— "স্থুস্থর্মা নি'থৌ রায়বা মথূংশূ পাম্বী মৈগী তেনবু রায়রা তেনরাযথিববু বিরাট নিংথৌবেনগী রায়রা মতেঞ্জা ঈশিং তেম্না নোংমদোন্দা মূংহল্লে"—
বি.পঃ(মহাঃ)

**রায়রা তেনরায়লংপা,** তেন কাপ্পা পোথাবা, তেন কাপ্পা লংপা,—"নিংথৌ রায়রা ইতেঙ্কাবু ভীম কৃষ্ণ অনীমকপূ ঙাইনা রায়বা তেনরায় লং-পিথো"—লাংশঃথাঃ

**রায়রা নশা শাবা,** নঙনা কাবা শা শাবা

**রায়রা পাঙ্চুম ( পাঙ্চূম ) থোইবা,** তেন কাপ্পা থূং চুম্বা—"তূবী রায়রা মতেঙ্কা থোইবু থুনঙম তেন মোয়ামপা কান তেন তেনবী য়াইওইবনা লা'গোই তাংজা লুবেনতোন্দা রায়রা পানচুমথোইবা"—
নিঃলমূঃ

**রায়রা মরী থঙবা,** শারম থঙবা

**রায়রা লীরী,** লীরি, তেনগী লীরুং পুল্লিবা (কারি-বা) থৌরী নক্রগ। মরী,—"তিমেন থূংশূ থায়বা বাযয়া লীরি তংলবা লীরু' থূংশূ থায়বা অসিসি'বু হাংহৈদে"--ভঃঙম্বা

**রায়াম পাউম্নাম্বা,** রা য়ামনা ঙাঙবা

**রায়েন,** আইন, য়াই, বাহল, লৈবাক ঙাকপগী পথাপ,—"লনি শগোলসেন্দা পাচহনবংচিংনা পাচ পূয়মক নৃপীগী রায়েন শোয়এ হায়ডুনা থাইএ"—
চৈঃকুম্বাঃ

**রায়েন কাতি,** অচুম্বা রায়েন

**রায়েনচৈ ( রায়েনচৈ ),** লৈবাক ঙাকপগী থূর্দী, লংখী অ'ীনা কারন চংলিবা তবেঙদা যু'লিবা চৈ

**রায়েন থোদা,** লৈবাক ঙাকপগী পথাপ, হুকুম

**রায়েননা,** বিচার তৌবা, লৈবাক ঙাকপা, অচুম অবান য়েংবা, "নূ'বী শিদববু থুগানবা থৌহু নূ'কায় থক্তা রায়েনবা থর'য় দিবেনথক্তা রায়েনা লাই মিংথৌ"-লাইকাও

**রায়েনশঙ,** বিচার তৌকম লোয়শঙ-কুচু, চৈরাপ,

**রায়োং চাবা,** জুগোং চাবা

# শ

**শউন খুলৈ তিংবা**, শউন্না তিংবা,—"লহাল ইমাঙকি থাপা লাংথংচা ভাউলোয় পূ'লেনকি অশৈ পনমাপা ভাংঙ্গ্রাচা তৌশুপা থানিং লোনচা পুংতোইপা নৈরক তেলানপা লুথুম কমশকপা শউনখুলৈতিং পুংপু লেংলোই য়ান্না য়াইথোং নানম শকলকপা" পা:নোং:

**শক**, মায়থোং, শক্তম, মওঙ মতৌ

**শকওঙ**, শক্তা, কুচু কুমেন

**শক ওক্ষোক**, ওক্ষোকপা শক্তা

**শক্কোয় হেনবা**, মশক মতৌ য়ামনা ফজবা,—"নাউবা শকহেনবা অসিবু থোইমোম লাইরা নমু পো'লা চেংলৌ শক্কোয় হেল্লে"—ধ:লা:নী:

**শকপানথোং**, শক্তা, মশক মতৌ,—চেংলৌ শকপানথোংবু চী'ঙু নশকলেনবু মাল্লে"—উ:(রা:)

**শকলেন**, শক, শককম, শক্তম,-"চীংঙু নমিংলেন সিতাপাপু ভাংচা লৈতোন থোং থোইয়ম শকলেন নীংবিপাপু"—পা:নোং:

**শকলেন মঙান নাইবা**, মশক মতৌ চঙ্খোনবা, ফজবা,—'লাইরেন চেংলৌ মপুং ফাংহৌরে শকলেন মঙান নাইহৌরে হায়দবরা ?"—না:ক:কা:

**শকলোন**, শককম

**শকহেনবা**, মশক মতৌ য়ামনা ফজবা,—হে নাউবা শকহেনবা নঙবু কনানো ?—ধ:লা:নী:

**শকহেনবী**, ফজবী, নীংথিজবী,—"কনানো মোমহু চেংলৌ শকহেনবী পায়মা- খোয়জঙবী তিল্লাং থোয়দাবী-ও"—স:লা:

**শগন**, পাম্বোম মরু,—"তেনবী য়াওইবনা চেকলা শগন ভান্না তেনবাইরকও"—ভূতেং:

**শগাই**, কন্থাক,—"কনবা পোৎয়াওদি শগাই মথোন ভরেৎ শা-ও, কমফি অমা ফিদা অমা"—চীং:লাই:

**শগাই শাবা**, কন্থাক হাবা, শগাই শেম্বা—"নোং ভাল্লবদা তেথাউ লৈপাক পুমনমকনা শোঙ তৌরে' পন শারে, শগাই শারে, নিংথৌনচিংবা লৈপাক পুমনমক কমহুনা কূম য়েংলবদা"—গো:নি:

**শগোল কাঙজৈ**, শগোল তোংলগা কাঙজৈ কাঙহ পায়হুনা কাঙদ্রম য়ৈহুনা পাঙন চন্নবা লম্পাক্তা শান্নবা মশান্না অমা

**শগোল কত্রং অহিংবা**, মচু অঙৌবদা অমূবা কান্না শগোল

**শগোল কাক্ক**, মচু মূবা শগোল,—"শ্রীচন্দ্রকীর্তি সিংহ নিংথৌরেন্দি হরাউ মথোই তোংনা লাংগোই ( শগোল ) কাক্ক গোঙদাঙবা য়াইশা মথং কিবা শামায় কোংগোন খিনবা নাকথং স্নন্নপ্পা আরাম্বাই তেন্দোং থেংপবু তোংনা যাত্রা থোঙ শাল্লকএ"—জি:চঙ:

**শগোল কোরী মচু**, মুনা ভাঙবা মচুগী শগোল

**শগোল তূপ্পা**, শগোল কাঙজৈ শান্নবদা শগোল অমনা কন্না য়াঙনা চেল্লিভৈদা অতোপ্পা শগোল অমনা মাঙোন্দা থেংগায়নবা কৈনা থৌজিল্লকপা

**শগোল্ল কিথন**, মুমগী শাই মন্নাদগী হোঁহুনা নাকল অমদা ফেলৈননা ভপথব (তাথবা) শঙতপ

**শগোল মপাশা**, শগোল লামচা, মরু লোনবা শগোল লাবা

**শগোল মোরা**, মচু ভোবা শগোল, শগোল অঙৌবা

**শগোল লমজেন**, শগোল তোংলগা লমজেন য়াঙবা ভান্নবা

**শগোল লাকপা**, শগোল ভেহনবা, শগোল তোংবা য়ানবা তম্বিবা

**শগোল্ল লানশা**, লান্দা শীজিন্নবা শগোল

**শগোলশেন,** যুমশকৈশাগী মথংগী মুমিৎ
**শগোলশেনবা,** শগোল পান্নবা, শৈষ
**শগোল শেনবা হঞ্জবা,** শগোল হঞ্জবা, ফম অমা, মৈদিংঙু উরাকোঙ্বোবগী খোঙলুপ,— "মৈদিংঙু উরাকোঙ্বোবগী খোঙলুপ্তি শগোল শেনবা হঞ্জবদি খাবমনে, শঙ লি'এ"—ফমলোন
**শগোল শোই,** মচা পোক্লিবা শগোল অমোম
**শগোল হঞ্জবা,** শগোল পান্নবা ফমনাইবা অচৌবা 'শক ১৮১৩ × × × মচা ইবুঙো কালা শগোল হঞ্জবা য়াঙ'বা লৌরুং পুবেন য়েনখোইবা পোইরা লো'জাম্বা পোইনা অসিংচি'বা সিফাই ১০০০ লোইনদুনা লান চংলে লাইমতোন্দা তেংগোল শাদুনা লৈএ"—চৈঃকুম্বা
**শগোল য়াঙবা,** ফৌ মখল অমা
**শঙ,** যুম
**শঙকন,** শঙবা, মীচঙ
**শঙকন মোংফাই মৈবা,** অহি' লেক্লুবা শঙবা
**শঙ খনবা,** খাংপোক খনবা
**শংগন,** মীচঙ
**শংগন চঙবা,** মীচঙ চঙবা
**শংগাই,** মখোক শাংবা খাঙ অথোবা জাৎ অমা, '.পাখং শংগাই য়াইনম মখুৎশনা চীবেন তোম্পোকপবু ওইখি শাবু লৈএ" হি.হিঃ
**শঙ্গাই,** যুম ( থোগল্লোন ), অচৌ অশাং মতীক মগুণ লৈবা মীনা লৈননবা যুম—'শঙ্গাই তবা'বা শাবম্ অদুদৈঙ হোএ" চৈঃকুম্বাঃ
**শঙ্গাই মকোল্লোয়,** মযুম, মবানয়ায়, মশঙ্গাই "কংলা লানবাউ তমলবগা লাইবেন শঙ্গাই মকোললোয়দা রাইথু লুরে"—শমংঙঃ
**শঙ্গাইরেন** যুমজউ
**শঙ্গাই শঙবা,** নিং.থৌগী শঙ্গাই পান্নবা
**শঙ্গাইশেন,** মৈবী
**শঙ্গাই যুমকম,** নিংথৌগী শঙ্গাই (যুমজাউ) শাযম, যুমশারোনগী যুমকম কাম্বাৎ মাপনগী মঙুংদা ময়ায় থংবা যুম্ফম কাম্বাৎ
**শঙ্গাবা,** যুম অহনবা শাবদা অহানবা হোংজিনবা মুমিৎ

**শংগু,** ময়াম, মপৈ
**শঙ্গুবা শঙলাকপা** ফম অমা ( লাইগী ফমলুপ্তগী অতে'প্পা চৈরাপ ফম অমা )
**শংগু হোইবা,** ময়াম হোইদুনা পুবা
**শঙ্গোইবা হঞ্জবা,** ফম অমা,—' চীংথংগোম্বা মহারাজনা মোর দ্দী হল্লকলবদা প না মখিমগী শঙ্গোইবা হঞ্জবা হিদ' নীপালমা হাপএ, ফমদৌ খুল্লাকফম নীপালমাকি মথাদা ফমহল্লে, হান্নদি য়ারেকশঙদা শঙ্গোইবী শঙ্গোইবা কৌবমএ, অদুগী মথৈ য়ারেকশঙদা লল্লুপনচি'বা কৌহৌরে"—ফমলোন
**শঙ্গোইবা হিদং,** ফম অমা
**শঙ্গোই তাবা,** মৈদিংঙু গরিবনৱাজগী মজা ইবুংঙো মহারাজ ভরত শাইগী মিং অমা,—' কালেন থানিন নোং থঙজদা শঙ্গোয় তাবা ভরত শাইনা নিংথৌ ওইএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**শংগোম অহিংবা,** শংগোম অনৌবা
**শংগোম নোংশা,** শংগোম ডাংখা অমা,—"শীংশংশী থাবগী পোৎয়াঙদি × × × × লফোই লফাং মত্তা, চুহি লি অমা শংগোম নোংশা অনী × × × শী না য়াওগনি"—থোৌ মশিন
**শঙচু,** লুপ্তাগী কিজেং,—' লুপ্তাগী কিশেংতি শঙচুনে"—মশিন
**শঙজারোয় ( শঙশারোয় ),** যুম কৈ শঙ লুকশাবনচি'বগী থবক তৌবা লোয়শঙ অমা
**শঙদিং,** ঈযো —''থোথোক কুমবনু ঈযোং শঙদিং কক্সে হায়রকে"—হিঃহিঃ, ফি— "চৎমোম থাম্বা মৈপাঙ বোংগুঈবু শঙদিং থোইনা নামিবীবু নুবা মেল্লো' খুৎশাগী মমোম কৌবরোন নামোইদু চে'লৌ শকনা হেংবী শমতে ঙাইদুপীপু মিংয়েং শানচৈরবগী তরা খুংপুন ছুক ছুকঙমদা লাইজা চীনখুনমবু য়োংঙমদনা উনবী লাঙতক্লনা মুবান মবানয়ায়দা বি'লৌ নী'না তেনা হলবাইরকলে হায়দবরা ?—পেঃলু
**শঙদিং ফিথৈ লোম্বা,** ফি শাবা লোইবা—"কোরৌ মুমিৎ শীংবুম চহুম শুনা চরৈ ফি শারবগী শঙদিং ফিথৈ লোমলবদা"– নিংশাঃ
**শঙদিং কিশি কিবা,** ফি কিশি কিবা,—

"নোংবাল্লোয় পীতঙভাবীগী শমু মেল্লোং মথুংথোন শঙদিং কিশি কিরকপবু চৈরে কিশিথোক পুমুং মফু-রিংপু হৈরু মতাই কাউন।"—নাঃকঃকাঃ

**শঙদিং লাল্লে থেমনা**, শাপোং লানপোং শেং তুনা

**শঙদিং লাল্লেথেম্বা**, শাপোং লানপোং শেংপা, শাপোং লানপোং শেম্বা -"নয়ু ভাংভোই সনা চোঙবদি লানপোং শঙদিং লাল্লে থেম পুমুং মভান নাই চোয়-নৌ সনা লৈওইননা চেংলৌ মিংপু লংনা চৈরে কি থোল্লবদা মদাইরেম অথৌ লিচা হেল্লা পুমন-মকমুঙ শঙদিং লাল্লে থেম চংলেন ঙক্তা হুক ংমেন মাঙওইননা হুয়েন লান্দাগিএ"—মোইঃনিংলমুঃ

**শঙনা য়েংবা**, মুন্না য়েংবা

**শঙবায়**, লীথায় অনী নত্রগা লাইতং মরি চনবা থুম্মোক (ফৌ ওনবনচিংবদা শীজিন্নবা); "শঙবায় লোন্দাম্বা লৌকুম্না ইতোম পাংশোই নীকইদা পাউ-খুম্মে দে"—কুমদমশৈ

**শঙম**, লৌয়াক্কী তংথায়, পরি অমগী মগুং

**শঙমায়**, লাইখন

**শঙমু লাংমুফি**, (মমাঙভৈদা বাংবজমদনা শাবা) ফি জাং অমা,—"বাংবজম নঙদি শঙমু লাংমুফি শাউ"—লোঃশিনয়েন

**শঙলাকপা**, ফম অমা

**শঙলাকপী**, শঙলাকপগী মুপী

**শঙলাংমৈ**, িংথোগী কি শেংনবা শঙ কোম্নংগী শঙ অমা, 'নিংথৌ সনা তরেংবা লাংশঙ শঙলাং চান্দুদা বাইথুংলে.সে"—পাঃলাঃ

**শংলেন**, অশংবা মচু

**শঙলেন**, শঙ অচৌবা, য়ুমজাউ, "মাইবী লোয়শঙগী মতুংদা পাখংবগী ঈরাং পুজানচিংবা তৌবা মাইবী

**শঙলেন লাকপা**, ফম অমা, —নিংথৌ মচিশাং ফমদৌ মঙাইরোই অমা, খুনফাংথৌ মাপনগী মতুংদা অমা, শঙলেন লাকপাদি পে থোকশাং থানবা য়াই,- "২৮নি শগোলশেন্দা হাওবম শঙলেন লাকপা শিএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**শঙলৈমা**, খুয়োম্বেম নিংভোন,—"শঙলৈমা হায়না তেংথাপতি খুয়োম্বেম চহুপু থাযে"—পেনঃতেংঃ

**শংলৌ**, য়েল্লাং, থৌরাঙ

**শংলৌ ইথৌরাঙ য়েল্লাং ইঙমদম**, ঐনা লাঙজবা থৌরাঙ, ঐনা তৌজবা থৌরাঙ

**শংলৌ ঙমদম্বা**, থৌরাঙ তৌবা, "অনৌবা শংলৌ ঙমদমখিরে"—নাঃকঃকাঃ

**শংলৌ নাকম্বা**, থৌশাদবা

**শংলৌ মুংগম্দবা**, য়াদবা

**শংলৌ মুংগনবা**, য়াবা

**শংলৌ রাংগন অকনবা**, থোংদুনা চাবা য়াবা উয়েন

**শেংলৌ য়েনমাং হনবা**, য়েল্লাং অমাংবা পীভম্বা

**শঙাই**, শজিগুম্বা শা জাং অমা

**শঙাইশেল**, মৈবী

**শজিক**, থরানমিচাক অমা,—"তুমিং থা শজিক থাবা মঙাল উহল্লে"—খংয়াম্মোই; হাজং নাপী, ফরিমুক চাউবা অনাবা মখল অমা

**শজিক মতুং ইনবা থবা মমে রাম্নবা**, শিবা, নোংগাবা

**শজিক লালওং তম্বা**, শজিক থোকপা

**শজিকলোয়**, শাজক কানবা মনাই

**শজিখোক**, ফৌ মখল অমা

**শজিং**, খুজা কায়বা, মচিং মশোন

**শজিবী**, লাইরেম্মা অমগী মিং,—"লাইদি পান থোইবীনে, মহাক্তি শজিবীনে"—চীঃলাইঃ

**শজিবু**, থা অমগী মিং

**শজিবু লৈথুন কুনবা**, শজিবু থাদা তৌবা ঈরাং পূজা অমা, মেন মেনবা,—"শজিবু (শচিফু) লৈথুন কুনবনু মেন মেনবা কৌনা মমিং থোনবিরে"-মশিন

**শাজরা**, ফৌ মখল অমা

**শত্বান**, ফম অমা

**শত্রু**, নাপী, রুজ

**শত্রুং**, মথোঙ মরি পানবা অপিকপা শা মখল অমা

**শত্রু চীংলাইঙান**, চীংবা হোৌবা শত্রুনা (নাপীনা) ঙানবা

**শত্রু নাফম্বা**, নাপী মরক্তা ফম্বা

**শত্রু লোইবী**, চীংদা হোৌবা ই

**শনখাঙ**, শামুক্কী মরেপ

**শজুকি,** কনাগুম্বা নিপা অমনা লম্বোইরগা পোক-পা মচা, লম্বোইবগী মচা

**শজুক,** অশিবা হাপনবা কু

**শম্বোং,** মোইরাং লায়জি,—খা নোংচুপ থংবা মায়কৈ

**শম্বৌ,** শা মথল অমা

**শজং,** শা মগল অমা

**শজুবা,** শন হাংপা, শম্ভবা

**শম্বৌ,** শা জাং অমা

**শনন পুকফাংলাং,** শনন লাং,—" শনন পুকফাং লাংনা থুরোরে"—পোঃখুম্বোক

**শনপোংলোয়,** শম্বোং খোইবা মী

**শনম্বা,** মথোঙ মরি পানবা মমৈ শাংবা অপিকপা ঈশিংদা ঈরুপ্পুনা ঙা কাদুনা চারগা হিংবা শা মথল অমা,—"লেমলৈ ঙামোং চাউরক্লে শনম্বা ফুমপৌ কানদি কুমশাবে"—কুমদমশৈ

**শনশেল্লোয়,** শন শেনবা মী—"মানবী শনশেল্লোয় পুমনমকনা কাওরেন শনগোন ঙাকলোরে"—

বিঃপঃ (মঙ্গা)

**শনয়াংথক,** শন মথক

**শফম ( শবম ),** শগোল শঙ শগোল থম্ভম শঙ

**শমকক লোনহেনবী,** মমায়বী

**শমখাং,** খোয়দিং

**শমখাংলোই.** শমদা হাপতুনা পুবা লোই

**শমখোঙ নারন ঈ,** কোক্তা কাবা ( শীবা) হুমাং —"হুমাং সেনখোয় ঈ শমখোঙ ঈ চুপা সাংচুম ঈপু তাক্তরিঙৈ মৈতেংঙুনা হুয়েন লাম্বান থুরকএ"

নিঃংঃসুঃ

**শমচিন লাউরৈ খোংবা,** কোয়েং য়েংপা

**শমচি ( চি ) হুক তুথাংনা,** শমজি পুন্দুনা "শমৈ শমদোন য়োম শমচিহুক তুংথাংনা থবাক ভৈথোমনা কোল্লোয় মঙান নাইনা খোইমোম লাইকম লেম্বা ঙাইথমলে"—তুতেংঃ

**শমচু লৈরাইনা,** চান্না চিন্নানা

**শমজিন,** কোক্তা খেংনবা লৈতেং

**শমজিন নৌরৈ খোংবা,** কোয়েং য়েংপা,—"লাবা শমজিন নৌরৈ খোংবু পাকলোই শলাই য়েংপিথিয়ে'—নাঃকঃকাঃ

**শমজু লৈরাইনবা,** চায়বা

**শমথখিবা** শমতুনা চংখিবা

**শমদোংপান,** শমদা থেংপা লৈ

**শমন,** উ জাং অমা

**শমপোক খোকলবী,** ( হমুরঙনা ) মপোক হো-রবী,—মপোকখোক ময়া লাংলবী,—ইরে' মালৈ চম্না হমু শমপোক খোকলবী ইখোয়মুং খোঙকাপ অথাং ঙমদরে"—শমঃঙম্বা

**শম্বুম ঙারং য়ানবা** তুংদা তুজোন য়ানবা

**শম্বুম মহারাবা,** লাই অমা

**শম্মালৌ,** শম শেম্বা

**শমলাং,** শম,—"লংলা অমনা খোং ওই, শমলাং অমনা পাম্বৈ ওইবদা ওয়গা য়েংকা লানমন্নসে"

—হেজু

**শমলাং কোইককনবী,** মশম লৈশারিবী নুপী, লৈশাবী

**শমলাং চগোরৈ,** শমবুন, শমপুনবা

**শমলাং তরৈ চিংবা,** শম ফোয়বা

**শমলাং তরৈননা,** মশম পুন্দুনা,—"শমু তুংপুন্না পরৈ লানগা শা লমলাং তরৈননা শয়েং পানগা লাকনা"—ডঃ'রাঃ)

**শমলাং তরৈমবা,** শম য়েংপা, শমনা পুনবা

**শমলাং ফায়েংনবা,** শম ইফা ফংবা

**শমলাং লৈরোং শাবা,** মশম য়ামনা ফবা

**শমলাং য়ুমদোন লোম্বী.** মশম হোদবী

**শমলা নোংমাই ( লংমাই ) নিংথৌ চমু,** লং-মাইথেম চমু, তচোং য়ুমলেনবম নিঙোন,—"শমলা লংমাই নিংথৌ চমু হায়না তেংথাবদি লংমাইথেম চমুবু থায়ে"—পেন তেংথা

**শমশাংবীচা,** শরেং

**শময়া,** নিংথৌগী শমজেং

**শময়াখোম্বা,** শমজেং হাংপা

**শামায় লৈবা,** মায় লৈবা, নীংঙ্ময়বা

**শমু হকচাং,** ( হকচাংগী পোং, থুং, ওর, য়েং, নাক অসিনচিংবদা শীজিনৈ )

—"সনা মখোঙথাদা শমু থাংচপননা ৱাকচ্ছখিয়ে" উঃ(ৱাঃ)

**শমু ওয়রম কন্বা,** ওয়দা কন্বা

**শমু খুৎ,** খুৎ, "শমু মখুৎ লোয়া পাউতমখিয়ে"—ধঃলাঃনীঃ

**শমু খুয়োন থানা,** খোঙকম শোয়দুনা, "মেহু খোংবু খোংলেন পাৎ লানবদা শমু খুয়োন থানা লাইজা ঈরোয়ুংদা লুপখিয়ে"—ভূতেঃ

**শমু খুত্তা খুম পায়না পূক্তা চনবা,** খঙবা

**শমু খুৎনা ফংনা,** হকথেংননা

**শমু খুৎনা হোংদবা,** খুৎকম কাযদবা

**শমু গোঙশানবা,** যাত্রা তৌবা, খোঙদোই হুনবা

**শমু খোঙশেকপা,** মখোঙ শেকপা

**শমু তুংযুন্নবা,** মখুং তুংলোমদা পুনবা,— "ঐবু শমু তুংযুন্নববু থাদোকও হায়না তাংজা মবৈতোয়া পুক্নমজ্জিয়ে"—চায়ঃ

**শমু থাংচপননা,** মখুং লোয়দুনা,—'ল'কুশ অনী মানা শমু থাংচপনা মপন পল্লেন মমা য়োযবু সাতা লাইরেম্মদা ৱাকচ্ছগিয়ে"—উঃ(বাঃ)

**শমু নম,** নঙন

**শমু নমদা পোবা,** নঙ্গদা পোবা

**শমু নমদা হুনবা,** তুংওই নাইতনরহ্বা, তুংওইননা থমলম্বা

**শমু নাদা হুনঙমদবা,** থৌশা ৱাশাদবা

**শমু পরৈ লানগা শাবা,** খুং পুনবা

**শমু পান্নোইনবা,** খুং পায়দুনা চৎমিন্নবা, খুং পায়নবা

**শমু পালোই শমনা,** মখুৎ শমদুনা—,"দেব নারায়ণ অহনববু শমু পালোই শমনা.............. মরান ওন্দেরকলে"—ধঃলাঃনীঃ

**শমু মখুৎ পাংনা,** মখুং নামা

**শমু লেংগোন্নবা,** অমগা অমগা লেংকোন্নবা,— "শমু লেংগোন্নমা হলবাইখিয়ে"—চায়ঃ

**শমৈরাং,** মৈদিংগু নাউকংবনা মৈতৈ লৈমা কাইরৈমা পান্নদুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ অমা,— "মৈদিংগু শমৈরাং য়োইরেনবনা হুয়েন লানচাক চানা শভনে"—অংলালুঃ

**শরাং লৈশাংখেম,** শলাই অমগী মিং,—"থমং থাবা নিংথৌ ভরামক্তি শরাং লৈশাংখেমনে"—কমলোন

**শরা মিখুরোন তাদবা,** মবোন খঙদবা

**শরী,** "শরী লাংখোংচোংববু ৱাংমা লান্না চোংঙে হায়দগী অমা বা শরী লাংখোং চোংবা কোওএ"-চৈঃ কুম্বাঃ, ৱাশক—"নারদ মুনিরেনগী মমাঙ শংশবদা সতশরী অচুমলক শোনবা নত্তবরা?—এঃকাঃ, অচৌবা শরুক "১৩ নি ঈবাইদা চীংনাং খোনা মশা শবী খা খংবা চেকএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**শরীক,** ধাতুনা হৈবা (শাবা) মখোন থোকনা শিংননবা পোৎ, লাইখন (খুমন্না হায়নবা)—"ময়িম নোংময়না মিকৌনা অদোম্না বা হায়নগদি শঙ্কাইবুদি য়াকোন ও লাইখনবদি শরীকও তৌনা কৌএ"—লাঃকঃকাঃ

**শরীক নোংদম,** খুংপায়কম পানবা খুৎনা খিংনবা শরীক মথুং অমা

**শরীক ল ইখন খুম্বা,** মাংগোন লাইখন কিন্থবা

**শরী নামুং,** ৱাশক

**শরী নামুং শোনবা,** ৱাশকপা— "কোরৌ মালেমনা গঙসনো হায়না শবী নামুং শোরে"—হেজ্ঞঃ

**শরী মথৈ ফং নামুং মতোন্নোমনা ৱাশকপা,** লাইশোনবা হৌনবা মথৈ শোন্দুনা ৱাশকপা, লাই কয়া শোনবা—"চাইরেন নিংথৌ য়াফুরাকপনা শরী মথৈ ফং নামুং মতোন্নোমনা ৱাশকপবু থাজবিদে" —চায়ঃ

**শরী শোন্নবা,** ৱাশক্লবা, '১৩ নি ঈরাইদা নৌশোম অরোইনা ইভোক হাওবু শরী শোন্নবা চংএ"-চৈঃকুম্বাঃ

**শরু,** হকচাংগী মরু

**শরুক,** চাখুং

**শরুক লৌতম হুনবা,** শরুক য়েনবিবা—"মমু কয়কম শীনবা তাইপঙ অচঙ অশি লুপো শরুক লৌতম হুনপা হুনবা)...লাইয়িংথৌও" কোনঃনোংঃ

**শরূ পোলাং,** শরূ হুমদাং
**শরেং শমশাংবীচা,** শরেং, মকোই অশা'বা পানবা ভা অচৌবা মখল অমা,—"হাওরৈ খানা পা'ব রমগী শবেং শমশা'বীচা ডামাই নো'য়েংবীচা ডাচিং চিংলোইনাই মশীং সুনা লমদময়ৎলকপবু পোনবী শোইবোয়া চীঙ্গোই শৌবানভমএ"—তোরৈঃ
**শরেন,** খুং যং—"শবেন যেংনা লাম, খুবী কৌ-রোং শু খুজেং হংজিলাক"—সনাঃলমঃ, শদুম—"থাংতি মিতয় চেন শবেন হিংসোং শায়না পা-মেন উকৈবক্তা পাউতোইববু শো'কিয়ে"—চায়ঃ
**শরেন ওয়নমক্স,** ঙেঙ্গং খো'নবা ইরান
**শরেন চনবা,** লাইদা শরূ য পানবা কংপা
**শরেন নাকপক মরোন হুবা,** চী'মায পুয়মক শা মকু হুবা
**শরেন লৈতোই য়াংপা,** শা মতুপ মতুপ ককপা
**শরেল শাজিল চাইবা,** শায়াম চোইথোকপা
**শরেল শিথৈ চোংলবা,** থাবনা শিগদোববা শা
**শরেল য়েংনা কোয়া,** খুং য়েংনা কোন্দুনা
**শরৈ কুমশা লাংপা,** কুমগী ঈরাংপা
**শরোংফি,** (মমাঙৈভদা লাই পাগ্রাঙমনা শাবা) ফি জাং অমা—মাইবীগী ঈরুফি ফজিন্দা হ'প্প মাইবীগী মনা ফি—"লাই প প্রাঙম নঙদি শা রোংফি শাউ"—লোইঃশিনয়েনঃ
**শরোল,** অশুকপা, মক, মঙ্গুং
**শরোল মংলোন ঈ,** অশুকপা ঈশিং
**শরোল হু,** পুয়মক
**শরোয়,** তম্নবা লাই, ভুং প্রেং, মরু ওইবা মশক নাইবা লাই থরগী পোঙলোয়
**শরোয় থাঙবা,** শরোয় ডারোয়গী মচীঙাক থা-দোকপা
**শরোয় হুনবা,** চো'শি-মিয়বা
**শলকল মকেংলোই,** মপাখোমগী পা'গল
**শল্কা,** থবানমিচাক—বিশাখা নক্ষত্র
**শলাই,** য়েক, শাগৈ,—"অসুম পাল্লবা নিংথৌ অসিশিংগী হাকক্তা হৌনরকপদি শাগৈ শলাই লাইয়েক লাইচু নাইরমদে, লাইবু নীংবা লমচত্তি অয়েগ্নবু লাইনী ওইনৈএ"থাঃলবঃঃকোয়েং ময়েং,অমা
**শলাই মাপন,** 'লুবাং, অঙোম, মান্দং, খোয়া, চে'লৈ, খাবা, খুমন, ভানবা উরোক শলাই মাপন-মা মসিগী মপুদি পাগংবনে"—পাঃঙ্গান
**শল্লাই তাবা,** শল মরাই তাবা
**শলুংগুরেন,** কম অমা
**শলুংহনবা,** কম অমা, মৈতৈ'ঙু মতাইরেম কাও-রেন শলু হনবনা হুয়া কে'ঙ্গোই থুগে থ'কদে লাংজল লীগা লোগে দৌকদে"—শলকাও
**শলো'নবা,** মপোক
**শরা,** শৌ
**শরা ভাইনথেন, থানকম,** অশিবা থাঙলেনকম,—"থাকমবু শরা ভাইনথেন কৌই',—থঃয়াম্মোই
**শরা চাজুম থোঙ খিংবা,** অশি থোঙ খিংবা, অশি লম্বেল খিংবা
**শরা ভুরোই থিবী,** লাইবক নীবী
**শরা তোংবী,** লৈশানী (মোইবা'না হায়নবা), "ময়ূম কেগেনা নূরাবুদি শরা তো'বী ও তৌনা কৌএ'—চাঃথাঙঃপাঃ, —"কেগে চা নূরা শরা তো বী"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ
**শরা পোনবী চিনপাকপী,** ডান্থু,—'মমা লৈঙোই লৈকেমু চানা পোকপী চীনপাকপীসু তিম্রি নম্পু শেনশীঙ্গভ লাইবেন মতুং ইনগংশিএ" তুভেংঃ
**শরা লুমথাঙথৌ,** লাইবকী শরূ, অস্থি, চিন্তামণি, 'লা হৈ কুমঙ্গা ওরাংপগী লোইদাম কাত্তিক মেরা পাঙনি পানবদগী হৌনা শ্রীগুরু বৈষ্ণব লেংনা তিন, ব্রাহ্মণ পণ্ডিত পুমনা হুপ, পাত্রমিত্র য়াওনা দিবস মঙমথোগী মহা মহোৎসব অচৌববু কোয়ো হুমিং ৭ নি শুনা দান দক্ষিণা মশিংঙ, পালা থুংপু লেংশিন্না প্রকনীং লাইজা ঈনৌকা প্রেম আবেশ থোকনা বিজয় মণ্ডম লোইরবদা লাইরেন মৈতেং-ঙুগী য়ায়াপংবু পুঙ্গিং থাকাউদনা অস্থি শরা লুম-থাঙথৌ চিন্তামণি অচেৎপবু মা য়োই কোনজুংগী মংলেন পোয়জি মুংচানকমদা পোংলোই মশীংঙ, হাওশি ম'লেন চয়া অমন শোংলো লুতিনপে হায়-দবয়া"—চীংশঃগজঃ
**শরা হংজৈ লোয়া,** শো লোন্দুনা,—"ডাইবং নিংসাপালগী লাংলোল মথোঙ তরে মাদা থোয়ম

**লাইগী** মথোংঙদি দা শয়া হংনৈ পোয়া খোঙ থিংন- রিবে"—লাংলোন

**শয়াং ইতানশি,** ঐগী পাম্বোমদা শিবা তাল

**শয়ি,** উ মখল অমা

**শয়ি মৈখাংলৈ,** শৈ মৈতাল অয়াবা

**শয়েং,** পাম্বোম—"শয়েং পানবু ভিংনা লৈপুং কোই- হাউবা লমচংননা চরৈ কায়েংননা"—পোঃলুঃ

**শয়েং পাংগা তিংহুনা,** পাম্বোম তিংহনা

**শয়েং পালবু তিংবা,** পাম্বোম তিংবা,—"লাইরেন মৈতিংঙু তুবী চীংলেন নোংয়েন খোমবা মালং নোংগী চঙগুম্বনা শয়েং পালবু তিং থাঙলেন মথৌ হেয়া পাওমেল্লকও"—ওঃঙ্বা

**শয়েঙ থৈনবা পাম্বোম ঙানবা,** শামান লেং- মান্নবা থেংনবা, চাং য়েংনবা, হকথেংননা লান তৌনবা—"অমুম খোংনাং মনিন শাইবগা মমুম কেগে চাউবা পুংগা শয়েঙ থৈনসে পাম্বোম ঙান- সে"—মোইঃনংঃলম্বুঃ

**শয়েঙ পাম্বোম ঙানবা,** কয়া লাক্ল কানবা, শা- মান লেংমান্নবা অনী চাং য়েংনবা

**শয়েঙ মঙানবোম,** মপাম্বোম

**শয়েঙ মশা পাংমলা,** মপাম্বোম নাম্মনা

**শা,** শয়েঙ,—খুং তিংথেক্লগা খুংয়ায়গী খুদোনবী মতোন্দগী পাম্বোম মরু কাওবগী মশাং, "মরাক খুত্থুপ অমা মমুং শা কুইবা"—নুংঅঃ ; —"অঙাং নাউবা অপিশা হয়া খোঙথাং হৈত্রিবনা কোরৌ নোংমদোনগী লোইদাম থাজা পাগংবব শা খুংনা লাকলীংবগুম"—থলাঃনীংঃ

**শা.** য়ারৌ, মখোঙ মরি পানবা জীব

**শাই,** মমগী শাইজিন, লৈশাবীগী শমকক মখল অমা

**শাইগং পোল্লিবা,** লাই অমগী মিং

**শাইগং লৈহনবা,** শঙণ তৌবা (হয়ানবা)— "মীয়ন চোইশাবা শাইগং লৈহনবা নমু লিংজেন কত্তবশিংবু মিংয়েং শানখৈয়রক্লে"—মোইঃনিঃলম্বুঃ

**শাইজিন ইলুম লোল্লবা,** মুখ থংনবা, মুমলোয়বা

**শাই তাংবা,** মুখতাংবা, মুমদাংবা

**শাইরুক,** মখোঙ মাব পানবা থুমোক মচা জাং অমা

**শাইরুক তিন্নবা,** নুপী নিপা লোনবা য়ানবা মখল অমা, মবেন তিন্নবা,— নুপী অমনা মুমনাক শাগৈ অমগী নিপাদা ওঁহুনা মচা পোকলমলগা অভোয়া মুমনাক অমগী নুপাদা অমুক মমুখ নাই- তুনা মচা থরা পোকলবা, নুপী অহুনা পোকলিবা তেংঙান তোঙানবা মুমনাক্কী মচা অমশুঙ মশুশিং অত্থ লোনবা য়াদে মসিবু শাইরুক তিন্নবা কৌই। মসি মৈতৈগী চংনবীদা লুহোংবা লোনবা য়ানবা মখল অমনি; শাইরুক তিন্নবা মখল য়াশ্নি,— য়েক্কী শাইরুক তিন্নবা (মোইরাং অরিবগা চেংলৈ খাবা ঙানবগা শাইরুক তিন্নৈ), শাপকা কোয়বা শাইরুক তিন্নবা অসিনচিংবা।

**শাঙঙ,** মঙঙ মতৌ, শাঙঙ শাদা, মশাগী মঙঙ

**শাঙঙনবা,** শাঙঙ শাদা মানবা

**শাগন তুফাং লৈনবা,** মশা থপ্পা

**শাগৈ,** মুমনাক, নকুবা মরী মতা, কাঙলুপ, কাঙবু

**শাগৈ ঙাইরি,** শাগৈ নাতে ঙাইশেল মরী মতা,- "শাগৈ ঙাইরি য়েকনা লাং, লৈখ্যা কোম্পুং ওম্বা লাং"—লাংলোন

**শাগৈরেন,** জাগৈ জাং অকবা, অখোইবা শাগৈ

**শাংনা,** তেন্দনা, কুইনা

**শাংবা,** কুইবা, তেন্দবা

**শাংগু ঙমদমনা,** যাংবা মপুং ফানা

**শাচুং তেলহেবা,** থবানমিচাক, মৃগশিরা নক্ষত্র

**শাজং মুঙৈরান,** শা মু কংপা

**শাজন,** শজিগী জাং শা মখল অমা, থচরওবা শা

**শাজম নাবা,** লেংবান্দা খোংহুনা মী ময়ামনা পুবা, লেংখোং নাবা

**শাজম পুবা,** মী অনীনা মরেংবান্দা খোংহুনা পুবা

**শাজেন,** শাজেল, মিংনা শিংবা, খুংশেনবা

**শাজেল মুঙৈঙ শা,** শা মু হাপ্পা

**শাজৈ,** কুননবা চৈ, যাশা

**শাজৈ তাউবা,** শিংলি খোকপা

**শাজোন,** খোরাঙ, শেম শাবা

**শাজোর,** কম অমগী মিং

**শাৎতবা,** পোক্তবা,—"ইপাগি শাত্তে ইমোম ফুই-রে"—পোঃলুঃ

**শাত্তরিবা,** পোক্তিবা

**শাৎপা,** পোকপা, মপাম শাবা, শরা শনবা

**শাৎমাবা,** মপা, পম্বো, অপোকপা,—"ইপা পম্বো ইথোয়গী শাৎমাবদি শানলোন য়াম্বনে"—পোঃলুঃ

**শাৎমিয়ঙবা,** পোকমিয়রবা

**শাতারোই লাম্তারোই,** শামী লানমী,—"তুবী মায়রা শাতাবোই হুয়েন লাম্তারোই থৈবিকপু ঙাইরোয়ননা"—উঃঙবাঃ

**শাথিন,** চোংশিন্দুনা থিনবা তা থোঁশাবগী ফীবম অমা

**শাথিবা,** কা হেনবা, লাকনবা বাবা

**শাথৌ থোইবা,** কন্না থোবা

**শাথোবা,** শা থোত্নুনা চংহনবা

**শানওন,** লাওন, মপোক, অবতার— "য়োয়বু থোইমোম লাইবেম্মা মপোক শানওন হকপী চীংঙু শিন্দবনা পায়মা উনগোয়মুদা তাশিল্লে"-পোঃলুঃ

**শানওনথিবা,** ওনথিবা, ওইথবা

**শানখঙদবা,** খঙদবা,—"মচা মানা পোকপমে হায়ববু শানখঙদবগী য়াইবী কলগোনিকপবু থেংক্ল-গনে"—

**শানখঙবা,** খঙবা,—"কোরৌ অসি গুমিংসিদা শানখঙবা নঙাযএ"—উঃ(রাঃ)

**শানথৈবা( শানগৈবা ),** য়েংবা, উবা, মিৎ থিৎপা, মিৎয়েং তাবা, মিৎথিৎপা

**শান্দেংবা,** ঈরুজবা, শান্তেংবা

**শান্তাক্লবা** খঙচন্দবা, তাক্লবা

**শান্তেংবা,** ঈরু মায়থজবা, ইরুজবা

**শানথুম্না,** মাঙবা, খঙহন্দনা লৈবা, লোৎপা,—"দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্দি ভীষ্ম লানজিংবগী নাক্তা চঙনা শাম্বু পলুরে" মহাঃবিঃপঃ

**শান্দম্বা,** মতৌ মায়না তম্বা

**শান্দা তোয়লাও হোবা,** ঈরুজবা

**শায়ঙম্বা,** শায়রম্বা

**শান্না পাউলোইবা,** শায়বা

**শানকোংদবা,** খঙহন্দবা,—"অসাইউগী হায়নববু থোকাউয়রবরা কাউগুনো চঠৈ ফিগোন মুংগী পথো শানকোঙদববু"—চায়ঃ

**শানবা,** যাত্রা তৌবা, মকম অমা য়ৌননবা চৎপা হৌবা, থোঙশানবা "( শক ১৭১৮ পোয়সু ) ১৯ নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা অকায়হাও নাবা শাল্লে"—চৈঃকুম্বাঃ

**শানবা,** বায়বা পীবা, বায়হনবা, পুথোকপা, উপা হিদোকপা

**শানম,** শাগী নংগন

**শানম ঙাইথিংতোন,** অতোম্বা, খাদক, মচা অতোম্বা, মচানুপী অতোম্বী,—"মালেম নৈদা ওয়া মীকপলিবা অসিবু পলেম করি বানো পাউহংববু ইপারি শানম ঙাইথিংতোন কুশ চুংচানবা-ও"—উঃ(বাঃ), "হে ইনোয়ায় নঙবু ইমোম শানম ঙাই-থিংতোনগী মপারিনে"—চেংলৈঃ

**শানম থিৎপা,** শাগী মনংগন্দা থেৎপা

**শানশেম্বা,** শেম্বা

**শানশেম মতোল্লোম্বা,** শেম্বা লোইবা,—"চীংঙু নঙনা ম ল্লেম তাইপংপোনপা অসিবু শানশেম মতোল্লোম্বাপাকা তাউতনপা মহ মু অঙানপা ময়ুমনাক্তা থোইয়ম নথয়না তেংগৎথিরপাত্ত"—পাঃনোঃ

**শানাবা,** শা তানবা,—"মপন লীকলাবীচা নোং-দমু লিনগোইগী থোইদোম মান্দোম অনীমকনা য়াওরৌ শা নাবদা চকমোম খাম্বী মৈচেন্নরে" চায়ঃ

**শানা ফংবা,** গ্রহণ তৌবা,—"থানিন নোং থাঙজ-দা থা শানা ফংএ"—"থাশি লংমাইজিংদা মুমিংপু শানা ফংএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**শানু,** মচা নিঙোন,— "ইচুম্মা শাচুন নিংথৌ শাচুন লাংমৈলেম্বা ও নঙনা পানকবা পানক-রৌ শিংখা শিংখুম লোবু লোতামিয়বসিদি শানুরা শাপারা য়োমলোম্না য়োমদাংলা হায়না পাউহংববু চীংথোঙ পোইরৈত্তোন-ও শানু শাপা

নত্তে য়োমলোই য়োয়দাংনে"মোইংনিংলম্:
**শান্নুবি চৈরে ফি শেৎপা,** ফি তাখংতুনা শেৎপা
**শানৈহোবা,** শা ময়াং কায়না চাবা
**শানৌ,** মনাউ ইবেম্মা, মতু,—"শানৌ, মাদি লানবা য়াগোইয়ে, মথয়নক্তা শীংগুমলকপনে"—হেঃ:
মনাউ নিপা,—"ইশানৌ সীতা থমলুরো শানৌ-ও চীংগু কোলোয় ইমিং থীবনা কত্তে"—উঃ(রাঃ)
**শানৌ ইনেম্মচা,** ইতু, ইনাউ ইবেম্মা
**শানৌত্তোন,** ইনাউত্তোন, ইনাউ অতোন্বা
**শাপনলোপা,** পাখং (মোইরাংনা হায়নবা),—"ময়ম কেগেনা তেংথানৈঞ্র পাখংবুদি শাপন লোপা ও ত্তৌনা কৌঞ্র"—
**শা পায়বা,** মকোক ওইবা, খুাইদগী অথোইবা ওইবা, মমাউঙদা লমজেন তান্নবদা লমজেন চেলশিবা মীশিং অদুনা লমথাকমদগী চেল্লকগা কংলা উত্রা মমাঙগা মমায় নোংচুপ পাংনা নৈরম্বা অশাবা শা অমী অদু চোংখত্তুনা পায়বা হানবা অদুনা লমজেন থোইনৈ হাষদুনা মাসিদগী শা পায়বা হায়বা বাহৈ অসি থোকখি।
**শাপ্রেৎ,** "মৈরম থংবা চীংশা নাপোমদি শাপ্রেৎ থোকঞ্র। মফমদি শঙলেনগী মনাকনে"পাঃনাউঃ
**শাপৈ য়েংবা,** শা অমনা ঈরাংলগা অক কত্তা খুদম য়েংনবা
**শাপৈ ৎ,** শগোল শাবন
**শাফবা,** থরা কবা
**শাফবা,** মশা কবা
**শাফবী,** মশা মউ কবী, লাইবক কবী
**শাফা,** মচানিপা, পিব।
**শাফা ঈশৈ,** শা কারগা মাচুগী কত্তবা দোষ কোকনবা অমসুং ত্তেকাশন হন্তিন্দনবা লাকাক থাকপদা শকপা ঈশৈ
**শাফা লানফাগী মনা,** শা লান কাবগী অকল-অথোদা পীবা মনা—লাইম্নিংথৌগী (মৈতৈ নিংথৌগী) মনাই অকল অথৌবনা শাফা লানফাবদা পীনরম্বা মনাদি:—লানফা অহানবদা পজেঙ, শাফা অহানবদা পরিকি; লানফা অনিরক্তা লুপা নৈথম, শাফা অহুমদা পজেঙ, লানফা অহুমলক্তা লাংমৈ মতু, শাফা মঙারক্তা লুপা নৈথম, লানফা মরীদা পজেঙ খোকয়োম্বা, শাফা তরেংলক্তা লাংমৈ মতু, লানফা মঙারক্তা সনা নৈথম ফীরান অকৈবা, শাফা মাপল্লক্তা পজেঙ খোকয়োম, লানফা তরুকলক্তা ফীরান মথক কৈবা, শাফা তরামাথোইরক্তা সনা নৈথম ফীরান অঙাঙবনা কৈবা, লানফা তরেৎলক্তা থামেন চপ্পা ফীরান, শাফা তরাহুমদোইদা ফীরান অঙাঙবনা মথাদা কৈবা, লানফ নীপানলক্তা বানফক ফীরান নাশাই, শাফা তরামঙাদা থামেনচপ্পা কুরিং, লানফা মাপল্লক' নিংথৌ ফি ভাজীন খোকতোন লাংমৈ হাপ্পা, শাফা তরাতরেৎত্তা খোঙদোন লাংমৈ হাপকনি। লানফা তরারক্তা খোজ্রাই মথা, শাফা কুন্নাথোইদা খোজ্রাই মথা, লানফা তরামাথোইরক্তে খোজ্রাই মথক, শাফা কুনহুমদোইদা খোজ্রাই মথক, লানফা তরানীথোইরক্তা খুবোম য়াই, শাফা কুনমঙাদা খুবোম য়াই, লানফা তরাহুমদোইদা খুদাং য়াই, শাফা কুন্তরেৎতা খুদাং য়াই, লানফা তরামরিরক্তা চপথাঙ, শাফা কুনমাপন্দা চপথাঙ, লানফা তরামঙারক্তা পজেঙ খোনমা থক্তা খোনমা, শাফা কুন্থ্রামাথোইদ' পজেঙ খোনমা থক্তা খোনমা, লানফা তরাতরুক্তা মৈবুনথাঙ, শাফা কুন্থ্রাহুমদোইদা মৈবুনথাঙ, লানফা তরাতরেক্তা নিংথৌসু কারবদি শাশীং চামা গুরে লানশীং চাম' গুরে তাঙবল্লোই পীগনি। শাফা কুন্থ্রামঙাদা নিংথৌ কন্না কারবদি শাশীং চামা গুরে হায়বা, য়াই, থাঙবন লোই পীবা য়াই, চীংগোন থেজাবস্থ য়ারে,; নিংথৌ কন্নবদি শাগা চামামঙাদা থাঙবন চায়। লাইম্নিংথৌ থাগেম্বা হাক্তক্তা লৌগী মহুং ফি পীবা হৌখি অদুগী পরি ফি কৌই। লান্দি ফীরান অঙৌবনে শাদি ফীরান অঙাঙবনে। অমরক' হৌবদি পজেঙনা হৌঞ্র; অমসুঙ লাইম্নিংথৌগী (নিংথৌগী) মমাঙদা লান কারবদি নিংথৌ ফি বানফক পীগান।
**শাফি লানফি,** শা লানগী ফিজেৎ
**শাফু,** মিথুন য়াশ
**শাফু,** চৈক

**শাপুংক্ষু,** ইবান, য়েপ্পাং খোংনবা পাত্র

**শাবন,** অতোওবা লম্পাক, য়াওদোঙ,— "শাবন উয়িং ৰায়িং হোৌদষবু উয়িং ৰায়িং হোৌবগে" উমংলোন ; "চৌনবান মোইগায় য়াংপু শাবন তয়াল হৈগুম মোইগায় ওওনা হেনবা" ধঃলাঃনীঃ; শগোল তোংবা মীনা কয়বা শগোল মথক্তা হাপ্পা কম্ফম

**শাবন কৌক্রক,** পাংকী উচেক মথন অমা

**শাবন লাংথাক্পা লমলক লুথুপা মসুং খোংগা-পরৈনবা,** নিপা নুপী লেংয়া ডাওনবা

**শাবন লৈরি মংহেকখাক,** মীনা হেকপদগী চিথ হৌবা শাবন্দা হৌবা লৈরি

**শাবাইবা,** পাদোংবা, নিপা নুপী তিন্নবা

**শাবাং ডাপাং,** অপোকপা থুরুস্বনচিংবদা শীজিন্নবা ডাগী ডাপাং, শাগী শাপাং

**শাবি,** মর্ব, মপুবোইবা,—"হে ঈশাবি লাইমু নীংবা-ও শাবি নওদি নিপা মীওই চঙখোল্লে"— ধঃলাঃনীঃ

**শাবি ইতৈ লৈমা** ইতৈমা লৈমা

**শাবি ইনেম্মচা,** ইৰা ইপুরোয়বা

**শাবিরৈ,** ময়াম্বা

**শাবি ঈ** ইয়াম্বগী ঈ, তাদগী কাওলুপ

**শাবি লাংলেনহল,** তাখন, ইয়াম্বা অকন,—"শাবি নোংয়ায় লাংলেনহনও ৰাকমা হপদী মপা পি লংগুং চীস্তাই শমনা মুংমৈ নারিন শানবিঙ"— ধঃলাঃনীঃ

**শাবৈ য়েংবা,** শাপৈ য়েংবা ঈরাং পুজা তৌরগা শাদা অক কত্তা খুদম খওনবা য়েংবা ময়েং অমা

**শামখোম্বা,** খেম্বা

**শাম্বা,** ইবোইবা,— "পোয়নৌ ইত্তা লেমলৈ ডা-রৈমদি লাইজা ঈগী মচানিনীনা শাম্বা ঈরোইননা ইমু খোজাওনা ইডৌ শাৰাইননা লাইজা ঈরান-খিরে হায়দবর ? কৌঃৰাঃ ; মপুং কাদবা, মমি শাম্বা, উ জাৎ অমা

**শামাঙ,** মমাঙ, তাজীন, শা মমাঙ

**শামাঙ হেনবা,** মাঙ থাবা, মাঙদা চৎপা

**শামাবা,** শেগায়বা

**শামায়,** শগোল য়াচনী মমায়দা হাপ্পা লৈত্তে, শল শগোলনচি বা শাগী মমায়

**শামি লানমী,** ওতিয়াদা পাইবা পাক্রবা লৈচিন জাং অমা, খুয়াদা মক্সুং মক্সুং চাশিনবা অনাবা অমা

**শামি লানমি নেৎপা,** তা শৌশারোনগী কীবম কিহ্নপ অমা

**শামু,** লাংগোই লুৰাংবা, লাংগোই মোইশা য়া

**শামুক,** মখোঙ অস্থম পানবা পোচৈ থাংগৎনবা ধাতুনা (য়োং নক্রগা পিগ্াইনা) শাবা পোংশক অমা, -"শামুক মাঙদা থা মোল্লাং য়ায়দা চন"— হেঙ্কঃ

**শামুক,** শল—"শামুক ইরোই খোমলকএ"— চৈঃকুম্বা

**শামুক লাবা,** শল্লাবা, কাংবেন

**শামু কাতি,** শামু খৌবদা (চৎহনবদা) শীজিন্নবা খুৎলাই

**শামু চাগোক,** নাউরোন থুদবা, চাগোক লনবা, মতম শাংনা কান্নরগা মচা পোকপা (নাউরোন তাবা)

**শামু তায়বোৎ,** শমু তোংবদা কয়বা শামু মথক্তা থাবা কম্ফম

**শামু থাওকোকপা,** ময়া অশাংবা অনী খিন্দোক-পদু য়াওদবা শামু, ময়া পান্দবা শামু -"উত্রা মাওদা শামু থাওকোকপা য়েংবদা মাউং শামু শেনবা ময়াং অমা হাংলে"—চৈঃকুম্বাঃ

**শামু পীচা,** থবানমিচাক, উত্তরফল্গুণী নক্ষত্র

**শামু লমশা,** লমলক্তা লৈবা শামু অভাওবা

**শামু ৱাক্লম নিংথৌ ৱাক্লম,** মীনা কত্তবা তৌ-গিবদু কাউবা নৈতবা তাঞ্জ ডাইভুনা লৈবা, লমন খুয়বা তাঞ্জা ডাইভুনা লৈবা

**শামু শঙ,** শামু থম্ফম, শামু লৈকম, শামু শেনবা মীগী লোয়শঙ

**শামু শেনবা,** কম অমা, মাউৎ,—"শামু থাওকোক-পসুং শকমদা ডাওভুনা শামু শেনবা কৈথেল্লাক-

পমচা অমা শোকএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**শামু শেনবা হজবা**, কম অমা, শামু হজবা
**শামু য়াইশা**, শামু ময়ামগী মকোক,—"পানা মরি-মা শামু য়াইশা ফাপা চংএ" - চৈঃকুম্বা
**শামু য়াপনবা**, ময়া বিল্লোকলবা শামু,—"কৌক্র-দগী শামু য়াপনবা অমা লোইয়া মশাং ইচুম বা-রোইটাং য়োনা কুমথরকপবু লমাবম দেবান, কাং-ওবমচা মেঙোর অনৌমানা হোইগত্তুনা শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজনা ইঙৌরোক্তা থত্তুনা কায়'-চৈঃকুম্বাঃ -- 'শামু য়াপনবা অমা ফারকএ"—চৈঃকুম্বা
**শামু যুমফম**, যুমকম কায়াং মাপনগী মঙ্গংদা অৰাং থংবা কায়াং—কাক যুমকমগী মনিঙ লোনা যুমকমগী মমাঙ শঙাই যুমকমগী অৰাং থংবা মফম
**শামোক**, শল—"নমু পো দি থা তরা শামোক থা তরা শগোল থা তরা ইরোই থা তরা শামু থা তরা হামেঙ থা মডা"—পোং নিং
**শারম**, শাগী চংন থোকনকম
**শারম লীবা**, শাগী খোঙুন লীবা, শাগী লম্বী থীবা
**শারাইতাঙ**, শা লাইতাঙ, মরাইবক তাঙবা শা, —"চীংলেন নাপোম অমদি কাইবী য়েক শঙম শারাইতাঙমা থোক্লকমনে"—পোঃলুঃ
**শারি**, মোরোক
**শারুংবা**, কম অমা,—'নিংথৌগী মমাঙদা শারুংবা শগোল তোংবা নত্তনা শগোল তোংকদে"—কম-লোন ; শারুংবম যুমনাক ওইবা নিপা
**শারেন**, য়েং, শা অথোইবা, শাগী নিংথৌ, নোংশা —"চাংঙু নোংথৌ সোয়ারেন্দি ঙাঙোই য়োয়-মোংবগী শারেন য়েংলম লেপ"—ভুতেং ; "শারেন নোংশা অকনবগী সিংহ মপারিঙমে"—লাংশঃথাঃ
**শারেন তাকম ( তাকম ) য়াদা চীকনা**, থুং য়েংনা হক্কুনা নাপী চীক্কুনা ( বাশকপদা শীজিন্নবা ),— "থোয়মা ঈমায় ওক্লরোইএ হায়না শারেন তাকবু য়াদা চীক, সনা মাঙলম য়েংনা হাউমন শিংপাক শায়না থৌতোংথিয়ে" থঃথাঃহিঃ
**শারেন হিংসোই শায়বা**, শদুম শদুম হিংনা চাবা —'লোইবী কাক এমুবা শীংলেন লৈপাম ভুচিনবা চেকপা হাথোইবনা থাঙজি মিতম চেন শারেন হিংসোই শায়না পাউদোইনববু শোংকিও"—চায়ঃ
**শারোকপুং**, কংলা
**শারোং ফি**, মাইবীনা শীজিন্নবা ( মমাঙৈঙদা লাই পাপ্রথমদনা শাবা ) ফি অাং অমা, মাইবীগী মনা ফি
**শালওন**, মপোক, লাং ওন
**শালওন হকপা**, মপোক লাং ওন তেম্বনা ওনবা
**শালশেল্পা**, শেল্পা
**শালোন**, মাথা
**শালহান্নবা**, তাহন্দবা
**শালোল্লকলবা**, মশক ওল্লকলবা
**শারা**, শো,—অশিবা লৈকম, লাইবক, খেলাই
**শ রাইথৌ**, লমহুই—"তাউবা হুইখোং খোল্দি পামেন উমংলক অসিদা য়াংগোইরিবা লমহুই শা-রাইথৌনবু নরিঙৈনে লৈঙমলোইএ"—ধঃলাঃনীঃ
**শারা ইনবা**, শগয়া লাম্বা
**শারা কুগুপ চুংবা**, মতু চুংবা
**শারা তুরোই থীবা**, মরাইবক থাবা
**শারা মীথুরোন**, মীগী লোন
**শারা পনথন ঈ**, হুমাং
**শারা চাজুম পাংথৈবা**, ধাতুনা শাদুনা লৈতেং ওইনবা চাপ্পা
**শারা শিগাই হোবা**, মতু চোম্বা
**শারোন কোই**, শা য়ামনা লৈবা মফম
**শায়বা ফিয়ানবা তিংথং খোঙচঙবা**, খোঙ তিং-থং হুবা, -"খুমন খোইমে.ম্বদি পোইরৈ যুমলক চঙনা লখান কাইগারবদা শায়বা ফিয়াল্লে তিংথং খোঙচঙদে"--চায়ঃ
**শায়া অপানবা**, শামু ময়া অঙৌবা
**শায়াকোৎ**, লাইশোন অমা
**শায়াকোৎ চঙনবা**, শামু শোঙ চঙনবা
**শায়েং কাইবা**, শা হাংপা, শা কাবা
**শায়া শেনবা**, লোয়শঙ অমগী মিং,—থোয়বু মৈতৈ লৈমা মদাইরেম শায়া শেনবরোই শঙলেন য়াইনে" - অঃলাঙ্গঃ

**শায়াঙথক,** শাগী মনক্সল মথক ( শগোল নত্রগা শাঙ্গুগী মথক্তা তোংবা ), —"লা'গোই শায়াঙথক্তা কোয়োয় শিন্নান পু'নে" – অ:লাল্লু:

**শায়োককোন,** শা য়োকক্ষম

**শিওকলম,** অশিবা ওকপা লম ( মক্ষম )

**শিওংবা,** চংহনবা

**শিওংহনবা,** চংহনবা,—"হাওরে অৱাং লাইনা পাংবরম মম্ব লুংবান হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবদা শিওংহনগে হায়না অনৌবা শংলৌ ভমদমখিয়ে" —না:ক:কা:

**শিথৈনগে ভ্রেমশীংবা,** শিমিন্নগে হায়নবা

**শিথৈনবা,** শিমিন্নবা

**শিংখাং খনফৈ লৈনময়্ম,** কাবৈ, লৈমু

**শিজম্বা,** শীং য়ানবা, শীং চনবা

**শিজমহনবা,** শীং চনহনবা

**শিজা,** চীন্না কামহনা পোংনবা মন্ত্র মথন অমা

**শিজারেং,** শীং মপুন

**শিঙেঙন,** লৈ, লৈরাং

**শিংমিৎ,** শিং মমিং, কি শাবদা থম্মনবা ( শি'মৎ ) পজেঙ

**শিংলি ভোলোম্বা,** নিপাগী হকচাং, ফিগুলুং, লিঙ্গ

**শিংশুবা,** ক্ষম অমা,—"শি'শুবদি পাগংবনা কুচুদা ক্ষমলবদা পুরৈরোম্বনা শিং থাইএ অতুদগী বোকলকএ, পুরৈরোম্বগী ক্ষমনে"—ক্ষমলোন

**শিখি,** খোঙ্গা খীবা, য়াথং অয়াকপা

**শিখি থোকপা,** চাকখি থোকপা

**শিখিবা,** হাংপা

**শিদখিবা,** শিখিদবা, থৱায় মাঙখিদবা,—"নো'মায় হাওবা অথৌবদি শিগবরা শিদখিয়ে"—চায়:

**শিদ নাদয়াই,** শিদনবা নাদনবা মখি

**শিদ নাদয়েন,** তিন,—"শিদ নাদয়েন কৌবদি তিয়ে"—পো:শেক:

**শিদবাই,** শিখিদবা মক্ষম,—"লমলেন বায়শেন পুলৈপান ভাংচা চৈহন্নম মখিং কোঙাবা শিদবাই"-চায়:

**শিদ হীদাক,** পুনশি নোংশাংহন্নবা হীদাক

**শিদয়াই,** পুন্সি শাংদোকহন্নবা য়াই

**শিন,** থৌ

**শিন্নু ঈ,** চেম্বরকপা ঈশিং

**শিন্নুক্ববা,** অমুক অমুক শিন্ন শিন্নবা থকমিন্নবা,—"বাংলৈ খোমহান্নকপবু লৈএ থকমিন্নখিগে হায়না খোঙ্গাং তাদোন থক্না চাকয়োম্নবু লানজানখিয়ে বাংলৈ থাংদমখোমবু শিনথকনখিয়ে"—চায়:

**শিন্নম্বা,** থবক হৈনবা তম্বা

**শিন্নমশঙ,** মহৈ-মশিং তন্দ্বম

**শিন্নাংবা,** শিন্নংবা, শিন তাংবা

**শিন্নাইক্ষম,** থবক শূক্ষম

**শিনশঙ,** থবক শূক্ষম, পোৎ শাক্ষম শঙ

**শিনয়োম,** গর্ভ,—"শিনয়োম লুংগী ইরকপা কোঙয়াং বা-ই ইরকপা খেংকরোই দে"—কুমদম:

**শিনাই,** থুংশা হৈবা মী

**শিনাই নানি লোঙবা,** মচীন অনী লোঙবা লম্বু,—"হুযেন লান্নিগীদি কেকে হাওতক লমক্ষম চৈ থুগা লমলোকচৈ, কেকে লম্মসি লম্মচাউ ফানা চৈনে, শিনাই নানিলোঙবনা খোকলাং কামু চৈ মোমঙ্গু হৈকোয় য়েকথিৎক্ষদবা চৈনে"—অ:লাল্লু:

**শিনাই য়ানাইবা,** কোম্নচৎ চৎতুনা লৈবা

**শিন্নুং,** নিপা নূপী থঙনবা হকচাংগী থূক্ষম, ফিন্নুং, হকচাং, লাই

**শিনৌ,** লশিং,—"শিনৌ লশিং তীনগুম য়াতাৰীনা মিরেন থাবু থ না হ স্বামী কেরেৌ ইনোংথৌ মশানৌ থোইমোম লাইবু নাংবা-ও কোয়োয় ইশজাইদি থাবী মৈপোকথোকনকলে হায়না মীকপখিয়ে"—ধ:লা:নী:

**শিনৌ লোংথোনবা,** নোংথোনবা, ক্ষম অমা, খুনকাংথৌ মাপনগী মহুংদা অমা, নিংথৌ পোংবা তরাগী মহুংদা অমা, মৈতৈ নিংথৌনা ক্ষমাল তোংবদা নোংথোনবনা চকথাঙ কান্নি, "লংমাইথেব কীর্ত্তি নঙদি শিনৌ নোংথোনববু ক'জখিঙ"-ঊ:ঙবা:

**শিনৌ লকা মোইনায়ক্তোন,** নাংবিজ্বা য়ায়থোং

**শিফা,** লৈচিন

**শিফা নিকপা,** কিবা, ক্ষীবম চেম্ববা, পাংগল শোনবা,—"লৈথোঙ নোংথোঙ শিফা নিকলবদা লাংও"—য়াংবী ঊরাং

**শিকায়াং,** লৈচিন,—"লুংলোং ইমমথাঙদি লৈচিম

শিকারাংদে তিমেন ইখুৎখুদি নোংলেম চাইজি মরাও লৌথমে''—পোঃলুঃ

**শিরৈ তেংবা,** অশিবদা লৈতেংবা, শরূদা লৈতেংবা

**শিরৈ লৈলিং,** থবানমিচাক—উত্তর ভাদ্রপদ নক্ষত্র

**শিল্লংনবা,** শিল্লাইবা, থবক শূবা,—হয়েং কোরৌ নোংলাংপাস্তা য়িহু করিনা শিল্লংনা য়িমৌ করিনা শিস্তাক্রুশিবনো হায়না শোনমোইরম্মে''—

খোংঃনোংকাঃ

**শিল্লরোম্বা,** লৌশিং মপু কাব্রিবা, অপঙবা, খঙদ হৈতরিবা,—''খোয়ম সনা নপোঙখা থম্বাল লৈকা মানবদা লৌশিং নাবা শৈদমপাল পায়মা শিল্লরোম্বনা চরৈ ওক্তা য়েং, ইয়া ন্যপী চীক লুবাই শমদোংকোয় খুবাং চাংজো চেপ্পা লোন্না হন্না পুক্নমজরক্কে''—লাংলোন

**শিল্লৌ কা,** থবক শূকম কা

**শিয়েং,** কনাগুম্বা মী অমা শিরগা মাগী মখৌ মঙম তৌবগী মতেং পাংনবা পোৎয়েংবা

**শিয়োম,** গর্ভ,—''ঙাঙোই লৈমগী শিয়োমদুংদা লাইগ্নিংথৌ অশীবা লাইনা তাইবঙ মপোক্পা পোক্কে হায়দনা চঙলম্মী

**শীং,** মুমিৎ, উপী, মৈ থাননবা বা নক্ত্রগা উ অকংবা

**শীংখনফি,** ( মমাঙৈঙদা থোইদিংজমদনা শাবা ) ফি অাং অমা,—''খোইদিংজম নঙদি শী খনাক শাউ''—লোঃশিনয়েন

**শীংগুম্বা,** শিবা,- ''নঙদি পুক্নবোই নভোম শীংগুমজবনে''—হেজ্:

**শীং তরেৎ,** মুমিং চয়োল তরেৎ

**শীংঙেন,** লৈ, শীংলেন

**শীংঙেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙা,** কান্নদবা অরেম্বা

**শীংঙেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ব্রাওইনবা,** করিস্থু কান্নদবা অরেম্বদা থৎনবা, -'খেন্দে নিংথো হাওতক লাইবনা পাখৌ ইবিঙাদি শীংঙেন অরেম্বা লৈরাং অতি ঙাবু ব্রাওইনৈএ''—চায়ঃ

**শীংঙেন ইচু থাউ লৈরাং ইরাক চাম্বা,** কুচু কুমেন খোক্কবা

**শীংচেপ মৈরা,** মৈরা

**শীংচেপ মৈরা হাইজো থানবা,** মৈরা থানবা

**শীংজও লৈতোই চনবা,** পীংজওনা য়ানবা,—''চীংলেন নোংগা ভান্নকলবদি শীংজও লৈতোইচন পামেন উক্তুপ তোংজেং নাউমৈ ককনা লাইরেন শাংবা য়াভাগে হাম্নরঙেনে''—হিঃহিঃ

**শীংজা,** শীং মচা

**শীংজা অমুবা,** কাক, ''পোনবী য়োমদম পৈরবগী শীংজা অমুবা অসিদি করম য়ামনা তাবনো হায়নপিয়ে অদু নোংগীবু কাক্কা-ও তৌনা কৌএ''—

মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**শীংজা খেঙ্গী,** লাইবক্কী লাইরেম্মা, মহৈ মশিংগী লাইবেম্মা

**শীংজা ব্রাইকোইফদবা,** শীং চনবা চৎপা য়াদবা, ''ইরোই কাংপোং খোমলরে,শীংজা ব্রাইকোইফদরে''

—শমঃগুম্বা

**শীংজা ব্রাইকোইবা,** শীং চনবা, শীং চনবা চৎপা, থবক ইনথাং চৎপা,—''নোংমাই শীংজা ব্রাকোইবনা না তারকএ''—চায়ঃ

**শীংজেনবাই,** শীং চনবা লম, শীং চনফম

**শীংতুম নীজোয় য়েকপা খোইয়ুম লাইনিংথৌ,** বিধি নোংদম্বা ''থৎপা য়োইথৎলেন শীংকাপ লোংনা থাবা শীংতুম ( শীংতুম ) নীংকোয় ( নীজোয় ) য়েকপা মাকমৈ লুরেন থনপা, নমু কমকম শীনপা''

কোংনোংকাঃ

**শীংপৈথেন,** শীং পৈফম, শীংজমৈ

**শীংনমুম,** মুমিৎ মশীং

**শীংমিৎ,** শীংচেপ, ছুই, কাওথমচিংবা লেংনবা পজেং অশাংবা

**শীংবী,** শীং

**শীংবী ঙামজাউ পৈবা,** শীং পৈবা

**শীংবী মকারাম্বা,** শীং থাড়না মৈ কম্না য়াঙবা

**শীংলেন,** লৈ,—''খুৎকাং চাংজৌ তরামকপু শীংলেন লৈহাউ অগ্নিগুম নীংথিয়ে''—বিঃপঃ(মহাঃ) 'শীংলেন লৈয়াম কৎনা পুক্নমবিরম্মো''—জিঃচঃ

**শীংলেন চুনবা,** চিনবদা নক্ত্রগা খেৎপদা পকচবা

লৈক্লবা,—"শী'লেন চুনবা লৈরাং নিংখিববু কোক্-লেন লুকম হেন"—পাঃনোং

**শীংলেন তাইজবী**, ওক্তবী নূপী, মমিৎ য়াম্বী নূপী —"নংগী শকেম পোরমাংবী অহুংগুগুণ বিদ্যাধরী বেশ্যা শীংলেন তাইজবী নটীনী হাম পোইবীনে'—লাংশংথাঃ, "বেশ্যা শীংলেন তাইজবীগী মপারি নগনা বারম মপা পোতুনা পাউমেল্লিবা অসিবু মরম করিদগীনো ?—লাংশংথাঃ

**শীংলেন পুনবা লৈ**, লৈ নাচোম

**শীংলেন মচু থাউ লৈরাং মরাক চাম্বা**, পৎপা, পুম্বা, কম্বা

**শীংয়েন**, শী লেন, লৈ

**শীজমরা**, নিংথেম ময়ুমগী নিংডোন মরা, -"শীজমরা, অয়াম্বা অতৈদি অঙাং কৌগনি"- মশিন

**শীজা**, মীবু শীজিন্নবা ওম্বী ফুপী, নিংথেমচা ওংবী, অঙোম চম্নু

**শুংদাই**, মতং

**শুক্তা শোইদাবা**, মচা মশু মথং মথং পোকপা

**শুকনাউ শোইনাউবা**, মচা থারা কৌবা, মচা লীকপা,--"হোয়দা নঙদি অদুগীবু শুকনাউ শোইনাউ-বনে"—নিংলম্নুঃ

**শুকনৌ শোইনৌবা**, মচা থারা কৌবা

**শুকহন শোইহনবা**, মচা পোকলগা শিবা,—"নঙদি অদুগীবু শুকহন শোইহনবনে" - নিংলম্নুঃ

**শুকহোং শোইহোংবা**, থারা য়ামদবা,—"নঙদি অদুগীবু শুকহোং শোইহোংবনে" – নিংলম্নুঃ

**শূকম্**, শূক,—"চীংশাং পনগা লাউ তাউবা কাঙ-দেন শূ, শূকম্ লেংবোংনা তিমেন ঙানোই চোং থাঙলেন খেরাং থাং য়াইবী কলহৌনিক্লা লংমাই অচোং য়িমলেনবা মরানয়ায়বু য়িমলেন শাইগঙ কোয়না পাওমেনগিয়ে"—নাঃকঃকাঃ

**শূকম্ থনবা**, পোকপা, পোকলিবা,"শূকম্ থনবা হায়বাদ পোকলিববু কৌএ"—খঃরামেশ্বোই

**শূকম্ থনবা লাংয়া থনবা**, অপোক অশি,—"শূকম্ থনববু হাহনা লাংয়া থনববু বাক্তেখে"— পোঃলুঃ

**শূকম্ লেংখোংনা**, শূক লেংদা খোংহুনা

**শূমখোংপান**, অখোইবা লম,—"মরাম শূমখোং-পান কংলা খোনতরেৎ খোল্লাংমে"—নুংঃঅচোঃ

**শূমদাউ হন্দরবা**, শূম তাউ চাদবা

**শূম্বন তেরানশৈ**, কৌত ঈশৈ,—"শূকম্ লৈতম-কেন চেক্লজা মায়ক্তৌ তানওম্বদা শূম্বন তেরানশৈবু অশৈ তেংথাননা"—থুঃনিংলম্নুঃ

**শূমমিৎ লোঙবা**, শূম চাদবা

**শূম্মী**, শূম্বন

**শূমলৈমা**, নোংমাইথেম চম্নু,—"শূমলৈমা হায়না তেংথাপতি লংমাইথেম চম্নুপু থাএ"—পেনঃতংখো

**শূমলোই**, মপুন

**শূমায়**, শূমাঙ,—"নয়াম্মা লৈমা ঐবুদি শূমায় লুং-নাংকরোই"—চেংলৈ, "খুবাক তবুং কু চুগোই লেপলৌ শা নোয়না ওমদম হৌ কৈরোই মনিন নাই হবাউ মরাং কায়রবলে শূমায় হাফুকমদা 'নম্ মীয়াম তিন্না কেকে মরাঙ হৌ মোইরাং মনিন নাইনা পালংৌরবলে হায়দবরা"—মোইঃনিংলম্নুঃ

**শূমাঙ ঈনখানকম**, শূমাঙদা অশিবা পুথোককম

**শূমাঙ উরোং খিনবা**, হৈজিংপোংৎ পুবা, নিঙোন থাজবা, শীবা

**শূমাঙ কংশিবা**, শূমাংদা পুথোকপা

**শূমায় লুংনাংদবা** শূমাঙদা থোক্তব, 'শূমায় লুংনাংদে কংলৈ য়াথোক্তে"—তোরৈঃ

**শূমায় লুংনাংপান**, শূমাঙ

**শূমায় নোংলাংবা**, শূমাঙদা থোকপা

**শূমাঙ য়াংদেবা**, শূমাঙদা পুথোকপা

**শূরোন**, মশূ মরোন মরোন

**শেকচুপ**, উচুক

**শেকচুম ঈ**, চেন্দরকলবা ঈশিং, তাথরকপা ঈশিং

**শেকচুম পন্দাই ওইবা**, উচুক ওইবা,—"নপন ঐগী সনা ইখোঙ থাদা হান্না য়াইথুংলবদি তাইবঙ নোংশাপাংগী শেকচুম পন্দাই ওই তেংনৌ য়োংশী হুইরেন ওইনা মংলেম চিখেক মরিমকপু শমু খুত্তা থুমহনগে"—পোঃলুঃ

**শেক্তা**, লৈঙোই,—"লৈঙোই শেক্তা থক্তা থাম্রন তেংগোম অনী লিংনা তিংগা তেম্মারথক্তা কানার পরেপ শেম খুদোং খিংকাপননা পোইরৈ চেমদ'

থাম্বন চাইনদবা হুয়েন লানশোকনববু লাইরেন মৈদিংগু লিনবাই কান্নৌ মবাম্বনা লিক্লাই নোংশা খেচাইবা লাংগোই মোইশা য়ানা থম্বাল লাকোং চাইবগুম থাম্রন তেংগোন কায়রে"—নিংলমুং

**শেকনমনরম্বা**, মরাং কায়রম্বা

**শেকনীং**, মনীং, মথা— "লৈবাক্কী শেকনীংদগী হৌনা ভাইবং পানবা 'ক্লাওনা কম্বাল তোংলে"—লৈংনাউং

**শেকপিন**, পে, ছত্র,—"শেকপিন মথোন মাপন গুববু থাম্জনা"—মশিন

**শেকমোম কাইমোম**, মিরাং

**শেং**, কৈপাক (মোইরাংনা হায়নবা),—"কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনবদি কৈবাকপু শেং-ও তেকপবুদি কোইরবা-ও কোঅ্র"—মোইংনিংলমুং

**শেংগম**, পোলা'খোক,ভাকলৌ,—"থোংভাক অশি থেন্দা লাংনবা পোংয়াওদি—হাওফি অমা ফমফি অমা ফীরাক অনী থাকন অমা ফিদ। অমা উচি-বা মগ্তা থোইরু থাউমৈ মগ্তা ফীবান মগ্তা য়োং-পাক খুবোম কুইবা অমা কাপলেন পাকপা ভাক লৌ শেংগম পৌরোন য়োংপী লুতুম্বা খুবোম কুই-বা অমা নুংথং অমা থাও অমা য়োং অমা তোক অমা লকোই লকাং ভবেং চু হৈ অথুম অহাউ অয়াম্বা লাকোন অহম কা ভবেং মনা লৈশ-মরোং মরি য়েরুম অমা চেগু অমা কৌদাং অমা থুম কাগুপ শেন কাগুপ ভাবী ভাভাং লিকোন কম্বী থোইজু লৈথাম পুকবু লাইমু হৈবী মনা শিংজু কোনয়াই পু মরি"—চীংলাইং

**শেংগম থোংবা**, চীংদুনা লৈবা,—"পানবা কৈ দান লোয়না লীরি থমোয় ভি লকা তেনমৈ লাক-না য়ায়রা শেংগম থোংববু পাখং খুবী যৌরাই মেল্লা তেনশীংবা শগুলেন য়াইনে"—অংলাক্লুং

**শেংগম লাকলৌ মুংবা**, উ মুংবা

**শেংগোই**, পীথ্রাই

**শেংগোই ঈ**, হমাং

**শেংগোইবা**, ঈকাইবা

**শেংগোইরোকপা**, শেন তোপ্পা

**শেংচরৌ**, কনগৌবা

**শেংথাকপা**, গুনহনবা

**শেংবা**, অমোং অকায় লৈহন্দবা, তরু তরু থম্বা

**শেংরা তরে কাবা**, অকিবা লৈত্তবা

**শেহনবা**, খাইনবা, কায়নবা,—"ইথংলেনমু শেহন-রে"—হেঙ্গু:

**শেদৌ তৌ**, শদৌ থোংবা

**শেদৌ তৌগাম হোইহোইবী**, খেন্দে নিংথৌ হাওতকলাইবগী মতু—মাগী!মরমগী মপুরোইবগা চাইরেন নিংথৌ য়াফুরাকপগা মরূপ অনীনা তেন চায়নদুনা লাই য়ায়েন য়েংনবদা চাইরেন নিংথৌ য়াফুরাকপনা চুম্বা তাখি—চায়ং

**শেন অমা**, শেন মথায় অনী

**শেন কাকুপ**, শেন অনী,—"কৌদাং অমা থুম কাকুপ শেন কাকুপ"—চীংলাইং

**শেনকু মানমলবা**, কাগোক হানবা, শেল্লা কাংকং পীবা,—"তম্রম নগুনা পাচা থৌ থিংলু শেনকু না-নমলু-ও"—পাংখোং

**শেনকোইবা**, ঈকাইবা, শেংগোইবা,—"থাগুরি-বা-ও হায়গুনো ইপন শেনকোইঅ্র ইচু ঈকাইঅ্র" —চাংলাইং

**শেন খুনেৎ**, লাই ঈরাৎ পুজা তৌবদা লৈপাক্তা থম্নগা মথক্তা নেৎনবা থাবা শেন (শেন মথায়) অনী,—"হৈবোক্তা শীংশৎ শীংথানবা পোংয়াওদি—"×××× ফিরাক অনী য়োৎ খুনেৎ অনী, শেন খুনেৎ অনী, লাথৈ্র খুদাপ অমা ××××" —থৌংমশিন

**শেনগোইবা**, ঈকাইবা, শেনকোইবা

**শেনচগুনা**, ঈশেনগী মরী

**শেনচং পাইচংনবা**, ভাইশেন গুইনবা, মশেন মবাই থোক্লবা,-"কোরৌ শেনচংনা য়াংবন পাইচংনসে

**শেন চাজা**, শেন মথায় নীপাল

**শেন চাম য়াথৈ**,—শেন মথায় তরানীথোই

**শেজাও পাল গুংবা**, শেখুং

**শেনথক শেনথা**, মথোগু পানবা মথুম য়াওবা মশক নাইবা কাগোক—"নিংথৌ শেনবদা থম্বা নিংথেমগী

শেন্থক শেনখা থোংএ”—চৈ:কুম্বা:
**শেল্লেং,** অরংবা, অপানবা
**শেন্দনা,** চিখদনা,—‘শেনবী য়িম লৈকাইবু হাঙদনা কবো তম লৈকাইবু শেন্দনা কবো লানয়াম ফারে”—নিংঃলম্বুঃ
**শেন্না লোংনা,** খাইদে।ক্লবা
**শেন্নেম্বা,** শেমলদ্বা
**শেনফাং তুফাং চৈরোয় থাবা,** শেম্বাং পাইবা
**শেনফু,** শেল লীতুনা থম্বা চফু
**শেনবা,** থরা পাথবা, কোকপা
**শেনবা,** কোনবা, ঙাকপা
**শেনবী,** ঔবা, কবো,—“থৌবী লৈফনবীনা শেনবী কবো পাংনা লৈফল্লে” —পুদিন
**শেনবী মিহিখোম থোংমাং মিয়াইখোম,** মনিঙ মমাঙদগী লাকপা ঈশিং
**শেনপুং,** শেম্বুং, তরেৎ খোয়দোঙবা
**শেনবুং লোকপী,** বিংগোম চহু,—“শেনপুং লোকপী হায়না তেংথাপতি বিংকোম চহুপু থাএ”—পেনঃ তেংথা; মৈদিংঙু লমগাই ঙম্বগী (লম ক্যাম্বগী) মমা “নরোন মৈতৈ লৈমা থয়োয়রোন শেনবুং লোকপীসনা লিনগোইগী মমু মৈদিংঙু লম ক্যাম্বা ও তৌনা কোএ”—চা.লাইঃ
**শেন মখায়,** খৃঃ ১৮৯১ এপ্রিলগী তারিখ ২৭ তা বৃটিশনা মণিপুর লৌখিবা অতুগী মমাঙদা মণিপুরদা চংনরম্বা শেন্না শাবা শেল মখল অমা,—শেন মথায়শিং অতুগী মমীং থীবদি:—শেল মথায় অমা, শেল মথায় অনীনা শেল অমা, শেল মথায় অহুমনা শেল অমা মথায়, শেল মথায় মরিনা শেল য়াখৈ, শেল মথায় মঙানা শেল য়াখৈ মথায়, শেল মথায় তরুকনা শেল অহুম, শেল মথায় তরেৎনা শেল অহুম মথায়, শেল মথায় নীপান্না শেল চামা, শেল মথায় মাপন্না শেল চামা মথায়, শেল মথায় তরানা শেল মঙা, শেল মথায় তরামাথোইনা শেল মঙা মথায়, শেল মথায় তরাথোইনা শেল চামা য়াঙখৈ, শেল মথায় তরাহুমদোইনা শেল চামা য়াখৈ মথায়, শেল মথায় তরামারনা শেল চনী শেনতাবা, শেল মথায় তরামঙানা শেল চনী মথায় তাবা, শেল মথায় তরাতরুকনা শেল চনী, শেল মথায় তরাতরেৎনা শেল চনী মথায়, শেল মথায় তরানীপান্না শেল চনী কৈকক, শেল মথায় তরামাপলনা শেল চনী কৈগক মথায়, শেল মথায় কুন্না শেল চনী য়াখৈ, শেল মথায় কুন্নামথোইনা শেল চনী য়াখৈ মথায়,শেল মথায় কুন্নিথোইনা শেল চহুম শেন তাবা, শেল মথায় কুনহুমদোইনা শেল চহুম মথায় তাবা, শেল মথায় কুমরিনা শেল চহুম, শেল মথায় কুন্থ্রানীথোইনা শেল চামরি, শেল মথায় নীফুনা শেল চামঙা, শেল মথায় নীফুনীপান্না শেল চাতরুক, শেল মথায় য়াখৈতরুকনা শেল চাতরেৎ, শেল মথায় হুফুমরিনা শেল চানীপাল, শেল মথায় হুফুতরানীথোইনা শেল চামাপল, শেল মথায় মরিফুনা শেল লীশিং অমা, শেল মথায় চানীপান্না শেল লাখা অমা, শেল মথায় চামরিনা লুপা অমা

**শেল লাখা অমা,** শেল মথায় চানীপাল
**শেল লীশিং অমা,** শেল মথায় মরিফু
**শেনহিং,** শেলনা লৈবা মীনাই
**শেনহিং নম্বা,** শেল য়ামনা লৈবা—শেল য়ামনা লৈমন্দুনা শেল থীবদা মথুত্তা শেলগী মনম নমলবা
**শেন য়াখৈ,** শেল মথায় মরি
**সেনাক খনবা,** লৈমা নিংথৌগী সনা নাক্তা চাই শেন পায়দুনা থৌগন তৌবা মী
**সেবোতি কাওনবা,** ফম্লগা থোঙ অনি কৈনা কৈনা নাকল্লোমদা কাওথে।ক্লুনা শান্নবা মশান্না অমা

**শেফা,** লৈচিন, লৈচিন নোংকাই
**শেফারাং,** লৈচিন
**শেম্বাং মহুম,** শেনবাংগী মহুম, কুমৈ ফিয়োংদা শামু তোংদুনা লেঙথোরকপদা নিংথৌগী শামু তায়বোংকী মথক্তা ফজনা শেম শাদুনা থম্বা লৈতেং অমা
**শেরা লাইথাই থাপ,** মকম থঙম্বা
**শেন্নি,** শেন

শেন্নি মখোঙ অরাংবা শেঙাউ মরা অপাকপা, খেল অচোবা

শেন্নি, খুজাই, কোন,—"অক হুংঙাইবা কপয়াং তাংয়াংবা পুনশি নোংশাংবা উরুম বাহোঙবা চেঙজা কোনথিনবা শেন্নি মখোঙ পান্দবনা চঙ-শিন্নকপা মোংবী মথা পান্দবনা পাইশিন্নকপবু কৌক্ত অবাং পাংনা হোইগৎলগে"—চুপঃ

শেন্নৈ মীক্ক তোং, মীগী মকোক খোংবা,—"শেন্নৈ মীকক্তোং পোইরে মিরাই ভাকনা পুন্নুং অচৌ মৈগুম নদোম পানকবা"—লৈরোন

শেলুংকম, কম অমা

শেলুংবা, কম অমা

শেন্নুকন্তা, বায়েনবা

শেন্নুবা, বায়েনবা

শেলোই, চীং

শেল্লোয়, লম অমগী মিং,—শেল্লোয় লংমাই হায়না খঙনবা মী কাঙলুপ অমা

শেলোয়চা, শেলোই লংমাই মচা

শেল্লোয় অমম লৈশারোক, নোংমাইজিং চীংগী লোক অমগী মিং

শেল্লোয়চা নুরা, শেল্লোয় লংমাইদা লৈবী অমস্তুং পোকপী লৈশাবী ( নূপী )

শেল্লোয়চীং, নোংমাইজিং চীং

শেল্লোয় নাই, শেল্লোয় লংমাইগীদা লৈবা মী

শেল্লোয় মপাভাউ, চারবা মরূপ,— "শেল্লোয় মপাভাউ অনীমক্তি লোইনা অপাম্বনিগীনা ×× শমু লেংগোন্নবা হুনবাইথিয়ে"—চায়ঃ

শেল্লোইসনা চীং, নোংমাইজিং চীং

শেল্লোরেন, শেলোরেন, ঈশেন

শৈ, ঈশৈঃ—"মোইরাং অশৈবা কেগে পুয়াং চৈ-মাবগা নোংয়ায় হাবা কোকচাওশু লৈথম খোংহু বাজা বাকমা শৈ ভান্নববু নোংমায় হাবা কোকচাউশু না বাকমা শৈ খঙলবগী কেকে পুয়াং চৈমাবদি শৈতুরববু মরোই কজেং লমখোংঙাই খোংঙাই অভোনবনা বাকমা শৈ খঙলকএ"—মোইঃনিংলম্বঃ

শৈওং নাতৈ থিনা, ঈশৈ মতাং চানা খন্নুনা,—ইয়ু নিংথৌ ময়োন খুন্তিংতা শমু হকচাং পুনা কোরৌ নোংকা বা চীংঙ্গু পস্তনখিপাপু শৈওং নাতৈ থিনা তেংথা পরেং শীন্না শৈশেমও"-পাঃনোংঃ

শৈওনবী, ওল্লকপী

শৈওন মৈগুম্বা, মৈ চাকপওবা

শৈখঙবা, ঈশৈ খঙবা,— "খোংঙাই অভোনবনা বাকমা শৈ খঙলকএ"—মোইঃনিংলম্বঃ

শৈথিবা, ঈশৈ শকপা

শৈথিরকপা, হায়রকপা, শক্কপা ( ঈশৈ )

শৈশকপা, ঈশৈ শকপা,—"লাইরেন মৈদিংঙুগী মদাইরেম পোইরে শৈশকপা বাংঙম তেংথাবনা"—হিঃহিঃ

শোইখোঙ তাইথেৎপা মমুং থোংগা পরৈবা, লমলক লুথুম্বা, নিপা নূপী লোন্না ভাঙনবা, নিপা নূপী তিন্নবা,—"মৈদিংঙু নঙদি শোইখোং তাই-থেৎপা মমুং থোংগা পরৈবা লমলক লুথুম্ববু লৈ-রিঙেনে"—নিংঃলম্বঃ

শোইখোং তাইথেৎপা লমলক লুথুম্বা, লোন্না নূপী ভাঙনবা— "মোমমু ঐগী তালোয় ইরুথী অসিবু নঙনা শোইখোঙ তাইথেৎনা লমলক লুথুমনা ××× পান্নরিঙেনে"—চায়ঃ

শোইদি, য়েনবী

শোইনাইদবা, মচা পোক্তবা, থান্না থনমদবা

শোইনিবা, লাইনীংবা

শোইপাই, য়েনবা

শোইবা, ককপা

শোইরেন খমভাকপা, ঈশিং ভাকথৎপা

শোইরেন লৈকাও থীনবা, কোন্না পোকপা,— "মশানৌ নোংয়ায় চন্দ্রনাণ লৈরাং তোন্দা শাৎপা উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা শোইরেন লৈকাও থীন-বা"—ধঃলাঃনীঃ

শোইরেন হান্না লৈকাওবা, হুমিং থা হান্না উবা, হান্না পোকপা,—"ইশাবি লাংলেন বাপীহন শোই-রেন হান্না লৈকাওবা-ও"—ধঃলাঃনীঃ

শোইরেন হুনবা, উনৌ হুনবা

শোইরেন হুক্কপা, উনৌ চোংলকপা

**শোকচংবা,** অচথা, ইচম চথা

**শোকচোয়চা,** কাইরে, য়েন, য়েনবা,—"মচেঙ কাইরে শোকচোয়চানা খোয়নৌ ইতা পোনবী চীনপাকপী"—তুতেং:

**শোঙ,** শামু ভানবদা ( কানবা হোৎনবদা ) শামুগী লঙ্বী চঙফম অমতং থাকলগা শামুশিংনা মায়গে অতৈদা চেনাথবা ভমদনবা তৌবা কোম ( শামু চঙথিবা লোইরগা চঙশিকম লঙ্বী অদু উ অচৌ অচৌবা য়'ত্তুনা শামু খোকপা ভবদনবা শেম্বা ), —"১৫ নি নৈপাকপোকপদা শামু থাঙকোকপা অমা য়াপনবা অমা অহুম শোঙদা চঙএ"-চৈ:কুম্বা:

**শোংকিদবা,** কিদবা, অকিবা নৈতবা,—"শোং-কিদবা মশেনবু মরোং চংফন' তিমেন তা চায়নবা মশেনবু"—চায়:

**শোংকিবা,** কিবা,—'বিবাট নিংথৌ ঐদি × × পাংগল ইয়েং তারবনিনা হুযেন লান শোকনগে তৌবদি পুকনীং শোংকি চঙলে"—বি:প:(মহা:)

**শোংজি নাত্তে লোনবা,** কোপ হারগা নৈপাক শীবা

**শোংনা চাউনা,** য়ামনা

**শোংবু,** হাও

**শোংলোন,** শত্রু

**শোংলৌ,** শত্রু

**শোনখৈ নিকপা,** মঙৈ নিকপা, য়ামনা থাবা

**শোন্নবা,** ভাঙনবা

**শোন্না শুকনা,** মশা ভমদনা

**শোনমোইনখিবা** মুকুক মুকুম শোয়খিবা,—"হা হা মতৌ করিগীনো হায়না য়াওবা খোল্লেন থাংনা শোনমোইনখিএ" – লাং:শা:থা:

**শোনমোইনবা,** শোয়বা,—"মতোম মতোম শোন-মোইনখিয়ে"—ধ:লা:নী:

**শোনমোইবা,** শোনবা,—"ভাইবং লোংশাপাম্দা ইতোম থমলৌ মীহুং কোল্লৌশিবনো হায়না শোন্-মোইনাথয়ে কোল্লোয় মমিং খোংবু থমচীংকোন-ও তৌনা কৌএ হায়দবরা ?"—পো:লু:

**শোনাইবা,** ভাথী বা হায়বা, চিংনবা

**শোরাগুম্বা,** তুম্বা

**শোরি পারি,** ওইদবা, নম্ববা

**শোয়,** ভা ফাকম,—"থাবা নোংজেংবগা কেগে মোইরাং চাউবা মৈরৈবগা থানজেং অকুমশোয় লেমলৈ অথাশোয়নু শোয়মুন্নঙৈদা"—চা:লাই:

**শোয়বা,** নোংভানবা, লানবা, চুমদবা

**শোয়রিংরাই,** শোয় লিংবা মফম

**শৌখেৎ,** ভাজীন, তা মচীন

**শৌখেৎ খোইবা,** শৌ থাকপা

**শৌদি,** শৌ থাকপা

**শৌদি নাগনম,** শৌ থাকপা

**শৌদিয়ান,** লাং থাকপা

**শৌপন,** শৌ থাকপা পন

**শৌপিংতানা,** খৌশাদনা, শোকনি হায়বগী চিং-নবা লৈতনা,—"কামায় নোংমৈ মকুবু শৌপিংতানা হোংচিনখিরে"—ওঃঙঃ

**শৌবন মাঙওই থানবা,** পুং য়ৈবা

**শৌবোন য়াইরেন চন্থু,** নিংথৌ মবুধিবগী মচা নুপী অনী,—"কেক্রুপান্দা নিংথৌ মফথিপকি লৌ লৈবনে, মমোম শৌবোন য়াইরেন চন্থু শানৌ মচীন মনাউ অনীমানা লোইদাম শঙ্জিবু থাদা লৌ কুমলুবদা হাওশন্নদি তুংথাংনা য়োংখোকনদি মাঙওইনবা মফম লৈবনে"—মুম:লা:কা:

**শৌমোনবা,** শাউবা

**শৌরা তোংবী,** লৈশাবী, নুরা

# স

**সনা**, চোয়নৌ, মালেম লৈম্না অঙাঙবা, নিংথৌনা পোকপা মচা নিপাগী মিংগী মমাঙদা সনা হায়বা বাহৈ অসি শীজিন্নৈ, নিংথেম্মচা

**সনা অহিংবা**, মৈ চঙত্রিবা সনা,—"হৈবী মনা শীংজু পূকয়ু লাইয়ু সনা অহিংবা"—চীংঃলাইঃ

**সনা কৈথেল**, কৈথেল, পোং লৈফম অমস্নুঙ য়েনফম—"অপোইমচা নঙনা বারম নত্তববু থোকহল্লে হায়দনা ময়াদগী মথুন ফাওনা হূয়তেম লেংহুনা শিহল্লে, সনা কৈথেন্দা পুথোকখিরে, লৈপাক পূন্নমানা য়েংনরে"—শীংঃলাংঃ

**সনা পল্লু**, সিংহাসন

**সনা ফুদোংবা**, মৈ চঙহুনা শেংদোকলবা সনা,—"মীগী মশকনে মচুদি সনা ফুদোংবগুম্মে"—নূংঃ অচৌঃ

**সনামহী**, লাই অমা, তাইবং থাইবা, লাই বাহায়বা, অশীবা, মৈতৈ নিংথৌগী মচা নূপী মহারাণীনা পোকপী অহুনা থূরায় লৈমা ওইরগা পোকপা অঙোম নিংঙোননা মৈতৈ লৈমা (মৈতৈগী মহারাণী) ওইহুনা পোকপা মচা নিপাবু সনামহী কৌই—"মৈতৈ লৈমনা পোকপা শীঙ্গা অহুনা থূরায় লৈমা ওইরবা, থূরায় লৈমা অহুনা পোকপা অঙোম শীঙ্গা অহুনা অমরক মৈতৈ লৈমা ওইরবা অহুনা পোকপা মচাদি সনামহী কৌএ"—মশিন

**সনামহী কাচিন**, যুমগী শম্বোঙ পাংবা কাচিন

**সনারেম্বী**, হৈথাম নিংঙোন,—"সনারেম্বী হায়না তেংথাপতি হৈকাম (হৈথাম) চহুনে"-পেনঃতেংথা;—"নয়োন মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন সনারেম্বী পনথৌ মপাপোকপু সনা লাইহুইবদি কনানো ?"—চাংলাইঃ

**সনা লমওক**, লাইরোনঙ্গৈশে অমা

**সনা লমজৈ**, লমজৈ মথল অমা, হাওরম, থূং নাম্মা থাংগতুনা লেপলগা অতোপ্পা নাকল অমগী থোঙবীদগী থাংগংলিবা থূং অহুগী থূং মতোন কাওবগী মশাং—"তুরেল অহুনা পাকপা সনা লমজৈদা লম ৪৩ পাকএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**সনা লমদাংলেন**, সনা লমজাউ

**সনা লাইহুইবা**, পোকপা,—"মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন লিম্বোইঙম্বী পম্বৌ মপাপোকপু সনা লাইহুইবদি কনানো ?"—চাংলাইঃ

**সনা সেম্পাক চাকচাননা পানবা**, য়ামনা হুংঙাই য়াইফনা লৈবা,—"সনা সেম্পাক চাকচাননা পাল্লে"—ধঃলাঃনীংঃ

**সনা হিহোনহন**, লাইয়িংথৌ থাগেম্বগী মিং অমা,—"লাইরেন মৈতিংঙু চোয়নৌ সনা হিহোনহন নোংপোক থাকি লানথাপা চৌফা হোংতৈ ফাপা"—পাঃনেঃ

**সিংগাসোন**, নিংথৌগী তাঙবন, সিংহাসন,—"ইথোয় মঙা য়াওনদি সিংগাসোন্দি কয়মনা হায়সিবনো নতোমদা ফম্মস্নুঙ হকনা বাবা মফমনে"—শীংঃলাংঃ

**সিস্তা অয়াংফাপী ময়ীনথঙ লাইচা য়ীনফুর লাং**, ঙৈন—"লৈরাইমুংগী থক্তা মপেন সিস্তা অয়াঙফাপী ময়ীনথঙ লাইচা য়ীনফুর লাংপু তিল্লাং হাইশিংননা লেমলৈ ঙাম্নি কৌঙামপাপু"-পাঃনোংঃ

**সেনাপতি**, ফম অমা, লাক্সিংলেন

**সোয়া তৈমা ঙাক্কলবা**, নোং ঙাক্কলবা,—"সোয়া তৈমা ঙাক্কলবদা থূমন থোইমোম্বা পুজিবগী শেল্লোম মপাভাক্ত লংমাই হৈয়োইনাই × × ×

থাইথিবনা থোইমোম্বা হৈবোক শৌদিয়ান্দা নোংহাম্বু পুগে হায়না লাকপদা"—চায়ঃ

**সোরারেন,** অবাং .থাঙবাই মারহনবা, কাসা নোংথৌ থাকপা নিংথৌ পাঙ্খা কাসা পাউতাক হৈবা কোরৌথক্তা থোদাবা বাংবন থক্তা বাতেবা, লাই অমা

# হ

**হক,** হকচাং,—"চরৈ হক্তা থোংনিংদা"-ধঃলাঃনীঃ

**হক্তী ঈশিং,** হ্রং, হকচাংগী ঈশিং

**হকচাউবা,** মশা চাউবা, শাজাউবা,—"কুম্ভীর লাইরেন হকচাউবনা লাইরেন মনীং তমনা কোয়জবা তুগুমএ"—লাংঃশঃথাঃ

**হকচেং,** হকচাং, মশা

**হকচেং মমান লৌবা,** ( যেক্লবগী অশিবা ) মশা পুরকপা,—"মরোং চুংফুনা তিমেন তা চায়নবদি অঙৌবা হিথা লাংলোই ঙম্বনা তিমেন মথুৎশূনা নমনা ফারে, লুরক কাঙদৈ ফি থোনাউ লেম্বোঙ লেল্লে, হকচেং মমাল লৌ লাল্লু চোমায় ফোয়রে" চায়ঃ

**হকচেং শম মমান লৌবা,** মশাদা ফুবা, মশাদা থুৎলাইনা শোকহনবা, অশিবা মশা পুরকপা,—শেল্লোই "মপাতাউ অনীমক্তি লোয়না অপাম্বনিগীনা লুরক কাঙদৈথিদা থোনাউ লেম্বোঙলেন্দা হকচেংশম মমাল্লৌবিদনা অনীমা শমু লেংগোম্মনা হলবাইথিধ্রে"—চায়ঃ

**হক্তা,** মশাদা, হকচাংদা

**হকথেং ফংনা,** হাকথেংননা, মশা মশা থেংননা, হকচাংগা হকচাংগা থেংননা

**হকনা,** য়ামনা,—হকনা চোকপা,—য়ামনা শাথীনা চোকথবা,—"ভনবা মপিংঙাবু অম্বা হকনা চোকলে"—পোঃলুঃ

**হকপা,** লুমবা, থুদম তৌবা, ককপা, য়ানবা

**হকময়োই,** কনবা, ফবা

**হকসাং মচু থাউবা,** কুচু ওনবা, মচু অমা তৌবা,—"মালং নোংশা য়াইবনা চৈরৈ অমন চনগুমনা হকসাং মচু থাউনয়ে"—চঃখুনঃ

**হকশোক লাংবা,** হকচাং চোকথবা, হুংশীং লাংবা

**হং,** যন্ত্র, কোন

**হংঙ্কো,** চক, যুগ,—হঙ্কো মরি—ক হঙ্কো, থোই হঙ্কো, তয়ো হঙ্কো, পোই হঙ্কো

**হংকোক,** চুম মওঙ মানবা জীব অমা

**হংগেন,** বাচেংনা শেম্বা ঈন চিংবগী মপোং মচৈ অমা

**হংগেন কোল্লো,** লায়রোন ঈশৈ অমা

**হংগেন কোল্লো পাউতাকশৈ,** অকায় অতোইদগী ফনবা থোমজিয়বা হোংনবদা শল্লবা ঈশৈ, "নংনা নয় হুংবান অয়িমনাকপু ইন্দাল্লকপদি পোইরৈ বারমলেন অরুবা থায়না মালেম লৈহৌতৈ মেনহৌ থোইরা অহানবা নমু পোংচারি লমথারকপা পোংথাঙ চারি ভক্তনা চীংগু ওঁচা চীংমাবনা মমোম কোরৌ অবাংবীগা মহু হৈনা কোদোই শেমনা শামদোন মশা ককনা বা পোংন্থু কোনলি-ও পাঙমেন লৈ ঔগ্রী কোল্লৌবাক হংগেন কোল্লো পাউতাকশৈ থেনচো লাংথৈ লীহৌবাক পোইরৈ বায়মলেম অরুবা লাইজা ভরও ঈপাকথক্তা মালেম

পীরি পীহৌবাক ভানথোঙ লেমথোঙ থাওবগম, উকাক লাখা হৌনবা পোইরৈ বাকযলেন পুন্ন-মকপু পাউত্তাকপীগে"—নাঃকঃকাঃ

**হংগোই লিংথৌ,** লাই অমগী মিং

**হংচিৎ,** হমনি ওবা মুমিং, হয়েংগী মথং

**হংচেং লৌবা,** ওক ককপা, কোক ককপা

**হংমতোনবা,** হং য়াওবা

**হংলাক,** কি শাবগী কোম্নবা কানবা নাচৈ

**হঙোই,** ঈশিং অমসুঙ কংকান অনীমক্তা ভুনা লৈবা :চাং চোংভুনা চৎপা জীব অমা

**হঙোই কোম্বে,** হঙোই জাং অমা

**হঙোই চায়া,** হগোই জাং অমা

**হঙোই ভাংশাং** মশা ভবা ভবাবা মথোঙ শাংবা হঙো'ই জাং অমা

**হঙোই পেংদা,** হঙোই জাং অমা

**হঙোই পোয়োবী,** হঙোই অচৌবা জাং অমা

**হঙোই শেম্পাক,** হঙোই জাং অমা

**হঙোই শোংয়া,** হঙোই জাং অমা

**হন,** হল, শা ঙা অপুম অশাদগী পোকপা ভাল জাং অমা

**হনচক ঙাচক শাবা,** অওপা শাবা, মী অমদা অমা হায়বা অত্তোপ্পা অমদা অমা হায়জিনবা

**হনবা,** ফম অমা

**হনবী,** ফম অমা, হনবগী নূপী

**হন্দক নোং,** হন্দকী মতম

**হনবা,** লাইগ্নিংথৌ অমগী মিং,—"শক ১৬০৮ লাংবন থাদা লাইগ্নিংথৌ হনবদা কৈ অমা কায়এ"-চৈঃ কুম্বাঃ ; মথক, মুমিং থা নক্রগা চহী য়াম্বা হেন-বা, অমুক্তা তৌবা, থোঙহৌরককমলোমদা হন্না চৎপা

**হনবা কোকচাউ হন্নু লৈখম,** লাইগী মিং

**হনবা হন্নু,** অহল লমন, লাই ওক

**হনবাইখিবা,** হনখিবা, অমুক হন্না চৎখিবা

**হনবাইরকপা,** হন্নকপা

**হনা হন্নু,** অহল লমন, হন্নুবা

**হন্নু,** অহল, চহী য়ামলবা মা

**হন্নু কুরু চনবা** অহল ওইবা ;—"ঐাদ হন্নু কুরু চয়ে, লোইবী চীংথাঙ লাম্না পোইরে মৈত্তে য়োবা ওমলরোইএ"—সঃলাইঃ

**হন্নু কোকচাউ,** লাই অমগী মিং

**হন্নু খুলাম,** হীদাক কাম্নবা পাম্বী জাং অমা

**হন্নুবী,** চহী য়ামলবী নূপী, অহল ওইরবী নূপী, চক্ননা শাম্বা লৌ য়ৈবা মতমদা পীজিন্নবা ওমজিং

**হন্নু ময়াই কাবা,** অহল ওইবা, হন্নুবা,—"পুক-নীং অবা চঙবনা হন্নু ময়াই কানয়ে" - চঃখুনঃ

**হন্নু ময়াই কাবী,** হন্নুবী, অহল ওইরবী

**হন্নু ময়াই কারবা,** হন্নুরবা, অহল মতম ওইরবা

**হন্নু ময়াই কা হনবা মস্নেং চনবা,** য়ামনা অহল ওইরবা

**হন্নু মাল্লে কাবা,** অহল ওইবা, চহী য়ামলবা,—"মৈদিংঙু কাইনৌ ইয়েংবনা হাওকৈ কৈয়েন শাথোম্বা মথা লমলোকপদা নোংয়াম থয়োম পোন-পুশু অথৌবা হন্নু মাল্লে কারবা কৌয়োং পানপে নীকনববু কাইনা হল্লকএ" - লুঃথোংঃ

**হন্নু মাল্লে কাবী,** অহল মতম ওইরবী, হন্নুরবী

**হন্নুরৈ,** মচু অহম, পাম্বী অমত্তদা ভোঙান তো-ঙানবা মচু অহনগী লৈ শাংপা হীদাক কাম্নবা পাম্বী অমা

**হন্নু লৈখম,** লাই অমগী মিং

**হন্নু হনবা,** হন্নু হনা, হন্নুবা, অহন্নমন,—"হন্নু হনবা নাহা নূপী পূন্নমাবু লোইবী চীংদা কানা হয়েন লান চেল্লগনি" - ঙঃঙম্বা

**হলবাইখিবা,** হনখিবা,—'ইপারি লৈশং থেক-বাইবা থংজিং কোয়রেম নিংথৌ নঙদি চাহে চয়োং চুম্নবা লাইজা ঈ-থা-ও ইঙা কুমতম্বু ইঙেন কুমথাই শোয়দন। কেকে লৈপাক ঙাকলৌ-ও হায়না পাওমেল্লবগা চীংঙু লাইগ্নিংথৌদি থোম্নম মফমলেন কোয়ৌ নোংমদোন অবাংবদা হলবাই-খিয়ে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**হলবাইবা,** হল্লকপা, -"লৈমা নামুন থাম্বীদি নোং-য়াম মপূংয়ামদা অময়ক হলবাইরকলে"—চায়ঃ

**হলবাইরকলবা,** হল্লকলবা

**হলয়েংদবা,** হালেংদবা, হন্না য়েংদবা

**হয়া,** ইমা

**হয়াচক,** ত্রেতা যুগ

**হয়া লাউনা শৈথিবা,** ঈশৈ শকপা

**হয়া হে,** হে ( বাহৌদোক্তা শীজিন্নবা ), হে ঈশ্বর তাইবংপানবগী মপু

**হয়িচৈ,** থায়না মমাচৈঙ

**হয়িং চেং,** অকল অখৌ

**হয়িং পেংলোইনাই,** হয়িং,-"পেংলোইনাই হুং-নাং চারারোই অহেনবা"—সনা লমঃ

**হয়ি চক,** সত্য যুগ

**হয়িচা হয়া হে,** হে ঈশ্বর মপুরেন

**হয়ি য়াখোং চংবা,** থায়নদগী হৌবা চৎলকপা

**হয়ু নাহে নোং,** নাহুনা লৈবা নুমিৎ, নাবা নুমিৎ

**হয়ু মনুংশং নুংনাং মনারেক,** অনা নাহেবা,—"নদাইরেম ঐদি খোয়বুং ইরৌ চাউনা হয়ু ইনুংশং হুংনাং ইনারেক পায়মা নিংশা শৎহোয়না শি-শয়রকএ"—নাঃকঃকাঃ

**হয়েং,** মথংগী নুমিৎ, মতুংদা ওইরকদবা নুমিৎ

**হয়েং ইনুং কৌবা শোয়রবগা,** হয়েং নোং ওল্লগা

**হয়েংশিৎ,** হংচিৎ

**হা,** মচা, চাবা য়াবা লৈচংদা মক চাউনা তাবা মরী চৎপা পাখী জাৎ অমা

**হাইইরীদি,** হায়রবদি

**হাইথখিবা,** চথখিবা

**হাইথবা,** তুথবা, মথাদা তাথবা, মথা ওন্নবা, চথবা

**হাইবি,** শীংজঙ,—"হয়িম কেগেনা তেংথানা শীং-জঙবুদি হাইবি-ও কৌএ"—চাঃলাইঃ

**হাইমল তানবা,** অশঙ্কা হায়নবা, শঙ্কজিনবা অশঙ্কা থিবা

**হাইশিংনবা,** তিন শিংপা

**হাইমৈ চোনবা,** মমৈ চোনবা ( শল )

**হাইহৎপা,** লেপলঙদগী বোম লাউনা লৈপাক্তা তুবা,—"নোংমল্লরে হায়না পাউদমচৈদা খোইজু হোংবী হাইহৎখরে"—হেঙঃ

**হাইহৎ লৈকাই তুবা,** লৈপাক্তা হাইহত্তুনা বোম বোম তুবা,—"অর্জুন হুংশি বাবু না তারবদা থবায় নীকমাওননা হাইহৎ লৈকাই তুখিরে"—লাংশঃখাঃ

**হাউনা,** নাপী জাৎ অমা

**হাউমল,** শিং,—"লংমাই হাওতবনা ওাইরোং শিং থাবা চীং, হাউমল মপান থোক্তে থোকওমদবা চীং, ওাইরোং শিংদৈ লোগে লোওমদা লংমাই তরং চীং খুংশা"—নাঃকঃকাঃ

**হাউমল থাপাকপা,** শিং মপাক, শিংপাক

**হাউমল মপান থোকওমদবা,** শিং মপাম্বী কৎকপা ওমদবা

**হাও,** চীংমী

**হাও অরাম,** মীচম -"বা অসিদো হাও অরামনা কংজরবদি লৈমা নিংথৌনা চাল্লে"—শাঃলমঃ

**হাওকাপ,** চই,-"তরামরিনি নিংথৌকাবদা খুবোম অমা কুইবা হাওকাপ অমা পাকপা নৃপদা শ্রীপঞ্চ যুক্ত মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ অসুম হায়না ইয়ে"—চৈঃকুম্বাঃ

**হাওকু য়াইথমপোং,** চীংদা হৌবা য়াই জাৎ অমা

**হাওখুরক্কী কম্বী কম্বা,** হাও ময়ামগী মরকতগী অথৌবা

**হাওকাবা,** চীংদা চৎপা

**হাওকু অতাম শোয়শেনবা,** লুবাং নিংতোন খোংজোমনুবী তন্নকী মাল্লা মবা ওইবা হাওকু মমান মচা তন্নকী মনুংদা অমা

**হাওকু পাথং;** কোয়ৌ খোংজোমনুবী খোয়নৌ মতা তন্নকী মরক্তা অমগী মাল্লা মবাগী মিং

**হাওকু মমান মচা তন্নক,** য়োয়রুমলোন কোয়ৌ খোংজোমনুবী তন্নকী মথংলেন ( মবা ) তন্নক—১। হাওকু অতাম শোয়শেনবা, ২। হাওকুচা হুইবোক থানবা, ৩। মুয়ুম য়াইশিলোই, ৪। হাওকু পাথং, ৫। হুইয়ু ওকথানবা অমসুঙ ৬। লুকুই নাপ্পা

**হাওচোং খোলোইবা,** লুহোংবা

**হাওচোং ওন্দী ( ওন্বী ),** অতোম চহু, মৈদিংঙ

চলাখগী মমা,—"হাওচোংওম্পী হায়না ত্তংথাপতি অঙোম চমুনে"—পেনঃত্তংথা

**হাওচোংপল,** মৈতৈ সমাজদগী তাঘোক্লবা মীশিংগী থম্দম

**হাওতক লাইবা,** খেন্দে নিংথৌ অমগী মিং,—মহাকনা চাইরেন নিংথৌ ম্রাফুরাকপগা তেন চায়নখি

**হাওদৈ,** বৃ,—"নমোম শংলৌ ইথৌরাঙ য়েল্লাং ইঙমদম ম্বাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্ববু লৈয়ে" নাঃকঃকাঃ

**হাওচোংবা,** কুম খুদিংগী মেরা থাদা মণিপুরগী চীংদা লৈবা চীংগী মীশিংনা মৈতৈ নিংথৌদা মায়োক থানবা মাগী মাগী খুন্দা থোকপা পোচৈ পুম্নুনা লোই-পোৎ কৎপা লাকলগা সনা কোম্মুংদা চীংমীশিংগী কুমৈ তৌই, নিংথৌনা মাখোয়বু পীজ পীথক তৌই, চীংগী মীশিংনা মখোয়গী হরাউবগী কুমৈ চোংকন-ত্নুনা তৌই, সনা মাঙদা মখোয় মখোয়গী তৌবা ওম্বা মাতকম্সু উৎতুনা কুমৈ তৌই মাসিবু হাও-চোংবা হায়না খঙনৈ। মেরা হাওচোংবগী মশিন্দি-"ইমু ঈঙৌগী পোৎনাদ শীংলেন ২না শরেং পাউ ঙা ১। থাঙচি কাঙ পোন ১। ঙমু কাঙপোন ১। চীনওক ১০। হাও থিবদা মী ১না শেন ১০০। মী ২না শরেং পাউ ঙা ১ হেন্তাক চক ১। ওাম্ব ১। ঙমু কাঙপোন, থাউমৈ থৌরী নাএ। কোংপারেন কৎলে ॥০॥ উরোইদি উচান থাউমৈ থৌরী কাইরং। মী ২না শরেং পাউ ঙা ১। ঙমু কাংপোন ১। চীনওক ১০। হেন্তাক চক ১। ॥০॥ কুমক্পিগী পোৎনাদি মী ২না শরেং পাউঙা ১। থাঙচি কাঙপোন ১ ঙমু কাঙপোন ১। চীন-ওক ১০। মী ১না শেন ১০০। হেন্তাক চক ১ ॥০॥ কোনয়াংগী পোৎনাম্সু আসনে। ককচীংগী পোৎ-নাদি থৌকন ১না থাইচা ২। থৌমী ১না থাইচা ৪। সোইয়াইনা থাইচা ২ ॥০॥ ময়াং নিংথৌনাইগী পোৎনাদি শরেং ঙাতাই নাএ ॥০॥ ময়াং লৈমনাইসু শরেং ঙাতাই নাএ ॥০॥ খুম-লোইনা সামন খুম নাএ॥০॥ কৈগী পোৎনাদি ম্যাতারক খ্যোঙ্কু লৈথাম য়াংকোক ওমচিং মেল্লাই চেঙচামলুক ॥০॥ চোথেগী পোৎনাদি চাকখুরুম ফিতুপ ১০। ফিতুংইন ১০। মিৎলং ২। মাই-রং ২। চাক পাউতম ১০। কুরেক ২। ওমচিং ১০। হুয়ত্রি ১০। লোং ১৫। তাপু নাশিথাং ১৫। শাইরুক ১৫। লুপাক চেংপোন পুম্নুং ২। পাউ-তম ১ ॥০॥ লাংতেগী পোৎনাদি শম্তং ১ নাএ ॥০॥ প...চাকখুরুম ফিতুক ১০। ফিতুংইন ১০। মিৎলং ২। মাইরং ২। চাক পাউতম ১০। কুরেক চাউরেন ২। ওমচিং ১০ নাএ ॥০॥ আইমোন্দি চাকথ্রুম ফিতুপ ১০। ফিতুংইন ১০। মিৎলং ২। পাউতম ১০। কুরেক চারোন ২। ওমচিং ১০। চাক পাউতম ১ ॥০॥ খুনপিচারমসু অঙ্গানে ॥০॥ খুনবীনা হাল্লগা মচীনা কংকনি। অদুদগী খুবৈ খুলেন, কাংঙোই, কারোঙথেন ম্বাবচীং কৎকনি॥ তাংখুন থারুপকী পোৎনাদি চা থাপক ১। শিং খোইপাক ১ নাএ। কৈথেন ইরাংনয়ে। লমচালম পুএ। কৈরুংবদা শেল লাখা ১ কৎলে। খুন অপিশনা লিশীং ৫ কৎলে ॥০॥ তাংখুন অবাং লুপতি লশিং পোন ১। শিং পোন ১। হবাই পোন অমা নাএ ॥০॥ ঈথম মোনথৌ কৈহৌ উমং খুন ৪মক্তি মঙতারুক কৎলে। লমচাপতা ফি কৎলে। মরিংগী পোৎনাদি পোন মমুংদা থাঙ হাপতুনা কৎলে। হৈমাং পোলাং কৎলে থাঙ ১ থেৎলে। ফিমুনা য়োম্মে ॥০॥ খোইপুগীদি পান-চি ১না কুমনা পোন ১ লশিং পোন ১ চাক পাউতম ৫ ॥০॥ লাইরম চীংশাংদি কক পাউতম ৫ নাপু পাউতম ৫ ॥০॥ খারম চীংশাংদি চীংগুপু পোৎ ---- নাএ ॥০॥ মাকাসাং কাইরোং ২মক্তি পাম্না কৎলে ॥০॥ তরাউদি হৈপোন, ফিমু কৎলে ॥০॥ ময়োন্দি থোয়দিং নাইফি ১না নাএ। মোনশাংদ থোয়দিং, ফি নাএ ॥০॥ পুরুম নিং-থৌ নাইদি কাইরেন ফি ২ ফিতেন ২ থোয়দিং চাং, ॥০॥ অনানদি থোয়দিং পোন ১। উচান শূক ১ হিদাক পোন ১ শেন লথা ১ ॥০॥ খমথোন্দি থোয়দিং নাএ। ম্বাংথৈরোইদি পানচি ১না লশিং পোন ১ পোনথক পোনথা নাএ। থোয়দিং পোন

৮'শিংপোন ৮' ফাংদ পেনি ১ পোম মতুং ইনবা
লিহিং মপাক ১০ পাউতম য়াইঙং ছার ৫ ।।০।।
লুহোংগী পোৎনাদি নশিং পোন ১। শিংপোন ১
খোয়দিং পোন ১ নাএ ।।০।। মকেঙ 'কংক্কাদি
পামচি ৮মা ফি ১'নাএ ।।০।। হুয়াখেল্লা, ডুমমৌ
পোকপী, ময়াংখাঙ, থুম মযোন খুয়ৌ খুল্লেন থুম
৫মা অসিদি মোইয়ুম নাএ ।।০।। তোকপা থুন,
খোয়মপা, নেংকৌ, 'চাডৌপুং খুন ৪মক্তি লাই ১
কৎলে ।।০।। লাংগাদি খোইরু নাএ। শামু পুকশী
নাএ। দোলাইগী চমলী নাএ ।।০।। মথুই লান-
লোইদি চুঙগী ইংগ্লনলৈ শম কৎলে ।।০।। মখান খুল-
লেন খুনৌ ২মক্তি তেঙৈ কৎলে। দশিং পোন
১ 'খোয়দিং পোন ১ কুমনা পোন ১ কৎলে ।।০।।
কবুই চীঙায়গী পোৎনাদি য়েন্নাইচি কৎলে ।।০।।
ইরেংনে কাংচুপনে কাবাখুন অবাংনে কোনসা থুয়ে
৪মাক্তু খৌরী পয়া কৎলে। নাতোকপনে কবুই
অমৌবনে ঈচুমনে হুংপঙনে খুন ৪মক্তি খৌরীগা
পয়া সারামথাত্তি য়েন্নথৎ পুলৈ মানবীনৈ মেক্রুকনে
মুকথং বা অসি কৎলে ।।০।। লাকোক শারম্বদি ভাই-
খোং পোৎলেন ৩ নাএ ।।০।।" হাউজেংগী মাশন

**হাউদৈকোক কাবরবা**, মু ভাওবরবা

**হাওসুখু**, মৈদিংঙু তাউথিংমাংগী (খুঃ ২৬৪-৩৬৪) মনাউ ইবেম্মা মৈতৈ নৈমা মৈতৈ নি ( ) খুই নিংতৌনবগী মমা

**হাওসুহন**, খুঃ ৩১৯-৩৯৪ দা পানখিবা মৈদিংঙু পেংশিবগী মমা মৈতৈ নৈমা,—"নযোন মৈতৈ নৈমা হাওসুহন সনা কিন্দেংইগী মৈদিংঙু পেংশিবা-ও তৌনা কৌএ"—চাংলাইঃ

**হাওমচা লোয়শঙ**, মৈদিংঙু ইরেংবনা লিংখৎলবা লোয়শঙ অমনী মিং

**হাওমচা শঙলাকপা**, কম অমা

**হাওমুকনা**, মুকনা শানবা

**হাওমুকনা লেংফাই চনবা**, মুকনা শান্নবা,—"হুবান পোনবী লুবাওবগা নৈন্নং খোংকান অতোনবগা। অনীমক্তি উনবী কাচক হৌনা শমু থুন্না কংমরে, "হাওমুকনা লেংফাইচনা মোংবা তাজীন" খুয়ৌ য়েংনরে"—পোংলুঃ

**হাওরং**, কি

**হাওরা শোনথৈ নীকপা**, চোকপবা

**হাওরৈ**, মায়কৈ,—"লাইরেন মৈদিঙু লোকচি লেপ্লোয়নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবদি হাওরৈ থানা পাংবরম মোংয়াই নৈকোবপুংবু ইনামকৈ হায়না অচেন খংলে হৌখিরে"—নাংকংকাঃ

**হাওরৈ থানা পাংবা**, মথা মায়গ,—'পুকচৎ ইফাই X X X X অপোম অত পুম্নমক্তি হাওরৈ থানা পাংবলমদা হোইগরগে"—চুপশাবোন

**হাওরৈ নোংমেম**, অবাং থংবা মায়গে,—"ইমায় নোংমেম লাইনা পাং খোংলেন ইনান কৌবা চীংথং পাংববমদা"—নাংক কাঃ

**হাওরৈমা চম্নু**, খুমন চম্নু, খুমন নিঙেৎচান,—"হাওরৈমা চম্নু হায়না হেংথাবদি খুমন চম্নুবু থাএ" পেনঃতেংথাঃ

**হাওরৈ লাইনা পাংনা**, অবাং ওন্দুনা, অবাং পাংনা,—"নৈরাং থয়োম শানা ইমায় হাওরৈ লাইনা পাংনা"—চায়ঃ

**হাওরৈ লাইনা পাংবা**, অবাং পাংবা মায়গে,—"হয়েং মৈতৈ নৈপাক অসিদা নৈমা নিংথৌ নৈপাক খৈবিক্কী মীনা বাবী মতু ইয়া তৌজিনববু হাওরৈ লাইনা পাংববগী অরা মচীংবু তেং, থারমগে"—লাংচীংঃ

**হাওশম**, নংগন্দা য়াম্দুনা পোৎ পুননবা থুম্মোক অমুংবা অশাংবা মংল অমা

**হাওশি**, নাপী মখল অমা, তিংথৌ পোংশোম (নাপী), অশিবা,—"লোইদাম থাবু শি লাংইং কুময় ওন হাওশি মতাং কা"—চা.লাইঃ

**হাওশি থুদোপ মলবাইবী হাওমম লাংবা কেমলবী**, পোয়োমনা (তিংথৌনা) থুদোপ শেমদুনা, ওহাক্তং শিরগা হল্লোক্কুনা মাডবগুম মাঙলবী

**হাওশিঙম**, লুচিংবা, মকোক খোংবা

**হাওশিঙমগী চিংনা**, লুচিংদুনা, মকোক ওইনবা

"কোরৌ অমিং অমদা মহাইরেম্ব সুংবান বাং-মিংথু থুংহৈবা, মুবাং বামিংনাউ, শিনহৈবা নুবি-গ্‌না হাওশিঙমগচিংনা। ঐগী তৃন্না অরেম্বা পামেন অঙনবনু হোয় থিক-ও"—হিঃহিঃ

**হাওশি ওমগা চিংবা,** লমচিংনা, লুচিংবা,—"তৃন্না চাক নিজবনু ভিংগা হাওশি ওমগচিংবা অহল মতম ওইবনা বাহমখিএ"—ধঃলাঃনীঃ

**হাওশি ওমজিংবা,** লুচিংবা, মকোক থংবা

**হাওশি মংথিনবা,** পোংলোইকম মোংকম তায়া অশিবা পুবা,—"পোরোম থোপথিল্লে, হাওশি মংথিল্লে"—নাঃকঃকাঃ

**হাক্কক,** পাল্লিংগি মতম

**হাকতংত্তা,** হাক্কথং তা, শাগোন্নবা তা

**হাকথং,** হকচাংগা তাইনবা

**হাকনা,** যামনা, থোইদোক হেন্দোকনা,—"থানিন নোং ইমশকৈশদা মুংশীং হাকনা শীংলে"-চৈঃকুম্বাঃ

**হাকুম,** হোখিবা চহী

**হাকুম কোনবী মচীনখাক,** চিন্নবা মৈমন

**হাকোকপা ( হাগোকপা )** মচা পোকপা

**হাগোকক্কম,** চাপোক্কম,—"কৌবা নাপোম্মাদি পানবা যেকলাবা হাগোকক্কমনে"—পোঃলুঃ

**হাংওমলমদবা,** হাংদোকপা ওমলমদনা

**হাওবা,** পীবা ওবা

**হাজং,** নাপী, শজিক

**হাজেন্নবা,** মকম মরাং থঙদনা, চেনবা, শম্ব মরু পীরমদাইদা চেন্নবা

**হাজেনবা,** চেন্নবা

**হাত্তিং,** ত্তিংথৌ

**হাথকম,** পোককম,—"চৌংলেন নাপোম্মাদি তুবী অঙনবা হাগোকক্কম লাইরেন অরেম্বা হাথকমনে" পোঃলুঃ

**হাথবা,** পোকপা, থোকপা, কোকপা

**হাথরোন,** মৈরোরোন, বংশাবলী

**হাথৈবা;** লোংপা, থৈদোকপা

**হাথোকপা;** থোকনকপা, থোকপা

**হাদ্ধিবা,** চথিবা

**হাপচা,** থম্ফম, হাপকম

**হাপশা,** হাম্না

**হাপশা কৈরেন শন,** কৈ থমনবাঃ

**হাফুরোন হদাংশা,** লৈজবা মী মথৈ হোৱা

**হাবোইবী,** ওক্কবী নূপী, লমচৎ কত্তবী নূপী, বেশ্যা

**হামলেন,** লৈচিন

**হামুক,** যোংশবীদা পকপা অমুবা

**হামুক কারেন্ন,** য়েংশবী অচৌবা

**হামুক কৈক্কাবী,** কোরেন অমুবী, হামুক হানাই তৈবা

**হামুক কৈগরৌবা,** লৈখোম্ব লৈনাং তৈবা

**হামুন পাম্বী,** মাপী পান্দোং

**হামুল,** শম,—"লৌবাইদা হামুল নৈরবগা শুকপী মশক ওই"—থিঃমৈঃলীঃ

**হামেং,** মেনাং তনবা, মথোঙ মরি পানবা শা, মেষ রাশি

**হারৈ মায়ে,** থবানমিচাক থনিষ্ঠা নক্ষত্র

**হালয়েংদবা,** থৌশাদবা, হাতলংদবা, বাওই থৌ-ওইদবা

**হারাইরোই,** হুয়রোয়

**হারাবা,** লাই অমগী মিং, কোঞ্জিন তুথোকপা,-"কোঞ্জিন তুথোকপগা মমিং লৈথিলকাই টেলাইবা কোনা মুংশীং হারাবা কোনা শারে"—মৃঃঅঃ

**হায়ঙেলে,** হায়গনি,—"পেম্মা মঙনু কনানোং হং-লবগা লাইরেম্মম হোয়না হে, নাহারা অপিচা নৈকু মরুম খোইচোংপা-লৈন্নাই মরুম শোইহাইবা লৈতুম হন্না পাঙশবা ইপম্ব পুল্লাং কান্নরেদা, পুল্লাং লুরোম কায়বনু শিংবিরোই হায়রবা ইপম্বু হায়ঙেনে শিংলমলো"—পুদিন

**হায়থবা,** মথং মথং হায়বা হোৱা,—"ঐ মাওরৌ মশীং চামা গুনা লনকুবিগে হায়থরবা, খোংজোই য়োয়মোংরনা শোইমোম কোলোয় মমাথুগী চৈরাং-লবদা"—তৃতেং

**হায়মল লাংদা কেমশ্বাইবী,** অয়েবদা হল্লোখুনা মাঙলবা

**হায়হিকলবস্থ,** হায়রবস্থ

**হায়হৌঙাই,** হায়নিংঙাই,—"য়াথং হায়হৌঙাইবু হৈতরে"—লাঃশঃপাঃ

**হায়া লাউবা.** মখোল থোকপা, লাই হয়াউবগী হোইরৌ লাউবা

**হি,** বাকয়ৈ, উনা শাবা মী অময়ুঙ পোং পুতুনা ঈশিংদা হোন্দুনা চংনবা পোং

**হিকশা হৈনা,** হিক হিক লাউনা

**হিগাউফি,** হয়াউগদবা লাইগী ঈংহাইক্ (ঈকৌক্) য়োমদুনা লাইপুবগী মগুক্তা পুনবা ফি

**হিগা চৎলম ফানশাং,** মী চংনবা লম্বী

**হিগা থানবা য়াইথা থানবা,** নেংশিন্দুনা থম্বা

**হিগাবা,** লাই হয়াউবগী ঈশিংদগী হিরী ফান্দুনা ইকৌক্দা লৈয়োম হাপচিন্দুনা লৈথংপ। লোইবগা লাই হয়াউফমগী লাইশঙ য়োনবা লাকপা

**হিগা শঙ,** হিয়াং তান্নবা মীনা পোথাতুনা লৈনবা শাবা শঙ

**হিচকাং (হিজগাং),** হি থম্ফম শঙ,—"তোংজেং মমু'চঙ অসিবু বাকয়ৈ হিজগাংমু দগী খোইয়ুম কংলৈ মশূমাং অসিতঙা য়োনবা হয়ামশা চিংখোকশে"—তিঃতিঃ

**হিচন (হিজন) য়াইচনবা,** হী যাই কংপা, ভম্বা

**হিজন হিনাউ,** হি হোনবা

**হিজিগাং,** হিজগাং, হি থম্নবা শঙ

**হিদং,** হঙ্গবগী মথং

**হিদং অয়োনবা,** হিদংগী মহুত্তা থবক পুবা মী

**হিদংফম,** হিদংগী ফম

**হিদেন খোঙরাই,** হিদেন তাফম,—"উরুক নাক্তা য়েপনা মাল্লৌ ফি শূগে কায়না হিদেন খোঙরাই কুমথিবদা"—ধঃলাঃনীংঃ

**হিনাউ,** বাকয়ৈ নাউ, হিগী অপিকপা মচীন, কাওদোন

**হিনাউ শাবা,** হি হোমবদা হিনাউদা কমতুনা হোনবা মী

**হিরী,** হি চিংনবা থৌরী

**হিরী চিংবা,** লং অহিংখনা পুন্নগা ইশাং শাংনা লং অতু পায়তুনা পুবা,—"লংনা হিরী চিংনা থৈরা চীংদগী পুখৎলো"—খুঃলোন

**হিরী লাউবা,** লাই হয়াউবগী লাই ঈকৌতুনা লাই লোথংলকলগা লাইগুমাঙদা ঙাম্ব থোজাম্নচিংবা কানবা লোইরগা মাইবনা ঈশাইক্ মমুংদগী লাইয়িংথোগী লৈয়োম হিরী লোথোক্লগা হিরী লং অতু পায়বা অতুগা মাইবীনা লাইরেম্মগী লৈয়োম হিরী লোথোক্লগা পায়রগা মাইবনা পায়রিবা লাইয়িংথোগী হিরীদা নিপা অহুমনা অতুগা মাইবীনা পায়রিবা লৈয়োম হিরীদা কোকশেংশেংপা খাঙচেং লাকপা নূপী অহুমনা পায়তুনা নিপানা মাইবগী মথং নূপীনা মাইবীগী মথংদা মথং মথং লৈতুনা লাইশঙদা তাঙবন মথক্তা ফমদেংলিবা লাই অতুগী মনাক যৌনবা গোঙথাং মান্নমা চঙশিনবদা মাইবনা লাউবা বাহৈ—মাইবনা হিরী লাউবদা মাইবীনচিংবা ময়ামনা খুমই। মাইবনা হিরী লাউবগী মবোন্দি:—"ওঃওঃওঃ লেওঃ" হায়না লাউবগা মাইবীনচিংবা ময়ামনা "হি-হি" খুমই; অতুগা মাইবনা "এঃ এঃ এঃ ও লে ওঃ" হায়না লাউবদা মাইবীনচিংবা ময়ামনা "হি হি হি" হায়না খুমই।

**হিয়াঙ,** হি য়াঙবা তান্নবগী কুমৈ

**হিয়াংলোই,** হিয়োয়

**হিয়াঙ হিরেন,** তান্নহি অচৌবা

**হীকোক,** হীগোক, অভিয়া মচু,—"ঈশিং অতুগী মচুদি হিকোক লোয়াম্বগী মচুনে"—লৈঃচিঃ

**হীদাক ফানবা,** পানা অমগী মিং,—"হীদাক ফানববু পোৎশংবনা চল্লি হায়তুনা হীদাক ফানবগী ফমফমদা পোৎশংবনা ফমলবদা সনা মাঙদা অঙম অথৌ পূন্নমানা পিচার ফমেত্রবদা শ্রীযুৎ সনা য়াথং পণ্ডিত লোয়শঙ কৌশিন্দুনা হীদাক ফানবনা হল্লি পোৎশংবনা নাহানি হংগৎলি সনা য়াথং পণ্ডিতনা ছায়রবদি লোইরে হায়তুনা হীদাক ফানবনা অহল ওইখি"—চৈঃকূম্বা

**হুই.** থূবীগা থুদোম্বীগা অনী তিংথোকপদা শাংবা লম, হাওকাপ, শীংচেপ

**হুইতিকা,** শখোং খোইবদা পায়বা মচীন তুম্বা শাজৈ

**হুইথবা,** লোইরোই তাথখিবা, পিকথবা
**হুইথা চীং,** হুই থাবা চীং
**হুইতাউ,** হুয়গুম্বা
**হুইতোক কবাকলৈ চহুই কাওবলৈ,** ফম্বী (শুক্র) ময়েং তাদবা
**হুইদোম পোকপী,** লাই অমা,—"শক ১৮৬১ ইঙেন থা ৯নি নোংমাইদা য়ুরেম্বম খুনগা খুবাই-জমগা হুইদোমপোকপী লাই মুন্নবদা পণ্ডিত লোয়-শঙনা পুরান্দা লৈ খুন্না চুমই হায়খিএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**হুই ফলাং ওইবা,** শী চেপ ওইবা, চেৎনা কান-বা পোংশক ওইবা,—"মরা চেৎপনে মাগী মফম লেগদে হুই ফলাং ওইবী লৈমরেম্লে"—লৈঃনাউঃ
**হুইবা,** কুম্বা
**হুইম থাবা,** লেঙহন্দনা থম্বা
**হুইরোং,** কবাক (বানা শাবা)
**হুকচেম্লবা,** তৌকম খঙদবা, চময়বা,—'নমু্‌মীশা চাবী থৈবিকনা শাবেন শামুন্নবগী হরাউ মতৌ উবগা অনীমকনা অকি মথৈ ফংনা লানকম হুক-চেম্লখিরে"—লাংঃশঃথাঃ
**হুংঙা মীকপখোন,** মীকপ মীরাউখোন, কপ-লাউবগী খোঞ্জেন, অঙাং কপ্পগী মখোন
**হুনঙমদবা,** হুন্দোকপা ঙমদবা
**হুম লুক,** খুম্মোক, হুম্নবা খুম্মোক
**হুম্না,** হুন্দুনা, লংদুনা
**হুম্না কোজোই থুবা,** লংদুনা থৌরী কোজোই থুবা (থাংবা)
**হুপচিৎ,** লৌশিং, হুপ হৌবা লৌকম
**হুমওইবা,** মযুম ওইবা
**হুমখৎপা,** পুখৎপা
**হুমতং (হুমদং),** কাঙজ্রুম,—"ঐগী ফিশেৎ লৈ-তেং পুমনা থা কাঙজে হুম তং য়াওনা শানশেল্খি-ও" —সঃলাইঃ
**হুমহু,** হুম হুম হায়দুনা পোপ পোপ কবা, কুম্থ্রা অনী
**হুম্ফু নারেং ওম্বা,** অঙাং ওম্বা
**হুম্ফু নারেং শুবী,** মহৈশী লাইরেম্মা, লাইরিক লৈমা,—"চীংঙু ইতম চাউবী হুম্ফু নারেং শুবীমুঙ খুরুমগে দে"—কুমদমশৈ
**হুমলেন,** মুংশীং
**হুমলেন য়াইবী তৎপা,** শিবা
**হুমলেন য়াইবী তুপলবা,** শিরবা, স্বর হোক্লবা,—"তোংঙেৎ কুমায়নুংগী হৈরেম কাঙবীশু অথৌবা হুমলেন য়াইবী তুপলবগু লুবক কাওদে থি পৌনাউ লেম্বোও লেল্লে"—চায়ঃ
**হুমাই মাইরেং,** হুমাই,—"য়ামলা হুমাই মায়-বেং হুম্বগু হুময়োনবী ফৌবা-ও"—ফৌঃবাঃ
**হুমাং লৈরিক কানা,** হুমাং তানা, হুমাং কানা, হুমাং শৌনা,—"অশাউ মৈগু থোক নাতোল নাকচি অনীমাদা হুমাং লৈরিক কানা"-ঔঃওম্বাঃ
**হুমাং লোকয়ি চেম্না,** হুমাং তানা
**হুমানবা,** থোকমিন্নবা
**হুলান ঙমলোই,** থাদোকপা ঙম্মোই, হুলানবা ঙম্মোই
**হুলানবা,** লংথোকপা,—"তিমেন নখুৎশুবু লাপনা হুল্লালকও"—চায়ঃ; হুলোক্তুনা থম্বা, নিংথনা তৌ-দবা, মীরায়বা, বাওই থৌওইদবা—"পারি অনী-মক্কসু মপলগী হৈনা মতুং ইন সনা মমৈ বায়না হুল্লাল্লে"—চেংলৈঃ; "লাইরেন ভাংভোই য়োয়মোং-বনা বাকয়ৈ মখুনেৎপু মরাং উকুহন হিয়াঙ নাপন থোংবু তাউখঙবদা উনৌ খোংজা শম ঔরি লীয়ায় নোপনা হোয় চিংলকপবু য়োয়মম্নাই তাউদনবা মতাং তেল্লবগী হয়েং কৌবা ইম্নুং শোয়রবদা পামেন হোই চিংলগে হায়না হুলাল্লম্মে"-নিংঃলম্বুঃ
**হুল্লানবী,** থৌওইনা তৌদবী,—"মশাবি নোংয়ায় পুয়াম খুনৌ শিবগু হুল্লানবী"—চায়ঃ
**হুল্লাম্বা,** হুন্দোকলম্বা
**হুয়াই লীকলু অথেংলা,** কোজোই ওইনবা কোম্না লেংবা লীকলু ওইবা
**হুয়াই শেনকোইবা,** ঈকাইবা,—"ভাংচা ঈকাইরে হুয়াই শেনকোইরে"- নিংঃলম্বুঃ
**হুয়েন,** লাল,—"কাকলেন মীওম্বদি হুয়েন কদায়রম লাক্তারিবনো" ?—তুতেংঃ

**হুয়েন ইরানথাক**, লান্দা ঐগী খুৎথাক ওইরবা মী, ঐনা ঙমলবা মী,—"লানশোক মাঙদা থাঙমদনা ঙমখিরবনিগিনা ঐগী হুয়েন ইরানথাক অমনবু ওইরবা নঙনদি করম হুয়েন লানশোক ইথাও থাজে তৌবিবনো?"—লাংশংথাঃ

**হুয়েন তম্বু শকপা**, শাক্সা লানফা ঈশৈ শকপা,—"নঙদি অমুম নোংমায় লৈকোয় পুংদদি তেংলৈ মকা মাম্ববু তম্বু শক্লাদি তেংলৈ মকা মাধদি থেংথাং চারিখয়া কংলা থোংগাঙম্বু উরকএ"-চায়ঃ

**হুয়েন নরান শাবা**, নহাক্কী লান (নহাক্না লান্দা ঙমলবা, কারবা) শাবা

**হুয়েন মঙান নাইবা**, লানগী লৈতেং শেম শাবা

**হুয়েন লাঙেল্লকপা**, লান চেল্লকপা

**হুয়েন লানপুং থোনবা**, লান চংপা, লান শোক্কম শেম্বা

**হুয়েন লান শোকফম**, লান শোক্লমে, লান তৌকম লানফম

**হুয়েন লাম্বু চনবা**, লান্দা হাংনকপা য়েকনবগী মকোক নুংগোইবীদা চনবা (নুংগোইবী লাইবেম্বদা কংপা)

**হুকচেন্নবা**, ইফিং ফি'না চেনবা,—"মিরেন থাবু থুং য়াওরো হুকচেন্নবা শারেন পন ঙমখিরবগী"—পঃসংয়ঃজ্ঞ

**হুতৈ-তেন**, হু তৈবা তেন,—"হুতৈ তেন শাখিএ" —বংলৈং

**হুয়তাউ**, তাউবা হুয়গুম্বা

**হুথৌ**, অথৌবা হু, মমাই কাবা হু—"তাজা হুথৌ থোইবা পৈবিকপু হুংথাঙ লাউবা য়াওবা থোঞ্জেং ঙংনা ঙংনা"—লাংশংথাঃ

**হুপ**, নাপী জাৎ অমা,—"হুপলৈ লেংলক্তঙ হৌরকলে; শজীক য়েংলো কাবনা কুমহৌরে রে"—কুমদমশৈ

**হুপনা**, হুপ মনা

**হুপনা**, ময়াম হৌনা, লোইমা, ঙমনা,—"মৈদিংঙু উরাকোম্বোবনা কৌবা ঈরো থোদ্দা শেললোয় লানয়াম থা লংথাই লাম মাঙহল্লে হায়বা অসিবু খেল্লোয় পুমনা হুপনা লানচংলবু হুয়েন লানপাউ চেল্লুদে"—নাঃকংকাঃ

**হুপনা তোনগা চিংবা**, হুপ মতোন চিংবা

**হুপ্পা**, থোৎ থোংলা, চিখলবা, লোইনমক য়াম্বা

**হুপলেন**, হুপ

**হুরেন**, অকনবা হু,—"তাঙ্গা লিনগী মরুপনচুং লিল্লা ময়া কা হুরেন খাৎপী মৈরী থোকনা কামথোকএ" —লাংশংথাঃ

**হুয়ত্রি**, লশিং কাপ্পবা আরুংগুম্বা লীগা শীংমিংকনা শাবা পোৎশক অমা

**হুয়ক্র**, নাপী জাৎ অমা

**হুয়ক্রগুম মপোপ চাউবা**, থুনা হোম-হোম চাউবা, মণা মউ ফবা,—"লাইরেন ইন্দ্রেমচা অসিবু ইপাম শেল্লোয় চাকনা হুয়ক্রগুম মপোপ চাউ ইপন লংমাই য়ুনা তিংগোইগুম মন্না রেক্রে"— নাঃকংকাঃ

**হুয়পুল্লোই**, হুয় পুবা মী

**হুয়মু ঙমলা**, হুয়গুমনা

**হুয়রাং শোনবা**, মমায় মকশিনবা

**হুযরি**, হয়িংগুম্বা ভীল জাৎ অমা

**হুয়রিন থৎপা**, বাশক্রবা (চৌংমীশিংগী মরক্তা চংনবা শরী নামুং),— "তুয়াই তুরেন, মুমুং থোং মথক্তা সনা লুপা য়াঙনা হুয়রিন থংলে"—চৈংক্রুবা

**হুয়শোল্লকপা**, চিংনকপা

**হুয়শোল্লাংবা**, অবা পোম্বাবা

**হুয়হৌরকপা**, হুয়গুমনা লাউনা থোংবা

**হুয়য়াই**, মমাই

**হুয়য়ায় ঙাইনোকপা**, হাইক্লেং নোকক্লেং লেপ্পবা

**হুয়াই শেনগোয়বা**, ঈকাইবা

**হেকঙাইবা**, হীক হীক লাউবা,

**হেকঙাই হুংয়েং চেংনা**, হীকনা হীকনা কপতুনা,—"মদু য়াইবী কলচৌনিকলবদা নোংখাল লোন পীতঙবা লীবলু, লৌথিবীনা পিরেম লকমা তা হেকঙাই হুয়েং চে'না বাহমখিএ"—নাঃকংকাঃ

**হেকঙাই হুংয়েং চেং লুংঙোই লিম-ঙনবা**, পুকনীং হুংশিনা, হুংঙাইতবা,

**হেকওাই মুয়েং চেংবা,** কপনিং কপানিং তৌবা
**হেকওাই মপাউ চাউনা,** মথোল থোকনা, হৌবা থবাক্তা বানী; থোক্লেন হোনা,—"ইবেম ওৈইবী নৈনদি হেকওাই মপাউ চাউনা পিরেম থকমা তাদা লুংওক্লকএ"—চাঃলাইঃ; —"বাওম হেকওাই মপাউ চাউনা শমু গোওবু থীম্না মীকপগিএ"—শমঃ ।—
**হেকথোকপা,** হায়বা ইন্দবা, হায়বদা তৌদ্র
**হেকমাই কাবা,** মথোং কাবা
**হেস্তাক,** ঙাখানচিংবা অপিকপা ঙা মচ এগা শুধদা কুপনা হোংঙগা শুবগা লীচ্ন মনবা অচাপোৎ
**হেস্তাক খুত্তম্বা,** হেস্তাক হবানবা
**হেস্তাক ঙাপান লোই,** হেস্তাক শুনবা ঙা তম্বা লোই,—"হেস্তাক ঙাপান লোইনে হায়না তেং থারকলে"—মিয়াং
**হেনথোইবা,** হেম্না ফবা, হেম্না থোইবা,—নৈপাক খুদিংমু হেনথোইএ হায়দবরা ?"—ওঃঙম্বা
**হেন্নদবা,** মান্নবা, থেন্নদবা,—"অর্জুন তেনহৈবগা হেন্নদে"—লাংঃশঃথাঃ
**হেনবা,** থোইবা
**হেম্নৌরকপা,** মশক শক্তৌ ইনৌ নৌরকপা, ফজরকপা,—"নূরা মুংহোতো শুম হেম্নৌবকলে" চাঃলাইঃ
**হেনমোই থোইরকপা,** হেম্না ফজরকপা,—"য়াম জেং মফেংলোই পূমনা তিম্না চবৈ ফিনৌ শেং লীকশং কোনগা তৈনা শীলেন চুনবা নৈরাং নিংথিববু য়োমমু তাংজা শমলকখায় চুপলেন নবু ঙাম্না হেনমোই থোরকলে"—মোইঃনিংলগু
**হেনমোইপা,** নৈতেংবা,—"খুংশু মরিমানা হেনমোইপা"—ওঃঙমঃ; —"শঙলেন অবেম্পা, মমায় অবাং লাইনা পাংবা শঙ থোতু নুংমু সিঙাপা চেঞ্চা নুঙেত্তা নাতাপা নুংকুম্পা শঙনে, শী লেন মশেম শীয়েম্না নৈরাং মশেন শীরৌনমা মত্তোন থম্পান শামা হেনমোই শঙনে"—কংনৈলোন
**হেপথোকপা,** কোয়থোকপা
**হেম্না,** কোয়থোকপা, লাকপা; কোয়বা চুংবা,—"শাব থাঙভা হেপলে"—ধংলাঃনীঃ

**হেপ** কোয়থোরকপা, চখোরকপা,— নৌ মতা লাইরোককেশীনা পাউংঙমে থী ইতা শম্বোঙ হুয়মু নৈমাও নওবু থাঙঙ থোক্তনা হেপলকপা নৈকাই পোইথোক্তনা পাইরকপা অসিবু থোয়নৌ করি বানো হায়না চৈয়ে ফাম্তেং থানা পাউকৌঙমে"—পোঃলুঃ
**হেপলী** ছগু,—"হেপলী চীন্দাই শেম শৈওং নাতেং থিনা শেথীবা বারী"—ধংলাঃনীঃ
**হেপলুবা,** কোয়রুবা, চংথোকলুবা
**হেবা,** য়োবা
**হেবি,** ইবেম্মা
**হেবিথু,** ইবুংঙো
**হেমথু,** হি
**হেমচেং,** হেমজেং, চকপা,—"চকপা মীয়িকমে হেমচেং মীরৌমৈনে"—পোঃখুম্বোক
**হেমজেং,** চকপা, হেমচেং,—"চকপা চা-পাথংগা হেমজেং চা নূরাগা চকপা য়োমলোই হৌনা কোরৌ নোয়তমএ"—অনোয়ঃ
**হেমজেংনুবী,** চকপা নুবী, চকপা নূপী,—"চকপা নুবী ফুথি মৈ হেমজেং নুবী ফুথা মৈ"-মৈঃতেংথা
**হেমদৌ,** গোঙ
**হেম্বা,** হাও,—"হেম্বা পামচাক মৈ"—মৈঃতেংথা; হেম্বা মচাং কারকপবু নমথক্লরে"—নিংলম্বুঃ; "হাওয়াম পুম্নমানা হেম্বা মঙক হাই লোইবী মথা চীক খুধাক তিল্লাই মেন তিমেন থাঙতপ পায়না হুয়েন লানশোক্লবু"-ওঃঙবা
**হেম্বা চংবীরম,** হাওনা চংবী লা থাবা মক্তম
**হেম্বা মানশরীক,** হাও নাউথেক
**হেম্বা মুবা পাউহনচেক,** কাক
**হেম্বা মুবী,** কাক
**হেম্বালোই,** কাক
**হেম্বা শৌ শাবা,** মঙক কনবা, হায়বা ইন্দবা, মনা কনবা
**হেমোইনবা,** নৈতেংনবা
**হেমোইবা,** কেথোক মোথোকপা; নৈতেংবা

**হেলোই,** নমলৈমঙবা লাইরেম্মা

**হেলোয় মুরাবী তরেৎ,** িংমু, থমমু অবৈমু অহমমু ভেংমু তাইমু ত্তোনথাংমু থেবে লোংবম চমু"—নূ:অ:

**হেসোন নীকমা,** থবায় বানা,—"য়োয়পু হেসোন নীক লাইরেন পূকনীং মুংনৌ চঙনা বাহমলকপপু" —পা:নো:

**হৈ,** তাউজীং

**হৈ ওম্মোক,** ওনখোকপা হৈ

**হৈকন লাকন,** লাই তীন থুকুম্বদা য়াওবা হৈ জাৎ, চু হৈনচিংবা,—"লৈথোঙ ফাৎপগী পোৎয়া এদি X X X X অথুম অহাও হৈকন লাকন উচিবা নীপান"—থো:মশিন

**হৈকু,** হৈক্রু, হৈ জাৎ অমা

**হৈকু পোত্তম পুবা,** হৈজিং থবায় পুবা, হৈজিং পোৎ পুবা

**হৈকু পোত্তম শেম্বা,** হৈনা পোৎ শেম্বা

**হৈকোয় ফি,** ( মমাঙৈঙদা হাওদৈজমদনা শারম্বা ) ফি জাৎ অমা,—"হাওদৈজম নঙদি হৈকোয় ফি শাউ" - লোই: শিনযেন

**হৈকৌমবা,** থরা বাৎপা, কৌবা

**হৈখিবা,** চাগিবা, চঙখিবা, ফাখিবা

**হেঙাঙ,** হৈ জাৎ অমা

**হৈচেন্নবা,** হৈ হেকপা,—"নমলেন মহাইমা অবাং খোইবা চীংঙাংলেন্দা পানবা হৈ, হৈরাঙ থমগো।ই-বা তাউজীং লোঙজুম্বু পোল্লেং লাইচম থর তুউ-জীং হৈচেন্নঙৈদা"—চায়:

**হৈজা অওই,** ওইজা ওইথক

**হৈতম থরায় পোত্তম্বা,** হৈজিংপোৎ পুবা

**হৈতরাইবা,** হৈত্তবা

**হৈত্তৌমুংখারা,** অহাউবা হৈ

**হৈ থাল্লদবা,** নীংদবা

**হৈনম্বা,** শক্লবা, খুংলোয়বা, চাথোকপা

**হৈনম,** হৈ মনম

**হৈনমশাং,** কুইনা হৈ মনম নম্বা

**হৈনরম,** হৈনবা নম

**হৈনা,** ভু, পিকলিবা অঙাংদা চংপা ভম্বিবদা শীজিন্নবা বাহৈ

**হৈনা ইনবা,** মতুং, ইনবা,—"থমমুং নঙগী নদাই-বেম গোইমুমনা পুবদা মুজানা হৈনা ইল্লকএ"-হেঙ্গু:

**হৈনা নউ কেল্লবা,** হান্নবা হায়নভুনা থমলবা, হান্না য়াৎনরবা

**হৈনা মতুং ইনবা,** তুং ইনবা

**হৈনা মতুং ইন সনা মচৈ-রায়না,** মতুং ইল্লনা

**হৈনা মতুং থাং,** মতুংদা লৈবা

**হৈনা মরিন তত্তবা শায়া মপান কুমদবা,** হৌ-নবা কায়দবা

**হৈনা য়াংজু,** য়াংমু যৈবমনা শাবা লৈ, কাক যাত্রাদা কংপা লৈ,-"হৈনা য়াংমু য়ান্নদি কুমশারে দে"—কুমদমশৈ

**হৈবা,** কোন্নচিংবা হৈবা

**হৈবা,** থঙবা, চাবা, - "নঙদি ঐগী তেকপী ইৎব-চা কাইরৈ ইয়েনচা ঙামু থেরেচাস্তুঙ শানৌ নঙনা হৈরববা ?"—চা:লাই:

**হৈ মনম নাইবা,** ঈবাং থৌনিদা য়াওবা হৈ,—"লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী কীরোয় অত্তবা অনী লফোয় লকাং তরেৎ হৈ মনম নাইবা তরেৎ"— চীং:লাই:

**হৈমাং তানবা,** হৈ পাগী ফুকলকপা

**হৈলম তরেৎ,** হৈ মথল তরেৎ ( থৌদৌ লাংদৌ ঈবাং পূজাদা শীজিন্নবা ),—"হৈরম তরেৎ কবোক নাচন তরেৎ হৈগী মনা শীজু পূকম্ব লাইমু নাহৈক অমা"—চীং:লাই:

**হৈরাঙ,** হৈ,—".থাংঙাক অশিথেম্নে, অশিবনা পোখাফমনে, তাইবং পানববু হল্লা হল্লা য়েংদনা মমা মপা মতু মমা মচা অসি খৈবিকপু ঙমনা উইয়ে হাযবগীবু অশিবা খৈবিকনা মকম অতুদা কপনা লাউনা লৈএ অতুবু থমমুং শিদমুবীনা থম-মুং অশিহৈবু হৈরাঙ খুত্তা পীদনা চাহল্লে"— চা:লাই:

**হৈরাঙ ইউশা,** ইচা ইশু

**হৈরাঙ চার মতমলকপা,** হৈ চাবা শেমলকপা

**হৈরাঙ তাইবোম্বা,** হৈ চরোং

**হৈরাঙ তুগুম মচা য়ানবা,** গর্ভ পুবা, মশা বাই শংদবা, মীরোনবা

**হৈরাঙ মচা য়ান তাউজীং মরু পনবা,** গর্ভ লৈবা. মহক থেৎপা, মীরোনবা,—"ভাদু লৈমা নিংথিবীদি হৈরাঙ মচা য়ান তাউজীং মরু পন্না নাকল্‌ু ফি য়াল্লে"—থংলাংনীং:

**হৈরাঙ মচা য়ানবিবা খোয়জি খাংখা মিছন পীবা,** মরু হুনবিবা, গর্ভ পীবা,—"নপন পম্বৌ নিং থৌ শ্রীরামচন্দ্র হৈরাঙ নত্তবু মচা য়ানবিবা খোয়-জি খাংখা মিছন পীবা হাওমন খোমগীরিকুম না-তোন নৌনা শিওবিবা পম্বৌ নপা পোকমাবা তা আনে" - উঃ(রাঃ)

**হৈরাঙ লুকথোং পুনা হোই থিরুবা,** লুহোং খোংদোংছুনা লৌবা

**হৈরাঙ শুংদাই থাম্নবা,** হৈ মশুং থায়বা,—"কো-রৌ নোংজা খুদিংগী X X X হৈরাং অশং য়েং তাউজীং অমুন থম্না পানা লায়াং তৈ, হৈরাঙ শুংদাই থায়, য়েন্নম মথেন শেমনা য়োইনা সেবা তৌজথিরে"—একাঃপথাঃনী

**হৈরু,** কুদাম

**হৈরু কাওজে,** কাওজৈ মশান্না অমা,– 'শক ১৭৭২ কাইবেন ২০ নি থাওজদা নিংথেম য়াওনা চৈরাপ গারোং লৈবাকী অত্তম অকনবা অশোন অনা মপা মশা পানহন্দুনা লৈপাক মুওভাইনবা, হৈরু কাওজ শায়রিএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**হৈরু মতাই কাওনা,** কুদাম লৌথোক্কুনা,—"পুন্নং মফুরিৎপু হৈরু মতাই কাওনা মাল্লৌ মথিন-ফিবু লাইজা ফিশুম ভাউনা য়োয়ময়াই তা উদন বগী হাংগোনমনোংশা কোরৌ নোংশা মৈদ, ফৌ-রম্মে"—নাঃকঃকাঃ

**হৈরুরা,** হৈ মথল অমা,—"হৈদি হৈরুরানে"—থাঃমৈঃলীঃ

**হৈরু হুকপা,** কুদাম পানবা,– "চৈবৈ মফুরিৎপু পুন্নং হৈরু হুকপিবি"—নাঃকঃকাঃ

**হৈরেম,** মণিপুরগী মথা মায়কৈরোমদা লৈরবা লম অমগী মিং, হৈরেম খুন্নান

**হৈরেমচা,** হৈরেম খুন্নানদা পোকপা অমসুঙ লৈবা মী

**হৈরেম পোনবী লোক্লাওথোং,** উচেকনা লানবা থোং

**হৈরেম পোনবী লোকলৌখোং লৈতাং শেক-কুরেক চেকলা নমথোবা,** উরোক

**হৈরোম,** জাৎ অমগী মিং

**হৈরোম কাও,** হৈবোমগী শল

**হৈরৌবা,** ফারবা, ফাবা, ফাহৌবা,—"সনা মুকতু তুপ্পবু হৈরৌএ" নিংলম্বঃ

**হৈরাইনবা.**—(নূপী) লান্নবা,—"নিংথ্রোনম্বু হৈ-রাইনত্তুনা মুরাবি পোকএ"–সংলোন

**হো,** ঈ (থাওডা কয়োংনা হায়নবা),— "মম্নিম থাওডা কম্পোংনা ঈপু হো কৌএ, ঈ হোপু মা-লেম লৈতা ভাওতুম ভাওনা তালমএ"-লমংখোল্ডন

**হোই থিবা,** "নয় ঐগী বাকয়ৈ ইথুনেৎ তোংজেং ইমুংচত্তবু ওইরবা কৌবা ইওেনচীংদা কানা তম্না অওনববু হোই শিরুও হায়না পাওবেন বাগী"—হিঃহিঃ

**হোইথেম ভম্বা,** চিংবা ভম্বা

**হোইরৌ,** শৈহৌ, অহানবা হৌবা, ইপা, নিপা,-"নিপাবু হোইরৌ কৌএ'—অংলমঃ

**হোইরৌ লাউবা,** লাই হরাউবদা শকপা ঈশৈ

**হোই লাউবা.** লাই হরাউবদা শকপা ঈশৈ

**হোই শেম্বা,** শেবা

**হোই শোনফম,** পুফম

**হোইশোল্লকপা,** চিংতুনা পুরকপা

**হোইহৌরম,** বা হৌরকফম

**হোই য়ানবা,** য়ানবা

**হোইয়া ফবা,** মীনা হায়রদা য়াগনবা

**হোগাইবী,** কংসাগী নোংচুপ পাংবদা কোম্নং অমনবদা লৈবম্না চেকনা শাবা থোঙ অমা

**হোংকু,** অত্তোবা

**হোঙনা,** মরাং কায়না, মমল য়ামদনা

**হোঙনা চাউনা,** মরাং কাননা
**হোঙনেৎ চাউনেৎনা,** মবাও কায়না,—"ভরা লুকমায়রেম লুকলেন পামনা হা থারম পাকয়ু হোঙনা লাইবম পাবয়ু নৈনা কেগে হোঙনেৎ-নলা মোইরাং চাউনেৎনা অহোঙ কূমৈ হৌভরদা য়াইথুংলুরে"—নাঃকঃকাঃ
**হোঙনেম্বা,** কূমৈ ভৌবা
**হোঙনেময়োই থুজাউ,** মৈদিংঙু, নাউথিংগোংগী মিং অমা
**হোঙবা,** মমল য়ামদবা, শঙাবা,— ( কৈথেল হোঙবা, পুত্রী হোঙবা, উ হোঙবা বা লেঙবা ) —"শক ১৭০২ কালেন ২১ নি ঈরাইদা ভেরা কৈথেল বিজয় গোবিন্দ য়াওনা হোঙেও"—চৈঃকুম্বাঃ
**হোংলা,** কিশি, লরৈ, ফি
**হোংলাভোম,** মচা অভোম্বা, কি মচীন
**হোংলৈ,** উচেক জাং অমা
**হোংলৈ অমুবী,** উচেক জাং অমা
**হোজঙ,** থোঙান্দা শাবা শঙ
**হোরৎপা,** নাতৈ চাদবা, থবক পাঙদবা
**হোয়াই,** উনা শাবা পুথম মানবা পোৎ হাপ্পবা পাত্র
**হোরেন,** ওহাক লৈবগা, কোয়া
**হোরোম হোপাইবা,** ইরন লনবা, ইহো হোবা, —"নঙনা চৈবে ফি শাবম্ভও তেমলাং থুংমু বাংলে হোরেন হোপাইনৈ ল'মাই লাম্বী চীংজাউ উইয়ে"—চাঃলাইঃ
**হোয়দা,** অং উম কনাগুম্বা মীনা হংবা নত্রগা হায়বদা পীজিন্নবা পাউথুম
**হোরেন** হোরেন, ঙাইহাক লৈরগা, তুংদা
**হো হো চোংবা,** য়ায়া লাউবা

# য়

**য়ুম্বা,** পাঙদবা, কিথি কিক্রম ভৌবা, মাবংজেন পান্দবা
**য়া.** ময়া, নক্কবা, য়ায়েন, অচাপোৎ শায়নবা য়ারীদা হৌবা শক্ত অপিকপা, কংকাল ( থুময়া হায়নবা ), —"ময়িম নোংয়ায়না ভেংথানা থুময়া মিকোনবদি পাৎপু কোন-ও কৌএ, ক'কালবু য়া-ও কৌএ"-চায়ঃ
**য়াই,** মৈ ( শেলোয় লংমাইনা হায়নবা ।—"মরিম শেল্লোয়না ভেংথানা লংমাইনা বা হায়না পুংবু থোং মৈবু য়াই কৌএ"—নাঃকঃকাঃ ; লাইবেন পী নাইদবী ভরেৎকী নাউকম ; মমল য়াবা নুং, মণি ( য়াইভংগুম্বা ) পাম্বী মথল অমা, সনা
**য়াইথুবা,** য়াইথোম শাগেগী নিপা
**য়াইথোম,** মৈতৈ য়ুমনাক অমা, ভাউরোইনাই ভরেৎকী নাউকম
**য়াইচনবা,** সনা লুপা চনবা, হীচন য়াইচনবা
**য়াইচেনবা,** য়াই পুবা, মরাইবক ফবা
**য়াইভম্বা,** মাগীদমক শক্তক ভম্বা
**য়াই থঙ্গ মানবী,** য়াইভংগুম্বা পাম্বী অমা
**য়াই থাবা,** হীদাক থাড্রনা পঙথহনবা
**য়াইথিবী,** হরিজনগুম্বা মী কাঙলুপ অমা
**য়াইথী থূম্ভম,** কত্তবা থূদম, অমঙলগী থূদম
**য়াই থীবা,** মারথীবা, লাইবক কত্তবা, লাই য়াব্বী,

লাইবক থীবা,—'চীংডু নত্তনা নদাইরেমগী য়াইবী কনবিও য়াই থাবা মপারিনে"—হেঙ্:

**য়াইখবী য়াইফা**, অবা মুংডাই

**য়াইখোঙ**, অশিখোঙ, অশিবগী লম্বী, অশিবগী খোঙজিন,—"ঐদি হয়েং য়াইখোঙ শিরমলেম্দা মাই মৈচীন ওন্দনা বায়রা নপা ওই হুয়েন নরান ওইডমগে" -চায়:

**য়াইখোঙ করাউখোন**, অশিবগী মীকপ মীব ড গোন —"ঐদি খমলৈ কানে গোনবু খঙদবী য়াইখোঙ করাউখোনবু শাদবী, শবা মিখুরোনবু তাদবী তেংনৌ পাতাংবোংদবী মেনাং তনবা ঈরীক চোংদবীনে" —নাঃফঃকাঃ

**য়াইখোঙ কুম্বা**, শিবা, নোংমনবা, — "খমহু য়াইখোঙ কুমডেনে"--চঃখুঃ

**য়াইখোঙ নানম শকপা**, অশিবগী তেংথা নাওহ বা, শিগপলোন শকপা

**য়াইখোঙ বায়েনবা**, অশিবগী নিংথৌ, মম নিং-থৌ, -"চীংডু য়াইখোঙ বায়েনবা তাইবঙ পানমা থোইবদা খুনথোক-স দ" – কুমদমশে

**য়াইখোঙ শঙ্কয়া**, অশিবা পোংলোইনবা খৌ-রাঙ তৌবা

**য়াইখোঙ শিরমলেন**, অশিবগী খোঙজিন, অশি-বগী লম্বী

**য়াইখোঙ শিরমলেন শবা লম্মখাঙ**, অশিবগী লম্বেন,—"হয়েং য়াইখোঙ শিরমলেন শবা লম্মখাঙ দা খমলৈ মীহু কোন্দবু নবওক্করোই হায়বরা" —চাঃলাইঃ

**য়াইখোঙ শীংথালৈ**, অশিভম

**য়াইখোঙ শীংদা চনবা**, অশিবগী খোঙদা চনবা

**য়াইখোঙ শীংগুবা**, চিত্রগুপ্ত

**য়াইনা শোক্তোং থনবা**, থাংপোক থনবা, অশিবা থম্বা শঙ থনবা (শাবা)

**য়াইপল**, য়াই পাম্বী অময়ুঙ মাতুগী চাবা য়াবা মপাল

**য়াইপুবা**, মশি পুবা, য়াইচেনবা, লাইবক ফবা

**য়াইফবা**, লাইবক ফবা, নুংঙাইবা

**য়াইফবী**, লাইবক ফবী নুপী

**য়াইফরেন য়াইফ থোইবা**, খুংইদগী হেন্না লাই-বক ফবা

**য়াইফ মিংলেন**, মিংচং অকবা

**য়াইফুবা**, কোনশিবা

**য়াইফৌ**, য়াইচুনা ফৌবা

**য়াইবী**, থবাথ,—"লিমজেন বাপৈ নৈতবা য়াইব থবায় খঙবনা য়াইফনয়েদে"—কুমদমশে

**য়াইবী ইনিন খম্বা**, হকচাংগী মনিন লৈত্রবা, স্বব হোত্রবা, শিবা

**য়াইবী কলহৌনিক কপ্পাও মথৈ লৈতনা**, কলক মিহৌবগা লোয়নবা শাউবনা মৈ হোতুনা

**য়াইবী কলহৌনিকপা**, শাউবা,—"মদোন পুন শিবনা য়াইবী কলহৌনিকনা বাতাথাথবে"—

**য়াইবী কলহৌ নিকলবা**, শাউরবা, থবায় শোকলবা

**য়াইবী তুপলবা**, শিরবা, স্বব হোত্রবা,—"হৈরেম কাংবিশু হুমলেন য়াইবী তুপলববু লুরক কাঙদৈ থ খৌনাউ লেম্বোঙ লেপ্লে"—চায়:

**য়াইবী থবায় হিংবা অমন খমলৈ কুম্বা**, শিব চঙবা

**য়াইবী পীমাপা**, থবায়গী মপু, ঈশ্বর,—"নোং বোবেন শেনবী থাগেম্বনা পোইরৈ সনা পুংদ ময়ায় কোয়বেন তোংনা চোয়নৌ সনা ফন্দান ফমলপতা চীংডু য়াইবী পীমাপা নত্তনা থোইমোয় নথানওনপু শানফোংকে হায়পাকি'—স.লাইঃ

**য়াইবী পোললিংথিবা**, থবায় চোংথোকথিবা শিথিবা

**য়াইবী মসুংহৌ ভিল্লাং মথোয় শাউনা**, থবায় শোকনা শাউদুনা, য়ামনা শাউনা,—"সুকৃতি ব্রা-হ্মণা য়াংবা মসুংহৌ ভিল্লাং মথোয় শাউনা বা ওইরকনবদা"– ভ্রঃভম্বা

**য়াইবী মসুং হৌবা**, থবায় শোকনা শাউবা, কম্বী থোকপা,—"তুবী ভিঙলেন নোংত্রেন থোবা নিংথৌবেম্না না(তারবগী য়াইবী মসুং হৌ ভিল্লাং

মগোম শাউনা পাওযেন্নকএ" —ঔ চগা

**য়াইবী মুৎপা,** শিবা,- য়াইবী মুৎলগা তাইবংদা হলবাইনোংবু য়েকলগ্বা উঙাযলে"- হেঙ্গু:

**য়াইবী লীতিন্নরকপা,** পোকমিন্নরকপা

**য়াই মরু,** অরুবা অতাঙবা য়াই,—' চী' চু য়াইপী হুযচাউপা থবায় তিল্লি য়াই মরু সিতাপা-ও খোইমোম ন্খোঙথাতা মানবী খুতপনা মুকমু লৈ তোন কোন কাওবীচিগালুক থুংধা' চা'ঙৌ চেপনা লোন্না পুরুমচরকে"—সংলাং:

**য়াইরাং চান,** য়াই অরংবা

**য়াইরী,** লী অপিবপা মথন অমা

**য়াইরী থাংথোংনবা,** কাঙহু লেংদা থোংবা

**য়াইরী পাফন.** কংথোন

**য়াইরী লোকমায় তানবা,** লোকমায় থন্না লী লৌবা

**য়াইল শোক্তোং খনবা.** য়েম্পাক তুপ্পা

**য়াইশঙবা,** মচু শঙবা

**য়াইশা,** শগোন অমদি শামু ময়ামগী মকোক ( লুচিংবা ), —'কৌক্র নোংফৌ চী'গোঙদগী পাম্বোম থুংশম্নন ফরুবা মুকুগুবলহোপ লুবা'বু য়াইশা হাপএ"—চৈ:কুম্বা:

**য়াইশি,** খুবোমদা শিবা পোং

**য়াইশীং,** লানগী ময়াই কাবা,—"হুয়েন য়াইশী মকম ফানলোয়ে"—নিং:লম্বু:

**য়াউশেনবা নমু,** য়াউশেনবা মী

**য়াইশেন য়াইফৌ,** ফৌ অফবা

**য়াইস্কুল,** লৈকাই মরিগী মন্নুংদা থুাই অমম্তুঙ বাংথে অনীগী মরক্তা লৈবা লৈকাই ।

**য়াইস্কুল লাকপা,** লৈকাইরাকপা অমা, য়াইস্কুল লাকপগী লাইপাদি মুন্নানিংথৌ,—"য়াইস্কুল লাকপদি মুন্না নিংথৌনে"—কম:

**য়াউশোম্বী,** অঙোম নিঙেঙান,—' নয়োন মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন য়াউশোম্বী পন্থৌ মপাপোকপু সনা লাইহুইবদি ৎনানো ? —:ং:

**য়াওন কোনওনবা,** নিপ। নুপী ংঙ্গবা— য় ওন কোনওনবদা শোনবদি কাউঙমদবনে"—লৈ:নাউ:

**য়াওজবা,** চাবা, চাবোকপা,—"পানবা লমকন্বা কৈরেন নাথেংপনা য়াওজনরবরা ?"—থু:লা:লী:

**য়াওবা,** চাবা

**য়াওরৈবা,** ময়েংবম নিপা

**য়াওরৈবা চন্নু,** ময়েংবম নিঙেঙান,—"য়াওরৈবা চন্নু হায়না তেংথাবদি ময়েংবম চন্নুবু থাবনে"—পেন:.তংথা;—"নয়োন ঠৈ রৈত্রেমা য়োয়রুমলোন য়াওরৈবা চন্নু য়াওরৈ লৈম্নাগি খুনকাম লৈ নাযুংবু শৈনবা চন্নু" চা:লাং:

**য়াওরৌ,** শা,—"লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা য়াওরৌ ভুংইন তান্নরকপদা মোংবা শমু মথু-তোনবু পুথবম্মে, অতু নোংগীবু মোংবা কম্পোংপুংও কৌএ'—ভু.তং:

**য়াওরৌ থুচুম চোকলবা,**—মফৈ চোকথরবা শা

**য়াওরৌ থুমন** ওক

**য়াওরৌ পনচনবা,** শা ফাবা, শা ফাবা মী,—"লমাই কাকপা শাকাবাম্ব শিশাং লাংলপ্পা য়াওরৌ পনচনবনা লাবা থুমন পুন। য়াওরৌ শা নাববু"—না:ক:বা:

**য়াওরৌ ফমহৌ শা,** চেনখিবা শা,- "য়াওরৌ ফমহৌ শাদি অৱাং ঙাইনা পাংনা চেনথৎলকএ" —তুতেং:

**য়াওরৌ ফৈশোনরবা,** ফৈ তারবা শা

**য়াওরৌ শজিরেংনা,** শজিনচিংনা

**য়াওরৌ শন্থুং লৈচাউবা,** শাম্নু

**য়াওরৌ শবেংচা,** শবেং মচি

**য়াওরৌ শা তোকপা তোকমু য়েশাংবা,** হোদোঙ

**য়াওরৌ শা নাবা,** শা তানবা,— 'খোইমোম মান্দোম অনীমানা য়াওরৌ শা নাবদা থাম্বী মৈচেন্নরে"—চায়:

**য়াওরৌ শামকোই তুরেন মিংথাংকোই নাউরা খোয়রেম্বাঙ** কোংগ্রেং

**য়াওরা** শন "য়াওরা লম লৈনুরবশিংগী মচি লন মরু অচেংপবু শুংগি রিবা"—লাং:শ:বা: ; খোজেন,—"য়াওবা মখোজেনবু খোজেন মনিন

নাইনা হয়েন নান শোক্লরে"—লাংঃশংথাঃ; থোন,—"নওনদি য়াওবা লোন থওদরিবা অৎাং মরমচৎকুম তৌরিবা অসিবু মতৌ করিগীনো"—লাংঃশংথাঃ

**য়াওবা থানিন নোং,** পূর্ণিমা থুমিং,—"লোইদাম লাংবন থাগী য়াওবা থানিন নোং কোরৌ নিংথৌ-কাবদা একাদশী পঞ্চালী হায়না কৌবা পূন্য মহৈ চেনবা বারী হুংঙাইবা অসিবু পোইরে মৈ তৈ লোন্দা শৈশেমজরবনে"—এঃপঃ

**য়াওবা মণীংশু লোইদাম থাবু ফারবা,** কুম থা শুরবা, অৎাং উনগদোরবা,—"নদাইরেম ঐগী মোমহু তাল্লোয় ইরুবী চকমোম তেমথাঙ লোনবী য়াওবা মণীংশু লোইদাম থাবু ফারববু লৈএ"-চায়ঃ

**য়াওবা শুজা নম তিক্তা লাইকোয় থোংদরিবা** মশাদা নমথি হংঙাই লৈত্রিবা অমসুঙ মায়দা মায়াহং কাদবিবা

**য়াকা চাইপা,** য়াগা চাইবা, চাইথায়বা, থুগায়বা

**য়াকাকম,** য়াকানবা মকম,—"হংকোক নারিয়সুঙ য়াকাকম"—লাই কাও

**য়াকানবা,** লাকনবা, কারকপা,-"লেমলৈ ঙাবা ঙাথৌ য়াঙ শরেং শমশাংবীচা ঙারেন কোকপীচানা য়া-কানবা লাইয়িংথৌ"—পাঃনাহেঃ

**য়াকারকপা,** লাকপা, কারকপা

**য়াকারকলবদা,** কারকলবদা

**য়াকাশঙ,** মী ময়াম কারকলগা তিনফম শঙ,—"লৈকু থমথেংদা লৈরাই চুপথৈদবা মশেন্না লেংনা তিন্না য়াকাশঙনে"—অংসান্নুঃ

**য়াকু,** থৈজুপ, ফৈজুপ,—"মোমহু য়োইবুনাই নওদি চরৈ য়াকুহুংদা য়াতাওমও"—পোঃলুঃ

**য়াকৈবা,** নিংথৌ, লাইনচিংবা তুম্বা হৌদোকপা

**য়াকৈরোন,** লাই অমদি নিংথৌ তুম্বদগী হৌদোক-পদা শকপা ঈশৈ

**য়াকোন,** শজাই (থুমন্না হায়নবা),—"নোংমায় পূমনা হুপনা শজাই য়াকোন তৈনা শা ঈশরীক লাইথন তৈনা শেমনা তাউথংবিথিযে"-নাঃকঃকাঃ

**য়াখংলোই,** লাই,—"থোইয়ম লংবা য়াখংলোই তরেৎমদি য়াইবী কংহোমিকলবগী কেগে চাউবা পুংবু নমদা হুন্না থুয়োন লৈথোঙ কায়হল্লমলে"—মোইঃনিংঃলমুঃ

**য়াখংলোয় মাপন,** লাই পাখংবা মাপল—"তাই-পঙ পানবু ক্রুনা লৈশেংলকপাতা য়াখংলোয় মা-পন্না লৈনেৎলকপবু কাওনা কাওনা নেৎকই হায়পাকি অকাম থেংনৌ কৌএ"—খেজৌঃ

**য়াগা চাইবা,** নাপ্দ থুগায়বা, চাইথায়বা,—"মোক য়ুমজাউ য়ান থাহি য়াগা চাইনা পন্থেং নোংগীবু লৈবনে"—জিঃচঙঃ

**য়াঙ** য়াঙলেন, ময়ায়, য়ুময়াঙ য়ুমগী য়াঙলেম

**য়াজংথৌ,** হরি নোংনাং

**য়াংগৈই,** পাম্বী মখং অমা

**য়াংগোই,** নম্বুল তুরেনগা য়াংগোই কারোংগী তিন্নবগা লোক্তাক্তা তাবা তুরেন অমগী মিং

**য়াংগোই ঈ** য়াংগোই তুরেনগী ঈশিং

**য়াংকোইপা,** য়াংগোইবা, লৈবা, পানবা

**য়াংগোইবা,** পানবা, লৈবা,—"বিরাট মরৈপাক অসিদা হৌনিং শীবুম য়ামনা য়াংগোইফরোই দুর্যোধন নিংথৌরেন্দ খোঙলোয় শীনা রাজ্য লৈ পাক নিহল্লু ও"—বিঃ (মহাঃ)

**য়াংগোইমিন্নবা,** লৈমিন্নবা

**য়াংগোইরকপা,** লাকপা, লৈরবা,—"হাংরৈ খা পাংনা য়াংগোইরকে"—রেঙুঃ

**য়াংগোইরবা,** লৈরবা

**য়াঙতেক,** য়ুম, শদোয় নত্রগা শঙগী য়াঙ মথক্তা তেকথবা

**য়াঙতেক চাইচিনপা ( চাইচিনবা ),** মতীন ময়াঙ থেকনা হোংনবা

**য়াংতে খাপা,** ঙাকপা

**য়াংতৌ,** য়াংদৌ

**য়াংদৈ খাবা,** য়াংতৈ খাপা, ঙাকপা

**য়াংদৌ,** লম্বথাং, শারম, লৈহেন্নবা, তীম্ব্রাক,—"পন্থৌ মপা মচা অহুম্মদি লৈরাই চাংদোনথক্তা তীম্ব্রাক য়াংদৌ চোংওম কবো চাংশোয় ঈরাউ থোনওমনা মীকপরে"—থংলাঃনীংঃ

**য়াংলৌ লম্মখাং,** লমখাঙ, লম্বেন
**য়াংলৌ শারম লীবা,** শাগী খোঙ্গুন লীবা
**য়াঙলম,** মুংগী য়াঙ মথক্তা হাপ্পা অশাংবা ব। নত্র-পা উ
**য়াংনা,** নুমদনা
**য়াঙনা,** থুনা, থীন্দনা,—"থৌবম অঙই ওইদা অনীমক্তি সনা নঙগী উনগোয়মুংদা য়াঙনা নীং-খনবি-ও"—লাংশংপাঃ
**য়াংবা,** নুমদবা, খাবা কাঙলুপ,—"ওন্থা নঙবু খাবা মরানয়াই য়াংবা মশাকোন্দগী নবাল থৌ চৎলকপরা হায়না কোংনা কোংনা য়েংঙাময়ে কোং-ঙা পাৎও- কৌয়ে, মূনা মূনা য়েংঙাময়ে মুবাপাৎও থোয়ারে"—পাঃনাঙ্গেঃ
**য়াংলী,** য়ু শুংবদা শীজিন্নবা উরা জাৎ অমা
**য়াংলৈ,** হুয়
**য়াংলৈঙম্বী,** খুমম্বেম নিংঙোন,—'নযোন মৈতৈ লৈমা খয়োম্বরোন য়াংলৈঙম্বী সন নিনগোইগী নমু মৈদিংঙু মোইরাঙ্খা- তৌনা কৌএ"- চাঃলাইঃ; মধুচন্দ্র মহারাজগী (তমলেন খোম্বগী) মনাউ ইবেম্মা হাওবম চম্নু মহারাণী — "১৭নি শগোলশেন্দা মৈদিংঙু তমলেনখোম্ব চহী ৩৭ তা মৈতৈলৈমা হাওবম চম্নু য়াংলৈঙম্বীগা কম্বাল কায়ে'-চৈঃকুম্বাঃ
**য়াংলৈ তাউবা,** হুয়,- "য়াংলৈ তাউবা ইহুয় তাংকরোই"—কৌগোরোন
**য়াংলৌ,** লম্বেন, লম্বা লম্মখাঙ, লমদাং,— 'ইবং-লেনগী হৈনা ইল্লকপবু য়াংলৌদা চাংঙু নদাইরেম-না তারে"—হেঙ্গু:; 'য়াংলৌ লম ফৈজুনা চেন্নরকপবু হুয়েন লানশোককম্বু মৌরবগা"- উ.(রাঃ); —"মশাবিগী তাঙ্জা খোঙ্গুন লীখিববু য়াংলৌ শা শেনবগী চেংলৌ মশক উরবদা"—উঃ(রাঃ)
**য়াংলৌ থানথোকপা,** লম্বীদা পুবা
**য়াংলৌ লমখাঙ,** লম্বী লমপাঙ,—'মুংবান লাল্লোই মপুং কাবনা য়াংলৌ লমখাংমদা খিংলৌ পঙ্গনঙব-সুঙ নোংয়ায় ইপা লাই খুমন ইপু লাইনা লন-কুবিয়বগী ইতোম লাইশেংলকএ"—"মোইঃনিঃলম্বুঃ
**য়াংলৌ লমথৎপা,** লম্বীদা খিংবা, লমখাঙদা খাম-জুনা চৎহন্দবা,—"লম্বোই লাইবু নীংববু য়াংলৌ লমথৎলবদি খোইয়ম লাইবু থৎপগা মান্নৈএ হায়এ" —দাঃকঃ
**য়াংজৌ লমদনবা,** লম্বীদা পোখাবা,— "অম্ব পোখ খিসে য়াংলৌ লমদমগিসে"—চীথংংশাংকাঃ
**য়াংলৌ লমদাং,** লম্বী, কোরৌ নোং শগোল অদু-সুঙ মফম মুংঙাইবা খৈবিকপু খিনা খিনা য়াংলৌ লমদাং কুইনা চৎখিরবদা মণিপুর হায়না কৌবা দেশ লৈবাকমদা চঙখিরে"—লাঃশংথাঃ
**য়াংলৌ লমদাংইন,** লম্বী মতুং ইন্না,—"য়াংলৌ লমদাংইন শমু খোঙথাকম্বু লৈতনা চৎখিবদো"— লাংশাংথাঃ
**য়াংলৌ লমদাং কুইনা,** লম্বী য়ামনা শাংনা
**য়াংলৌ লমদাংশাং,** লম্বী অশাংবা, লম্বী অরাপ্পা
**য়াংলৌ লমদাং শীৎখিবা,** লম্বী লমশাং ইন্না চৎখিবা
**য়াংলৌ লমদাং শীংলকপা,** লম্বেল মতুং ইন্না লাকপা,—"পোইরৈ মবাঙ হৌ রাংঙম মবি নাই ঠৈবৈ মকা ফোং হরাউ পুংমায়না য়াংলৌ লমদাং শীংলকলে"—সঃলাইঃ
**য়াংলৌ লম্মখাঙ,** লমখাঙ, লম্বী চবুক,—' য়াংলৌ লম্মখাঙদগী পকলকপা লৈগোমনে" - ঔঃঙম্ব
**য়াংলৌ লম্ম থুপ্পা,** মী খঙদবা লম্বী, অরোনবা
**য়াক'চেক,** ডচেক তোংবা
**য়াকাবা,** মথা কাবা
**য়া কাবা,** মীয়াম তিনবা, লৈবা থোকপা
**য়াক।রোই,** মী তিনফম শঙ
**য়াঙম্বা,** য়াথম্বা,- "নঙদি থোঙতারেরাদি য়াঙমলোই নঙবু তোইরা হায়দে"—হেঙ্গু:
**য়াচঙবা,** য়ুম মঙ্গুংদা চঙবা, সন্ধ্যা মমলি মথলি তৌ-বা মতম
**য়াতানোং,** হিপ্পা হুমিং,—"মশাবি তাইবং সোরা-রেনগা মোলাং তপ্পাই থক্তা য়াতানোংদা অবাং কান্নৌ লাইমগোম্বনা হৈরাঙ মচা য়ান তাউজীং মরু পাল্লে'- সংলাইঃ
**য়াতাবা.** হিপ্পা, চেপ্পা, হিপতুনা লৈবা,—"ঐব পম্লেম নঙগী কৈরা তাজীনথক্তা য়াতারগে"-উঃ(রাঃ)
**য়াতাবী,** য়াহিপ্পা, হিপলিবী নুপী,—"কাং খোঙ্গুব

মোস্তেকথক্তা য়াতাবী"—ধঃলাঃনীং:
**য়াদখিবা,** য়াখিদবা
**য়াথং,** বাহৈ, হুকুম
**য়াথং অরাক তম্না,** বা কয়া হায়বা, মীবু লাকথুনা বা ঙাঙবা,—"মুংবান ঐবু শোংকিদনা কংলৈ ইঙমাঙদা হুয়েন লান্দারকপা নঙবু কনানো হায়না য়াথং অরাক তমনা পাউঙংঙমে"—পোঃলুঃ
**য়াথং অখা থোকনা,** অয়াকপা বাহৈনা, অকনবা খোংকমনা,—'নপারি ঐগী লঙজা অয়োন য়েংদনা পঙনা য়াথং আখা থোকপিগুনো হায়না পাওমেঞ্জবগীনে" লাংঃশঃথাঃ
**য়াথং চেনবা,** খ চৌকপা
**য়াথং থোইয়া শম্না,** বাহৈ শমজিনবা,—"য়াথং থোইয়া শমদংলা চিংগোই পাউনম হোমা লাং শবি পাউগেন লৈশোম লাং কংত য়াইবী শিথিলাং চায় য়েথাই পাউথিনলাং"—লাংলোন
**য়াথং পাংশোই নীকপা,** হায়গদবা বা শোয়খিদুনা হায়দবা, হায়গদবা বাংপা
**য়াথং পাওমেন বা,** হায়বা বা,—"পাংগল মপা লৈতবা অতুনে হায়না য়াথং পাওমেন বাদগী হুয়েন লান শোকনখিবদা"—লাংঃশঃথাঃ
**য়াথং লৈথোক্না,** লৈশি লৈথোক্না
**য়াথং বাপৈ হায়দবা,** অয়ানবা বা ঙাঙদবা, অচুম্বা ঙাঙবা,—'য়াথং বাপৈ হায়দবা পুমুং চংবী লৈয়োংথোক্কু।"—ঔঃঙম্বা
**য়াথং বাপৈ হায়বা,** ওইদব বা হাযবা, অচুম্বা হায়দবা,—"য়াথং বাপৈ হায়বগী হেবোননা কেংলে"
—চায়ঃ
**য়াথং হিক হায়না,** থবায় শোকনা য়ামনা মুং ঙাইতনা,—"য়াথং হিকহায়না অসুম বাকংচববু"—
চীংথংঃগাঃচঃ
**য়াথিল্লবা,** শাম্ য়াথিল্লবদা য়েংউ
**য়াথোকপা,** মপান থোকনা চংপা
**য়াপোকলকপা** থোকলকপা,—"লোইদাম থা নিংথৌনা য়াপোকলকপগুম তুলাই মখুনেং চোয়নৌ সনা লুপ্পদা মিক্সেংশেন পুমনা থাম্বা"-লাংঃশঃথাঃ

**য়াথোকশঙ,** থোকফম, পোংথানবা শঙ
**য়ানথংপা,**—য়ানথংপা, ককথংপা,—"পাথৌ খদন বাগী ইন্নুংশোয়ায়মদা য়াওরৌ শা পন পস্তোর্ন য়ানকংলে"—শলকাও
**য়াপনবা,** শাম্ য়াপনবদা য়েংউ
**য়াবিরোক,** নোংদা লাইরেন পাথংবগী মমা
**য়াবু লাউইরোক,** হঙোই
**য়ামচেং,** য়ামজেং
**য়ামজেং,** লাষ্টক, শাবম, কৈকুপ,— "থাঙগি লৈরোনচন য়ামজেং কৈকুপ শীবু মশীকবি-ও"-চায়ঃ; মায়, মাযপোং,—"থংইমোন তারাবীবু শমু ওয়রম থানা তম্পা যামজেং যায়নাইদা ভাংজা শমপোক্ত।"
—পোঃলুঃ
**য়ামজেং ইনম মুকপা,** মায় ওনবা,– কিতুনা মায় ওন্দুনা চেনবা,—"থোয়মা ইমায ওন য়ামজেং ইনম মুকফরোইএ"—চায়ঃ
**য়ামজেং ইতুরোই,** লাইবকনা তদ্বা,— "তুনী চীংঙু ইবাইপক য়ামচেং ( য়ামজেং ) ইতুরোইকিরা ?—সঃলাইঃ
**য়ামজেং কাসা চাউবা,** নোংদম থীবা, লাইবক চাউবা, লাইবক থাবা,—"চীংঙু ঐবু করিগী লাইবক থাববনো য়ামজেং কাসা চাউরবনো ?"-পোঃলুঃ
**য়ামজেং লাইবক চাউবী,** লাইবক থাবী, লাইবক চাউবী
**য়ামজেং তুরোয় চুংনা,** মতু চুংনা,– "ইমু খলাঙ নীকনা মীকপঙাম্ববু মপন নোবান কাপমী অথোবনা খোমলেন মঙলানচানগুম য়ামজেং তুরোয় চুংনা মিংয়েং শানথৈরে" - চাঃলাইঃ
**য়ামজেং লম্মুকনবা,** লম্বী লম্মাংনবা, চংকম খঙদবা তৌকম খঙদবা
**য়ামজেং মনম মুক্তবা,** মমায় লৈতুনা চেন্দবা
**য়ামজেং মনম মুকপা,** মমায় লৈতুনা চেনবা, কিতুনা চেনবা
**য়ামদরৈ নেংশিনবী,** মরা কংহন্দবা
**য়াম্মথোবা,** কম্মাইবা থরদা কৌনবা মিংগৌ,—পানা হাজারি মরি, পোংশংবা হজবা, হীদাক

কানবা হৌবা, লৈমনাই হৌবা কমশিং অসি ওইবা কমনাইবশিংবু মশঙনদি অশুম্বা কৌই, লৈপাক্নদি য়াম্মথোবা কৌই

**য়াজ্ঞা**, ইয়াজ্ঞা, তাদা, ইশাবি

**য়াত্নী**, উচেক অাং অমা, য়াম,—"য়াত্নী তাম্না মায়ঙৌ তাম্না"—অহোঙঃ; লোং, ঙা কোংনবা অমসুঙ থোম্নবা থুম্মোক অরনবা মখল অমা ( অঙোমনা হায়নবা ,-"ইপাম নোংবাম্না তেংপানা লোংবু য়াত্নী-ও কৌত্র মোমন্থু লুবোইথোং লেমলৈ ঙাতাবা শাল য়াত্নী নপংলেনবু মিংয়েং শানথৈক্লসে" মোইঃনিংঃলম্বঃ

**য়াত্নী তাম্না**, চেঙ চোইত্নবা,—"তরা চেংদি মঙ দা ইম্না য়াত্নী তাম্না তরা মায়ঙৌ অাম্না পোয়মথৌবু হোয়নেম্বা লাইগি থৌবু হোংনেম্বা"—অহোঙ

**য়াত্নী মায়ঙৌ তানবা**, চেঙ চোইবা,—"শাম্‌ থাঙতপ পায় অহোঙ য়াত্নী মায়ঙৌ তাম্না শূদান তেরানশৈ"—চাঃলাইঃ

**য়ামলা** উ,—"নোংবান কদেম শোযশেনবনা X X X পোম্রপুং মরৌ চাউনা X X X য়ামলা থোংকৈ চীরোনশক্তা লেমলৈ শুপুন তৈ য়াইবী ইনিন লোং পায়মা নিংসা শংহোম্লনা শিশিন্নথিয়ে"—নাঃকঃকাঃ; হুমাই,—"বাঙম নাং কোরায়ানা থানলৈ লোতাবদা থোইথুম শাইনা ইন্থুং শোয়ায়নদা লোইমোম থাঙতপশা থাঙগি চবাইখেম উপন চৈরোঙ কান লেইথোম ফীমায় কু থাঙগি লুপান তোং য়ামলা হুমাই মাথরে হৌওম্নবু থানা ভাম্মোকলে"—চাঃলাইঃ

**য়ারেল**, য়া, য়াবি,—"লাগোই নাক্তা চৎনা য়া রেঃ ময়া পাম্নও"—চৗংথঃশঃফাঃবাঃ

**য়ারেল থোংজি**, পবেং তৌবা য়া, য়াবি

**য়ারেল থোংজি মতাই কাওনা**, ময়া কাপোক্তুনা

**য়ারেল থোংথৈ চাকনা**, য়া চাকনা মথা চীকনা,—'মিংলু থখাল মানবা অনীমক্তা পিবেম চাংজি ঈরাউশোনবু চৈরোয়নবা য়ারেল থোংথৈ চাক্লদি"—চৗংথংঃশাঃফাবা

**য়ারেল থোংথৈ চাকপা**, য়া ক্রক ক্রক চীকপা, "য়ারেল থোংথৈ চীক শয়েং পা গতিংনা তকলৌ শিদ শোম্না ওকলেনগুম কচক হৌ থিংলৌগুম মথি নাইগিত্র"—চায়ঃ

**য়ারোঙ**, মম্না লোঙবা

**য়ারোঙফি** ( মমাঙৈঙদা থোংগাবমনা শারবা ) ফি মখল অমা,—"থোংগাবম নঙদি য়ারোঙফি শাউ"—লোঃশিনয়েন

**য়ারৌ**, য়া থবৌ, শা

**য়ারৌ শত্নুং চাউবা**, শাম্নু

**য়ারৌ শা নাবা**, শা তানবা

**য়ারৌ শা নিংথৌ**, নোংশা

**য়ারা**, য়াওরা, থোম্জেল,—'লাইরেন মৈদিংঙুনা খুপাক লোংনা য়া চক্রকন্দবি কৌরনা বেদ মন্ত্র শোন আহুতি থী হৈবিংঙদা লাইরেন মৈদিংঙুদি য়াবা পোম্জন বানা ত্রৈনে ত্রৈনে নোংশিন চাইবী মপাবি শীপী তম্বব গিংহ ভুবী চরাইরোংবা মপারি ঈবাচিংবা থাঙ্খদি ত্রৈনে"-সংলাইঃ;"য়াবা কৌবা পোম্জনসুঙ কোনপাং কৌবা নি সাসুঙ"—বিঃথৈঃলীঃ, লল,—"লনওন পোংথোন হৈরগা য়াবা লনয়াম হোংচবা, কৈথেন পোংয়োন হৈত্রগা য়াবা লনয়াম থাঙকুম্পনে"—শাঃলাইঃ ঈশিং, লাইজা,—"যাওম্না কৌবদি অঙাং পোকলমদাইদা ঈশিং য়াবাগী মশক হাম্না লাকপা অত্নুনা লমলেন শেমলকপনে"—অঃলমঃ; তু. শম, শুজা কোকলাই কাবগী মনম

**য়ারা থক্লো থিবা**, মগে ন বিবা

**য়ারা খোম লৈত্রিতৈ**, পোন খোকত্রিতৈ

**য়ারা তুগুপ চুংবা**, তু চুংবা

**য়ারা তুচুংবা**, তু চুংবা

**য়ারা পুরিবা**, থোন পুনশিনবা

**য়ারা মনীংগু চকমোম তেমথাং লোনবা**, মীরোনবা কুম থা শুরা,—"পোয়নৌ মতা নৈমা য়াংঙৌ অতাওপীতি য়াব মণী গু চকমোম তেমথাং লোন লোইতাম থাবু শারবকী তমকপু পোম্নমৌ মতা মঙামক্তী হৈনা মতুং ইনঙমতরে"-থোঃনোকাঃ

**য়ারা মনীং শুরবা**, (গর্ভ পুংা) কুম থা শুরা

**য়ারা শুজা নম্বা**, কেংকলাই কাবা

**য়ারা শুজা নম্বা তেক্তা লাইকোই থুংবা**, শুজা

মযা অমসুও মাম্নহিং কাবা,—"ম্নোইবুনাই কৌবা মপু নিংথৌ ×××অমন থাওলেন চন্নিবা নওবু ম্নাবা ওজা নম তেক্তা লাইকোয় থুংহিগনো ছুংবান ইশারি শাৎনদরি"—পোঃলুঃ
**ম্নাশো,** ম্না অরোওবা, ম্না অশোবা
**ম্নাহিম্না,** হিম্না,—"ম্নিয়েন চাউকোইহুংদা কমকবা লাইচা কোংপোন ম্নিয়োইননা ম্নাহিম্না অসুম কো-ম্নোয় মিংথৈথিএ"—সঃলাইঃ
**ম্নাহৌবা,** ম্না থিনগৎলকপা (হৌগৎলকপা)
**ম্নাহৌবা,** তুবদগী হৌগৎপা, ম্নাহৌগৎলকপা
**ম্নায়.** মযায়, চবুক
**ম্নায়তা লাং,** মায়দয়াং, মযায়দা কবা,—"লাইয়েন কোয়ৌ ইনোংথৌনা তুপী ম্নায়তালাং"—ঔঃওবা
**ম্নায়তোও থমতোও,** অচৌ অশাং, কম্নাই কা-নাইবা
**ম্নায়দায়াংবা,** মযায়দা কমছুনা, ম্নায়তা লাংবা
**ম্নায়রেকপা,** অহিং লেকপা, কাইবা,—"ম্নায়রেক-না চংলবদি শওলাক কৈরুংনা ম্নোকলেন ওইএ"— কমঃ
**ম্নারেককম,** অহিং লেককম
**ম্নারেকশও,** লোয়শও অমা
**ম্নায়তোও থমদোও,** মচীন তোওবা মী, অচৌ-অশাং, 'লৈবাক কোইবা অওগ অথৌ, অপান অপিল
**ম্নায়বা,** মযায় ওইনা তৌবা, মচা নিপা ম্নায়মা,—"থাংসি তাউবুং থোংদোবনা ঈয়ম তোইমী লৈমা চহু পায়ছুনা পাথং অহনবগা ম্নাউয়োই ম্নায়মবগা কাম্ অতোনবগা অহম্না পোকএ"—শওঃকঃ
**ম্নায়মা,** অহনগী মথং, মযায় থংবা
**ম্নায়া লাউবা,** লাই হয়াউবদা লাউবা মরাউ অমা
**ম্নিংথোল কৈরোই,** শবন,—"লৈকাই ম্নিংথোল কৈরোই ছুংতা পানপা লৈ"—পাঃনোংঃ
**ম্নিথেরেন নামুংপা,** লাই অমা, -"থোইয়ম ম্নি-থেরেন নামুংপা নওপু কোয়ৌ নোংমতোন অথাম্না-কি কুমলক-ও মালেম লৈথায়োনতাকি কারকও"— পাঃনোংঃ

**ম্নিলুং মতম ওানবা ম্নাই,** থা, —"মশাপি তাউ-ছইরেং অহনপাতি ম্নিলুং মতম ওানপা ম্নাই লোই-তাম থাচা পাথংপা আতে তাউছইরেং অহনপা থাচা মায়কপা কুমচা তেশিনম্নাই থাচা কুমওম মাইপু সানলোনথিএ"—পাঃনোংঃ
**ম্নিপাল,** ঈপাল, ঈশিং মপান, তোর্বাল,—"নিংথি ম্নিপাললেন্দা চাওওা তেংকোনলেনবু লোকলে"— ঔঃওবাঃ
**ম্নিম.** ঘুম,—"নিংথৌগী ম্নিমদা ম্নাংগোইরে হায়বগী ম্নাংগোইজম কৌএ"—থাঃঘুমঃ
**ম্নিমকাবা,** ম্নাওং ইনবা, ছুম্নিনবা,— "থৈদিংও মনেম মচা হোওনেমম্নোয় থুতাউ লোকম্নি শেম্নোই নাই লংমাই তেংনা ম্নিমকাবা শেম্নোয় ছুম্নিনবদি কদায়নো ?"—নাঃকঃকাঃ
**ম্নিমকা ম্না,** ম্নাওং ইন্দুনা লৈবগী ম্নায়ম
**ম্নিমথৈতাবী,** ঘুমদোমপোক্তা লৈবী,— "হাওছ কৈশিতোনবী কেগে ওানথা ম্নিমথৈ তাবী মোইরাং থাওওা ঘুমতোমপোক্তা মথংলেন কাকলেন নোংতং-সুচা মোইরাং কাপমি অথৌবনা থৌবা ম্নিমলাই ওাক্লবী"—চাঃলাইঃ
**ম্নিমপুক থুদিং,** ঘমথোও থুদিং,—"লৈকাই ম্নিম-থোও থুদিংবু হুম যজ্ঞ তৌবদা পুকনীং হয়োক লৈ-তে"-লাংঃশঃথাঃ
**ম্নিমবী,** ঘুমী মথোও
**ম্নিমলাই ওাক্লবী,** ঘুম শওনবী, "মথংলেন কাকলেন নোংতংসুচা অথৌবনা ম্নিমলাই ওাক্লবী"—চাঃলাই ঃ
**ম্নিমলেন শাইগং কোয়বা,** ঘুমগী মামগৈ মরিদা কোয়শিনবা
**ম্নিমশকৈশা,** ঘুমশকৈশা ছুম্নি
**ম্নিয়াংমা,** ভুয়েন বাংমা,-"নিংথি ম্নিবাংমদা লোই-চাম্নি চীংথোওমাদা"—ঔঃওবা
**ম্নু,** পু, ইম্নু-ইপু, ইবুথৌ ; নম্নু-নপু, নবুথৌ ; মম্নু-মপু-বোক, মপু, মপুথৌ ; বাংলৈ, হাওবৈ
**ম্নুকৌবা,** ম্নু থকও হায়না কৌবা ঈয়া পুতা তৌবা, পীজ পীথকপা

**য়ুতৌ পুজা ওৎপা,** পূক্য়ু
**য়ুচেং,** লাইবংথৌ অমা
**য়ুতিং মতাং তোয়বা,** য়ু তিঙবা,—"মপন লাইরেন লাকপা কংলে মশূমাঙদ উহক শেংগম শা উই পৌতোং লোন থাঙবায় লী পুনশি কজেং লীয়াথোনা লীরেন পাকা কন য়ুতিং মতাং তোয় থোনথম মনারেক থরাম লামথননা অহোঙ লালু তৈনা শুংবম শূ"--চাঃলাইঃ
**য়ুতুং,** হুমিৎ য়ুংবা মতুং,—"হুমিংতি শগোলশেনগী হুমিৎ য়ুংবা য়ুতুং পুং মার ভাবনে"—শঃথৌনিঃ
**য়ুথক,** নোংমগী শরুক নীপান থোকপগী শরুক অমা
**য়ুনাউরোই য়ায়মবা,** চেংলৈগী নিংথৌ থাঙবি তাউবুং থোংদোবনা ঈরেম তোইবী লৈমা পায়তুনা পোকপা মচা নিপা য়ায়র্মান। মহাকনা য়াওরৈবা চহু পায়ে। চেংলৈ শলাইগী ১। লৈশাংথেম ২। থাগোকপম ৩। নাউশেকপম ৪। ইংগুতুম ৫। খোইরোম ৬। মৈনম ৭। চোংথাম ৮। হৈবাম য়ুমনাকশিং অসি মাগী ঈনি।
**য়ুনারেক,** মনা খোৎপা,—"লৌবাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক চিবা পাউনাইদবা মৈশাংবনসুঙ"—হিঃহিঃ
**য়ুনৈনবা,** য়ু থকপা
**য়ুনেহৌবা,** য়ু মরাং কায়না থকপা
**য়ু পানবা,** কম অমা, য়ুগী থবক তৌবা কম
**য়ুপান লাংবা,** য়ু কংপা
**য়ুপানহনবা,** য়ু পায়বগী থবক তৌবা কম অমা,—"মদাইরেম য়ুপানহনবা হোডনেমগুম্বা নিংথৌ কনবা চোয়নৌ সনা থাউচাউ পুবনা পাওমেন্নকএ"-চায়ঃ
**য়ুপিংবা,** য়ু ঙাওবা ( নিপা ),— "লমদা খাদি শগোলশেন্না হয়ে, ২০নি য়ুমশকৈশাদা শোমপেমচা অনীদংবু য়ু পিংদনা শএ" —চৈঃকুখাঃ
**য়ুপিংবী,** য়ু ঙাওবী
**য়ুবীরাকপী,** অকম অর্থৌশিংগী লায়ু কানবা মশানা অমা
**য়ুরা তোনওম্বা,** য়ুনা চায়গত্তুনা কোক্তা কাবা
**য়ুরা কানবা,** য়ু কংপা,—"পূক্য়ু লাইয়ুনা য়ুরা কায়া লাংও"—চীঃলাই
**য়ুমিৎ,** লান,—"য়ুমিং লানজেনথোন কাক লানবাউথোন চীংচুং ঈরাউথোন চীংশাং নাবৈথোন তামনা হুয়শোনগোনব্ নাচুংহবা"—চায়ঃ
**য়ুশিন য়াইবা,** য়ু শীথকপা
**য়ুহু থৌবা,** য়ু তংবা হৈবা
**য়ু য়োংবা,** য়ু থকপা
**য়ুম,** লৈনবা শঙ, শলাই,—"য়ুম থাইথিরে হায়বগী য়ুম থাইবম কৌএ"— খাঃয়ুমঃ
**য়ুমওইনবা,** য়ুম ওইহনা লৈবা
**য়ুমকা তম্বা,** য়ুম পানবা
**য়ুমকাবা,** য়ুমদাংবা
**য়ুমখু,** য়ুম
**য়ুমখু মলিল লাইবা,** য়ুম মরাং কায়না লৈবা
**য়ুমথৈ ঙাকপা,** য়ুম শঙবা, য়িমথৈ ঙাকপা
**য়ুমথৈ কংবা,** য়ুম চঙবা,—'নোংয়ায় য়ুমথৈ(য়িমথৈ ) কংনবা হুয়তাউ য়িময়া হেপ্পবব্ চীংচু নোংথৌ সোরায়েন অবাং পাথং য়োয়রেনবনা তাংজা শম্পূম মরুম কোয়রেং থোয়দিং ময়মতপু লনচুহনো"—থঃথাঃহিঃ
**য়ুমগা তম্বা,** য়ুম পানবা, মতু থিবা
**য়ুম চঙবা,** য়ুমদা চঙবা
**য়ুমচিন কাকথৈ থাবা,** নিংতোন থাজবা,— "মপয়া পাচা থৌ থিংনা শেনকু নানমনা য়ুমচিন কাকথৈ থা শুমায় উরোংথিন পামেন উয়াই হকপব্ লৈবরা হায়না পাউ হংবি-ও"—পোঃলুঃ
**য়ুমজাউ লাইরেম্মা,** লাইরেম্মা অমা, কোজুংগী লাইরেম্মা,—"য়ুমজাউ লাইরেম্মগী কাদি মাপল শুবনে''—য়ুহংলাঃকাঃ
**য়ুমজাও লৈমা,** লাইরেম্মা অমগী মিং, য়ুমজাও লাইবেম্মা; য়ুমজাও লৈমগী জেংথা :— মোংবা থাজা য়ুমজাও লৈমা য়াইকবী, মোংবা থাজা য়ুমজাও কারেন মাপনএক্তা হেমোইবী ১। য়ুমজাও কারেন অমদা লাইনিংথৌ সনা কানে ২। য়ুমজাও কারেন অমদা তয়া চউম কানে। ৩। য়ুমজাও অমদা নেনে য়াহিপ কানে। ৪। য়ুমজাও কারেন অমদা কদিবি মৈয়িং কানে। ৫। য়ুমজাও

কারেন অমদা ইমোইনু অহোংবী কানে। ৬। য়ুমজাও কারেন অমদা লৈম্না অরেম্বী খোঙহাম কানে। ৭। য়ুমজ ও কারেন অমদা পেত্তংঙা লিকলু লৌখিবী নোংগা কানে। ৮। য়ুমজাও কারেন অমদা অঙৌবা পুরৈরোম্বা কানে। ৯। য়ুমজাও কারেন অমদা লাইনিংথৌ পাখংবা চৎলম কানশাং কানে। হে ইবেম্মা নারাম্না লৈম্নেন ওইরিবী, নচুমা নোংথাঙ ওইরিবী, ময়েংনা পাম্বোইবী নঙনা নশ হে বুংথৌ হে যেম্মাশংবু থয়োম লাগা শানা পুয়োক লাংগোনবিও কুবিও।

**য়ুমডিল্লবা,** য়ুমদিল্লবা, পানমিল্লবা

**য়ুমথৈ,** শম্‌মচুনা লৈনবা শঙ,—"শক ১৬০৭ লমদা থা ১৩ নি শগোলশেন্দা য়ুমথৈ শাইএ" - চৈ:কুম্বা:

**য়ুমদাং,** য়ুম তাংবা

**য়ুমদাংবা,** য়ুম তাংবা

**য়ুমদাংশাংবা,** য়ুম অশাংবা অচৌবা

**য়ুমদাবা,** শাগৈ শাগৈগী অমসুঙ মীরোন মথং মথং হৌরককম ইবা লাইরিক, লম লমদা শন্দোক্লা তাখিবা শাগৈগী মৈহৌরোন, য়ুমশেংপা, য়ুমজঙবা

**য়ুমদারোক,** য়ুম তাবা

**য়ুমদৈ মাকশেন,** লাইশোন অমা,—"হা য়ে মাঙ শোক মদাইমদা, কমলেন মতাংমদা, মাতংদা কোশংদা তাকতু মদাইমা, শেনথোং নারিনমা, পরৈহোংঙামাগী থুনাম্বা নাউবা, নকমশেং নকানশেং মথোজান নরালনি চাশোংকম নাওশেংকম মাংগোন্নাং নচুংলাং নওমাঙ নথেনমাংগী কাওমাম্নমারোংবু থরৈ লেমলৈমাদা হাউং হায়েং।

**য়ুমদোন লোজ্বা,** খুন্দোন্দা লৈবা

**য়ুমলকচঙ য়ুমথৈ কংবা,** খুলক য়ুমলক চঙবা

**য়ুমলেন,** য়ুম, মরু ওইবা পিবা,—"কম্বাম ইথাম তাবা যতুসিং ময়ুমমে, য়ুমলেন্নে"—শঙ:ক:

**য়ুমলেন ঙাক্লবী,** শক কজবী নূপী

**য়ুমলেন মাকলৌ শিনবা,** নিংথিজনা শিনবা

**য়ুমলেপ চান্না তব্বা,** য়ুম কৈ পানবা, মচা মশু পোকপা

**য়ুমলেম্বা,** হৌদোঙ

**য়ুমলোই,** য়ুমলোন কৈরোন্নবা

**য়ুমশেংপা,** মৈহৌবরোন অচৌবদগী খাইদোক্লুনা হঙ্গবা শাগৈগী পুয়া

**য়ুময়া,** য়ুম ময়া, য়ুম মনাক

**য়ুময়া হেপ্পা,** য়ুম ময়ায়, য়ুম চবুক

**য়েক,** শলাই

**য়েক তরেৎ,** নিংথৌজা, অঙোম, লুবাং, খুমন, মোইরাং, ঙানবা (খাবা), শবাং লৈশাংথেম

**য়েক তৈবা,** ফজনা য়েক খোংপা

**য়েক ইরে চনবা,** তাথী শোনাইবা

**য়েক্লবা,** তাথীনবা, হুংঙাইহনদবা, চান্নদবা

**য়েক্লমে,** য়েক্লবনা থাবা মৈ,—"শজাই খাথী মৈ থারবা অসিবু শেনবী য়েক্লমৈবু মাল্লে"-ধ:লা:নী:

**য়েকলাবা,** ময়েক লাবা

**য়েৎকোন,** য়ংলোনদা কোনবা,—"লৈতৌ য়োৎ নাকান থাঙ শিং য়েৎকোন ওয়কোন"– চী:লাই:

**য়েৎক্রে,** য়েৎ থংবা

__য়েন,__ হকচাংগী থোঙদগী শোদোকলকপ মকে,—"য়েন কৌবদি মকেনে—মকে কৌবদি থোঙ তল্লক্লেগী শোদোকপনে"– পো:শেক:; অথোম শীংউৎ য়েন্দি হুশীংনে, মাঙোন্দগী নপনে তিরে অনীমক থোকএ, শম্বোঙ তৈমায়েন্দি মিৎসাংনে পিনে অনীদি উশিংদগী থাকএ, চথাবা !চীংমৈশাংদি নাতোমে, শম্বোইচীং কৌবদি পীগুম অনীমকনে, শম্বোঙ কৌবদি নাকোং অনীনে

**য়েল,** কাইরৈ, উচেক মথল অমা

**য়েনখোইবা,** য়েনখোম য়ুমনাক ওইবা নিপা

**য়েনখোম খোমহানবা,** চেঙজেন লাঙবা

**য়েনগোই থুংবা,** য়েম্পাক তুম্না

**য়েনচা,** য়েন মচা

**য়েন্জং** পাম্বী মচা জাং অমা

**য়েন্জং লূক,** য়েজাং হাপনবা খুম্মোক

**য়েন্জাং য়াংগুম্বা,** য়েন তানবগুম্বা

**য়েন্জালোই,** লমজেন য়াঙবা

**য়েম্নারেক,** মমা লেকপা

**য়েনপোৎ ইথৌরাঙ,** ঐনা শীনবা খুজিন থৌরাং
**য়েনপোৎ ইথৌরাঙ য়েল্লাঙ ইওমদম,** ঐনা শিনবা খুজিন থৌরাং
**য়েনবং,** পাখী জাৎ অমা,—"য়েনবঙ কাইবং পোকপা চৌং পুংকাই তোনয়াম পানবা চীংবু ওম লোয়না"—নাঃকঃকাঃ
**য়েনবা,** য়েন লাবা, য়েনবারাবা
**য়েনবা,** পোকপা
**য়েনবা খঙ্ঘোম্বা মগ্নিশিন,** য়েনহিং থাকম
**য়েনবারাবা,** য়েনবা, য়েন লাবা
**য়েনবী,** য়েন মপী, পোকপী
**য়েনবী কুয়রা লোম্বা,** চকম য়াওত্রবা
**য়েনম্ তমনা,** য়েনওমনা
**য়েনহিং,** য়েন অহিংবা
**য়েনহিং থাবা,** য়েন অহিংবা লাইদা কৎপা, য়েন অহিংবনা ঈবাৎপা,—"মায়কৈ মরিমাদা য়েনহিং থাও খোঙশি নাশি কোনয়াই হাপও"—চীংলাইঃ
**য়েনহিং য়েন,** য়েনহিং থাননবা য়েন,—"শাদি হায়েঙনে য়েন অঙৌবা অমা য়েনহিং য়েন অঙৌবা অমা খোঙশি নাশি অসিনা লাংও"-চীংলাইঃ
**য়েনহেন্নবা,** চাবা য়াদবা পোৎ, চাহৈদবা পোৎ,—"চুপ শাই চাংগ্রং চুড়ামানবা য়েনহেন্নৈ"-চৈঃকুম্বাঃ
**য়েনয়োম্বা,** য়েল্লাং য়োম্বা
**য়েন্পাক,** মুংনোং অমস্তুঙ মুংশাদগী কল্লনবা তুপ্পবা পে মখল অমা,—"সনা য়েন্পাক তুপ্পবু কাইনা হনবী"—খাঃওমঃ
**য়েলহৌ,** অহানবা, অহৌবা হৌগৎপা
**য়েলহৌ খোইরা,** অহানবা, অহৌবা
**য়েলহৌওৈদা,** হৌগৎলকপদা, অহানবদা, আঃ মমাঙৈদা
**য়েলাং** য়েল্লাং চাবা য়াবা চাউখোং মানবা পাখী অমা অমস্তুঙ মাত্তুগী মনা, থৌরাং
**য়েলাং ওমদম্বা,** থৌরাঙ তৌবা,—"শংলৌ থৌরাং করম তৌনা য়েলাং ওমদমবিগে হায়রিবনো ?"—লাংশঃখাঃ
**য়েলাং ওমদমবীবা,** মরম শীনবিবা
**য়েলাং থোচৎপা,** থবক ইনথাং চৎপা
**য়েলাং থোচৎপী,** থবক চৎপী (নুপী)
**য়েলাং মতমদম,** মথৌরাঙ
**য়েল্লু,** থাম্না, ঈ, ইয়েল্লু ঐগী থাম্না, নয়েল্লু—নঙগী ঈ, নংগী থারা, নহাকী নচা নশু, ময়েল্লু মাগী ঈ, মাগী থারা নালা
**য়োই,** কজবা
**য়োই কোলুং,** কোল্লুং
**য়োইকা শকপী,** কেমৌনা শক কজবী,—"ইচু লাইরেন অরেম্বনা চানবী পোইরৈন। য়োইকা শক্‌রিঙৈ য়ে ইকা শকপী, থাংওমনা য়োইকা থাদরিঙৈ তম্ফা ইতোম হান্না থাবী"—পাঃনাহেঃ
**য়োইচান্নবা,** লুনা তৌবা, চান্নবা,—"মমোম তম্ফা থাংওমলোন চীংলাই নৈমা লাইরেন কদেংওানবা চত্তব পীনা য়োইচান্নরে"—চীংথংঃশাঃকাঃ
**য়োইচানবা,** থৌজানবিব, মু শিবিবা
**য়োইচানবিবা,** থৌজানবিবা, লুনা তৌবিবা, চানবিবা
**য়োইচৌংলেন তমহৈবা,** লাইরেন ঙাংঙোই য়োম মোংবা,—'নশাবি য়োইচৌংলেন তমহৈবদি থুমনাউ পুমনা হুপ য়েল্লাউ পাকন। তাইনা থৌনাবা, অসিনে পাউতাকখোনগী য়োইহৈতোন তাউথিংমাংনা মশাবি লাইরেন য়োমমোংবগা লমওক্লরে হায়দবরা"-তুম্ভেংঃ
**য়োইখোনবা,** হাপচিনবা,—'মৈদিংঙু পুঙ্গিবা থেমথা য়োইখোন শঙনে"—অংলাম্বু
**য়োইনবা,** চান্নবা, লুনা তৌনবা
**য়োইনা,** লুনা, মুংশিননা থবায় য়াওনা,—"তাংজা লুপা থোংনা লীকলাই সনা থুম্না খাদা য়োইনা থৌখনজবনি,'—ঔঃওখা
**য়োই ইরনকুবা,** ঐনা তাকপা
**য়োইনা ওমদম হৌবা,** থবায় থুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনবা
**য়োই নোংদা,** মুংতাইবা চমিত্তা
**য়ো ইবুনাই** ইবেম্মা,—"য়োইবুনাই নঙবু নডা থুনবোইওনো"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ
**য়োইবুনাই ইনেম্মচা,** থোয়দাবী তাজোম,—

"ম্নোয়বুনাই ইনেম্মচা পেম্মা-ও নওদি পারি শাং-ময়বা ইমোম মুয়নরবা নত্তবরা"—চাঃলাইঃ

**ম্নোইমোংবা**, মৈত্রবাক্তা খৃষ্টাব্দ ১৫৪৫গী ২৬৪ কাওবা পাল্লবা মৈদিংগু খুয়োই তোম্পোকনা নোংবাল্লোন নোংমোইহু অলোওবী পারদুনা ম্নোই-মোংবনে তাউথিংমাংনে মযোম লাইরোকলেম্বীনে অহম পোকই। মৈদিংগু খুয়োই তোম্পোকনা খুপপ্রবদা ম্নোইহৈতোন তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওই-খি। মচন নুপী লৈমা লাইরোকলেম্বীনা কৌরুদা পাল্লবা কৌবা অঙাংঙাদা ওংখি। ম্নোইমোংবগা তাউথিংমাংগা মচীন মনাউ অনীনা লৈবাক অসিগী মরু ওইবা তু খোং কয়ামুক তেংখি। "ঙাংঙোই ম্নোইমোংবা ম্নোইচিংলেন তমহৈবনা শানৌ ম্নোই-হৈতোন তাউথিংমাংও নওদি অরাং কাল্লো লাই-মাকোন লিনবাই থাগনপোক কাকলেন সিলম সাংগোন ঔরি সমৈ থাং মিরা পোংথোকলম লম-লেন কোনবিরা হঙোই কোনথিং নুরাবীনা বাই-কোইরম তাংজা লিল্লা পাখংবা বাইচল্লম লিনবাই ঈ মরুদা থৌনা-ও, নুংবী থনথাই য়ামদে, লিরেন কংসি নিকত্তে, শীংবী থরোন য়ামদবনে লাইজা ঈহুং হক্তে"—তোরৈঃ

**ম্নোইরাংপোক পুন্সিবা**, খুমন নিংথৌনি, থৌ-বান্দা পাল্লম্মী। খুমন নিংথৌ লুংবা অহনবনা ঙাহুরোন নিংথৌ য়েন্দং চহু লৈমা থমোইরেম্বী পাল্লদুনা পোকপনি। নিংথৌ ম্নোইরাংপোক পুন্সি-বনা ঙাহুরোন শংহাও চহু য়াইবী লৈমা পাল্লদুনা কচেং বায়েংপা পোকই। মাগী মথংদা মচানিপা কচেংবায়েংমাংবনা খুমনগী নিংথৌ ওইখি। ম্নোইরাং পোক পুন্সিবা অসি খৃষ্টগী মরিশুবা শতাব্দীগী মমৈ-দা পাল্লমই। নিংথৌ অসিগী মনাউ নিপা য়ামমা কচেং খুম্নি য়াবগী মচানুপী থয়োয়রোন কাইরৈমা মৈতৈ নিংথৌ নাউকংবনা লৌদুনা মৈদিংগু শমৈরাং পোকখি। —"মৈতৈ লৈমা থয়োয়রোন কাইরৈমা থৌবান নিংথৌ ম্নোইরাংপোক পুন্সিবগী মশানৌ য়াম-মবা কচেং খুম্নি য়াপনা পোকপী থয়োয়রোন কাইরৈ-মগী পহৌ মপা পোকপু সনা লাইহুইবদি কনানো?" —চাঃলাই

**ম্নোইহৈ**, নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা কমথোন কাদবী ম্নোইয়েতোন তাউথিংমাং, মৈদিংগু খুয়োই তোম্পোকনা নোংবাল্লোন নোংমোইহু অহোংবী পাল্লদুনা ম্নোইমোংবনে ম্নোইহৈতোন তাউথিংমাং-নে মযোম লাইরোকলেম্বীনে মচা অহম পোকই। মৈদিংগু খয়োই তোম্পোকনা খুপপ্রবদা খৃষ্টাব্দ ২৬৪ঃ দা ম্নোইহৈতোন তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইদুনা খৃঃ ৩৬৪ কাওবা পানখি।

**ম্নোইহৈ ম্নোমদাংশাং**, ইবেম্মশিং ময়াম

**ম্নোইয়োইফবা**, মশা ফবা

**ম্নোইয়োইরকপা**, পুথোকলকপা

**ম্নোইয়োকপা**, য়োকপি থাকপিবা,— "লাইরেন ইপা মৈতেংগু নওপু ম্নোইয়োকপিকে"—পাঃনোংঃ

**ম্নোংখিবা**, থকখিবা

**ম্নোংবা**, থকপা "বাংলৈ চীনখুনমবু ম্নোংখিও" —নাঃকঃকাঃ

**ম্নোংমল্লবা**, থকমিল্লবা,—"বাংলৈ চীনখুনমবু ম্নোং-মল্লখিয়ে"—থঃথঃহিঃ

**ম্নোং খুনেং**, লৈপাক্তা থমলগা (থারগা) মথক্তা নেংতুনা লেপ্লবা থাবা অপিকপা ম্নোং মতেক অনী,—'লমদা থাগী পাঙজা অহানবদা মায়গে মরি লাল্লবা পোল্লরাওদি × × × × × × ম্নোং খুনেং তরাতক্ক লাংথৈ খুদাপ মরি"—থৌঃমশিন

**ম্নোংগী লুতুম্বা**, ম্নোংগী মতুম্বা,-'ম্নোংগী লুতুম্বা খুবোম অমা কুইবা অমা"- চীংঃলাইঃ

**ম্নোংশুবী**, ফুংগাদা থম্বা মথোঙ অহম পানবা ম্নোংনা শাবা পোং, ম্নোংশবী,—"নাহৈ কু থাবে চেকপ ম্নোংশুবী লেতৌয়োং" —চীংঃলাইঃ

**ম্নোনদনা**, শোয়দনা, ঙঙাইফদনা,— "খোইমোম ইশাবি চীংগোই ময়াথংগীনা মুংবান খুবী মৈমাওচন শাগবু মৈতান পকপবু ম্নোন্দনা তানফংলক্কে"— —পোঃলুঃ; "পুনশি চহৈ য়াম চাশীং নোংখাং কুই-না পাল্লবা কুওবু খোইরম লাইনা ম্নোন্দনা লনকু-শুনো"—রায় খোংগাবা

**ম্নোনকদনা**, ঙঙাইফদনা, শোয়দনা,—"লীরী থম্মোই তিংনা বায়রা তেনবায়খিবু ম্নোনকদনা বব্রুবাহন অকনবগী পুকনোপ অহোম্বদা থাক্করে"-লাংশংথা

**য়োন্নবা,** লান্নবা, ময়ান লৈত্তবা, শোয়দবা

**য়োন্নবা,** য়োনবা নত্তবা

**য়োমদম পৈবা,** ময়াম পৈবা, ময়াম ওমশিনবা,—"হৈরাও লোঙচুম পাল্লকলে চেকলা য়োমদম পৈনদি থাওনৈরে দে"—কুমদমশৈ

**য়োমদাং শাংবা,** ময়াম হোৎনা, ময়াম য়াওনা,—"নূপা হোনা য়োমলোই হোনা পাথংগীদি য়োমলোই হোনা পাথংগীদি য়োমদাংশাংবা"—অহোঙঃ

**য়োমলোই,** ময়াম

**য়োমলোই হোবা,** ময়াম হোবা

**য়োমলোই হোবা য়োমদাং শাংবা,** মী ময়াম হোবা,—' শেল্লোই য়োমলোই হোবা লংমাই য়োমদাং শাংবনা পাওমেনখিয়ে"—নাঃকঃকাঃ

**য়োমলোই য়ে মদাংবা,** লোয়নরকপা

**য়োন,** পেন, বেন, মবেন,— ইয়োন—ইবেন; নয়োন—নবেন, ম.য়ান—মাগী মবেন

**য়োলবা,** শোয়বা, লানবা

**য়োয়চান্নখিবা,** লুনা তৌখিবা. চান্না তৌখিবা

**য়োয়চান্নবা,** চান্নব, লুনা তৌনবা

**য়োয়নরবা,** থৌজানখিরবা

**য়োয়বু,** নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা কমথোন কাবীশিং—লৈমরেন (মহারাণী), অপান্বী অহন, অপান্বী মাহা, লৈমথুবী অহল, লৈমথুবী নাহা, মকোক ওইবী লাইয়েম্মা

**য়োয়বু থোইমোম শীংজাথোম্বী,** মহৈগী লাইয়েম্মা

**য়োয়বু লোইমোম কৌওইবী,** কৌওইবী লাইয়েম্মা

**য়োয়বু লোকত্তৌ খুদোন কুবা,** থোঙবী মরু লুকপা

**য়োয়বু বাংঙম শানওনচেক তম্মা থাবী য়োই ওই চেক,** চীংশোং লমলৈমা, চীং খুঙ্,—"উতোন থকা য়োয়বু বাংঙম শানওনদুচেক তম্মা থাবী য়োইওইচেক চীংশোং লমলৈমনা প্লোরবী, চীনওক্লনা থোংথৈবাই মাঙেম লৈথারোনগী জাইজা ঊয়ম তরেংমানা থোংরোন ঊকাওয়ম"—আইঃনিংঃলঙ্ঃ

**য়োয়বু শজি ওাইথোরবা,** শমজি,পুনবা

**য়োয়বু শমু থোঙনা কংবী,** মনাই অচানবী

**য়োয়ময়াই তাউদনবা,** চুমিং, কোরৌহনবা,-"লৈমা নিংথিবীদি য়োয়ময়াইবু চাংজৌ চেপনা লোয়া পুনেমলম্মে"—বিঃপঃ(মহাঃ)

**য়োয়ময়াই তাউদনবা মতাং তেলকলবা,** চামং তাগদৌয়বা,—"মপন য়ায়কলম মন্থ থৌখামলমলবগা ময়াল ওন্দেয়কলবদা য়োয়ময়াই তাউদনবনা মতাং তেলবনিগিনা মদাইরেম হাওচা তৌয়েন থোনকাবগা ঙাইরোইনয়কপদা ইশঙ লৈনা শা লমশঙ লৈনা থানা কৌবা য়ায়েকলম্মে"—নিংঃলঙ্ঃ

**য়োয়ময়াই থেঙবা,** চুমিং থেঙবা,—"অসি কোরৌ চুমিংমদি য়োয়ময়াই থেঙলে"—ধঃলাঃনীংঃ

**য়োয়ময়াইনা চুপখিব,** চুমিং তাখিবা,—"য়োইময়াইনা চুপখিবা চুমিং থুজেং লাক্লদি থাম্ফদে দে"—কুমদমশৈ

**য়োয়ময়াইনা মতাং থেঙ অঙানবনা থোঙলেন থমলবা,** থেঙলদুনা চুমিং তারবা,—"য়োয়ময়াইনা মতাং থেঙ অঙানবনা থোঙলেন থমলবগী লৈনা লেকলম্মে লমলেন লৈনারেক-ও কৌএ"-তুতেংঃ

**য়োয়ময়াই নারন চনবা,** চুমিং তাবা, মমথরবা,—"য়োয়ময়াই নারন চনগ্রে"—হেঙ্ঃ

**য়োয়ময়াই লাইরেন তাউদনবা,** চুমিং,-"কোরৌ নোংলাংপান য়োয়ময়াই লাইরেন তাউদনবা চুমিং পুদোই মহমন্থংগী থুনগুমপুং"—জিঃচঙঃ

**য়োয়ময়াই লাইরেন তাউরোইদাই,** চুমিং

**য়োয়ময়াই সনা থোম্মতোল,** চুমিং,—"য়োইময়াই সনা থোম্মতোম্না সনা সেকপিন ওই"—মোংঃলাইঃ

**য়োয়কমলোন,** পুবাং য়েক ওইবা য়ুমনাক্রী চহু নিঙেঙান, অয়াবম লাইরেনজম য়ুমনাক্রী চহু,—"য়োয়কমলোন হায়না ভেংথাবদি অয়াবধনে লাইরেনচমনে অনীমক্রী ভেংথানে"—পেনঃভেংঃ

**য়োয়রেন,** অমাইবা লোয়শঙগী কম, মাইবী,—"য়োয়রেন থাপী লেংনা ভিন অমাই নাকলৌশিন অশৈ থোঙকাং লেংনা ভিন লাংলেন কোঙাং বানি চীংনে"—লাংঃচীঃ

**য়োঙম,** য়োনা ঙমলবা, য়ামনা ঙমখ্রগা,-“পোইরৈ মপল লহ্ তেংথানবা চীংলেন য়োঙম কাথিরে”—শমংঙমঃ

**য়োঙমদবা,** য়োবা ঙমদবা

**য়োকপদবা,** য়োবদা কত্তবা; য়োবা য়াদবা

**য়োকম তানবা,** য়োবা ঙানবা লাক্লবা, য়োদবা হোৎনবা






## একাদেমীনা ফোঙবা লাইরিকশিং

১। ডাঃ কমলগী "মাধবী" ইংরেজিদা হন্দোকপা—আর,কে বীরেন্দ্র সিংহ
মমল্ লুপা ৫্

২। "প্রোসিডিংস ওফ ডি মণিপুরী ডান্স" সেমিনার এণ্ড আর্টস ফেষ্টিভেল ( ইংলিস অমসুং মণিপুরী ১৯৭১ )
সম্পাদন্—প্রোঃ এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
মমল্ লুপা ৭০

৩। "তাংখুল ফোক লোর" ( মনিপুরী অমসুং তাংখুল )
অইবা ঃ রাই,কে, সিমারে
মমল্ লুপা ৫্

৪। "এন ইণ্ট্রডক্সন টু ট্রাইবেল লেংগোইজ এণ্ড কলচর" (সেভেন ট্রাইবস )
সম্পাদন্ ঃ ডাঃ কে,বী সিংহ

৫। "চৌষট্টী রস ( রস ৬৪ — মূল, মণিপুরী অনুবাদ অমসুং ব্যাখ্যা )
সম্পাদন্ ঃ জি, সুরচান্দ শর্ম্মা
মমল্ লুপা ৯৫্

থংকনর
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল

ফোর্ম নম্বর ১০৩২ অমসুং ১৩০৭